উত্তরাং চাব্রবীৎ ভদ্রে ভর্ত্তা কৃষ্ণ তেগতঃ। ক্ষিপ্রমাগমনং মহ্যং তস্য ত্বং বেদয়স্বহ ॥ ২৮ ॥
নন্থ নামাস্থ বৈরটি শ্রুত্বা মমগিরংসদা। ভবনাক্রিষ্পতত্যাশু কস্মান্নাভ্যেতি তেপতিঃ ॥ ২৯ ॥
অভিমন্যো কুশলিনো মাতুলাস্তে মহারথাঃ। কুশলং চাব্রুবন্ সর্বে ত্বাং যুযুৎসু। মহাগতম্ ॥ ৩০ ॥
আচক্ষ্ব মেহত্যসংগ্রামং যথাপূর্বমরিন্দম্। কস্মাদেবং বিলপন্তীং নাদ্যেহ প্রতিভাষসে। ৩১ ॥
এবমদি বাষ্ণেয়্যাস্তস্যাস্তৎ পরিদেবিতম্। শ্রুত্বা পৃথা সু দু খার্ত্তা শনৈর্ব্বক্য মথাব্রবীৎ ॥ ৩২ ॥
সুভদ্রে বাসুদেবেন তথা সাত্যকিনা রণে। পিত্রা চ লালিতো বালঃ স হতঃ কালধর্মনা। ৩৩ ॥
ঈদৃশোমর্ত্তাধর্মো হয়ং মা শুচে যদুনন্দিনি। পুত্রোহিতবদুর্ধর্ষঃ সম্প্রাপ্তঃ পরমাংগতিম্ ॥ ৩৪ ।
কুলে মহতি জাতাসি ক্ষত্রিয়ানাং মহাত্মনাম্। মা শুচশ্চপলাক্ষং ত্বং পদ্মাপত্রনিভেক্ষনে ॥ ৩৫ ॥
উত্তরাং ত্বমবেক্ষস্ব গুর্বিনীং মাশুচঃ শুভে। পুত্রমেধা হি তস্যাশু জন য়িষ্যতি ভাবিনি। ৩৬ ॥

---

নাক্তাচওশিল্লক্তু, ঈবেম্মা! নপুবোয়বদি কদায় চংথ্রে? ঐ লাকই হায় । ২৮॥ বিরাট রাজকুমারী! মহোশাদি ঐগী খোঞেল তাবদা "ঈমা!" হায়হুনা ঐগীনাক্ত হেক লাকখিবনি চাসিদি কৈদৌরে, লাক্তেনা? । ২৯ ॥ অভিমন্যু! ঈমাগী ঈবুঙো লাও, হায়। নংগী মামাশিংনা লালগী মওং শুভবার্ত্তা পুম্বা নহাক্কী শুভ সমাচরবু হংলি, লাউ, পাংদম্মু। ৩০ ॥ লালফমদা সুভদ্রাসিনা কপখি:— য়েক্কববু নৈহংওম্বা! হান্না মহোশাগুম্না লালগী রাপাউ পুম্বা তম্মো লাউ। ঈমানা সিয়োনা কপল্লাউনা হংলফাওবদা নংনা হৌজিক কাওবা রাঙাওদ্রিবা কবিগীনে ? ॥ ৩১ ॥ অসুম্না সুভদ্রাসিনা য়াম্না থম্মোয় শোক্কা কপ্লকপসিদা কুন্তীনা নীংথিজরবা রাহৈনা ভপ্পা ভপ্পা সুভদ্রা অসুম্না হায়খি:— ভদ্রে! বাসুদেব, সাত্যকি অমদি মপা অর্জুননা য়াম্না সুংশিনা থোংনা নৌনা য়োকপিরম্বা অকনবা অঙাং অদুবু কাল কৌবনা মাগী ধর্মগী মতুং ইন্না পুখ্রে। মাগী পুনশি লোইখ্রবনি। পুনশিনা লোইশিন্নরবদা অকনবা কনানা ভাকশেংনুনাস্ত খাম্বা ঙম্মোই ॥ ৩২-৩৩ ॥ যদুশাগৈদা পোকপী! যদুনন্দিনী! সুভদ্রা! কপকনু, তোক্লো পোক্লিবসে শিরুগে হায়না অশিবগী লোক (মর্ত্তালোক-মৃত্যুলোক) অসিদা লাক্লিবনি। নোংমদি নং ঐসে মৃত্যু কৌবা কাল মহাক্কা পুগ্রগদবনি। অদুনা রাম্ন, শোয়দনা থোক্করগদবগীদমক রাবা হৌনদে। ৩৪ ॥ ঈবেম্মা! থম্বাল লৈনামীত্তাতাবী! নচা অকনবদো, মহাত্মা ওইরবা কল্লবা ক্ষত্রিয়শিংগী শাগৈদা পোকখিবনি। মশক ফজরবা নিপাথোকপা থবকপু তাইবং সংসার লান্দযংদা থোদুনা উংলম্বা নচাগী অকনবা পোকপী! জগত্তা লেম্মনীঙায় ওইবী! নংগুম্বীনা রাবসে ঈকায় তৌগনু ॥ ৩ ॥ ঈবেম্মা! নমৌ ঈবেম্মা উত্তরা কৌবীসে মশা লুম্নবীনি। নমৌনা তৌরিবসে অমুক্তা হংগংনা য়েংঙু। মপুন্নোয়বা কান্নবগীহুম রাগদ্রা, মবুক্তা পুরিবা মচাগী ভারপুবগীহুম রাগদ্রা, নংগী নতৌবু উবগীহুম রাগদ্রা, তৌফম থওদ্রবগী নমৌসে অমুক্তা য়েংঙু। নচাদুগা চপ মান্নবা নশু অমা পোক্কদৌরি ॥ ৩৬ ।

এবমাশ্বাসয়িত্বৈনাং কুন্তী যদুকুলোদ্বহঃ। বিহায় শোকং দুর্ধর্ষং শ্রাদ্ধমস্য হ্যকল্পয়ৎ ॥ ৩৭ ॥
সমনুজ্ঞাপ্য ধর্মজ্ঞো রাজানং ভীমমেব চ। যমৌ যমোপমৌ চৈবদদৌ দানান্যনেকশঃ ॥ ৩৮ ॥
ততঃ প্রদায় বহ্বীর্গা ব্রাহ্মণায় যদূদ্বহঃ। সমাহৃষ্য তু বার্ষ্ণেয়ী বৈরাটীমব্রবীদিদম্ ॥ ৩৯ ॥
বৈরাটি নেহ সংতাপস্ত্বয়া কার্যো হ্যনিন্দিতে। ভর্তারং প্রতি সুশ্রোণি গর্ভস্থং রক্ষ বৈ শিশুম্ ॥ ৪০ ॥
এবমুক্ত্বা ততঃ কুন্তী বিররাম মহাদ্যুতে। তামনুজ্ঞাপ্য চৈবেমাং সমুপানয়ম্ ॥ ৪১ ॥
এবং স নিধনং প্রাপ্তো দৌহিত্রস্তব মানদ। সংতাপং ত্যজ দুর্ধর্ষ মা চ শোকে মনঃ কৃথাঃ ॥ ৪২ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনু গীতাপর্বণি বসুদেবসান্ত্বনে একষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ × ॥ × ॥ × ।

---

অড়না পিতাজী। ঈনম সতী কুন্তীনা অড়গা নীংখিবা বাহৈনা খেমজিল্লকপদা নেমথনথিহনা, অবাবা কোক্কুবরতুংদা কুন্তীনা অভিমন্যুগী শ্রাদ্ধকর্ম তৌননবগী নীংখিনা শেম শাহনখি। ॥ ৩৭ ॥ ধর্মরাজ যুধিষ্ঠির, অড়গা ভীমসেন অমদি যম অনীগী মতৌগুম কল্লবা (যমজ-কাইবোক) নকুল সহদেব মচান্মনাওদ মাখং পীড়না অভিমন্যুগী শ্রাদ্ধকর্মবু দানধর্ম মতীকচানা পাওখোকপ্রবনি ॥ ৩৮ ॥ মহু শাগৈগী লেমজনাওয় ওইরবা পিতাজী! ব্রাহ্মণশিংদা শম্বীশম্মাউ সিনা লুপা কয়া কয়া দান তৌপ্রবাতুংদা ঈনেম কুন্তীনা বিরাটরাজ কুমারী উত্তরাদা অস্তম্না হায়খি :— ॥ ৩৯ ॥ কম্বিগুম্বা হাবমদা নিন্দা তৌননীঙায নৈত্রবী। নশা লুম্নবীনা কপ লাকবা, বাবা তৌহৈদে, তৌগম। নবুজ্ঞা পুবিবা নচাসে মাগী মঙ্গল তৌনবহম খল্লু ॥ ৪০ ॥ অতুদগীদি পিতাজী। কুন্তীসি মথা তাখিত্রে। তুমিন্না খান তৌজুনা নৈখি। অতুগী তুংদা ঐনা সুভদ্রাবু পুহনা লাকচরিবসিনি ॥ ৪২ ॥ পিতাজী! অভিমন্যুনা লালকমদা তৌবনা থবক অড়গা মহাক্রা শিরবা তুংদা তৌহৌবা থবক অতু অমম্ভা রাত্তনা শম্না তমজরবসিনি। অড়না অবাবা পুপা থাদোকপিরো ॥ ৪১ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেবো সংহিতাদা আশ্বমেধিকপর্বদা অনুগীতাপর্বদা বসুদেব সান্ত্বনাদা হুস্কুমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ × ॥ × ।

# দ্বিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুমফুনীথোইশুবা অধ্যায়

(বসুদেবনা চিংবা যাদবশিংবুনা অভিমন্যুগী শ্রাদ্ধকর্ম তৌবা। ব্যাসনা অর্জুনবু অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌননবা য়াথং পীবা)

—(০)—

বৈশম্পায়ন উবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা তু পুত্রস্য বচঃ শূরাত্মজস্তদা। বিহায় শোকং ধর্মাত্মা দদৌ শ্রাদ্ধমনুত্তমম্ ।। ১ ।।
তথৈব বাসুদেবশ্চ স্বস্রীয়স্য মহাত্মনঃ। দয়িতস্য পিতুর্নিত্যমকরোদৌর্ধ্বদেহিম্ ।। ২ ।।
ষষ্টিং শতসহস্রানি ব্রাহ্মনানাং মহৌজসাম্। বিধিবৎ ভোজয়ামাস ভোজ্যংসর্বগুণান্বিতম্ ।। ৩ ।।
আচ্ছাদ্য চ মহাবাহুর্ধনতৃষ্ণামপানুদৎ। ব্রাহ্মণানাং তদা কৃষ্ণস্তদভূ লোমহর্ষণম্ ।। ৪ ।।
সুবর্ণংচৈব গাশ্চৈবশয়নাচ্ছাদনানি চ। দীয়মানং তদা বিপ্রা বর্ধতামিতি চাব্রুবন্ ।। ৫ ।।
বাসুদেবোঽথ দাশার্হো বলদেবঃ সসাত্যকিঃ। অভিমন্যোস্তদা শ্রাদ্ধমকুর্বন্সত্যকস্তদা ।। ৬ ।।
অতীবদুঃখসংতপ্তা নং শমং চোপলেভিরে। তথৈব পাণ্ডবা বীরা নগরে নাগসাহ্বয়ে ।। ৭ ।।

---

বৈশম্পায়ননা হায়ই:— মহারাজ জনমেজয়! মচা শ্রীকৃষ্ণগী চীন্দগী হায়দোরকপসি তাবদা শূরপুত্র বসুদেবসি আবাবা-নুংঙাইতনপুনা থাদোকখি। অভিমন্যুগীদমক শ্রাদ্ধ কর্ম পাঙথোক্না দান দক্ষিণা য়াম্না তৌখি ।১। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনসু মন্থাক ওইবা অচুগা বসুদেবগীসু অতোল অতাং ওইনা নুংশিজবা অভিমন্যুগীদমক শ্রাদ্ধ কর্ম নাংথিনা পাঙথোকখি ।২।। মহাত্মা তেজকল্লবা ব্রাহ্মণ লিশিংচাম। (লাখ) দা বিধিকায়দনা দক্ষিণাগা লোয়নননা ভোজন (ব্রহ্মভোজন) কৎখি ।। ৩ ।। মহাবাহু শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণশিংদা অকুপ্পীমতীক লন্থুম কৎখি, মাংদি লৈজবা লন্থুম পুম্নমক কথোকখিদুনা অমুক লন্থুম পান্নগী খোরাংবা লৈখিদে। মাসিগা তাবদা তুজুংবা পোকপা ঘটনা অমনি। ৪ । ব্রাহ্মণশিংনা সনা-সুপা মণিমুক্তা ফিরোল ফমুং ফাম্নং লোইনা পেম্না যংবদুদা চাওখৎপা নুংঙাইবগী মথক্তা চাওখৎপা নুংঙাইবা ফংবিয়ু হায়না আশীর্বাদ তৌখি-বর পীখি ।। ৫ ।। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ, বলদেব, সত্যক, অমগা সাত্যকি মখোয়না অভিমন্যুগী শ্রাদ্ধকর্ম তৌনখি ।৬। অভিমন্যুনা লৈখিদবসিনা য়াবনা থংশোয়নবা য়াখদে। অভিমন্যুগী মওংমতৌ য়াওঙশিং অদু হেক হেক নীংশিংঙকপদা হস্তিনাপুরগী কনাগী সুপী অতাং অমুক্রমন পূম্বা মপি তরং চেম্না শান্তি ফংনখিদে ।৭।।

নোপাগচ্ছন্ত বৈ শান্তিমভিমন্যুবিনাকৃতাঃ। সুবহূনি চ রাজেন্দ্র দিবসানি বিরাটজা ॥ ৮ ॥
নাভুঙ্ক্ত পতিদুঃখার্ত্তা তদভূৎকরুণং মহৎ। কুক্ষিস্থ এব তস্যাথ গর্ভো বৈ সম্প্রালীয়ত ॥ ৯ ॥
আজগাম ততো ব্যাসো জ্ঞাত্বা দিব্যেন চক্ষুষা। সমাগম্যাব্রবীৎ ধীমান পৃথাং পৃথুললোচনাম্ ॥ ১০ ॥
উত্তরাঞ্চ মহাতেজাঃ শোকঃ সন্ত্যজ্যতাময়ম্। ভবিষ্যতি মহাতেজাঃ পুত্রস্তব যশস্বিনি। ১১ ॥
প্রভাবাদ্বাসুদেবস্য মম ব্যাহরণাদপি। পাণ্ডবানাময়ং চান্তে পালয়িষ্যতি মেদিনীম্। ১২ ॥
ধনঞ্জয়ঞ্চ সম্প্রেক্ষ্য ধর্ম্মরাজস্য শৃণ্বতঃ। ব্যাসো বাক্যমুবাচেদং হর্ষয়ন্নিব ভারত ॥ ১৩ ॥
পৌত্রস্তব মহাভাগো জনিষ্যতি মহামনাঃ। পৃথ্বীং সাগরপর্য্যন্তাং পালয়িষ্যতি ধর্ম্মতঃ ॥ ১৪ ॥
তস্মাচ্ছোকং কুরুশ্রেষ্ঠ জহি ত্বমরিকর্শন। বিচার্য্যমত্র নহি তে সত্যমেতদ্ভবিষ্যতি। ১৫ ॥
যচ্চাপি বৃষ্ণিবীরেণ কৃষ্ণেন কুরুনন্দন। পুরোক্তং তৎ তথা ভাবি মা তেঽত্রাস্তু বিচারণা। ১৬।
বিবুধানাং গতো লোকানক্ষয়ানাত্মনির্জ্জিতান্। ন স শোচ্যস্ত্বয়া বীরো ন চান্যৈঃ কুরুভিস্তথা। ১৭।
এবং পিতামহেনোক্তং ধর্ম্মাত্মা স ধনঞ্জয়ঃ। ত্যক্ত্বা শোকং মহারাজ হৃষ্টরূপোঽভবত্তদা ॥ ১৮ ॥

---

নিংথৌ! জনমেজয়! বিরাট কুমারী উত্তরা অসি মপুরোয়বগী শোকনাংহনা ঙমিং কয়ানি চুপ্পা ময়াদা ঈশিং অমত্তা তাদনা চবা ছেনখি মাগী মতৌ উবদা মীপুম্বা য়েংহনা লৈবা ঙমখিদে। মহাক্কী অচুম্বা তৌবনকপসিদা গর্ভস্থংদা লৈরিবা অঙাং অমুমঙম ময়াং কংশিল্লকই। ৮–৯ ॥ তৌরিবা মওং অদু দিব্যদৃষ্টিনা উবরগা মহাতেজ কল্লবা বুদ্ধিমান মহর্ষি ব্যাস মফম অদুদা লেংলাকই। উত্তরাগী নাক্ত চংলগা পৃথানা অসুম্না হায়রকই :— মিচং চাউবী উত্তরা! নং শোক রাবসে থাদোকউ। নংগী নবুক্তা পুবিবা নচাসে তেজকল্লবা নচা নিপা অমা ওইগনি। ১০-১১ ॥ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী প্রভাব অমদি কৃপাদগী ঐগী আশীর্বাদতগী সম্পূর্ণ ভূখণ্ড ভারতখণ্ডসিগী সম্রাট্ ওইগনি ॥ ১২ ॥ নিংথৌ অদুগী তুংদা ব্যাসনা যুধিষ্ঠীরদা রা অসি তাহন্দুনা অর্জুন লোমদা য়েংহনা অসুম্না হায়রকই :— ॥ ১৩ ॥ কুরুবংশগী অথোইবা! য়াম্না মরাংবক ফবা য়াম্না হৈশিংবা নশুনিপা অমা পোক্কদৌরে। অসিদগী সমুদ্রন থাঙ্গবাং ওইনা লম মপুম পৃথিবীগী ধর্মকায়দনা শাসনতৌবা নিংথৌ অমা ওইদৌরি। অদুনা য়েক্লমা ঙম্বা! হৌজিক্কি অৱাবা থাদোক্লো। অতৈ অমা অমা খল্লগনু। হায়না হায়রিবসে শোয়দ্রবনি। লৈবাক্তা থুদম্মা শুবগুম্বনি ॥ ১৪-১৫ ॥ কুরুনন্দন! বৃষ্ণিবংশগী মহাবীর শ্রীকৃষ্ণনা মমাংদা হায়বিখিবপুম্বদো হৌজিক লোইনা থোক্কদৌরে। হৌজিক অতোপ্পা অৱাবা অমগী ৱাখল তৌরমু ॥ ১৬ ॥ মহাবীর! নচা অভিমন্যুদো অমাঙ অতা লৈত্রবা স্বর্গগী ঈশ্বর্য্য পুম্বা ফংহনা লৈরি। কুরুবংশগী মীপুম্নমক্তা ৱাবা মুংঙাইতবা অমুক পীরগনু ॥ ১৭ ॥ মহারাজ! জনমেজয়! মবুধৌ মহর্ষি শ্রীব্যাসগী ৱাসিতাবদা অর্জুন অসি অৱাবগী মহুত্তা ওন্থোক্না পেনবা হায়বদু ওইখি ॥ ১৮ ॥

পিতাপি তব ধর্মজ্ঞ গতে তস্মিন্ মহামতে অবর্ধত যথা কামং শুক্লপক্ষে যথাশশী ।১৯।
ততঃ সং চোদয়ামাস ব্যাসো ধর্মত্মজং নৃপম্ অশ্বমেধং প্রতি তদা ততঃসোহশ্বমেধং ।২০।
ধর্মরাজোহপি মেধাবী শ্রুত্বা ব্যাসস্য তংবচঃ। বিত্তস্যানয়নে তাত চকার গমনে মতিম্ ।।২১।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাংসংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতাপর্বণি বসুদেব সান্ত্বনে দ্বিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ।। × । × ।

---

ধর্মখঙলবা ! জনমেজয় ! মহাক্না নপাবুং পরীক্ষিৎ হায়বদা শুক্লপক্ষকী চন্দ্রমাগী মতৌ অম অনুসুম চাওখৎলকলে । ১৯।। অদুগী তুংদা ব্যাসনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌননবগী য়াথং পীখি অদুদগী ব্যাস অসি খংমা মাংখি মশক উখিদ্রে । ২০ ।। নিংথৌ ! ব্যাসনা হায়রম্বসি তাবদা বুদ্ধিমান্ ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা যজ্ঞগীদমক্তা লন্থুম লৌকনবা হিমাংদা রোংদা যাত্রা তৌখি ।। ২১ ।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা বসুদেব সন্ত্বনাদা হুমফুন থোইশুবা অধ্যায় লোইরে ।। × ।। × ।। × ।

# ত্রিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুমফু হুমদোইশুবা অধ্যায়

( যুধিষ্ঠীরনা মচীনগনাওশিংগা লোয়নদা ললখোন্না চংখিবা )

জনমেজয় উবাচ

শ্রুতৈতৎ ভবতা নং ব্রহ্মন্ ব্যাসেনোক্তং মহাত্মনা । অশ্বমেধং প্রতি তদা ভূয়ঃ প্রচকার হ । ১ ॥
রত্নংচ মরুত্তেন নিহিতং বসুধাতলে । তদবাপ কথংচেতি তন্মেব্রূহি দ্বিজোত্তম । ২ ॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

শ্রুত্বা দ্বৈপায়নবচো ধর্মরাজো যুধিষ্ঠীরঃ । ভ্রাতৄন্ সর্বান্ সমানায্য কালে বচনমব্রবীৎ ॥ ৩ ॥
অর্জুনং ভীমসেনঃ চ মাদ্রী পুত্রৌ যমাবপি । শ্রুতংবো বচনং বীরাঃ সৌহৃদাৎযন্মহাত্মানা ॥ ৪ ॥
কুরূনাং হিতকামেন প্রোক্তং কৃষ্ণেণধীমতা । তপোবৃদ্ধেন মহতা সুহৃদাং ভূতিমিচ্ছতা ॥ ৫ ॥
গুরুণা ধর্মশীলেন ব্যাসেনাদ্ভুত কর্মণা । ভীষ্মেন চ মহাপ্রাজ্ঞা গোবিন্দেনচধীমতা । ৬ ॥
সংস্মৃত্য তদহংসমাক্ কর্তুমিচ্ছামি পাণ্ডবাঃ । আয়ত্যাং চ তদাত্বে চ সর্বেষাংতদ্ধি নোহিতম্ । ।৭ ।

---

জনমেজয়না হংজি :— ব্রহ্মন্ ! মহাত্মা ব্যাসনা হায়রবস্বশিংহু তারবতুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠীরনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবগী মরমদা করি করি কর্ম তৌখিবগে ? নিংথৌ মরুত্তনা লৈম্লুংদা ফুমহনা থনম্বা ম'ণমুঙাশিংঙ করম হায়না লোকুবগে ? ব্রাহ্মণ ! মাসি পূম্নমক অসে শুগাইনা লীবিয় ॥ ১-২
বৈশম্পায়ননা হায় :— রাজন ! জনমেজয় ! ব্যাসজীনা হায়রম্বা ৱাশিংঙুগী মতুং ইন্না ধর্মরাজ যুধিষ্টিরনা মনাওশিং ভীম, অর্জুন, নকুল সহদেবব্ কৌশিল্লগা অস্তুম্না হায়রকই :— ॥ ৩ ॥ কল্লবা ঈনাওশা ! কুরুবংশগী কান্নবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা অমদি ব্যাসনা তাকপিরম্বশিংনা তাহৌরেদনা ॥ ৪ ॥ ঐখোয়বু নুংশিবিবা তপোবৃদ্ধ, মহাত্মা, গুরু, ব্যাসজীনা পোইনা কল্লবা ঈবুধৌ ভীষ্মনা অতুগা বুদ্ধিমান ওইরবা শ্রীগোবিন্দ কৃষ্ণনা তাকপিরম্বশিংদো অস্তুম নীংশিংকুবগা মখোয়না তাকপিরম্ব-শিংহুগী মতুং ইন্না ঐনা থবক তৌরে খল্লি। শিংলবা কল্লবা ঈপামা কুনা পোল্লম্বশা ! মহাত্মা-শিংহুনা তাকপিরম্বশিংদো ঐখোয়গী কান্নবগীদমক্তনি ! ভূত-ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান কাল অতুম্মক্তা কান্নবা ওাক্তনি ॥ ৫-৭ ॥ ব্রহ্মবাদী, মহাজ্ঞানী শ্রীব্যাসনা তাকপিরম্বশিংদো হয়েং ঐখোয়গী মতুং

অনুবন্দে চ কল্যাণং যৎবচো ব্রহ্মবাদিন । ইয়ং হি বসুধাসর্বাক্ষানরম্ভা কুরুদ্বহাঃ ॥ ৮ ॥
তচ্চাচষ্ট তদা ব্যাসো মরুত্তস্য ধনং নৃপাঃ । যদেতৎ বো বহুমতং সন্যধ্বংবা ক্ষমংযদি ॥ ৯ ॥
তথা যথাহত ধর্মেণ কথংবা ভীমমন্যসে । ইত্যুক্তবাক্যে নৃপতৌতদা কুরুকুলোদ্বহ ॥ ১০ ॥
ভীমসেনো নৃপশ্রেষ্ঠং প্রাঞ্জলি র্বাক্যমব্রবীৎ । রোচতে মেমহাবাহো যদিদং ভাষিতংত্বয়া । ১১ ॥
ব্যাসাখ্যাতস্য বিত্তস্য সমুপায়নং প্রতি । যদি তৎপ্রাপ্নুয়ামেহ ধনমাবিক্ষিতংপ্রভো ॥ ১২ ॥
কৃতমেব মহারাজ ভবেদিতি মতির্মম । তেবয়ং প্রনিপাতেন গিরীশস্য মহাত্মনঃ । ১৩ ॥
তদানয়াম ভদ্রং তে সমভ্যর্চ্য কপর্দিনম্ । তং বিত্তং দেবদেবেশংতৌস্যাবাম্নু চয়াংশ্চতান্ ॥ ১৪ ।
প্রসাদ্যার্থমবাপস্যামোনুনং বাগবুদ্ধিকর্মভিঃ । রক্ষন্তে যে চ তৎ দ্রব্যং কিঙ্করা রৌদ্রদর্শনাঃ ।১৫।
তেচ বশ্যা ভবিষ্যন্তি প্রসন্নে বৃষভধ্বজে ।
সাক্ষি দেবঃ প্রসন্নাত্মা তক্তানাং পরমেশ্বরঃ । দদাত্যমরতাং চাপি কিং পুনঃ কঞ্চনং প্রভুঃ ।
বনস্থস্য পুরা বিষ্ণোরস্ত্রং পাশুপতং মহৎ । রৌদ্রং ব্রহ্মাশিরশ্চাদাৎ ক্ব সন্নঃ কিং পুনর্ধনম্ ॥
বয়ং সর্বে চ তদ্ভক্তাঃসচাস্মাকং প্রসীদতি । তৎপ্রসাদাৎ বয়ংরাজ্যং প্রাপ্তাঃ কৌরবনন্দন ॥

---

ফাওবা কাম্লনবগী বা ভাক্লনি হৌজিক ঐখোয়গী খুত্তা লৈক্লোন খুদং অমফাওব লৈতে। লান্দা লোইনা তেংঙ্গে। মসিইত্থুনা মরুত্তনা লৈখ্রংদা থনপা লিশিংদু পোক্লনবগী উপায় তাকপিরম্মবনি ।৮। তাকপিরম্বগী মতু ইম্না ঐখোয়না হোৎনফম থোকই-হোৎনসি। অদুনা, হায়, অকনবা! ভীম! ঐনা হাযরিবা নংগী মত (মোৎ) কবিনো? নং করি হায়? ॥ ৯ ॥ জনমেজয়! কুরুশাগেগী লৈতে! মহারাজ যুধিষ্ঠীরনা হায়বকপাতু তারবদা কল্লবা ভীমনা খুৎজোম্নদুনা অদুম্না হায়রকই— ব্যাসনা তাকপিরম্বা পুথদো অদুগা য়াম্বুংনা তৌগে খনবিরিবদো ঐ য়াজরে তৌফম্মক থোকই ॥ ১০-১১ ॥ য়াম্বুং নিংথৌ! মরুত্তনা থনম্ব্ব ধন শিংদুবু ফংলবদি ঐখোয়না তৌগে খল্লিবসে, নোংথিনা পাঙথোকপা ভুম্নগান খল্লি। মাসি ননাইগী মতনি। ১২ ॥ য়াম্বুংগী মঙ্গল ওইসনু। সদাশিব শংকরগী চরণদা খুরুমজরগা স্তুতি তৌরগা জটাধারী পেনবাইবা মহাদেবগী আরাধনা তৌরগা ললশিংদু লৌরুশি ॥ ১৩ ॥ (জ্ঞানবুদ্ধিনা, হায়জবনা অবক্ক মহাদেববু অদুগা মাগী ভূতপ্রেত অনুচরশিংবু পেনহল্লগা ধনশিং লৌরুসি ॥ ১৪ ॥ অকিবগী মশকপুরবা যক্ষরক্ষকিন্নরশিংনা ললশিংদো চ্যোকশিন্না ভাকশেন্দুনা লৈরি অদুওইরবসু মহাদেববু পেনহল্লবদি লৌরুবা য়ানি ॥ ১৫ ॥ পেনবু পেনহল্লবদি সদাশিব মহাদেবসি ললগীদি হায়রুমু অমরত্ব (অমর ওইবা) ফাওবা পীথোকপনি। মমাইগী মহাদেবগা নমুরুবা অর্জুনবু পেননিদুনা পাশুপত খুংলায়ফাও ফাওবা পীবিরকখিবা অদুনি ॥ রৌদ্রাস্ত্র-ব্রহ্মাস্ত্র পুম্নমকসি মহাদেবনা পীবিকখিবা ভাক্লনি ॥ অদুনদি লম্পুম খর নিরুবদা পীবিরক্লোইদবসি কদায়দনো ॥ কৌরবনন্দন! ঐখোয়সে মাগী ভক্ত ভাক্লনি। ঐখোয়দা ঈপেন্তু পেন্দুনা মুংশিবিদুনা

অভিমন্যোর্বধে প্রাপ্তে জাতে ধনঞ্জয়ে। জয়দ্রথবধার্থায় স্বপ্নে লোকং গুরুং নিশি॥
প্রসাদাল্লব্ধবানস্ত্রমর্জুনঃ সহ কেশবঃ। ততঃ প্রভাতাং রজনীং ফাল্গুনস্যাগ্রতঃ প্রভুঃ॥
জঘান সৈন্যং শূলেন প্রত্যক্ষং সব্যসাচিনঃ। কস্তাং সেনাং মহারাজ মনসাপি প্রধর্ষয়েৎ॥
দ্রোণকর্ণমুখৈর্যুক্তাং মহেষ্বাসৈঃ প্রহারিভিঃ। ঋতে দেবান্মহেষ্বাসাৎ বহুরূপান্মহেশ্বরাৎ॥
তস্যৈব চ প্রসাদেন নিহতাঃ শত্রবস্তব। অশ্বমেধস্য সংসিদ্ধিং স তু সম্পাদয়িষ্যতি॥)

শ্রুত্বৈবং বদতস্তস্য বাক্যং ভীমস্য ভারত॥ ১৬॥

প্রীতো ধর্মাত্মজো রাজা বভবাতীব ভারত। অর্জুনপ্রমুখাশ্চাপি তথৈবোচুর্বচঃ॥ ১৭॥
কৃত্বা তু পাণ্ডবাঃ সর্বে রত্নাহরণনিশ্চয়ম্। সেনামাজ্ঞাপয়ামাসুর্নক্ষত্রেঽহনি চ ধ্রুবে॥ ১৮॥
ততো যযুঃ পাণ্ডুসুতা ব্রাহ্মণান্ স্বস্তিবাচ্য চ। অর্চয়িত্বা সুরশ্রেষ্ঠং পূর্বমেব মহেশ্বরম্॥ ১৯॥
মোদকৈঃ পায়সেনাথ মাংসাপূপৈস্তথৈব চ। আশাস্য চ মহাত্মানং প্রযযুর্মুদিতা ভৃশম্॥ ২০॥
তেষাং প্রয়াস্যতাং তত্র মঙ্গলানি শুভান্যথ। প্রাহুঃ প্রহৃষ্টমনসো দ্বিজাগ্র্যা নাগরাশ্চ তে॥ ২১॥
ততঃ প্রদক্ষিণীকৃত্য শিরোভিঃ প্রণিপত্য চ। ব্রাহ্মণানগ্নিসহিতান্ প্রযযুঃ পাণ্ডুনন্দনাঃ॥ ২২॥
সমনুজ্ঞাপ্য রাজানং পুত্রশোকসমাহতম্। ধৃতরাষ্ট্রং সভার্য্যং বৈ পৃথাং চ পৃথুলোচনাম্॥ ২৩॥

---

লৈরিবনি। মাগী কৃপাদগী ঐখোয়না রাজা ফংজরিবনি। অভিমন্যু হাৎপ্রবদা অর্জুন জয়দ্রথ হাংকনি হায়না রাশকখিবনি। অর্জুননা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা চত্তুনা হায়জফবদা জয়দ্রথ হাংননবা দিব্যাস্ত্র ফংখিবনি॥ নোংখিনবু শায়জকরবদি অর্জুননা থুংলায় ত্রিশূলফাওবা ফংহুনা য়েক্লবা হাত্তুনা রাশক থৃংখিবনি॥ মহারাজ! দ্রোণাচার্য্য কর্ণনচিংবা কল্লবশিংবু অর্জুননা পাশুপত কৌবা মহাদেবনা পীবিখিবা থুংলায়হুনা হাংখিবনি, ঙমখিবনি। মহাদেবগী কৃপা নত্তুনা অতোপ্পা কনানা মখোয়শিংহুবু মঙদা ফাওবা হাংপা ঙমগদগে॥) জনমেজয়! ভীমগী বাসি তাবদা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠীরসি ওন্থোক্না পেনখি। অর্জুননচিংবা অতৈনসু ভীমগী মত অদু অচুম্বমক্কি হায়না য়ানখি॥৩২-৩৩॥ অসুম তৌনা রা পূম্বা লেপ্পরগা পাণ্ডবশিংনা হিমালয় তান্না চত্তুনা রত্নশিং অদু লৌরুনবা-যাত্রাগী শেমশাবা লোইখ্রে॥ ১৮॥ অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণশিংবু স্বস্তিবাচন-মঙ্গল বাচন তৌহল্লগা অদুদগী শিবপূজা তৌরগা অথুম অহাউ উহৈ বাহৈ পুম্নমক্না শিবপূজা তৌরগা আশীর্বাদ পুম্বা ফংলবা তুংদা মথায় হৌরাউনা পাণ্ডবশিংসি যাত্রা তৌখি।১৯-২০॥ যাত্রা তৌরকপা মতমসিদা জ্ঞানী ব্রাহ্মণশিংবু পেলহন্দুনা আশীর্বাদ ফংহুনা ব্রাহ্মণশিংহুবু মঙ্গলাচরণ বেদপাঠনচিংবা তৌহনখি। লৈরিবা মম্বামদু য়েংলোইননা কোম্বরম্লগা মকোক নোন্না খুরুম্লগা খোঙশানখি॥ ২২॥ খোঙশান্নিঙৈগী মাঙদা ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, কুন্তীদা চরণ শোক্না খুরুমখি, ঐখোয় চচ্চখিবা য়ারগদ্রা হায়না বিদায় য়াথং লৌখি॥ ২৩॥ পাণ্ডবশিং অদুনা মখোয়গী শাগৈগী খাইগী মরু, ধৃতরাষ্ট্র

প্যালৈ নিবিবিশুঃ কৌরব্যস্য যুযুৎসুং ধৃতরাষ্ট্রজম্। সম্পূজ্যমানাঃ পৌরৈশ্চ ব্রাহ্মণৈশ্চ মনীষিভিঃ ॥ ২৪ ॥
( প্রহৃষ্টাঃ পাণ্ডবা বীরা নিবসন্তঃ শুচিব্রতাঃ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্বনি দ্রব্যানয়ানোক্রমে ত্রিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ।

---

পাণ্ডবশিং কুন্তীগী নাচা। ধৃতরাষ্ট্রগী মচা অতোপ্পা যুযুৎসু ভাকশেন
ময়াম তিল্লরিবশিং অহুদগী নীংথিনা বিদায় পৌরগা চৎথি। ২৪ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতাপর্বদা "দ্রব্যানয়নোপক্রম" ( পোৎচলশু মথীবা ) গী হুমফু হুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে। X ।

---

## চতুঃ ষষ্টিতমোহধ্যায়ঃ।

### হুমফু মরিশুবা অধ্যায়

( পাণ্ডবশিংনা হিমালয় চীংখোঙ্দা ডম্বুর খম্বুনা মাতুগী মঙ্গংদা অহিংচুপ্পা উপবাস তৌবগীনা লৈবা )

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততস্তে প্রযযুর্হৃষ্টাঃ প্রহৃষ্টনরবাহনাঃ। রথঘোষেণ মহতা পুরয়ন্তো বসুন্ধরাম্ ॥১॥

সংস্তূয়মানাঃ স্তুতিভিঃ সূতমাগধবন্দিভিঃ। স্বেন সৈন্যেন সংবীতা যথাদিত্যাঃ স্বরশ্মিভিঃ ॥২॥

পাণ্ডুরেনাতপত্রেণ ধ্রিয়মানেন মূর্দ্ধনি। বভৌ যুধিষ্ঠিরস্তত্র পৌর্ণমাস্যামিবোড়ুরাট্ ॥৩॥

জয়াশিষঃ প্রহৃষ্টানাং নরাণাংপথিপাণ্ডবঃ।
পত্যগৃহ্ণাৎ যথান্যায়ং যথাবৎ পুরুষর্ষভঃ ॥৪॥
তথৈব সৈনিকা রাজন্ রাজানমনু যান্তি যে।
তেষাংহলহলাশব্দো দিবং স্তব্ধ্বা ব্যতিষ্ঠত ॥৫॥

—:( 0 ):—

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ, জনমেজয়! পাণ্ডবশিংনা পুবা মী, খোঙমী-লাম্মী, শগোল শামু রথ, উট ময়ামদো য়াম্ম হরাউনা অরাবা করিমত খঙদনা মুংঙাইনা চৎখি। হরাউ মুংঙাইবগী খোল্লাউ খোঞ্জেল্না পৃথিবী মাতা ফাওবা জংবা শকপা ম্লাওহনবহুমণ্ডায় ॥১॥ সূত-মাগধ-বন্দী (বীণান-চীংবা খোংবা-শকপা, লৈশি লৈথোনব হৈব ভাটকবি) শিংনা নিংথৌগী গুণগান তৌরুনা হরাউনা অবাব খঙদনা চৎলি। ময়ামসিনা কোয়শিন্না চৎপদু মশেক মঙাল মপেনা পুমকোয় কোয়শিনবা স্ূর্য্যদেবগুম্মি ॥২॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী কোকথক্তা অঙৌবা ছত্র (পে) থাল্লি। মায়ুম তৌরকপদুদা যুধিষ্ঠিরগী মায়থোংদু পূর্ণিমা থাজগী মতৌগুম নীংথিজখি ॥৩॥ লম্বীদা মী মপে মপে থোরক্লুনা নিংথৌগী কোকথক্তা লৈ খুজোক খুজোক চাইশিনখি. মঙ্গল ওইবিয়ু হায়না মঙ্গলাশীর্বাদ তৌখি। ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা খুংলোম্মনা কোক নোম্মা ময়াম্গু হরাউ হয়াউ ওকখি ময়ামগী কৃপানি হায়ন হায়না চংখি। ৪॥ নিংথৌ জনমেজয়! যুধিষ্ঠিরগী তুং ইন্নরক্লিবা লাম্মীশিংদুনা জয়কারধ্বনি লাউনরকপদুগী প্রতিধ্বনিনা আকাশ লৈথানীমক শীনথুংনা জংখি ॥৫॥

সরাংসি সরিতশ্চৈ বনান্যুপবনানি চ। অত্যাক্রামন্মহারাজো গিরিং চাপ্যনুপশ্যত ॥৬॥
তস্মিন্‌দেশে চ রাজেন্দ্র যত্র তৎত্রব্যমুত্তমম্। চক্রে নিবেশনং রাজা পাণ্ডবঃসহ সৈনিকৈঃ।
শিবে দেশে সমে চৈব তদা ভরতসত্তম ॥৭॥
অগ্রতোব্রাহ্মণান্ কৃত্বা তপোবিদ্যাদমান্বিতান্ পুরোহিতং চ কৌরব্য বেদ বেদাঙ্গপারগম্।
আগ্নিবেশ্যং চ রাজনো ব্রাহ্মণাঃ সপুরোধমঃ ॥৮॥
কৃত্বা যথান্যায়ং সর্বশঃ পর্যবারয়ন্। কৃত্বা তু মধ্যে রাজানমমত্যাংশ্চ যথাবিধি ॥৯॥
ষট্‌পদং নবসংখ্যানং নিবেশং চক্রিরেদ্বিজাঃ। মত্তানাং বারনেন্দ্রানাং নিবেশং চ যথাবিধি ॥১০॥
কারয়িত্বা স রাজেন্দ্রো ব্রাহ্মণানিদমব্রবীৎ। অস্মিন্‌ কার্য্যে দ্বিজশ্রেষ্ঠানক্ষত্রে দিবসেশুভে ॥১১॥
যথা ভবন্তো মন্যন্তে কর্ত্তুমর্হন্তি তৎতথা। ন নঃ কালাত্যযো বৈ স্যাদিহৈব পরিলম্বতাম্ ॥১২॥
ইতিনিশ্চিত্য বিপেন্দ্রাঃ ক্রিয়তাং বদনন্তরম্ শ্রুত্বৈৎ বচনং রাজ্ঞো ব্রাহ্মণাঃ যপুরোধসঃ।
ইদমূচুর্বচো হৃষ্টা ধর্মরাবজ প্রিয়ে প্সবঃ ॥১৩।
অদ্যৈব নক্ষত্রমহশ্চ পুণ্যং যতামহেশ্রেষ্ঠতমক্রিয়াস্ম।
অম্ভোভিরদ্যেহ বসামবাজন্নুপোষা তাংচা মহন্তিরদ্য ॥১৪॥

রাজন্। নিংথৌ! জনমেজয়! চীংমান তুরেল বন উপবন কয়া কয়া লাহোন্তুনা যুধিষ্ঠিরনা থুংলবন মফম অসি মরুত্তনা সেন থুম ফুমহনা থনম্নিবা মফমহূমমক্তদা থোক্লবে ॥৬॥ কুরুবংশগী অথোইবা নিংথৌ! জনমেজয়! খুংঙাইরবা, ফজরবা, লৈতেম মীন্নবা, মফমহূদা বিদ্যা অমদি ইন্দ্রিয়সংযমদা চঙখোল্লবা ব্রাহ্মণশিংনা বিদ্বান রাজপুরোহিত ধৌম্যাচার্য্যনা মাঙ থানা লাকতুনা তম্বুর থল্লহনা চনীং তানা পোথাদুনা লৈখি। জ্ঞানী মন্ত্রিশিংনা যুধিষ্ঠিরবু পূমকোয় কোয়শিন্দুনা লৈখি ॥৭-৯॥ ব্রাহ্মণশিংনা বিধিনিয়ম কায়দনা নোংপোকলোমদগী লোংচুপ, অরাংলোমদগী মথাপাংনা চৎননবগী লম্বী ফাত্তুনা শেম্নকপা লম্বীশিংসিনা লৈতেংলবা তম্বুরশংশিংহুন্ন থগু মাপল থোক্লা লৈখি যুধিষ্ঠিরগী তোতোপ শেম্না নীংথিজনবা তম্বুর অম্নুংদা ঙান্তোইরিবা যুধিষ্ঠিরনা অকোয়বদা ফমলিবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংহুদা অসুম্না হায়রকই:— ॥১০॥ অথোইবা, ব্রাহ্মণশিং পুম্নমক! করম্বা শুভলগ্নদ, শুভনক্ষত্রদা থবক অসি হৌগংনবহু তাকপিরো। মফম অসিদা মতম কুইনা চোম্থহনা লৈবগী থোইদোক্লা কান্নবা (দরকার) লৈতে ॥১১-১২॥ ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী বাসি তাবদা, নিংথৌ মাগী কান্নবতখল্লবা ব্রাহ্মণশিং অদুগা পুরোহিতকা লোয়ননা অসুম্না হায়রকই ॥১৩॥ নিংথৌ! ঙসিমক ওস্তোক্লা পবিত্র ওইরবা নক্ষত্রনা তিল্লবা শুভলগ্ন হায়বহ ওইরে। অদুনা, ঙসিমক থবক পায়খৎনবা হোৎনফম থোকই। ঙসিদি ঐথোয়মসু ঈশিংতা থক্তুনা লেনগনি। অদুগা পাণ্ডবশিংসু উপবাস তৌবিগদবনি ॥১৪॥

শ্রুত্বাতু তেষাং দ্বিজসত্তমথনাং কৃতোপবাসা রজনীং নরেন্দ্রাঃ ।
উষুঃ প্রতীতাঃ কুশসংস্তরেষু যথাধ্বরে প্রজ্বালতা হুতাশাঃ ।১৫।।
ততো নিশা সা ব্যগমন্মহাত্মনাং সংশৃন্বতাং বিপ্রসমীতিরা গিরঃ ।
ততঃ প্রভাতে বিমলে দ্বিজর্ষভা বচো ব্রুবন্ ধর্মসুতং নরাধিপম্ ।।১৬।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতা,পর্বনি দ্রব্যানয়নোপক্রমে চতুঃষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ।। × ।। × ।। × ।।

---

ব্রাহ্মণশিংগী ৱাসি তাবদা পাণ্ডবশিংহু উপবাস তৌদুনা (চরা চেন্দুনা) কুশ্নগী ফক্তা (কুশাসনদা) ফমদুনা হুহাক্তং পোথাখি। পঞ্চ পাণ্ডবশিংনা তৌরিবহু য়েংবদা যজ্ঞমণ্ডপমনুংদা বেদি মথাদা থাগৎলকপা পঞ্চাগ্নিগী মতৌ মাল্লি ।।১৫।। অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণশিংনা তাকপদুগী মতুং ইঙ্গা অহিং অদুমা তেক্ত কায়দনা মুংঙাইনা পোথারগা, মুমিৎনা তরং তরং হাইদোক্রমদাই ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা চৌগত্তুনা ব্রাহ্মণশিংনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই ।।১৬।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিকপর্বদা অনুগীতা পর্বদা দ্রব্যাণয়নো পক্রমদা (দ্রব্যথিবগী হোৎনরকপদা) হুম্ফুমরিশুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# পঞ্চষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ।

## ছুম্ফু মঙাশুবা অধ্যায়

( ব্রাহ্মণশিংনা তাকপা মতুং ইন্না ভগবান্ সদাশিবগী পূজা তৌবা। লম্ফুম্ মঙাম্বু তৌথায়দুনা থিরকপা )

---

ব্রাহ্মণ উবাচ

ক্রিয়তামুপহারোঽদ্য ত্র্যম্বকস্য মহাত্মনঃ। দত্ত্বোপহারং নৃপতে ততঃ স্বার্থং যতামহে ॥ ১ ॥
শ্রুত্বা তু বচনং তেষাং ব্রাহ্মণানাং যুধিষ্ঠিরঃ। গিরীশস্য যথান্যায়মুপাহারমুপাহরৎ ॥২॥
আজ্যেন তর্পয়িত্বাগ্নিং বিধিবৎসংস্কৃতেন চ। মন্ত্রসিদ্ধং চরুং কৃত্বা পুরোধাঃস যযৌ তদা ॥৩॥
স গৃহীত্বা সুমনসো মন্ত্রপূতা জনাধিপ। মোদকৈঃ পায়সেনাথ মাংসৈশ্চোপাহরৎবলিম্ ॥৪॥
সুমনোভিশ্চ চিত্রাভির্লাজৈরুচ্চাবচৈরপি। সর্বং স্বিষ্টমং কৃত্বা বিধিবৎ বেদপারগঃ ॥৫॥
কিংকরাণাং ততঃ পশ্চাচ্চকার বলিমুত্তমম্। যক্ষেন্দ্রায় কুবেরায় মণিভদ্রায় চৈবহ ॥৬॥
যথার্হেষাং চ যক্ষাণাং ভূতানাং পতয়শ্চ যে। কৃসরেণ চ মাংসেন নিবাপৈ স্তিলসংযুতৈঃ ॥৭॥

—:( 0 ):—

ব্রাহ্মণনা হায়:— মহারাজ! হৌজিক পরমাত্মা ভগবান শঙ্করগী পূজা হৌবিরো। পূজা লোইরবা তুংদা, ঐখোয়না তৌগদবা থবকসি তৌবা হৌরসি ॥১॥ ব্রাহ্মণশিংগী ৱা তাবদা যুধিষ্ঠিরনা ভগবান শঙ্করগী পূজা তৌবা হৌরকই। বিধি কায়দনা নৈবেদ্য কৎলি ॥২॥ অদুগী তুংদা, পুরোহিতনা বিধি কায়দনা সংস্কার তৌরবা (শেংদোক্লবা) ঘৃত (ঘী) না অগ্নিদেববু পেল-হন্দুনা মন্ত্রনা সিদ্ধ তৌরবা চরু শেম্মি। অদুগী তুংদা শেম্লিবা চরু অদু কৎলুনবা দেবতাগী নাক্তা চৎখি ॥৩॥ নিংথৌ! মন্ত্রনা শেংদোক্লবা লৈথুজোক পায়দুনা অথুম-অহাক্ত খীর, তোঙাল তোঙানবা মচু মনমগী লৈশিংনা, তোঙাল তোঙানবা পূজাদ্রব্য (সামগ্রী) না উপহার কৎখি ॥৪। বেদবেদাঙ্গ পূন্না হৈরবা বিদ্বান ওইরবা রাজপুরোহিতনা দেবতাশিং (পঞ্চদেবতা) গী পূজা তৌরগা ভগবান শ্রীশঙ্কর পার্ষদশিংগী (খোঙলোয়শিংগী) দমক বলিদান তৌখি ॥৫। অদুগী তুংদা যক্ষরাজ কুবেরগী, মনিভদ্রগী, অতোপ অতোপ্পা যক্ষশিংগী মহাদেবগী খোঙলোয় ভূতপ্রেতশিংগী খিচড়ী (খেচ্রী) উহৈ-থাহৈ চেং খোইদিংনচিবা মথং মথং কৎখি। তিলাঞ্জলি জলাঞ্জলিনা পূজা তৌখি। ৬-৭॥

ও দনাং কুণ্ডলাঃ কুণ্ডাপুংকোধাঃ মঞ্জুপাখ্যকং। ত্রয়াপেভ্যঃ মহত্রাবিগাবাং দত্তা চ ভূমিপঃ ॥৮॥
নক্তংচরাণাঞ্চ ভূতানাং ব্যাদিদেশ বলিং সদা। ধূপগন্ধানিরুদ্ধং তৎ সুমনশ্চোজ্জ্বিতং সংবৃতম্ ॥৯॥
শুশুভে স্থানমত্যর্থং দেবস্য পার্থিব। কৃত্বা পূজাং তু রুদ্রস্য গণানাং চৈব সর্বশঃ ॥১০॥
যযৌ ব্যাসং পুরস্কৃত্য নৃপো রত্ননিধিং প্রতি। পূজয়িত্বা ধনাধ্যক্ষং প্রণিপত্যাভিবাদ্য চ ॥১১॥
সুমনোভিঃ বিচিত্রাভিরপূপৈঃ কৃশরেণ চ। শঙ্খাদীংশ্চ নিধীন্ সর্বান্ নিধ পালাংশ্চ সর্বশঃ ॥১২॥
অর্চয়িত্বা দ্বিজাগ্র্যান্ স স্বস্তিবাচ্য চ বীর্যবান্। তেষাং পুণ্যাহ ঘোষেণ তেজসা সমবস্থিতঃ ॥১৩॥
প্রীতিমান্ স কুরু শ্রেষ্ঠঃ খানয়ামাস তং ধনম্। ততঃ সকারকা বহুরূপা মনোরমাঃ ॥১৪॥
ভৃঙ্গারাণি কটাহানি কলশান্ বর্ধমানকান্। বর্ধমানকান্ বহুনি চ বিচিত্রাণি সহস্রশঃ ॥১৫॥

উদ্ধারয়ামাস তদা ধর্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ।
তেষাং রক্ষণমপ্যাসীন্মহান্ করপুটস্তথা ॥১৬॥
নদ্ধং চ ভাজনং রাজংস্তুলার্ধমভবন্নৃপ।
বহনং পাণ্ডুপুত্রস্য তত্রাসীত্তু বিশাম্পতে ॥১৭॥

---

অদুগী তুংদা পুরোহিতনা চহু কয়া কয়া চাক শীক শীক হাপ্তুনা বলি কংখি। পূজাসি লোইরবা তুংদা নিংথৌনা ব্রাহ্মণশিংদা গোদান তৌখি। নিশাচরী অহিং-চুমিদাংদা কোয়চং চংশী চেলোই ভারোইদা ভূতবলি দদন তৌখি॥৮॥ মহারাজ! দেবাধিদেব মহাদেবগী স্থান অদো ধূপথাইনৈগী, হৈ-কৈ পুষ্পমঙ্গী মুংশিরবা মনমনা শীনথুংখি ॥৯॥ মতৌ অদুগা ভগবান শঙ্করগী অমুপা, শিবজীগী খোঙলোয়শিংগী পূজা লোইরবা তুংদা মহর্ষি ব্যাসনা মাঙ থারদুনা মণিমুক্তা মথাপেনা থম্না লৈরবা মফম অদুদা নিংথৌ যুধিষ্ঠির অসি লাকই॥১০॥ মফম অদু ভাগ্না লাকপা পূজাদ্রব্য মথল মখা অয়াম্বনা ধনপতি কুবেরগী পূজা বিধি কায়দনা তৌখি। কোক নোম্না খুং লোয়দুনা খুরুমখি। অদুগী তুংদা শঙ্খনচিংবা নিধিশিংগী অদুগা নিধিপতিশিংগী সেবা পূজা তৌখি। অদুগী ব্রাহ্মণশিংগী পূজা তৌদুনা স্বস্তিবাচন পুন্যাহবাচন তৌহল্লবা লম্থুম লৈকমজু তৌথায়দুনা থিবা হৌখি ।১১-১৩॥ থয় তৌথায়দুনা থিরকপা মঙমসিদা মথল-মখা অয়াম্বা য়েংবদা ওয়বা সনা মণি মুক্তাতনা শন্না হাপ্লবা চফুশিংদু থেংনখি। মথং মথং অমুম হোগায়রদুনা থিরকপা চফু, থাং, যুবী থুজাই, কোয়কুনচিংবা মওং মথলগী পাত্রশিং অদু থেংনয়কই। হায়রিবা পাত্রশিং অদু মণিমুক্তা জাং জাংনা শীক শীক থম্না হাম্না ভাক্তনি॥১৪-১৫॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা হয়াও মুংঙাইবগা মথং মথং তৌথায়দুনা থিহল্লকই। চফুনচিংবত নত্তনা সন্দুকউফু (ক্রুংউপু) মথং মথং থেংনয়কই॥১৬॥ থেংনরিবাশিংদু মথল মথলগী মনিমুক্তা তনা থম্না হাম্না য়োংকী উপুশিংগী ভার অদুদগী তংখাই তংখাই তানা লুপ্পবা সনা লুপাগী ভারনি। মখোয়শিংদু হোম্নবা রথ, শগোল, উটনচিবা বহন কয়া কয়া মফম অদু তনাম্না য়ৌরকই॥১৭॥

ষষ্টিকষ্ট সহস্রাণি শতানি দ্বিগুণা হয়াঃ। বারনাশ্চ মহারাজ সহস্র শতসম্মিতাঃ ॥১৮॥
শকটানি রথাশ্চৈব তাবদেব করেণবঃ। খরাণাং পুরুষাণাং চ পরিসংখ্যা নবিদ্যতে ॥১৯॥
এতৎ বিত্তং তদভবৎ যদুদ্দধ্রে যুধিষ্ঠীরঃ। ষোড়শাষ্টৌ চতুর্বিংশৎসহস্রংভারলক্ষণম্ ॥২০॥
এতেষাদায় তৎদ্রব্যং পুণরভ্যর্চ্য পাণ্ডবঃ। মহাদেবংপ্রতিযযৌ পুরং নাগাহ্বয়ংপ্রতি ॥২১॥
দ্বৈপায়নাভ্যনুজ্ঞাতঃ পুরস্কৃত্য পুরোহিতম্। গোযুতে গোযুতে চৈব ন্যবসৎপুরুষর্ষভঃ ॥২২॥
সা পুরাভিমুখাবাজন্নবাহ মহতী চমূঃ। কৃচ্ছ্রাৎ দ্রবিণভারার্ত্তা হর্ষয়ন্তীকুরুদ্বহান্ ॥২৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকে পর্বণি অনুগীতাপর্বণি দ্রব্যানয়নে পঞ্চষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ X ॥

---

নিংথৌ! মফম অদুদা য়ৌরক্লিবা বাহনশিং অসু ওন্থোক্লা য়ামখি। উঁট লিশিং হুম্ফু শগোল কোটি অমগা লখাকুন, শামু লাখা অমা, রথ (গাড়ী) লাখা অম, উটনাচিংবা গাড়ী, শগোমাচিংবা গাড়ী গাধা-লোলাননিংবা গাড়ী জাৎ কয়া কয়ানি। মকোক্তা হোনবা মনংগন্দা পো পোম্বনা পুবা খোঙমীশিংগীদি মশীং থীবা ঙম্ব নংখিদে ॥১৮-১৯॥ অদুনা পুন্না পাশিন্নবদি কোটি তরাতরুক, লখা নিপাল, লিশিং কুম্মরি য়োমনি। পুন্নমকক্তু পুরকুনা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠীরনা অমুক হন্না মহাদেবগী পূজা তৌখি। ব্যাসগী য়াথং মতুং ইন্না রাজপুরোহিত ধৌমাচার্য্যনা মাঙ থাদুনা হস্তিনাপুররোমদা খোঙশাল্লকখি ॥২০-২১॥ রাজন! জনমেজয়! পুরক্লিবা মন্নামহুনা থম্মখিবা লুম্নবখিবদগী য়ুথক অনী অনীরোম চৎলগা মীয়ামস্থ অমুমুক পোথাই। ফনা য়াম্না রাঙুনস্থ যুধিষ্ঠিরগী পেম্নবগীদমক্তা অয়াবগী খুদম কন্নিমত উত্তনা হস্তিনাপুর কোম্বং তম্না লাকখি ॥২২-২৩॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা দ্রব্যানয়নগী হুম্ফু মঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ॥ X।

---

# ষট্ষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

## তুল্প্তরুক্তুবা অধ্যায়ঃ

( শ্রীকৃষ্ণনা হস্তিনাপুরদা লাকপা উত্তরাগী গর্ভদগী শিনা
তারকপা অভাংবু চিংঙনাবিয় হায়না কুন্তীনা হায়জবা )

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

এতস্মিন্নেব কালে তু বাসুদেবোঽপি বীর্য্যবান্। উপায়াৎ বৃষ্ণিভিঃ সার্ধং পুরং বারণসাহ্বয়ম্ ॥ ১ ॥
সময়ং বাজিমেধস্য বিদিত্বা পুরুষর্ষভঃ। যথোক্তো ধর্মপুত্রেণ প্রব্রজন্ স্বপুরীং প্রতি ॥ ২ ॥
রৌক্মিণেয়েন সহিতো যুযুধানেন চৈব হ। চারুদেষ্ণেন সাম্বেন গদেন কৃতবর্মণা ॥ ৩ ॥
সারণেন চ বীরেণ নিশঠেনোল্মুকেন চ। বলদেবং পুরস্কৃত্য সুভদ্রাসহিতস্তদা ॥ ৪ ॥
দ্রৌপদীমুত্তরাং চৈব পৃথাং চাপ্যবলোককঃ। সমাশ্বাসয়িতুং চাপি ক্ষত্রিয়া নিহতেশ্বরাঃ ॥ ৫ ॥
তানাগতান্ সমীক্ষ্যৈব ধৃতরাষ্ট্রো মহীপতিঃ। প্রত্যগৃহ্ণাৎ যথান্যায়ং বিদুরশ্চ মহামনাঃ ॥ ৬ ॥
তত্রৈবাবসৎ কৃষ্ণঃ স্বর্চিতঃ পুরুষোত্তমঃ। বিদুরেণ মহাতেজাস্তথৈব চ যুযুৎসুনা ॥ ৭ ॥
বসৎসু বৃষ্ণিবীরেষু তত্রাথ জনমেজয়। জজ্ঞে তব পিতা রাজন্ পরীক্ষিৎ পরবীরহা ॥ ৮ ॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়:— জনমেজয়! মরক অসিদা, পরমপরাক্রমী ওইবা শ্রীকৃষ্ণস্ বৃষ্ণিবংশ মীয়ামগা হস্তিনাপুরদা লাকখি ॥ ১ ॥ অমুক্তং দ্বারকাদা চৎলমদাইদা ধর্মপুত্র যুধিষ্ঠিরনা হায়খিবা বাহুগী মতুং ইন্না অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতম অদু যৌশিন্নরক্লে হায়বসি খঙলগা পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণনা অমা হস্তিনাপুরদা লাক্না থুংশ্রবনি ॥ ২ ॥ শ্রীকৃষ্ণনা লাকপদা রুক্মিনীনন্দন প্রদ্যুম্ন, সাত্যকি, চারুদেষ্ণ সাম্ব, গদ, কৃতবর্ম, সারণ, কল্লবা নিশঠ অমসুং উল্মুক মখোয়সু মাওয়ককই ॥ ৩ ॥ বলদেবকী মাওথাংনা সুভদ্রাসু লাকখি। মখোয়না লাকপগী মরমদি, দ্রৌপদী, উত্তরা অমসুং কুন্তীপা উমবনি মপুরোয়বা লান্দা শিশ্রবগী অরানা কোকলুনবা থেমজিনবা অমুদীদমক্কনি ॥ ৪-৫ ॥ মখোয়সি লাকই হায়বা তাবদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র অমসুং পুকচেল চাউরবা বিদুর অনীমসি মুক হৌগত্না লাক্লিবশিং অমুবু তরাম তরাম্না ওকখি মাপত্ত তৌখি ॥ ৬ ॥ বিদুর যুযুৎসু অনীনা নীংখিনা সেবা পুজা তৌনা পোলবা শ্রীকৃষ্ণসি হস্তিনাপুরদা হায়দগী লৈশ্রবনি ॥ ৭ ॥ জনমেজয়! মখোয়না লাক্লা লৈরিবদা নপাবুং অকনবা পরীক্ষিৎ অদু পোকখিবনি ॥ ৮ ॥ মহারাজ! হেক পোক্পা মতমদা পরিক্ষিৎ অসি

সন্তুরাজা মহারাজ ব্রহ্মাস্ত্রেণাবপীড়িতঃ। শবো বভূব নিশ্চেষ্টো হর্ষশোকবিবর্ধনঃ ॥ ৯ ॥
হৃষ্টানাং সিংহনাদেন জনানাং তত্র নিঃস্বনঃ। প্রবিশ্য প্রদিশঃ সর্বাঃ পুনরেবব্যুপারমৎ ॥ ১০ ॥
ততঃ সোঽতিত্বরঃ কৃষ্ণো বিবেশান্তঃ পুরং তদা যুযুধানদ্বিতীয়ো বৈ ব্যথিতেন্দ্রিয়মানসঃ ॥ ১১ ॥
ততস্ত্বরিতমায়ান্তীং দদর্শ স্বাং পিতৃস্বসাম্। ক্রোশন্তীমভিধাবেতি বাসুদেবং পুনঃ পুনঃ ॥ ১২ ॥
পৃষ্ঠতো দ্রৌপদীং চৈব সুভদ্রাং চ যশস্বিনীম্। সবিক্রোশং সকরুণং বান্ধবানাং স্ত্রিয়ো নৃপ ॥ ১৩ ॥
ততঃ কৃষ্ণং সমাসাদ্য কুন্তিভোজসুতা তদা। প্রোবাচ রাজশার্দূল বাষ্পগদ্গদয়া গিরা ॥ ১৪ ॥
বাসুদেব মহাবাহো সুপ্রজা দেবকী ত্বয়া। ত্বংনো গতিঃ প্রতিষ্ঠা চ ত্বদায়ত্তমিদং কুলম্ ॥ ১৫ ॥
যদুপ্রবীর যোঽয়ং তে স্বস্রীয়স্যাত্মজঃ প্রভো। অশ্বত্থাম্না হতো জাতস্তমুজ্জীবয় কেশব ॥ ১৬ ॥
ত্বয়া হ্যেতৎ প্রতিজ্ঞাতমৈষীকে যদুনন্দন। অহং সঞ্জীবয়িষ্যামি মৃতং জাতমিতি প্রভো ॥ ১৭ ॥
সোঽয়ং জাতো মৃতস্তাত পশ্যৈনং পুরুষর্ষভ। উত্তরাং চ সুভদ্রাং চ দ্রৌপদীং মাং চ মাধব ॥ ১৮ ॥
ধর্মপুত্রং চ ভীমং চ ফাল্গুনং নকুলং তথা সহদেবং চ দুর্ধর্ষং সর্বান্ নস্ত্রাতুমর্হসি ॥ ১৯ ॥

ব্রহ্মাস্ত্রনা থাথিবগী চৈনানা খোঙ-থুং লেঙ ওত্তনা অশিবগুম পোকখি। অহনা নপাবুংদো পোকপা মতমদা লৈরিবা মীয়ামথুগী অরাবা-নুংঙাইবা অনীগী মওং অমা ওংখি ॥ ৯ ॥ মরমদি অডাং পোক্লে তাবদা অহানবা ময়ামজ ওয়োক্লা হরাউ নুংঙাইখি। মতুং শিনা তারে তাবদা কপ্পা লাউনরকপগী খোঞ্জেলনা মায়গৈ পুম্বা লুমমিন মিনখি। ১০ ॥ তৌনরিবা মতৌঙ উবদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয় অমদি ইন্দ্রিয়শিংদা নুংঙাইতবা অমা পোকখি। কপ্পা লাউনবগী খোঞ্জেলন্দু তাবদানাবাবিগা লোয়ননা অন্তঃপুর মনুংদা চঙঙকই ॥ ১১ ॥ তাঙাইদসু মনেম কুন্তীনা ঈবুঙো! বাসুদেব! লাউলাউ! চেল্লকউ! চেল্লকউ লাউ! হায়না কৌদুনা চেক চেন্থোরকখি ॥ ১২ ॥ নিংথৌ! কুন্তীগী মতুংদা দ্রৌপদী, মিংচৎচাউরবী সুভদ্রা, অদুগা মরূপ-মপাং ইচলকুনা খোঞ্জেল থোক্লা নুংশি নুংঙোয়া বা-রা লাউনা কপখি ॥ ১৩ ॥ মতম অদুদা মপি তরং তরং চেন্দুনা কপী কুন্তীনা অঙ্গম্মা হায়রকই ॥ ১৪ ॥ মকনবা! বসুদেবনন্দন! নবু পোকচবা নমা ঈবেম্মা দেবকীদো নীংথিজবা মচালৈবী—মচাপোকপীনি হায়না কাওরিবীনিদো। নংতনা ঐখোয় থাইগী চঙজমম আধার ওইদুনা লৈরি ॥ ১৫ ॥ যদুগী মচুবীর! নহাক্কী নম্মাক অডাং অসি অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা পাম্দুনা লৈমায়থক্কা শিদুনা অদুনা লৈরে। মঙোন্দা জীবদান তৌ হিংহল্লু ॥ ১৬ ॥ যদুনন্দন! অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা পামলো শিরবদু-শিনা তাররবসু হিংহনগনি হায়না বাশকখিবনি। ঐখোয়গী অডাংসে শিরে। বাশক তাকউ। প্রতিজ্ঞাপালক! অডাংসে ঐখোয়মক শিংহনবিয়ু ॥ ১৭ ॥ ঈবুঙো! শিনা তাদুনা লৈরিবা অডাংসে হিংহনদুনা উত্তরা, সুভদ্রা, দ্রৌপদীগা লোয়ননা ঐবুসু হিংহল্লু। নত্রবদি শিরগদবা থাক্কনি ॥ ১৮ ॥ অসিত্তা নত্তনা যদুবীর! যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল সহদেবগী মথায়সু কল্লু। অরাবা কাপ্পা কয়াদগী উত্তার তৌবিয়কপা! তসিন্দু উত্তার তৌ ॥ ১৯ ॥ ঐগী অচুগা পাণ্ডবশিংগী শিবা হিংহসে নহাক্কী

অস্মিন্ প্রাণাঃ সমায়ত্তাঃ পাণ্ডবানাং মমৈবচ। পাণ্ডোশ্চ পিণ্ডো দাশার্হ তথৈব শ্বশুরস্য মে ॥ ২০ ॥
অভিমন্যোশ্চ ভদ্রং তে প্রিয়স্য সদৃশস্য চ। প্রিয়মুৎপাদয়স্বাস্য ত্বং প্রেতস্যাপি জনার্দন ॥ ২১ ॥
উত্তরা হি পুরোক্তং বৈ কথয়ত্যরিসূদন। অভিমন্যোর্বচঃ কৃষ্ণ প্রিয়ত্বাৎ তব সংশয়ঃ ॥ ২২ ॥

অব্রবীৎ কিল দাশার্হং বৈরাটীমর্জুনিস্তদা।
মাতুলস্য কুলং ভদ্রে তব পুত্রো গমিষ্যতি ॥ ২৩ ॥
গত্বা বৃষ্ণ্যন্ধককুলং ধনুর্বেদং গ্রহীষ্যতি।
অস্ত্রানি চ বিচিত্রানি নীতি শাস্ত্রংচ কেবলম্ ॥ ২৪ ॥
ইত্যেতৎ প্রণয়াৎ তাত সৌভদ্রঃ পরবীরহা
কথয়ামাস দুর্ধর্ষস্তথা চৈতন্ন সংশয়ঃ ॥ ২৫ ॥
তাস্ত্বাং বয়ং প্রণম্যেহ যাচামো মধুসূদন।
কুলস্যাস্য হিতার্থং ত্বংকুরু কল্যাণমুত্তমম্ ॥ ২৬ ॥
এবমুক্ত্বা বার্ষ্ণেয়ং পৃথা পৃথুললোচনা
উচ্ছ্রিত্য বাহূ দুঃখার্ত্তা তাশ্চান্যাঃ প্রাপতন্ ভুবি ॥ ২৭ ॥

---

খুবাক্তা লৈরে। অঙাং অসি পাণ্ডুবংশগী পিবা অমা ওইনা অদুগা ইকু ঈবুঙো বিচিত্রবীর্য্যগী পিণ্ডদান তৌগদৌরিবা ঈশূনি ॥ ২০ ॥ জনার্দন! মঙ্গল ওইসনু। নংগা মশক চপ মান্নবা নংনসু মুংশিজরবা অভিমন্যু তাথবদুগী মচানি। হিংহল্লু ॥ ২১ ॥ কৃষ্ণ! ঐগী ঈমৌ শুভদ্রাগীসু মমৌ উত্তরানা মাগী মপুবোইবা অভিমন্যুবু নহাকনা যাম্না ৎংশিজনা থম্মি হায়না হন্না হন্না হায়খিবনি। অদুনা মুংশিজবা অভিমন্যুগী মচাসিবুসু মুংশিবিয়ু ॥ ২২ ॥ দাশার্হ! শ্রীকৃষ্ণ! নঙাক মুংশিজরবা অভিমন্যুদুনা উত্তরাদা মরক মরক্তা অসুম্না হেক হেক হায়খি— মঙ্গলগী মশক ওইবী উত্তরা। ঐসে, দ্বারকাদা ঐগী মাম ঈবুঙো কৃষ্ণগী মশাইগোন্দ লৈদুনা চাউরকপনি। অদুনা নংগী নচাসু মাম ঈবুঙো শ্রীকৃষ্ণ নাক্তা চংখিগনি চংসু চংহনখিগনি। অন্ধক বৃষ্ণিবংশগী মরক্তা লৈহনখিদুনা ধনু বেদ পূম্বা তমহনগনি খুংগু খুংলায়ত নত্তনা কনাগী রাজনীতি শাস্ত্রপূম্বা হৈহনগনি, কৃষ্ণ! অসুম্না নঙাক অভিমন্যুদুনা আশা তৌজরম্মনি ॥ ২৩-২৪ ॥ কৃষ্ণ! নঙাক অকনবা, য়েক্নবা পুম্বা মায়থীবা শীন্নবা অভিমন্যুনা তৌজরম্বা আশাদো অচুম্বা ওইহল্লু ॥ ২৫ ॥ মধুসূদন! পাণ্ডুশাগেগী মঙ্গল ওইননবা, শাগে অসি মুংখিদনবা ঐখোয়না নখোয়দা তুহনা হায়জরি অঙাং অসিগী মথায় নিজরি ॥ ২৬ ॥ নিংথৌ! কুন্তীনা মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণদা কোল্লমগা লৈমায়থক্তা জ্ঞানতাদনা দুখখি। কুন্তীগী দশাহগা চপ মান্নবা দশাদু অয়াম্বা মুপীশিংহগীসু ওইখি ॥ ২৭ ॥ নিংথৌ! জনমেজয়! মতৌ

অক্রবংশ্চ মহারাজ সর্বাঃ সাশ্রুবিলোচনাঃ । স্বস্রীয়ো বাসুদেবস্য মৃতো জাত ইতি প্রভো ॥ ২৮ ॥
এবমুক্তে ততঃ কুন্তীং পর্যগৃহ্ণাজ্জনার্দনঃ । ভূমৌ নিপতিতাং চৈনাং সান্ত্বয়ামাস ভারত ॥ ২৯ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতাপর্ব্যাণ পরিক্ষিজ্জন্মকথনে ষট্ষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ X ।

---

অদুম্না নিংথৌ নহাক্কী নপাবু পরীক্ষিৎ কৌবদো অরাবা অরাও মরক্তা য়াম্না রানা হিংখিবনি । ভরতনন্দন ! শ্রীকৃষ্ণনা কুন্তীবু কোনশিনখি। লৈথিজরবা য়াহৈনা তম্না তম্না থেমথিনখি ॥ ২৮-২৯ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা পরীক্ষিৎজন্মকথনগী ষষ্ঠি তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ।

---

# সপ্তষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুম্ফুতরেৎশুবা অধ্যায়

( পরীক্ষিৎনা হিংগৎহুমনবগী ঽভদ্রানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জবা )

—: 0 :—

বৈশম্পায়ন উবাচ

উত্থিতায়াং পৃথায়াংতু সুভদ্রা ভ্রাতরংতদা। দৃষ্ট্বা চুক্রোশ দুঃখার্ত্তা বচনংচেদমব্রবীৎ ॥ ১ ॥
পুণ্ডরীকাক্ষ পশ্যস্ব পৌত্রং পার্থস্য ধীমতঃ। পরিক্ষীণেষু পরিক্ষীণং গতায়ুষম্ ॥ ২ ॥
ইষীকা দ্রোণপুত্রেণ ভীমসেনার্থমুদ্যতা। সোত্তরায়াং নিপতিতা বিজয়ে ময়ি চৈবহ ॥ ৩ ॥
সেয়ং বিদীর্ণে হৃদয়েময়ি তিষ্ঠতি কেশব। যন্ন পশ্যামি দুর্দ্ধর্ষং সহপুত্রং তু তং প্রভো। ৪ ॥
কিংনু বক্ষ্যতি ধর্মাত্মা ধর্মরাজো যুধিষ্ঠির।
ভীমসেনার্জ্জুনৌ চাপি মাদ্রবত্যাঃ সুতৌ চ তৌ ॥ ৫ ॥
শ্রুত্বাভিমন্যোস্তনয়ং জাতংচ মৃতমেব চ।
মুষিতা ইব বার্ষ্ণেয় দ্রোণপুত্রে পাণ্ডবাঃ ॥ ৬ ॥

---

বৈশম্পায়ননা হায় :— নিংথৌ জনমেজয়! কুন্তীনা হৌগৎলুনা মমবা তুংদা, সুভদ্রানা মমুং শ্রীকৃষ্ণ রোমদা ওনশিন্দুনা হীক্রা হীক্রা কপ্লুনা য়াম্না রানা অদুম্না হায়রকই। ১ ॥ য়াম্মুং মিত্তাথ ম্বাল লৈবা মানবা! পুণ্ডরীকাক্ষ! নহাক্কী চাম্নবা মরূপ বুদ্ধিমান অর্জ্জুনগী মশুগী ওইরিবা দশাসে অমুত্তা য়েংল্লু। কৌরবশিং তুম্না মাঙপ্রবা তুংদা অঙাংসি পোকপনি। অদুবু মৃত ওইদুনা পোক্লে ॥ ২ ॥ ভীমসেনবু হাৎননবা দ্রোণগী মচা অশ্বত্থামানা কাপ্পকপা তেন অদু ভীমদদি পালহৌদ্রদুনা ঈত্তরাদা, নংগী মরূপ বিজয়-অর্জ্জুনদা অমুগা এইঙোন্দা পাল্লরে ॥ ৩ ॥ অকনবা! কেশব! তেন অদুনা হৌজিক ফাওবা মাগী কৈনিংচিৎ তাল্লি। মচাগা লোয়ননা ঈচা অভিমন্যু অনীবু তমথিরবা তেন অদুনা হৌজিক মশক উদ্রনখিজ্রে। ৪ ॥ ঈচা অভিমন্যুগী মচা অঙাংসে হেক পোকপগা শিরে। থৌদোক তাবদা ধর্মাত্মা যুধিষ্ঠিরনা করি হায়ররনি? ভীমসেন, অর্জুন, নকুল সহদেবনা করি হায়রনি, করি খনগনি? কেশব! পাণ্ডবশিংগী অমতা ওইনা থমজবা ললহু ওসি অশ্বত্থামানা লৌখ্রে ॥ ৫-৬ ।

অভিমন্যুঃ প্রিয়ঃ কৃষ্ণ ভ্রাতৃণাং নাত্র সংশয়ঃ। তে ক্রুত্বা কিং ব্রুবন্ত্যস্তি দ্রোণপুত্রাস্ত্রনির্জিতাঃ ॥ ৭ ॥
ভবিতাতঃ পরং দুঃখ কিং তদন্যজ্জনার্দন। অভিমন্যোঃ সুতাং কৃষ্ণ মৃতাজ্জাতদরিংদম ॥ ৮ ॥
সাহং প্রসাদয়ে কৃষ্ণ ত্বামদ্য শিরমানতা। পৃথেয়ং দ্রৌপদী চৈব তাঃ পশ্য পুরুষোত্তম ॥ ৯ ॥
যদা দ্রোণসুতোগর্ভাম্ পাণ্ডুনাং হন্তি মাধব। তদাবিল ত্বয়া দ্রৌণিঃ ক্রুদ্ধেনোক্তোহরিমর্দন ॥১০॥
অকামং ত্বাং করিষ্যামি ব্রহ্মবন্ধো নরাধব। অহং সংজীবয়িষ্যামি কিরীটিতনয়াত্মজম্ ॥ ১১ ॥
ইত্যেৎ বচনং শ্রুত্বা জানানাহং বলং তব। প্রসাদয়ে ত্বাং দুর্দ্ধর্ষং জীবতামভিমন্যুজঃ ॥ ১২ ।
যদ্যেতৎ ত্বং প্রতিশ্রুত্য ন করোষি বচঃ শুভম্। সকলং বৃষ্ণি শার্দূল মৃতাং মামব ধারয় ॥ ১৩ ॥
অভিমন্যোঃ সুতোবীর ন সংজীবতি যদ্যয়ম্। জীবতি ত্বয়ি দুর্ধর্ষ কিং করিষ্যাম্যহং ত্বয়া ॥ ১৪ ॥
সংজীবয়ৈনং দুর্ধর্ষ মৃতং ত্বমভিমন্যুজম্। সদৃশাক্ষসুতং বীর সমাং বর্ষন্নিবাম্বুদঃ ॥ ১ ॥

---

শ্রীকৃষ্ণ। অভিমন্যু কৌবা ঈচাদো মপালশিংগী ওন্নোক্লা নুংশিবা মচা অমা ওইনা লৈরম্বনি। অদুম ওইবা মাগী মচানা ওইরিবা দশাসি তারগা, অশ্বত্থামাগী খুৎলায়গী মথমদ মাহৈবা ফংলবা পাণ্ডব শিংনা করি হায়রবনি? মখোয়না পুরক্লদৌরিবা লম্নুম মপৈ অদুনা মশু শিরম্বগী অরাবসিবু কোকহনবা ঙম্মখিদ্রো? ॥ ৭ ॥ শত্রুসূদন! মধুসূদন! জনার্দন! শ্রীকৃষ্ণ! বীর অভিমন্যুগুম্বা নিপাগী মচানা য়েক্লবগী খুৎলায়না পানবদা শিনা তারক্লে শিনা পোক্লে হাংবগী অবাবসিদগী হেম্না অতৈ অবাবা অমা করিম্নুক লৈরমখিদগে? অদুগা অসিদগী হেম্না চোপনীংঙায় ওইবা নংবু কাওবা অপমান তৌবা অসিদগী হেনবা অতৈ অপমান করি অমমুক লৈরমখিদগে? ॥ ৮ ॥ পুরুষোত্তম! শ্রীকৃষ্ণ! ঙসি, ঐ, নহাকী চরণদা খুৎলোয়না, ঈকোক নোম্না চঙজরি। ঈনেম কুন্তী ঈচেঈবেম্মা দ্রৌপদীসু য়েংঙু, নহাক্কী নখুয়াদা তাদুনা লৈরিবসে। ঐখোয়গী অবস্থাসে হংগৎনা অমুক্তদি য়েংবিয়ুদনা ॥ ৯ ॥ য়েক্লববু নৈহৎভম্বা মাধব! অচৈঙে, দ্রোণগী মচা অশ্বত্থামানা পাণ্ডববংশগী মী অমতা থনম্নরোই গর্ভদা লৈবা পাণ্ডবকী ঈমতুম অমা ফাওবা শোইদৎলমখিগনি হায়না রাশকপা অমদি হোংনরকপা মতমদা য়াম্নুং নহাক্কা শাউদুনা মাঙোন্দা অম্নমা হায়খি :— ॥ ১০ ॥ হায়! পাপী! নরাধম! ভাইবং মীগী মম্নুংদা থাইদগী তেংলবা! ঐ, নংগী নীংবা থু হল্লোই। অর্জুনগী মশুবু নমাঙমক্তদা ঐনা হিংহনগনি। নংগী খুৎলায় চমহনগনি ॥ ১১ ॥ য়াম্নুং! অকনবা! নহাক্কা তৌগে খনবদা কনা অমতা থিংবা ঙম্মোই হায়রবসি ঐ ঈশামক্লা খঙজে। অদুনা কৃপা তৌবিদুনা অর্জুনগী মশুসে হৌজিকমক হিংহনবিয়ু ॥ ১২ ॥ বৃষ্ণিবংশগী নোংশা! নহাক্কা নশাগী হায়খিবা অদুগা রাশক অদুবু ঙাকপিরোই থল্লবদি, খঙবিয়ু, ঊবিয়ু হৌজিকমক নমাংদা সুভদ্রা ঐ থাজগনি ॥ ১৩ ॥ নংনা লৈনা লৈনা অভিমন্যুগী মচানা হিংগৎপা ঙমজবদি, ঐ লৈবগী য়াম্নুং নঙোন্দা করিদি কম্নরি? ॥ ১৪ ॥ অমনা ঙমজবা কৃষ্ণ! কংলবা লৈকংলা লৌবুক্তা নোংনা মরী মরী চুথরক্লগা কংলম্বা মরুমরাং পুম্বা অমুক ডনৌ ডনৌনা ময়োল চোংলকপদুগুম্না নহাকা চপ মান্নবা অভিমন্যুগী মচাসে হিংহল্ল ॥ ১৫ ॥ কেশব! নহাকতি ধর্মাত্মানি,

ভংবি ধর্মাত্মা সত্যবান্ সত্যবিক্রম   সত্যাং বাচমৃতাং কর্ত্তুমর্হসি অমরিংদম ।। ১৬ ।।
ইচ্ছন্নপি হি লোকাংস্ত্রীন্ জাবয়েথামৃতানিমান্   কিং পুনর্দয়িতং জাতং স্বস্ত্রীয়স্যাত্মজংমৃতম্ ।। ১৭ ।।
প্রভাবজ্ঞাস্মি তে কৃষ্ণ তস্মাৎ ত্বাং যাচয়াম্যহম্ ।   কুরুষ্ব পাণ্ডুপুত্রানামিমং পরমনুগ্রহম ।। ১৮।।
স্বসেতি বা মহাবাহো হতপুত্রেতি বা পুনঃ ।   প্রপন্না মামিয়ং চেতি দয়াং কর্ত্তুমিহার্হসি ।। ১৯ ।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকপর্ব্বণি অনুগীতাপর্ব্বণি সুভদ্রা-বাক্যে সপ্তষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ।। × ।। × ।

—:( 0 ):—

সত্যবাদীনি, সত্যপরাক্রমীনি। সত্যবাদী অমা ওইনা নশানা হায়খিবহুবু সত্য (অচুম্বা) ওইহনু। নৱবদি মীনম্বা তাগনি।। ১৬ ।। কৃষ্ণ! ঐ লোইনা খঙ্গিও। নহাক্না তৌগে খল্লবদি শিরবা মরোল অহুমগী জীবপুম্ন নংনা মুদক্তা হিংহনবা ঙমগনি। অডাং মচা পিশকসিগী রাদি হায়রুরম্ম ।।১৭।। কৃষ্ণ। ঐসে নংগী নচল অমা ওইহনা, নহাক্না ঙম্বাকদায় ফাওবনো হায়বদো ঐ শিং শিংনা খঙিজ। অদুনা কৃষ্ণ। পাণ্ডবশিংগী মরা তত্তনবা লৈজরিবা অমতা ভায়জবা লল অঙাং অসি হিংহনবিয়ু। পাণ্ডবশিংবু কয়াগী মতাক মুংশিবিবগে হায়বহু ঙসি খঙজহোরগে ।। ১৮ ।। অকনবা! অরোইবদা হায়জরি, হায়জরিবী মুপীমচাসি ঐগী ঈচননি। মহাক্না অমতা ভায়জরবা মচা অভিমন্যুহুম্ন কনবিহোত্রে। অত্তুগা হায়জরিবী মুপীমচাসিনু ঐমক্না ঈচান্ন, অবাগী ঈপাক্তা লুপ্লবীনিকো হায়বসি মুম্না থনবিরগা তৌবিয়ু। মথা তাক্তররোই ।। ১৯ ।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্ব্দা অনুগীতাপর্ব্দা সুভদ্র বাক্যগী হুম্ফু তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ।। × ।। × ।

# অষ্টষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুমফু নিপাল্ শুবা অধ্যায়

( শ্রীকৃষ্ণনা উত্তরাগী চাবোকশঙ্দা চঙলকপা, উত্তরানা কপ্পা কপ্পা মচাহিংজনবিয়ু হায়জবা )

### বৈশম্পায়ন উবাচ

এবমুক্তস্তু রাজেন্দ্র কেশিহা দুঃখমূর্চ্ছিতঃ। তথেতি ব্যাজহারোচ্চৈর্হ্লাদয়ন্নিব তং জনম্ ॥১॥
বাক্যেনৈতেন হি তদা তং জনং পুরুষর্ষভ। হ্লাদয়ামাস স বিভুর্ঘর্মার্তং সলিলৈরিব ॥২॥
ততঃ স প্রাবিশৎ তূর্ণং জন্মবেশ্ম পিতুস্তব। অর্চিতং পুরুষব্যাঘ্র সিতৈর্মাল্যৈর্যথাবিধি ॥৩॥
অপাং কুম্ভৈঃ সুপূর্ণৈশ্চ বিন্যস্তৈঃ সর্বতোদিশম্। ঘৃতেন তিন্দুকালাতৈঃ সর্ষপৈশ্চ মহাভুজ ॥৪॥
অস্ত্রৈশ্চ বিমলৈর্ন্যস্তৈঃ পাবকৈশ্চ সমন্ততঃ। বৃদ্ধাভিশ্চাপি রামাভিঃ পরিচারার্থমাবৃতম্ ॥৫॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ি :—নিংথৌ! জনমেজয়! সুভদ্রানা অসুম্না হায়রকপসি তাবদা কেশিসূদন কৃষ্ণনা বাব মুংঙাইতবনা থম্মোয় কায়খিদুনা খোঞ্জেল হৌনা হায়রকই :— ফবে ঐ অদুমক তৌরগে ॥১॥ মুংশাগী মৈশানা কুমাংনা পূমচোৎলরদা ইংলবা ঈশিং হৈত্তিন্দনা চাইশিনদুনা শান্তি ফংহনবদুগুম্না, অদুম পুন্নাং থৌগৎপিবা অমৃতগী মতৌ থুম্না বাহৈনা সুভদ্রা অমদি অদুক য়াম তিন্নিবা মুপী নগাশিংদুবু মুংঙাইহনখি—মপুন্নাং তেকথৎহনখি ॥২॥ অদুগী তুংদা অকনবা নিংথৌ জনমেজয়! নপাবুং পরীক্ষিৎনা পোকপা চাবোকশঙ অদু তায়না প্রপ্রেপ চঙশিনখি। সূতিকাগৃহ (চাবোকশঙ) অদু, ফজরবা- মনম মুংশিন্না লৈ পরেংশিংনা, লৈ মৈপনা নীংথিনা থম্না লৈতেং ওই ॥৩॥ মায়গে মরিদা ঈশিংনা থম্না হাপ্লবা চফু ময়াম পরেং শানা থম্মি। ঘীনা পূমচোৎ চোংহল্লবা তিন্দুক কৌবা উগী কাষ্ঠশিংনা মনম মুংশিনা চাক্কুনা মফম মফমদা যজ্ঞগী বেদি অমমম লৈরি। মফম পুম্না হংগাম মক্ক-খোইদিং মক্কশিংনা পূমচাই চাইনা তাহনা লৈরি ॥৪॥ য়ুম-চাবোকশঙদুগী মমুংদা মথক মথকলগী পাঙ তা-চুঙ্গোয়নচিংবা থুৎলায়শিংনা পূমকং-পুলংনা লৈরি। ঘীনা আহুতি পীবা মৈশিংনা মফম মফমদা মৈরি থোকনা চাক্কুনা লৈ। সেবা লাংবদা হৈশিংলবী অহল ওইরবীশিংনা মাগী মাগী মথৌদা পুক্নাং চঙদুনা লৈ। মাইবা মাইবীশিংনা মাগী মাগী মথৌদা হৈশিংনা মরাং মরাং তৌদুনা লৈ ॥৫॥

দীক্ষিতঞ্চ পরিক্ষিপ্তো বীর ভিষগ্‌ভিঃ কুশলৈস্তথা। দদর্শ চ স তেজস্বী রক্ষোঘ্নান্যপি সর্বশঃ ॥৬॥
দ্রব্যানি স্থাপিতানিস্ম বিধিবৎকুশলৈর্জনৈঃ। তথাযুক্তং চ তং দৃষ্ট্বা জন্মবেশ্ম পিতুস্তব ॥৭॥
হৃষ্টোঽভবদ্ধৃষীকেশঃ সাধুসাধ্বিত্যতি চাব্রবীৎ। তথা ব্রুবতি বার্ষ্ণেয়ে প্রহৃষ্টবদনে তদা ॥৮॥
দ্রৌপদী ত্বরিতা গত্বা বৈরাটিংবাক্যমব্রবীৎ। অয়মায়াতি তে ভদ্রে শ্বশুরো মধুসূদনঃ ॥৯॥

পুরাণর্ষিরচিন্ত্যাত্মা সমীপমপরাজিতঃ।
সাপি বাষ্পকলাং বাচং নিগৃহ্যাশ্রূণি চৈবহি ॥১০॥
সুসংবীতা ভবৎ দেবী দেববৎ কৃষ্ণমীক্ষতী।
সা তথাদূয়মানেন হৃদয়েন তপস্বিনা ॥১১॥
দৃষ্ট্বা গোবিন্দমায়ান্তং কৃপণং পর্য্যবেদয়ৎ।
পুণ্ডরীকাক্ষ পশ্যাবাং বালেন হি বিনাকৃতৌ।
অভিমন্যুং চ মাং চৈব হতৌ তুল্যং জনার্দন ॥১২॥

---

ভূতপ্রেত হেল্লোই তমথিবা লাইশিংবু তান্নোক্নবা মন্ত্র যন্ত্র শোন্দুনা থোরাং তৌহনবা লৈবদু শ্রীকৃষ্ণনা উথি। নিংথৌ! নহাক্কী নপাবুংগী পোকফম চাবোকশঙ অদুগী মথুংদা তৌরম্লিবা থৌরাং য়ামদ্রু উবদা শ্রীকৃষ্ণসি ওন্নোক্না পেনখি। এং খুংডাইরেদা হায়দুনা তৌরমলিবা থবক থবাহৈবু ওন্নোক্না থাগৎখি ॥৭॥ অদুম হায়না শ্রীকৃষ্ণনা লেঙশিনখি মতমদুমদ্দা দ্রৌপদীসি থুনা থাদনা চঙওকই। উত্তরারোমদা শনশিন্দুনা অসুমনা হায়রকই। যেংউ, ইবেম্মা উত্তরা! নহাক্কী নকু ইবুঙো অর্জুনমক্কা চপ মান্নবা নকু ইবুঙো দ্বারকানাথসে লেঙশিল্লকলি। ইবেম্মা! লেঙশিল্লক্লিবা মহাপুরুষ অসে কনা নত্রে। অচিন্ত্যস্বরূপ ওইবা। মাগী থবকপু মহাজ্ঞানীশিংনা মাগী মাগী জ্ঞাননা লাম্ব ফংদবা, কনাগুম্বা করিগুম্বা মফমদা মাৱশাবা ফংজবা, মাঙলিহনবা ঙমদবা, পুরাতন কবি ঋষি ভগবান বাসুদেব মধুসূদন লেংশিববিরকলি। লাইবক্ফবী! নকোক নোত্তুনা লৈকউ ॥৯॥ মাদু তাবদা উত্তরা অসি মপিনচিংবা তৈত্পোক্নবা কপ্পা তোক্নুনং মফি মরোল খোমজিন্দুনা মকোক্ খুমদ্দুনা তুমিনা মরু লূক্না লৈরগা হীক হীক লাউনা অমুক কপথোরক্নুনা, মপুক্কী থুংশিনা, খোরী চরম কংনা তনিক তনিক্না রাহৈ মচেৎ ওইনা হায়রকই ॥১০-১১॥ কমল নয়ন! কমলাপতি! জনার্দন! মীংয়েং অমুক্তা তাম্মু। ননাই লাইবুক থীরীসে মপুরোল্লবা লৈত্রবী মচা লৈত্রবী ওইজরে। অনীগী মথুংদা অমা লৈত্রবস্তু কদায়নো হায়রবদা অনীমক লৈজরে। ঈপুরোয়বস্তু লালদা থবাম থাদোক্নদুনা বীরগতি ফংজ্রে। মপাগী মলকপু যেংলম যেংজন্নবা ঈচাসিস্তু যমরাজনা মুনবিজ্রে ॥১২॥

বাষ্ণের্য মধুহন্বীরশিরসা ত্বাং প্রসাদয়ে। দ্রোণপুত্রাস্ত্রনির্দগ্ধং জীবয়েনং মমাত্মজম্ ।।১৩।।
যদিস্ম ধর্মরাজাবা ভীমসেনবা পুঃ। ত্বয়াবা পুণ্ডরীকাক্ষ বাক্যমুক্তমিদং ভবেৎ ।।১৪।।
অজানতীমিকেষং জনিত্রীং হন্ত্বিতি প্রভো। অহমেব বিনষ্টা স্যাং নৈতদেবং গতে ভবেৎ।।১৫।।
গর্ভস্থস্যাস্য বালস্যাত্র স্যাস্ত্রেণ নিপাতনম্। কৃত্ব নৃশংষং দূর্বুদ্ধিদ্রৌনিঃ কিং ফলমশ্নুতে। ১৬।
সা ত্বাং প্রসাদ্য শিরসা যাচে শত্রুনিবর্হণম্। প্রাণাং ত্যক্ষ্যামি গোবিন্দ নায়ংসংজীবতেযদি।।১৭
অস্মিন্ বহবঃ সাধো যে মমাসন মনোরথাঃ তে দ্রোণপুত্রেণ হতাঃ কিন্নু জীবামি কেশব।।১৮।।

আসীন্মম সতি কৃষ্ণ পুত্রোৎসঙ্গা জনার্দন।
অভিবাদয়িষ্যোতি তদিদং বিতথীকৃতম ।।১৯।
চপলাক্ষস্য দায়াদে মৃতেঽস্মিন্ পুরুষর্ষভ।
বিফলামে কৃতাঃকৃষ্ণ হৃদিসর্বেমনোরথাঃ ।২০।।
চপলাক্ষঃ কিলাতীব প্রিয়স্তে মধুসূদন।
সুতং পশ্যত্বমৈসানংব্রহ্মাস্ত্রেণ নিপাতিতম্ ।।২১।।

---

বৃষ্ণিনন্দনা, মধুসূদন! লাইবক থীরবী ননাই মুগীমচাসিনা মথৎ লোম্বনা চরণদা তুজরি। গতি লৈজবশিংগী গতি। ননাইবু শিংহনবিথিগে থনবিরবদি ঈচা অঙাংশিবু হিংহনবিয়ু।।১৩।। ধর্মরাজ ইকুহল নিংথৌ ঈকু য়াইমা অকনবা ভীমসেননা অস্তুয়া হায়বিরম্বদি ফরমগদবনি :— মাহুদি অজানা সিনা অঙাংদা পান্দত্বনা মমাদা হাবা পারবদি ফগনিদা হায়না থনবিহৌদ্রমাল্লে। মাহুম থোকহল্লকো হায়ত্বনা মধুসূদম নঙোন্দসু য়াকংহৌজমাল্লে। অহুম তৌবিরম্বদি অরবর্সি উনরুন্দরোয়দবনি। অহুসু নম্রে ।।১৪-১৫।। মরাল লৈজবা অঙাংশিংবু হাংঙম্বা তমথিরবা, হিংচাবাইতম্বগী থবক তৌরবা দ্রোণগী মচা অশ্বথাবা হিংসা অসি তৌরগা মঙোন্দা করি কাম্নরিবা ।।১৬।। শ্রীগোবিন্দ! নংগী খুমাথাদ চঙজরি। ঐবু থর হিংখো হায়বিরবদি অঙাং অসিবু হিংহনবিয়ু। মন্নগা ঐগী প্রাণবায়ূ অসি চিংথোকপিরগা অঙাংগী অশিবা হকচাংসিদা হাম্নিয়ু। অনীগীমরক্তা অমত্তদি তৌবিয়্।।১৭। ঈচাসিগী মথক্তা ঐনা ওস্তোক ওস্তোকপা আশা য়াম্ন শাগচ্চরম্বনি। শাগচ্চরম্বা আশাশিংদো হৌজিক্তি লোইনা নীংথাম্রে মাঙ্রে। থাইদগী হেন্না তৌজরম্বা আশাদি ঈচা অসি কোম্নহনা ঈনমদা পোত্বনা কৃষ্ণ নংগী সেবা তৌজগনি হুমিং থুদিংগী থুরুমজগনি হায়না তৌজরম্বা আশাত্ব মঙগুম্বা থবক ওইগ্রে। দ্রোণগী মচানা আশা পুম্বা থুগাইবিগ্রে।।১৮-১৯।। পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণ! মমিৎ মনা তঙ্গুপ তরেংবা মপাত্বগী মচাসে শিরবসিদা নীংজবপুম্বা মৃৎগ্রে ।।২০।। কৃষ্ণ! নশাইগোন্দা চাউরকপা নহাক্কী মুংশিজবা ঈপুরোইবা অভিমন্যুগী মচাশিবুসু মুংশিবিয়ু মুংশিবিবা মাগী মচাসিদা মুম্না অমুক্তাদি থৌজালগী মীৎয়েং তাবিদ্ ।২১।।

কৃতঘোঽয়ং নৃশংসোঽয়ং যথাস্য জনকস্তথা। যঃ পাণ্ডবীং শ্রিয়ংত্যক্ত্বা গতোঽস্য যমসাদনম্।।২২।
ময়া চৈতৎ প্রতিজ্ঞাতং রণমূর্দ্ধনির্য কেশব। আভিমন্যো হতে বীর ত্বাসেষ্যাম্য চিরাদিতি ।।২৩।
তচ্চ নাকরবং কৃষ্ণ নৃশংসা জীবিতপ্রিয়া। ইদানীং মাংশত্তাংতত্র কিন্নুবক্ষ্যতি ।।২৪।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাংসংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতাপর্বণি উত্তরাবাক্য অষ্টষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ । X । X ।

---

ঈচা অঙাং অসিগ্ন মপাগুম তৌবিমল খঙদে, পুকচেল কল্লি। থা তন্না নাউপুবগী লমন শিংগে খন্দনা, লৈপাক সিংহানসব থোকথাদোক্তুনা মপাগী মতুং ইনখিগে খল্লিবসে থামবিহৌ কৃষ্ণ! নত্রবদি মপাগী মতুং ইনবা ঙমহৌদ্রবী ঐসে ঈচাগী মতুং ইঙ্গগনি ইচাবু থামবিত্রবদি ঐবুস্ত থামবিরম্ম। মপা-মচা অন্থগা ঐ অহম অসি আদা পরলোকতা উম্নজক্লগে ।।২২-২৩।।
অতদা কৃষ্ণ ঐসে রাশক ভাক্তবী যক্তবীনি। ঐনা ঐপুরোইবদা অস্তম্মা হায়জথি ঈবুঙো! থবায়গী মপু! নংসে ঐগী ইপুরোইবা ওইবত নত্তনা ঐগী থবাইনি থবাই নংনা কৌখিবা মফম মতমচুদা ঐগী থবায়সিম ইঙ্গবনি হায়ন রাশকচথিবত্ত ভাকপা ঙমহৌদ্রে। ঐমুক মীনস্থী থমোংকনবী রাশক ভাক্তবী ঐগী মাস্নন্না ফক্তবসে লৈরমখিগদা? রাশক ভাক্তবী কত্রবী ঐনা চংখিবদা অর্জ্জুনকুমারহুনা কৌবিরমখিদ্রো অভিমন্যুনা করি হায়রমগদগে লোয়নবীদি হান্নরগা লোন্নবদি ঙমহৌদ্রে। মীনস্থী ঐনা সংসারদা অমুক লৈথহৌবগী করিদি কান্নরিবা ।।২৪।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিকপর্বদা অনুগীতাপর্বদা উত্তরাবাক্যগী তুম্ফ্রুনিপালশুবা অধ্যায় লোইরে । X । X ।

---

## একোণসপ্ততিতমোঽধ্যায়

### হুম্ফুমাপনশুবা অধ্যায়

( উত্তরাগী বিলাপ। শ্রীকৃষ্ণনা অঙাংবু হিংহনবা )

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

সৈবং বিলপ্য করুণং সোন্মাদেব তপস্বিনী। উত্তরা ন্যপতদ্ভূমৌ কৃপণা পুত্রগৃদ্ধিনী ॥১॥
তাং তু দৃষ্ট্বা নিপতিতাং হতপুত্রপরিচ্ছদাম্। চুক্রোশ কুন্তী দুঃখার্তা সর্বাশ্চ ভরতস্ত্রিয়ঃ ॥২॥
মুহূর্তমিব রাজেন্দ্র পাণ্ডবানাং নিবেশনম্। অপ্রেক্ষণীয়মভবদার্তস্বনবিনাদিতম্ ॥৩॥

সা মুহূর্তং রাজেন্দ্র পুত্রশোকাভিপীড়িতা।
কশ্মলাভিহতা বীর বৈরাটী ত্বভবত্তদা ॥৪॥
প্রতিলভ্য তু সা সংজ্ঞামুত্তরা ভরতর্ষভ।
অঙ্কমারোপ্য তং পুত্রমিদং বচনমব্রবীৎ ॥৫॥
ধর্মজ্ঞস্য সুতঃ সন্ ত্বমধর্মং নাববুধ্যসে।
যস্ত্বং বৃষ্ণিপ্রবরস্য কুরুষে নাভিবাদনম্ ॥৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায় :— মহারাজ! জনমেজয়! মচা কায়নবগী থম্মোয়শোকনা বারবা উত্তরাসি অঙাওবীগী মতৌবুদ্ধা মুংশিন্নংঙোন্দনা কপ্প কপ্পা লৈমায়থক্তা হাইথদনা তুথি ॥১॥ মপূরোইবা মচা অনীমক কায়নরবী উত্তরাগী মতৌম্ভ উবদা অঙ্কক য়াম্না মুপীশিংহু য়েংবা ওন্মঙ্কহনা হীরু হীরা তেংথানাওইনা কপ্পরকই ॥২॥ নিংথৌ! পুং অনীরোম চুপ্পা পাণ্ডবশিংগী য়ুম অঙ্ক অকপ অরাওগী খোঞ্জেলনা পুমনিন নিন্দুনা লৈখি। উত্তরারোমদা হংগৎনা কনাম্ভ হেংদনা লৈবা ওমখিদে ॥৩॥ উত্তরা অসি পুংঅনীরোম রামচেৎ অমত ঙাংদনা রাম্ভংনা লৈখি ॥৪॥ নিংথৌ ঙাহাক লৈরগা জ্ঞান থর থর তারক্লবদা অঙাংহুব মতম্নাঙ্কা কোনখংলগা অঙাংহদা হেংহনা অস্তুম্না হায়রকই :— ॥৫॥ ঈমাগী ইবুংঙো! নংদি, ধর্ম খংলবা, অকনবগী মচানি। ধর্ম খঙবগী পরিবারদা পোক্লগা নংদি করিগী ধর্ম খংডিব্রি? নমাংদা কৃষ্ণবংশগী অখোইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে নমাংদা লেপ্পুনা লৈরি। করিগী নকোক নোম্না খুরুমজিবনো? ॥৬॥

পুত্র গম্বা মম রুচোত্রয়াস্ত্বপিবেংত্বিদম্ । ত্বমর্বং প্রাণিনাং বীর কালেঽপ্রাপ্তেকথংচন ।।৭।।
যাস্থে ত্বয়া বিণাত্তেহ পত্যা পুত্রেণ চৈবহ । মর্তাব্যে সতি জীবামি ত্বেতস্ত্বিরকিংচনা ।৮।।
অথবা ধর্মরাজ্ঞাহমজ্জাতা মহাভুজ । ভক্ষয়িষ্যে বিষংঘোরং প্রবেক্ষ্যে বা হুতাশনম্ ।।৯।
অথবা ত্বমর্বং তাত যদিদং মে সহস্রধা । পতিপুত্রবিহীনায়া হৃদয়ংন বিদীর্যতে ।।১০।।
উত্তিষ্ঠ পশ্য পশ্যেমাং দুঃখিতাং প্রথিতা মহীম্ । আর্ত্তামুপপ্লুতাংদীনাং নিমগ্নাং শোকসাগরে ।১১

আর্যাং চপশ্য পাঞ্চালীংসাত্বতীং চ তপস্বিনীম্ ।
মাং চ পশ্যসুদুঃখার্ত্তাংব্যাধবিদ্ধাংমৃগীমিব ।।১২।।
উত্তিষ্ঠপশ্যবদনং লোকনাথস্যধীমতঃ ।
পুণ্ডরীকপলাক্ষং পূরেন চপলেক্ষণম্ ।।১৩।।

এবং বিলপন্তীংতু দৃষ্ট্বা নিপতিতাংপুনঃ । উত্তরাং তাং স্ত্রিয়ঃসর্বা পুনরুত্থাপনং তত ।১৪

---

নংনা পরলোকতা চংপ্রগা নপাবং (অভিমন্যু)দা নমা ঐনা অহুম্না হায়ব্রকই হায়না ঐগী ইল্লুং শিন্না অহুম্না হায়রুঃ — অকনবা তাইবং মা হায়বসে মশাগী অন্তকাল হেক য়ৌরাক্তমথে পকাশিত্তমদে। মাচুনা মরম ওংচুন, মপুরোয়বা মচা অনীমক কায়নরফাওবদা ঐসে অবাব খাঙথো, নংগী অরোইবা মুমিং রাংলি হায়মাল্লে। অহুগুম্বা অন্তকাল কৌবা মাগী মাথংনা চিংচুনা লৈজরি। ঐগী মঙ্গল ওইননবগী মচাক করি করিমত লৈজগে ।।৭-৮।। অচুনা অকনবা! ঐ হৌজিক ননাক লাকচরনি। ঐবু ঈশ্বোকপিম্বকো। ধর্মরাজদগী বিদায় মাথং লৌরগা, চু চাহনবু ওইরবম্ব মৈম্বংদা চোংশিন্দুনবু প'রবম্ব তাইবং হকচাং থাদোরমগা লাকচরনি। হরাউ হরাউ ওকপিরম্মু কৌবিরম্মুকো ননাইনা লানবা ঙাক্তনি ।।৯।। ঈবুঙো! তাইবং হকচাংবু থাদোক্লম্বা হায়বসে অন্তকান কৌবা মা লাকত্রিমথে ঙম্মদে। অচু নক্তবদবু মচা মপুরোয়বা অনীমক কায়নরুবী ঐগী কল্লবা থম্মোয়সিনা হৌজিক ফাওবা মচেৎ লিশিং লিশিং থোক্না কায়ত্রি ।।১০।। ঐনা হায়বসে অমত্ত বাতনা নপাদা পাউদম্মকো ঈবুঙো! চৌগংন্নু য়েংংস্ত; নংগী নবেন্ধৌ বুন্তী দেবীনা বাবিবসি উত্রবরা? নবেন্ধৌ অহল ওইরবীসিনা অবাবগী ঈপাক্ত লুপথিগদৌরিবা কল্লোলাউ ।।১১।। নবোক ইবেম্মা পাঞ্চালী দ্রৌপদী, নবোক ঈবেম্মা সুভদ্রারোমদা অমুক্তা য়েংউ। শাদানবগী তেম্মা থাবদা চৈনা থাত্তবা অমত্রবী শক্তী অমোমত্তম্বী নমা ঐঙোম্না অমুক্তা য়েংঙ, ।।১২।। ঈবুঙো! চৌগংন্নু। মিম্বানা থম্বাল লৈনাগুম্বা নীংথিজবা কমলনেত্র, পুণ্ডরী কাক্ষ শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোংসে নমিৎ পাঙথোক্ত্বনা অমুক্তা য়েংজহো। নংগী মপাবুংগী মায়থোংবু নমা ঐনা য়েংজবহুয়া নংমু কমলনয়ন শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোংগী দর্শন ফংজহৌ ।১৩। অসি হায়রয়গা উত্তরা অসি লৈমায়থক্তা তমুক তুথখি। কুন্তী- মহামচুনা অমুক কোনথংলি ।।১৪।।

উত্থায় চ পুনর্ধৈর্য্যাৎ তদা মৎস্যপতেঃ সুতা। প্রাঞ্জলিঃ পুণ্ডরীকাক্ষং ভূমাবেবাভ্যবাদয়ৎ ॥১৫॥
শ্রুত্বা তু তস্যা বিপুলং বিলপং পুরুষর্ষভঃ। উপস্পৃশ্য ততঃ কৃষ্ণো ব্রহ্মাস্ত্রং প্রত্যসংহরৎ ॥১৬॥
প্রতিজজ্ঞে চ দাশার্হস্তস্য জীবিতমচ্যুত। অব্রবীচ্চ বিশুদ্ধাত্মা সর্বং বিশ্রাবয়ঞ্জগৎ তৎ॥ ১৭ ॥
নব্রবীম্যুত্তরে মিথ্যাং সত্যমেতং ভবিষ্যতি। এষ সংজীবয়াম্যেনং পশ্যতাং সর্বদেহিনাম্ ॥১৮॥
নোক্তপূর্বং ময়ামিথ্যা স্বৈরেষ্বপি কদাচন। ন চযুদ্ধাৎ পরাবৃত্তস্তথা সংজীবতামহম্ ॥১৯॥
যথা দয়িতো ধর্মো ব্রাহ্মণশ্চ বিশেষতঃ। আভিমন্যোঃ সুতো জাতো জাতো জীবত্যয়ংতথ ২০॥

যথাহং নাভিজানামি বিজয়ে তু কদাচন।
বিরোধং তেন সত্যেন মৃতো জীবত্বয়াং শিশু ২১॥
যথা সত্যং চ ধর্মশ্চ ময়ি নিত্যং প্রাতার্ষ্টিতৌ।
তথা মৃত শিশুরয়ং জীবতাদভিমন্যুজঃ ॥২২॥
যথা কংসশ্চ কেশী চধর্মেণ নিহতৌ ময়া।
তেন সত্যেন বালোহয়ং পুনঃ সংজীবতাময়ম্ ॥২৩॥

---

উত্তরানা তপা শোল্লি মাল্লি হৌগৎলগা লৈমায়থক্তা মমাং কুবথুনা মথূৎ অনি লোঁংতুনা, কিরক খুমহুনা কৃষ্ণরোমদা ওবশিন্দুনা হৌথিনা খুকমহুনা ভুমিন্ন লৈখি ॥৫॥ উত্তরাগী মতৌদু উবদা ভগবান সর্বশক্তিমান শ্রীকৃষ্ণনা আচমন তৌরগা মন্ত্র শোন্দুনা অশ্বত্থামানা থাক্তিল্লকপা ব্রহ্মাস্ত্র শান্ত ওইহনখি ॥১৬॥ অচুগী তুংদা মশাগী মহিমা অমদি দয়ালুতাবু করিগুম্বা মতমদা হন্থহন্দবা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাংদু হিংগৎহল্লগে হায়না বশক্লগা জগৎকী জীব পুম্নমক তাহনহুনা অমুম্বা লাউনা হায়রকই :—॥১৭॥ ঈবেম্মা! উত্তরা! ঐ মীনম্বা খক ভাঙখিদ্রি। ঐনা বাশকখিবদো অবেম্মদা খক তারোই, চুংশা থীমু। খায়গী মাঙমক্তদা ঐ অঙাং অসি হিংগৎহনগে ॥১৮॥ ঐনা শান্নবা মতমদসু, ফাগি-জুগায় তৌহুনা নোকমিন্নবা মতমদসু মীনম্বা বা খক য়াওনখিদে। লালকমদা খক মায়ওনখিদে। মাহুগুম্বা মতাবাদী ওইবগী প্রভাব অচুনা অভিমন্যুগী মচাসি হৌজিকমক হিংগৎলকপা ওইরসনু ॥১৯॥ ব্রাহ্মণ অমদি ধর্মতনা ঐগী অশেংবা চান্নথোইবা মক্তা ওইরবদি অভিমন্যুগী মচাসে হৌজিকমক হিংগৎলসনু ॥২০॥ ঐনা ঐগী চুংশিজরবা অর্জুনগা থবন চৈনবা অমত্তা তৌখিদে। মাহুনা অচুম্বা মক্তা ওইরবদি মাহুগী প্রভাবনা হৌজিমক অভিমন্যুগী মচাসে হিংগৎপা ওইরমনু ॥২১॥ ঐতোন্দা ঐগী থম্মোয়দা সত্য (অচুম্বা অমদি ধর্মনা মতম পুম্বদা লেঙদনা লৈবহুমক্তনা অচুম্বা ওইরবদি মাহুগী প্রভাব (শক্তিনা অভিমন্যুগী মচাসে হিংগৎলকপা ওইরসনু ॥২২॥ ঐনা ধর্ম কায়দনা কংস অমদি কেশী হাংখিবহুমক্তনা অচুম্বা ওইরবদি অঙাং অসি হৌজিকমক হিংগৎলসনু ॥২৩॥

ইত্যুক্তো বাসুদেবেন স সবালো ভবৃতর্যভ শনৈ' শনৈ মহারাজ প্রাস্পন্দত সচেতনঃ ।। ২৪ ।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকে পর্বণি অনুগীতাপর্বণি পরিক্ষিৎসংজিবনে একোনসপ্ততি তমোঽধ্যায়ঃ ।। X ।। X ।। X ।।

---

মহারাজ! জনমেজয়। শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না বরদানগা লোয়ননা হেক রাশকপদা অস্তাং অঙ্গু তুম্মুবদগী মীকপ থোক্লুনা থোংখুং লেঙকপগুম মখোঙ মখুং হাইজ্রমলকই ।।২৪।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা পরিক্ষিৎসংজিবনগী হুম্ফুমাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ।। X ।। X । X ।

---

# সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ।

## হুম্ফুতরাশুবা অধ্যায়

( শ্রীকৃষ্ণনা অভিমন্যুগীমচাগী নামকরণ ( মিংথোলবা ) তৌবা পাণ্ডবশিংনা শেল তাম্লুবদগী হল্লক্লুনা হস্তিনাপুরদা লাকপা। )

—:0:—

বৈশম্পায়ন উবাচ

ব্রহ্মাস্ত্রংতু যদা রাজন্ কৃষ্ণেন প্রতিসংহিতম্। তদা তং বেশ্ম স্বংপিত্রা তেজসাভিবিদীপিতম্ ॥ ১ ॥
ততোরক্ষাংসি সর্বাণি নেশুস্তস্মা গৃহংদ্রুতং। অন্তরিক্ষে চ বাগাসীৎ সাধু কেশব সাধ্বিতি ॥ ২ ॥
তদস্ত্রং জ্বলিতং চাপি পিতামহমগাৎতদা। ততঃ প্রাণান্ পুনর্লেভে পিতা তব নরেশ্বর ॥ ৩ ॥
ব্যচেষ্টত চ বালোঽসৌ যথোৎসাহং যথাবলম্। বভূবুর্মুদিতা রাজংস্ততস্তা ভরতস্ত্রিয়ঃ ॥ ৪ ॥

ব্রাহ্মণান্ বাচয়ামাসুর্গোবিন্দস্যৈব শাসনাৎ।
ততস্তা মুদিতাঃ সর্বাঃ প্রশশংসুর্জনার্দনম্ ॥ ৫ ॥
স্ত্রিয়ো ভরতসিংহানাং নাবং লব্ধেব পারগাঃ।
কুন্তী দ্রুপদপুত্রী চ সুভদ্রা চোত্তরা তথা ॥ ৬ ॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— জনমেজয়! মহারাজ! শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাস্ত্রবু শান্ত ওইহনখ্রবহুদা সূতিকাগৃহ ( চাবোকশঙ ) অহু নহাক্কী নপাবুং পরীক্ষিৎকী তেজনা পুমলং লংনা নীংথাজখি ॥ ১ ॥ অহুদগীদি অঙাংশিংবু হেক হেক থাত্তোকপা হেল্লোই হিংচাবাইশিংদু লোইনা চেল্লখি। মতম অহুদা নোংমদোন্তরুগী আকাশ বাণী তৌরকই :— নুংঙাই য়াইফরে! ধন্যনি, কেশব! নহাক্না তৌবিরিসে ওস্তোক্না নুংঙাই! জগৎকী মঙ্গলনি। ॥ ২ ॥ ব্রহ্মাস্ত্র অদুবু ব্রহ্মলোকতা পাইখৎখি। নিংথৌ! মতৌ অদুম্না নপাবুং পরীক্ষিৎ অমুক হন্না হিংখিবনি। ৩ ॥ উত্তরাগী মচা অঙাংদু মথক্তনা মখোঙ-মখুৎ লোইনা ক্রৎ ক্রৎ হাইদোরকই। খোঙ-খুৎ কাউরকই। মাদু উবদা ভরত বংশগী নৈরম্নিবা নুপীশিংদু ওস্তোক্না হরাওনুংঙাইখি ॥ ৪ ॥ মখোয়না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংদগী ব্রাহ্মণশিংবু স্বস্তিবাচন তৌহনখি মখোয়না নুংঙাইমনখিদুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী গুণগান তৌখি। ৫ ॥ তুরেল লানভম্বশিংনা খুদক্কা হি ( জহাজ ) ফংহনা ঈরাম্ন লায়না লান্থোমখিবদুগুম্না অকনবশিংগী লোয়নবী কুন্তী, দ্রৌপদী, সুভদ্রা, উত্তরা অদুগা অতৈ অতৈ নুপীশিংদু ওস্তোক্না হরাও নুংঙাজখি ॥ ৬ ॥ ভরতশ্রেষ্ঠ! মহারাজ

স্ত্রিয়শ্চাস্যা নৃসিংহানাংবভূবুর্হৃষ্টমানসাঃ । তত্রমল্লা নটাশ্চৈব প্রস্থিকাঃ সৌখ্যশায়িকাঃ ।। ৭ ।।
সূতমাগধসংঘাশ্চাপ্যস্তুবংস্তং জনার্দনম্ । কুরুবংশস্তবকথ্যাভিবাশীর্ভি ভরতর্ষভ ।। ৮ ।।
উত্থায় তু যথাকালমুত্তরা যদুনন্দনম্ । অভ্যাবাদয়ত প্রীতা সহ পুত্রেণ ভারত ।। ৯ ।।
তস্মৈ কৃষ্ণোদদৌ হৃষ্টো বহুরত্নং বিশেষতঃ । তথান্যে বৃষ্ণিশার্দুলানাম বালস্যাব্যো প্রভুঃ ।। ১০ ।।
পিতৃস্তত্র মহারাজ সত্যসন্ধো জনার্দনঃ । পরিক্ষীণে কুলে যস্মাজ্জাতোহয়মভিমন্যুজঃ ।। ১১ ।।
পরীক্ষিদিতি নামাস্যভবত্বিত্যা ব্রবীৎ তদা । সোহবর্দ্ধত যথাকালং পিতাতবজনাধিপ ।। ১২ ।।

মনঃপ্রহলাদনশ্চাসীৎ সর্বলোকস্য ভারত ।
মাসজাতস্তুতে বীর পিতাভবতি ভারত ।। ১৩ ।।
অথাজগ্মুঃ সুবহুলং রত্ন মাদায় পাণ্ডবাঃ ।
তান্ সমীপগতাঞ্চ শ্রুত্বা নির্যযুর্বৃষ্ণিপুঙ্গবাঃ ।। ১৪ ।।
অলাংচক্রু মাল্যোঘৈঃপুরুষা নাগসাহ্বয়ম্ ।
পতাকাভিবিচিত্রাভিধ্বজৈশ্চবিবিধৈরপি ।। ১৫ ।।

জনমেজয় ! অদুগী তুংদা মল্লযুদ্ধহৈবা, পুংশেল জগোয় শাবা হৈবহৈবা, জ্যোতিষ শাস্ত্র হৈবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অদুক য়াম্বা মীয়ামদুনা কুরুবংশগী স্তুতিগান আশীর্বাদ তৌরগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী গুণগান তৌখি ।। ৭-৮ । ভরত নন্দন ! হরাউজরবা, পেজরবা উত্তরানা মচাদু কোম্বুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চত্তশিল্লক্লুনা মকোক মক খুমদুনা খুরুম্মি ।। ৯ ।। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অদাংদুগী মখুত্তা মণিমুক্তা রত্ন কয়া উপহার ( মনামথেল ) ওইনা পীবিখি অদদগী যদুবংশগী অহল-লমন লোইনা মথং মথং চত্তশিল্লক্লুনা অভাং অদগী মখুত্তা দান থাদনখি । অদুগী মতুংদা মহারাজ ! নপাবুং ( অভাং ) গী নামকরণ ( মিংথোনবা ) শ্রীকৃষ্ণ মক্না তৌবিখি ।। ১০ ।। কুরুশাগেনা অস্তুমন্নুম হুন্নুরকপা শাকখিল্লকপা ( পরিক্ষীণ ওইরকপা ) মতমদা পোকপনি হায়দুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্না পরীক্ষিৎ ( পরি+ক্ষিধাতু ) হায়না থোনবিখি । শ্রীকৃষ্ণমক্না ঈহান হান্না ঈবুঙো ! পরীক্ষিৎ ! হায়না কৌবিখি ।। ১১ ।। অসুম হায়না নামকরণ কৌবা সংস্কার অদু তৌরবা তুংদগাদি নপাবুং ( অভাং ) অদো নোংম নোংমগী মনম্মনম্ চাউখংলকই । য়াম্না রানা হিংচকপনি হায়দুনা য়াম্না শুংশিনা অভাংদুবু মীয়াম মথং মথং লাক্লুনা কোনবিখি । অভাংবু হেক কোনবদা কোম্নু কোম্নুবা মীদুগী থবায় হকচাং পুক্লিংদা মুত্তাইবা অপেনবা পোক্লখি ।। ১২ ।। অদাংনা থা অমা হেক ফারকপা মুমিত্তুদা পাণ্ডব পুন্নমক মণিমুক্তারত্ন মপৈ মপৈ পুদুনা হস্তিনাপুরদা থুংলে ।। ১৩ ।। পাণ্ডবমভা হল্লকলে হায়বা হেক তাবদা বৃষ্ণিবংশগী মীপুম্বা চেঙ্খোক্লরক্লুনা স্বাগত তৌখি ।। ১৪ ।। হস্তিনাপুরগী মীয়াম্না নগরদুগী মুমখুদিং, থোঙ্গাল খুদিংদা রাজমার্গ, লম্বী পুম্বদা মচু মচুগী লৈপরেং পরেংনা, ধূপ থাউমৈ পরেংনা, মচু মচুগী ফিরাল মরামনা নীংথিনা ফজনা শেমশাদুনা থমখি ।। ১৫ । নগরগী মী খুদিংমক মাগী মাগী ময়মসু ফজনা

বেশ্মানি সমলংচক্রুঃ পৌরাশ্চাপি জনেশ্বর। দেবতায়তনানাং চ পূজাঃ সুবিবিধাস্তথা ॥ ১৬ ॥
সংদিদেশাথ বিদুরঃ পাণ্ডুপুত্র প্রিয়েপ্সয়া। রাজমার্গাশ্চ তত্রাসন্ সুমনোভিরলংকৃতাঃ ॥ ১৭ ॥
শুশুভে তৎপুরং চাপি সমুদ্রৌঘ নিভস্বনম্। নর্ত্তকৈশ্চাপি নৃত্যদ্ভির্গায়কানাং চ নিঃস্বনৈঃ ॥ ১৮ ॥
আসীৎ বৈশ্রবণস্যেব নিবাসস্তৎপুরং তদা। বন্দিভিশ্চ নরৈ রাজন্ স্ত্রীসহায়ৈশ্চ সর্বশঃ ॥ ১৯ ॥
তত্র তত্র বিবিক্তেষু সমন্তাদুপশোভিতম্। পতাকা ধূয়মানাশ্চ সমগ মাতরিশ্বন ॥ ২০ ॥
অদর্শয়ন্নিব তদা কুরূন্ বৈ দক্ষিণোত্তরান্। অঘোষয়ংস্তদা চাপি পুরুষা রাষ্ট্রধূর্গতাঃ।
সর্বরাষ্ট্রবিহারোঽস্ত রত্নাভরণলক্ষণঃ ॥ ২১ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্বণি পাণ্ডবাগমনে সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥

---

থম্লখি। বিদুরনা ময়ামদা, লাইগী দেবমন্দির খুদিংদা, পাণ্ডবশিংগী মঙ্গল ওইননবগীদমক সেবা পূজা বজ্জনচিংবা নীংখিনা তৌননবা য়াথং পীখি। নগরগুম্বষ্ট সুংশিরবা হৈনম লৈনম্না পীকথনখি। ১৬-১৭ ॥ মফম মফমদগী শকতোকনরবপা জগোঈ শাব-শাবীশিংগী পূংশেল জগোঈ ঈশৈগী খোঞ্জেলশিংদুনা নগর অদু পূমনিন নিনখি। মখোলশিংদুগী পুল্লপ পুনবা মখোল ইনিল অদু সমুদ্রগী ঈথক ঈপোমনা ঈথক কারকপদা ডংঙকপদুগুম্না মীপুম খুদিংগী নাকোংদা তানখি। ১৮। রাজন, জনমেজয়! মতম অদুদা হস্তিনাপুরগী নগর অদু কুবেরগী অলকাপুরীগী মতৌগুম ফজখি। মফম মফমদা ভাটকবি (বন্দি) শিংনা মাগী মাগী লোয়নবীশিংগা তোভাল-তোভালবা রাগরাগিনীগী খোন্থাংদা শকুরকই। লিরি-লিরি শিংপা সুংশিংনা ফিরালশিংদুবুস্ত জগোঈ শাবা যাওহুবগুম্না হাইল্লা ফজহল্লি। দক্ষিণকুরু-উত্তরকুরুগী দেশনগর খুদিংস্ত অন্নয়া তৌনখি ॥ ১৯-২০। নিংথৌগী রাজকীয় কর্মচারীশিংনা মীয়ামদা অশুম হায়না লাউথোকখি :— প্রজা খুদিংমক মাগী মাগী ময়ুমদা উৎসব মেলা তৌগদবনি, ফজ ফজবা ফিরোল শেংচাহুনা লৈজ লৈজবা সনালুপা লীক-কোল শিদুনা উৎসব মেলা পুম্না পাংথোকদবনি। ২১॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতাপর্বদা পাণ্ডবাগমন (পাণ্ডবশিংনা হল্লকপা) গী হুম্ফুতরাশুবা অধ্যায় লোইরে। X ॥ X ॥

---

# একসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ।

## হুমফুতরাণথোইশুবা অধ্যায়

( ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংবু ওকপা। পাণ্ডবশিংনা নগর মঙ্গুংদা চঙ্গকপ্না ময়াংগা উনপ্পবা। শ্রী কৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা যজ্ঞ তৌননবা ঙাংশীবা।)

—:০:—

বৈশম্পায়ন উবাচ

তান্ সমীপগতাঞ্চ্রুত্বা পাণ্ডবান্ শত্রুকর্শনঃ। বাসুদেবঃ সহামাত্যঃ প্রযযৌ সসুহৃদ্‌গনঃ ॥ ১ ॥
তে সমেত্য যথান্যায়ং প্রত্যাগ্যাতা দিদৃক্ষয়া। তে সমেত্য যথাধর্মং পাণ্ডবা বৃষ্ণিভিঃসহ ॥ ২ ॥
বিবিশুঃ সহিতা রাজন্ পুরং বারণ সাহ্বয়ম। মহতস্তস্য সৈন্যস্য খুরনেমিস্বনেন চ ॥ ৩ ॥
দাবাপৃথিব্যো খং চৈব সর্বমাসীৎ সমাবৃতম্।
তে কোশানগ্রতঃ কৃত্বা বিবিশুঃস্বপুরং তদা ॥ ৪ ॥
পাণ্ডবাঃ প্রীতমনসঃ সামাত্যাঃ সসুহৃদ্‌গনাঃ
তে সমেত্য যথান্যায়ং ধৃতরাষ্ট্রং জনাধিপম্ ॥ ৫ ॥

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— জনমেজয়! পাণ্ডবশিংনা হস্তিনাপুরবোমদা য়াম্না নকশিল্লকে হায়বসি তাবদা ভগবান্ শ্রীমধুসূদন বাসুদেবনা মন্নপ মপাং পুম্নমক্কা লোয়ননা পাণ্ডবশিংবু ওকউনবা হস্তিনাপুর নগরদগী খোঙশাল্লকই ॥ ১ ॥ মীয়াম্না থোগল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা লস্নী থায় থায়দুনা লাকই। অদুদগী মরা চৎলগা অনগমগা উৈয় ময়ামদুগা লোয়ননা পাণ্ডবশিং অসি হস্তিনাপুর নগরমঙ্গুংদা চঙশিল্লকই ॥ ২ ॥ খোঙলোয় লান্মীশিংনা লাকপগী শগোল শামু-ইটরথ ময়ামদু লাকপগী মখোল ইনিন অদুনা আকাশপাতাল (নোংথক লৈখা) অনীনমক পুমথলথল্লি ॥ ৩ ॥ কলথুম ময়ামপুরিবা বাহনশিংদুবু মাঙথাহল্লবা মীয়াম্না মতুং মতুং ঙাকশেন্দুনা লাকই। মতৌ অসুম্না কোম্বং মঙ্গুংদা চঙকই। ময়াম অদুনা পুল্লপা তিন্দুনা লৈবিরম্বদু উবদা পাণ্ডবশিংসি ওন্থোক্না পেনখি ॥ ৪ ॥ মীয়াম অদুগা অমমমত ওইনা উনরগা খুরুম থাজংনরবা তুংদা ময়ামদু নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী নাকতাম্না লাকই। পাণ্ডবশিংনা অদুগা জ্ঞাতিবশিংদুনা ননাই ঐ অহনি ননাই ঐ অহনি হায়না মিং মীশক তাক্ল তাক্লদুনা মমাং উদ্রবা নিংথোদা খুরুমখি ॥ ৫ ॥

কীর্তয়ন্তঃ স্বনামানি তস্য পাদৌববন্দিরে। ধৃতরাষ্ট্রাদয় চ তে গান্ধারীং সুবলাত্মজাম্ ।। ৬ ।
কুন্তীং চ রাজশার্দূল তদা ভরতসত্তম। বিদুরং পূজয়িত্বা চ বৈশ্যাপুত্রং সমেত্য চ ।। ৭ ।।
পূজ্য মানাঃস্ম তে বীরা ব্যরোচান্ত বিশাম্পতে। ততস্তৎ পুরুমশ্চর্য্যং বিবিত্রং মহদদ্ভুতম্ ।। ৮ ।।
শুশ্রুয়ুস্তে তদা বীরাঃ পিতুস্তে জন্ম ভারত। তদুপশ্রুত্য তৎকর্ম বাসুদেবস্য ধীমতঃ ।। ৯ ।।
পূজার্হং পূজয়ামাস্থ কৃষ্ণং দেবকীনন্দনম্। ততঃ কতিপয়াহস্য ব্যাসঃ সত্যবতীসুতঃ ।। ১০ ।।
আজগাম মহাতেজা নগরংনাগ সাহ্বয়ম্। তস্য সর্বে যথান্যায়ং পূজাং চক্রুঃকুরূদ্বহাঃ ।। ১১ ।।
সহ বৃষ্ণান্ধকব্যাঘৈরুপাসাং চক্রিরে তদা। তত্র নানাবিধাকারাং কথাঃ সমভি কীর্ত্ত্য বৈ ।। ১২ ।।
যুধিষ্ঠিরো ধর্মসুতো ব্যাসং বচনমব্রবীৎ। ভবৎ প্রসাদাৎ ভগবন যদিদং রত্নমাহৃতম্ ।। ১৩ ।।

উপযোক্তুং অদিচ্ছামি বাজিমেধেমহাক্রতৌ।
তমলুজ্ঞাতুমিচ্ছামি ভবতা মুনিসত্তম
ত্বদধীনা বয়ং সর্বে কৃষ্ণস্য চ মহাত্মনঃ ।। ১৪ ।।

ব্যাস উবাচ

অনুজানামি রাজেন্দ্রং ক্রিয়তাং যদনন্তরম্। যজস্ব বাজিমেধেন বিধিবৎ দক্ষিনাবতা ।। ১৫ ।।

---

নিংথৌ। জনমেজয়! খাইসি মখং মথং উনরম্লগা পাণ্ডবশিংসি ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, কুন্তীদা মথং মথং চঙক চঙতুনা মকুপুরক্লা খুরমখি ।। ৬। নিংথৌ! প্রজাগী মপু জনমেজয়! বিদুর অদুগা বৈশ্যনিংথৌন্দা পোকপা যুযুৎসুগা উনদুনা পাণ্ডবশিংসি মায়থোং মকারাম্না ওন্থোক্লা নীংথিজখি ।। ৭ ।। ভারতনন্দনা! নিংথৌ! জনমেজয়! হায়া লৈবম্লিবা অকনবশিং অদুনা নপাবুং নিংথৌ পরীক্ষিৎনা পোকখিবগী অংকপা থৌদোকশিংদু অমতা বাক্তমথৈ মথং শীংনা লীহুনা নবুথৌ পাণ্ডবশিংদা তাহনখি ।। ৮ ।। মহাবুদ্ধিমান, সর্বশক্তিমান, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অমনা তৌওমদবা অলৌকিক অমা বারীদু তাবদা পাণ্ডবশিংনা জগৎপুজনীয় শ্রীকৃষ্ণগী বিশেষ ওইনা পূজা তৌখি। হন্না হন্না খুরুমজখি ।। ৯ ।। তৌনরিবসিগী, সুমিৎ খরনিগী মতুংদা সত্যবতীপুত্র মহর্ষি ব্যাসজী অসি হস্তিনাপুরদা হেক লাকই। কুরুশাংগী মীপুম্নমক অদুগা পাণ্ডবশিংনা থোরকুনা খুরুমহনা সেবা পূজা কংখি। ১০-১১ ।। পাণ্ডবশিংনা অমুম্না হায়রকই ।। ১২ ।। ভগবন্! মহর্ষি! নহাক্কী কৃপাদগী ঐখোয়না পুজরক্লিবা শেংলথুম থবসিন অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞদুগী তৌননবা মহর্ষিনা শীনবিয়ু। ১৩ ।। মহর্ষি! তৌননবগী য়াথং দু পীনবিয়ু। মরমদি, নমাই ঐখোয় লৈজরিবশিংসে মহর্ষিগী অমদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং মখাদা লৈজরিবনি। ১৪ ।। ব্যাসনা হায়ঃ— নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! ঐ য়াব্রে। যজ্ঞ তৌনবা তৌরো। বিধিকায়দনা তৌ। দানদক্ষিণা মরাং কায়না হাপ্লুনা যজ্ঞসি পাওখোক্লবা তৌরো ।। ১৫ ।।

অশ্বমেধো হি রাজেন্দ্র পাবনঃ সর্বপাপনাম। তেনেষ্ট্বা ত্বং বিপাপ্মা বৈ ভবিতা নাত্র সংশয়ঃ ॥ ১৬ ॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তঃ স তু ধর্মাত্মা কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ অশ্বমেধস্য কৌরব্য চকারাহরণে মতিম্ ॥ ১৭ ॥
সমনুজ্ঞাপ্য তং সর্বং কৃষ্ণদ্বৈপায়নং নৃপঃ। বাসুদেবমথাভ্যেত্য বাগ্মী বচনমব্রবীৎ ॥ ১৮ ॥
দেবকী সুপ্রজা দেবী ত্বয়া পুরুষসত্তম। যদ্ ব্রূয়াং ত্বাং মহাবাহো তৎ কৃথাস্ত্বমিহাচ্যুত ॥ ১৯ ॥
ত্বৎপ্রভাবার্জ্জিতান্ ভোগানশ্নীম যদুনন্দন। পরাক্রমেণ বুদ্ধ্যা চ ত্বয়েয়ং নির্জ্জিতা মহী ॥ ২০ ॥
দীক্ষয়স্ব ত্বমাত্মানং ত্বং হি নঃ পরমো গুরুঃ। ত্বয়ীষ্টবতি দাশার্হ বিপাপ্মা ভবিতা হ্যহম্ ॥ ২১ ॥
ত্বং হি যজ্ঞোঽক্ষরঃ সর্বস্ত্বং ধর্মস্ত্বং প্রজাপতিঃ। ত্বং গতিঃ সর্বভূতানামিতি মে নিশ্চিতা মতিঃ ॥ ২২ ॥

বাসুদেব উবাচ

ত্বমেবৈতন্মহাবাহো বক্তুমর্হস্যরিন্দম। ত্বং গতিঃ সর্বভূতানামিতি নিশ্চিতা মতিঃ ॥ ২৩ ॥

---

নিংথৌ! অশ্বমেধ যজ্ঞ হায়বসে যজমানগী পাপপুম্বা মাংহনবা, যজমানশিংগী থম্মোয়বু হকচাং লোইনা শেংদোকপিবা অনুষ্ঠান অমনি। যজ্ঞসিবু মপুংফানা হেক পাংথোকখিবদা নমাংতৈদা থজনা থজনা তৌথিবা পাপপুম্নমকদগী নাম্থোরগনি। মসিদা চিংনবা ভায় লৈতে ॥ ১৬ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়:— নিংথৌ! জনমেজয়! অশুম্বা ব্যাসগী য়াথং লৌবা যুধিষ্ঠিরনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরগে হায়না পুক্নীংদা লেপখ্রে ॥ ১৭ ॥ ব্যাসনা য়ারক্রবা তুং অসিদা যুধিষ্ঠিরনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংলক্লগা অসুম্না হংগংখি:— ॥ ১৮ ॥ মহাবাহু! সর্বশক্তিমান্ শ্রীবাসুদেব! ঈবুংঙো! নংবু মচা ওইনা ফংজবদা সংসারসিদা খ্বাইদগী হেন্না মরাবক ফবী পুত্রবতী (মচা লৈবী) হায়না নমাঙবেম্মা দেবকীনা জগত্তা প্রসিদ্ধ ওইনা লৈরিবীনিদো। ঐ অমনিদা হংগংকে। হায়জরিবসি পাংথোক্লবা তৌবিয়ু ॥ ১৯ ॥ যদুনন্দন! ঐখোয় নহাক্কী প্রভাবনা, নংগী থৌজান্না রাজ্য অসিগী আধিপত্য ফংজদুনা রাজভোগ চাজরে। য়েক্লবা ময়াম্বু, ভূমজখিবসে নহাক্কী শক্তিননি। ঐখোয়না নচ্চদে ॥ ২০ ॥ হায়জনীংবদি, যজ্ঞগী দীক্ষাদি নহাক্না লৌবিয়ু। কর্মধারী ওইবিয়ু। নহাক্কী যজ্ঞনি থনবিয়ু। মরমদি নহাক্না ঐখোয়গী গুরুনি। নহাক্না থৌরু ওইহনা যজ্ঞ অসিবু পাংথোকপিরবতদা ঐখোয় পাপ পুম্বদগী নাম্থোকচগদৌরিবনি ॥ ২১ ॥ যজ্ঞ হায়বদো নহাক নশামক্না অদুম ওইরবনি। নহাকতনা অক্ষর, সর্বস্বরূপ, ধর্ম প্রজাপতি হায়বদু ওইবিরিবনি। অচম্বতু জীবশিংগী পরমগতিনি। মাসি ঐগী লেপচন্নসিবা ফান্তনি ॥ ২২ ॥ মাদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়রকই:— অকনবা! য়েক্লবা পুম্বা লাকহংঙম্বা! বা অসি নিংথৌ নহাক্না হায়ঙম্বনি। ঐগী বাখল্লদি প্রজা জীবপুম্বগী চঙজফমদি নিংথৌ নহাক্না ওইবিগদবনি ॥ ২৩ ॥

স চাস্য কুরুবীরাণাং ধর্মেণহি বিজসে। গুণীভূতাংস্ম তেরাজংস্তংনোরাজা গুরুর্মতঃ ॥ ২৪ ॥
যজ্ঞস্য মদগুজ্ঞাতঃ প্রাপং এষক্রতুস্তুয়া। যুযং নো ভবান্ কর্যো যত্র বাঞ্ছসি ভারত ॥ ২৫ ॥
সত্যং তে প্রতিজানামি সর্বং কর্ত্তণস্মি তেহনঘ। ভীমসেনার্জুনৌ চৈবতথা সাদ্রবতীসুতৌ ॥
ইষ্টবন্তো ভবিষ্যন্তি যগৈষ্টবতি পার্থিবে ॥ ২৬ ॥

ইতি শ্রীম ভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকপর্বণি অনুগীতাপর্বণি কৃষ্ণ-
ব্যাসানুজ্ঞায়ামেসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ × ॥ × ।

---

রাজন! কৌরবশিরংসগী মঙ্গংদা ধম কায়দনা কনবদি যুধিষ্ঠির! নিংথৌ! নহাক্নি। অতৈ অমনা নত্তে। ঐখোয় লৈরিবা পূখসে নহাক্না পুজ্জামক্নি। প্রজ, পুম্নমক্কো গুরুদি অহ্গ। নিংথৌদি নহাক্না ওইগদবনি। নিংথৌ হাবসে গুরুগী মঙ্গং চবনি। ॥ ২৫। ঐখোয়সে নহাক্না খোঙলোয় আজ্ঞাকারী মক্নি। অসি অসিতৌ হায়না তাকপিবদে তৌজগনি। করম করম থবক তৌজৌ হায়বগে য়াথং পীবিয়ু॥ ২৫॥ পাপকী শক্কক করমত য়াওদ্রবা ধম রাজ! ঐ বাশকচরি অসিসিতৌ হায়না তাকপিবা যাথংদো তাকচগনি। নিংথৌ! নহাক্না তৌগদৌরিবা যজ্ঞ অসিগী মহৈৎ ননাওশিং ভীম, অর্জুন, নকুল সহদেব মখোয়নসু খরা খরা ফংজগদৌরিবনি॥ ২৬॥

মফম অসদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতাপর্বদা কৃষ্ণব্যাস অনাগী অয়াক্ষা (য়াথং) গী হুফমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে॥ × ।

# দ্বিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুম্ফুতরানিথোইশুবা অধ্যায়ঃ

( ব্যাসগী য়াথংদগী, অশ্ব (শগোল) গী তুংদা শেন্নচুনা চংনবনা অর্জুন রাজাবু
ভাকহৌনবনা ভীমসেন নকুল,দা প্রজাগী চান থক্নবা পীলহৌবনা
সহদেবদা শিন্নবা )

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবমুক্তস্তু কৃষ্ণেন ধর্মপুত্রোযুধিষ্ঠিরঃ। ব্যাসমামন্ত্র্য মেধবী ততো বাক্যমব্রবীৎ ॥১॥
যদা কালং ভবান্ বেত্তি হয়মেধস্য তত্ত্বতঃ। দীক্ষয়স্ব তদা মাং ত্বং ত্বয্যায়ত্তো হি মে ক্রতুঃ ॥২॥

ব্যাস উবাচ

অহং পৈলোঽথ কৌন্তেয় যাজ্ঞবল্কস্তথৈব চ। বিধানং যৎ যথা কালং তৎকর্ত্তারো নসংশয় ॥৩॥
চৈত্র্যাং হি পৌর্ণমাস্যাং তু তব দীক্ষা ভবিষ্যতি। সম্ভারাঃ সম্ভ্রিয়ন্তাং চ যজ্ঞার্থং পুরুষর্ষভ ॥৪॥
অশ্ববিদ্যাবিদশ্চৈব সূতা বিপ্রাশ্চতদ্বিদঃ। মেধ্যমশ্বং পরীক্ষন্তাং তব যজ্ঞার্থসিদ্ধয়ে। ৫॥
তমুৎসৃজ্য যথাশাস্ত্রং পৃথিবীং সাগরাম্বরাম। স পর্যেতু যশো দীপ্তং তব পার্থিব দর্শয়ন্। ৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়:—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না তাকপিরক্লবদা ধর্মপুত্র যুধিষ্ঠীরনা, ব্যাসদা অসুম্না হায়রকই:— মহর্ষি! হৌজিক্তি অশ্বমেধ যজ্ঞসি হৌনবা মতম অকক্লবদো তাকপিরো। মতম অদু খঙদোকচরগা দীক্ষা লৌনবা তৌজরগে। মরমদি যজ্ঞ অসিগী ক্রিয়াক্রমশিংদো মহুক্তি খুত্তা লৈরে ॥১-২॥ ব্যাসনা হায়:— কুন্তীনন্দন! যজ্ঞগী মতমদু হেক য়োরকপদা এইগা, পৈল অমদি যাজ্ঞবল্ক্যগী এইখোয় অহুম্না যজ্ঞগী বিধিবিধান পূম্বা হৌগনি। করিমত চিংনম্থু ॥৩। নিপা অথোইবা! লাক্লদৌরিবা চৈত্র মাসগী পূর্ণিমাদা নঙোন্দা দীক্ষা পীরনি। মাসিগী মমাঙদা চঙগদবা মচাক ( সামগ্রী ) শিং অদো থৌরাং তৌহুনা থমহৌরো ॥৪॥ অশ্ববিদ্যাদা য়াম্না খঙলবা সূত অমদি ব্রাহ্মণশিংনা অশ্বমেধগী মতিক চাবা অশ্ব (শগোল) অদু পরীক্ষা তৌরনা খন্দোক্কনা থম্মু ॥৫॥ লৈপাক্কী মপু! নিংথৌ! শগোল অদু অসিনি হায়বদু লেপথোক্লগা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা থাদোক্লবা তৌ নংগী মতিক মঙ্গল শন্দোবগা ওইনা সমুদ্র ফাওবা শন্দোকখ্রিবা ভারত খণ্ডসিগী মকম পুম্বদা শগোলসিনা মানা চংনিং চংনিংবা দেশা দেশ চংকদবনি ॥৬॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তঃ স বশেত্যুক্ত্বা পাণ্ডবঃ পৃথিবীপতিঃ।
চকার সর্বং রাজেন্দ্র যথোক্তং ব্রহ্মবাদিনা ॥৭॥
সম্ভারাশ্চৈব রাজেন্দ্র সর্বে সংকল্পিতাঽভবন্।
স সম্ভারান্ সমাহৃত্য সমাহৃত্য নৃপো ধর্মসুতস্তদা ॥৮॥
দ্বৈপায়নমমেয়াত্মা কৃষ্ণদ্বৈপায়নায় বৈ।
ততোঽব্রবীন্মহাতেজা ব্যাসো ধর্মাত্মজং নৃপম্ ॥৯॥
যথাকালং যথাযোগং সজ্জাঃ স্ম উপদীক্ষণে।
স্ফ্যশ্চ কূর্চশ্চ সৌবর্ণো যচ্চান্যদপি কৌরব ॥১০॥
অশ্বশ্চোৎসৃজ্যতামদ্য পৃথ্ব্যা মহা যথাক্রমম্।
সুগুপ্তঃ বিচরতাং চাপি যথাশাস্ত্রং যথাবিধি ॥১১॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ

অয়মশ্বো যথা ব্রহ্মন্ উৎসৃষ্টঃ পৃথিবীমিমাম্। চরিষ্যতি যথাকামং তত্র বৈ সংবিধীয়তাম ॥১২॥
পৃথিবীং পর্যটন্নশ্বং কিং হুবৎ কামচারিণম্। কঃ পালয়েদিতি মুনে তং ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥১৩॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— জনমেজয় নিংথৌ! পাণ্ডুগী মচা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠীরনা "য়াম্মফনি" হায়রগা ব্রহ্মবাদী ব্যাসনা তাকলিবা নিয়ম বিধিগী মতুং ইন্না থবক পুম্না শেমশাবা লোইখ্রে ॥৭॥ নিংথৌ! যুধিষ্ঠিরনা পুক্নীংদা খোমজিন পৈশিল্লীংবা শেনথুম ময়ামদু খোমজিল পৈশিনহনখ্রে। অদুগা তুংদা থবক পুম্নমক লোইশিন্নরে হায়না ব্যাসদা খঙহনখি ॥৮॥ মহাতেজস্বী ব্যাসনা যুধিষ্ঠীরদা ঐখোয় দীক্ষা লৌননব মতমদু খঙহন্নরগে ॥৯॥ কুরুনন্দন! মরক অসিদা, অশ্বমেধযজ্ঞদা চঙব্রবা য়াজবা মচাক কূর্চচিংবা অদুগা অতৈ মচাক যজ্ঞগী খুংলাকশিংদু সনাতনা শাবা ওইগদবনি ॥১০॥ ঙসিমক শাস্ত্রদা তাকপা বিধিগী মতুং ইন্না পৃথিবীগী মকম পুম্নদা মানা মনীং মথা তম্না চৎনিং চৎনিংবা দেশদা চংখিনবা থাদোকখিনবা তৌরো। মাবু খিংবা লাকপা কনা অমতা য়ারোই। অথিংবা মীদুগা লাম্থেংনহন শাগোলবু ঙাক শেন্নবা মীশক থর শগোলদুগী তুংইন্নগদবনি ॥১১॥ যুধিষ্ঠীরনা হায়:— ঋংবীয় মহর্ষি! শগোলদু অসিনি হায়দুনা শগোল অদু চিংশিলহল্লকই। করম হায়না থাদোকখিগদগে হায়বহ মহর্ষিনা তাকপিরো। অদুগা অমনা করিনো হায়বদা শগোল অসিগী ঙাক শেনগদবা মীশকসি কনা ওইংনগদগে মাদু হায়বীয় ॥১২-১৩॥

### বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তঃ স তু রাজেন্দ্র কৃষ্ণদ্বৈপায়নোঽব্রবীৎ। ভীমসেনাদবরজঃ শ্রেষ্ঠঃ সর্বধনুষ্মতাম্ ॥১৪॥
জিষ্ণুঃ সহিষ্ণুশ্চ স এনং পালয়িষ্যতি। শক্তঃ স হি মহীং জেতুং নিবাতকবচান্তকঃ ॥১৫॥
তস্মিন্ হ্যস্ত্রাণি দিব্যানি দিব্যং সংহননং তথা। দিব্যং ধনুশ্চেষুধী চ স এনং মনুযাস্যতি ॥১৬॥
স হি ধর্মার্থকুশলঃ সর্ববিদ্যাবিশারদঃ। যথা শাস্ত্রং নৃপশ্রেষ্ঠ চাররিষ্যা তেহয়ম্ ॥১৭॥
রাজপুত্রো মহাবাহু শ্যামো রাজীবলোচনঃ। অভিমন্যোঃ পিতা বীর স এনং পালয়িষ্যতি ॥১৮॥
ভীমসেনোঽপি তেজস্বী কৌন্তেয়োঽমিতবিক্রমঃ। সমর্থো রক্ষিতুং রাষ্ট্রং নকুলশ্চাবশাম্পতে ॥১৯॥
সহদেবস্তু কৌরব্য সমধাস্যতি বুদ্ধিমান। কৃচ্ছ্রতস্ত্বং বিধিবৎ সর্বমেব মহাযশাঃ ॥২০॥
তৎ তু সর্বং যথান্যায়মক্ত কুরুকুলোদ্বহঃ। চকার ফাল্গুনং চাপি সংদিদেশ হয়ং প্রতি ॥২১॥

### যুধিষ্ঠির উবাচ

এহ্যর্জুন ত্বয়া বীর হয়োঽয়ং পরিপাল্যতাম্। ত্বমর্হো রক্ষিতুং হ্যেনং নান্যঃ কশ্চমানবঃ ॥২২॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়:— নিংথৌ! জনমেজয়! যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হংলক্লবদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনা অস্ত্রুয়া হায়রকগী:— নিংথৌ! অর্জুন হায়বা ননাও অকনবসে ধনুর্ধারী পুম্নমক্কী খাইদগী অহেনবনি। বিজয় কৌবা ননাও অর্জুনসে য়াম্না কনবা অরাবা খাংহৈবা নিপানি। মহাক্কনা শংগোল অমগী মতুং ইন্দ্রনা ভাকশেন্না চৎপদা মতীক চাই। ননাওসে নিবাতবচশিংবু মথন্তনা হাংখিবা মীশক্কি। ভূমণ্ডল অসিদা হেক লৈরিবা অকনবশিংবু মায়থীবা পীভস্নদি মহাক্কনি ॥১৪-১৫। মঙোন্দা হেক লৈরিবা খুৎলায়শিংসে দিব্যাস্ত্র মক্কনি। লীকুংতেল তেন্দোং পূম্নমকসে দিব্য ভাক্কনি, লাইরমলেনগী ভাক্কনি ॥১৬॥ মহাক অসে ধর্ম— অর্থদা অদ্ভুত নত্তনা কলাবিদ্যা পুম্নমা মপা লৈবতা মীনি। অদুনা মহাক্কনা শংগোলগী তুং ইনগদবনি ॥১৭॥ মপাম্বোম কনবা খুৎ য়েংওয় অনীনা তেল কাপ্পা সব্যসাচি হায়বহ্ন মহাকসিনি কুচু শংবান্নবা, মলক মচৌ কনবা, অভিমন্যুগী মপা ওইবা অসিতনা শগোলগী ভাক শেনগদবা নিপানি ॥১৮॥ নিংথৌ! ননাও য়ায়মা অকনবা ভীমসেন হায়বসি য়াম্না কনবনি। কয়ামুক কনবগে হায়বহ্ন হায়ভমদবা মীশকনি। অদুগা ননাও অকনবা নকুলগা ভীমসেনগা অনীনা লৈপাক অসি ভাক শেন্দ্রনা লৈহৌগনি। ১৯॥ কুরুনন্দন! ননাও সহদেব হায়বসিশু য়াম্না কনবা আশিংবা মহাক্কা ঈমুং মনুংগী কোম্নুং মথুং অসিগী চানথক্লবগী য়েংশিনবা মীশক অমা ওইনা লৈহৌগনি। ২০॥ ব্যাসনা তাকপা নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না যুধিষ্ঠিরনা থবক পুম্বা মনাওশিংদা শিন্নখ্রে। শগোলবু ভাকশেন্নবগী- দমক্তা অর্জুনদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হায়রকই:— ॥ ১॥ অকনবা অর্জুন! নম্নাম্বা ঐনা হায়বসি তৌ। তাও। শগোল অসিগী ভাক শেন্দ্রনা মতুং ইনগদবসে নং নত্তনা কনা অমত্তা লৈতে ॥২২॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

যেচাপি ত্বাং মহাবাহো প্রত্যুদ্যাস্তিনরাধিপাঃ। তৈর্তিগ্রহো যথা নস্যাৎ তথাকার্য্যংত্বয়ানঘ।।২৩।।
আহাতব্যশ্চ ভবতা যজ্ঞোহয়ংমমসর্বশঃ। পার্থিবোভ্যোমহাবাহোসময়েগম্যতামিতি।।২৪।।

বৈশম্পায়ন উবাচ

স এবমুক্ত্বা সধর্মাত্মা ভ্রাতরংসব্যসাচিনম্। ভীমং চ নকুলং চৈব পুরগুপ্তৌসমাদধৎ।।২৫।।
কুটুম্বতন্ত্রেতদা সহদেবংসধাংপতিম্। অনুমান্য মহীপালং ধৃতরাষ্ট্রং যুধিষ্ঠিরং।।২৬।।

ইতি শ্রীমহাভারতেশতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকে অনুগীতাপর্বণি যজ্ঞসামগ্রী সম্পাদনেত্রিসপ্ততি তমোহধ্যায়ঃ।।×।।×।। ।।

---

অকনবা ঈয়াগী যা হায়গে। শগোল অসিবু থিংবা থোরকপা নিংথৌচগা পাক শান্নেংনগনু। য়ায়া হৈফিংনা।।২৩।। ঐনা তৌগদৌরিবা যজ্ঞ অসিগী উদ্দেশ্য মুন্না চনীং তানা তাকউ। নিংথৌশিংদুদা ঐগী যজ্ঞ অসিদা লাকপিয়ু হায়্যু। অহোয়নত্তম নিমন্ত্রণ হেক হেক তৌরম্মু।।২৪।। বৈশম্পায়ননা হায়:— নিংথৌ! জনমেজয়। যুধিষ্ঠিরনা শগোলগী মতুং ইন্নবতুনা অর্জুনদা শিন্নখি। লৈপাক্কী ঙাকশেল তৌবনা ভীম নকুল অনীদা শিন্নখি।।২৫। অদুগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রগী সম্মতি (অয়াবা য়াথং) লৌরগা য়ুম কৈ মঙ্গংগী চাবা থকপাগী থবক পুন্না সহদেবদা শিন্নখ্রে।।২৬

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা যজ্ঞসামগ্রীসম্পাদনগী তুম্ফ,তনিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।×।।×।

---

# ত্রিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুন্দ্রকুহুমদোইশুবা অধ্যায়

( লম্মীশিংগা লোয়ননা সগোল্গী মতুংইন্দুনা অর্জুননালাকপগী মতাং )

—:( 0 ):—

**বৈশম্পায়ন উবাচ**

দীক্ষাকালে তু সম্প্রাপ্তে ততস্তে সুমহর্ত্বিজঃ। বিধিবৎ দীক্ষয়ামাসুরশ্বমেধায় পার্থিবম্ ॥ ১ ॥
কৃত্বা তু পশুবন্ধাংশ্চ দীক্ষিতঃ পাণ্ডুনন্দনঃ। ধর্মরাজো মহাতেজাঃ সহর্ত্বিগ্‌ভির্ব্যরোচত ॥ ২ ॥
হয়শ্চ হয়মেধার্থং স্বয়ংহি ব্রহ্মবাদিনা। উৎসৃষ্টঃ শাস্ত্রবিধিনা ব্যাসেনামিততেজস ॥ ৩ ॥
সরাজা ধর্মরাট্ রাজন্ দীক্ষিতো বিবভৌতদা। হেমমালী রুক্মকণ্ঠঃ প্রদীপ্ত ইব পাবকঃ ॥ ৪ ॥
কৃষ্ণাজিনী দণ্ডপানিঃ ক্ষৌমবাসাঃ য ধর্মজঃ। বিবভৌ দ্যুতিমান্ ভূয় প্রজাপতিরিবাধ্বরে। ৫ ।
তথৈবাস্যর্ত্বিজঃ সর্বে তুল্য বেষা বিশাম্পতে। বভুবুরর্জুনশ্চ প্রদীপ্ত ইব পাবকঃ॥ ৬ ॥
শ্বেতাশ্বঃ কৃষ্ণসারং তং সসারাশ্বং ধনঞ্জয়ঃ বিধিবৎ পৃথিবীপাল ধর্মরাজস্য শাসনাৎ ॥ ৭ ॥

---

বৈশম্পায়ননা হায :— মহারাজ, জনমেজয়। দীক্ষা লৌবগী তিথিলগা অহুনা হেক য়োম্নরুবদা ঋত্বিকশিংহুনা যুধিষ্ঠির নিংথৌদা যজ্ঞগী দীক্ষা পীখি ॥ ১ ॥ যজ্ঞগী পশুবন্ধনগী কর্ম অহু তৌরবহুংদা যুধিষ্ঠির নিংথৌ অসি ঋত্বিক ব্রাহ্মণশিংহুগা ওন্নোক্না নীংথিজরবা মায়থোং পুথি। ২ ॥ তেজ কল্লবা ব্রহ্মবাদী ব্যাসনা অশ্বমেধ যজ্ঞগীদমক্তা থদোক্নুনা থম্লিমা শগোল অহু বেদগীমান্ত্রগা লোয়ননা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা মথুং মরু উংমুক্কন তৌখি (থাদোকখি) ॥ ৩ ॥ নিংথৌ। যজ্ঞগী দীক্ষা লৌরবা যুধিষ্ঠির অসি সনয়ৌক পরেংনা ভকশমদা লৈতেংখি। মৈরিফংনা চাক্লবা মৈগী মতৌ মায়থোংহু পুমলংলংখি। ৪ ॥ কৃষ্ণমৃগগী মটন, খুবা দণ্ড, মুগা ফৈজোম খাঙচেংশিংসিনা লৈতেংলকপদা যজ্ঞমণ্ডপ মহুংদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা ভাম্বোইবগুম ভাম্বোইখি ॥ ৫ ॥ নিংথৌ। জনমেজয়। মকম অহুদা লৈরিবা ঋত্বিক ব্রাহ্মণশিং অহু ফিজেৎ মাংনা শেংতুনা থোইদোক্না নীংথিজবা ফজবা হায়বহু ওইখি। শগোলগী মতুং ইন্দুনা চংখিগদৌরিবা অর্জুনসু মৈগী মতৌগুম্না পুমলংলংখি ॥ ৬ ॥ নিংথৌ জনমেজয়। অহুদগী তৌরোক তৌরবা ফজরবা সগোল অহু ধর্মরাজগী য়াথং লৌরগা থাদোক্নুনা তুংইন্নখি ॥ ৭ ॥

বিক্ষিপন্ গাণ্ডিবং রাজন্ বদ্ধগোধাঙ্গুলিত্রবান্। তমশ্বং পৃথিবীপাল মুদাযুক্তঃ সসার চঃ ॥ ৮ ॥
আকুমাং তদা রাজন্নাগমং তংপুরংবিভো। দ্রষ্টুকামং কুরুশ্রেষ্ঠং প্রযাস্যন্তং ধনঞ্জয়ম্ ॥ ৯ ॥
তেষামন্যে ন্যসম্মর্দাদূষ্মেব সম জায়তা। দিদৃক্ষুনাং হয়ং তং চ তং চৈবহয়সারণম্ ॥ ১০ ॥
ততঃ শব্দো মহারাজদিশঃ খংপ্রতিপূরয়ন্। বভূব প্রেক্ষতাং নৄনাং কুন্তীপুত্রং ধনঞ্জয়ম্ ॥ ১১ ॥
এষ গচ্ছদি কৌন্তেয় তুরগশ্চৈব দীপ্তিমান্। যমন্বেতি মহাবাহুঃ সংস্পৃশান ধনুরুত্তমম্ ॥ ১২ ॥
এবং শুশ্রাব বদতাং গিরো জিষ্ণুরুদারধীঃ। স্বস্তি তেঽস্তু ব্রজারিষ্টং পুনশ্চৈহীতি ভারত ॥ ১৩ ॥

অথাপরে মনুষ্যেন্দ্র পুরুষা বাক্যমব্রুবন্।
নৈনং পশ্যাম সম্মর্দে ধনুরেতৎ প্রদৃশ্যতে ॥ ৪ ॥
এতদ্ধি ভীমনির্হ্রাদং বিশ্রুতং গাণ্ডিবং ধনুঃ।
স্বস্তি গচ্ছত্বরিষ্টো বৈ পন্থানমকুতো ভয়ম্ । ১৫ ॥
নিবৃত্তমেবনং দ্রক্ষ্যামঃ পুনরেষ্যতি ধ্রুবম্।
এবমাদ্যা মনুষ্যাণাং স্ত্রীণাং চ ভরতর্ষভ ॥ ১৬ ॥

নিংথৌ! অর্জুন অসি থেঙ্গু মতুনগী খুৎখাঙ খুত্তা খুরুম চেৎনা পায়বা গাণ্ডিব লৌরুং, অসি পুম্নমক্না লৈতেং ওইহনা বিথি কায়দনা শগোলগী তুংইন্ননা থোকখি। ৮ ॥ জনমেজয়! নিংথৌ! অর্জুননা থোরকপগ য়েংহৌগদবগী চেন্থোরকপা অঙাংদগী হৌনা অহল ওইরবা প্রজাশিংহু লোইনা চেন্থোকনরকই। মীয়াম অহু চীরুচায়নবা ঙম্মখিদ্রে। ঈথক ঈপোম কারকপা অহুম ঙাম্নব্রে। ৯ ॥ শগোলগী মতুং ইন্নহুনা চৎথিগদোরিবা অর্জুনবু য়েংহৌগবগী মীয়ামহু অমগমগা ঈন্নবদা থেঙ্গাইনবদা মমায় মমায়দা লুমাং মরাক্না পুমচোৎ চোৎখি ॥ ১০ ॥ মহারাজ! কুন্তীপুত্র অর্জুনবু য়েংহৌবা মাশিংহগী মচানা মচীন্দগী লাউথোক্নরকপা খোঙ্গেলশিংহুনা, মায়গৈশুম্বা, নোংমদোল থক-খা পুমথল থনখি ॥ ১১ ॥ মীয়াম অহুনা অসুম্না লাউনবকই:- য়েংঙু! য়েংঙু! অহু, থোরক্লে। কুন্তী কুমার অর্জুনসে! মমাঙ থানা চৎলিবা শগোল অসে আহু! য়েংঙু লাক্লে। ১২। পূকচেল চাউরবা অর্জুননা লাউনরক্লিবা বাহৈশিংদো অসুম তাখি:—"ভারত! ভরতবংশগী লৈতেং। মঙ্গল ওইয়ু ওইবিরকউ মঙ্গল ওইনা হনবিরকউ।" ॥ ১৩ ॥ নিংথৌ। মমামহুগী মন্নংদা থরনা অসুম্না হায়রকই:- ঐখোয়দি মশক উদে। অদুগা খুত্তা পায়রিবা মখোলগা লোয়নব। গাণ্ডিবলৌরুং-খোংজি মতোনদি থরা থরা উই। তান্নিবসিহু অর্জুনগী মখোল নত্তে, লৌন্না থৌংবগী মখোম্নি লৌরুংমখোম্নি। অসুম্না ঙাংনরগা মাগী মাগী মচীন্দগী মঙ্গল ওইরকউকো। অদুদা করিগুম্বা খুদোংথীবা অমতা লৈতবা ওইসনু। অসুম্না অমুকহু হায়রকই:— হৌজিক উহৌত্রবসু হন্থং মঙ্গল ওইহুনা হল্লকপা মতমদা মথেক লাক্না দর্শন তৌগনি, অসুম্না নীংবা কায়না হন্দোক্নখিবা কয়া কয়া য়াওরি ॥ ১৪ ১৫ ॥ ভরতশ্রেষ্ঠ জনমেজয়! অর্জুননা নিপা খুদী থাক্তনা লাউনরকপসি মথেকশেন্না তাখি ॥ ১৬ ॥

শুশ্রাব মধুরা বাচঃ পুনঃ পুনরুদারধীঃ। যাজ্ঞবল্ক্যাস্য শিষ্যশ্চ কুশলো যজ্ঞকর্মণি ॥ ১৭ ॥
প্রায়াৎ পার্থেন সহিত শাস্ত্রার্থে বেদপারগঃ। ব্রাহ্মণাশ্চ মহীপাল বহবো বেদপারগাঃ ॥ ১৮ ॥
অনুজগ্মুর্মহাত্মানং ক্ষত্রিয়াশ্চ বিশাম্পতে। বিধিবৎ পৃথিবীপাল ধর্মরাজস্য শাসনাৎ ॥ ১৯ ॥
পাণ্ডবৈঃ পৃথিবীমধ্যে নির্জিতাম্ অস্ত্রতেজসা। চচার স মহারাজ যথাদেশং চ সত্তম ॥ ২০ ॥
তত্র যুদ্ধানি বৃত্তানি যান্যাসন্ পাণ্ডবস্য হ। তানি বক্ষ্যামি তে বীর বিচিত্রাণি মহান্তি চ ॥ ২১ ॥

স হয়ঃ পৃথিবীং রাজন্ প্রদক্ষিণমবর্ত্তত।
সসারোত্তরতঃ পূর্বং তন্নিবোধ মহীপতে ॥ ২২ ॥
অবমৃদ্নন্ স রাষ্ট্রাণি পার্থিবানাং হয়োত্তমঃ
শনৈস্তদা পরিহায়ৌ শ্বেতাশ্বশ্চ মহারথঃ ॥ ২৩ ॥
তত্র সংগণনা নাস্তি রাজ্ঞামযুতশস্তদা।
যেহযুধ্যন্ত মহারাজ ক্ষত্রিয়া হতবান্ধবাঃ ॥ ২৪ ॥
কিরাতা যবনা রাজন্ বহবোহসিধনুর্ধরাঃ।
ম্লেচ্ছাশ্চান্যে বহুবিধাঃ পূর্বং যে নিকৃতা রণে ॥ ২৫ ॥

---

যাজ্ঞবল্ক্য মুনিগী শিষ্য বিদ্বান ওইবা, যজ্ঞ কর্মদা চৈশিংবা, বেদবেদান্ত লোইনা হৈবা ব্রাহ্মণ অমসু বিপ্র পুন্নমক লৈতনবা শাস্ত্রি পীননবা অর্জুনগা লোযননা চৎখি ॥ ১৭ ॥ মহারাজ! জনমেজয়! পাণ্ডবশিংনা মমাঙৈদা ভমখিবা, মাযথীবা কংখিবা নিংথৌশিং অদুগী লৈপাক লৈপাক্কী অর্জুননা লাম্নোত্তুনা শগোল অদুনা চৎনীং চৎনীংবা দেশশিং অদু য়েং য়েং চৎখি ॥ ১৮-১৯ ॥ মহারাজ! জনমেজয়! সাধুশিরোমনি! মমাঙৈদা পাণ্ডবশিংনা জয় কয়া কয়া তৌগদবা লৈবাকশিংদু যাও কাওদুনা শগোল অদুসু অসুম চেল্লকখি ॥ ২০ ॥ অকনবগী বংশদা পোকপা অকনবা নিংথৌ! জনমেজয়! মরক মরক্কা অসুম লাকপদা অর্জুননা থেংনখিবা লানশিংদুগী রারীসু তাও ॥ ২১ ॥ নিংথৌ! শগোল অদুনা লাকপদু পৃথিবীসিবু য়েংলোয়ননা কোয়দুনা অসুম লাকপনি। ঈহান তানবদা অরাং পাংনবা উত্তর-প্রদেশশিংদা লাকখি। অগদগী নোংপোক লোমদা মমায় ওন্দুনা নোংপোক পাংনা চেল্লকখি। অর্জুনসু শগোলদুবু থাগ্না তৌদনা শগোলদুনা চৎপা চৎপা মায়গৈদা অসুম তপ্পা তপ্পা ঈল্লরকই ॥২২-২৩॥ মহারাজ! জনমেজয়! মমাঙৈদা কুরুক্ষেত্রগী লাজওদুদা মথায় থাথিবশিংদুগী মচা মশু শাগৈনাইত অকনবা মরূপ মপাংশিংদুনা যুংভাইতবগা লোয়ননা থোরকুনা অর্জুনগা কয়া থেংনখিবা লানশিংদু শীংথাবা ঙমদে। মখোয়দু তকথায়দুনা অর্জুননা লাকখি ॥ ২৪ ॥ নিংথৌ! মশুত্তা থাঙশাং, লৌরুং তেল তানচিংবা পাম্বা কিরাত, যবন, ম্লেচ্ছ, নচিংবা, মমাঙৈদা পাণ্ডবশিংনা মায়থীবা পীথিবশিং অদুনা চোংথোকলক্তুনা অর্জুনগা থেংনখি ॥ ২৫ ॥

আর্য্যাশ্চ পৃথিবীপালঃ প্রহৃষ্টনরবাহনাঃ। সমীয়ুঃ পাণ্ডপুত্রেণ বহবোযুদ্ধদুর্মদাঃ ।। ২৬ ।।
এবং বৃত্তানি যুদ্ধানি তত্র তত্র মহীতলে। অর্জুনস্য মহীপালৈর্নানা দেশসমাগতৈঃ ।। ২৭ ।।
যানি তু ভয়তো রাজন্ প্রতপ্তানি মহান্তি চ। তানি যুদ্ধানি বক্ষ্যামি কৌন্তেয়স্য তবানঘ ।। ২৮ ।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাংসংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতাপর্বণি অশ্বানুসরণে ত্রিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।। × । × ।

---

মশামক্ত ফরবা, কল্লবা রাংচাউরবশিংদুনা অর্জুনবু থক্তুনা লান্থেংনখি ।। ২৬ ।। অমুম্মা লম্বী লম্বীদা দেশ দেশদা অর্জুননা লান্থেংনবা তাখি ২৭ ।। করম করম্বা মরু ওইবা লাগাও থোকখিবগে ায়বতু, ঐ মথং মথং তমথরক্কে ।। ২৮ ।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিকপর্বদা। অনুগীতাপর্বদা উত্তরাবাক্যগী হুক্ষ্নিপালশুবা অধ্যায় লোইরে ।। × ।। × ।

---

# চতুঃসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুম্ফূতবামরিশুবা অধ্যায়

(অর্জুননা ত্রিগর্ত্তশিংবু ভস্বা)

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

ত্রিগর্তৈরভবৎ যুদ্ধং কৃতবৈরৈঃ কিরীটিনঃ। মহারথসমাজ্ঞাতৈর্হতানাং পুত্রনাপ্তৃভিঃ ॥ ১ ॥
তে সমাজ্ঞায় সম্প্রাপ্তং যজ্ঞিয়ং তুরগোত্তমম্ বিষয়ান্তং ততো বীরাংদয়শিতা পর্য্যবারয়ন্ ॥ ২
রথিনো বদ্ধতূণীরাঃ সদশ্বৈঃ সমলংকৃতৈঃ। পরিবার্য্য হয়ং রাজন্ গ্রহীতুং সম্প্রচক্রমুঃ ॥ ৩ ॥

ততঃ কিরীটীসংচিন্ত্য তেষাং তত্র চিকীর্ষিতম্
বারয়ামাস তান্ বীরান্ সান্ত্বপূর্বমরিন্দমঃ ॥ ৪ ॥
তদনাদৃত্য তে সর্বে শরৈরভ্যহনংস্তদা।
তমোরজোভ্যাংসংচ্ছন্নাংস্তান্ কিরীটীন্যবারযৎ ॥ ৫ ॥
তানব্রবীৎ ততো জিষ্ণুঃ প্রহসন্নিব ভারত।
নিবর্তধ্বমধর্মজ্ঞাঃ শ্রেয়ো জীবিতমেব চ ॥ ৬ ॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়:— নিংথৌ জনমেজয়! কুরুক্ষেত্রগী লাইওদা শিথিবা হাংথিবা মখোয়গী মচামচা মহারথীশিংহুনা কিরীটী অর্জুনবু শীংহুনা মখোয়গা য়ায়া লাম্থেংনথি ॥ ১ ॥ পাণ্ডবশিংগী যজ্ঞগী শগোলদু মখোয়গী লৈপাক্তা থোরক্লে হায়বসি খঙহুনা ত্রিগর্তগী অকনবশিংদু লালগী খুৎলায় থিজেং পুম্বা শেংচাহনা, লীক্লং তেল, তেন্দোং, থাঙ-তানচিংবা খুৎলায় পুম্মকা কোয়না, মপান্নল যম্রবা শগোলমচিংবা রথথক্তা তোংখত্তুনা অর্জুননা তুংইন্নয়ক্লিবা শগোলদুবু কোয়শিন্নুনা থংথি। শগোলদুবু মখোয় ময়ায়া কাক্তিনগে হায়না হোৎনরকই ॥ ২-৩ ॥ মখোয়না তৌগে খল্লিবদু খঙহুনা অর্জুননা শান্তি ওইবা অত্তমা য়াহৈনা লাম্থেংনদবা, মখোয়না হন্দোকখিনবা মখোয়মা তৌগে খল্লিবদু থাম্মি ॥ ৪ ॥ অর্জুননা হায়রিবা য়াশিংদু করিমত্তা তাদনা, থৌওইদনা তেল মনমমনম কাপশিল্লকুনা অর্জুননা চৈনা পীরকই। তমোগুণ রজোগুণ অনীগী মথা পোনখিহুনা ত্রিগর্তশিংনা তৌরিবদু তোকখিনবা অর্জুননা মখোয়বু থামখি ॥ ৫ ॥ অর্জুননা নোকমি নোকমি তৌনা মখোয়দা অর্জুননা অস্নুমা হায়রকই:— ধর্মবু মশকখঙদবা পাপীশা! হন্দোকখো, নপুনশিংবু হুংশিনু। নমং পুংনা লামগনু ॥৬॥

সহি বীরঃ প্রয়াতুন্ বৈ ধমরাজেন বারিতঃ। হতবান্ধবান তে পার্থ হন্তব্যাঃ পার্থিবা ইতি ॥ ৭ ॥
স তদা বচঃ শ্রুত্বা ধর্মরাজস্য ধীমতঃ। তান্ নিবর্তধ্বমিত্যাহ ন স্থবর্তন্ত চাপি তে ॥ ৮ ॥
ততস্ত্রিগর্তরাজানং সূর্য্যবর্মা নমাহবে। বিচিত্য পরন্তালেন প্রজহাস ধনঞ্জয়ঃ ॥ ৯ ॥
ততস্তে রথঘোষেণ রথনেমিস্বনেন চ। পূরয়ন্তো দিশঃ সর্বা ধনঞ্জয়মুপাদ্রবন্ ॥ ১০ ॥
সূর্য্যবর্মা ততঃ পার্থে শরণাং নতপর্ব ণাম্। শতান্যমুঞ্চৎ রাজেন্দ্র লঘ্বস্ত্র মভিদশয়ন্ ॥ ১১ ॥
তথৈবান্যে মহেষ্বাসা যেচ তস্যা নুযায়িনঃ। মুমুচুঃ শরবর্ষাণি ধনঞ্জয় বধৈষিণঃ ॥ ১২ ॥
স তান্ জ্যামুখনির্মুক্তৈ র্বহুভি সুবহূঞ্শরান। চিচ্ছেদ পাণ্ডবো রাজংস্তে ভুমৌ ন্যপতংস্তদা ॥১৩॥
কেতুবর্মা তু তেজস্বী তস্যৈবাবরজো যুবা। যুযুধে ভ্রাতুরর্থায় পাণ্ডবেন যশস্বিনা ॥ ১৪ ॥
তমাপতন্তংসংপ্রেক্ষ্য কেতুবর্মাননাহবে। অভ্যঘ্নন্নিশিতৈর্বাণৈর্বীভৎসুঃ পরবীরহা। ১৫ ॥
কেতুবর্মণ্য ভিহতে ধৃতবর্মা মহারথ। রথেনাশু সমুৎপত্য শরৈর্জিষ্ণু মবাকিরৎ ॥ ১৬ ॥
তস্য তাং শীঘ্রতামীক্ষ্য তুতোষাতীব বীর্য্যবান্ গুড়াকেশো মহাতেজা বালস্য ধৃতবর্মণঃ ॥ ১৭ ॥

---

অকনবা অর্জুননা লান্থেংনদনবা হায়রিবসি অদুগী হস্তিনাপুরদগী যাত্রা তৌবকপা যুধিষ্ঠিরনা হায়খিদু অর্জুননা নীংশিংডকই। করি হায়খি হায়বদো:—"অর্জুন! লান্দা শিঅরবশিংদুগী মচামশুশিংগা শোক্করুদু, মথোয়বু হাংলু লাকউদু। য়ারিমথৈ মথোয়গা চান্নরকদ" অসিনি ॥ ৭ ॥ মাদু নীংশিংডকুনা ত্রিগর্তশিংবু থেমজিনখিবনি। অদুবু মথোয় কদিমত্তা হন্দে ॥ ৮ ॥ মতমদুদা ত্রিগর্ত দেশগী নিংথৌ সূর্যবর্মা হায়বসি লান্নগী হৌনবী থুংশু থংলায় পুন্ন শেংচাঔন অর্জুনদা চঙশিল্লকপদু উবদা অর্জুন অসি নোকমি নোকমি তৌরকই। ৯ ॥ মাদু উবদা ত্রিগর্তগী নিংথৌ সূর্যবর্মা অসি অর্জুনতয়া মাগী রথ চাকাগী মখোঙ্না মায়গৈপুন্না পুমনমক নিঙ্গা অর্জুনতয়া ফুজিল্লকই ॥ ১০ ॥ নিংথৌ! জনমেজয়! সূর্যবর্মানা মশাগী লান্দা হৈশিংবা উংনা তেল চাবা অমুক্তদা অর্জুনদা কাপশিল্লকই ॥ ১১ ॥ অদুম তৌনা মহাক্কী লোয়নবা খোঙমী লান্মীশিং অদুম অর্জুনদা মনম মনম কাপশিল্লকই ॥ ১২ ॥ নিংথৌ! অর্জুননা মাদু উবদা তুমিন্না চৈবা যারকুনা অর্জুননা কাপখোরকপা মথোয় অদু মচেং থোক্না ককথক্লগ লৈমায়থক্তা লোইনা তুহনখি-হায়খি। ১৩ ॥ সূর্যবর্মা মায়খিখিবদু উবদা মাগী মনাও নিপা কেতুবর্মা হায়বা পাখংসিনা ময়াম্বগী লমন শুনবগী অর্জুনগা কন্না লান্থেংনখি। মহাক য়ায়া কনবা মরিক লৈবা পাখং মচানি ॥ ১৪ ॥ অদুবু মহাক্না মুদু ময়ানবনিনা লানথত্তদা অকনবা যেকবা পুম্মকপু হাংতম্বা অর্জুননা কেতুবর্মাবু অথোবা তেল অমনা হাৎখ ॥ ১৫ ॥ কেতুবর্মাবু হাৎখ্রবা তুংদা, ধৃতবর্মা হায়বদুনা রথ অমদা তোংদুনা অর্জুনদ তেলমপৈ অচৌং অরুম তৌজনা মনম মনম কপশিল্লকই ॥ ১৬ ॥ ধৃতবর্মা হায়বসি য়াম্বা নহা ওইরিবা পাখং মচা লিক্লকনি। অদুগা মাগী মথুং থুবা মশাদা কুপ্তি লৈরদু উরগা অর্জুননা এদোক্না পেনখি ॥ ১৭ ॥

ততো যোধান্ জঘানাশু তেষাংস দশচাষ্টচ। মহেন্দ্রবজ্রপ্রমিরাগ্নৈসে বঁহুভি শরৈঃ। ২৯।।
তান্ সম্প্ৰভগ্নান্ সম্প্ৰেক্ষ্য ত্বরমানৌনা ধনঞ্জয়ঃ। শরৈরাশীবিষাকারৈ জঘান স্বন বন্ধসন্ ।।৩০।।
তে ভগ্নমনসঃ সর্বে ত্রৈগর্তকমহারথাঃ। দিশোহভিদ্রুবু রাজন্ ধনঞ্জয়শরাদিতাঃ ।।৩১।।
তমূচুঃ পুরুষব্যাঘ্রং সংশপ্তকনিদনম্। তবাস্ম কিকরা সর্বে বৈ বশগাস্তবা ।।৩২।।
অজ্ঞাপয়স্ব নঃ পার্থ প্রহ্বান্ প্রেষ্যানবস্থিতান। করিষ্যামং প্রিয়ং সর্বং তবকৌরবনন্দন ।।৩৩।
এতদাজ্ঞায় বচনং সর্বাংস্তানব্রবীৎতদা।
জীবিতং রক্ষত নৃপাঃ শাসনং প্রতিগৃহ্যতাম্ ।।৩৮।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকপর্বণি অনুগীতাপর্বণি ত্রিগর্তপরাভবেচতুঃ সপ্ততিতমোধ্যায়ঃ ।। X ।। X ।

---

অর্জুননা বক্ত মতৌগুম কল্লবা গৌবনা। তেলগী মপৈনা কাপশিল্লন্দা মখোয় তরানিপালহু যমলোকত থৌহনখি ।।২৯।। মাহু উবদা লৈহৌরিবা মীশিং অহু মমায় ওন্দ্না, অর্জুন রোমদা হন্না য়েংভমদনা চেন্নখি। অংবু অর্জুননা মতুং মনাও তৌদনবা হায়না মখোয়গী মতুংদা তান্নরক্নুনা তেল মনম মনম কাপশিনখি ।।৩০।। নিংথৌ জনমেজয়! ধনঞ্জয়না কাপশিল্লকপা তেলশিং অহুনা থাবদা থাঙবা ভমদহুনা ত্রিগর্তগী অকনবা লান্মীশিং অহু অমুক হন্না লাম্থোংনবগী আশা থাদোক্নুনা মায়গৈ শন্নাই খঙদনা চেন্নখি ।।৩১।। থরনা মমায় ওনশিল্লক্নুনা সংশপ্তলাম্মীপুম্না মথন্তনা হাংজদ্না পুরুষসিংহ ওইবা অর্জুনদা অহুম হায়জরকই:— "কুন্তীনন্দন! ধনঞ্জয়! ঐখোয় নঙোন্দা চঙজরি। নখোয়পুম্না নখা পোল্লে। য়াথং তাকপিয়। করি তৌজো হায়বগে" ।।৩২।। ঐখোয়সি নংগী সেবক ওইরক্লনি, তাকপিয় করি সেবা তৌজো হায়বগে? মতুংদগী পাণ্ডব নখোয়না হায়বদা ইজগনি। নখা পোল্লরে ।।৩৩।। মখোয়গী য়াহু তাবদা অর্জুননা হায়:— তাইবং মীগী পুনশিসে মমল য়াম্বনি ধর্মগী মখা পোনবিয়ু। ধর্মরাজগী শাসনগী মখাদা লৈবিয়ু। অশ্বমেধ যজ্ঞদা নিংথৌ পূজমক লেঙবিরকউ। ধর্মরাজগী শাসনগী মখাদা লৈবিয়ু ।।৩৮।।

মসম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকসিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পার্বদা অনুগীতাপর্বদা ত্রিগর্তপরাভবগী ঙক্তরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ।। X ।

---

# পঞ্চসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ।

## হুমফুতরামঙাশুবা অধ্যায়

(অর্জুননা প্রাগজ্যোতিষ্‌পুর (আসাম)গী নিংথৌ বজ্রদত্তগা থেংনবা)

—ঃ () ঃ—

বৈশম্পায়ন উবাচ

প্রাগ জ্যোতিষমথাভেত্য ব্যচরৎ স হয়োত্তমঃ। ভগদত্তাত্মজস্তত্র নির্যযৌরণ কর্কশঃ ॥১॥

স হয়ং পাণ্ডুপুত্রস্য বিষয়ান্তমুপাগতম্। যুযুধে ভরতশ্রেষ্ঠ বজ্রদত্তো মহীপতিঃ ॥২॥

সোঽভিনির্যায় নগরং ভগদত্তসুতো নৃপঃ। অশ্বমায়ান্তমুন্মথ্যানগরাভিমুখো যযৌ ॥৩॥

তমালক্ষ্য মহাবাহুঃকুরূনামৃষভস্তদা। গাণ্ডীবং বিক্ষিপংস্তূর্নং সহসা সমুপাদ্রবৎ ॥৪॥

ততোগাণ্ডীবনির্মুক্তৈরিষুভির্মোহিতো নৃপঃ।
হয়মুৎসৃজ্য তং বীরস্তত পার্থমুপাদ্রবৎ ॥৫॥
পুনঃ প্রবিশ্য নগরং দংশিতস নরোত্তমঃ।
আরুহ্য নাগপ্রবরং নির্যযারণকর্কশঃ ॥৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ই— নিংথৌ জনমেজয়! অসিগী শগোলাহনা অমুমতুম নোংপোক পাচনা চেল্লকপসিনা প্রাগজ্যোতিষ কৌবা লমদু য়ৌশিল্লকই। লম অদুদা ভগদত্তগী মচা বজ্রদত্ত হায়বহনা নিংথৌ ওইদুনা শাসন তৌদুনা লৈবা লৈপাকনি। নিপা অসি লান্দা য়াম্না শাথৌনা কনবা মী অমনি। পণ্ডুগী মচা যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞগী শগোল অমা লৈবান্দা লাক্লে হায়বসি তাবদা নিংথৌ বজ্রদত্ত হায়বসি নগরদগী থোরক্লনা শগোলগী তুংইন্নরকথিবদুগী লাম্দংনগে হায়দুনা থেংনখি ॥১ ২॥ ভগদত্তগী মচা বজ্রদত্তসি থোরক্লনা শগোল অদুবু ফাদুনা থখি। শগোল অদু ফাহনা মাগী নতার মমুংদা পুশিনখি ॥৩॥ মাদু উবদা কুরুশ্রেষ্ঠ গাণ্ডীবলাকদে তেল চীংদুনা বজ্রদত্তগী মথক্তা আক্রমন তৌরকই ॥৪॥ অর্জুননা থাশিল্লকপা তেলশিং অদুনা পানবনা চৈনা থাগবা ভমদনা মহাক্তা শগোল অদু থাদোকখি। অমুদগী মহাক্তা নগর মমুংদা চঙখিদুনা লানগী ফিজোল লোইনা শেংকদুনা, রাং চাওরবা শামু অমগী মথক্তা তোংথদুনা লান্দংনমগী থোরককই। অর্জুনমরোমদা শত্রু অদু থৌরিজিল্লকই ॥৫-৬॥

পাণ্ডুরেণাতপত্রেণ ধ্রিয়মাণেন মূর্ধনি। দোধূয়তা চামরেণ শ্বেতেন চ মহারথঃ ॥৭॥
ততঃপার্থং সমাসাদ্য পাণ্ডবানাং মহারথম। আহ্বয়ামাস বীভৎসং বাণৈর্মোহয়ং শুংয়ুগে ॥৮
স বারণং নগপ্রখ্যং প্রভিন্নকরটামুখম। প্রেষয়ামাস সংক্রুদ্ধঃ শ্বেতাশ্বং প্রতিপার্থিবঃ। ৯॥
বিক্ষরন্তং মহামেঘং পরবারণবারণম। শাস্ত্রবৎ কল্পিতং সংখ্যে ক্লিশং যুদ্ধদুর্মদম। ১০॥
প্রচোদ্যমান স গজস্তেন রাজ্ঞা মহাবলঃ। তদাঙ্কুশেন বিবভাবুৎপতিষ্যন্নিবাম্বরম। ১১॥
তমাপতন্তং সম্প্রেক্ষ্য ক্রুদ্ধো রাজন্ ধনঞ্জয়ঃ। ভূমিষ্ঠো বারণগতং যোধয়ামাস ভারত। ১২॥

বজ্রদত্তস্তুতঃ ক্রুদ্ধো মুমোচাশু ধনঞ্জয়ে।
তোমরানগ্নিশংকাশাঞ্ছলভানিব বেগিতান। ১৩॥
অর্জুনস্তানসম্প্রাপ্তান গাণ্ডীবপ্রভবৈঃ শরৈঃ।
দ্বিধা ত্রিধা চ চিচ্ছেদ স এব খগৈস্তদা। ১৪।
স তানদৃষ্ট্বা তথা ছিন্নাং স্তোমরান্ ভগদত্তজঃ।
ইষূনসক্তাংস্ত্বরিতঃ প্রাহিণোৎ পাণ্ডবং প্রতি। ১৫॥

মহাক্কী কোকথক্তা ভৌরবা পে অম খাল্লি। মাগী অকোয়বদা মীনম মীশল সেবকশিংনা কাঙহাই চামর থৌগল তৌই। অহুদগী মহারথী অর্জুনদ অথা পাথং মচা অমা ওইনা বান বান্ধমা লাক্ত। চঙকউ নংগা থেংনবা তারে হায়না লালশিংনরকই ॥৭-৮। মতুম তারবা রাং চাউরবা শামু অহু অর্জ্জুন তম্না পৌজিল্লকই ॥৯॥ মহাক অসি পাক চাউরবা নোং মতুমনা ঈশিং মরী মরী হৈথরকপগুম্না তেল মপৈ মপৈ কাপশিল কাপশিন্না অর্জুন তম্না চতশিল্লকই। মহাক শামুগা লান্দা য়াম্না হৈশিংবা রেক্রবগী শামু মম্নামবু থিংদুনা শামু লাকপা হৌনবী যুদ্ধ শাস্ত্রগী নিয়ম কান্দনা লাম্থেংনবা নিপা অমনি অদুগা মাগী শামু অসিন্থ মপুনা হায়বদা ইনবা, শামু মশামবস্থ শামু লান্দা য়াম্না কনবা হৈশিংবা শামু অমনি। লান্দা য়ায়্ন ঈচঙ থৌবা শামুনি॥১০॥ নিংথৌ বজ্রদত্তনা শামুকাটী থাহনা কম্না থৌজল্লকই। শাহু অহনা অর্জুনলোমদা পাইশিল্লকপসি নোংমদোন য়েনবু পাইথৎগ্রগদরা হায়না থউবশিংনা খল্লথি॥১১॥ তৌরিবহু উবদা অর্জুন অসি মৈ থোক্না শাউথি। বজ্রদত্তদি শামু মথক্তনি অহুগা অর্জুনদি লৈথাদনি রথনচিংবা করিমত য়াওদবনি অহুবু অর্জুননা পদাতি অমা ওইনা রাং চাবউবা শামুমথক্ত তোংবা গজারোহী ওইবা মাগ্না লাম্থেংনখিবনি ॥১২॥ শামুমথক্তগী বজ্রদত্তনা তোমর কৌবা খুলায়শিংহ মপৈ মপৈ অর্জুন তম্না কাপখরকই।১৩॥ অহুবু করিমত পাখত্তনা পাংথরক্লিবা খুৎলায়শিংহুবু গাণ্ডীব লৌরংদগী পাইখৎখিবা থৌরবা তেক্তনা তোমরশিং-হুনা লম্বখাঙদ মচেং মচেং থোক্না কক্তুনা লৈমায়থক্ত তাকখি। মশাদা অমত শাকহনখিদে॥১৪॥ তোমরশিংহুনা মচেং মচেং থোক্না তাখিবহু উবদা বজ্রদত্তনা থৌরবা তেক্তমম্নাম অর্জুন তম্না কাপথরকখি।১৫॥

ততোঽর্জুনস্তূর্ণতরং রুক্মপুঙ্খানজিহ্মগান্ প্রেষয়ামাস সংক্রুদ্ধো ভগদত্তাত্মজং প্রতি ॥১৬॥
স তৈর্বিদ্ধো মহাতেজা বজ্রদত্তো মহাহবে। ভৃশাহতঃ পপাতোর্ব্যাং ন ত্বেনমজহৎস্মৃতিঃ ॥১৭॥
ততঃ স পুনরারুহ্য বারণপ্রবরং রণে। অব্যগ্রঃ প্রেষয়ামাস জয়ার্থী বিজয়ং প্রতি ॥ ॥
তস্মৈ বাণাংস্ততো জিষ্ণুর্নির্মুক্তাশীবিষোপমান। প্রেষয়ামাস সংক্রুদ্ধো জ্বলিতজ্বলনোপমান ॥১৯॥
স তৈর্বিদ্ধো মহানাগো বিস্রবন্ রুধিরং বভৌ। গৈরিকাক্তমিবাম্ভো হি গিরিপ্রস্রবণং তদা ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্ব্যণি বজ্রদত্তযুদ্ধেপঞ্চসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ X ।

---

অদুবু অর্জুনগী কাপথোক্লিবা তেনশিংদুনা শাথিনা শোক্না বজ্রদত্তসি শামুথক্কী লৈমায়দগী ওন্নরকই। অদুগা কবিমত্ত হৃদে, জ্ঞান মাঙদে ।১৬—১৭। অদুগী তুংদা বজ্রদত্তনা শামু মথক্না তাথনা কবিমত্ত মগংদা তৌদনা শামু অদুবু অর্জুন তম্না থৌজিল্লকখি ।১৮॥ মহাক্না তৌরিবদু অর্জুন অসি শাপমর্নখিবনা লেবা ওন্থকত্রে। লিলগী মতৌগুম্না মহু পুরবা, পানবদা মৈগুম পুমচাক চাম্নগদবা মঙোন্দা কাপশিল্লকই ।১৯। তেনশিং অদুনা থাবদা শামু মশা পুম্না ঈনা পুমচোং চোংখি। চাঙলবা ঈশিং ঈচেলশিংনা রাং ভাউরবা চীংদগী চেন্থরকপদুগুম্না উনখি ।২০॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা বজ্রদত্তযুদ্ধগী হুমৃতরামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ॥ X ।

---

# ষট্‌সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

## তরুক্‌তরাতক্‌হুমশুবা অধ্যায়ঃ

(অর্জুননা বজ্রদত্তবু মায়থিবা পীবা)

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবং ত্রিরাত্রমভবৎ তৎ যুদ্ধং ভরতর্ষভ। অর্জুনস্য নরেন্দ্রেণ বৃত্রেণেব শতক্রতোঃ ॥১॥

ততশ্চতুর্থে দিবসে বজ্রদত্তো মহাবলঃ। জহাস সস্বনং হাসং বাক্যং চেদমথাব্রবীৎ ॥২॥

অর্জুনার্জুন তিষ্ঠস্ব ন মে জীবন্ বিমোক্ষ্যসে। ত্বাং নিহত্য করিষ্যামি পিতুস্তোয়ং যথাবিধি ॥৩॥

ত্বয়া বৃদ্ধো মম পিতা ভগদত্তঃ পিতুঃ সখা। হতো বৃদ্ধো মম পিতা শিশুং মামদ্য যোধয় ॥৪॥

ইত্যেবমুক্ত্বা সংক্রুদ্ধো বজ্রদত্তো নরাধিপঃ। প্রেষয়ামাস কৌরব্য বারণং পাণ্ডবং প্রতি ॥৫॥

সম্প্রেষ্যমাণো নাগেন্দ্রো বজ্রদত্তেন ধীমতা।
উৎপতিষ্যন্নিবাকাশমভিদুদ্রাব পাণ্ডবম্ ॥৬॥

অগ্রহস্তপ্রমুক্তেন শীকরেণ স নাগরাট্।
সমৌক্ষত গুড়াকেশং শৈলং নীলমিবাম্বুদঃ ॥৭॥

---

বৈশম্পায়ননা হায় :— ভরতবংশগী অথোইবা ! নি থৌ জনমেজয় ! অদুমক ইন্দ্রগা বৃত্রাসুরগা থেংনখিহুগুম্ব অর্জুনগা বজ্রদত্তগা হুমিং হুম্নি চূপ্পা থেংনখি ॥১॥ হুমিং মরিনি চনবগী লান্দা বজ্রদত্ত অসি থোরক্কুনা করেম্মনা ফাক ফাক নোক্কুনা অস্তুম্না লাউরকই —॥২॥ অর্জুন ! অর্জুন !! থাউড়ু, চেনগন্থ ! ঙাসিদি নথবায় লৌত্রিশখে খাদোকলোই। নং হাংলগা কুরু ক্ষেত্রগী লান্দা শিখিবা ঈপা ভগদত্তগী তর্পণ তৌগে আম্মাপেলহনগে ॥৩॥ ঈপা অহল ওইরবদো নপা পাণ্ডুগী মরুপ ওইখিবনি। অদুবু নংনা হাংখি। মাতুগী লমন খুমহনা ঙসি ঈপাগী লমন শিংগে। থোরকউ, লাও ॥৪॥ কুরুনন্দন, ! জনমেজয় ! অসি হায়রম্লগা বজ্রদত্তনা মাগী বাং চাউরবা শামুহুগী মথক্তা তোংহনা শামুহু অর্জুন তম্না থৌজিল্লকই ॥৫॥ বজ্রি থৌরবা বজ্রদত্তনা থৌজিল্লকপা শামুহনা পাইশিল্লপসি, নোংমদোন ফাও পাইখগদ্ধ হায়না উনখি ॥৬॥ শামুনা ফ, ফ, কামথোরকপা মতিন মথাহনা অর্জুনগী মশাপুম্বহ পূমচোং চোংখি নোংমদোন্তক্তা পাইবা নোং মতুমনা শাংলবা চীংথক্তা খীকথরকপহ মঙাম্লসি নোংনা থাকথোংবগুম থোংহনা পাইশিল্লকপসি নোংনা চীংথক্তা মরি মরি চুথরক্কুনা জলপ্রপাত ঈশিংচাইবী) অম চেম্বরকপহগুম্নি ॥৭॥

স তেন প্রেষিতো রাজ্ঞা মেঘবৎ বিনদন্ মুহুঃ। মুখাডম্বরসংহ্রাদৈরভ্যদ্রবত ফাল্গুনম্ ॥৮॥
স নৃত্যন্নিব নাগেন্দ্রো বজ্রদত্তপ্রচোদিতঃ। আসসাদ দ্রুতং রাজন্ কৌরবানাং মহারথম্ ॥৯॥
তমাপতন্তমালক্ষ্য বজ্রদত্তস্য বারণম্। গাণ্ডীবমাশ্রিত্য বলী ন ব্যকম্পত শত্রুহা ॥১০॥
চুক্রোধ বলবচ্চাপি পাণ্ডবস্তস্য ভূপতেঃ। কার্যবিঘ্নমনুস্মৃত্য পূর্ববৈরং চ ভারত ॥১১॥
ততস্তং বারণং ক্রুদ্ধঃ শরজালেন পাণ্ডবঃ। নিবারয়ামাস তদা বেলেব মকরালয়ম্ ॥১২॥
স নাগপ্রবরঃ শ্রীমানর্জুনেন নিবারিতঃ। তস্থৌ শরৈর্বিতুন্নাঙ্গঃ শ্বাবিচ্ছললিতো যথা ॥১৩॥
নিবারিতং গজং দৃষ্ট্বা ভগদত্তসুতো নৃপঃ। উৎসসর্জ শিতান্ বাণানর্জুনে ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ ॥১৪॥
অর্জুনস্তু মহাবাহুঃ শরৈররিনিঘাতিভিঃ। বারয়ামাস তান্ বাণাংস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১৫॥
ততঃ পুনরভিক্রুদ্ধো রাজা প্রাগ্জ্যোতিষাধিপঃ। প্রেষয়ামাস নাগেন্দ্রং বলবৎ পর্বতোপমম্ ॥১৬॥

তমাপতন্তং সম্প্রেক্ষ্য বলবৎ পাকশাসনিঃ।
নারাচমগ্নিসংকাশং প্রাহিণোদ্ বারণং প্রতি ॥১৭॥
স তেন বারণো রাজন্ মর্মণ্যভিহতো ভৃশম্।
পপাত সহসা ভূমৌ বজ্ররুগ্ন ইবাচলঃ ॥১৮॥

---

অদুম্না শামুনা লাউ খোংহৌনা অর্জুনবু য়োংশিন্নগে হায়রগা মরাগুম অর্জুনতম্মা চুপ্পিল্লকখি ।৮॥ নিংথৌ। অদুম্না চোং ফন্দুনা ভগোঙ্গ শাবগুম মনাতোম্বু, থেকত্রুনা অর্জুনদা চঙশিল্লকই ॥৯॥ অদুগুম্বা শামুথক্তা তোংলবা বজ্রদত্তনা তৌরিবদু উবদা য়েকবপুম্বা হাংগুম্বা অর্জুন অদু করিমত নাচুংদে।১০॥ ভরতনন্দন! জনমেজয়! অর্জুননা মহাক্লা তৌরিবা থবক অদুদা য়ৈথায়বা মীচুনা মতম খাম্না চঙহল্লিবদু উবদা গুম্বোক থীনা শাউরকলে।১১॥ সমুদ্রগী ঈশক ঈপোম শুমক্কপু পতোংবানা থিংদুনা থম্বা হৌগুম অর্জুননা মাগী তেল মপেনা শামু অদু থিংখি ॥১২॥ শামুদুনী তুথোং তুথোং তুদিংদা চঙশিন্দুনা য়ুং য়ুংহনা লৈখিহুদা শামু অদু বাং চাউরবা চিংথং মতু পাকবা শশবৌ অমগুম লেপখি।১৩। মথা তামা অমুক থোক্তিনবা থাদ্রবা শামুদু উবদা বজ্রদত্ত অসি থেক্তিদোক্লা শাউখিহনা অতং অথম লৈতনা তেন মনম মনম অর্জুন তম্মা কাপশিল্লকই ॥১৪॥ মাদু উবদা অর্জুনসি যুংংশিবিবা অমা পোকখিদুনা শমুংগী মশাদা খুংহুনা লৌরিবা তেলশিং অদু অমুক হন্না সংবরণ মত্রনা চিংথোকহনা মাগী তেন্দোংখুংদা চঙহনখি। থোদোক অসি ওংখোক্লা অঙকপা অম ওইনা মীয়াম্না উখি ॥১৫। মাদু উরব ফাওবদা মরিল লৈরবা বজ্রদত্তনা অমুক হন্না শামু অদু অর্জুন তম্মা থোক্তিল্লকই ॥১৬। মাদু উবদা অর্জুন অসি অমুক হেন্না শাউখিহনা মেইহমগী মাল্লবা মায়াচ তেল শামু তম্মা কাপশিনখি ॥১৭॥ নিংথৌ। নারাচনা মাগী থম্মোয়দা থুম্না পানখিবদা, বজ্রনা থাবদা চীংকাওনা কীম্বরদুগুম্না শামু অদু লৈমায়থক্তা তুখি ॥১৮।

স পতঞ্জগুপ্তভে নাগো ধনঞ্জয়শরাহতঃ। বিশম্বিব মহাশৈলো মহীং বজ্রপ্রণীড়িতঃ ॥১৯॥
তস্মিন্ নিপতিতে নাগে বভ্রুদত্তস্য পাণ্ডবঃ। ত'ন জেতব্যমিত্যাহ ততো ভূমিগতং নৃপম্ ॥২০॥
অব্রবীদ্ধি মহাতেজাঃ প্রস্থিতং যুধিষ্ঠিরঃ। রাজানস্তে ন হন্তব্যা ধনঞ্জয়ে রনে ত্বয়া ॥২১॥
সর্বমেতন্নরব্যাঘ্র ভবতোতাবতা কৃতম। যোধাশ্চাপি নহস্তব্যা ধনঞ্জয় রনে ত্বয়া ॥২২॥
বাক্তব্যাশ্চাপি রাজনঃ সর্বে সহ সুহৃজ্জনৈঃ। যুধিষ্ঠিরস্যাশ্বমেধে ভবদ্ভিসমুপস্থিতাম ॥২৩॥
ইতি ভ্রাতৃবচ শ্রুত্বা ন হন্মিত্বাং নরাধিপ। উত্তিষ্ঠ ন ভয়ং তেস্তি স্বস্তি গচ্ছ পার্থিব ॥২৪॥
আগচ্ছেত্থা পরাং চৈত্রীমুপস্থিতাম্। যদাশ্বমেধো ভবিতা ধর্মরাজস্য ধীমতঃ ॥২৫॥
এবমুক্তঃ স রাজাতু ভনদত্তাত্মজস্তদা। তথেত্যেবাব্রবীৎ বাক্যংপাণ্ডবেনাভিনির্জিতঃ ॥২৬।

ইতি শ্রীমহাভারতেশতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকে অনুগীতাপর্বনি-বভ্রুদত্তপরাজয়ে ষট্সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ ॥

---

নারাচনা পাম্বদা শামুনা ভুথখিবসি বজ্রনা খাম্বথবদা চাংনা লৈম যথক্কা নাঙথাম্বদুনা লৈমায়গী মশা অমত ওইবা অচুগুম্বনি।১৯॥ শামুনা ভুথরকপদা বজ্রদত্ত অসি শামুথক্কী ওম্বরকই। লৈমাম্বদা হুইঁমৈ যেংবৈচাদনা ভুমিম্না চপলেপখি। অর্জুননা মজোন্দা চঙশিন্দুনা অম্বমনা হায়রকই:— নিংথৌ! করিমত হংশা থীগম্ব ॥২০॥ ঐনা লাকপা মতমদা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিনা অত্থম্না য়াথং পীরকই:— অর্জুন। ধনঞ্জয়! নহাক য়ারিমথৈ নিংথৌবু হাৎকনু ॥২১॥ চকনবা! অত্থম তৌহনা নিংথৌশিংবু হাৎলবদি থবক পুম্বা শোয়রে। মহনা অর্জুন! য়ারিবামথৈ নিংথৌ হাৎকনু ॥২২। নিংথৌশিংবু হাৎলবদি থবক পুম্বা শোয়রে। অংগোয়নচুম, নিংথৌশিংহুনা মাগী মাগী মরুপ মপাং পাত্রমিত্র পুম্নমক্কা লোয়ননা যুধিষ্ঠির ঐনা তৌগদৌরিবা অশ্বমেধযজ্ঞসিদা য়াওবিরো লাউ নিমন্ত্রনচুম তৌরম্মু। অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহৈক্কংবা য়াওবিরো লাও হায়রম্মু ॥২৩॥ নিংথৌ অকনবা বজ্রদত্ত! য়াথং ধর্মরাজগী য়াথং নতুং ঈদ্রা ঐনা নিংথৌ হাত্তবনি। ব্যরৌস্তু, হৌগৎলু, মুংশো থৌবিগম্ব। করিমত নাংঙাইবা লৈতনা কোম্বুংদা হুজিনগ্রো ॥২৪॥ নিংথৌ! লাকইবা চৈত্রমাসগী পূর্ণিমা তিথিদা তৌগদৌরিবা অশ্বমেধযজ্ঞদা য়াওরনবা হস্তিনা পুরদা লাকউ। যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞ কর্মদা শক্তক লৌবিরো লাউ ॥২৫॥ অর্জুননা হায়রকপসি তাবদা ভগদত্তগীমচা বজ্রদত্তনা 'য়াম্না ফনি হায়রহনা লৈহৌই ॥২৬॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পব দা বভ্রুদত্তপরাজয়গী চুম্ফৃতরাতরুকগুবা অধ্যায় লোইরে। X। X।

# সপ্তসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

## হুন্দ্‌তরাত্তরেৎশুবা অধ্যায়

( অর্জুননা সৈন্ধব ( সিন্ধুগী মী শিংগা থেংনবা )

—:( 0 ):—

বৈশম্পায়ন উবাচ

( জিষ্ণুঃপ্রসাদ্য রাজানং ভগদত্তসুতং তদা। বিসৃজ্য যাতে তুরগে সৈন্ধবান্ প্রতি ভারত ।। )
সৈন্ধবৈরভবৎ যুদ্ধং ততস্তস্য কিরীটিনঃ। হতশেষৈর্মহারাজ হতানাং চস্ততৈরপি ।। ১ ।।
তেঽবতীর্ণমুপশ্রুত্য বিষয়ং শ্বেতবাহনম্। প্রত্যুদ্যযুরমৃষন্তো রাজানঃ পাণ্ডবর্ষভম্ ।। ২ ।।
অশ্বং চ তং পরামৃষ্য বিষয়ান্তে বিষোপমাঃ। ন ভয়ং চক্রিরে পার্থাৎ ভীমসেনাদনন্তরাৎ ।। ৩ ।।
তেঽবিদূরাৎ ধনুষ্পাণিং যজ্ঞিয়স্য হয়স্য চ। বীভৎসুং প্রত্যপদ্যন্ত পদাতিমবস্থিতম্ ।। ৪ ।।
ততস্তে তং মহাবীর্য্যা রাজনাঃ পর্য্যবারয়ন্।
জিগীষন্তো নরব্যাঘ্রং পূর্বং বিনিকৃতা যুধি। ৫ ।।

---

বৈশম্পায়ননা হায় :— ভরতনন্দন! জনমেজয়! ভগদত্তগী মচা বজ্রদত্তবু ঊষবা অদুগা পেলহল্লবা মতুংদা অদুগা নীংথিনা বিদায় তৌরগা অর্জুনগী শগোল অসি সিন্ধুদেশলোমদা মমায় ওন্দুনা চেল্লকই। মহাভারতকী লান্নাওদা শিরবা নিংথৌ জয়দ্রথ অমদি লাম্মীশিংদুগী মচামশিংদুগা অর্জুননা য়ান্না লাম্নেংনবা তাখি ।।১।। শ্বেতবাহন অর্জুনগী শগোল্না মথোল্লগী লমদা চঙলক্লে হায়বদু তাবদা সিন্ধুদেশগী অকনবশিংদু চোংথোক্লকুনা অর্জুনগা থেংনগদবগী লেপ্লুনা ভাইহনা লৈনখি ।।২।। লিলগী তুগী মতৌগুম্না থারবা মরিল লৈরবা নিংথৌ অমদি অকনবশিংনা অর্জুনগী শগোল অদু কোয়শিন্দুনা ফাজিন্দুনা থমখি। ভীমসেনগী মনাও অর্জুনব মথোস্লনা করিমতা বিময়দে ।।৩।। শগোল্দগী থোইনা লাপ্তনা মথুত্তা লৈরংতেল পায়দুনা অর্জুনব মথোল্লরোমদা থেংদুনা চপ লেপ্লুনা লৈ। সিন্ধুগী অকনবশিংসি অর্জুন তন্না লোইনা কুজিল্লকই ।। ৪ ।। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা শিরবশিংদুগী মচা মশু থোঙমী লাম্মীশিংনা লমন থুম্না ওইনা অর্জুনব ওয়গে-হাংকে থদুনা অর্জুনগী অকোয়বদা চঙশিল্লকই ।। ৫ ।।

তেনাসাস্তপি গোত্রাণি কর্মাণি বিবিধানি চ। কীর্তয়ন্তস্তদা পাথং শরবর্ষৈরবাকিরন ।। ৬ ।।
তে কিসন্তঃ শরব্রাতান বারণপ্রতিবারনান। রনে জয়মভীপ্সন্তঃ কেন্দ্রেয়ং পর্যাবারয়ন ।।৭।।
তে সমীক্ষ্য চ তং কৃষ্ণ মগ্রকর্মাণিমাহবে। সর্বে যুযুধিরে বীরা রথস্থাস্তং পদাতিনম্ ।।৮।।
তে সমাজঘ্নিরেবেবীরং নিবাতকবচাশ্চ । সংশপ্তকনিহান্তাহম সৈন্ধবস্য চ।৯।।

ততো সহস্রেণ শ্যানামযক্তেন চ।
কোষ্ঠকীকৃত্য বীভৎসুং প্রহৃষ্টমনসোভবন ।।১০।।
তংস্মরন্তো বধং বীরাঃ সিন্ধুরাজস্য চাহবে।
জয়দ্রথস্য কৌরব্য সমরে সব্যসাচিনা ।। ১১ ।।
ততঃ পর্জন্যবৎ সর্বে শরবৃষ্টিমবাসৃজন।
তৈঃ কীর্ণঃ শুশুভে পার্থো রবির্মেঘান্তরে যথা ।। ১২।
স শরৈঃ সমবচ্ছন্নশ্চকাশে পাণ্ডবর্ষভঃ।
পঞ্জরান্তরসঞ্চারী শকুন্ত ইব ভারত ।। ১৩ ।।

---

মখোয়না মাগী মাগী মমিং মথা, গোত্র লোয়না তাকুনা পরিচয় পীরগা অর্জুনদা তেন মপৈ-মপৈ কাপশিনবা থাজিনবা হৌরকই ।। ৬ । মখোয়না কয়াগী মতিক মনম মনম কাপশিল্লকপগে হায়বব্ শাম্ কয়া কয়ানা চঙশিল্লক্লুনা থিংবা ঙমরোইদবা মত্তানি। অদুম তৌতুনা বিজয় অর্জুনব্ জয় তৌবগী বাখল্দা অর্জুনদা ঈকোয় কোয়না থাজিল্লকখি ।। ৭ ।। অকিবগী মশক ওইবা থবক তৌগনা অর্জুননা পদাতি ওইনা, রথরাওদনা লৈবদুগী তাঙা বেংতুনা মখোয়না রথী অমমম ওইনা রথমথক্তা তোংখন্তুনা অতেং অথম লৈতনা অর্জুনদা তেন মপৈ মপৈ কাপশিল্লকই ।। ৮ ।। নিবাতকবচ হাৎওন্না সংশপ্তকলাম্নীশিংব্ মথন্তনা হাৎওন্না অর্জুনদা কোয়শিন্দুনা থাকিল্লকখি ।। ৯ ।। রথীলিশিং অমা, শগোলতোংবা লমী লিশিংতরানা অর্জুন মথক্তদা কোয়শিল্লক্তনা য়াম্না আশা তৌনা হরাওনা ঙমগানি হায়তুনা আক্রমন তৌশিল্লকপনি ।। ১০ ।। কুরু-নন্দন! জনমেজয়! কুরুক্ষেত্রগী লাম্দা সিন্ধুরাজ জয়দ্রথবু হাৎখিবা মীহাৎ অদু মখোয়না কাউবা থক লৈতে ।। ১১ ।। নোং মতুম অমমম্ লৈথরকপা চুথরকপতুগী মতৌগুম্না অর্জুনগী মথক্তা রথমথক্তগী কাপশ্বরকখি। মখোয়গী তেনময়াম অতুনা পুমকুপ কুপখিবদা, অমন্না নোং মতুম ময়াম্না চুমিংপু খুমখিতুদা চুমিংনা মশক উথিদবা অতুগুম্না অর্জুন অসি মশক উথিদ্রে। অদুবু নোং মতুমশিং ময়কগী চুমিংনা অমু মুক হাইদোরকপদা চুমিংনা যজবদুগুম্না অর্জুনগী যজবা অমতুম ওইখি ।। ১২ ।। ভরতনন্দন! জনমেজয়! তেনময়াম্না কুপখিবতুদা অর্জুন অসি মচৈ কুংলবা শায়বং পোল মথক্তদা ফাজিনবা তেনহান-চিংবা উচেকনা মশা খল্ল খল্লতুনা কোয়চোং চোংবদুগুম্না অর্জুননা মখোয়গী ময়াক্তা (মথক্তদা) লৈখি ।।১৩।

ততো হাহাকৃতংসর্বং কৌন্তেয়ে শরপীড়িতে । ত্রৈলোক্যমভবৎ রাজন্ রবিরাসীচ্চ নিষ্প্রভঃ ।।১৪।।
বাতো ববৌ মহারাজ মারুতো লোমহর্ষণঃ । রাহুরগ্রসদাদিত্যং যুগপৎ সোমমেব চ ।।১৫।।
উল্কাশ্চ জগ্মিরে সূর্যং বিকীর্যন্ত্যঃ সমন্ততঃ । বেপথুশ্চাভবৎ রাজন্ কৈলাসস্য মহাগিরেঃ ।।১৬।।
মুমুচুঃ শ্বাসমত্যুষ্ণং দুঃখশোকসমন্বিতাঃ । সপ্তর্ষয়ো জাতভয়াস্তথা দেবর্ষয়োঽপি চ ।।১৭।।
শশং চাশু বিনির্ভিদ্য মণ্ডলং শশিনোঽপতৎ । বিপরীতা দিশশ্চাপি সর্বা ধূমাকুলাস্তথা ।।১৮।।
রাসভারণসংকাশা ধনুষ্মন্তঃ সবিদ্যুতঃ । আবৃতংগগনং মেঘা মুমুচুর্মাংসশোণিতম্ ।।১৯।।
এবমাসীৎ তদা বীরে শরবর্ষেণ সংবৃতে । ফাল্গুনে ভরতশ্রেষ্ঠ তদদ্ভুতমিবাভবৎ ।।২০।।

তস্য তেনাবকীর্ণস্য শরজালেন সর্বতঃ ।
মোহাৎ পপাত গাণ্ডীবমাবাপশ্চকরাদপি ।।২১।
তস্মিন্ মোহমনুপ্রাপ্তে শরজালং মহত্তদা ।
সৈন্ধবা মুমুচুস্তূর্ণং গতসত্ত্বে মহারথে ।।২২।।

---

নিংথৌ ! অর্জুনগী দৃশ্য অবস্থা অদু উবদা মরোল অহুমগী জীবপুম্বা হা হা কার লাউনখি । সূর্য্যদেব ফাওবা মমায় মকশিনখি ।।১৪।। নিংথৌ ! মতমদুনজুদা তুজুংবা ফংনা শাফূ কন্না মুংশিং ইপোম অমা শিংলকই । রাহুনা মতম অমতদা সূর্য্যচন্দ্র (নুমিৎ-থা) অনীবু গ্রাস তৌখি (উমখি) ।।১৫।। শংডাইশেল নোংথাং মপেনা নুমিৎতা পাইশিল্লকখি । অমুক করি হায়রনি, মহাপর্বত (চীংজাও) কৈলাম ফাওবা থক থক নীকখি ।। ১৬ ।। সপ্তর্ষি-দেবর্ষিশিং ফাওবা কিবনা থক থক নিকখি । মখোয়পুম্বা করয়ো-করয়ো হায়রনা অশাবা নুংশাশোর থবেৎ থবেৎ হোম্মখি ১৭।। হৌজিক হায়রিবা শংডাইশেল-নোংথাং শশধর (থাগী শশগী মমি অদু কাওবা পাখৎখিদুনা চন্দ্রমণ্ডল মায়গে অকোয়বদা চন্দ্রবু মচেৎ মচেৎ ফক্কায়দুনা তাহনখি । মায়গৈ পুম্বা লৈচিন নোংফাইনা কুপশিনখিদুনা থা-অরাং মায়গৈ শলাই অমতা মফম থংখিদে ।।১৮।। গাধা (জোল্লা) গা মচুগা অঙাংবা মচুগা য়ান্নখিবদা ওইবা মচু অদুগুম্বা মচু পুরবা নোং মতুম ময়ায়া আকাশবু কুপশিনখিদুনা ঈনাই-শদূমচিংবনা নোং ওইনা চুথরকখি । নোংথাং থাল্লি, নোংথাং থাক্লা থাক্লা কুফেৎ কাফেৎ তৌখি ।১৯।। নিংথৌ অথোইবা জনমেজয় ! অসুম্না অর্জুনবু মশকমথৈ পূমকুপ কূপশিন্নখিবদুদা, অর্জুনগী মশাদগী মোহ (শুমহৎপা) অম লাক্লে । মতম অদুদা মখুত্তগী গাণ্ডীব লীরুং তাখি । মাহ মহা অঙকপা থোদোক অমশুম থোকল্লে ।।২০।। অর্জুন অসি মখুত্তগী লীরুং-খুৎথাংনচিংবা নাহোক্তুনা তাখিবদু শুমহৎলিংদা থঙহৌদে ।।২১।। মোহ অদু কন্না লাকমনখিবদগী চেতনাশক্তি লৈরকত্রে । অদুম তৌরিংদুগী মথঙ্গা সিন্ধু দেশগী লাম্মী অমনা শাফূ কন্না অর্জুনদা থাজিনখি ।।২২।।

ততো মোহসমাপন্নংগত্বা পার্থং দিবৌকসঃ। সর্বে বিত্রস্তমনসস্তস্য শান্তিকৃত্তোঽভবন্ ॥২৩॥
ততো দেবর্ষয়ঃ সর্বে তথা সপ্তর্ষয়োঽপি চ। ব্রহ্মর্ষয়শ্চ বিজয়ং জেপুঃ পার্থস্য ধীমতঃ ॥২৪॥
ততঃ প্রদীপিতে দেবৈঃ পার্থতেজসি পার্থিব। তস্থৌ বচল বৎধীমান্ সংগ্রামে পবজান্নবিদ॥ ২৫॥
বিচকর্ষ ধনুর্দিব্যং ততঃ কৌরবনন্দনঃ। যন্ত্রস্যোবেহ শব্দোঽভূন্মহাংস্তস্য পুনঃ পুনঃ ॥ ২৬ ॥
ততঃ স শরবর্ষাণি প্রত্যমিত্রান্ প্রতি প্রভুঃ। ববর্ষ ধনুষা পার্থো বর্ষানীব পুরন্দরঃ ॥২৭॥
ততস্তে সৈন্ধবা যোধাঃ সর্ব এব সরাজকাঃ। নাদৃশ্যন্ত শরৈঃ কীর্ণাঃ শলভৈরিব পাদপাঃ ॥২৮॥
তস্য শব্দেন বিত্রেসুর্ভয়ার্তাশ্চ বিদুদ্রুবুঃ। মুমুচুশ্চাশ্রু শোকার্তা শুশুচুশ্চাপি সৈন্ধবাঃ ॥২৯॥
তাংস্তু সর্বান নরব্যাঘ্রঃ সৈন্ধবান ব্যচরৎবলী। অলাতচক্রবৎ রাজঞ্শরজালৈঃসমার্পয়ৎ ॥৩০॥

তান্দিন্দ্রজালপ্রতিমং বাণজালমমিত্রহা।
বিসৃজ্য দিক্ষু সর্বাসু মহেন্দ্র ইব বজ্রভৃৎ ॥৩১॥

---

অর্জুননা জ্ঞানতাদনা রাম্থখিবহু উবদা দেবতা পুম্না মাগী মাগী মপূক্লীংদা অকিবা চিংনবা পোক্লখি। করম তৌরগা শান্তি ওইগদগে হায়বহুগী উপায় থিরক্লে ॥২৩॥ দেবর্ষি, সপ্তর্ষি ব্রহ্মর্ষিশিংনা বুদ্ধিমান অর্জুন বিজয়গী বিজয় ওইননবা মন্ত্র থীবা জপ তৌবা হৌনখি ॥২৪॥ নিংথৌ! জনমেজয়! মন্ত্রশিংহুগী শক্তিনা অর্জুন অসি খঙহৌদনা মাগী মোহা (শুমহৎপা) অহু কোকখি। মোহহুনা হেক কোকখিবদা, অস্ত্র শস্ত্র পুম্নমক হৈরবা অর্জুন অসি লানফম অহুদা চৌংগী মতৌগুম্না লেঙদনা চপ লেপখি ॥২৫॥ অহুদগী কৌরবনন্দন অর্জুননা দিব্যাস্ত্রগী জিন্নবগে গাণ্ডীবলৈরুংগী লৌরাদা দিব্যাস্ত্র তেন্না থোংভি। লৌরুং লৌরী মশাদগী থোরকপা লাউরকপা লৌরা খীংবগী খোঙেম্না মায়গৈ পুম্বা পুমথল থিল্লি। খোঙেল অসি হম্না হম্না ডংখি।২৬। অহুদগীদি, ইন্দ্রনা অতং অথম লৈমায়না নোং মরী মরীনা লৈমায় থক্তা হৈথরকপাহুগুম্না যেক্লবশিংগী মথক্তা অতং অথম লৈতনা তেলতন্না নোং চুথহল্লকখি।২৭॥ অর্জুনগী তেজশিংনা পুমকুপথিবহুদা সৈন্ধবলাম্নীশিং অহু কৌজেং মপৈনা মশাপুম্বা পুমকুপ কুপপ্রবা উপাম্বীশিংগুম্না মখোয়গী নিংথৌগা লোয়ননা লাম্নী থুদিংমক মশক অমত উখিগ্রে। ২৮॥ অহুগী মথক্তা গাণ্ডীবগী লৌলা খাংবগী অথাক অরাম্ভী তাবগী খোঙেম্না লাম্নীশিংহুগী নাকোংদা ফুজিল্লকলি। থরনা কিমনপ্রহুনা মায়গৈ শলাই খঙদনা চেম্নখ্রি। অহুগা থরনা চেনফম লাকফম খঙদনা কিবনা থক থক নীক্লুনা মপি ত্রং ত্রং পেম্না কপখি।২৯॥ অহুদগী অমুক লৌম্নীশিং মরক অহুদা ফাজিনখিহুনা অলাতক্রে (মৈরুলগী চক্র) গী মতৌগুম্না মকম খুদিং কোয়ো য়ৌনা লাম্নশিংহুগী থোর থোরবা তেল মপৈ মপৈ কাপশিনখি ॥৩০॥ অহুদগী অমুক অর্জুননা ইন্দ্রজালগী মতৌগুম্না তেলশিংতগী লাংনা লাম্নীশিং অহু অমত পীথোকপ ঙমদমখৈ কূপশিনখি।৩১॥

মেঘজালনিভং সৈন্যং বিদার্য্য শরবৃষ্টিভিঃ। বিবভৌ কৌরবশ্রেষ্ঠঃ শরদীব দিবাকরঃ ।।৩২।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্বণি সৈন্ধবযুদ্ধে সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ। X । X ।।

---

শরৎকালগী সূর্য্য ( নুমিৎনা ) মূরবা নোংগী মতুম মপৈবু থিনগাইনা মশেক মঙালগা ঈরৎ লংনা হাইদোক থিন্দোকপচুগুম্না অর্জুন অসি মশেক মঙালগা লায়ননা হাইদোকই। য়েংবদা নীংথিজরবা মূর্ত্তি অম পুথি। ৩২।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতাপর্বদা সৈন্ধবযুদ্ধদা হুম্ফু তরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে। X ।। X ।

---

# অষ্টসপ্ততিতমোহধ্যায়ঃ।

## হুন্দুত্তরানিপালগুবা অধ্যায়

অর্জুননা সৈন্ধবশিংগা থেংনবস্থ হুঃশলানা হায়জবদগী লেপ্পা )

—ঃ( 0 )ঃ—

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততো গাণ্ডীবভৃচ্ছুরো যুদ্ধায়সমুপস্থিতঃ। বিভবৌযুধি ছুর্ধর্ষো হিতুবানচলো যথা॥ ১॥

ততস্তেসৈন্ধবা যোধাঃ পুনরেব ব্যবাস্থতাঃ। ব্যমুঞ্চস্ত সুসংরব্ধা শরবর্ষানি ভারত॥ ২॥

তান্ প্রহস্ত মহাবাহুঃ পুনবেবা ব্যবস্থিতান্। ততঃ প্রোবাচ কৌন্তেয়ো মুমূর্ষূন্ শ্লক্ষ্ণয়াগিবা

যুধ্যধ্বং শরয়া শক্ত্যা মতধ্বং বিজয়ে মথ॥ ৩॥

কুরুধ্বং সর্বকার্যানি মহৎ বো ভয়মাগতম্। এষ যোৎস্যামি সর্বাংস্ত নিবার্য্য শরবাগুরাম॥ ৪॥

তিষ্ঠধ্বং যুদ্ধমনসো দর্পং শময়িতাস্মি বঃ। এতাবদুক্ত্বা কৌরব্যো রোষাৎগাণ্ডীবভৃৎ তদা॥ ৫॥

ততোহথ বচনং স্মৃত্বা ভ্রাতুর্জ্যেষ্ঠস্য ভারত! ন হন্তব্যারণেতাত ক্ষত্রিয়া বিজিগীষবঃ॥ ৬॥

জেতব্যাশ্চেতি যৎ প্রোক্তং ধর্মরাজা মহাত্মনা। চিন্তয়ামাস সতদা ফাল্গুনঃ পুরুষর্ষভঃ॥ ৭॥

---

বৈশম্পায়ননা হায় .— জনমেজয়! মহারাজ! অদুগী গাণ্ডীবধারী অকনবা অর্জুন অসি মতুং-লালগীদমক অমুক শেমশাদ্রনা লৈখি। অর্জুন হায়বসি য়েক্কবশিংনা পাক কমফত্রবা মীনি। হিমালয়-গুম্না লেঙদনা চপ লেপ্তুনা লৈখি। নাংথিজবা মওং মতৌ অমা পুখি॥ ১॥ ঙহাক লৈরগা সিন্ধুদেশগী অকনবশিংহু অমুক হন্না অর্জুন তম্না তেল্ল মথং মথং কাপশিল্লকই॥ ২॥ শিবকিজবা মশা মশানা শিনিংলবা লাম্মীশিংহু উবদা নোকমি নোকাম তৌদুনা কল্লবা কুন্তী মচা অর্জুননা নীংথিবা তপথবা রাহৈনা নশাগী লৈজবা শক্তি ফুদোক্তুনা ঐবু ওয়নদা হোৎনৌ॥ ৩॥ নখোয়না তোগে খল্লিবা থবকতো পাঙথোক্লবা মহে য়াম্নবা হোৎনৌ অদুগা নখোয়গী নথক্তা অকিবা কংবা থৌদোক অমদি লাকপা তারে। হৌজিক নখোয় পুম্নমকপু অমুক্তদা তেলশিংতগী লাংনা কুপশিনদুনা নখোয় পুম্নমক্তা ইথন্তগা থেংনবা তারে॥ ৪॥ হনগন্থু, চেনগন্থু। নপুক্নীং থৌগৎলু। ঙসি নখোয় পুম্নমক্কী নাপল অদু য়ৈথেক্কে। অস্নুম্না মখোয়দা হায়গ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা ময়াম্বুং যুধিষ্ঠিরনা হায়রকপা বা হায়রবু ঈবুঙো অর্জুন! লালফমদা লালঙম্না ফংনিংহুনা চোংথোরকপা ক্ষত্রিয়া নিংথৌ লালীশিংদো থক হাৎকনু। য়ারিবমথৈ নথা পোলহনবা তৌ। অস্নুম্না হায়রকপা রাশিংহু থংনিং নীংশিংঙকখি। মাহু নীংশিংঙকপদা অর্জুন অসি চিন্তা তৌরকই॥ ৫-৭॥ অর্জুনানা অস্নুম্না

ইত্যুক্তোঽহং নরেন্দ্রেণ নকুলেন নৃপা ইতি।  কথং তস্য মৃধেদং স্যাং ধর্মরাজস্য চ শুভম্ ॥ ৮ ॥
ন হন্তব্যাস্ত রাজানো রাজ্ঞা শিষ্টাজ্ঞা কৃতা স্তবেৎ।  ইতি সংচিন্ত্য স তদা ফাল্গুনঃ পুরুষর্ষভঃ ॥ ৯ ॥
প্রোবাচ বাক্যং ধর্মজ্ঞঃ সৈন্ধবান্ যুদ্ধ দুর্মদান।  শ্রেয়ো বদামি যুষ্মাকং ন হিংসে সমবস্থিতান ॥১০॥
যশ্চ বক্ষ্যতি সংগ্রামে তবাস্মীতি পরাজিতঃ।  এতচ্ছ্রুত্বা বচো মহ্যং কুরুধ্বং হিতমাত্মনঃ ॥ ১১ ॥
ততোঽন্যথা কৃচ্ছ্রগতা ভবিষ্যথ ময়ার্দিতাঃ।  এবমুক্ত্বা তু তান বীরান্ যুযুধে কুরুপুঙ্গবঃ ॥ ১২ ॥

অর্জুনোঽতীব সংক্রুদ্ধঃ সংক্রুদ্ধৈর্বিজিগীষুভিঃ।
শতং শতসহস্রাণি শরাণাং নতপর্বণাম্ ॥ ১৩ ॥
মুমুচুঃ সৈন্ধবা রাজংস্তদা গাণ্ডীবধন্বনি।
শরানাপততঃ ক্রূরা আশী বিষবিষোপমান্ ॥ ১৪ ॥
চিচ্ছেদ নিশিতৈর্বাণৈরন্তরা স ধনঞ্জয়ঃ।
ছিত্ত্বা তানাশু চৈব কঙ্কপত্রাঞ্ছিলাশিতান্ ॥ ১৫ ॥
একৈকমেষাং সমরে বিভেদ নিশিতৈঃ শরৈঃ।
ততঃ প্রাসাংশ্চ শক্তীশ্চ পুনরেব জনঞ্জয়ম ॥ ১৬ ॥

---

চিন্তাতৌরকই :— "হৈস ! যাম্ং মহারাজনা তাকপিরকপা য়াথং রাশিংদু করম হায়না ওাকনি ! ধর্মরাজগী য়াথংদু করম্না অরেপ্পদা তাহনগদগে। নিংথৌশিংসিস্না হাৎতবা, ধর্মরাজগী য়াথংসু ওাকপা অনীসি করম্না থোক্কদগে ? অদুগা নিংথৌশিং য়েক্কবশিংসিস্না মথবায় থাজিমথৈ হল্লোইদৌরি। অসুম্না ওহাক খল্লুরগা অর্জুননা সৈন্ধবশিংদা অসুম্না হায়রকই ॥ ৮-৯ ॥ অকনবশিং ! লান্থেংননীংবা ! লাম্মীশিং পুম্নমক ! অমসু অমসু কায়দবা বা অমনীদা, ঐ অমুক্কা হায়খিগে। নখোয়গী কনাগুম্বা অমনা মায়থীরে, পরাজয় ফংলে হায়না য়ারবা, নত্রগা ঐ নহাক্কী মীওইরে, মরূপ ওইরে, হায়না ঐঙোন্দা হায়রবা, নত্রগা ঐখোয় নংগী নকমদা মায়থীরে পরাজয় ফংলে হায়না য়ারবা, অদুওইরগদি ঐ কনা অমতদা হিংসা তৌরোই। ঐনা হায়খ্রিবশিং অসিদগী অপাম্বা অমত্তং হায় ॥ ১০-১১ ॥ অদুনত্তুনা, মথা তানা ঐগা শোক্কখিগে নীংলবদি ঐনা নৈথাইবদা ওন্থোক্কা শাথিরবা অবস্থা লাকপা তারে। অসুম্না হায়রকপদা অমতা য়ানিংদ্রবা সৈন্ধবশিংদুগা অর্জুনগা অমুক কম্না থেংনবা হৌখি। ১২॥ নিংথৌ ! জনমেজয় ! গাণ্ডীবধারী অর্জুনগী মথক্তা থোরবা তেল কোটী অমা হৈথরকই ॥ ১৩ ॥ মখোয়না কাপকশিল্ল থাজিল্লকলিবা খুলাইশিংদু অর্জুননা অমুক্তদা ককথত্তুনা থাদাখি। ১৪ ॥ উরেদুক মচীনশাবা তেল কম্না কাপশিল্লত্তুনা সৈন্ধব লাম্মাশিং মীপুম খুদিংদা পালকম্দুনা মখোয় অমমমক লৈং-ওৎপা য়াদমথৈ থীনা শোকহনখি ॥ ১৫ ॥ অদুদগী মখোয়দু, জয়দ্রথবু হাৎখিবা মীহাৎ অদুকাউওমদদুনা মখোয় মম্মা থাওতানাচিংবা হকথেংনবগী খুংলায়শিংনা অর্জুনদা থাবননবা হৌরকই ॥ ১৬ ॥

জয়দ্রথংস্মৃত্বা চিক্ষিপুঃ সৈনকা নৃপাঃ। তেষাং কিরীটী সংক্রুদ্ধং ঘোষং চক্রে মহাবলঃ ॥ ১৭ ॥
সর্বাংস্তানস্তরাচ্ছিত্বা তদা চুক্রোশ পাণ্ডবঃ। তথৈবা পততাং তেষাং যোধানাং জয়গৃদ্ধিনাম ॥ ১৮ ॥
শিরাংসি পাতয়ামাস ভল্লৈঃ সন্নতপর্বভিঃ। তেষাং প্রব তাংচাপি পুনয়েবাভিধাবতাম্ ॥ ১৯ ॥
নিবর্ততাং চশব্দোহভূৎ পূর্নস্যেব মহোদধেঃ। তে বধ্যমানাস্তু তদা পার্থেনামিত তেজসা ॥ ২০ ॥
যথাপ্রাণং যথোৎসাহং যোধয়া মাস্তরর্জুনম্। ততস্তে ফাল্গুনেনাসৌ শরৈঃসংনতপর্বভিঃ। ॥ ২১ ॥

কৃতা বিসংজ্ঞা ভূয়িষ্ঠাঃ ক্লান্তবাহন সৈনিকাঃ
তাংস্তুসর্বান্ পরিগ্লানান্ বিদিত্বা ধৃতরাষ্ট্রজা ॥ ২২ ।
দুঃশলা বালমাদায় নপ্তারং প্রযযৌ তদা
সুরথস্য সুতং বীরং রথেনা থাগমৎ তদা ॥ ২৩ ।
শান্ত্যর্থং সর্বযোধানামভ্যগচ্ছত পাণ্ডবম্।
সা ধনঞ্জয়মাসাদ্য রুরোর্তস্বরং তদা ॥ ২৪ ॥
ধনঞ্জয়োপি তাং দৃষ্ট্বা ধনুর্বিসসর্জে প্রভুঃ।
সমুৎসৃজ্য ধনুঃ পার্থো বিধিবৎ ভগিনীংতদা ॥ ২৫ ॥

অহুদা কিরীটী ধারী গাণ্ডীবধারী অর্জুননা খুৎলায়শিংহু লোইনা ভাকথোল্লুনা মথোয়না তৌরম্বা আশা পূম্বা অরেম্বদা তাহনখি। মথোয়না থাজিল সংশিল্লক্লিবা খুৎলায়শিংহু তেলতনা কক্থৎতুনা মকুপ তানা লৈমায়থক্তা তাহনখি। অহুগা খোল্লাউ কন্না লাউরকই ॥ ১৭ ॥ ভমগনি হায়না থৌনাকনা চঙশিল্লকলিবা মথোয়শিংহুগী মঙকশিং অহু কক কল্লুনা থাদরকই ॥ ১৮ ॥ মথোয়গী মরক্তা খরনা মমায়ওস্পূনা চেন্নখি খরনা অর্জুন লোমদা চঙশিল্লকপশিংহুগী মঙকস্থ কক্থৎতুনা থাদখি। অহুগা খরনা মথাতানা শোক্লরোই হীকথহনা তুমিন্না যমহনা লৈনখি। ময়াম্না লাউনরকপা খোল্লাউ অহু সমুহনা ঈষক ইপোমগা লোয়ননা ভংঙকপা অহুগা চপ মান্নৈ ॥ ১৯ ॥ মহাতেজসী অর্জুননা হাচ্চিল্লকলবহু ফাওবা খরনা কিবা লৈতনা অর্জুন তম্না ফুজিল্লকখি ॥ ২০ ॥ ভহাক লৈরগা অর্জুননা তেলতনা মথোয় অয়াম্বু বান্থহনখি। মথোয়গী শগোল শামুনচিংবা বাহন ( শাদোং ) শিং অহু লেঙবা য়াদবমখৈ চোকথহনখি ॥ ২১ ॥ অসিগুম্বা তাঙাসিদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মচানুপী দুঃশলা কৌবাসি কদোদগীনো থঙহৌদনা মাগী সুরথগী মচং, মাগীদি মশু অঙাং অচপুহনা লালকমদা অর্জুনগী নাক্তা রথ অমদা তোংহনা হেক লাকখি। মহাক্না লাকপগী উদ্দেশ্যদি লান্মাশিংহুবু থামজিন্নুনা, অর্জুনদা হায়জহনা লালতৌবা তোকহনগে অসিনি ॥ ২২-২৩ ॥ মহাক্না অর্জুনগী নাক্তা চঙশিল্লকল্লুনা মপ্তায় শোম্না হীক্না হীক্না কপ্পুনা চপ লেমৈ। মাবু উবদা অর্জুন অসি মথুক্তগী লীকং লৈমাথক্তা থাদৈ ॥ ২৪ ॥ খুৎলায় থাদোকল্লুনা মচনমুপী দুঃশলাদা অসুম্না হায়রকই :— ঈবেম্মা! হায়্ ঈবুংদা, করি পাম্মি। মাহু তাবদা দুঃশলা হায়রকই ॥ ২৫ ॥

শমার্থং সর্বযোধানাং শৃণু চেদং বচোমম। আগতোঽয়ং মহাবাহো তস্যা মন্দস্য পুত্রকঃ ॥ ৩৭ ॥
প্রমাদমস্য বালস্য তস্মাৎ ত্বং কর্ত্তুমর্হসি। এষ প্রসাদ্য শিরসা প্রশমার্থমরিন্দম ॥ ৩৮ ॥
যাচতেত্বাং মহাবাহো শম গচ্ছ ধনঞ্জয়। বালস্য হতবন্ধোশ্চ পার্থ কিঞ্চিদজানতঃ ॥ ৩৯ ॥
প্রসাদং কুরু ধর্মজ্ঞ মা মন্যুবশমন্বগাঃ। তমনার্য্যং নৃশংসং চ বিস্মৃত্যাস্য পিতামহম্ ॥৪০॥
এবং ব্রুবত্যাং করুণং দুঃশালায়াং ধনঞ্জয়ঃ। আগস্কারিণমত্যর্থং প্রসাদং কর্ত্তুমর্হসি ॥ ১ ॥
সংস্মৃত্য দেবীং গান্ধারীং ধৃতরাষ্ট্রং চ পার্থিবম। উবাচ দুঃখশোকার্ত্তঃ ক্ষত্রধর্মং ব্যগর্হয়ং ॥ ৪১ ॥

যৎকৃতে বান্ধবাঃ সর্বে ময়া নীতা যমক্ষয়ম্।
ইত্যুক্ত্বা বহু সান্ত্বাদি প্রমাদমকরোজ্জয়ঃ ॥ ৪৩ ॥
পরিষ্বজ্য চ তাং প্রীতো বিসসর্জ গৃহান্ প্রতি ॥ ৪৪ ॥
দুঃশালা চাপিতান্ যোধান্ নিবার্য্য মহতোরণাৎ
সম্পূজ্য পার্থং প্রযযৌ গৃহানেব শুভাননা ॥ ৪৫ ॥
এবং নির্জিত্য তান্ বীরান্ সৈন্ধবান্ স ধনঞ্জয়ঃ।
অন্বধাবত ধাবন্তং হয়ং কামচারিণম্ ॥ ৪৬ ॥
ততো মৃগমিবাকাশে যথা দেবঃ পিনাকধৃক্।
স সার তং তথা বীরো বিধিবৎ যজ্ঞিয়ং হয়ম্ ॥ ৪৭ ॥

---

য়েক্রবা ভম্বা ধনঞ্জয়। অঙাংসিনা মথুং লোয়না নঙোন্দা চঙজরি শান্তি সন্ধি তৌনবিয়ু হায়জরি ॥ ৩৮ ॥ অঙাং অসে করিমতা খঙজদ্রবা অঙাংনারানি। অকনবা! অশাউবগী মথা পোনবিয়ু। থোজানবিয়ু ॥ ৩৯ ॥ অঙাং অসিগী মবুথৌ জয়দ্রথ হায়বত্থ, ঐ খঙজৈ, মহাকফাওবনি। অনার্য্যনি, হৌনবা খঙদবনি। মহাক নহাক্কী নকমদা কাম্না লানগ্রবনি। মাদু পুম্নমক্ক কাউথোকপিয়। অঙাং অসিবু মুংশিবিয় ॥ ৪০ ॥ দুঃশলা হায়জরকপসি তাবদা অচপা হস্তিনাপুরদা লৈহৌরিবা ধৃতরাষ্ট্র গান্ধারী অনীমকপু নীংশিংলক্তুনা, বামনখিদুনা অর্জুন অসি তূমিন্না লেপ্তুনা ক্ষত্রিয় ধর্মবু ভাক্তুং নিন্দা তৌখি ॥ ৪১-৪২ ॥ অসুম্না মপুক্রীংদা ক্ষাত্রধর্মবু নিন্দা তৌখি ঐনা ক্ষাত্রধর্মবু হুম্না হুম্না নিন্দা তৌরি। ধর্ম মাগী মথা পোনখিদুনা শাগৈনাতে ভাইশেল পুম্নমকপু যমালয়দা থাখে! ঐমুক ক্ষত্তবসি লৈরমত্রে। অসুম্না ভাইজুং খল্লগা দুঃশলাদা, ঈবেম্মা বারম্ন। ঐনা হাক্কবত্ত তৌরমগনি অসুম্না হায়খি। মাবু হয়াউ—হয়াউনা ময়ুমদা চংহনখি ॥ ৪৩-৪৪ ॥ নীংখিজরবী দুঃশলানা লাম্মীশিংবু লাল তোক্রো হায়দুনা হলহনখি ॥ ৪৫ ॥ মতৌ অসুম্না অর্জুননা সৈন্ধবশিংবু মায়থীবা পীরগা শগোল অহনা চংখিবা মায়গৈদা খোঙপাপ কম্না তুংইন্নখি ॥ ৪৬ ॥ পিনাকধারী মহাদেবনা নোং-মদোম্বা শঙ্গীবু তুংদা চেনখিবা তামখিবত্থম্না গাণ্ডীবধনুর্ধারী অর্জুননা শগোলগী মতুং ইন্নখি ॥৪৭॥

স চ বাজী যথেষ্টেন তাংস্তান্ দেশান্ যথাক্রমম্ । বিচচার যথাকামং কর্ম পার্থস্য বর্ধয়ন্ ৪৮।।
ক্রমেণ স হয়স্ত্বেবং বিচরন্ পুরুষর্ষভ ! মণিপুরপতের্দেশমুপায়াৎ সহপাণ্ডবঃ ।। ৪ ।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্ব্যণি সৈন্ধবপরাজয়ে অষ্টসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।। X । X ।। X ।

---

শগোল অদুসু চৎনীং চৎনীংবা দেশ কয়া লাম্হোক্নুনা অর্জুনগী মিংচৎপু শন্দোক্লমহনা চৎনীংবা মায়গৈদা চৎখি ।। ৪৮ ।। নিপা অথোইবা ! নিংথৌ ! জনমেজয় ! অসুম্না হায়না লোংশোক্লংনা মণিপুরগী নিংথৌগী দেশ মণিপুরদা য়ৌরকখি ।। ৪৯ ।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা সৈন্ধব পরাজয়দা তুষ্ফ্তরানিপালগুবা অধ্যায় লোইরে ।। X ।। X ।। X ।

---

# একোনাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ।

**তরাবাপলশুবা অধ্যায়**

(অর্জুনগা বভ্রুবাহনগা থেংনবা অচুগা অর্জুনগী মৃত্যুগী মতাং)

—ঃ () ঃ—

বৈশম্পায়ন উবাচ

শ্রুত্বা তু নৃপতিঃ প্রাপ্তং পিতরং বভ্রুবাহনঃ। নির্যযৌ বিনযেনাথ ব্রাহ্মণার্ঘপুরসরঃ ॥ ১ ॥
মণিপুরেশ্বরং ত্বেবমুপয়ান্তং ধনঞ্জয়ঃ। নাভ্যনন্দৎ স মেধাবী ক্ষত্রধর্মমনুস্মরন ॥ ২ ॥
উবাচ চ স ধর্মাত্মা সমন্যুঃ ফাল্গুনস্তদা। প্রক্রিয়েযং ন তে যুক্তা বহিস্ত্বং ক্ষত্রধর্মতঃ ॥ ৩ ॥
সংরক্ষ্যমাণং তুরগং যৌধিষ্ঠিরমুপাগতম্। যজ্ঞিয়ং বিষয়ান্তে মাং নাযোৎসীঃ কিং নু পুত্রক ॥ ৪ ॥
ধিক্ ত্বামস্তু সুদুর্বুদ্ধিং ক্ষত্রধর্মবহিস্কৃতম। যো মাং যুদ্ধায় সম্প্রাপ্তং সাম্নৈব প্রত্যগৃহ্ণথাঃ ॥৫॥
ন ত্বয়া পুরুষার্থো হি কশ্চিদস্তীহ জীবতা।
যস্ত্বং স্ত্রীবৎ যথাপ্রাপ্তং মাং সাম্না প্রত্যগৃহ্ণথাঃ ॥ ৬ ॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— নিংথৌ জনমেজয়! মণিপুরগী নিংথৌনা মপাবু অর্জুন লাকই হায়বসি তাবদা, ব্রাহ্মণশিংগা লোয়ননা সনাকুপা অথেনপোৎ মখল মখল পুরদুনা মপাবুংবু ওকউনি খুরুম্জুনি হায়দুনা নগরগী মপান্দা হেক থোরকখি ॥ ১। মণিপুর নিংথৌনা অসিগুম্বা মওংদা লাকপদু উবদা বুদ্ধিমান ওইবা অর্জুননা, ক্ষত্রিয় ধর্মগী মতুং ইন্না মণিপুর নিংথৌদুবু থোইদোক্না থৌশাখিদে। তরাম তরান্না কৌবিখিদে ॥ ২ ॥ ধর্মাত্মা ওইবা অর্জুননা শাউরগা অসুম্না হায়রকই :— নহাক্না তৌরিবা মওংসে চুমদে। তৌরিবা মওংসিগা হায়রুরবদি, নহাক ক্ষত্রিয় ধর্মগী মায়েদা লৈরে। ক্ষত্রিয়গী ঈ কোনশেন্দগী পোকতমাল্লে ॥ ৩ ॥ ঙবুডো! ঐসে মাম্বুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল মতুং ইন্নরকপনি। শগোলসি ফারগা লান্থেংনৌ ॥ ৪ ॥ নহাক্না সিগুম্বা বুদ্ধি লৈতবা পাণ্ডবগী থোৌদোসি উরগা ঐনা ধিক্কার তৌরি। ঐনা লম য়েংবদা নহাকসে ক্ষত্রিয়গী ধর্মগী মতুং ইন্না তৌত্রবনিনা ক্ষত্রিয়গী ঈ অশেংবদগী পোকত্রবোই খল্লি। লালগীদমক লাকপা ঐবু নহাক্না সামনীতিনাহান্না ওকল্লি ॥ ৫ ॥ অদুনা নহাক ক্ষত্রিয়পুরুষ অমা ওইনা সংসারদা কুইনা হিংদুনা লৈবগী কান্নবা লৈত্রে মহা ঈকায়নফম্মি। নুপী নহাগী মতৌগুম্না, হান্না শান্তি তৌননবগী থোরকল্লি ॥ ৬ ॥

অতোঽভ্যেত্য স্বয়ং বীরো বজ্রিগ্রহং পার্থরক্ষিতম্। গ্রাহয়ামাস পুরুষৈ র্হয়শিক্ষা বিশারদৈঃ॥ ১৭
গৃহীতং বাজিনং দৃষ্ট্বা প্রীতাত্মা স ধনঞ্জয়। পুত্রং রথস্থং ভূমিষ্ঠঃ সংখ্যবারয়দাহবে॥ ১৮॥
স তত্র রাজা তং বীরং শরসঙ্ঘৈর নেকশঃ। অর্দয়ামাস নিশিতৈরাশীবিষ বিষোপমৈঃ॥ ১৯॥
তয়োঃ সমভবৎ যুদ্ধং পিতুঃ পুত্রস্য চাতুলম্। দেবাসুররণ প্রখ্য মুভয়োঃ প্রীয়মানয়োঃ॥ ২০॥
কিরীটিনং প্রবিব্যাধ শরেণানতপর্বণা। জত্রুদেশে নরব্যাঘ্রং প্রহসন্ বভ্রুবাহনঃ॥ ২১॥
সোঽভ্যগাৎ সহপুঙ্খেনবল্মীকমিব পন্নগঃ। বিনির্ভিদ্য চ কৌন্তেয়ং প্রবিবেশ মহীতলম্॥ ২২॥
স গাঢ়বেদনো ধীমানালম্ব্য ধনুরুত্তমম্। দিব্যং তেজঃ সমাবিশ্য প্রমীত ইব সোঽভবৎ॥ ২৩॥
স সংজ্ঞামুপলভ্যাথ প্রশস্য পুরুষর্ষভঃ। পুত্রং শক্রাত্মজো বাক্যমিদমাহ মহাদ্যুতিঃ॥ ২৪॥
সাধু সাধু মহাবাহো বৎস চিত্রাঙ্গদাত্মজ। সদৃশং কর্ম তে দৃষ্ট্বা প্রীতিমানস্মি পুত্রক॥ ২৫॥
বিমুঞ্চাম্যেষ তে বানান্ পুত্রযুদ্ধে স্থিরো ভব।
ইত্যেবমুক্ত্বা নারাচৈরভ্যবর্ষদমিত্রহা॥ ২৬॥

---

মথ অমু থৌজিল্লক্তুনা শগোল অদু ফাজিন্দুনা থমখি॥ ১৭॥ শগোল ফাখিবদু উবদা অর্জুন অসি পেনখি। লৈমায় থক্তা রথ ঈয়াও য়াওদনা পদাতি অমা ওইনা বভ্রুবাহন তন্না চঙশিল্লকই॥ ১৮॥ বভ্রুবাহননা, মহু পুরবা লিলগী হূগা চপ মান্নবা থম্মোয়দা হকচাংদা চৈনা শীননীঙাই ওইবা থৌরবা তেল থাক্তা অর্জুনগী মশা পুম্বদা হন্না হন্না কাপশিল্লকখি। অর্জুনসু থাঙবদা বাববা চৈনা কন্না যংখি॥ ১৯॥ মপামচা অনীমক মুখামুখি ওইনা মুংঙাইনা কন্না থেংনরকই। কয়াগী মতীক কন্না থেংনরকপগে হায়রবা মমাংঙৈগী লাইহুংচাবগী (দেবাসুরসংগ্রাম) লাল অদু অসিগুম্না অকিবা ফংনা শোক্করমগত্রা হায়বা ফাওবা য়াররবা লালনি। অদুগা মমাঙৈদা থেংনখিবা লালশিংদুগা তুলনা তৌবা য়াখিত্রবা লালনি॥ ২০॥ বভ্রুবাহননা নোক্না নোক্না অর্জুনগী থবাক্তা য়াম্বরক্লিবা থবাকথাঙ অদুনা থৌরবা তেল অমা কাপশিল্লক্তুনা মাহু ফাওদংহন্দুনা অর্জুনদা থাঙমদা চৈনা পীখি॥ ২১॥ তেল অদু কয়াগী মতীক কন্না কাপশিনখিবগে হায়রবু তেল অদু তেল্লাগা লোয়ননা অর্জুনগী হকচাংদগী ফাওদং থিহুনা আসোম রাংমদা লৈমুংদা চপয়ুংলো চঙখি॥ ২২॥ তেল অদুনা ফাওদংতুনা চংখিবনী থাঙজম্বব চৈনা অদু অর্জুননা ফংখি। থাঙবা ঙমদহুনা লীফংনা শৌদুনা অশিবগী পাংথক ওইনা তুম্মিল্লা লেঙদনা লৈখি॥ ২৩॥ ঙহাক্তং অবাবা থাওজ্ঞরগা মান ভারক্তুনা মচাবু থাগত্তুনা অদুম্না হায়রকই॥ ২৪। মহাবাহু! অকনবা! চিত্রাঙ্গদাগী মচা! নংবু ঈপানা হন্না হন্না থাগৎলি! সাধু সাধু! ধন্যবাদ! ঈপাগী ঈবুঙো ঈপা পেল্লে।॥ ২৫॥ অদুনা ফরে, ঐ নঙোন্দা কাঁড় থবায় অসি থাদোক্লগে। চোকশিন্না শোক্কো। অসুম্না হায়রগা অর্জুননা বভ্রুবাহনগী মথক্তা তেল নারাচ মপৈ মপৈ নোংচুবগুম কাপশিল্লকই॥ ২৬॥

সোঽপি মোহং জগামাথ ততশ্চিত্রাঙ্গদাসুতঃ। ব্যথম্য সংযুগে রাজা দৃষ্ট্বা চ পিতরংহতম ।৩৬।।
পূর্বমেব স বাণৌঘৈর্গাঢ়বিদ্ধোঽর্জুনেন হ। পপাত সোঽপি ধরণীমালিঙ্গ্য রণমূর্ধনি ৩৭।।
ভর্তারং নিহতং দৃষ্ট্বা পুত্রং চ পতিতংভুবি। চিত্রাঙ্গদা পরিত্রস্তা প্রবিবেশ রণা জিরে।। ৩৮।।
শোকসংতপ্তহৃদয়া রুদতী বেপতি ভৃশম্। মণিপুরপতে র্মাতা দদর্শ নিহতং পতিম্।। ৩৯।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্বণি অর্জুন বভ্রুবাহন যুদ্ধে একোনশীতিতমোঽধ্যায়ঃ॥ × ॥ × ।।

---

লালফমদা বভ্রুবাহন অসি নিপাথোক্লা কল্লা লাস্থেংনরম্বনি। অতুগা হান্নদগী অর্জুনগী তেল্লা পানবদগী যাম্না মশা চোকথনা লৈগ্রবনি। অহুনা মপানা শিহুনা তুমিল্লা তাহনা লৈবদা মহাকনু অশিবগুম্না লৈমায়থক্লা তাহুনা লৈখি।। ৩৬-৩৭।। মপুরোইবনা শিহনা লৈবা অহুগা মচানা রাস্থহুনা লৈবহু উবদা চিত্রাঙ্গদা অসি থম্মোয় শোক্লা রাখিহুনা লালফমদা চেনশিল্লকই।।৩৮।। চেনশিল্লকপদা অর্জুননা শিহনা লৈমাথক্লা লোংনা তাহুনা লৈবহু চিত্রঙ্গদানা হেক উই।। ৩৯।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতাপর্বদা অর্জুন বভ্রুবাহনযুদ্ধগী হুক্ত্তরামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে॥ × ॥ × ।

# অশীতিতমোঽধ্যায়ঃ

## মরিক্ষুশুবা অধ্যায়ঃ

( চিত্রাঙ্গদাগী বিলাপ, বভ্রুবাহননা হৌগলকপা,
উলূপীন, সংজীবনমণিনা অর্জুনবু হিংগৎনবা )

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততো বহুতরং ভীরুবিলপ্য কমলেক্ষনা । মুমোহ দুঃখসংতপ্তা পপাত চ মহীতলে ।।১।।
প্রতিলভ্য চসা সংজ্ঞাং দেবী দিব্যবপুর্ধরা উলূপীং পন্নগসুতাং দৃষ্ট্বেদং বাক্যমব্রবীৎ ।।২।।
উলুপি পশ্য ভর্ত্তারং শয়ানং নিহতংরণে । ত্বংকৃতে মম পুত্রেণ বাণেন সমিতিংজয়ম্ ।৩।।
নম্ন ত্বমার্য্যে ধর্মজ্ঞা নম্ন চাসি পতিব্রতা । যত্ত্বংকৃতেঽয়ং পতিতঃ পতিস্তে নিহতোরণে ।।৪।।
কিন্তু সর্বাপরাধোঽয়ং যদি তেঽদ্য ধনঞ্জয়ঃ । ক্ষমস্ব যাচ্যমানাবৈ জীবয়স্ব ধনঞ্জয়ম্ ।৫।।
নম্ন মার্য্যে ধর্মজ্ঞা ত্রৈলোক্যবিদিতা শুভে যৎ ঘাতয়িত্বা পুত্রেণ ভর্ত্তারং নাম্নশোচসি ।।৬।।

---

বৈশম্পায়ননা হায় :— জনমেজয়! মিপাই চাউবী, থম্বালি লৈনা মীত্তাতাবী চিত্রাঙ্গদানা, মপুরোয়বা কায়নমৈনা চাল্লনা ঙাহাক্তং থম্মোয় শোক্না কম্নগা লৈমায়দা তুথখি ।।১।। ঙহাক লৈরগা অান খর তারক্লনা নীংথিজবা মায়থোংপুবী চিত্রাঙ্গদানা নাগকন্যা উলূপীনা মনাক্তা লেপ্পুনা লৈরম্বত্থ উবদা অম্নয়া হায়রকই ।।২।। উলূপী! ঈবেম্মা! য়েংউ, ঐথোয় অনীগী ঈপুরোয়বসে লৈমায়থক্তা তাত্থনা লৈরে। নহাক্না কন্না হায়জিনবিরকপিবদগী ঈচানা লাম্লেংনীংবা মপায় হাৎলে ।।৩।। ঈবেম্মা! নহাক্কি আর্য্যধর্মবু মুম্না ঙঙলবা, মপুরোয়বা নীংবী, সতী অমনি। অদুবু, ঈবেম্মা! নহাক্না শীনবদগী থৌদবিবদগী নপুরোয়বসে লৈমায় [illegible] লৈরেদো ।।৪।। অদুগা অর্জুন কৌবা নপুরোয়সিনা নহাক্কী মুংঙাইতবা থবক অম তৌখিনা লৈরগম্ব ঐনা নঙোন্দা তাকপিয়ু হায়জরি। নপুরোয়বগী থবায়সে অমুকপ্পিবিয়ু হায়দুন, নঙোন্দা হায়জরি—নিজরি। ধনঞ্জয় কৌবা নিপা নপুরোয়বসে হিংহনবিয়ু ।।৫।। আর্য্যজাতিদা পোকপী! নীংথিবী! নহাক অসে মহাধর্ম থঙবীনি হায়না মরোল অহুমদা ফাওদুনা লৈরবীনি। অদুবু ঙসি নচা অঙাংসি থাজিন্দুনা নপুরোইববু হাৎহল্লগা নহাক্কি কপ্পিমত য়াবীদনা নীঙায়দনা লৈরি ঐ, মাসিগী মরমদি কপ্পিমত থঙদে। কপ্পিবীনো? ।।৬।।

নাহং শোচামি তনয়ং হতং পন্নগনন্দিনি। পতিমেবতুশোচামি যস্যাতিথ্যমিদং কৃতমঃ ।।৭।
ইত্যুক্ত্বা সাতদা দেবীমুলুপীং পন্নগাত্মজাম্। ভর্ত্তারমভিগম্যেদমিত্যুবাচ যশস্বিনী ।।৮।।
উত্তিষ্ঠ কুরুমুখ্যাস্য প্রিয়মুখ্য মম প্রিয়। অয়মশ্বো মহা বাহো ময়াতে পরিমোক্ষিতঃ ।।৯।।
নম্ব ত্বয়া নাম বিভো ধর্মরাজস্য যজ্ঞিয়ঃ। অয়মশ্বোঽনুসর্ত্তব্যঃ স শেষে কিং মহীতলে ।।১০।।
ত্বয়ি প্রাণা মমায়ত্তাঃ কুরূণাং কুরুনন্দন। স কস্মাৎ প্রাণদোঽন্যেষাং প্রাণান্‌সংত্যক্তবানসি ।।১১।।
উলূপি সাধু পশ্যেমং পতিং নিপতিতংভূবি। পুত্রং চেমং সমুৎসাহ্য ঘাতয়িত্বা নশোচসি ।।১২।।
কামংস্বপিতু বালোঽয়ং ভূমৌ মৃত্যুবশংগতঃ। লোহিতাক্ষো গুড়াকেশো বিজয়ঃ সাধুজীবতু ।।১৩।।
নাপরাধোঽস্তি শুভগে নরাণাং বহুভার্যাতা। প্রমদানং ভবত্যেব সা তেঽভূৎ বুদ্ধিরীদৃশী ।।১৪।।

---

নাগকুমারী! ঈচাসিক শিবরগনা তাহুনা লৈরে। ঐ ঈচাসিগী করিমত বাদে। ঐনা বারিবাস নপুরোইবা অর্জুনসিগী দমক্লনি। অমক্তা মাকথোক্না অতিথিগুম্ব লাক্পা নিপাসিদা পীরিবা অতিথিসেবাদি শিক্ষনবনা ওইহল্লে ।।৭। চিত্রাঙ্গদানা অম্‌মা নাগকন্যা উলূপীদা বাসি হায়বগা শিক্না অহুনা তাহুনা লৈরিবা মপুরোয়বা অর্জুনগী নাক্তা চংখিদনা অমুম্বা তেংথো নাওইনা খোল্লল থোরা কপখি ।।৮।।

করুরাজ ধর্মগী মনাও মুংশিজবা!
তোল্লবী ঐগীদি থবায়দগী লেক্তা মুংশিজবা।
শগোল থাদোকচরে হৌগংলোনে অকনবা।
নমান্নংগী শগোলতংইরদনা করিগী তুমিন লৈরিবা?
খাইগী থরায় কনবিরম্বা নথায়বু করিগী থাদোক্লিবা?
কৌরবশাগৈগী থবাওদি কনানা কল্লিবিদৌরিবা? ।৮-১১।

অমুম্বা তেংথানাওইনা কপ্পগা উলূপীরোমদা ওনশিন্দুনা অন্ত্রা অমুক হায়রকই :— য়েংঙু, ইবেম্মা! নপুরোয়বসে লৈমায়থক্তা তাহুনা লৈরে। অমুক্তা ওনশিন্দুনা য়েংঙু। নহাক্না নচা অমাং করিনু খঙজদবসিনা ঈশিঙ্কনা মপাবু হাৎহল্লে নহাক্কি তৌরিবসি ঊরগা করিমতা বাব্রে? ।।১২।। মৃত্যুগী মখা পোন্দুনা ঈচাসিনা অমুক হৌগংলকত্রবস্ক ঐ বাদে। নিদ্রাবু ভম্বা গুড়াকেশ অর্জুননা চিরনিদ্রাদা লৈরিবসিনা অমুক মীকপ থোরকপা অদুতনি পামজারবা।।১৩।। নীঙথিবী! কনাগুম্বা নিপানা মমীং য়াম্না মাগী লোয়নবী ওইনা থম্মি। মাদা করিমত দোষ লৈতে। অদুগা মুপী ঐখোয়না মপুরোয়বনি হায়দুনা নিপা থম্নবদি দোষনিদো. পাপ পুইদো। অদুনা ইবেম্মা! নং ঐগী দোষ দোষ লৈতে। খম্মনবা হায়রবসে মুপী ঐখোয়গীদি মহাদোষ অমদি। অদুনা বুদ্ধিলৈবী! সতী! উলূপী! অসুম ওইবা থমম্নবগী বাখন্দো তৌগম্নু। অতুগুম্বা বুদ্ধি রাখন্দো নহাকুম্বী বুদ্ধি লৈবী অমা তৌবা মতীক চাদে ।।১৪।।

সখ্যং সমভিজ্ঞানীহি সত্যং সঙ্গতমস্তুতে। সখ্যং চৈতৎ কৃতং ধাত্রা শশ্বদব্যয়মেবতু ॥১৫॥
পুত্রেণ ঘাতয়িত্বৈনং পতিং যদি ন মেঽদ্যৈব। জীবন্তং দর্শয়স্যদ্য পরিত্যক্ষ্যামি জীবিতম্ ॥১৬॥
সাহং দুঃখান্বিতা দেবি পতিপুত্রবিনাকৃতা। ইহৈব প্রায়মাশিষ্যে প্রেক্ষন্ত্যাস্তেনসংশয় ॥১৭॥
ইত্যুক্ত্বা পন্নগসুতাং সপত্নী চৈত্রবাহনী। ততঃ প্রায়মুপাসীনা তূষ্ণীমাসীজ্জনাধিপ। ১৮॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ততো বিলপ্য চিরতা ভর্ত্তুঃ পাদৌ প্রগৃহ্য সা।
উপবিষ্টাভবৎ দীনা সোচ্ছ্বাসং পুত্রমীক্ষতী ॥১৯॥
ততঃ সংজ্ঞাং পুনর্লব্ধা স রাজা বভ্রুবাহনঃ।
মাতরং তথাবলোক্য রণভূমাবথাব্রবীৎ ॥২০॥
ইতো দুঃখতরং কিংনু যন্মে মাতা সুখৈধিতা।
ভূমৌ নিপতিতং বীরমনুশেতেমৃতং পতিম্ ।২১॥

---

পতি-পত্নী অনাগী মিত্রতা (মরূপ ও'না লৈবা) অসে বিধাতানা যাত্তুনা লেভদনা থমপ্রবা নিয়মনি। অসুম্না লৈবা সখ্য ভাব মিত্রতাসিগী মহিমা মহত্ত্ব অসে নংনা হেন্না খঙলিবনি। তাকপা নত্তে। নীংশিংজবনি। অদুনা সতী নহাক্না নপুরোইবাদা থম্নিবা মিত্রতা-সখ্যভাব অসে সার্থক ওইহল্লু ॥ ১৫ ॥ নহাক্না নচা অঙাং অসিদা ঈশিনবিদুনা ঐখোয় অনীগী ঈপুরোয়ববু হাত্তোকহল্লে। অদুনা, নংনা ঈপুরোয়বসিবু অমুক হিংগৎহন্দ্রবদি নমাঙদা থরায় অসে থাদোক্লগনি। ১৬ ॥ দেবী! অমতস্থ নত্তুনা ঈচা ঈপুরোয়বা অনামক কায়নহল্লে। অদুনা নমিৎ থীংনা য়েংছোরো ঐনা নমাঙমকুদা থরায় থাগদোরিবসে। ১৭ ॥ নিংথৌ জনমেজয়! নাগকন্যা উলূপীনা অসুম্না হায়রম্লগা চিত্রবাহনগী মচানুপী চিত্রঙ্গদা শিঞ্জি ফাওবা অনশনব্রত তৌদুনা মুংশাশোর হোন্দোক হোঞ্জিল তেনলিলহন্দুনা তুমিন্না থোংগ্রাঙ চন্দুনা ফমদুনা লৈখ্রে ১৮ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়:— নিংথৌ! জনমেজয়! অসিগী তুংদা ওহাক কপ্লগা চিত্রাঙ্গদানা মপুরোয়বগী খোঙ অনী কোম্দুনা য়াম্নতোল্লবী অম ওইনা ফমখি। মুংশা মপী থবেং থবেং হোম্দুনা মচা বভ্রুবাহন লোমদা য়েংগুকই ॥১৯॥ ওহাক লৈরগা নিংথৌ বভ্রুবাহন অসি রান্থুক্লবদগী তপ্ন তপ্ন হোৌগৎলকই। মমানা লালফমদা কপ্তুনা তুদুনা লৈরম্বদু উবদা অসুম হায়না খোঞ্জেল থোক্না কপলকই:— ॥২০॥ আঃ! ওন্থোকপনি! মুংভাই য়াইফ মরক্তা চাউরকপী ঈমা চিত্রাঙ্গদানা, মৃত্যুগী মখা পোনখিদুনা লালফম লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈরিবা মপুরোয়বা অকন্নবসিগা লোয়ননা চৎথনি তাইবং হকচাং থাদোক্লম্লনি হায়দুনা লৈরি। অসিদগী হেন্না য়াবসিবু সংসারদা লৈরমখিদ্রা। ॥২১॥

নিহন্তারংরণেহরীনাংসর্বশস্ত্রভৃতাং বরম্ ।
ময়া বিনিহতংসংখ্যে প্রেক্ষতে দুর্ভরং বত ॥২২॥
অহোহস্যা হৃদয়ং দেব্যাদৃঢ়ং যঃ বিদীর্য্যতে ।
ব্যূঢ়োরস্কং মহাবাহুং প্রেক্ষন্ত্যা নিহতং পতিম্ ।২৩॥
দুর্ভরং পুরুষেণেহ মন্যে হৃদ্ধস্তনাগতে ।
যত্র নাহং ন মে মাতা বিপ্রযুজ্যেত জীবিতাৎ ।২৪॥
হা হা ধিক্ কুরুবীরস্য সংনাহং কাঞ্চনংভুবি ।
অপবিদ্ধং হতস্যেহ ময়া পুত্রেণ পশ্যত ।২৫॥
ভো ভো পশ্যত মে বীরংপিতরংব্রাহ্মণাভুবি ।
শয়ানং বীরশয়নে ময়া পুত্রেণ পাতিতম্ ।২৬॥
ব্রাহ্মণাঃ কুরুমুখ্যস্য যে মুক্তা হয়সারিণঃ ।
কুর্বন্তি শান্তিংকামস্য রনেযোহয়ং ময়াহতঃ ॥২৭॥

---

লালফমদা মাবু গুম্বা, হাংপদা লুনা থোক্লবা, লালফম খুদিংদা য়েক্লবশিংবু শুমহৎনা জয় ওইহনা ভাক লাকখিবা পৃথিবীদা, খুংলায় পায়বা লান্দা হৈশিংবাশিংগী মন্নুংদা খ্বাইদগী অথোইবা অদুগুম্বা অকনবা অর্জুননা অঙাং নাবা ঐগী খুত্তা থরায় পীররি। অদুগুম্বা মপুরোইববু ঈমানা য়েংহনা লৈজরি। অসিদগী হেন্না বাবসিবু অতৈ অমা লৈরমখিদ্রা ॥ ২ ॥ মপাম্বোম চাউরবা, মথবাক কল্লবা, মশক মতৌ ফজরবা মপা লৈতবা অসিগুম্বা মপুরোয়বনা শিহনা লৈমায়থক্তা তাহনা লৈরিবসিবু উরগা ঈমাগী থম্মোয়না হৌজিক ফাওবা মচেং মচেং থোক্রা কায়হনা তাদ্রি মাগী মাগী অস্তকাল হায়বহনা হৈক লাকত্রিমথৈ কনাগুম্বা করিগুম্বা অমতনা মাবু শিহনবা য়াদে ওসি হায়বসি ঈমাগী থম্মোয়সিনা প্রমাণ পীরি ॥ ২৩ ॥ অদু মক্তনা তৌজিকফাওবা ঐগী অদুগা ঈমাগী প্রাণবায়ুনা মপান থোকখিজি। আঃ। ওন্থোকপনি। ঐনা ঈশাবু হন্না হন্না ধিক্কার তৌরি। য়েংবিয়ৌ! তাইবং মী নখোয় পুম্নমক য়েংবিয়ৌ। মহাপাপী ঐগী খুত্তা থরায় থাদোকপিররিবা অকনবা অর্জুন লালগী কবচ-লীকং তেল তৈন্দোংনা মচোই মচোই তাহনা লৈরিবসে অমুক্তা য়েংবিয়ৌ ॥২৪-২৫॥ ব্রাহ্মণ পুম্নমক। অমুক্তা য়েংবিয়ু। পাপী মচা ঐগী খুত্তা থরায় থাদোকপিররিবা অকনবাশিনা অকনবগী মাহৌগা লালফম শয্যাথক্তা তাহনা লৈরিবসে অমুক্তা য়েংবিয়ু ॥ ২৬ ॥ কুরুশ্রেষ্ঠ, ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞগী শগোল তুংইন্না লাকপা অকনবসিগা লোয়ননা লালফম খুদিংদা শান্তিপাঠ তৌরনি হায়না লেজবিরম্লিবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক। করিগী শান্তি পাঠ তৌবিজিবগে? তৌবিয়ু স্বস্তিবাচন। ॥২৭॥

বাদিশস্ত চ কিং বিপ্রাঃ প্রায়শ্চিত্তমিহাছ মে।
নৃশংসস্ত পাপস্ত পিতৃহন্তুরণাঙ্গিরে ॥২৮।

দুশ্চরা দ্বাদশসমা হত্বা পিতরমদ্য বৈ মমেহ নৃশংসস্ত সংবীতস্যাস্য চর্মণা ॥২৯॥
শিরঃকপালে চাস্যৈব যজ্ঞতঃ পিতুরদ্য মে। প্রায়শ্চিত্তং হি নাস্ত্যন্যদ্ধত্বাদ্য পিতরং মম ।৩০॥
পশ্যনাগোত্তমসুতে ভর্তারং নিহতংময়া। কৃতং প্রিয়ংময়া তেহদ্য নিহত্য সমরেহর্জুনম্ ॥৩১
সোহহমদ্যগমি যাস্যামিগতিং পিতৃনিষেবিতাম্। ন শক্নোম্যাত্মনাত্মানমহংধারয়িতুংশুভে ।৩২॥
সা ত্বং ময়ি মৃতে মাস্তথা গাণ্ডীবধন্বনি। ভব প্রীতিমতী দেবি সত্যেনাত্মানমলভে ।৩৩॥
ইত্যুক্ত্বা সাজ্ঞা দুঃখশোকসমাহতঃ। উপস্পৃশ্য মহারাজ দুঃখাৎবচমব্রবীৎ ॥৩৪॥

শৃণ্বন্তু সর্বভূতানি স্থাবরাণি চরাণি চ।
ত্বং চ মাত র্যথা সত্যংব্রবীমি ভুজগোত্তমে ॥ ৩৫ ॥

---

ব্রাহ্মণপুম্নমক! চুপ্পি! মহাপাপী ঐগা মাওদা করম হায়না বেদপাঠ তৌগনি। ব্রাহ্মণ,পুম্নমক! ঐদি মহাপাপী, মপাবু লান্দা হাৎপা, মহাহিংসা তৌবা পাপী ঐঙোন্দা য়েংবিরকল্লু, পাপপূবিনি। প্রায়শ্চিত্ত অদু তাকপিয়ু। ব্রহ্মহত্যা পিতৃহত্যাগী প্রায়শ্চিত্ত লৈরমখিগনি হায়বদা থাজদে। অদুমকপু তাকপিয়ু। করম্বা প্রায়শ্চিত্ত তৌজৌ হায়বগে?।২৮। মপাবু হাৎলগা চহী তরানিথোই চুপ্পা কল্লবা ব্রত উপাসনা তপস্যা তৌবনা ঐঙোন্দা করিস্তু ওইরোই ঐনা খল্লদি ঐ, ঈপাগী আত্মানা থাদোকলম্বা মপান্-হকচাং ভৌত্তিব দেহ বুং ডি না উন্মশাসি খোল্লগা, মাহুনা কাঞ্জোল ইনক্কি ওইমা ঈশাদা কূপশিল্লগা, চহী তরানিথোই চুপ্পা কোয়চৎ চৎখিগে কোক, (কপাল) অসিনা কপাল (য়ুবীথুজাই) মকওইনা পায়হুনা পরিব্রাজক ওইনা চহী তরানিথোই চুপ্পা কোয়চৎ চিংখিগে। মাহুতনা পিতৃহত্যাগী প্রায়শ্চিত্ত ওইগনি॥২-৩০॥ নাগরাজকুমারী! ঈমা! উলূপী! অসি ঐনা ঈমা নহাক্কী নপুরোয়ববু হাৎলিবসিনা ঈমা নংনা য়ানিংবা, নহাক্কা অপাম্বা থবক ঐন। পাণ্ডখোকচবা ওইরম্বস্তু যাই।৩১॥ অদুব ঈমা! নীংথিবী নহাক্কা! অতৈ পাম্বিবদো ঐনা তৌরম্বা ফংজেকো ঈমা! ঐদি ঈপানা চৎপ্রিবা গতি (ধাম) সে, মাসিদা ঐস্তু চচ্চগগনি। বিদায় পীবিয়ু ঈমা লাইরেম্বী! ননিং থুংহনবা ঙমমদরে। য়ারোবিগনু নচাবু।২৩॥ ঈমা! লাইরেম্বী! গাণ্ডীবধারী অর্জুননা শিপ্রবা তুং অসিদদি, ঈমা নহাক্কী পেঙবা, পুক্নীংদা য়াইচিনবা লৈতব্রা হায়বদু ওইরসনু। ঐবাশকুনা হায়রি:— ঈপাসি য়াওদনা ঐনা হিংহুনা লৈররোই॥৩৩॥ জনমেজয়! অদুম্মা হায়রগা আচমন তৌহুমা বভ্রুবাহননা অদুম্মা অমুক হায়রকই ॥৩৪॥ সংসারদা লৈরিবা অচক্কত্ত জীবপুম্নমক! ঐনা হায়জরিবসে তাবিহো! উলূপী! নহাকসু তাও। ঐ থাওৈশেংবা য়াহু হায়রমগে ॥৩৫॥

যত্রিনোত্তিষ্ঠতি জয়ঃ পিতা মে নরসত্তমঃ আস্মিন্নেব রণোদ্দেশে শোষয়িষ্যে কলেবরম্ ।৩৬।।
ন হি মে পিতরং হত্বা নিষ্কৃতিবর্ত্তিতে ক্বচিৎ । নরকং প্রতিপৎস্যামি ধ্রুবং গুরুবধার্দিতঃ ।। ৩৭ ।।
বীরং হি ক্ষত্রিয়ং হত্বা গোশতেন প্রমুচ্যতে পিতরং তু নিঃ তৈব্যেবং দুর্লভা নিষ্কৃতির্মম ।।৩ ।।
এষ একো মহাতেজাঃ পাণ্ডুপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ । পিতা চ মম ধর্মাত্মা তস্য মে নিষ্কৃতিঃ কৃতঃ ।। ৩৯ ।।
ইত্যেবমুক্ত্বা নৃপতে ধনঞ্জয়সুতো নৃপঃ । উপস্পৃশ্যাভবৎ তূষ্ণীং প্রায়োপেতো মহামতি ।। ৪০
প্রায়োপবিষ্টে নৃপতৌ মণিপুরেশ্বরে তদা । পিতৃশোকসমাবিষ্টে মহ সাত্র পরংতপ ।। ৪১ ।।

উলূপী চিন্তয়ামাস তদা সংজীবনং মণিম্ ।
স চোপাতিষ্ঠত তদা পন্নগানাং পরায়ণম্ ।। ৪২ ।।
তং গৃহীত্বা তু কৌরব্য নাগরাজপতেঃ সুতা ।
মনঃ প্রহ্লাদনীং বাচং সৈনিকানামথাব্রবীৎ ।।৪৩।।
উত্তিষ্ঠ মা শুচঃ পুত্র নৈব জিষ্ণুস্ত্বায় জিতঃ ।
অজেয়ঃ পুরুষৈরেষ তথা দেবৈঃ সবাসবৈঃ ।।৪৪।।

---

ভসিগী মুমিত্তা ঈপা, নিপা অথোইবা অর্জুন কৌবম্না হিংগৎলজনা ফুক হৌগৎলকত্রবদি, হে সত্য সত্যনা খওসম্ম, লালফম অসিদা হুকচাং অসি ককশিলহনখিত্তনা মচেৎ মচেৎ তাহল্লগনি ।।৩৬।। ঈপাসিগী নাক্ত হুকচাংসি কংশি নহল্লগা ঈপাগী আত্মানা চৎথিবা মায়গৈদা মফমদা তুংইনজত্রবদি মপা হাৎপগী নরককী তাল ওইনা পোক্লুবগাদি লৈররোই ।৩৭।। কনাগুম্বা অমম্ব ক্ষাত্রিয় অমবু মরাল ঈরৈ লৈতনা হাৎলুব্রবদি শঙ্গা চামানা গোদান তৌরগা পাপ অদু কোবপায়াই। মপাবু খুনা খওনা হাৎলুবা ঐগী প্রায়শ্চিত্তদি করিমত লৈররোই ।। ৩৮ ।। ধর্ম রাজগী মনাও ওইরা, মামুক কনবা অনীশুবা অমম্ম লৈত্রব, মহাতেম্বা ওইরবা ধর্মাত্মা ওইরবা, অদুগী মথক্লা ঐগীদি ঈপামক ওইবা অসিবু হাৎলবা ঐগী উদ্ধারদি করিগুম্বা মফম মতমদা লৈররোই ।। ৩৯ ।। নিংথৌ ! জনমেজয় ! বা থরসি হায়রম্লবা অমুক হম্মা আচমন তৌগনা লৈমাম্ম থাক্তা ফমদনা তুমিন্ন লৈখি ।। ৪০ ।। বৈশম্পায়ননা হায় :— মহারাজ জনমেজয় ! মপা কায়নবগী রাবনা মণিপুরনিংথৌ বভ্রুবাহন অসি মমাগা লোয়ননা শিত্তি ফাওবা চরা হেল্ললি হায়হনা তুমিংপ্রবসিদা উলূপীনা সংজীবনমণিবু নীংশিংওকই। নাগালোককী নাগ লিলা শিংগী অমুকমুক হিংগৎলকপী আধার ওইরিবা মণি অদু উলূপীনা হেক নীংশিংলকপদা মফম অদুদা লাকই ।। ৪১-৪২ ।। জনমেজয় ! অদুদগীদি মণি অদু লৌরগা, লাম্মীশিংবুগী থম্মোয়দা হরাউ-হুংঙাইবা পোকহনবা রাহে থর উলূপীনা হায়রকই ।। ৪৩ ।। ঈবুঙো ! বভ্রুবাহন ! হৌগৎলু রাগম্ম। অর্জুনসে নখুত্তা মায়থিগদবদা নত্তে। নংনা হাৎপা নত্তে। মহাক তাইবংমী, দেবতাশিং অদুগা ইন্দ্রমক্কা মায়থীবা হাৎপা ঙম্মোই ।। ৪৪ ।।

ময়া তু মোহনী নাম মায়ৈষা সম্প্রদর্শিতা ৷ প্রিয়ার্থং পুরুষেন্দ্রস্য পিতুস্তেহস্য যশস্বিনঃ ।।৪৫।।
জিজ্ঞাসুর্হ্যেষ পুত্রস্য বলস্য তব কৌরবঃ। সংগ্রামে যুদ্ধ্যতো রাজন্নাগতঃ পরবীরহা ।৪৬।।
তস্মাদসি ময়া পুত্র যুদ্ধায় পরিচোদিতঃ। মা পাপমাত্মনঃ পুত্রশঙ্কেথা হ্যণ্বপি প্রভো ।৪৭।।

ঋষিরেষ মহানাত্মা পুরাণঃ শাশ্বতোহক্ষরঃ
নৈনং শক্তোহি সংগ্রামে জেতুংশক্রোহপি পুত্রক ।৪ ।
অয়ং তু মে মণির্দিব্যঃ সমানীতো বিশাম্পতে।
মৃতান মৃতান পন্নগেন্দ্রান্ যোজীবয়তিনিত্যদা ।।৪৯।

বৈশম্পায়ন উবাচ

এনমস্যোরসি ত্বং চ স্থাপয়স্ব পিতুঃ প্রভো।
সংজীবিতং তদাপার্থম ত্বং দ্রষ্টাসি পাণ্ডবম্ । ৫০ ।।
ইত্যুক্তঃ স্থাপয়ামাস তস্যোরসি মণিং তদা।
পার্থস্যামিততেজা স পিতুঃ স্নেহাদপাপকৃৎ ।। ৫১ ।।
তস্মিন্ ন্যস্তে মনৌ বীরো জিষ্ণুরুজ্জীবিতঃ প্রভুঃ।
চিরসুপ্ত ইবোত্তস্থৌ মৃষ্টলোহিতলোচনঃ ।। ৫১ ।।

---

মহাপুরুষ, মিংচৎ চাউরবা, নপাবুং ধনঞ্জয়গী পেল্লনবা মনীং থুংনবা ঐনা মোহনী ময়া উৎপনি ।৪৫।। নিংথৌ! নহাক, মহাপুরুষ অর্জুনগী মচানি। য়েঙবা পুম্না লাকহৌকপ ওয়া, কুরু শাগৈগী কোকথঙবী মনি ওইবা মহাক্না নহাক্না নতৌক নঙণ মথৌনা, লান্দা হৈশিংববু উনিংহনা মফম অসিদা লাকপনি। অদুনা ঐনা নংবু লাল তৌ হায়না ঈশিনখিবনি। ঈমাগী ঈবুঙো! পিতৃহত্যাগী পাপকী মরীক অমতা নঙোন্দা লৈরতে। ।৪৬-৪৭।। নিপাসে, পুরাতন নর হায়বা ঋষিহুনি। অমাও অতা লৈররোইদবা অবিনাশী হায়বনি। নপাবুংসিবু ইন্দ্রমক্না লান্দা মায়থীবা পীবা ঙম্মোই ।। ৪৮ ।। নিংথৌ! কান! হৌগৎলু দিব্যমণি অসি ঐনা পুরকপনি। লান্দাশিরবা মায়থীবা ফংলগা নাগশিংবু মণি অসিনা হেক হেক হিংগৎহনবনি। মাসে, নংগী নাপাবুংগী থবাক অসিদা থম্মু-নাম্ল। অদুদগীদি নপাহংসিনা হৌগৎলাকপদো উবা ফংগনি ।। ৪৯-৫০ ।। উলূপীনা অসুম্মা হায়রকপদা মণি অদু লৌরগা অর্জুনগী থবাকপক্তা হেক থমখি।৫১।। মনি অদুনা হেক শোকপদা অর্জুন অসি কুইনা তুমখ্রল হুম্না তুম্মুবদগী মীকপ থোক্নুনা ভাঙলবা মমীৎ অনীহু নাম্ল নাম্লম্নুনা নোইহুরহনা হৌগৎলকই। ৫২ ।।

সমুত্থিতং মহাত্মানং লব্ধসংজ্ঞং মনস্বিনম্। সমীক্ষ্য পিতরং স্বস্থং ববন্দে বভ্রুবাহনঃ ॥ ৫৪।
অনাহতা দুন্দুভয়ো বিনেদুর্মেঘনিঃস্বনাঃ। সাধু সাধ্বিতি চাকাশে বভুব সুমহান্স্বনঃ ॥৫৫॥
উত্থায় চ মহাবাহুঃ পর্য্যাশ্বস্তো ধনঞ্জয়ঃ। বভ্রুবাহনমালিঙ্গ্য সমাজিঘ্রত মূর্ধনি ॥৫৬।
দদর্শ চাপি দূরেঽস্য মাতরং শোককর্শিতাম্। উলূপ্যাসহ তিষ্ঠন্তীং ততোঽপৃচ্ছৎ ধনঞ্জয়ঃ ॥৫৭।
কিমিদং লক্ষ্যতে সর্বং শোকবিস্ময়হর্ষবৎ। রনাজিরমমিত্রঘ্ন যদি জানাসি শংস মে ॥৫৮॥
জননী চ কিমর্থং তে রণভূমিমুপাগতা। নাগেন্দ্রদুহিতা চেয়মুলূপী কিমিহাগতা ॥৫৯॥
জানাম্যহং যুদ্ধং ত্বয়া মদ্বচনাৎ কৃতম্। স্ত্রীনামাগমনে হেতুমহমিচ্ছামি বেদিতুম্। ৬০॥
তমুবাচ তথা পৃষ্টো মণিপুরপতিস্তদা। প্রসাদ্য শিরসা বিদ্বানুলূপী পৃচ্ছ্যতামিয়ম্ ॥ ৬১ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক অনুগীতা পর্বনি আশ্বানুসরনে অর্জুনপ্রত্যুজ্জীবনে অশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ X ॥

---

অর্জুননা হেক হৌগংপদ্ধ উবদা বভ্রুবাহননা মপাবুংগী চরণ শোক্না থুরুম্মি। ॥৫৩॥ অর্জুননা অমুক হৌগংলকপসি উবদা ইন্দ্রলোগী ইন্দ্রনা লৈগী নোং চুথহনাখ ॥ ৫৪ ॥ লাইরৈবাক্তগী মৈরকপা দুন্দুভি পূজাওগী মখোয়না সায়কৈ পুম্বা পুমনিন নিনখি। নোংমদোম্বগী লাউনরকপা সাধু-সাধু হায়বা খোল্লাউনা থক খা পুমনিন নিনখি ॥৫৫। অর্জুন অসি, মশাদা করিমু ইতৌ তৌদবগুম্না নোকমি নোকমি তৌদুনা মচা বাভ্রুবাহনবু হরাউনা হংশনা শোল্লি চুপ্পী। মকোক মনম নম্মি ॥ ৫৬ ॥ অহুদগী অসুম য়েংথোকখিবদা, চিত্রাঙ্গদা-উলূপী অনীনা লেপ্পুনা অরা মুংওাই অনী য়ামহনা লৈবছু অর্জুননা হেক ঊই। বভ্রুবাহনদা অসুম্না সংঙকই ॥৫৭॥ য়েক্নবা ভস্বা, ঈপাগী ঈবুঙো অকনবা' ঐনা অসুম য়েংবদা লালফম ওইনা তৌবা মফমসিদা লৈরিবশিংসে কপ্পা-লাউবা নোকপা অবাবা নুংঙাইবা মওংশিংনা ইতিন তিন্না লৈবসি ভাব ঈতা তাদে। লালফমদা ঐনা কুইনা তুম্মুবিবসিনা করিগীনো কনানা হৌদোকই মরম পুম্নমকসি খঙলবদি ইপাদা তম্মু ॥৫৮। নমা চিত্রাঙ্গদা না অহগা নাগরাজকন্যা উলূপীনা লৈরম্নবসিনা করি কদায়দগীনো ? ॥৫৯॥ ঐনা খঙবা হায়ববু ঐনা হায়বগী মতুং ইন্না নহাক্না ঐগা লান্থেংনখি। অসি ফাওবদি ঐ নীংশিংডি। অহুগা মুপীশিংনা অসিদা লাক্নমলিবসিনা করিগীনো, কনানা মখোয়বু কৌরুবনো ? মসি লোইনা খঙনীঙিঙ ॥ ৬০ ॥ মপা অর্জুননা অসুম্না হায়রকপদা মণিপুর নিংথৌনা হায়রকই :— মাসিগী বা পুম্নমক অহুগা থোকখিবা থবক পুম্নসি ঈমা,উলূপীদা হংবিয়ু ॥ ৬১॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা অর্জুনপ্রত্যুর্জ্জুবন"গী মরিক্নুগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ॥ X।

# একাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ।

## মরিক্কুমাথোইশুবা অধ্যায়

( উলুপীনা থোকখ্রিবা থৌদোক পুম্নমক মমুংদা লৈবা অথুপ্পা রা পুন্না অর্জুনদা তম্বা, অর্জুননা শিবা মায়থীবা ফংবগী অথুপ্পা রা পুন্না হায়দোরকপা চিত্রাঙ্গদা বভ্রুবাহন অনীবগী বিদায় লৌরগা অর্জুননা শগোলগী তুংইন্দনা চংখিবা )

—:( 0 ):—

অর্জুন উবাচ

কিমাগমনকৃত্যং তে কৌরব্যকুলনন্দিনি। মণিপুর পতের্মাতুস্তথৈব চরণাজিরে ॥ ১ ॥
কচ্চিৎকুশল কামাসি রাজ্ঞেহস্য ভুজগাত্মজে। মম বা চপলাপাঙ্গি কচ্চিৎ শুভমিচ্ছসি ॥ ২ ॥
কচ্চিৎ তে পৃথুলশ্রোণি নাপ্রিয়ং প্রিয়দর্শনে। অকার্ষমহমজ্ঞানাদয়ংবা বভ্রুবাহনঃ ॥ ৩ ॥
চচ্চিন্ন রাজপুত্রী তে সপত্নী চৈত্রবাহনী। চিত্রঙ্গদা বরারোবা নাপরাধ্যতিকিঞ্চন ॥ ৪ ॥
তমুবাচোরগপতেদুর্হিতা প্রহসন্নিব। ন মে ত্বমপরাদ্ধোহসি নহি বভ্রুবাহনঃ ॥ ৫ ॥
ন জনিত্রী তথাস্তেয়ং মম যা প্রেষ্যবৎস্থিতা! শ্রূয়তাং যৎযথা চেদং ময়া সর্বং বিচেষ্টিতম্ ॥ ৬ ॥

---

অর্জুননা উলুপীদা অহুম্না হায়রকই :— কৌরব্য নাগবংশবু মুংগাইহনবী! উলুপী! লালকম অসিদা নহাক্না অদুগা মণিপুর নিংথৌ পোকপী চিত্রাঙ্গদা নখোয় অনীমক্না লাক্লিবা অসিগী মরমদু মুমা খঙনীংঙি ॥ ১ ॥ নাগকুমারী! নহাক নচা, মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহনবু অনায়েক লৈতনা মঙ্গল ওইনা লৈহন্নীংঙিদনকো? নীংথিব মীত্তাতাবী! নপুরোয়বা ঐবুসু মঙ্গল ওইনা লৈহন্নীং-লিদনা? ॥ ২ ॥ শাওংশাদা তীঙদায়াঙদা ফজবী নাগরাজ কুমারী! ঐনা অদুগা বভ্রুবাহননা খঙহৌদবদগী নহাক্না য়ানিংদবা করিগুম্বা অকায়বা ককাদি তৌখিদেনকো? ॥ ৩ ॥ নংগী লোম্নবী, চিত্রবাহনগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদানা নঙোন্দা অরানবা থবক অপরাধ ককাদি তৌখিদেদনা? ॥ ৪ ॥ অর্জুননা হায়রিবা হংলিবা বাহংশিংসি তাবদা উলুপীনা মোমোন তৌনা অনুম্না হায়র্রকই :— থবাম্নমপু! মুংশিবা! নহাক্না অদুগা বভ্রুবাহননা ঐনা য়ানিংদবা থবক অমতা তৌখিবা লৈতে। বভ্রুবাহনগী মমা চিত্রাঙ্গদানসু ঐঙোন্দা অকায়বা ঐনা য়ানিংদবা থবক অমত্তা তৌখিবা লৈতে। মহাক্তি ঐঙোন্দা ঐগী সেবা তৌবী অমওম্নমুম লৈ। ঐনা মমাইদা তৌখিবা থবকশিংদু অদু, অদুগা অসিদা লৈরম্লিবসিগী মরম অদু লোইনা হায়জগে, তাবিয়ু ॥ ৫-৬ ॥ কুরুনন্দন! যাশিংসি

ন মে কোপস্ত্বয়া কার্য্যঃ শিরসা ত্বাং প্রসাদয়ে। ত্বংপ্রিয়ার্থং হি কৌরব্য কৃতমেতন্ময়া বিভো ॥ ৭ ॥
যত্তচ্ছৃণু মহাবাহো নিখিলেন ধনঞ্জয়। মহাভারতযুদ্ধে যত্ত্বয়া শান্তনবো নৃপঃ ॥ ৮ ॥
অধর্মেণী হতঃ পার্থ তস্যেয়া নিষ্কৃতি কৃতা। ন হি ভীষ্মস্ত্বয়া বীর যুধ্যমানোহি পাতিতঃ ॥ ৯ ॥
শিখণ্ডিনা তু সংযুক্তস্তমাশ্রিতা হতস্ত্বয়া। তস্য শান্তিমকৃত্বা ত্বং ত্যজেথা যদি জীবিতম ॥ ১০ ॥
কর্মণা তেন পাপেন পতেথা নিরয়ে ধ্রুবম। এষা তু বিহিতা শান্তি পুত্রাৎ যাং প্রাপ্তবানসি
বসুভির্বসুধাপাল গঙ্গয়া চ মহামতে ॥ ১১ ॥
পুরাহি শ্রুতমেতৎ তে বসুভিঃ কথিতং ময়া। গঙ্গায়াস্তীরমাশ্রিত্য হতে শান্তবে নৃপ। ১২ ॥
আপ্লুত্য দেবা বসবঃ সমেতা চ মহানদীম্। ইদমূচুর্বচো ঘোর ভাগীরথ্যা মতেতদা ॥ ১৩ ॥
এষ শান্তনবো ভীষ্মো নিহতঃ সব্যসাচিনা।
অযুধ্যমানঃ সংগ্রামে সংসক্তোহন্যেন ভামিনি।
তদনেনাভিষঙ্গেন বয়মপ্য ধনঞ্জয়ম ॥ ১৪ ।

তমজত্রিডৈগী মমাতুদা ঐ নখোঙ শোক্না পুরুমঙ্গরি। অরানবা য়াওবনস্থ থাকপিয়ু। ঐনা সিদা লৈরম্লিবা অহুগা তৌখিবা থবতো নহাকী কান্নবগীদমক্লনি। নংবু নংশি জবদক্লানি ॥ ৭ ॥ মহাবাহু! ধনঞ্জয়। য়াম্না চনীওতানা মমুংগী তত্ত্ব খঙনা তাবিয়। পৃথানন্দন! অহুডৈ মহাভারতকী লান্দা কুরুক্ষেত্রদা শান্তনু কুমার মহাজ্ঞানী নবুধৌ ভীষ্মমবু ধর্ম কায়না হাংখিবা মহাক অহুগী পাপ দোষ অহুগী প্রায়শ্চিত্ত ওইনা পাওখোকচনা পাপ কর্ম থবু শোকহল্লরবনি ॥৮॥ বীর। অকনবা! নহাক্না নখুৎমক্না ভীষ্মবু হাংখিদো। নমাঙ্কা শিখণ্ডীবু থম্নগা হাংহনখিবনি। ভাঅদো শিখণ্ডীগী মফমদা খরা লানাখ। তাৎ তৌদুনা অরানবা থবক থক নহাক্না তৌখি ॥ ৯ ॥ অরানবা নমথাক তৌবহুগী শান্তি হাহদোকত্রিডৈদা, প্রায়শ্চিত্ত তৌত্রি-ডৈদা নহাক্না থরায় থারম্লবদি নহাক নরকতা তাহুনা অরাবা মৈচাক কয়া ফংলম্নগদবনি। ১০। মহামতি! মহাজ্ঞানী। মমাডৈদা, বসুদেবতাশিংনা অহুগা গঙ্গাদেবীনস্থ মাডজোননা খণ্ডনা পাপসিগী শান্তি প্রায়শ্চিত্ত অসি নিশ্চয় তৌদুনা থমগ্রবনি। অহুনা ওসি নহাক্না প্রায়শ্চিত্তকী মশক ওইনা নচা অভাংগী পাপদা পরাজয় ফংবনি। হায়না শীঘ্রদা থমগ্রবনি ॥ ১১ ॥ অ। মমাডৈগী য়ানি। নোংমা, গঙ্গাজীগী তোর্বাঙ্গা ঐ চংলুই। শান্তনুনন্দন ভীষ্মনা শিগ্রবা তুংদা বসুদেবতাশিংনা নহাকী মরমদা ভাঙনখিবা য়াপুম্বা ঐনা তাখি ॥ ১২ ॥ বসু কৌবা দেবতাশিংনা মহানদা গঙ্গাজীগী মপান্দা লাক্লুনা ভাগীরথীগী সম্মতি লৌরগা অকিবগী মশক ফংলবা বাহু অসুয়া হায়খি — গঙ্গাজী। শান্তনু নন্দন ভীষ্মদু শেল্লায়না অতোপ্পগা থেংনখিবনি। অর্জুনগী মথা মুখি থেংনখিদে। অদুবু, সব্যসাচী অর্জুননা নমথাক তৌদুনা হাংখিবনি। অদুনা, ঐখোয় অর্জুনদা শাপ তৌবা তারে। মাহু ভাবদা গঙ্গানস্থ তৈ-তৌ হায়খি ॥ ১৪ ॥

শাপেন যোজবামেতি তথাস্তি,তি চ সাব্রবীৎ। তদহং পিতুরাবেত্য প্রবিশ্য ব্যাথতেন্দ্রিয়া॥ ১৫ ॥
অভব'স চ তচ্ছ্রুত্বা বিষাদমগমৎ পরম। পিতা ত্বমে বসুন্ গত্বা ত্বদর্থে সমযাচত ॥ ১৬॥
পুনঃ পুনঃ প্রসাদিতাংস্ত প্রনমিদমব্রুবন। পাণ্ডবস্য মহাভাগ মণিপুরেশ্বরোযুবা। ১৭॥
স এনং রণমধ্যস্থঃ শরৈঃ পাতযিতা ভুবি। এবং কৃতে চ নাগেন্দ্র মুক্তশাপো ভবিষ্যতি॥ ১৮॥
গচ্ছেতি বসুভিশ্চোক্তো মম চেদংশশংস সঃ। তচ্ছ্রুত্বা ত্বং মযা তস্মাচ্ছাপাদসি বিমোক্ষিতঃ॥ ১৯॥
নহিত্বাং দেবরাজোহপি সমরেষু পরাজয়েৎ। আত্মা বৈ পুত্রঃ স্মৃতস্তস্মাৎ তেনেহাসি পরাজিতঃ॥ ২০।
নহি দোষো মমমত কথংবা মন্যসেঽভিভো। ইত্যেবমুক্তো বিজয়ঃ প্রসন্নাত্মাব্রবীদিদম্॥ ২১ ॥
সর্বং মে সুপ্রিয়ং দেবি যদেতা কৃতবত্যসি। ইত্যাক্ত্বা সোঽব্রবীৎ পুত্রং মণিপুরপতিং জয়॥ ২২ ॥
চিত্রাঙ্গাদায়াঃ শৃন্বতাঃ কৌরব্যদুহিতুস্তদা। যুধিষ্ঠিরস্যাশ্বমেধং পরিচৈত্রীং ভাবিষ্যতি॥ ২৩॥
তত্রাগচ্ছেঃ মহামাত্যো মাতৃভ্যাং মহিতোনৃপ॥ ২৪।

মখোয়না শাওনখিবদু তাবদা ঐ (উলূপী) না মুংডাইমনখিবগুনা পাতালদা নাগলোকতা চঙলিনখি ঈপা নাগরাজদা পাম্ব অসি তাহল্লদা ঐগী পিতাঙীবু হায়া মুংডাইখিদে॥ ১৫ ॥ অদুগী ঈপা নগারাজনা বসুশিংদা প্রপ্রপ, চৎখিহুনা নহাক (অর্জন) কীদমক্ শাপ অদু তৌবিদনবা হায়তুনা থায়া হায়জরকই। মাদুদা বসুদেবতাশিং অয়ম্বা হায়রকই॥ ১৬॥ হয়ে নাগরাজ! হৌজিক মণিপুরগী মিংথৌ ওইনা লৈরিবা পাখংমচা নিংথৌ বভ্রুবাহন অদু অর্জুনগী মচানি। মাগী মচাদুগী মখুত্তা পরাজয় ফংহনা লৈমাযপক্ত শেক তুথখিবদা নখোয়না হৌজিক তৌখিবা শাপ অদু কোকপা ওইগনি। ॥ ১৭ ১৮ ॥ মাদু হায়বদা ঈপা নাগরাজনা নাগলোগকা চৎকনা ঐত্তোন্দা পাউ অদু তাহল্লে। অদুনা ঐনা বভ্রুবাহনদা অকনবা নহাক্না মাঙ্হেনবগী কন্না হায়খিবা ঈশিংনখিবনি। অদুনা হৌজিক শাপ অদু পুমকোক কোকখ্রে॥ ১৯॥ পরাম্মী মপু! অঙা মচাসিদি হায়রকনু—দেবরাজ কাওবনা নহাকপু মায়থীবা শীবা ঙম্লোই। মচা হায়বসে মপা নহাক্কী আত্মা মনি। অদুনা মচাবু আমজ কৌনরিবসিনি। হৌজিক ঐনা হায়রিবা মরম্শিংসিনা অঙাংসিগী মথৌ পরাজয় ফংবনি। মসি পুম্নমক্ থোক্রনবা শীল্লুগে হায়রুনা ঐ অসিদা লৈরম্লিবসিনি॥ ২০॥ অদুনা স্বামী! থবক অসিদা ঐগী দোষ করিমত্ত লৈতপাল্লে হায়না খল্লি। নহাক্না করি খল্লি? নচাগা লাম্হেনগনখিবসি ঐ লানব্রা? মাদু তাবদা অর্জুন অসি পুমপেন প্রেনখ্রে॥ ২১॥ অর্জুননা অসুম্না হায়রকই:— দেবী! উলূপী নংনা তৌব্রিবা থবক শিংগী ঐগী কান্নবগীদমক্তনি পেস্রে মুংডাইরে অসি হায়রগা চিত্রঙ্গদা—উলূপী অনীগী মাঙদা, মচা বভ্রুবাহনদা অসুম্না হায়রকই। ২২॥ নিংথৌ! ইবুঙো! লাক্কিবা চৈত্র মাসগী পূর্ণিমাদা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞ হৌগনি মাদুদা নহাক্ নমা অনীসিগা লোয়ননা লাক্লুনা যজ্ঞ য়াওরো লাউ। নহাক্কী পত্রমিত্রদি মন্ত্রীশংবু লোয়নরকউ॥ ২৩–২৪ ॥

ইত্যেবমুক্তঃ পার্থেন স রাজা বভ্রুবাহনঃ। উবাচ পিতরংধী মানিদসম্না বিলেক্ষণঃ।। ২৫ ।
উপযাস্যামি ধর্মজ্ঞ ভবত শাসনাদহম। অশ্বমেধ মহাযজ্ঞে দ্বিজাতি পরিবেষকঃ।। ২৬ ।।
মম শ্বশ্রুগ্রহার্থায় প্রবিশস্ব পুরং স্বকম্। ভার্য্যাভ্যাং সহ ধর্মজ্ঞ মা ভূৎ তেঽত্রবিচারনা । ২৭ ।
উষিত্বৈহনিশমেকাং সুখং স্বভবনে প্রভো। পুনরশ্বানুগমনং কর্ত্তাসি জয়তাংবর ॥ ২৮ ।।
ইত্যুক্তেঃ সতু পুত্রেণতদা বানরকেতনঃ। স্মায়ন্ প্রোবাচ কোন্তেয়স্তদা চিত্রাঙ্গদাসুতম্ ২৯ ।
বিদিতংতে মহাবাহো যথাদীক্ষাং চরাম্যহম। ন স তাবৎ প্রবেক্ষ্যামি পুরং তে পৃথুলোচন । ৩০ ।
যথাকামং ব্রজত্যেষ যজ্ঞি যাশ্বো নবৃষভ। স্বস্তি তেহস্তু গমিষ্যামি ন স্থানং বিদ্যতে মম । ৩১ ।
স তত্র বিধিবৎ তেন পূজিতঃ পাকশাসনিঃ ভার্য্যাভ্যামভাম্য জাতঃ প্রায়াৎ ভরতসত্তমঃ। ৩২।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্বণি অশ্বানুসরনে একাশীতিতম মোঽধ্যায়ঃ।। X।। X।। X।

---

অর্জুননা অসুম্না হায়রক্লবদা বভ্রুবাহননা মপি তানা মপাবুং অর্জুনদা অসুম্না হায়জরকই ।। ২৫ ।। ধর্মচেনবা। অকনবা পাবুং! হায়রিবা পূন্দা তৌজগনি। লোয়নরক্লিবা ব্রাহ্মনশিংসিদা ব্রহ্মভোজন অমগু। কচ্ছথিগে ।। ২৬ ।। অহগা অমনা, ঐনা খুংলোনজহুনা হায়জরি-য়াবিয়ু। নহাক্কী ধমপত্নী ঈমা অনীসিগা লোয়ননা কোম্নুংমন্নুংদা অমুক্ত লেগুশিন্‌বিরম্মু। অতোপ্পা নত্তবা বাখল্ অম খন্‌বিয়ু।। ২৭ ।। অকন্‌বশিংগী মন্নুংদা অথোইবা! য়ুম্-কোম্নুং-নাগর অসে, নহাক্কনি। ঐগী নত্তে। ঙসি অহিংসিতদি চন্নসেবা কংজাহৌগে। হয়েং নোংঙাল্লগা সগোলগী তুংইন্না য়াবিয়ু ।। ২৮ ।। মচানা অসুম্না হায়জরক্লবদা অর্জুননা ব্রাভ্রুবহনদা অসুম্না হায়রকই।। ২৯ ঈপাগী ঈবুংঙো। অক্নবা! ঐ অশ্বমেধ যজ্ঞগীদমক্তা দীক্ষা লৌগ্রবনি য়ুমদা চঙ্‌হৈদো। দীক্ষাগী নিয়ম অসি লৌগ্রিদমখৈ ঐ য়ুমদা ঈমুংদা চঙবা য়াদে। ৩০ ।। য়েংঙু! শাগোল অসে চৎখ্রে, ঐ অমুক্ পন্থবা য়াদ্রে। শগোল অসে ঈশানা খাম্বগু য়াদে— তৌহৈদে। শাউগু! ঐ চৎলে ।। ৩১ ।। ময়াব্রোই হায়বা খঙহুনা বভ্রুবাহননা অর্জনগী চন্নন শোক্লা খুক্নম্‌হুনা পূজা তৌহৌই। অদুদগী অর্জুন অসি ভার্য্যা অনীদগী বিদায় লৌহনা শগোলগী তুংইন্না হন্না য়েংঙম্‌দনা অহুম চৎখ্রে ।। ৩২ ।।

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অশ্বানুসরন (শগোলতংইন্নবা) গী মরিফুমাথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ।। X।। X ।। X।

---

# দ্ব্যশীতিতমোঽধ্যায়

## মারিক্লানথোইশুবা অধ্যায়

(মগধরাজ মেঘসন্ধিগী পরাজয়

—:( 0 ):—

**বৈশম্পায়ন উবাচ**

স তু বাজী সমুদ্রান্তাং পর্য্যত্য বসুধামিমাম্। নিবৃত্তোঽভিমুখো রাজন্ যেন বারণসাহ্বয়ম্ ॥ ১ ॥
অনুগচ্ছংশ্চ তুরগং নিবৃত্তোঽথ কিরীটভৃৎ। যদৃচ্ছয়া সমাপেদে পুরং রাজগৃহং তদা ॥ ২ ॥
তমাভ্যাসগতং দৃষ্ট্বা সহদেবাত্মজঃ প্রভো। ক্ষত্রধর্মে স্থিতো বীরঃ সমরায়াজুহাব হ ॥৩॥
ততঃ পুরাৎস নিষ্ক্রম্য রথী ধন্বী শরী তলী। মেঘসন্ধি পদাতিং তং ধনঞ্জয়মুপাদ্রবৎ ॥ ৪ ॥
আসাদ্য চ মহাতেজা মেঘসন্ধির্ধনঞ্জয়ম্। বালভাবান্মহারাজ প্রোবাচেদং ন কৌশলাৎ ॥ ৫ ॥
কিমর্থং চার্য্যতে বাজী স্ত্রীমধ্য ইব ভারত। হয় মেনং হরিষ্যামি প্রযতস্ব বিমোক্ষণে ॥৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— নিংথৌ! জনমেজয়! শগোল অদুনা অসুম সমুদ্রমপান মপান্দা মগধ দেশ ফাওবা লাৱমগা মায় ওন্দুনা হল্লকপসি হস্তিনাপুর তোবা লম্বীয়োমদনি ॥ ১ ॥ কিরীটধারী অর্জুননা শগোলচুগী মতুং ইন্দুনা লাকপসিনা রাজগৃহ হায়বা নগর অদুদা য়ৌরকই ॥ ২ ॥ মাগী নগর মমুংদা অর্জুনগী শগোল লাক্লে য়ৌরক্লে হায়বসি তাবদা মহদেবগী মচা পাখং মচা মেঘসন্ধি হায়বা নিংথৌসি ক্ষাত্রিয় ধর্ম কায়দনা অর্জুনদা লান্থেংননবা আমন্ত্রন তৌখি ॥ ৩ ॥ লানগী ফিজোল পুন্না থোক্নুনা লানগী খুৎসু খুৎলায় লীকং তেল থাঙ তা লোইনা হাবুনা রথ মথক্তা নগরদগী থোরকই। রথ য়াওদনা পদাতি ওইনা লাকপা অর্জুন তম্মা মেঘসন্ধি হায়বা নিংথৌ পাখং মচাসি ফুজিল্লকই ॥ ৪ ॥ মহারাজ! জনমেজয়! নিংথৌ পাখমচা মেঘসন্ধি হায়বসিগী নহা অমা ওইনা বুদ্ধি ঈতা তাদনা অর্জুনগী নাক্ত রথ থৌজিল্লক্লুনা অসুম্না হায়রকই ॥ ৫ ॥ ভরতনন্দন! নিপা অকনবা নহাক্তা শগোলগী মতুং ইম্না কোয়চৎ চৎলিবসি করিগীনো? পাণ্ডবা মী অমনা মুপী নহা মরক্তা তৌগদবা থবকপু মহাক্না তৌরি। ঐ শগোল অসি ফাব তারে। লাও নতীক ওইরগা শগোল অসি ঐগোন্দগী মুন্নু ॥ ৬ ॥

অদত্তাসুনয়ো যুদ্ধে যদি ত্বং পিতৃভির্মম। করিষ্যামি তবাতিথ্যং প্রহর প্রহরামি চ ॥ ৭॥
ইত্যুক্তঃ প্রত্যুবচদেং প্রহসন্নিব পাণ্ডবঃ। বিঘ্নকর্ত্তা ময়া বার্য্যা ইতি মেব্রতমাহিতম ॥৮॥
ভ্রাত্রা জ্যেষ্ঠেন নৃপতে তবাপি বিদিতংক্রতম্। প্রহরস্ব যথাশক্তি ন মন্যুবিদ্যতে মম ॥৯॥
ইত্যুক্তঃ প্রাহরৎপূর্বং পাণ্ডবংমগধেশ্বরঃ। কিরঞ্শরসহস্রানি বর্ষাণীব সহস্রদৃক ॥১০॥

তত গাণ্ডীবভৃচ্ছুরো গাণ্ডীবপ্রহিতৈঃ শরৈঃ।
চকার মোঘাংস্তান্ বানান সযত্নান্ ভরতর্ষভ ॥ ১১ ॥

স মোঘং তস্য বানৌঘং কৃত্বা বানরকেতনঃ। শরান্ মুমো চ জ্বলিতান্দীপ্তাস্যানিবপন্নগান্ ॥১২॥

ধ্বজে পতাকাদণ্ডেষু রথেষন্ত্রে হয়েষু চ।
অন্যেষু চ রথাঙ্গেষু নশরীরে ন সারথৌ ॥ ১৩ ॥
সংরক্ষ্যমান পার্থেন শরীরে সব্যসাচিনা।
মন্যমানঃ স্ববীর্য্যং তম্মাগধ' স্তোহিনোচ্ছরান্॥ ১৪ ॥

---

মমাঙৈদা ঐগী ঈপাঈপুশিংনা ক্ষত্রিংধর্ম মতুং ইন্না লাক্লনা খাগত তৌখিদবা ওইরবসু মাহগী অরাৎপদু ঐনা ঙসি শিংগৎকনি লাকফমদা নঙোন্দা লাকতনা অতিথি সেবা তৌনি। ঐঙোন্দা হান্না কাপলকউ-থারকউ খুৎলায়দো, অদুগী তুংদা ঐনা খুৎলায় হনগনি॥ ৭ ॥ মাগী রাড় তাবদা নোক্‌লনা অর্জুননা অশুম্না খুন্নকই : ঐগী ইয়াম্না অদুনা ঐঙোন্দা অশুম্না হায়রকই :— হান্না মীঙোন্দা লালশিংনকপু। শগোল অদু সিন্‌ ফাডুনা শীংনরকপা মীছুনা তৌরিবা থবক্তগী য়াকা য়েংছুনা থবক তৌ। হান্না ঈয়ান্দুনা হায়রকই অদুনা নিংথৌ! নহাক্না হান্না ঐঙোন্দা কাপশিল্লকউ। ঐ নঙোন্দা করিমতা শাউদে ৮-৯॥ অর্জুননা অশুম্না হায়রক্লবদা মেঘসন্ধিনা অর্জুন তম্না তেল মপৈ মনম মনম কাপশিল্লকই। নোংমদোলগী ইস্নুনা নোং মরী মরী অতৎ অথম চুথহল্লকপদুগুম্না অর্জুনগী মথক্তা তেলগী মপৈ হৈথরকই।১০॥ নিংথৌ! জনমেজয়! কাপশিল্লকলিবা তেলশিং অদু গাণ্ডীবদগী পাইথোক হল্লকপা তেলশিংনা কম্নখাঙদা লোইনা কর্জুনা অর্জুনগী মশাদা তেল অমতা শোকহনখিদে মেঘসন্ধিনা কাপশিঙ্করল্লিবা তেলশিংছু অরেম্বদা তাইনখি॥ ১১ ॥ মাগী তেলশিং অদু লোইনা কল্লগা অর্জুননা মচীন-মৈ হৌরবা তেলমক্তা কাপশিল্লকই। তেলশিং অদুনা মেঘসন্ধিগী মশাদা মৈলুম অসম্না চুরবগুম থোকখি। ১২ ॥ অদুদগী অর্জুননা মহাক্কী কনাগী রথ ফিরাল, খুৎগু খুৎলায়শগোল চিংবদা কাপশিল্লকনা তুম্না মাঙহনখি। অদুগা সারথিদদি তেল পালহনখিদে॥ ১৩ ॥ অর্জুননা মশাদা তেল অমত্ত পালহল্লোইদবগী তৌরকপদুবু পাখং নহানিংথৌ মহাক্না মাগী হৈশিংবনা মতৌক মগুণননি হায়না খল্লে। মাদুমক্তা মাগী পুক্কীর থোগচ্ছুনা অর্জুন তম্না মনম মনম কাপশিল্লকই॥ ১৪ ॥

অত্যা পাণ্ডবেয়বাকু মাধবেন ভৃশাহতঃ ॥ বভৌ বসন্তসময়ে পলাশঃ পুষ্পিতো যথা ॥ ১৬ ॥
অবধ্যমানঃ লোহিতাক্ষঃ পাণ্ডবার্থং তম্। তেন তম্বৌ স কৌরব্যা লোকবীরমদর্শনে ॥ ১৬।
সব্যসাচী স সংক্রুদ্ধো বিক্রম্য বলবৎ ধনুঃ। হয়াংশ্চকার নির্জীবান্ সারথেশ্চ শিরোহহরৎ ॥ ১৭ ॥

ধনুশ্চাস্য মহচ্চিত্রং ক্ষুরেণ প্রচকর্তহ।
হস্তাবাপং পতাকাং চ ধ্বজংচাস্য ন্যপাতয়ৎ ॥ ১৮ ॥
স রাজা ব্যথিতে ব্যথে বিধনুর্হতসারথিঃ।
গদামাদায় কৌন্তেয়মভিদুদ্রাব বেগবান্ ॥ ১৯ ।
তস্যাপতত এবাশু গদাং হেমপরিষ্কৃতাম্।
শরৈশ্চকর্ত বহুধা বহুভির্গৃধ্রবাজিতৈঃ ॥ ২০ ॥
সা গদা শকলীভূতা বিশীর্না মনি বন্ধনা।
ব্যালী বিমুচ্য মানেব পপাত ধরণীতলে ॥ ২১ ॥
বিরথং বিধনুষ্কং চ গদয়াপরিবর্জিতম।
সান্ত্বপূর্বমিদং বাক্যমব্রবীৎ কপিকেতনঃ ॥ ২২ ॥

---

মাগী তেল ময়াম তহুনা পানবদা অর্জুনগী মশাপুম্ব ঈনা শুমচোং চোংখি। বসন্তদা কুরাউ পাম্বৌগী মনা মশা পুম্না চাংশবা লপানশিংনা থদা শাংপহুশুম্না অর্জুনগী ফজবহুম ওইখি ॥ ১৫ ॥ নিংথৌ। অর্জুনদি মেঘসন্ধিগী মশাদা পান্নবা থংননবদা হায়হুনা অতহনা মারিমখৈ কাপখিদে। অদুগুবু পাথং নিংথৌহনা মহাক্না হৈবনা খাবা চমদবানি হায়না শেরায়না থন্দুনা মহুনা পুক্লৌং থোগংপা হায়বহু ওইহুনা মনম মনম কাপশিল্লকপহ হক তোক্নে। অদুবু জগত্তা ফাওরবা অকনবা অর্জুননা, অথাং মতিক নত্তনা হৌজিক ফাওবা খাঙ্ডিদা হায়না পুক্রিংদা থাহুম থাগংখি। পেনহুম পেনখি॥ ১৬ ॥ অদুবু থবক্তা য়াম্ন পন্নহনবা বিম্নশীবদুদা থোইনা শাণ্ডখিবা অর্জুননা অদুম ভায়রে হায়হুনা, অর্জুননা মাগী শগোলশিংদু হাংখি। সারথিগী মতক ফাওবা ককহংখি ॥ ১৭॥ অদুদগী মেম্বসন্ধিগী মথুত্তা পায়রিবা লীকং অদু মশা শোকহন্দনা খুদুম মথক্তা ককথংখি। কনাগী ফিরাল ফিরালচৈথোকনচিংবা ককথক্নুনা থাদখি ॥ ১৮ ॥ সারথি লৈত্রবা, মথুত্তা পায়বা লীকং লৈত্রবা মেঘসন্ধি অসি মথুত্তা গদা অমা পায়হুনা রথদগী চোংথহনা অর্জুন তম্না প্রেপ চেনশিল্লকই॥ ১৯ ॥ অর্জুননা গদা অদুবুম্ব মচেং মচেং থোক্না কক্নুনা লৈমায়থক্তা কক্নুনা থাদখি ॥ ২০ ॥ রথ, সারথি, গদা লীকং তেল করিমত লৈত্রবা মেঘসন্ধিনা কপি তৌনিংডাই লৈত্রহনা মুইচৈ থেংডৈ চাহুনা লৈখি ॥২১॥ মাগী মতৌদু উবদা মংশিরক্নুনা অর্জুননা থেমজিনবা ফাওথা রাইনা মতৌপ অদুম্না হায়রকই :— ॥ ২২ ॥

পর্য্যপ্তঃ ক্ষত্রধর্মোঽয়ং দর্শিতঃ পুত্র গম্যতাম্। বহ্বেবত্য সমরে কর্ম্ম ভববালস্য পার্থিব ॥ ২৩॥
যুধিষ্ঠিরস্ত সংদেশোন হন্তব্যা নৃপাঽতি। তেন জীবসি রাজংস্ত্বমপরাদ্ধোঽপি মেরনে। ২৪ ॥
ইতি মত্বা তদাত্মানং প্রত্যাদিষ্টং স্ম মাগধঃ। তথ্যমিত্যভিগম্যৈনং প্রাঞ্জলিঃ প্রত্যপূজয়ৎ। ॥ ২৫ ॥

পরাজিতোঽস্মি ভদ্রং তে নাহং যোদ্ধুমিহোৎসহে।
যৎ যৎ কৃত্য ময়া তেঽদ্য তৎ ব্রূহি কৃতমেবতু ॥ ২৬॥

তমর্জুনঃ সমাশ্বাস্য পুনরেবেদমব্রবীৎ। আগন্তব্যং পরাং চৈত্রীমশ্বমেধে নৃপস্য নঃ। ২৭।
ইত্যুক্তঃ স তথেত্যুক্ত্বা পূজয়ামাস তং হয়ম্। ফালগুনং চ যুধি শ্রেষ্ঠং বিধিবৎ মহদেবজঃ ॥২৮॥
ততো যথেষ্টমগমৎ পুনরেব চ কেশরী। ততঃ সমুদ্রতীরেণবঙ্গান্ পুণ্ড্রান্ সকোমলান্ ॥ ২৯ ॥
তত্র তত্র চ ভূরীনি ম্লেচ্ছ সৈন্যান্য নেকশঃ। বিজিগ্যে ধনুষা রাজন্ গাণ্ডীবেন ধনঞ্জয়ঃ ॥ ৩০ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতা পর্বনি মাগধপরাজয়ে দ্বাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ X ॥

---

ঈবুঙো! নিংথৌ! ওক্লে, তোকলো। নমান্নবা অমতনা অস্তুম্না তৌখিদ্রি। ক্ষত্রিয় মচা অমনা তৌগদবা ধর্মদো মপুং ফানা পাঙলোক্লে। নহাক্নুবা অমনা অসি ফাওবা তৌরিবসে যাম্নু য়ামল্লে॥ ২৩॥ নিংথৌ হাৎকন্নু হায়না য়াম্নুং মহারাজ ধর্মরাজনা কন্না হায়রকই। অদুনা ঐনা নংবু হাত্তবনি। ২৪ ॥ অর্জুনগী বাহু তাবদা অর্জুননা মাগী মথ্বায় কনবিরে হায়বসি মেঘমন্ধিনা খনখি। মহাক্না অর্জুনগীনাক্তা মখুৎ লোম্ননা চঙশিল্লক্নুনা অস্মুম্না হায়রকই—॥ ২৫ ॥ অকনবা! মঙ্গল ওইবিয়ু। ঐ ঈশানা য়াজরে। নখুত্তা মায়থীবা ফংলে। ঐ মথা তাজররোই। করি করিনা সেবা তৌজো হায়বগে? তাকপিয়ু ॥ ২৬॥ অর্জুননা হায়ঃ—নিংথৌ! লাক্লিবা চৈত্র মাসগী পূর্ণিমাদা তৌগদৌরিবা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধদা শোয়দনা লাকউ॥ ২৭॥ মাগ তাবদা সহাদেবগী মচানা য়াম্ম ফনি, লাকচগনি হায়না খুমখি। মহাক্না অর্জুনগী অদুগা শগোলদুগী পূজা বিধি কায়দনা তৌখি ॥ ২৮ ॥ অদুদগী শগোল অদু মানা নীংবা মতুং ইন্না অদুম চংখ্রে। অর্জুননা তুংইন্নখি। শগোল অদুনা লাকপসি সমুদ্রগী মপান মপান্দা লাকপসিনা বঙ্গ, পুণ্ড্র, কোশলনচিংবা ফাও ফাওদুনা লাকখি॥ ২৯ ॥ দেশ ময়াম অসিবু অদুগা ম্লেচ্ছশিংবু গাণ্ডীবতগী পান্নৈনা জয় তৌখি ॥ ৩০ ॥

মথম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংনা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা মাগধ পরাজয়গী মরিফুনিথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ॥ X ।

---

# ত্র্যশীতিতমোঽধ্যায়ঃ।

## মরীফুহুম দোই শুবা অধ্যায়

(খা-নোংচুপ সমুদ্র মপান মপান্দা অশ্বমেধ্, ফাওদোক্নুনা লাকপসিনা দ্বারকা, পঞ্চনদ (পঞ্জাপ) গান্ধার (কান্দাগার) য়োৎরকপা।)

—ঃ () ঃ—

মাগধেনার্চিতো রাজন্ পাণ্ডবঃ শ্বেতবাহনঃ। দক্ষিণাং দিশমাস্থায় চারয়ামাস তং হয়ম্ ॥ ১ ॥
ততঃ স পুনরাবর্ত্য হয়ঃ কামচরো বলী। আসসাদ পুরীং রম্যাং চেদীনাং শুক্তিসাহবম্ ॥ ২ ॥
শরভেনার্চিতস্তত্র শিশুপাল সুতেন সঃ। যুদ্ধপূর্বং তদা তেন পূজয়া চ মহাবলঃ ॥ ৩ ॥
ততোঽর্চিতো রাজংস্তদা স তদা কুরুসত্তম কাশীনঙ্গান্ কোশলাংশ্চ কিরাতনাথ তঙ্গনান্ ॥ ৪ ॥
পূজাং তত্র যথান্যায়ং প্রতিগৃহ্য ধনঞ্জয়ঃ। পুনরাবৃত্য কৌন্তেয়ো দশার্ণানগমং তদা ॥ ৫ ॥
তত্র চিত্রাঙ্গদো নাম বলবানরিংদমঃ। তেন যুদ্ধমভূৎ তস্য বিজয়স্যাতি ভৈরবম্ ॥ ৬ ॥
তং চাপি বশমানীয় কিরীটি পুরুষর্ষভঃ। নিষাদরাজ্ঞো বিষয় মেকলব্যস্য জগ্মিবান্ ॥ ৭ ॥
একলব্যসুতশ্চৈনং যুদ্ধেন জগৃহে তদা।
তত্র চক্রে নিষাদৈঃ সসংগ্রামং লোমহর্ষণম্ ॥ ৮ ॥

---

বৈশম্পায়ন না হায়:— নিংথৌ! জনমেজয়! মগধ দেশগী নিংথৌগী মচানুপা মফম্‌দগী সেবা পুজানচিংবা ফংলুনা অর্জুননা মথা পাংনা মামায় ওন্দনা লাকপা শাগোনগী মতুংইন্না মথা পাংনা—অর্জুনন্থ লাকই ॥১॥ অদুদগী অমুক মমায় ওন্নকুনা চেদিশিংগী ফজরবা রাজধানী, শুক্তিপুরী (মাহেস্মতি) দা থুংখি ॥ ২ ॥ মফম অদুদা শিশুপালগী মচা শরভ হায়বসি লৈরম্মি। মহাক্কস্থ হান্না অমুক থেংনরবনি। মহাক্না স্বাগত তৌদুনা শগোলগী পুজা নিংখিনা তৌদুনা অর্জুননু ওকখি। ॥ ৩ ॥ শরভদগী পুজা-স্বাগতনচিংবা ফংলবা তুংদা শগোল অঙ্গ কাশী কোশল, কিরাত অদুগা তঙ্গনচিংবা মফমশিংসিদা থুংলে। ৪। হায়রিবা দেশশিং অসিদগী সেবা পুজা স্বাগতনচিংবা ফংলুনা দশার্ন দেশ য়োৎরকখি ॥৫॥ দশার্ন হায়রিবা দেশ অসিদা কল্লবা, চক্রবা অমা চিত্রাঙ্গদ কৌবা নিংথৌ অম পাল্লম্মি। অর্জুনগা মাগা অকিবা ফংনা লান্থেংনখি। ৬। মপা অথোইবা অর্জুননা মহাকপু পরাজয় তৌরম্লগা নিষাদ নিংথৌ একলব্যগী লৈপাক্‌তা থুংখি ॥ ৭ ॥ মফম অদুদা একলব্যগী মচানা লাননা স্বাগত তৌখি। মফম অদুদা অর্জুননা নিষাদশিংগা অকিবা ফনা লান্থেংনখি ॥ ৮ ॥

ততস্তমপি কৌন্তেয়ঃ সমরেষপরাজিতঃ। জিগায় যুধি দুর্দ্ধর্ষো যজ্ঞবিঘ্নার্থমাগতম্ ।। ৯ ।।
স তং জিত্বা মহারাজ নৈষাদিং পাকশাসনিঃ। অর্চিতঃ প্রযযৌ ভূয়ো—দক্ষিণং সলিলার্ণবম্ ।। ১০ ।।
তত্রাপি দ্রবিড়ৈরান্ধ্রৈ রৌদ্রৈর্মাহিষকৈরপি। তথা কোল্লগিরেয়ৈশ্চ যুদ্ধমাসীৎ কিরীটিনঃ। ১১ ।।
তাংশ্চাপি বিজয়ো জিত্বা নাতিতীব্রেণকর্মণা। তুরঙ্গমবশেনাথ সুরাষ্ট্রানভিতো যযৌ ।। ১২ ।।
গোকর্ণমথ চাসাদ্য প্রভাসমপি জগ্মিবান্। ততো দ্বারবতীং রম্যাং বৃষ্ণিবীরাভিপালিতাম্ ।। ১৩ ।।

আসসাদ হয়ঃ শ্রীমান্ কুরুরাজস্য যাজ্ঞিয়ঃ।
তমুন্মথ্য হয়শ্রেষ্ঠং যাদবানাং কুমারকাঃ। ১৪ ।।
প্রযযু স্তাংস্তদা রাজন্নুগ্রসেনো ন্যবারয়ৎ।
ততঃ পুরাৎ বিনিষ্ক্রম্য বৃষ্ণ্যন্ধকপতিস্তদা ।। ১৫ ।।
তৌ সমেতো কুরুশ্রেষ্ঠং বিধিবৎ প্রীতিপূর্বকম্।
সহিতো বসুদেবেন মাতুলেন কিরিটিনঃ। ১৬ ।।
পরয়া ভারতশ্রেষ্ঠং পূজয়া সমবস্থিতৌ।
ততস্তাভ্যামনুজ্ঞাতো যযৌ যেন হয়োগতঃ ।। ১৭ ।।
ততঃ স পশ্চিমং দেশং সমুদ্রস্য তদা হয়ঃ।
ক্রমেণ ব্যচরৎ স্ফীতং ততঃ পঞ্চনদং যযৌ ।। ১৮ ।

---

লান্দা কনাগুম্বা অমগী মফম্‌দগী মায়থীবা ফংদবা অর্জুননা, যজ্ঞদা বিঘ্ন পীরক্লিবা একলব্যগী মচাহবু মায়থীবা পীরম্মি ।। ৯ ।। একলব্যগী মচাবু পরাজয় তৌরগা মতোন্দগী সেবাপূজা ফংহুনা ইন্দ্রকুমার পুরুষশ্রেষ্ঠ অর্জুন মথা পানা সমুদ্র মরা মরাদা অসুম লাক্‌খ ।। ১০ ।। মফম অদুদসু দ্রাবিড়, আন্ধ্র, রৌদ্র, মাহিষক অদুগা কোলাচলনচিংবা দেশশিংসিগী নিংথৌশিংগা কন্না লানথেম্মি ।। ১১ ।। হায়রিবা দেশশিংসিগা থোইনা থেংনদনা মায়থীবা পীরয়গা সৌরাষ্ট্র গোকর্ণচিংবা ফাওহনা লাকপাসিনা প্রভাস ক্ষেত্রনচিংবদা য়ৌরক্‌ই ।। ১২ ।। অদুগী তুংদা, কুরুরাজ যুধিষ্ঠিরগী শগোল অসি বৃষ্ণিবংশগী অকনবশিংনা লৈম্মিবা দ্বারিকা পুরীদা থুংওরে ।।১৩।। নিংথৌ ! মফম অদুদা যদুবংশগী অচাং পাখংমচাশিংনা শগোল অদু ফাগদবগী হোংনবদু উগ্রসেননা ফারুদু হায়না থিংখি ।। ১৪ ।। অদুগী তুংদা, অর্জুননা মাগী মাম বসুদেবগা লোয়নননা, বৃষ্ণি অমদি অন্ধকবংশগী নিংথৌ উগ্রসেননা মগাগুনগী লাম্থোরকই। নগথেলিংসিদা লৈরম্মিবশিংসিদুনা অর্জুনগা বিধি কায়দনা উরখি। মথোইগীনা ভরতবংশগী অথোইবা পুরুষশ্রেষ্ঠ অর্জুনবু নাংথিনা তরাম্না যাগত তৌখি। মথোইগীগী বিদায় লৌনা শগোলদনা চৎলিবদুগী মতুংইন্না অসুম্‌ লাক্‌খি ।।১৫-১৭।। নোংচুপ্‌ সমুদ্রগী মপান্দা লৈবা দেশশিং ফাওহনা অসুম্‌ লাকপাসিনা সম্পত্তিশালী ওইরবা চাওখৎলবা পঞ্চনদ প্রদেশ য়ৌরকখি ।।১৮।।

তস্মাদপি স কৌরব্য গন্ধারবিষয়ং যয়ঃ। বিচ্চার যথাকামং কৌন্তেয়েনানুগতস্তদা ॥ ১৯ ॥
ততো গান্ধাররাজেন যুদ্ধমাসীৎ কিরীটিনঃ। ঘোরং শকুনিপুত্রেন পূর্ববৈরানুসারিনা ॥ ২০ ॥

---

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতাবর্পনি অশ্বানুসরনে ত্র্যশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ।

নিংথৌ জনমেজয়! পঞ্চানদদগী গান্ধর দেশ (কান্দাহার) য়ৌরকই। অর্জুনসু ভুমিন্না শগোলদুনা চৎনা চৎপা মায়কৈদনা অসুম্ ইমরকই।১৯।। মতম অদুদা, হাঙদগী মুংঙাইনখিদবা গান্ধার রাজ্যগী নিংথৌ শকুনিগী মচাগা য়ায়না কন্না থেংনখি।২০।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংনা শ্রীব্যাস চামনা লেখো সংহিতাদা আশ্বমেধিকপর্বদা অনুগীতা প্রর্বদা অশ্বানুসরনদা শকুনিপুত্র পরাজয়দা মরিকুহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে॥ X ॥ X ।

---

# চতুরশীতিতমোঽধ্যায়ঃ

## মরিফুমরিশুবা অধ্যায়ঃ

( শকুনিপুত্রগী পরাজয় )

বৈশম্পায়ন উবাচ

শকুনেস্তনয়ো বীরো গান্ধারাণাং মহারথঃ। প্রত্যুদযৌ গুডাকেশং সৈন্যেন মহতাবৃতঃ ॥১॥
হস্ত্যশ্বরথযুক্তেন পতাকাধ্বজমালিনা। অমৃষ্যমানাস্তে যোধা নৃপস্য শকুনের্বধম্ ॥২॥
অভ্যয়ুঃ সহিতাঃ পার্থং প্রগৃহীতশরাসনাঃ। স তানুবাচ ধর্মাত্মা বীভৎসুরপরাজিতঃ ॥৩॥

যুধিষ্ঠিরস্য বচনং ন চ তে জগৃহুর্হিতম্।
বার্য্যমাণাপি পার্থেন সান্ত্বপূর্বমমর্ষিতাঃ ॥৪॥
পরিবার্য্য হযং জগ্মুস্ততশ্চুক্রোধ পাণ্ডবঃ।
ততঃ শিরাংসি দীপ্তাগ্রৈস্তেষাং চিচ্ছেদ পাণ্ডব ॥৫॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়:— মহারাজ! জনমেজয়! শকুনিগী মচা অসে, গান্ধারশিংগী মখুংদা খাইদগী হেন্না কনবা, নিপা অমনি। য়াম্না কনবা মহারথী অমনি। মহাক্না মাগী পাক চাউরবা লান্মী তেঙ্গোল মপৈ অমগা লোয়নন। গুড়াকেশ (তুম্নবা অতোনবা জয় তৌবা) অর্জুনগা থেংনবগী থোরকই ॥১॥ মগাকী লান্মী মপৈ অদুদা শাগোল শামু রথ তোংবা লান্মী মকনা পীক থম্লি। রথ অমমমত্ত সনরুপা ফিরাল, ছত্র, ধ্বজ ফজরবা লৈপরেংশিংনা অমুক হেন্না নিংথিখে। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মপা শকুনি হাংথ্রে হায়বত্ত তাবা থুমিত্তুগী পাণ্ডবশিংবু শীংনতনা লৈরকপসি কুইরবনি। মহাক্না লীক্লং হেনচিংবা থুত্তুম চেংনা পায়রনা অর্জুন তম্না রথ থোজিল্লকই ॥২॥ অর্জুননা, তপ্না, নীংথিজবা বাহৈনা, মহাক্না লাকপগী মরম ককাহু লোইনা তম্মি। অর্জুননা ওাতশন্নিবা মরামত্তু মহাক্না মনাকোংদা অমত হাপতে ॥৩॥ অর্জুননা হায়রিবা নীংথিবা বাহৈশিংত্তু অমত লৌদনা, শগোল অহু নমহুনা বলাৎকার তৌহুনা ফাজনগদবগী তৌরকপদা অর্জুন অসি মৈ থোক্না শাউরকই ॥৪॥ অর্জুননা কাপথোরকপা, থোরবা তেলশিং অহুনা, শগোল্ ফাগে তৌবা লান্মীশিং অহুগী মতক লোইনা কত্তুনা থাদখি। লান্মাশিংহু অয়াম্বা শগোল থাদোক্লমহুনা মনীং হন্দুনা চেরখি ॥৫॥

বৈরং কৃত্বা মহাত্মানং বৈরং মা ভেত্তুং বৃদ্ধিরীদৃশী। পক্ষেণাশ্বং প্রয়াং চৈত্রীমশ্বমেধেহপ্যানঃ ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকপর্বণি অনুগীতা পর্বণি শকুনি-পুত্রপরাজয়েচতুরশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ × ॥ × ॥

---

কনাগুম্বা অমতদা বৈরভাব থমগন্ন। মতুং মনাউন্না পাণ্ডব ঐখোয়দা বৈরভাব-শক্তা থম্বদো চৌরন্ন। হায়রী ঙংভাইনদবা পুন্না কাউথোকপ্রো। ভাইবংমীওইবগী থর্মনি। লাক্লিবা চৈত্রমাসকী পূর্ণিমাদ মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞ হোন্নদৌরি। মহাক লাক্কবা য়াদে। ॥ ২৪ ॥

মখম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা শকুনিপুত্রপরাজয়দা মরিফুমরিশুবা অধ্যায় লোইরে। × । × ।

---

## পঞ্চাশিতিতমোঽধ্যায়ঃ

### মরিক্কুমশুবা অধ্যায়

(অশ্বমেধ যজ্ঞগী শেষ লাবা মতাং)

—:(•):—

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যাকর্ণয়ন্ যযৌ পার্থো হয়ং কামবিহারিণম্। ন্যবর্তত ততো বাজী যেন নাগাহ্বয়ং পুরম্ ॥১॥
তং নিবৃত্তং তু শুশ্রাব চারৈরেব যুধিষ্ঠিরঃ। শ্রুত্বাঽর্জুনং কুশলিনং স চ হৃষ্টমনাঽভবৎ ॥২॥
বিজয়স্য চ তৎ কর্ম গান্ধারবিষয়ে তদা। শ্রুত্বা চান্যেষু দেশেষু স সুপ্রীতোঽভবৎ তদা ॥৩॥
এতস্মিন্নেব কালে তু দ্বাদশীং মাঘমাসিকীম্। ইষ্টং গৃহীত্বা নক্ষত্রং ধর্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৪॥
সমানায্য মহাতেজাঃ সর্বান্ ভ্রাতৄন্ মহীপতিঃ। ভীমং চ নকুলং চৈব সহদেবং চ কৌরব ॥৫॥
প্রোবাচেদং বচঃ কালে তদা ধর্মভৃতাং বরঃ। আমন্ত্র্য বদতাং শ্রেষ্ঠো ভীমং প্রহরতাং বরম্ ॥৬॥
আযাতি ভীমসেনাসৌ সহাশ্বেন তবানুজঃ। যথা মে পুরুষাঃ প্রাহুর্যে ধনঞ্জয়সারিণঃ ॥৭॥
উপস্থিতশ্চ কালোঽয়মভিতো বর্ততে হয়ঃ। মাঘী তু পৌর্ণমাসীয়ং মাসঃ শেষো বৃকোদর ॥৮॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি:—নিংথৌ! জনমেজয়! গান্ধার নিংথৌদা অসুম্না হায়রম্লগা অর্জুন অসি শগোলনা চংপ-চংপা মায়নৈগদা তুংইন্নবা লাকই। শগোল অদু হস্তিনাপুররোমদা মমায় ওন্না লাক্লে ॥ ১ ॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিরসু অদোম্দা লাপ্লাবা দূতশিংগী মচৌন্দা শগোল অদু হস্তিনাপুররোমদা লাক্লে হায়বসি তাবে। অদুগা অর্জুনসু তেক্ত কায়দনা শগোলগী তুংইন্নবা লাক্লে হায়বসি তারে। মদু তাবদা যুধিষ্ঠির অসি ওন্নোক্লা নুংঙাইখি ।২। গান্ধরবাজ্যদা থৌদোকশিং অদুগা অতোপ অতোপ্পা মফমদা থোকাখিবা অদুকপা খবরশিং অদু তাবদা যুধিষ্ঠিরগী হরাউ নুংঙাইখিবগী সীমা (ভমথৈ) লৈখিদে ।৩॥ কুরুনন্দন-জনমেজয়! অর্জুননা চৎলকপা মতম অদু মাঘমাসগী শুক্ল পক্ষগী দ্বাদশীদনী। মতম অদুমক পুষ্যানক্ষত্রগী যোগদা লৈবদা লৈবত উবদা মহাতেজস্বী, পৃথিবীপতি যুধিষ্ঠিরনা মনাও-শিং ভীমসেন, নকুল সহদেববু কৌশিল্লগা নপাঙ্গল কল্লবা ভীমদা, বক্তাশিংগী অমদি ধর্মচেন্বাশিংগী মধুংদা অথোইবা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হায়রকই:- ॥৪-৬॥ ভীমসেন! ননাও অর্জুনদো শাগোলগা লোয়ননা লাক্লে, য়োরক্লে হায়বসি লাপ্লাবা-গুপ্তচরাশিংগী মচান্দগী তারে ॥৭॥ বৃকোদর! ঐখোয়গী যজ্ঞসিগী মতমসু য়াম্না নক্শিল্লক্লে। শগোলসু মতম চানা থুংলরে। হৌজিক মাঘমাসগী পূর্নিমা লাক্লদৌরি মরক অসিদা পুরা থাইরেল থা পুরা লৈরি ।৮॥

স্থাপত্যাঃ হি বিদ্বাংসো ব্রাহ্মণা বেদ পারগাঃ। বাজিমেধার্থ সিদ্ধার্থং দেশং পশ্যন্ত যাজিনম্ ।।৯।
ইত্যুক্তঃ স তু তত্রকে ভীমো নৃপস্তি শাসনম্। হৃষ্টঃ প্রস্থা গুড়াকেশমাত্মজং পুরুষর্ষভম্ ।।১০।।
ততো যযৌ ভীমসেনঃ প্রাজ্ঞৈঃ স্থপতিভিঃ সহ। ব্রাহ্মণানগ্রতঃ কৃত্বা কুশলান্ যজ্ঞকর্মণি ।।১১।।
তং স শালচয়ং শ্রীমৎ সপ্রতোলীসুঘট্টিতম্। মাপয়ামাস কৌরব্যো যজ্ঞবাটং যথাবিধি ।।১২।।
প্রাসাদশতসম্বাধং মণিপ্রবরকুট্টিমম্। কারয়ামাস বিধিবদ্ধেমরত্ন বিভূষিতম্ ।।১৩।।
স্তম্ভান্ কনকচিত্রাংশ্চ তোরণানি বৃহন্তি চ। যজ্ঞায়তনদেশেষু দত্ত্বা শুদ্ধং চ কাননম্ ।।১৪।।
অন্তঃপুরাণং রাজ্ঞাংচ নানাদেশীসমীয়ায়াম্। কারয়ামাস ধর্মাত্মা তত্র তত্র যথাবিধি ।।১৫।।

ব্রাহ্মনানাং চ বেশ্মানি নানা দেশসমীয়ুষাম্।
কারয়ামাস কৌন্তেয়ো বিধিবৎ তান্য নেকশঃ ।।১৬।।

---

মরক্ অসিদা থবক পূম্বা লোইখোকহৌ। বেদ পারংগত ওইবা ব্রাহ্মণশিং কৌরগা মখোয়গা তান্নহুনা যজ্ঞ তৌফম, যজ্ঞশঙ শাফম অসিনচিংবসি লেপ্পরো।৯।। নিংথৌবী য়াথং অসি তাবদা ভীমনা—থবক পূম্বা পায়খৎপা হৌখ্রে। মনাও অর্জুননা তেক্ক কাদনা হল্লকে হায়বসি তাবদা ওথোক্লা হরাওখি ।।১০।। ভীমসেননা যজ্ঞগী কর্মদা হৈশিংলবা ব্রাহ্মণশিংগা তান্নহুনা মথুং মশা হৈরবা শিল্পী-কারীগারশিংগা লোয়ননা নগরদগী মপান্দা থোরকই ।।১১।। চীংগু পাম্বীশিংনা থমা হৌরবা ফজরবা শেংলবা লমহাং অমা, যজ্ঞ তৌননবগী মতীকচাবা মফমনি হায়না লেপ্পহুনা মরাক মথং বিধি কাদনা নাপ তৌরগা (নাপ তৌরগা-ওল্লগা) যজ্ঞ মন্দির শাবা হৌখি ।।১২। মহল (দোলাঙ্) চাম-চামা পরেংশানা শাখি। সঙ্গায়শিং অহুগী ঈমুং মাঙ্গোনগী লৈমায়থকশিং অহু মরক মরক্তা মণি হুৎপা নাম্নবা সুংঙৌ মপাকমজনা চম্পুনা শাবনি। যজ্ঞশালাগী ফক্লাং, য়ুমথেক, খুম্বীশিং অহু সনামণি মুক্তা মপাক জাং জাংনা তাইশিন সৌজিন্নহুনা শাবা তাক্তনি। অহুহ মরাক-মযুংগী মঙং অন্নম্মা ওইফম থোকই ক্রায়বহু গৃহনির্মাণশাস্ত্রগী নিয়ম বিধিহ কাদনা শাবনি। লাওনা শাবা নত্তে ।। ১৩।। সনাতনা পূমহৈ ওইনা শাবা খুম্বীশিং লম্বীগী মরক মরক্তা শাবা সন-থোঙ মরামহু মঙং তোঙাল তোঙামা মথুং মশা হৈরবা শিল্পীশিংনা শাবা তাক্তনি। যজ্ঞমণ্ডপ অহুগী মযুং মপানগী লৈথক লৈথা-ফক্লাং য়ুমথক য়াল্লিবা থাকল কীতং পূম্মক অহু শাবা মতম লোংলবা সনামচা শীজিন্নখি। হায়রিবাশিংসি ভীমসেননা শিল্পীশিংদ তাক তাক্না শাখিবনি।। নিংথৌ-মচাশিংগী অহুগা মখোয়গা লোয়নরকপা মপী অঙাংশিংগী, দেশ দেশদগী লাকপা ব্রাহ্মণশিং পণ্ডিতশিংগী লৈমনবা মতীক চানা শাখিবা য়ুমশিং অহুদগী ফমুং ফাম্বং, আসনশিং—বাস্তু পাদনা থম্মখি। হায়রিবা মরামসি কুন্তীকুমার ভীমনা মতিংহনা তাক্না শাখিবনি ।।১৪-১৬।।

**বৈশম্পায়ন উবাচ**

তস্মিন্ যজ্ঞে প্রবৃত্তে তু বাগ্মিনো হেতুবাদিনঃ। হেতুবাদান্ বহূনাহুঃ পরস্পরজিগীষবঃ ॥২৭॥
দদৃশুস্তং নৃপতয়ো যজ্ঞস্য বিধিমুত্তমম্। দেবেন্দ্রস্যেব বিহিতং ভীমসেনেন ভারত ॥২৮॥
দদৃশুস্তোরণান্যত্র শাতকুম্ভময়ানি তে। শয্যাসনবিহারাংশ্চ সুবহূন্ রত্নসঞ্চয়ান ॥২৯॥
ঘটান্ পাত্রীঃ কটাহানি কলশান্ বর্ধমানকান। নহি কিংচিদসৌবর্ণমপশ্যন্ বসুধাধিপাঃ ॥৩০॥
যূপাংশ্চ শাস্ত্রপঠিতান্ দারবান্ হেমভূষিতান্। উপকৢপ্তান্ যথাকালংবিধিবদ্ ভূরিবর্চসঃ ॥৩১॥
স্থলজা জলজা যেচ পশবঃ কেচন প্রভো। সর্বানেব সমানীতানপশ্যংস্তত্র তেনৃপাঃ ॥৩২॥
গাশ্চৈব মহিষী শ্চৈব তথা বৃদ্ধা স্ত্রিয়োঽপিচ। ঔদকানি চ সত্ত্বানি শ্বাপদানি বয়াংসিচ ॥৩৩॥
জরায়ুজা অণ্ডজাতানি স্বেদজান্যুদ্ভিদানিচ। পর্বতানূপজাতানি ভূতানি দদৃশুশ্চতে ॥৩৪॥
এবং প্রমুদিতং সর্বং পশুগোধনধান্যতঃ। যজ্ঞবাটং নৃপা দৃষ্ট্বা পরং বিস্ময় মাগতঃ ॥৩৫॥

---

বৈশমপায়ননা হায় — মহারাজ! জনমেজয়! যজ্ঞনা হৌরকপা মতমতদা মক্তম মক্কমদা বা ভাঙবা ব্যাখ্যান তৌবা য়ায় হৈবা যুক্তিবাদী, হেতুবাদী, তর্কবাদী অতুগা ন্যায় দর্শন হৈবা পণ্ডিতাশিংনা অত্তম অত্তম তান্নহনা লৈজ লৈজবা জ্ঞান বিজ্ঞান ফুদোক্লহনা মরৈ য়েংনরি। মাহুনা কুমৈ অম ওইদি ॥২৭॥ ভারত! জনমেজয়! যজ্ঞ য়াওরুগদবগী লৈপাক লৈপাক্কী লাকপা নিংথৌশিংহনা ভীমনা মুদ্রিংহনা তাক্লনা শাহল্লিবা যজ্ঞ মণ্ডপ অদুগী মনুংদা শেম শাহনা থম্লিবা পোৎচেংশিং অদু মথৎ মথৎ য়েংহনা অদুম লাকপদা অত্তকপা ফংখি। ইন্দ্রগী অমরাবতী কোংং তাও অদুক হক্কিরিগদ্রা হায়না খল্লখি ॥ ২৮॥ সনা মপাক মপাক্কনা চলনা তাইশিনহনা শারিবা দরজা-সন্দোক প্রবেশ পরৈংহ মীকম হোংবা য়াদবমথৈ মমীৎ কুপ্পনা য়েংনখি ॥২৯॥ কোক, খাংজাও, পুখম, চফু, মসং, মুওং মওংগী হেংগ্রোং, শেল্পাক মমাম পেম্বতনা থাম্নবাশংদু মিংথৌশিংহনা অদুম মথৎ মথৎ য়েংহনপদা সনা মুপানা শাদবা অমত্ত য়াওখিদে ॥৩০॥ শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা উ ভাৎ ভাৎনা শাহনা য়ংলিবা যজ্ঞদা (যজ্ঞগী যূপী) শিং অদু সনা মণি মুক্তানা বুট থিন্দুনা শাবা মতম্নি। যুপী খদিংদগী মীং চাকহনা য়াদমথৈ মশেক মচাল হাইদোকখি ॥৩১॥ সংসারদা লৈরিবা, ঈশিংদা কংক্কালদা আকাশদা, লৈবা শা উচেক জীব পুম্না অদুগা তাইবং মীনা উত্রবা, অমুক্ত উদ্ভিজ্জিবা জীব কয়া কয়া যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞ য়েংবা লাকখি ॥৩২॥ শম্বী, হরোং লাবা অমোম্, মনম পোল্লবা হম্বীশিং, জলজন্তু, স্থলজন্তু হিংসা তৌবা শা উচেক, জরায়ুজ, অণ্ডজ স্বেদজ, উদ্ভিজ্জ, পর্বতীয় (চোংদা লৈবা) সমুদ্র মপান্দা পোকপা জীব মওং কয়া কয়া যজ্ঞগী অর্থুম অয়াওশিংহু চাগদবগী য়েংগদবগী লাকখিবনি মায়াম্না উখি ॥৩৩-৩৪॥ অদুম্না যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞ অহনা কনাগী তাইবং মী, শা উচেক তাল কাণ্ড কংফালগী, লৈমুংগী জীব থুদিংবু পেলহনখি-মুংতাইহনখি। মাহু উবদা নিংথৌশিংহু অত্তকপা ফংখি ॥৩৫॥

ব্রাহ্মণানাং বিশাং চৈব বহুমৃষ্টান্নমৃষ্টিমৎ। পুণে শতসহস্রেষু বিপ্রাণাং তত্রভুঞ্জতাম্ ।।৩৭।।
এবং চ বর্ততে যজ্ঞো ধর্মরাজস্য ধীমতঃ। অন্নস্য সুবহূন্ রাজন্নুৎসর্গান্ পর্বতো পমান্ ।৩৮।।
দধিকুল্যাশ্চ দদৃশুঃ মণিষস্য হ্রদান্ জনাঃ। জম্বুদ্বীপো হি সকলো নানাজনপদাযুতঃ ।।৩৯।
রাজন্নদৃশ্যতৈকস্থো রাজ্যস্তস্য মহামখে। তত্র জাতিসহস্রাণি পুরুষাং ততস্ততঃ ।।৪০।।
গৃহীত্বা ভাজনান্ জগ্মুর্বহূনি ভরতর্ষভ। স্রগ্বিণশ্চাপি তে সর্বে সুমৃষ্টমণি কুণ্ডলাঃ ।।৪১।।
পর্য্যবেষন্ দ্বিজাতীংস্তু শতশোঽথসহস্রশঃ। বিবিধান্যন্নপনানি পুরুষা যোহনুযায়িনঃ।
তে বৈনৃপোপভোজ্যানি ব্রাহ্মণানাং দদুশ্চহ ।।৪২।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যা মাশ্বা.সধিকপর্বনি অনুগীতা পর্বণি অশ্বমেধারম্ভে পঞ্চাশীতিতমোধ্যায়

---

ব্রাহ্মনশিংগী, ক্ষত্রিয়া নিংথৌশিংগী, বৈশ্যশিংগী, চাননবগী অহাও অথুম মপৈ মপৈ থম্নি। হায়রিবা অচাপোৎ ময়াম চাবিরনবা হায়দুনা ময়াম কৌশিল্লকপগী পুংজাও থীমরকপা-চৈনরকপগী মখোল অমু নোংনা খোংবা ঙংবগী মতৌঞ্জখি অণুম্মা, তৌবসি নোংমতগী নত্তে। যজ্ঞনা হেক লোই-কাওব, ভুমিং থুদিংগীনি ।৩৬ ৩৭।। নিংথৌ! জনমেজয়! মতৌ অনুম্মা, নবুথৌ ধর্মরাজগী যজ্ঞদো মুমিং থুদিংগী হেন্না হেন্না চাওখৎপগী মওংত ওইদুনা তৌখি। চাবা ভমদম্না পৈখৎ পৈ-খৎশুনা থম্বা মাযাম ময়াম লৈখি। শঙ্গোমগী, ঘীগী, দধি (শাঙ্গোম মপান) গী চেম্ব্ররকপা ঈচেল-শিংহনা তুরেল অমমম পুখ্রী অমমম ওইনা লৈখি। অমুম য়েংবদা জম্বুদীপ মশামক পুল্লপ হৌদুনা হস্তিনাপুরদবু লাক্লবম্না হায়না থম্মখি ।৩৮-৩৯।। নিংথৌ! কনাগী নিমন্ত্রণ ফংবা, ফংদবা জাতি থুদিংগী মী পুম্বা লাক্লখি ।৪১। যজ্ঞমদা চাক থক্রুগদবগী অতিথি-খোঙতেক মীতাং পুম্বা, মখোয়দা পীবা পাত্রশিং অমু পায় পারম্হনা অচাথক থংা হাপতুনা পাত্রশিংহু য়াওনা চংনখি। যজ্ঞমুদা য়াওরিবা ব্রাহ্মণশিং অমুনা শেং চারিবা যজরবা কন্নংগী মুগাগী ফৈজোম ইমকি, খুদাংদা মণি হৎলবা সনাগী খুংজী মনাকোংদা কুণ্ডল নাইন মধুম মম্নুমদগী শেংলকপা-পুরকপা অমত্ত নত্তে। পাণ্ডবশিংনা হোংবিখিবা শেংহল চাইমখিবা ভাকনি। অমুম তৌনা তৌরকপা দান দক্ষিনানা মীপুম থুদিং অমতা রাত্তনা পেম্নখি। নিংথৌশিংনা শেংপা চাবা অতু কাওবা মসিনা মতৌক চানি হায়হনা হোংহনবা চাইনবম্ব পাণ্ডবশিংনা নাপাল চাইথোকপা লেপ্পাগী মরিক অমতা য়াওদনা নোল্লুক্না মখুৎ কোম্ন লোম্নুনা তৌখিবা ভাকনি। ৪১-৪২।।

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বগী অনুগীতাপর্বদা অশ্বমেধারম্ভদা মরিফুমঙা শুবা অধ্যায় লোইরে।। X ।। X ।। X ।।

---

# ষড়শীতিতমোঽধ্যায়ঃ

## মরিক্তুতরুকগুবা অধ্যায়

(যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌমীপুম খীৎনা পূজা তৌননবা
ভীমদা য়াথং পীবা। শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা
অর্জুনগী পাউ তম্বা)

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

সমাগতান্ বেদবিদো রাজ্ঞশ্চ পৃথিবীশ্বরান্। দৃষ্ট্বা যুধিষ্ঠিরো রাজা ভীমসেন মভাষত ॥ ১ ॥
উপযাতা নরব্যাঘ্রা য এতে পৃথিবীশ্বরাঃ। এতেষাং ক্রিয়তাং পূজা পূজার্হা হি নরাধিপাঃ ॥২॥
ইত্যুক্তঃ সতথা চক্রে নরেন্দ্রেন যশস্বিনা। ভীমসেনো মহাতেজা যমাভ্যাংসহ পাণ্ডবঃ ॥৩॥

অথাভ্যগচ্ছৎগোবিন্দো বৃষ্ণিভিঃ সহ ধর্মজম্।
বলদেবং পুরস্কৃত্য সর্বপ্রাণভৃতাং বরঃ ॥৪॥
যুযুধানেন সহিতঃ প্রদ্যুম্নেন গদেন চ।
নিশঠেনাথ ঘাম্বেন তথৈব কৃতবর্মণা ॥৫॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ জনমেজয়! হস্তিনাপুরদ যজ্ঞগীদমক্তা দেশ-দেশদগী লাক্লিবা বেদতে হৈরব ব্রাহ্মণশিং, মাগী মাগী লৈপাকপু নীংথিনা শাসন তৌরিবা নিংথৌশিংনা লাক্লবদু উবদা যুধিষ্ঠিরনা ভীমসেনদা অময়া হায়রকই ॥১॥ ঈবুঙো! চাউর-চাউরবা নিংথৌ মরামসি লোইনা লাকয়ে। পূজাতৌননবগী নিংথৌ কয়াশু য়াওরি। অহুনা, নহাক্না লাক্লিবা খুদিংমক চঙ চক্কুনা স্বাগত-সেবা-পূজা তৌই ॥ ২ ॥ মিংচৎ চাউরবা ধর্মরাজগী য়াথংসি ফংবদা ভীমসেননা মনাও নকুল মহাদেবগা লোয়ননা নিংথৌ মীপুম খুদিংমক্তা স্বাগত-সেবা-পূজা নীংথিনা তৌখি ॥৩॥ মহাক জগৎকী জীবপানবা পুমমক্তা খ্বাইদগী মকোক থোংলবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বলদেবনা মাও থাংনা, সাত্যকি, প্রদ্যুম্ন, গদ, নিশঠ, সাম্ব, কৃতবর্মানচিংবা বৃষ্ণিবংশগী অকনবশিংসিগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরগী নাক্তা লেপ্তকই ॥ ৪-৫ ॥

ইদমাহ মহারাজ পার্থবাক্যং স্মরন্ নৃপ । [illegible] যুধিষ্ঠিরা [illegible] [illegible] ।।

আগমিষ্যান্তি রাজানঃ সর্বে বৈ কৌরবর্ষভ । প্রাপ্তানথং মহতাং পূজা হেতং ক্ষমং হিনঃ ।। ১৫ ।।

ইত্যেতদ্বচনাৎ রাজা বিজ্ঞাপ্যো মম মানদ । যথা চাত্যয়িকং ন স্যাদ্ যদন্যদ্ ধনংভবেৎ ।।১৬।।

কর্তুমর্হতি তদরাজা ভবাংশ্চাপ্যনুমন্যতাম । রাজদ্বেষান্ন নশ্যেয়ুর্ম্মা রাজন পুনঃ প্রজাঃ ।। ১৭ ।।

ইদমন্যচ্চ কৌন্তেয় বচঃ স পুরুষোঽব্রবীৎ ।

ধনঞ্জয়স্য নৃপতে তন্মে নিগদতঃ শৃণু ।। ১৮ ।।

উপায়াস্যতি যজ্ঞং নো মণিপুরপতি র্নৃপঃ ।

পুত্রো মম মহাতেজা দয়িতো বভ্রুবাহনঃ ।। ১৯ ।।

তং ভবান মদপেক্ষার্থং বিধিবৎ প্রতিপূজয়েৎ ।

স তু ভক্তোঽনুরক্তশ্চ মম নিত্যমিতি প্রভো ।। ২০ ।।

---

মহারাজ ! ম্বাবকা কাদা লাকখিবা নিপা অদুন' মঙোন্দা অর্জুননা রাজু মপোপ ঈকায় কায়দনা নিংথৌ নঙোন্দা অম্মুনবদো ঐঙোন্দা তাহনখি ; মহাক্না করি হায়রকপগে হায়বব্ :— কৌরবশ্রেষ্ঠ ! ধর্মরাজ ! হৌজিক অশ্বমেধ যজ্ঞদা ভারতকী নিংথৌ অয়াম্বা থুংগরনি । মখোয়গী স্বাগত সেবা পূজানচিংবা নীংথিনা তৌবিয়ু ।। ১৫ ।। মহাক্না ( নিপা অদুনা) অর্জুননা হায়রকপদু ঐঙোন্দা তাহল্লে । মদুদি :— অর্জুন ঐনা হায়জরকই হায়না ধর্মরাজদা খঙহনখো :— মাদুদি অহৈংগী রাজসূয় যজ্ঞদা ইন্দ্রপ্রস্থদা থোকখিবা যজ্ঞদা ১খায়বা শীবা অদুগুম্বা ফত্তবা থৌদোক অদু থোক্লনবা, হন্দক্কী অশ্বমেধ যজ্ঞসিদা অদুগুম্বফ অমুক থোক্লনবা তৌবিয়ু ।। ১৬ ।। অদুগা অর্জুননা ঐঙোন্দা করি অমুক হায়রকপগে হায়বব্ :— শ্রীকৃষ্ণ ! ধর্মরাজদা নশামক্না অসুম্না হায়বিয়ু মাদুদি লাকদৌরিবা নিংথৌশিংদুগী মরক্তা অমগমগা মুংথাইনদবা কল্লক য়েংথিনবস্থ য়াওরকপা য়াই । অদুগা ঐনা ওম্মকপা নিংথৌশিংদুগী মমুংদস্থ ঐখোয়বু মুংশিদবা কয়া য়াওরকপদু য়াই । চ্যেকশিন্দবা য়াদে । চ্যেকশিন্না তুংমাগুনা স্বাগতনচিবা তৌবিয়ু । নত্তবদি যজ্ঞ পূম্বা ভ্রষ্ট ওইনি । মাদু থোক্লনবা তৌহনবিয়ম্মু হায়বা রাসি ঐনা মহারাজদা হায়জনবা হায়রহনা নিপাদুনা ঐঙোন্দা তদ্মৈ ।। ১৭ । অদুগা কুন্তীনন্দন ! ধর্মরাজ ! অর্জুননা হায়রকপদু নিপাদুনা ঐঙোন্দা তাহনখি । মাদু হায়জগে তাবিয়ু । । ১৮ ।। ঐখোয়গী হন্দক্কী যজ্ঞ অসিদা প্রাগজ্যোতিষ পুরগী মণিপুরগী নিংথৌ বভ্রুবাহন হায়রবদু লাক্কনি । মহাক অদু ঐগী কল্লবা থৌনা ফরবা ঈচা অমা ওইরম্লে । ঐগী মুংশিজরবা ঈচানি । মাগী মাগী মপাম্না ঐ হিংগকপনি ।।১৯।। ঈচাদো ঐঙোন্দা ভক্তি তৌব নিপা অমনি । অদুম্না মহাকপু অর্জুন ঐঙোন্দগী হেম্না মুংশিবিয়ু । মাব তম্নাম তরাম্না তৌবিয়ু ।। ২০ ।।

ইত্যেবচনংশ্রুত্বা ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। অভিনন্দ্যাস্ত তঃ বাক্যমিদং বচনমব্রবীৎ ॥ ২১ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্ব্বণি অনুগীতাপর্ব্বণি অশ্ব মেধারম্ভে ষড় শীতিতমোহধ্যায়ঃ ॥ × ॥ × ॥

---

অর্জুননা থারকপা অচুগা, অচুগা নিপাচ্চগী মচৌন্দগী শ্রীকৃষ্ণনা তাবা পাউ অচু শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা তাহল্লে ॥ ২১ ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্ব্বদা, অনুগীতাপর্ব্বদা অশ্বমেধযজ্ঞারম্ভাদা মরিক্তুরুক তুবা অধ্যায় লোইরে ॥ × ॥ × ।

---

# সপ্তাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ

## মরিক্তুতরেৎগুবা অধ্যায়

অর্জুনগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণগা যুধিষ্ঠিরগা বারী শানবা। অর্জুননা হস্তিনাপুরদা থুংলবা।
উলূপী-চিত্রাঙ্গদা মমা অনীগা বভ্রুবাহননা লাকপা।

—:(০):—

যুধিষ্ঠির উবাচ

শ্রুতং পরমিদং কৃষ্ণ যৎ ত্বমর্হসিভাষিতুম্। তন্মেঽমৃতরসং পুন্যং মনো হ্লাদয়তি প্রভো ॥১।
বহূনি কিল যুদ্ধানি বিজয়স্য নরাধিপৈঃ। পুনরাসন্ হৃষীকেশ তত্র চ মে শ্রুতম্ তস্য ॥২॥
কিংনিমিত্তং স নিত্যংহি পার্থঃ সুখবর্জিতঃ। অতীব বিজয়ো ধীমন্নিতি মেদূয়তে মনঃ ॥৩॥
সংচিন্তয়ামি কৌন্তেয়ং রণেষ্বিহ জনার্দন। অতীব দুঃখভাগী স সততং পাণ্ডুনন্দনঃ ॥৪॥
কিং নু তস্য শরীরেঽস্তি সর্বলক্ষণপূজিতে। অনিষ্টং লক্ষণং কৃষ্ণ যেন দুঃখান্যুপাশ্নুতে ॥৫॥

অতীব দুঃখভোগী স সততং কুন্তিনন্দনঃ।
ন পশ্যামি বীভৎসোর্নিন্দ্যং গাত্রেষু কিঞ্চন।
শ্রোতব্যং চেন্ময়ৈতদ্বৈ তন্মে ব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥৬॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়:— শ্রীকৃষ্ণ! ঐনা হরাওনিংঙায় ওইরবা যুংঙাইরবা পাউ তারে। পাউ অসিগী অকৃপা মঙুংগী রাহু নহাক নত্তনা কনা অমত্তনা তাহনবা ঙম্মোই। অমৃতগী মশক ওইরবা বারীহু কৃষ্ণ! নহাক্কী নচান্দগী ঐগী পূক্কীং থম্মোয়বু যুংঙাইবগী তাওহল্লি।১॥ হৃষীকেশ! ঐনা তাববু অতোপ অতোপ্পা দেশশিংগী কল্ল কল্লবা নিংথৌশিংগা অর্জুননা কন্না ফাল্লেংনখি হায় ॥২॥ মসি করিননো কৃষ্ণ? বুদ্ধিমান জনার্দন! ঐ ইথস্ত অচীকপদা ফমতুনা অর্জুনগী মরমদা বিচার তৌই। মাহু খন্নবদা খম্মোয়দা ওন্থোক্না যুংঙাইতবা, পূক্কীং যুংশিবা অমা পোকই। ঐখোয় ঈচিন ঈনাওশিং অসিগী মঙংদা অর্জুননা খ্যাংদগী মবারে। অদুগা অর্জুন হায়বসিনা ঙসি ফাওবদা দুংঙাইবা-পোথাব ঃ ।ক্কবা উযং যংদ্রি। ।।সি করিননো, কৃষ্ণ? মাসি ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বা যংদ্রি।৩-৪॥ অদুগা শ্রীকৃষ্ণ! ঐনা অপুম য়েংবদা মাগী মশাদা হকচাংদা করিগুম্বা অকায়বা, কুলক্ষণগী খুদম লৈতে। অদুবু মাতনা অরাবা নংঙি ঐখোয়না সিদা যুংঙাইনা লৈথোক্লি। মাসি করিননো? ॥৫॥ ঈনাও নিপা কুন্তীনন্দন অর্জুনসিগী মশাদা করি করম্বা ফত্তবা খুদম (ময়ি) লৈবগে খঙদে। কৃষ্ণ! মসিগী মরমসে শেংনা অমুক্কা তাকপিয়ু ॥৬॥

ইত্যুক্তঃ স হৃষীকেশো ধ্যাত্বা মুহূর্ত্তমুত্তরম্ । রাজানং ভোজরাজন্যবর্ধনোবিষ্ণুরব্রবীৎ ।।৭।।

নহ্যস্ত নৃপতে কিংচিৎ সংশ্লিষ্টমুপলক্ষয়ে । ঋতে পুরুষসিংহস্য পিণ্ডিকেষ্বস্যাধিকেষতঃ ।।৮।।

সভাভ্যাং পুরুষব্যাঘ্র্যো নিত্যমধ্বসু বর্ত্ততে । ন চাস্যদমুপশ্যামি যেনাসৌ দুঃখভাজনম্ ।।৯।।

ইত্যুক্তঃ পুরুষশ্রেষ্ঠস্তদা কৃষ্ণেনধীমতা প্রোবাচ বৃষ্ণিশার্দূলমেবমেতদিতি প্রভো ।।১০।।

কৃষ্ণা তু দ্রৌপদী কৃষ্ণং তির্য্যক্‌সাসূয়মৈক্ষত প্রতিজগ্রাহ তস্যাস্তং প্রণয়ং চাপি কৌশিহা ।।১১।।

সখ্যুঃ সখা হৃষীকেশঃ সাক্ষাদিব ধনঞ্জয় । তত্র ভীমাদয়স্তে তু কুরবো যাজকেশ্চযে ।।১২।।

রেমুঃ কৃত্বা বিচিত্রাঃ তাঃ ধনঞ্জয়কথাঃ শুভাম্ ।
তেষাং কথয়তামেব পুরুষোঽর্জুনসংকথাঃ ।।১৩।
উপযাৎ রচনাৎ দূতো বিজয়স্য মহাত্মনঃ ।
সোঽভিগম্য কুরুশ্রেষ্ঠং নমস্কৃত্বা চ বুদ্ধিমান্ ।।১৪।।

---

যুধিষ্ঠিরনা অসুম্বা হায়রক্লবদা ভোজবংশগী ক্ষত্রিয়শিংগী চীরম পুম্নদা চাউখৎহনবা হৃষীকেশ শ্রীকৃষ্ণ শ্রীবিষ্ণুনা য়াম্না কুপ্না মুচা খলগা অসুম্বা হায়রকই ।।৭।। শিংথৌ ! ধর্মারাজ ! ননাওনিপা অকনবা অর্জুনগী মশাদা হকচাংদা অকায়বা থুদম মায়িনচিংবা লৈতে । অহুগা খোঙ অনীগী কৈবোম অনিসি হকচাং কয়াং থুদিংগা চুনবা খর য়াংলি কাহেম্না নোয় । কোক পাম্বোমনচিংবগী মওং মতুং ইম্না লৈগদবা মওংহুদগী কাহেম্না চাউই-নোয় । অসি নত্তনা মাগী মশাদা অকায়বা অমতা লৈতে ।।৮।। কা-হেম্না নোয়রবা কৈবোম অনীসিনা মরম ওইদনা হাথু-হাথু চেন চোংনা চৎপদসু মখোন্দা য়াতক তৌই । অসিত মতায় । দোষ থিগে হায়না থিরবদা । হকচাংদা লৈবা থুদম, অমদি ময়িংগী মপানগী কর্মগী য়াম্না মরী লৈনৈ ।।৯।। মসি তাবদা যুধিষ্ঠীরনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়: — ঈবুংঙো কৃষ্ণ ! চুম্বা তারে ! অদুনা ওইরমাল্লে ।। ১০।। অদুগা, কৃষ্ণ ! ঐখোয়গী লোয়নবী কৃষ্ণ দ্রৌপদীসিদা মবুকচেল খিত্তং খোয়বা-মপুং কানা পূকচেল শেংদবা হায়বত্তুমদি খল্লি । মরক মরক্তা শ্রীকৃষ্ণ । নংবু কল্লক মীহৌবগী মীৎয়েংনা মীৎচিনা য়েংবসু হেক হেক উই । অদুবু ঐদি করিসু হায়দে । জগৎকী জীবপুম্নাগী শুমহৎনবগী মশক্তি নংনা মপুরবনিনা ; মহুগী ঐ থোইনা খন্দে । অদুগা মধুসূদন ! নংনসু দ্রৌপদীনা অতুম য়েংজরকপহৌগী মপাচাদনা অতুম ময়েংবি । মদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা করি হায়রকপগে হায়ববু :— অর্জুনগা ঐগদি শুক্লা কুচু কুমেন্দা করিমতা খেন্নবা লৈতবনিনা অদুগা অর্জুন অসিসু কৃষ্ণ ঐ মল্লিনা মাহুনা তৌবা ওইরিনি অদুনা দ্রৌপদীবু কৃষ্ণ কৌবনি ।।১১।। যুধিষ্ঠিরগা কৃষ্ণগা ভাঙনরিবা য়া অসি তাবদা ভীমনচিংবা ময়াম অদুসু শাওবদি লায়রদনা নোকই, হরাওই ।।১২।। অসুম্বা য়ারী শান্নরিঙৈদা, অর্জুননা হস্তিনাপুর থোরকপদা, থারকপা নিপা দূত অমা লাকই ।।১৩।। মহাক্না চত্তশিল্লকুনা অর্জুন ননাও ঈবুংঙো, অকনবা, অর্জুন হস্তিপুনারদা থুংলে হায়না যুধিষ্ঠিরদা খুৎ লোম্নহনা হেক তশৈ ।।১৪।

উপাগম্যাত্র নরব্যাঘ্রং ফাল্গুনঃ প্রত্যাবেদয়ৎ। তৎশ্রুত্বা নৃপতিস্তস্য হর্ষবাষ্পাকুলেক্ষণঃ ॥১৫॥
প্রিয়াখ্যাননিমিত্তং বৈ দদৌ বহুধনং তথা। ততো দ্বিতীয়ে দিবসে মহাঞ্ছব্দো ব্যবর্দ্ধত ॥১৬॥
আগচ্ছতি নরব্যাঘ্রে কৌরবানাং ধুরন্ধরে। ততো রেণুঃ সমুদ্ভূতো বিবভৌ তস্য বাজিনঃ ॥১৭॥
অভিতো বর্ত্তমানস্য যথোচ্চৈঃশ্রবসস্তথা। তত্র হর্ষকরী বাচো নরাণাং শুশ্রুবেঽর্জুনঃ ॥১৮॥
দিষ্ট্যাসি পার্থ কুশলী ধন্যো রাজা যুধিষ্ঠিরঃ। কোঽন্যো হি পৃথিবীং কৃৎস্নাং জিত্বা হি পার্থিবান্ ॥১৯॥
চারয়িত্বা হয়শ্রেষ্ঠমুপাগচ্ছেদৃতেঽর্জুনাৎ। যে ব্যতীতা মহাত্মানো রাজানঃ সগরাদয়ঃ ॥২০॥
তেষামপীদৃশং কর্ম ন কদাচন শুশ্রুম। নৈতদন্যে করিষ্যন্তি ভবিষ্যা বসুধাধিপাঃ ॥২১॥
যৎত্বং কুরুকুলশ্রেষ্ঠ দুষ্করং কৃতবানসি। ইত্যেবং বদতাং তেষাং পুংসাং কর্ণসুখা গিরঃ ॥২২॥
শৃণ্বন্ বিবেশ ধর্মাত্মা ফাল্গুনো যজ্ঞসংস্তরম্। ততো রাজা সহামাত্যঃ কৃষ্ণশ্চ যদুনন্দনঃ ॥২৩॥

---

অহুগুম্না শুভাসমাচার-মুংঙাশিবা পাউ অদু তাদা যুধিষ্ঠির আম মুংঙাইমনখিবদগী মীংমুদগী তাংচপ হিরা গা চৌজিন্ন মাগী য়ারী শাররম্নিবা মুংশিজ্জরবা অর্জুনবু মুশিজ্জরকপগী তারকপা পিরাংগা অনী পুনখিহুনা মুংঙাইমনখিহুনা পাউ পুরক্কিবা দূত অহুদা মশত্তা সনা লুপা য়াম্না পাউ পুরকমন ওইনা পীখি ॥১৫॥ পাউ পুরকপগী নীনি চনবদা পাণ্ডবশ্রেষ্ঠ, নরব্যাঘ্র, নরসিংহ ওইবা অর্জুননা নগরদা চঙলকপা মতমসিদা নাকোং মেয়নীতায় ওইবা হৌরবা খোঞ্জেল মপেনা মায়কৈ শাদাই পুম্বা পুমথন থনখি ॥১৬॥ অর্জুননা লম্বীদা চৎন চৎনা, ময়াম্না লাউনবকপা তাখিবা খোঞ্জেল হায়ববু :— "পার্থ! অকনবা! নহাক্না তেক ত কায়দনা হুয়পসে ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। অসিগুম্বা মনাও নিপাবু ফংজবা ধর্মরাজ! যুধিষ্ঠির! ধন্যনি! ধন্যনি!" অসিগুম্বা খোঞ্জেলসি তা তাহুনা অর্জুন লাকলি। উচ্চৈঃশ্রবাগুম্না শগোলনা মুংঙাইনা চোং চোংহুনা লাকপগী মখোঙ থুজিন্না তৌখা রকপগী হৌরকপা ঊফুল মপেনা নোংমদোন খেৎনা পাইখৎখি ॥১৭-১৮॥ অহুগা মী খরনা অমগা অমগা ওনশিনহুনা অহুম্না ঙাওনরকই :— অর্জুন নত্তনা, জগত্তা কনা লৈ, শগোলগী সেবা তৌনা তৌনা, রথনচিংবা করিগুম্বা তোংদনা লৈপাক লৈপাকী নিংথৌ পুম্নমকপু মায়থীবা পীরম্নহুনা লাকপসে অর্জুন নত্তনা কনা য়াওখি, কনা য়াওরি, কনা য়াওরকনি ॥১৯। মমাংদা ঐখোয়না তাখিবা হায়ববু মান্ধাতা, সাগরনচিংবা কল্লবশিংনা লৈপাক ময়াম জয় তৌখি হায়। অর্জুননা তৌরিবাসিগুম্না তৌবা ঙমখিবা নত্তে, মাহু ঐখোয় তাদে ॥২০॥ কুরু বংশগী থাউমৈ! নংগুম্বা মাঙদসু লৈখিদ্রি, হৌজিকসু লৈতে, তুংদসু নংগুম্বা অমতসু লাক্লরোই ॥২১॥ অসিগুম্বা থাগৎ-য়াইফশিংশি তা তাহুনা অর্জুন অসি যজ্ঞ মণ্ডপ তাম্না লাকই ॥২২॥ মন্ত্রীশিং অমম অথৌশিংগা যুধিষ্ঠির অহুগা শ্রীকৃষ্ণনা মীয়াম্না ধৃতরাষ্ট্রবু মাঙ থাহম্না অর্জুনবু অগত্ত তৌবা থোরকই ॥২৩॥

ধৃতরাষ্ট্রং পুরস্কৃত্য তং প্রত্যুত্থযযুস্তদা। মোহভিবাদ্য পিতুঃ পাদৌ ধর্মরাজস্য ধীমতঃ ॥২৪॥
ভীমাদীংশ্চাপি সংপূজ্য পর্যায়ৎ কেশবম্। তৈঃ সমেতাপিতস্তাংশ্চ প্রত্যর্চ্যাথ যথাবিধি ॥২৫॥
বিশশ্রাম মহাবাহুস্তীরং লব্ধেবপারগঃ। এতস্মিন্নেব কালেতু স রাজা বভ্রুবাহনঃ ॥২৬।
মাতৃভ্যাং সহিতো ধীমান্ কুরূনব জগামহ। তত্র বৃদ্ধান্ যথাবৎ স কুরূনন্যাংশ্চ পার্থিবান্ ॥২৭॥
আভিবাদ্য মহাবাহুস্তৈশ্চাপি প্রতিনন্দিতঃ। প্রবিবেশ পিতামহ্যাঃ কুন্ত্যা ভবনমুত্তমম্ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতা পর্বনি অর্জুন প্রত্যাগমনে সপ্তশীতিতমোহধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ X ।

---

অর্জুননা চঙশিল্লকুনা ধৃতরাষ্ট্র অমদি ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরদা চরন খুরম্নি/ভীমসেনদা মরুলুক্না খুরম্নি। শ্রীকৃষ্ণবু লেং থৈনা থৈনা আলিঙ্গন তৌখি ।২৪।। অসুম্না মীয়াম্না অর্জুনবু হরাওনা স্বাগত তৌখি। অর্জুননু বিধি কায়দনা অহল লমন মথং মনাও নায়না খুরুম্নগা, সমূদ্রবু ইরোইদুনা রাংমা লাল্লক-তুনা পোত্থাবহুত্তম্না চনীং তানা পোত্থাখি ।।২৫।  মতমদুমক্তা মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহনসু মমা অনী চিত্রাঙ্গদা উলূপীগা লোয়ননা কুরুদেশ-হস্তিনাপুরদা থুংলৈ ।।২৬।। কুরুবংশগী অহল্লমন শুমমকপু অদুগা লৈরম্বিবা নিংথৌশিংবু খুরুমখি মখোয়না হরাও হরাও তৌবিরম্লদুদা বভ্রুবাহন অসি ওয়োক্লা হুংগৈখি। অদুদগী মবোক্নৌ সতী কুন্তীগী য়ুম তান্না চংখি ।।২৭-২৮।।

মসম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা অর্জুনপ্রত্যাগমনদা মরিফুতরেৎ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ॥ X ।

---

উপাগম্য মহাতেজা বিনয়েনা ভ্যবাদয়ৎ। স তৈঃ প্রেম্না পরিষক্তঃ পূজিতশ্চ যথাবিধি ॥৭।
ধনং চাস্মৈ হুতভুঁরি প্রীয়মানা মহারথাঃ। তথৈব চ মহীপালঃ কৃষ্ণং চক্রগদাধরম ॥৮।
প্রদ্যুম্ন ইব গোবিন্দং বিনয়েনোপতস্থিবান। তস্মৈ বৃকোদরো রাজ্ঞে মহার্হমতিপূজিতম্ ॥৯॥
রথং হেমপরিষ্কারং দিব্যাশ্বযুক্তমুত্তমর্ম। ধর্মরাজশ্চ ভীমশ্চ ফাল্গুনশ্চ যমৌ তথা। ১০॥
পৃথক পৃথক্তে চৈনং মানার্থভ্যাময়োজয়ন। ততস্তৃতীয়ে দিবসে সত্যাবত্যাত্মজো মুনি ॥ ১১ ॥
যুধিষ্ঠিরং সমভ্যেত্য বাগ্মী বচনমব্রবীৎ। অদ্যপ্রভৃতি কৌন্তেয় যজস্ব সময়ো হি তে।
মুহূর্তো যজ্ঞিয়ঃ প্রাপ্তশ্চোদয়ন্তীহ যাজকাঃ ॥১২॥
অহীনো নাম রাজেন্দ্র ক্রতুস্তেঽয়ং চ কল্পতাম্। বহ্বাত্বাৎ কাঞ্চনাখ্যস্য খ্যাতো বহুসুবর্নকঃ ॥১৩॥
এবমত্র মহারাজ দক্ষিণাং ত্রিগুণাং কুরু।
ত্রিত্বং ব্রজতু তে রাজন্ ব্রাহ্মণা হ্যত্র কারণম ॥ ১৪ ।
ত্রীনশ্বমেধানত্র ত্বং সম্প্রাপ্য বহুদক্ষিণান্।
জ্ঞাতিবধ্যাকৃতং পাপং প্রহাস্যসি নরাধিপ ॥ ১৫ ॥

---

য়াম্না সুংশিবা প্রেমগা লোয়ন লোয়ননা পাণ্ডবশিংনা কোম্ন কোম্নুনা সুংশিনা তৌখি। অমত নত্তনা সুংশিমনখিদুনা পাণ্ডবমহারথীশিংদুনা সনা লুপা মণিমক্তা মপৈ মথুত্তা হাপখি ॥ ৭ ॥ প্রদ্যুম্নানা শ্রীকৃষ্ণদা চক্রকপত্তগুম্না বভ্রুবাহননা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চঙশিল্লক্নুনা চরণ সেবা তৌখি ॥ ৮ ॥ শঙ্খচক্রগদাধারী শ্রীকৃষ্ণনা বভ্রুবাহনদা মমল য়াম্নবা ফজরবা রথ, সনাহংলবা ফাজোম্না লৈতেংলবা শগোলশু রথচু চিংননবা পিখি ॥ ৯ ॥ অদুম তৌদুনা যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল সহদেবনা তোঙান তোঙান্না বভ্রুবাহনদা উপহার কয়া করা পীখি ॥ ১০ ॥ তৌনরিবশিংগী তুং সুমিং ছুম্নি চনবদা সত্যবতীনন্দন মহর্ষি ব্যাসনা যুধিষ্ঠীরগী নাক্তা লাক্নুনা অসুম্না হায়রৈ ॥ ১১ ॥ কুন্তীনন্দন! ঙসিমক যজ্ঞ হৌনবা তৌ। অফবা সুমিংতু ঙসিমক থোক্লে। যজ্ঞ তৌনবগী শুভমুহূর্ত অদু ঙসি সিমক্তি। যাজক (যজ্ঞকন্থেদোবা) ব্রাহ্মণশিংনা নহাকপু কৌরি ॥ ১২। নিংথৌ! নহাক্কী যজ্ঞ অসিদা করিগুম্না অয়াংপা মচাক অমত্ত লৈররোই। অদুগী করিগুম্না অঙ্গ (শরুক) অমত্ত বাংপা লৈত্তবা যজ্ঞচবু অহীনযজ্ঞচু (মপূং ফাবা-বাংপা লৈত্তবা) কৌই। মসি সুবর্ণ কৌবা মচাকনা মরু ওইনা চত্তপনি। অদুনা নহাক্কী যজ্ঞদি সুবর্ণক যজ্ঞ হায়নসু কাওহৌরনি। ১৩॥ যজ্ঞ হায়বসিগী প্রধান ওইবা কারণদি (মচাক্তি) ব্রাহ্মণ হায়বসিনি। অদুনা, খাইনা তৌমবা দক্ষিণাগী শরুক অহুম হেন্না দক্ষিণা তৌ। অদুম তৌরবত্তদা যজ্ঞ অনুম পুন্নবা তৌবগা চপ মান্ননি ॥ ১৪ ॥ অদুম তৌরবদি অশ্বমেধ যজ্ঞ অহুমক তৌবগী মহৈনা থগুনা থগুনা শাগৈনাত্তে গুরুজন মরুপ হাংখিবগী পাপ অদুদগী মুক্ত ওইগনি পাপ অদুদগী মরীক অমত্ত নত্তোন্দা লৈরোই ॥১৫॥

পবিত্রং পরমং চৈতৎ পাবনং চোত্তমুত্তমম্। যদাশ্বমেধাবভৃথং প্রভাসে কুরুনন্দন ॥১৬॥
ইত্যুক্তঃ স তু তেজস্বী ব্যাসেনামিতবুদ্ধিনা। দীক্ষাং বিবেশ ধর্মাত্মা বাজিমেধাপ্তয়ে ততঃ ॥ ১৭ ॥
ততো যজ্ঞং মহাবাহুর্বাজিমেধং মহাক্রতুম্। বহ্বন্নদক্ষিণং রাজা সর্বকামগুণান্বিতম্ ॥১৮॥
তত্র বেদবিদো রাজংশ্চক্রুঃ কর্মাণি যাজকাঃ। পরিক্রমন্তঃ সর্বজ্ঞা বিধিবৎ সাধুশিক্ষিতম্ ॥১৯॥
ন তেষাং স্খলিতং কিংচিদাসীচ্চাপ্যকৃতং তথা। ক্রমযুক্তং চ যুক্তং চ চক্রুস্তত্র দ্বিজর্ষভাঃ ॥২০॥
কৃত্বা প্রবর্গ্যং ধর্মাখ্যং যথাবৎ দ্বিজসত্তমাঃ। চক্রুস্তে বিধিবৎ রাজংস্তথৈবাভিষবং দ্বিজাঃ ॥২১॥
অভিষূয় ততো রাজন্ সোমং সোমপসত্তমাঃ। সবনান্যানুপূর্বেণ চক্রুঃ শাস্ত্রানুসারিণঃ ॥২২॥
ন তত্র কৃপণঃ কশ্চিদ্দরিদ্রো বভূব হ। ক্ষুধিতো দুঃখিতো বাপি প্রাকৃতো বাপি মানবঃ ॥ ২৩ ॥
ভোজনং ভোজনার্থিভ্যো দাপয়ামাস শত্রুহা।
ভীমসেনো মহাতেজাঃ সততং রাজশাসনাৎ। ২৪।

---

কুরুনন্দন! নহাক অশ্বমেধযজ্ঞগী অবভৃথ স্নান হায়বদু ফংগনি। মদো ওন্থোক্না পবিত্র-পাবন উত্তম ওইবা স্নাননি। অচম্বা যজ্ঞ তৌবগী স্নাননা অবভৃথ স্নান কৌবা য়াদে। ॥১৬॥ বুদ্ধিমান ওইবা সতীবতীসুত ব্যাসনা হায়রবসিগী মতুং ইন্না নিংথৌ যুধিষ্ঠীরনা থুদক্না যজ্ঞগী দীক্ষা লৌখি। অহৈদগী হোম তৌননবা অন্ন মপৈ স্বর্ণদক্ষিণাগা লোয়নননা. মীঙাংহনা যজ্ঞগী অনুষ্ঠান তৌবা হৌখি। ১৮ ॥ বেদ হৈরবা বৈদিক কর্ম কাণ্ড পুন্না খঙলবা যাজক ঋত্বিক ব্রাহ্মণশিংনা হোম তৌবা হৌরে। মচাক লাওবা. লাম্থোক লানশিংন মীশিংনা হংগং হন্না চেলহন যজ্ঞ অদু য়াম্ন পাদনা পাওখোকখি ॥ ১৯ ॥ যজ্ঞ অদুদা সিমতংদি য়াংলি হায়বা, সিমতংতগা য়াওরম্নবদি হায়বা দোষ অমত্ত লৈখিদে। তৌগদবা অমত দি চীথহৌরে অমত য়াওদে. ব্রাহ্মণশিংনা. অদিগী মথংদা অসি হায়বা ক্রম অদু ঈকায় কায়দনা যজ্ঞ কর্মদু মপুং ফাহনখি ॥ ২০ ॥ রাজন! জনমেজয়! মকম অদুদা, ব্রাহ্মণশিরোমণিশিংনা, প্রবর্গ্যকৌবা ধর্মগী অনুকূল ওইবা কর্মবু চপ চাবা রীতি নিয়মগী মতুং ইন্না পাওথোকনা বিধি কায়দনা সোমাভিষব সৌমলতা রসবু চিংথোকনা তৌবগী কর্ম তৌরে ॥ ২১ ॥ নিংথৌ! সোমপান তৌবদা মতিক চাবা অহংগা শাস্ত্রগী য়াথং ইন্না নিয়ম কায়দনা চংশা বিদ্বানশিংনা সোমরস চিংথোকনা মহনা মথংশীংনা মতম অহুমগী সবন কর্ম তৌরে ॥২২॥ যজ্ঞ অদুদা হেক লাক্লিবা কনাগুম্না অমতা য়াম্না তোল্লবা জাতিদা লৈক্লবা, লাইরবা খোঙতেক মীওয়াং ফাওবা মনীং থুংদনা চংখিবা অমতা য়াওদে ॥২৩॥ মেক্লবা হাংগম্না, তেক লৈরবা ভীমসেননা যুধিষ্ঠীর রমধাজগী য়াথং মতুং ইন্না চানাংথক্নীংবাশিংদা য়াম্ন পাদনা শীজবদী থবক থুদিংদা পাওথোকনা লৈখি ॥ ২৪ ॥

ততো নিযুক্তাঃ পশবঃ যথাশাস্ত্রং মনীষিভিঃ। তং তং দেবং সমুদ্দিশ্য পক্ষিণঃ পশবশ্চ যে ॥ ৩৩ ॥
ঋষভাঃ শাস্ত্রপঠিতাস্তথা জলচরাশ্চ যে। সর্বাংস্তানভ্যযুঞ্জংস্তে তত্রাগ্নিচয়কর্মণি ॥ ৩৪ ॥
যূপেষু নিয়তাচাসীৎ পশূনাং ত্রিশতী তথা। অশ্বরত্নোত্তরা যজ্ঞে কৌন্তেয়স্য মহাত্মনঃ ॥ ৩৫ ॥
স যজ্ঞঃ শুশুভে তস্য সাক্ষাৎ দেবর্ষিসংকুলঃ। গন্ধর্বগণসংগীতঃ প্রনৃত্তোঽপ্সরসাং গণৈঃ ॥ ৩৬ ॥
স কিংপুরুষসংকীর্ণঃ কিংনরৈশ্চোপশোভিতঃ। সিদ্ধবিপ্রনিবাসৈশ্চ সমন্তাদভিসংবৃতঃ ॥ ৩৭ ॥
তস্মিন্ সদসি নিত্যাস্তু ব্যাসশিষ্যা দ্বিজর্ষভাঃ। সর্বশাস্ত্রপ্রণেতারঃ কুশলা যজ্ঞসংস্তরে ॥৩৮॥
নারদশ্চ বভূবাত্র তুম্বুরুশ্চ মহাদ্যুতিঃ। বিশ্বাবসুশ্চিত্রসেনস্তথান্যে গীতকোবিদাঃ ॥৩৯॥
গন্ধর্বা গীতকুশলা নৃত্যেষু চ বিশারদাঃ। রময়ন্তি স্ম তান্ বিপ্রান্ যজ্ঞকর্মান্তরে বৈ ॥৪০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্বণি অশ্বমেধারম্ভে অষ্টাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ। × । × ॥

---

অদুগী তুংদ', যজ্ঞগী মানী ব্রাহ্মণশিংনা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না যজ্ঞগী পশুশিং খনগৎপা হৌথি। তোঙাল তোঙানবা দেবশিংগী উদ্দেশদা পশু-পক্ষী শাস্ত্রনা হায়বা মওংগী শন্নাবা অদুগা জলচরনচিংবা পুন্নমক অসি অগ্নিস্থাপনগী মৈ কামথ্য—মৈচুবগী থবক্তা য়াওহনথি; শীজিন্নখি ॥৩৩-৩৪॥ যজ্ঞ অদুদা হায়রিবা যুম্বী (য.প) খুদিংদা পশু শা) চহুম চহুম পুনখি। হায়রিবা শাশিং অদুগী মনুংদা, অর্জুননা তুং ইন্নরুবা শগোল অদুনা মরু ওইবা প্রধান ওইবা পশুনি। ৩৫ ॥ দেবর্ষিশিং য়াওনা তৌরিবা যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞ অস্তোক্না ফজরবা মওং অম পুখি। গন্ধর্বশিংনা নীংথিরবা শৈরেং শৈশক্তা ঈশৈ শকখি। অপ্সরাশিংনা জগোই শাখি ॥ ৩৬। যজ্ঞমণ্ডপ অদুগী মনুংদা কিং পুরুষশিং কিন্নরশিং য়াওনা থোইনা নীংথিজে। মায়কৈ মরিদা সিদ্ধসাধু বাহ্মণশিংগা লৈফম-ফমফম শেম শাখি। যজ্ঞগী মণ্ডপ মনুংদা ফকমশিং অদু ঈকোয় কোয়না থাখি। ৩৭॥ ব্যাসগী শিষ্য সথাশিংসু লোইনা য়াওখি। শাস্ত্র ইবা লেংবা ব্রাহ্মনশিংসু যজ্ঞ অদুদা য়াওখি। ৩৮॥ দেবর্ষি নারদ. তেজ লৈরবা তুম্বুরু, বিশ্বাবসু, চিত্রসেন. অসি নত্তবা শাস্ত্রীয়সংগীত হৈরবা, নৃত্যশাস্ত্রদা বিশারদ ওইরবা গন্ধর্বশিংনা যুমিং খুদিংগী ওহাক ওহাক লৈরগা মানা মানা হৈবা গীতনৃত্যনচিংবা কলাবিদ্যানা অদুক য়ান্না তিন্নরিব। মীয়াম. নিংথৌ, ব্রাহ্মণশিংদু পেনসহনথি ॥ ৩৯-৪০ ॥

মসমম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা, অনুগীতাপর্বদা অশ্বমেধারম্ভদা মরিক্থুনিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে। × ॥ × ।

---

# একোননবতিতমোঽধ্যায়ঃ।

## মরীফুম্যাপন্নগুবা অধ্যায়

(যুধিষ্ঠিরনা ব্রাহ্মণশিংদা দানদক্ষিনা তৌবা। নিংথৌশিংবু বিদায় তৌবা)

—:( 0 ):—

বৈশম্পায়ন উবাচ

অপয়িত্বা পশূনন্যান্ বিধিবৎ দ্বিজসত্তমাঃ। তং তুরঙ্গ যথাশাস্ত্র মালভন্ত দ্বিজাতয়ঃ ॥১।
ততঃ সংশ্রপ্য তুরগং বিধিবৎ যাজকাস্তদা। উপসংবেশয়ন্ রাজংস্ততস্তাং দ্রুপদাত্মজাম্ ॥২॥
কলাভিস্তিসৃভী রাজন্ যথাবিধি মনস্বিনীম্। উদ্ধৃত্য তু বপাং তস্য যথাশাস্ত্রং দ্বিজাতয়ঃ ॥৩।
শ্রপয়া মাসুরব্যগ্রা বিধিবৎ ভরতর্ষভ। তং বপাধূমগন্ধং তু ধর্মরাজঃ সহানুজৈঃ ॥৪॥
উপজিঘ্রৎ যথাশাস্ত্রং সর্বপাপহরং তদা। শিষ্টান্যঙ্গানি যান্যাসংস্তস্য নরাধিপ ॥৫॥
অন্যগৌ জুহুবুর্ধীরা সমস্তাঃ ষোড়শর্ত্বিজঃ। সংস্থাপ্যৈবং তস্য রাজংস্তং যজ্ঞং শক্রতেজসঃ॥ ॥

---

বৈশম্পায়না হায়:— নংথৌ জনমেজয়! শ্রেষ্ঠ ওইবা ব্রাহ্মণ যাজকশিংহুনা অতোপ অতোপ্পা পশুশিংহুগী অহিংগা শগোল অহিবু মন্ত্রনা শেংদোক্লগা স্নান তৌহল্লগা মশাদা করিগুম্বা অনাবা চৈনা অমত্ত ফাওদনা আলভন তৌখি। (শগোলগী মশা অহু কককক্না হোম তৌখি ॥১॥ অতুগী তুংদা যাজক ব্রাহ্মণশিংহুনা হোম তৌগদৌরিবা শগোল অতুগী মনাক্তা মন্ত্র, দ্রব্য, শ্রদ্ধা হাপ্পরিবা কলা শরুক অহুম অসিনা তিগ্নবা বুদ্ধি লৈবা শিংলবা দ্রৌপদীবু শাস্ত্রাবন্দি ফায়দনা ফমহনখি॥২॥ নিংথৌ! অতুগী তুংদা, ব্রাহ্মণ যাজকশিংনা শগোল অতুগী মতোং মহাউ অহু তপ্প লৌথোক্না মতুম মতুম অমমম, মত্রগা লোয়ননা হোম তৌখি। ৩। মৈমুংদা পাক্তিনবগী কারকপা মনিন-মনম অহু শাস্ত্রগী-বিধি মত্রগা লোয়ননা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা নখি। মনিন-মনম অহু নম্বনা পাপ পুম্নমক কোকহনবা অহুগুম্বা মনমনি।৪। শগোলগী মশা অতগা লেমহৌবা শরুকশিং অতুস্থু ঋত্বিক মথোব তরাঙককমা হোম তৌখি॥৫॥ মতৌ অহুম্না ইন্দ্রগা মান্নবা তেজ লৈরবা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞ অহু বিধি কায়রুম লোইশিনরবা তুংদা শিষ্যশিংগা লোয়ননা ব্যাসনা তুংদা অবুকহেন্না চাওখৎহনবগীদমক্তা নিংথৌদা আশীর্বাদ তৌখি।৬॥

ব্যাসঃ সমিধেনং ভগবান্‌ বহুশ্রাবান্‌ তপোধন। ততো যুধিষ্ঠিরঃ প্রাদাৎ ব্রাহ্মণেভ্যো যথাবিধি ।।৭।।
কোটিঃ সাহস্রং নিষ্কানাং ব্যাসায় তু বসুন্ধরাম্‌ । প্রতিগৃহ্য ধরাং রাজন্‌ ব্যাসঃ সত্যবতীসুত ।।৮।।
অব্রবীৎ ভরতশ্রেষ্ঠ ধর্মরাজং যুধিষ্ঠিরম্‌ । বসুধা ভবতস্তেষা সংন্যস্তা রাজসত্তম ।।৯।।
নিষ্ক্রয়ো দীয়তাং মহ্যং ব্রাহ্মণা হি ধনার্থিনঃ । যুধিষ্ঠিরস্তু তান্‌ বিপ্রান্‌ প্রত্যুবাচ মহামনাঃ ।।১০।।
ভ্রাতৃভিঃ সহিতো ধীমান্‌ মধ্যে রাজ্ঞাং মহাত্মনাং । অশ্বমেধে মহাযজ্ঞে পৃথিবী দক্ষিণা স্মৃতা ।।১১।।
অর্জুনেনৈ জিতা পূর্বা ঋত্বিগ্‌ভ্যঃ প্রাপিতা ময়া । বনং প্রবেক্ষ্যে বিপ্রেন্দ্রা বিভজধ্বং মহীমিমাম্‌ ।।১২।।
চতুর্ধা পৃথিবীং কৃত্বা চাতুর্হোত্রপ্রমাণতঃ । নাহমাদাতুমিচ্ছামি ব্রহ্মস্বং দ্বিজসত্তমাঃ ।।১৩।।
ইদং নিত্যং মনো বিপ্রা ভ্রাতৃণাং চৈব মে সদা । ইত্যুক্তবতি তস্মিংস্তু ভ্রাতরো দ্রৌপদী চ সা ।।১৪।।
এবমেতদিতি প্রাহুস্তদভূল্লোমহর্ষণম্‌ । ততোঽন্তরিক্ষে বাগাসীৎ সাধু সাধ্বিতি ভারত ।।১৫।।
তথৈব দ্বিজসংঘানাং শংসতাং বিবভৌ স্বনঃ দ্বৈপায়নস্তথা কৃষ্ণঃ পুনরেব যুধিষ্ঠিরম্‌ ।।১৬।।

তাংগী তু দা যুধিষ্ঠিরনা ব্রাহ্মণশিংদা মুবর্নমুদ্রা (সনা মোহর) কোটি লিশিং (খর্ব) অমা দক্ষিণা ওইনা দান তৌখি । অমগা ব্যাসদনা পৃথিবী (লৈপাক) পুম্বা দান তৌখি ।।৭।। মিথোৌ ! ব্যাসনা যুধিষ্ঠিরনা মাগী লৈপাক পুম্বা দান ওইনা তৌরকপাহুবু স্বীকার তৌরগা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই :— ।।৮।। নিংথৌ অথোইবা ! যুধিষ্ঠির ! নংনা ঐঙোন্দা তৌরিবা ভূমদান অসি ঐনা নঙোন্দা শিন্দি ! মসিগী মতুঙা নংনা ভমজবা খরনা শিংজিল্লু । ব্রাহ্মণগা রাজ্যদেশ (লৈপাক) গা থোইনা মরী লৈনদে ।।৯।। অমম্না হায়রবদা, নিংথৌশিংজুগী মাঙদা মনাওশিংগা লোয়নন। ব্রাহ্মণশিংদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হায়রকই ।।১০।। ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! অশ্বমেধ কৌবা মহাযজ্ঞ অসিদা লৈপাকপু দক্ষিনা ওইনা দান তৌজনবগী বিধান লৈ । অহুনা অর্জুনগী মতেংনা ভমকপা লৈপাক মম্নামসে ঐনা ঋত্বিক ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌজরি । দান দক্ষিণ অসি তৌজরমগা ঐ বানপ্রস্থ আশ্রমদা বন চৎলগনি । অহুনা ব্রাহ্মণশিংনা চাতুর্হোত্র যজ্ঞগী প্রমাণ বিধি মতুংইনা লৈপাক আসিবু শরুক মরি থোকা খায়দোক্লগা লোঙথিবু । ব্রাহ্মণগী মপোৎনি ঐ লৌনিংদে । ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! ঐনা খল্লিবসে ঈনাওশিংশিনা খক লৌনিংদবা নত্তে । ঐগী বাখল চপ মান্নবা ঈনাও মরুনি ।।১১ ১২।। যুধিষ্ঠিরগী ৱাসি তাবদা ভীমনচিংবা মনাওশিং অহুগা দ্রৌপদীনসু— চুমি মহারাজনা তাকপিরিবসি হায়না থোঙ্খাৎ খর অমতদা হায়দোকখি । রাঙ্গি তাখদা অহক যাম্বা তিল্লিবা মীয়ামতুগী পুক্নাং খল্লোয়দা তুংজুংবা পোকখি ।।১৪।। নিংথৌ জনমেজয় ! অনুপ তৌরিবা মতমদা নোংমদোং ভুগী আকাশবানী তৌরকই :— পাণ্ডবশা ! ধন্যনি ! ধন্যনি ! নঙোন্দা হায়রিবসে অচুম্বমক্তি ! স্বার্থত্যাগগী অসৌবা খুদমনি । অসুম তৌহুনা পাণ্ডবশিংগী সৎসাহস ঋত্বিক ওইবা অদিনিদু থাগৎতুনা ব্রাহ্মণশিংনা শুকচেক শেংনা থাগৎলাখ ।।১৫।। মতম অদুদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনা ব্রাহ্মণশিংগী মাঙদা অসুম্না হায়রকই ।।১৬।।

প্রোবাচ মধ্যে বিপ্রাণামিদং সম্যগ্ জনন্ মুনিঃ। দত্তৈষা ভবতা মহ্যং তাংতে প্রতিদাম্যহম্ ।।১৭।।
হিরন্যং দীয়তামেভ্যো ব্রাহ্মনেভ্যো ধরাস্তুতে। ততোঽব্রবীৎ বাসুদেবো ধর্মরাজং যুধিষ্ঠিরম্ ।।১৮।।
যথাহ ভগবান্ ব্যাসস্তথা ত্বং কর্ত্তুমর্হসি। ইত্যুক্তং স কুরুশ্রেষ্ঠ প্রীতাত্মা ভ্রাতৃভিঃ সহ ।।১৯।।
কোটি কোটিকৃতাং প্রদাৎ দক্ষিণাং ত্রিগুণাং ক্রতোঃ। নাকরিষ্যতি তল্লোকে কশ্চিদন্যো নরাধিপঃ ।।২০।।
যৎকৃতং কুরুরাজেন মরুত্তস্যানুকবতা। প্রতিগৃহ্য তু তৎ স্বত্বং কৃষ্ণদ্বৈপায়নো মুনিঃ ।।২১।
ঋত্বিগ্‌ভ্যঃ প্রদদৌ বিদ্বাংশ্চতুর্ধা ব্যভজংশ্চতে। ধরন্যা নিষ্ক্রয়ং দত্ত্বা তদ্ধিরণ্যং যুধিষ্ঠিরঃ ।।২২।।
ধুতপাপো জিতস্বর্গো মুমুদে ভ্রাতৃভিঃ সহ। ঋত্বিজস্তমপর্য্যন্তং সুবর্ণনিচয়ং তথা ।২৩।।
ব্যভজন্ত দ্বিজাতিভ্যো যথোৎসাহং যথাশ্রুথম্ যজ্ঞবাটে চ যৎ কিঞ্চিদ্ধিরণ্যং সবিভূষণম্ ।।২৪।
তোরণানি যূপাংশ্চ ঘটান্ পাত্রীস্তথেষ্টকাঃ। যুধিষ্ঠিরা ভানুজ্ঞাতাঃ সর্বে তৎ ব্যভজন্ দ্বিজাঃ ।।২৫।।

অনন্তরং দ্বিজাতিভ্যঃ ক্ষত্রিয়া জহ্রিরে বসু।
তথা বিট্ শূদ্রসংঘা তথান্যে ম্লেচ্ছজাতয়ঃ ।।২৬।

---

রাজন! ধর্মরাজ! নহাক্না নহাক্নী পৃথিবী লৈপাকপু ঐঙোন্দা পীথোক্নি। ঐ ঐ লৌরে। ঐ মসিবু নঙোন্দা ডাকশেন্দুনা থম্মু হায়না শিন্নরি। ব্রাহ্মণশিংসিদা সুবর্ণ দান তৌ। লৈপাক্না মথোয়দা কৈদৌ-মগদৌরিবনো? লৈপাক্নী শাসনসিদি নহাক্নী অধিকারদা অহুম লৈসনু ।। ৭।। মতম অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠীরদা অসুম্না হায়রকই:— নিংথৌ! ধর্মরাজ্য! ভগবান ব্যাসনা ডাকপিরিবসি অহুম তৌবিয়ু। ব্রাহ্মণগী য়াথং ডাকপা হায়বসিসু চাউথবা ধর্ম অমনি।।১৮।। মাহু তাবদা পাণ্ডবশিংহু ওহ্নোক্না নুংঙাইখি। অহুদগী, ব্রাহ্মণশিং অহুদা যজ্ঞগী দক্ষিনা ওইনা সবুর্ণ মোহর কোটি অমমমগী ত্রিগুন-ত্রিগুন দান তৌখি ।।১৯।। মহারাজ মরুত্তনা চৎখিবা লম্বী অহুগী মতুং ইন্না নিংথৌ যুধিষ্ঠীরনা তৌখিবা দাক্ষিনাসি কনাগুম্বা অমতদা মতুংদা তৌবা ঙম্মারোই।২০। বিদ্বান মহর্ষি ব্যাসনা সনা মপৈ অহু ব্রাহ্মণশিংদা পীথোকখি। সুবর্ণ মপৈ অহু শরুক মরি থোক্না থাইদোক্লগা ময়ামদা য়েন্থোকখি ।।২১।। অসুম তৌদুনা পৃথিবী (লৈপাক) গী মমল ওইনা সুবর্ণ মপৈ দান তৌদুনা, ব্রাহ্মণগী য়রুল তোন্দনা যুধিষ্ঠীর অসি মনাওশিংগা লোয়ননা ওহ্নোক্না থুয়া তুসিংনা নুংঙাইখি। মশাগী পাপ পুম্বা লোইনা চামথোকখি স্বর্গ ফংননবগী অধিকার ফংখি।২২।। লোইবা লৈতবা সুবর্ণবু ফংদুনা ব্রাহ্মণসিংহুহু অমমৈ লৈতনা পেলহনখি। হেক লৈজবা সনা লুপা মথৈ ব্রাহ্মণশিংদা লোইনা য়েন্থোকখি।২৩।। যজ্ঞ শঙ অহুদা হেক লৈরিবা সনা লুপা মনি মুক্তা পুম্বা সনা হৎপা ফীজোলশিং, সনাতনা শাবা সনাথোঙ ময়াম যজ্ঞগী যূপা ময়াম, সনাগী পাত্র ময়াম-পোৎচেশিং যুধিষ্ঠীরদগী য়াথং লৌরগা ব্রাহ্মণশিংনা ফংদুনা পুমমক মথৌই ময়াম শরুক চপ মান্না য়েন্নখি ।।২৪-২৫।। ব্রাহ্মণশিংদা পীখিবাগী লেমহৌবা পুম্বা ফংদুনা থনম্বা ময়ামশিংহু ক্ষত্রিয় বৈশং শূদ্র, অহুগা ম্লেচ্ছ জাতিগী মীশিংনা পুম্বনা চৎনখি ।।২৬।

ততস্তে ব্রাহ্মণাঃ সর্বে মুদিতা জগ্মুরালয়ান্। তর্পিতা বসুনা তেন ধর্মরাজেন ধীমতা ।।২৭।।
স্বমংশং ভগবান্ ব্যাসঃ কুন্ত্যৈ সাক্ষান্মহাযশাঃ। প্রদদৌ তস্য মহতো হিরণ্যস্য মহাদ্যুতিঃ ।।২৮।।
শ্বশুরাৎ প্রীতিদায়ং তং প্রাপ্য সা প্রীতমানসা। চকার পুণ্যকং তেন সুমহৎ সঙ্ঘশঃ পৃথা ।।২৯।।
গত্বা ত্ববভৃথং রাজা বিপাপ্মা ভ্রাতৃভিঃ সহ। সাভ্যজ্যমানঃ শুশুভে মহেন্দ্রস্ত্রিদশৈরিব ।।৩০।।
পাণ্ডবাশ্চ মহী পালৈঃ সমেতৈরভি সংবৃতাঃ। অশোভন্ত মহারাজ গ্রহাস্তারাগণৈরিব ।।৩১।।
রাজভ্যোঽপি ততঃ প্রাদাৎ রত্নানি বিবিধানিচ গজানশ্বানলঙ্কারান্ স্ত্রিয়োবাসাংসি কাঞ্চনম্ ।।৩২।।
তং ধনৌঘমপর্যাপ্তং পার্থ পার্থিবমণ্ডলে। বিসৃজন্ শুশুভে রাজন্ যথা বৈশ্রবণ স্তথা ।।৩৩।
আনীয় চ তথা বীরং রাজানং বভ্রুবাহনম্। প্রদায় বিপুলং বিত্তং গৃহান্ প্রাস্থাপয়ত্তদা। ৩৪।
দুঃশলায়াশ্চ তং পৌত্রং বালকং ভরতর্ষভ। স্বরাজ্যেঽথ পিতৃ ধীমান্ স্বসুঃ প্রীত্যা ন্যবেশয়ৎ ।।৩৫।।

নৃপতীংশ্চৈবতান্ সর্বান্ সুবিভক্তানসু সুপূজিতান্
প্রস্থাপয়ামাস বশী কুরুরাজো যুধিষ্ঠির ।।৩৬।।

---

ব্রাহ্মণ পুম্নমক হয়াও মুংঙাইনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লখি। অদুম্না যুধিষ্ঠিরনা কনাগুম্বা অমত্তনী পুক্নীং পেন্দবা মুংঙাইতবা লৈহন্দনা মম্নামগী আশীর্বাদ ফংতুনা লৈহৌই ।।২৭।। অদুগা ব্যাসনা মাগী শক্তকনি হায়হনা ফংলিবা সনা লুপা ময়াম অদু কুন্তীদা লোইনা পীখোকখি। ২৮। মকুবোক মহর্ষি ব্যাসদগী সনালুপা ময়ামদু ফংবদা কুন্তীহ মপুক্নীংদা ওৎহোক্না মুংঙাকবা হয়াওবা ফংজখি। ফংলিবা সনা লুপাদু কুন্তীনা ধর্মগী পুন্য কর্মদা, ভগবানগী সেবা পূজাদা লোইনা শীজিন্নখি ।।২৯।। যজ্ঞ পুমলোই লোইরবা তুংদা অবভৃথস্নান তৌহনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদি পাপ পূবা চাংখোকখি। মচীন মনাওশিংনা তরাম্না লুনা-কিনা সনমান তৌরগা যুধিষ্ঠির অসি দেবতা ময়াম্না ঈকোয় কোয়শিন্না লৈবা দেবরাজ ইন্দ্রগুম্বা মায়খোং মকা লায়, মশেক মঙানগা লোয়ননা নোংখিয়খি ।।৩০। মহারাজ! জনমেজয়! নিংথৌ ময়ামনা পাত্র মিত্র ময়াম্না কোয়শিন্দুনা লৈবহ থবানমিচাকশিংনা পুমকোয়শিনবা মহাগ্রহ অমগুম্না যুধিষ্ঠিরনা ঙাৎহোইখি ।।৩১।। অতুগীতুংদা, যজ্ঞদা লাকপা লৈপাক লৈপাক্কী নিংথৌশিং অদুদা মথল মথলগী মণিরত্ন, শগোল, শামু মীনায়শুবী লুপীশিং, মণিমুক্তা হৎপা ফিগী মপে কয়া কয়া পীখি। ৩২। নিংথৌশিংদা মতীকচাবা দান দক্ষিনা তৌহনা যুধিষ্ঠির অসি কুবেরগী মতৌ অম্না ঙাৎহোইখি ।।৩৩।। অদুগী তুংদা মণিপুরগী নিংথৌ কয়বা বভ্রুবাহনবু মনাক্তা কৌশিল্লগা যুধিষ্ঠিরনা লনাই ওইনা ওৎহোক্না মমল যামবা লোইচে মণিমুক্তা ময়াম পীখি। মচা বভ্রুবাহনবু হয়াও হয়াওনা বিদায় তৌখি ।।৩৪।। নিংথৌ! জনমেজয়! মচনুপী দুঃশলাগী পেয়নবগীনমক্তা বুদ্ধিমান ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা মাগী মপু অঙাংবু মপাগী লৈপাক্তা নিংথৌ ওইনবা অভিষেক তৌবিখি ।।৩৫।। ইন্দ্রিয় খুদুম চাবা কুরুরাজ ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ খুদিংদা দান মতীক চানা তৌহনা বিদায় তৌখি ।।৩৬।।

কলয়ন্তি স্ম পুরুষা নানাদেশ নিবাসিনঃ। বর্ষিত্বা ধনধারাভিঃ কামৈরন্নৈস্তথা।
বিপাপমা ভরতশ্রেষ্ঠঃ কৃতার্থঃ প্রবিশৎ পুরম ॥৪৪।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম আশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতা পর্বণি অশ্বমেধসমাপ্তৌ একোননবতিতমোহধ্যায় ॥ × ॥ × ।

---

ভরতশ্রেষ্ঠ ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরন হুমিৎ খুদিংগী ধনমুক্তা মপৈ মপৈনা নোং চুবগুম হৈথখি। অশ্বমেধ যজ্ঞ সমাপন তৌরবা তুংদা কোম্নুং মনুংদা চংখি ॥৪৪॥

মকুম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীবৈয়াসিকনা লৌখিবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতাপর্বদা অশ্বমেধসমাপ্তিবা মরিফুমাপল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ × ॥ × ॥ × ॥

# নবতিতমোঽধ্যায়ঃ

## নরিকুম্বরা (নৈকুম্রা) শুবা অধ্যায়

(যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞহুদগী যজ্ঞ হেনবা যজ্ঞগী বারিগুম লৌহনা তমহনা খৈরোই অমনা যুধিষ্ঠিরবু নাপল তৌহনখিদবা)

---

জনমেজয় উবাচ

পিতামহস্য মে যজ্ঞে ধর্মরাজস্য ধীমতঃ। যদাশ্চর্যমভূৎকিংচিৎ তৎ ভবান্ বক্তুমর্হতি॥ ১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

শ্রূয়তাং রাজশার্দূল মহদাশ্চর্যমুত্তমম্। অশ্বমেধে মহাযজ্ঞে নিবৃত্তে যদভূৎ প্রভো॥ ২॥
তর্পিতেষু দ্বিজাগ্র্যেষু জ্ঞাতিসম্বন্ধিবন্ধুষু। দীনান্ধকৃপণে চাপি তদা ভরতসত্তম॥ ৩॥
ঘুষ্যমানে মহাদানে দিক্ষু সর্বাসু ভারত। পততসু পুষ্পবর্ষেষু ধর্মরাজস্য মূর্ধনি॥ ৪॥
নীলাক্ষস্তত্র নকুলো রুক্মপার্শ্বস্তদানঘ। বজ্রাশনিসমং নাদমমুঞ্চৎ বসুধাধিপ॥ ৫॥

---

জনমেজয়না হায়ঃ— ব্রহ্মন! ঐগী ইবুধৌ বুদ্ধিমান ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞ অহুদা করিগুম্বা অঙকপা অকিবা ঘটনা (থৌদোক) ককাদি থক থোকখিদত্রা? থোকখ্রবদি, মাহাক অমুক্তা হায়রিবিয় পীবিয়॥ ১॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— নপাবুংবু পোকপা ঙুপুগী মপা প্রপিতামহ নবুধৌ যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞনা অরাং অপা লৈতনা মপুং ফানা লোইশ্রবা তুংদা, য়াম্ন কনবা উত্তম ওইবা অহুগা ঙক্তি ঙকখবা ঘটনা অমা থোকখি। মাহাদি লিগে তাও॥ ২॥ ভরতবংশগী অথোইবা ভারত! নিংথৌ জনমেজয়! অথোইবা যজ্ঞ অহুদা মগুন চেন্নবা ব্রাহ্মণশিং, শাগেনাতে চাইশেল মঙ্গপ মপাং, লায়রবা থোঙতেক মীত্তাং পুম্নমক মথা তানিংঙাই লৈতনা পেল্লহনখিবগী, তৌখিবা দানদক্ষিণাগী থাগৎ বাহেশিংগী খোল্লাউনা মায়কৈ পুম্বা শীন থুংলে। অরাক অরাকপা মীশিংনা নিংথৌগী কোকথক্কা লৈ থুজোক থুজোক চাইশিন্নখি। তাঙ্গাহুদা কদাইদগীনো থগহৌদনা নিংথৌ মাংদা খৈরোঙ্গ অমা হেক লাকই চেনশিল্লকই মমীৎ অনৌহু মণি অশংবগুম শংনা লংতি। মহাকী মশা (হকচাং)গী নাকল অমদি সনাতনা পুমহৈ ওইনা শাবগুম তৌই। মহাক্না ঙাক লৈরগা যজ্ঞ তাবগী মতৌগুম্বা খোল্লাউনা লাউরকই। ৩-৫॥

পাসনেন বিশস্তাঃ কামৈস্তুষ্টা বরস্ত্রিয়ঃ। অনুক্রোশৈস্তথা শূদ্রাদানশেষৈঃ পৃথগ্‌জনাঃ ॥২৪ ।
জ্ঞাতিসম্বন্ধিনস্তুষ্টাঃ শৌচেন চ নৃপস্য সঃ। দেবা হবির্ভিঃ পুণ্যৈস্তুরক্ষণৈঃ শরণাগতাঃ ॥ ২৫ ॥
যদত্র তথ্যং তৎ ব্রূহি সত্যং সত্যং দ্বিজাতিষু। যথাশ্রুতং যথাদৃষ্টং পৃষ্টো ব্রাহ্মণকাম্যয়া ॥ ১৬ ॥
শ্রদ্ধেয়বাক্যঃ প্রাজ্ঞস্ত্বং দিব্যংরূপং বিভর্ষি চ। সমাগতশ্চ বিপ্রৈস্ত্বং তৎ ভবান্ বক্তুমর্হতি॥১৭ ॥
ইতি পৃষ্টোহি দ্বিজৈস্তৈঃ স প্রহসন্ নকুলোঽব্রবীৎ ।
নৈষা মৃষা ময়া বাণী প্রোক্তা দর্পেণ বা দ্বিজাঃ ॥১৮॥
যন্ময়োক্তমিদং বাক্যং যুষ্মাভিশ্চাপ্যুপশ্রুতম্। সক্তুপ্রস্থেন বোঽয়ং যজ্ঞস্তুল্যো দ্বিজর্ষভাঃ ॥ ১৯ ॥
ইত্যবশ্যং ময়ৈতদ্বো বক্তব্যং দ্বিজসত্তমাঃ। শৃণুতাব্যগ্রমনসঃ শংসতো মে যথাতথম্ ॥২০॥
অনুভূতং চ দৃষ্টং চ যন্ময়াদ্ভুতমুত্তমম্। উঞ্ছবৃত্তের্বদান্যস্য কুরুক্ষেত্রনিবাসিনঃ ॥ ২১ ।
স্বর্গং যেন দ্বিজাঃ প্রাপ্তঃ সভার্যঃ সসুতস্নুষঃ। যথা চার্ধং শরীরস্য মমেদং কাঞ্চনীকৃতম্ ॥ ২২ ॥

---

মথল মথা অয়াম্বা দানদক্ষিনানা ব্রাহ্মণশিংবু, মায়োক্পবা লালনা ক্ষত্রিয়শিংবু, ভক্তিশ্রদ্ধাগনা শেন্ত লোক্তা অহল্লমনবু, ভাকপি শেনবিক্কনা বৈশ্যশিংবু মানামানা অপাম্বা পোশক পীদুনা শূদ্রশিংবু, হেক লাকপা নিংথৌশিংবু মতাকচাবা মংব্যবহার মনামথেলনা শাগে নাতে মক্তপ মাপ্যাং ভাইশেল পুম্নমক মাপুম হাংনা পেলহনখিবা যজ্ঞনি। হেক লাক্লিবা জীবপুম্নমকপু ভমথৈ লেতনা পেলহনখিবা জ্ঞযান॥ ১৩-১৫ ॥ অদুম ওইবা অমবু করি খজনা কয়েম্বা ওইবা নিন্দা, তৌরিবা করিগীনো ? ব্রাহ্মণশিং ঐখোয়দা শেংনা হায়ু। নহাক্না ভাওখোকলকলিবাম্বিদা এখোয়না থাজহনা হায়বা নত্তে। খঙনীংহনা তৌবনি। ঐখোয়না অসুম মুম্না য়েংবদা নহাক অসে অচম্বা জাবদি নত্রে। য়াম্না জ্ঞানবৃদ্ধি লৈবা, দিব্য ওইবা মূর্তি অমদু নহাক্না পুরি। অদুনা খঙনীংহুনা হংজিবশিংসে অমুক্ত খুমু।১৬-১৭। অসুম হায়না ব্রাহ্মণশিংহুনা হংলক্ববদা খৈরোয় অদুনা নোকনা অসুম্না হায়রকই :— তনাবাৱিবা জানা ব্রাহ্মণপুম্নমক ! ঐনা ময়ামদা হায়রিবসিদা মীনম্ব-ওইদবা ৱা অমত য়াওদে। ॥১৮॥ ময়াম্না অমদি নিংথৌনা তৌবিখিবা যজ্ঞ অমদি দানদক্ষিনা অদু উঞ্ছ বৃত্তি চৎপা ব্রাহ্মণ অমনা তৌখিবা য়াম খুমা (সেন্না) অমত্তগী দানগী মহিমা কংদে। মাসিগী বাসি অনা ব্রাহ্মণশিং নখোয়সু খঙবিয়ম্বা য়াই। খঙকমস্থ খোকই। তাসু তাবিয়রিনি। ১৯॥ মাসিগী তত্ব অসি হায়ফমথোকই অদুনা হায়জক্লে চনিং-তানা তাবিয়ু ॥ ২০ ॥ কুরুক্ষেত্রদা লৈবা উঞ্ছবৃত্তিধারী দানা ব্রাহ্মণ অমগী মত্রমদা ঐনা উয়কপা থোক্নোক, য়ার কাম্নবা খুদম অম ওইবতনতুনা য়াম্ব ভকপা থোদোক অমনি। ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! উঞ্ছবৃত্তিধারী ব্রাহ্মণ সক্তু থয়দং দান তৌখিবগী মহৈনা মুপী, মচা নিপা, মমো নোইনা স্বর্গ কাখি। মহাক্না ভহাক্তং সঙ্গ তৌরূবদগী ঐগী হকচাং তখায় অমা সনা ওনশিরিনি অদুনা য়ায় থাসরুজা য়াদহনা থাগৎপনি। ব্রাহ্মণশিংনা নিংথৌনা তৌবা যজ্ঞগী দানদক্ষিনাবু নিন্দা তৌবা নত্তে ॥২২॥

নকুল উবাচ

হন্ত বো বর্ত্তয়িষ্যামি দানস্য ফলমুত্তমম্ । ন্যায়লব্ধস্য সূক্ষ্মস্য বিপ্রদত্তস্য যৎ দ্বিজাঃ ॥২৩॥
ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে ধর্ম্মজ্ঞৈর্বহুভির্বৃতে । উঞ্ছবৃত্তির্দ্বিজঃ কশ্চিৎ কাপোতিরভবৎ তদা ॥২৪॥

সভার্য্যঃ সহ পুত্রেণ সস্নুষস্তপসি স্থিতঃ ।
বভূব শুক্লবৃত্তঃ স ধর্ম্মাত্মা নিয়তেন্দ্রিয়ঃ ॥ ২৫ ॥
ষষ্ঠে কালে সদা বিপ্রো ভুঙ্‌ক্তে তৈঃ সহ সুব্রতঃ ।
ষষ্ঠে কালে কদাচিৎতু তস্যাহারো নবিদ্যতে ॥ ২৬ ॥
ভুঙ্‌ক্তেঽন্যস্মিন্ কদাচিৎস ষষ্ঠে কালে দ্বিজোত্তমঃ ।
ধর্মিনস্তস্য দুর্ভিক্ষে সতি দারুণে ॥ ২৭ ॥
নাবিদ্যত তদা বিপ্রাঃ সংচয়স্তন্নিবোধত ।
ক্ষীণৌষধিসমাবেশে দ্রব্যহীনোঽভবৎতদা ॥ ২৮ ॥

---

নকুল (থেরোয়) দুনা অতুম্না অমুক হায়রকই :— ব্রাহ্মণশিং পুন্নমক ! কুরুক্ষেত্রদা লৈবা উঞ্ছবৃত্তিনা জীবিকা ওইবা ব্রাহ্মণ অমা সক্তু (ঘা থাউমরাক অমত য়াওদনা মৈ চঙদনা ঊশিং থর তোংপা য়াম মতুম অমনাগী দান মতৌ অদু ঐ তমগে তামিয় ॥ ২৩ ॥ ঙসি নোংমা নীনি মমাঙনী য়ানি ! ধর্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রদা য়াম্না ব্রত উপাসনা তৌবা ধর্মজ্ঞ ওইবা উঞ্ছবৃত্তি চৎপা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মি । মহাক হৌভিক্তি লেত্রে চঙনা স্বর্গ কাবে । মহুনা লম্বীদা তাবা চেঙ হবাই মরু খুদপা মাহুনা জীবিকা ওইবগুম্না লৌবুক লমহাংদা তাবা চেঙ হবাই মরু ময়াং খুদুনা চাবনা জীবিকা ওইবা উঞ্ছবৃত্তি ব্রাহ্মণ অমনা মহাকা লোয়নবা, মচা মমৌ, পারবার লোকখি ॥ ২ ॥ মহাকী মনী, মচানিপা, মমৌ মখোয় অদুমক্তসু মাগী সাৎসঙ্গদগী ধ্যান-জপ তৌবদা দাল তৌবদা হৈনখ্রবনি । ব্রাহ্মণ অদু য়াম শুদ্ধ ওইবা আচারবিচার অশেং অমাগী বিচার তৌবা, মুমিৎ চুম্না ভগবান ধ্যানজপদা পুক্নীং চংবা ইন্দ্রিয় খুদুমচনবা ঊংলপা চাবা ফংদ্রগা তোকপা, মীতোন্দা নিদবা মীশক্তি । ॥ ২৫ ॥ মহাক মুমিৎ হুমি হুমি চনবদা হেক হেক চায় । মরকতনা ব্রত অদুম তৌই । মাগী মাগী মনী, মচা মমৌ অদুদু নিয়ন মতু কারদনা চৎলি । মুমিৎ হুমিহ মোত্রিতৌবা মরক্তা অচাথক ফংলবসু চাদে । অদোম্না হুমি অমা ওইরকক্রিমথে চরা হেনথি ॥২৬॥ অমুক তাবিয় । মরক্তা চাক য়াম্না তাংবা মতম্ লাকখ্রে । লম্বীদা চেঙ-হবাই মরু অমত তাদ্রবা চাক তাঙবা (দুর্ভিক্ষ) হায়বহ্ লাকখি । লৌবুক লমহাং লোইনা লৈত্রক চৎলে । অদুগা য়াম্না লায়রবা পরিবারনি ॥২৭-২৮॥

পুত্র উবাচ

অপত্যমস্মি তে পুংসত্রাণাৎ পুত্র ইতি স্মৃতঃ। আত্মা পুত্রঃ স্মৃতস্তস্মাৎ ত্রাহ্যাত্মিহাত্মনা ।।৬৩।।

পিত্রোবাচ

রূপেণ সদৃশস্ত্বং মে শীলেন চ দমেন চ। পরীক্ষিতশ্চ বহুধা শক্তুনাদপি মে সুত ।।৬৪।।
ইত্যুক্ত্বাং দায় তান্ সক্তূন্ প্রীতাত্মা দ্বিজসত্তমঃ। প্রহসন্নিব বিপ্রায় স তস্মৈ প্রদদৌ তদা ।।৬৫।।
ভুক্ত্বা তানপি সক্তূন্ স নৈবতুষ্টোবভুব হ। উঞ্ছাবৃত্তিস্তু ধর্মাত্মা ব্রীড়ামনুজগাম হ ।।৬৬।।
তং বৈবধূঃ স্থিতা সাধ্বী ব্রাহ্মণপ্রিয়কাম্যয়া। সক্তূনাদায় সংহৃষ্টা শ্বশুরং বাক্যমব্রবীৎ ।।৬৭।।
সংতানাৎ তবসংতানং মহাবিপ্র ভবিষ্যতি। সক্তূন্ ইমান্ অতিথয়ে গৃহীত্বা সম্প্রযচ্ছ মে ।।৬৮।।
তব প্রসাদান্নির্বৃত্তা মমলোকাঃ কিলাক্ষয়াঃ। পুত্রেণ তানবাপ্নোতি যত্র গত্বা নশোচতি ।।৬৯।।

---

মচানা হায় :— পিতৃদেব! ঐসে নহাকী মচানি। পূর্বপুরুষশিংবু মপা মপুবু ত্রাণ তৌই কল্লি হায়বগী মরুমনা মচাবু পুত্র কৌনরিবনি। অসিগী মথক্তা মচা হায়বসি মপাগী আত্মা মক্তি। অদুনা মচাবু আত্মজ কৌরিবনি। অদুনা, পিতা নহাকসে ঐমক্তি, ঈপানা পীথোকপ্রবা সক্তুদুনা (প্রেরিবসে ঐ (আত্মা) অমগী পীনবা শক্তক লৈহৌরিবসিনানি। অদুনা ঈপানা পীরিবদ থর চৌগহৌরিবদো মচা ঐগী শক্তক অসি বাংলিবনি। অদুনা পিতাগী আত্মানা ঈপাবু কনবা ঐইরসু ।।৬৩। মপানা হায় :— ইবুঙো! নংগী নশক, নংগী সমচৎ ব্যবহার অসি ঐখোয়া তপ মাইগে। নহাক্তা কৌরিবা অমানিশুদু ঈপানা যুম্না পরীক্ষা তৌরে। অদুগে, নংগী শক্তক সক্তুদু ঐ লৌরগে ।।৬৪। অমুয়া হায়রগা উঞ্ছবৃত্তিধারী ব্রাহ্মণ অদুনা মচাগী শক্তক অদু লৌরগা অতিথিদা পীজরে ।।৬৫।। অদুবু সক্তু অদু চাররগাওবদা অতিথি ব্রাহ্মণ অদু নবুক্ত মত্তে থাহ উবদা ব্রাহ্মণ অসিনা কল্লি করম তৌরগা অতিথিদা পোল্লগদগে হায়না চিন্তা তৌরকই মতম্দা মচানুপী অদু সমচৎ থায় কঙ্গী ধর্মশুবীনি। মহাক্তা যাম্না নুপাওবা অমুখোক খোমজিনবা অমুয়া হায়রকই ।।৬৭।। ব্রাহ্মণ অথোইবা পাবুং! পিতাজী! নহাকী পুত্রগী ঐগা পুত্র কনবগদৌরিবনি। নহাক্তি ঐগী স্বামীগী হেনা পূজাতৌনবীংবা ওইবা পরম পূজনীয়নি। ঐগী শক্তক সক্তু অসি লৌবিরগা অতিথিদিদা পীজথোকপিরো ।।৬৮।। শ্বশুরদেব! নহাক্তা কৃপা ঐখোয়না ঐগীদি স্বর্গ লৈবা হায়বদো অদুম মওইরবনি। মচা হায়বগী পাইবনা তৌবিবং মীনা কংগর্গৈরিবা লোক, অদুগী অমুক মাকপা (অমুক পোৎরবা) তাবগা পুনশিংবা নাবা খুৎলোইরিবা নংলরোই ।।৬৯।।

ধর্মাত্মা হি যথা শ্রেষ্ঠঃ যষ্টিবেত্তা তথৈব চ। তস্মৈ পত্রপৌত্রাণাং স্বর্গল্লোকা ক্রিয়াকয়াঃ ।৭০।।
পিতৃনৃণাং তারয়তি পুত্র ইত্যানুশুশ্রুম। পুত্রপৌত্রশ্চ নিয়তং সাধুলোকানুপাশ্নুতে।।৭১।।

**শ্বশুর উবাচ**

বাতাতপবিশীর্ণাঙ্গীং ত্বাং বিবর্ণাং নিরীক্ষ্য বৈ।
কর্ষিতাং ব্রতাচারে ক্ষুধাবিহ্বলচেতসম্ ।।৭২।।
কথং সক্তূন্ গ্রহীষ্যামি ভূত্বা ধর্মোপঘাতকঃ।
কল্যাণবৃত্তে কল্যাণি নৈবং ত্বং বক্তুমর্হসি।।৭৩।।
ষষ্ঠে কালেব্রতবতীং সৌচশীলতপোহন্বিতাম্।
কৃচ্ছ্রবৃত্তিং নিরাহারাং দ্রক্ষ্যামি ত্বাং কথং শুভে ।।৭৪
বাল্যা ক্ষুধার্তা নারী চ রক্ষ্যা ত্বং সততং ময়া।
উপবাসপরিশ্রান্তা ত্বং হি বান্ধবনন্দিনী ।।৭৫।

---

ধর্ম-অর্থ-কাম অদুম অসি স্বর্গ কাননবগী মচাকনি। আহবনীয় অগ্নি, গার্হপত্য অগ্নি, দক্ষিণাগ্নি অদুম অসি স্বর্গ কাননবগী মচাকনি। হায়রিবা অদুমসিংন্না পুত্র, পৌত্র, প্রপৌত্র (মচা-মশু শুথাঙ) অদুম অসিস্ত স্বর্গ কাননবগী লগীনি মচাকনি। হায়রিবশিংসিবু ওইহল্লিবদি শ্বশুরদেব। নহাক্কি ।।৭০-৭১।।
মমৌমী রাসি তাবদা মকুবোক ব্রাহ্মণনা হায়রকই ঃ— ঈপাগী ঈবেম্মা। সতী, মুংশিং-মুংশা মরক্তা চাক্কম-চাদবক্তম তৌত্বনা অবাব থাঙবনা নৌরিবী নংগী নশাসে কংত্রিক কংলে চোকথরে। অক্ত, পাগন তৌবী। নহা ওইরিবী নংনা য়ায়া পাঙ্গল শোনবী অমা ওইরে। অদুগা অরাম খৌয়াংবগী অবাবস্থ থাঙলি। অবাবা থাঙহৈবী। তপস্বিনী। অদুগুম্না নহাক্কী চাজগে তৌবী শক্তক সক্ত অসি ঈপানা নঙোন্দগী কবয়া লৌসিগে? লৌববদি ঐত্তোন্দা ধর্মগী অকায়বা অমা আক্কনি। মঙ্গল-কল্যানগী মশক ওইবী কল্যানী। নংগী শক্তক লৌরো হায়বসি চুমদে হায়কম্ থোক্কে।।৭২-৭৩। অদুগা, নুমিৎ খুদিংগী, অশেং অমাং খায়না সদাচারগা লোয়ননা নপুক্রোইবগী অদুগা ঐগা অনিগী সেবাতদা পুক্রীং চঙচুনা লৈবগী মবক্তা নুমিৎ চুমনি, চুমনিগী মতুংদা সক্ত থর থর চাক্তবনা, ঐখোয়গী সক্তদগী, নংগী জীবিকা ওইরি। অদুগুম্বী নংনা চাক্তগে তৌবসু ঈপানা করম হায়না লৌসিগে? ।।৭৪।। অদুগা নহাক্কি অমত্রোমদা বাসিকা (নুপীমচা) নি। নুপীমচা অমা ওই হায়রবত মঙায়রে। নত্তাং কংবনা হমুবী অমগুমলে। নশাগী অবাবা রোংদনা ঐখোয়গী চুংঙাইনবত হোৎনজরি ।।৭৫।।

সুষোবাচ

গুরো র্মম গুরুস্তং বৈমতোদৈবতদৈবতম্ । দেবাতিদেবস্তমাত্বং সস্তুনাদংশ মেপ্রভো ।।৭৬।।
দেহ: প্রাণশ্চ ধর্মশ্চ শুশ্রূষার্থমিদংগুরো:। তব বিপ্রপ্রসাদেন লোকান্ প্রাপ্স্যামহেশুভান ।৭৭।।
অবেক্ষ্যা ইতি কৃত্বাহং দৃঢ়ভক্তেতি বা দ্বিজ। চিন্ত্যা মন্মেবমিতি বা সস্তুনাদাতুমর্হসি । ৭৮।।

শ্বশুর উবাচ

অনেন নিত্যং সাধ্বীত্বং শীলবৃত্তেন শোভসে। যাস্য ধর্মব্রতোপেতা গুরুবৃত্তিমবেক্ষসে ।৭৯।
তস্মাৎ সক্তুন্ গ্রহীষ্যামি বধূর্নার্হসি বঞ্চনাম্। গণয়িত্বা মহাভাগে তাংস্ত্বি ধর্মভৃতাংবরে ।।৮০।
ইত্যুক্ত্বা তানুপাদায় সক্তুন্ প্রাদাৎ দ্বিজাতয়ে।
ততস্তুষ্টো ভবৎ বিপ্রস্তস্য সাধো র্মহাত্মন: ।।৮১।।
প্রীতাত্মা স তু তং বাক্যমিদমাহ দ্বিজর্ষভম্ ।
বাগ্মীতদা দ্বিজশ্রেষ্ঠো ধর্ম: পুরুষবিগ্রহ: ।।৮২।।

---

মকুবোককী ৱাসি তাবদা মমৌ সতীসিনা হায়:— ভগবন্! নহাক্তি ঐগী গুরু ঈপুরোঙবসিগীসু গুরুনি। ঐগী গুরুগী গুরুনি। ঐগীদি দেবতাগী দেবতানি। অতুনা ঐভোঙদি স্বর্গগী দেবতাশিংদগীসু শ্বশুরদেব নহাক্তা হেল্লি। ঐগী স্বর্গ কাবা হায়ববু অসিনা অস্তুম মওইরে। অতুনা ঐনা হায়ত্তরিবসে ৱারিষ্ণু ।৭৬।। ঐগী হকচাং, প্রাণবায়ু অতুগা ধর্ম অস্তুম অসি গুরুজনগী সেবাদমদমক্তা লৈরিবনি। শ্বশুরদেব! নহাক্তী কৃপাদগী ঐ উত্তম লোকপু ফংজখিগে ।।৭৭।। ঐহু নহাক্তী ভক্ত, ডাকপিক্কম থোকপী, হায়ত্তরিবসি থক্তম থোকপী হায়না লৌবিস্তুনা ঐনী হায়ত্তরিবসি ৱারিষ্ণু:— ঐগী শক্তক সক্ত অসি অতিথি সেবাদা শীজিন্নবিষ্ণু। ।।৭৮।
মকুবোকনা হায়:— ঈপাগী ঈবেম্মা! নং অসে থাজৈশেংবা সতী-সাধবীনি নংগী লমচৎ ৱাহৈং খোক্তম অসিনা নহাক্তী পুক্তীং হকচাংগী লৈতেংনি। নচাক তমিং চুপপা গুরুজনগী সেবাতদা পুক্তীং চক্তলি নংনা তৌরিবা পুন্যকর্মসে ঐ অয়েন্বদা মাওংহন্নীংদে ফয়ে। নংগী শক্তক সক্ত অসে ঐ নংগী পুন্যকর্মগী মচাক অমা ওইহনগে ।।৭৯—৮০।। অসুম্বা হায়রগা ব্রাহ্মণতুনা মমৌগী শক্তক সক্তু অহ লৌহুনা অতিথি ব্রাহ্মণ অতুদা পীজখি। মাতু চাবদা অতিথি অতু পুর্মপেম পেনখি, উত্তুরক্তিবারী ব্রাহ্মণ অতুনা তৌরিবা আতিথ্য (অতিথিসেবা) অতুদা ওল্লোক্তা পেনখ্রে ।।৮১।। থাজৈশেংবদি, ব্রাহ্মণ অতিথি তাইবং মীগী মূর্তি লৌহুনা ধর্ম কৌবা মশা মক্তা লাকখিবনি। ৱাক্তবা-ব্যাখ্যাদি তৌবা হৈরবা ধর্ম মশামক্তা দাতা ব্রাহ্মণ অতুদা অস্তুম, হায়রকই:— ।৮২।।

শুদ্ধেন তবদানেন ন্যায়োপাত্তেন ধর্মতঃ।
যথাশক্তি বিসৃষ্টেন প্রীতোঽস্মি দ্বিজসত্তম ।।৮৩।
অহো দানং ঘুষ্যতেতে স্বর্গেস্বর্গনিবাসিভিঃ।৮৩।।
গগনাৎপুষ্পবর্ষং চ পশ্যেদং পতিতং ভুবি।
সুরর্ষিদেবগন্ধর্বা যে চ দেবঃ পুরঃ সরাঃ ।। ৪।

স্তবন্তো দেবদূতাশ্চ স্থিতা দানেন বিস্মিতা। ব্রহ্মর্ষয়ো বিমানস্থা ব্রহ্মলোকচরাশ্চ বে ।।৮৫।।
কাঙ্ক্ষন্তে দর্শনং তুভ্যং দিবংব্রজ দ্বিজর্ষভ। পিতৃলোকগতা সর্বে তারিতা পিতবস্তুয়া ।।৮৬।।
অনাগতাশ্চ বহবঃ সুবহূনি যুগান্যুত। ব্রহ্মচর্যেন দানেন যজ্ঞেন তপসা তথা ৮৭।।
অসংকরেণ ধর্মেণ তস্মাৎ গচ্ছ দিবং দ্বিজ। শ্রদ্ধয়া পরয়া যস্ত্বং তপশ্চরসি সুব্রত ।।৮৮।।
তস্মাৎ দেবাশ্চ দানেন প্রীতাঃব্রাহ্মণসত্তম। সর্বমেতদ্ধি যস্মাৎতে দত্তংশুদ্ধেনচেতসা ।।৮৯।।

---

ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাক্না নশামক্কী লৈজবা শক্তি অতুমথৈতনা (মীতোন্দনী নিরমনা, চৎলী মপান তাংদনা) শেংলবা অন্নদান তৌথ্রে। ঐ য়াম্না পেল্লে মেংঙু। ওস্তোকপনি! স্বর্গলোকতা লৈবা দেবতাশিংফাওতা নংগী দানগী মহিমা অসিবু ময়ামদা তাহল্লি লাউথোক্লি। থাগৎলি।।৮৩।। মেংঙু নোংমদোল্ল লাইরৈবাক্তগী চুথরকপা হৈথ খিকথরকপা লৈশী নোংনা মন্নী মন্নী মর্ত্যলোকী লৈমায় থক্তা তাররি। ব্রহ্মর্ষি দেবর্ষি, দেবতা, গন্ধর্ব, দেবদূত ময়াম নংগী অঙকপা ফংবা দান অসি উবদা পেল্লনথুনা নহাক্কী স্তুতিগান তৌরি।।৮৪।। ব্রাহ্মণ অথোইবা! ব্রহ্মলোকতা লৈবা ব্রহ্মর্ষিশিংনা বিমান তোংল তোংলথুনা নংবু দর্শন তৌগদবগী নোংমদোল্লক্তা কোয়চং চৎলি। চৎসি লাউ।।৮৫। নহাক্না পিতৃলোকতা নহাক্কী পিত্তর পিতৃবর্গবু উদ্ধার তৌরে। চহী-লুপ্ত করাগী মতুংদা লাক্কদবা পোকলক্কদবা নংগী বংশগী মীয়োলশিংবুসু নহাক্না উদ্ধার তৌবিয়ে। নংনা তৌবা পুণ্যকর্মগা শক্তিনা মতুংগী নহাক্কী শূরোল চারোল ফাওবা সংসারগী অরাবা পূর্বগী লাম্হৌকলগনি।।৮৬।। অঙনা ব্রাহ্মণ! নংনা তৌরিবা ব্রহ্মচর্য্য, দান, যজ্ঞ, তপস্যা শুদ্ধমকপু ভক্তিশ্রদ্ধাগালোয়ননা দেবতা পুম্নমক্না পেল্লে। চৎলসি চৎলু স্বর্গদা।।৮৭।। মথা অসিগুম্বায় লৈত্রবা ব্রতবু পালন তৌরিবা ব্রাহ্মণ! ব্রাহ্মণশিংগী কোক্কী মণি! ধর্ম কৌবা ঐ উপাসক নংত্তোন্দা য়াম্ন পেল্লে। পেনবা হায়বদো অসিনি পুকথনব পেনবতা নত্তে।।৮৮।। চাক্কন্দা-চরানা অনুম হেক্তিনবদি শিবগী দশা ফাওবা লাকদৌরিবা প্রাণ সংকট (থবাগী থুদোংথীবা)গী মতমসি ফাওবদা, নংনা করিমত থুগংতনা কিবা লৈতনা তৌরিবা দানশিংনা স্বর্গ হায়বদু ফাওবা থমুক্তগী চেনবা ঙম্মোই। স্বর্গবু জয় তৌরে।।৮৯।।

কৃচ্ছ্র কালে ততঃ স্বর্গো বিজিতঃ কর্মণাত্মনা। ক্ষুধা নির্ণুদতি প্রজ্ঞাং ধর্ম বুদ্ধিং ব্যপোহতি ।।১০।।
ক্ষুধাপরিগতজ্ঞানো ধৃতিং ত্যজতি চৈবহ। বুভুক্ষাং জয়তে যস্তু স জয়তে ধ্রুবম্ ।। ১১ ।।
যদা দান রুচিঃ স্যাৎবৈতদা ধর্মো নসীদতি। অনবেক্ষ্য সুতস্নেহং কলত্রস্নেহমেব চ ।। ১২ ।।
ধর্মমেব গুরুং জ্ঞাত্বা তৃষ্ণান গণিতাত্বয়া। দ্রব্যাগমো নৃণাংসূক্ষ্মঃ পাত্রে দানং ততঃ পরম্ ।।১৩।
কালঃ পুরতরো দানাচ্ছ্রদ্ধা চৈব ততঃ পরা। স্বর্গদ্বারং সুসুক্ষাংহি নরৈর্মোহান্নদৃশ্যতে ।।১৪।।
স্বর্গার্গলং লোভবীজংরাগগুপ্তংদুরাসদম্। তংতু পশ্যন্তি পুরুষা জিতক্রোধা জিতেন্দ্রিয়াঃ ।।১৫।।
ব্রাহ্মণাস্তপসা যুক্তা যথাশক্তি প্রদায়িনঃ সহস্রশক্তিশ্চশতংশতশক্তি র্দশাপি চ । ১৬ ।

---

অরাম খোরাংবা হায়বসিনা তাইবংমপী বুদ্ধিবু শলাক শানা মাওহল্লি। ধর্মগী বিচার, অধ্যাত্মিক ওইবা বিচার-রাখলবু মুথংলি। অরাম খোরাং হায়বহুনা ধৈর্য্য অমদি শান্তিবু মাংহল্লি। অসিগুম্বা অরাম খোরাংববু থাজবা, করিমত থোওইবিদনা দান তৌগুম্বা নহাক্কা স্বর্গমকপু জয়পু জয় তৌরোইদবসি কদাযদনো? ।।১০-১১।। দানগী পোশক যাম্না ওমহনা, দানদি যাম্না তৌনিংবা, অমদি ওমদ্রবা খোক খোক চাক্কনা লৈবা অহুমমকপু স্বগ কাবা হায়বহু অহুম মওইরে। মহাক্কা পত্নিগী প্রেম, পুত্রগী প্রেম, নচানশুনমোনচিংবগী করিমত থনবিদনা মখোয়দগী শরুক মুল্লগা ধর্ম ঐখোল্না শীজরি। ধর্ম এমকপু নংনা য়োকপিরি। নশাগী অরাম খোরাংববুদি থোওইদনা মীগী অরাম খোরাংববু নংনা কোকহল্লি।।১২।। দান তৌননবগীদমক্তা ধনবু, ফিরোনবু, স্যারিবিধি থায়দনা তানশিনবা হায়বসিগী বিচার যাম্না কুপ্পনি। মাগী মপুক্কীং নাদনা, নমহনা মুহুদনা, চৈ থাহনা নিংসা তৌহনা পুরকপা পোশক অহুবু অমদা দান তৌরবাদি মাহুগী মহৈ লৈগত্রা লৈরোইত্রা হায়বাসিনি যাম্না কুপ্পা বিচার হায়বহু। দান তৌননবা মচাকপোৎ অহুগী মশাদা পুন্দাবু করিমাত লেত্রবা পোৎ অস করিবনো? অহুগুম্বা দোষ সুকলৈ লৈত্রবা পোৎশু সৎ পাত্রদা দান তৌরবদি অফবগী মথক্তা অফবা হায়বহু ওই। মাহুনি উত্তম দান হায়রিবাসি। স্বগ কাবা, স্বর্গগী থোঙ হাংবা হায়বসি করি হায়রিবনো? হায়রিবা তত্ব অবুিস শুমহৎখবনা থঙদে।।১৩-১৪।। অরাবা, সুংঙাতবা, অশাউববু অহুগা নাপল শীরকপা ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌহনা, ঈশিং মরীক অমতবু ওইরবস্থ দান তৌরিবত্বুবনি স্বর্গগী থোঙ হাংবা হায়বসি। থোঙবু হাংলবদি কাবা ঙম্বিবা হায়রহু লায়রে ।।১৫।। দান তৌরিবা মী অহুগী মশাদা লুপা লিশিং অম দান তৌবগী শক্তি লৈনা লৈনা। চামগী দান তৌবা অহুগা লুপা চামবু দান তৌবগী শক্তি লৈনা লৈনা তরাগী মীবনা অহুগা তরাগী দান তৌবগী শক্তি লৈনা লৈনা লুপা অমতগা দান তৌরবস্থু ভক্তিশ্রদ্ধাগা লোয়ননা তৌরবদি দানগী ফল অহু চপ মান্নৈ। অশেংবা দান হায়বাস মশীংদা নত্তে। অহুগা দান তৌননবা করিমত লৈজত্রবস্থ ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ঈশিং খুজোক অমতবু ওইরবস্থ দান তৌরবদি মহৈহু চপ মান্ননা অহুম লৈপনি ।। ১৬ ।।

দত্ত্বাদশশতং যঃ শক্রায় সকুণ্ডলম্ । রন্তিদেবো হি নৃপতিরপঃ প্রাদাদকিঞ্চন ॥৯৭॥
শুদ্ধেন মনসা বিপ্র নাকপৃষ্ঠং ততো গতঃ । নধর্মঃ প্রীয়তে তাত দানৈর্দত্তৈর্মহাফলৈঃ ॥ ৯৮ ॥
ন্যায়লব্ধৈর্যথা সূক্ষ্মৈঃ শ্রদ্ধাপূতৈঃ সতুষ্যতি । গোশতদানসহস্রাণি দ্বিজেভ্যো দাদ্ গো নৃপঃ ॥৯৯॥
একাং দত্ত্বা স পারক্যাং নরকং সমপদ্যতে । আত্মমাংসপ্রদানেন শিবিরৌশ নরো নৃপঃ ॥ ১০০ ॥

বিত্তবোন নৃণাং পুণ্যং স্বশক্ত্যা স্বার্জিতং সতাম্ ।
প্রাপ্য পুণ্যকৃতাঁল্লোকানমোদত দিবি সুব্রতঃ । ১০১ ॥

নযজ্ঞৈর্বিবিধৈর্বিপ্র যথান্যায়েন সংচিতৈঃ । ক্রোধাৎ দানফলং হন্তি লোভাৎ স্বর্গং ন গচ্ছতি ।১০২ ॥
ন্যায়বৃত্তিহি তপসা দানবিৎস্বর্গমশ্নুতে । ন রাজসূয়ৈর্বহুভির্বিষ্টাবিপুলদক্ষিণৈঃ ।১০৩ ॥
ন চাশ্বমেধৈর্বহুভি ফলং সমমিদং তব । সক্তুপ্রস্থেন বিজিতো ব্রহ্মলোকস্ত্বয়াক্ষয়ঃ ॥ ১০৪ ॥

---

ব্রাহ্মণ ! রন্তিদেব কৌবা নিংথৌনা দান তৌনিংঙাই লৈতহনা ঈশিং খুজোক অমতং পুক্নীংশেংনা দানতৌখিবনা স্বর্গ কাখি ॥ ৯৭ ॥ ন্যায় বিধি কায়না, হাবেদি নাপল থোয়রবগা লোয়ননা দানতৌরবদি দান ধর্ম কৌবা দেবতা মহাক্না পেন্দে । অদুগা ঈশিং মরীক অমতং ওইরবসু ন্যায়বিধি কায়দনা তৌরবদি ধর্ম কৌবা মহাক্না হেক্না পেল্লি ॥৯৮। নিংথৌ নৃগনা শন্বীলিশিং অমা দান তৌবদা অতোপ্পা মপু পানবা শন্বী অমত্তং য়াওশিনখিবদগী নরক তাখি । মরমদি দান অহুদা চাউরবা দোষ অমা লৈখি ॥ ৯৯ ॥ উশীনরগী মচা শিবিনা দান তৌনিংঙাই লৈরক্তুনা মশাগী হকচাংবু মকক মকক কয়গা দান তৌগনা স্বর্গ কাখি ॥ ১০০ ॥ ব্রাহ্মণ ! তাইবং মীয়ীদি ধন তনা—সনালুপা মণিমুক্তাতনা পুন্য ফল ফংননবগী মরম (সাধন) নত্তে । সাধুমহাত্মাশিংনা মহাক মহাক্না ওমজবা লৈজরিবা শক্তি অদুগী মতুং ইন্না অরাম্ব লায়না পোশক মচাক খজিক্তনা পুন্যফলবু ফংবা ঙম্মি । ন্যায়বিধি কায়দনা ফংবা চেঙ ফৌ খুমা অমতনসু তৌবা যজ্ঞ অহুনা হিংসা য়াওনা হাৎন থিরহনা পুরকপা সনালুপা মপেনা তৌবা দানদগী য়াম্না হেল্লি । হাংদমন্না য়াদে ॥১০১॥ অশাউবনা লোভনা যজ্ঞ—দানগী কর্মবু ভস্ম ওইনা—উং ওইনা মাঙহল্লি । য়াম্থোকই । অদুগুম্বা যজ্ঞনা স্বর্গ ফংবা, স্বর্গ কাবা, পরমধাম ফংবা থক য়াদে । ন্যায়বিধি কায়দনা হায়রবদি, নম হাহনা, ফুন চৈনহনা, অকল অরিং শীংনহনা ফংঙকপা পোৎ মচক কনা অমত্তগী পুক্নীংদা চংঙাংতবা পোকহন্দনা ফংঙকপা চেঙ মরাতনা তৌবা যজ্ঞ দাননা স্বর্গবু লৌশিন্নবা ফংবা ঙম্মি । হিংসাগী থাজবা খজিক্তং হেক য়াওখিবদা দান যজ্ঞ ধর্ম কর্ম অদু মাংহনবী হৈরে ॥ ১০২ ॥ বিপ্রবর ! নহাক্না সক্তু মচেং থরতনা তৌবা দানযজ্ঞসিগী মহৈদি রাজসূয় অশ্বমেধ যজ্ঞ কয়া তৌবনা ফংবা ঙম্মোই । সক্তু থরা (সের) অমতনা নহাক্না স্বর্গ মকপু জয় তৌরে ॥১০৩-১০৪॥

বিরক্তো ব্রাহ্মণশ্চৈব গচ্ছ বিপ্র যথাসুখম্ ।
সর্বেষাং বোধিকশ্রেষ্ঠ দিব্যং যানমুপস্থিতম্ ।। ১০৫ ।।

আরোহন্ত যথাকামং ধর্মে হি স্থিত দ্বিজ পশ্য মাম্ ।
তারিতো হি ত্বয়া দেহো লোকে কীর্তিঃ স্থিরা চতে ।। ১০৬ ।

সভার্য্যঃ সপুত্রশ্চ সমুদ্রশ্চ দিবং ব্রজ ।
ইত্যুক্তবাক্যো ধর্মেণ স্থানমাকম্য সংস্থিতঃ ।। ১০৭।।
সদারঃ সসুতশ্চৈব সমুদ্রশ্চ দিবংগতঃ ।
তস্মিন্ বিপ্রে গতে স্বর্গং সসুতে সমুদ্রে তদা ।। ১০৮ ।।
ভার্যাচতুর্থে ধর্মজ্ঞে ততোঽহং নিঃসৃতো বিলাৎ ।
ততস্তু সক্তুগন্ধেন ক্লেদেন সলিলস্য চ ।। ১০৯ ।।

দিব্যপুষ্পবিমর্দাচ্চ সাধোদানলবৈশ্চ তৈঃ । বিপ্রস্য তপসা তস্য শিরো মে কাঞ্চনীকৃতম্ ।। ১০
তস্য সত্যাভিসন্ধস্য সক্তুদানেন চৈব হ । শরীরার্ধং মে বিপ্রাঃ শাতকুম্ভময়ং কৃতম্ ।। ১১।।
পশ্যতেমং সুবিপুলং তপসা তস্য ধীমতঃ । কথমেবং বিধং স্যাৎবৈ পার্শ্বমন্যদিতি দ্বিজাঃ ।। ১১২।

---

বিপ্রবর ! চৎলো নহাক, রজোগুণগী মরীক অম যাওদবা ব্রহ্মলোকতা য়োংখ্রে । ব্রাহ্মণ অথোইবা ! নহাক অমদি পরিবার পুম্নমক্না ব্রহ্মলোক য়োংখিনবগী বিমান অসি থুংলরে ।।১০৫।। বিপ্রবর ! য়েংও, ঐহোল্লোমদা । ঐ অসি কনানো ? ঐ ধর্ম হায়রবহনি । নংগী পাম্মকা তোংগে লাকপনি । নখোয়পুম্বা ননীং নথা তম্না বিমান মথক অসিদা তোংখো । নহাক্না ইহলোক অসিদসু অমাঙ অতা লৈয়রোইদোবা মিংচৎ থনয়ে । পরলোকতসু পরমধাম কংলরো । ।। ১০৬ ।। ধর্মনা অসুম্না হায়রক্লবা তুংদা, ব্রাহ্মণ অদু মশাকী লোয়নবী মচা, মমোগা লোয়ননা বিমানথক্কা তোংদুনা স্বর্গলোকতা চৎখি ।।১০৭।। মখোয়দুনা হেক চৎপ্রবা তুংদা ঐ (নকুল-খেংলোয়) সুম্বোংগী ঈশুলদগী থোরকখি । ।।১০৮।। অদুদগী ঐ ( নকুল ) না দান তৌরম্বা সক্তুগী মরম অদু থম্মি, মকম অদুদা তারম্বা হৈ-লৈ, সক্তু মরীক অমনীহু নম্মু চারুবদগী ঐগী কোক অসি সনা ওইখো, বনাতনা শাবা কোক ওইখ্রে ।। ১০৯ ১১০ । ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! সত্যদানগী মতমমহা খল্লিবগী কংলুবনা ঐগী হকচা' তংখাই অমা সনা ওনখিবসিনি ।। ১১১ ।। বুদ্ধিমান ব্রাহ্মণদগী দানথম্মী মহৈনা ঐগী হকচাং তখাই অম অতুগা কোক অসি ওনখ্রবসিনি য়োংউ । ঐনা অসিনা লাক্লিবনিদি লৈহৌখিবা হকচাং তংখাই অসিমসু করম হায়না সনা ওনহল্লিগে ব্রাহ্মণনা তৌখিবা যজ্ঞদা খি-খিদুনা লাকপনি । ১১২ ॥

তপোবনানি বস্তাংশ্চ হুষ্টোহভ্যেমিপুণঃ পুণঃ। যজ্ঞংস্বহমিমং শ্রুত্বা কুরুরাজস্য ধীমতঃ ।।১১৩।।
আশয়া পরয়া প্রাপ্তো নচাহং কাঞ্চনীকৃতঃ। ততোমস্তোক্তং বাক্যং প্রহস্য ব্রাহ্মণর্ষভাঃ ।।১১৪।।

সক্তু প্রস্থেন যজ্ঞোহয়ং সম্মিতো নেতি সর্বথা।
সক্তু প্রস্থলবৈস্তেহি তদাহং কাঞ্চনীকৃতঃ ।।১১৫।।
নহি যজ্ঞো মহানেষ সদৃশস্তৈর্মতোমম।

বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্ত্বা নকুলঃ সর্বান্ যজ্ঞে দ্বিজবরাংস্তদা ।।১১ ।।
জগামাদর্শনং তেষাং বিপ্রাস্তে স্বযুগৃহান্ ।।১১৭।।
এতত্তে সর্বমাখ্যাতং ময়া পর পরঞ্জয় ।
যদাশ্চর্য্যমভূৎ তত্র বাজিমেধে মহাক্রতৌ ।। ১১৮ ।।
ন বিস্ময়স্তে নৃপস্তে যজ্ঞে কার্য্যঃ কথংচন।
ঋষিকোটিসহস্রানি তপোভির্যে দিবংগতাঃ ।।১১৯।।

---

কুরুরাজ, ধর্মরাজ, যুধিষ্ঠীরনা যজ্ঞ তৌরি হায়বহ তাবদগী য়ায়া আশা তৌনা ঐ মফম অসিদা লাক্লিবসিনি। অহুব হকচাং তংখাইসি সনা ওমু হায়বা হাল্লে ।।১০৩।। ব্রাহ্মণশিরোমনিশা। ঐনা নোকথিবহনি। সনা লুপা মপৈ মপৈনা তৌথিবা যজ্ঞ অসিদি অহুৱৈগী উঞ্ছবৃত্তি ব্রাহ্মণহনা য়াম খয়া অমনা তৌথিব যজ্ঞহ ফংদেদনা হায়না নোকখিবহনি।।১১৪।। সক্তু (য়াম মতুম) সেব অমতনা তৌথিবা যজ্ঞহুগী মনম খজিক্কং ফংবদা ঐগী হকচাং তংখাই অমসিনা ওনখ্রে। অহুবু ময়াম্না সনালুপা মসিমক্কা মপৈনা তৌবা যজ্ঞহনদি ওমদে। সক্তু (য়াম) খুয়া অমনা তৌবা যজ্ঞহনা হেনখ্রে: ।। ১১৫।। বৈশম্পায়ননা হায়:— জনমেজয়। খৈরোম (নকুল) অহনা ব্রাহ্মণশিংদা অসুম্না হায়রগা নকুল অহ খংমাংমাংখ্রে। অমুদগীদি ব্রাহ্মণশিং অহুসু অচকপা কংনা নাপল পুমমক পাদোক্নুনা ময়ুম মযুমদা হল্লখি।। ১১৬-১১৭।। শত্রু পুম্বৰ জয়া। জনমেজয়। নিংথৌ। নহাক যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞহুদা করি অচকপা ঘটনাককা থোকখিবরা হায়বদো, ঐনা লীরবসিনি। ।। ১১৮ ।। নিংথৌ! যজ্ঞহুগী সম্বন্ধদা থোকখিবা থৌদোক অহু নংনা খক অচকম থোক্কে। মমাংদা ঋষি লিশিং লিশিং হৌখ্রে চংখ্রে। মখোয়হু যজ্ঞ অমত তৌরমদনা দিব্যলোক ব্রহ্মলোকতা চংনখবনি।। ১১৯।।

অদ্রোহঃ সর্বভূতেষু সংতোষঃ শীলমার্জবম্। তপো দমশ্চ সত্যং চ প্রদানংচেতি সম্মিতম্ ॥১২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকে পর্বণি অনুগীতা পর্বণি নকুলাখ্যানে নবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ X ॥ X ॥ X ॥

---

অদুনা, নিংথৌ! যাগযজ্ঞনচিংবা ধর্ম কর্ম তৌবদা নাপল, থোয়বা-লেম্বা থক তৌগদ্রু। ঈচম চমনা লৈয়। ইন্দ্রিয় থংম চমুনা কামক্রোধ লোভনচিংবা থাদোকউ। ঐ নিংথৌনি হায়বগী চাউথোকচ্ছ নিয়ম চুম্না ফংবা পোশক থজিক্কনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা যজ্ঞ তৌ, দান তৌ। নিয়ম কায়না ফবা সনা লুপা মপৈ মপৈনা যজ্ঞ তৌগে থক থনগদ্রু। যজ্ঞগী গুণ মহিমাদি সম্পত্তিনা ওইহনবা য়ায়োই। থজিক্কনা মহৈ য়াম্না ফংননবা তৌ ॥ ১২০ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামশা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদ অনুগীতা পর্বদা নকুলোপাখ্যানদা মরিফুতবাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥ X ॥ X।

---

# দ্বিনবতিতমোঽধ্যায়ঃ

## মবিক্কুতরানিথোইশুবা অধ্যায়

(মহর্ষি অগস্ত্যগী যজ্ঞগী বারী)

বৈষ্ণব ধর্মগী মতাং

—:( • ):—

জন্মেজয় উবাচ

ধর্মাগতেন ত্যাগেন ভগবন্ স্বর্গমস্তি চেৎ। এতন্মে সর্বমাচক্ষ্ব কুশলো হ্যসি ভাষিতুম্ ॥১।
তসোঞ্ছবৃত্তের্যৎবৃত্তং সক্তুদানে ফলং মহৎ। কথিতং মম ব্রহ্মংস্তথ্যমেতদসংশয়ম্ ॥২॥
কথং হি সর্বযজ্ঞেষু নিশ্চয়ঃ পরমোঽভবৎ। এতদর্হসি মে বক্তুং নিখিলেন দ্বিজর্ষভ।৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। অগস্ত্যস্য হি মহাযজ্ঞে পুরাবৃত্তমরিংদম ॥৪।
পুরাগস্ত্যো মহাতেজা দীক্ষাং দ্বাদশবার্ষিকীম্। প্রবিবেশ মহারাজ সর্বভূতহিতে রতঃ ॥৫॥
তত্রাগ্নিকল্পা হোতার আসন্ সর্বে মহাত্মনঃ। মূলাহারাঃ ফলাহারাঃ সাশ্মকুট্টা মরীচিপাঃ ॥৬॥

---

জনমেজয়না হায় :— ভগবন! ধর্ম কাম্নরনা, ধর্মতনা ফংবা ধননা দান তৌরবতদা স্বর্গ ফংলবদি মাহুগী মরম পুম্নমক্ক ঐংোন্দা অমুক্ক শেংনা হায়বিয়ু। শেংনা তাকপীবা ব্যাখ্যান তৌবদ। হৈশিংলবা ব্রাহ্মণ নহাক্কি ॥১॥ ব্রাহ্মণ! উঞ্ছবৃত্তি চৎপা ব্রাহ্মণনা যজ্ঞহুনা, সক্তুতনা দান-যজ্ঞনাচংবা তৌরবদি ওস্থোক্না ফরবা মহৈবু ফংডি হায়বসিমদি ঐংোন্দা তাহনবিরে। মাহুমদি থাঙ্গেশেংনা চুম্নি হায়বসি লৌজরে ॥২॥ অদুবু যজ্ঞ পুম্নমক্কা অহুম্না সক্তুতনা যজ্ঞ তৌবদি ওইথোক্কবনিনা অতৈ অতৈগীনা কমদৌবা হায়বহুগী মম্নমদা হায়বিয়ু ॥৩। বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— নিংথৌ! জনমেজয়! নংনা হংলিবাসগী মরমদা, মমাঙৈগী কুইববা ইতিহাসগী বারী অমা থুদম ওইনা লীবৈ। মাহু ঐ হায়গে তাও ॥৪॥ অচম্ভত জীব পুম্নমক্কী মঙ্গল ওংনা লৈননবগী, মঙ্গল ওইননবগী উদ্দেশ্যদা চহী তরানিথোই চুপ্পা তৌগদবা যজ্ঞ অমত্তং তৌননবগীদমক্কা মহাতেজস্বী অগস্ত্য মুনিনা দীক্ষা লৌখি ॥৫॥ মহাত্মা ওইরবা, মহাতেজ কলবা অগস্ত্যগী যজ্ঞদা, অগ্নিদেবমক্কা মাম্নরবা তেজ কল্রবা মহর্ষি মক্কনা হোতা ওইখি। যজ্ঞ অহৃদা মহৈ মরোংত চাবা, উঙ্গ রাক্কত চাবা, নুংদা শগাংরগা চাবা, নুমিৎকী মঙাল-মুংশাত থকপা, করি কংলু ভায়না হুংলবত্তদা লৌবা চাবা, যজ্ঞ তৌখিবগী মথাক লেমহৌবতা চাবা, অসিগুম্না তম্নবিচার মুম্না তৌরগা চাবা মহর্ষিশিংতনা হোতা ওইহনা তৌবা যজ্ঞনি ॥৬-৭॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ

যজ্ঞস্য বিধিমগ্র্যং বৈ যফলং চাপি নরাধিপ। গদতঃ শৃণু মে রাজন্ যথাবদিহ ভারত ॥৭॥
পুরা শক্রস্য যজতঃ সর্ব উচুর্মহর্ষয়ঃ। ঋত্বিক্ষু কর্মব্যগ্রেষু বিততে যজ্ঞকর্মনি ॥৮॥
হূয়মানে তথা বহ্নৌ হোত্রে গুণসমন্বিতে। দেবেষ্বাহূয়মানেষু স্থিতেষু পরমর্ষিষু ॥৯॥
সুপ্রতীতৈস্তদা বিপ্রৈঃ স্বাগমৈঃ সুস্বরৈর্নৃপ। অশ্রান্তৈশ্চাপি লঘুভিরধ্বর্যুবৃষভৈস্তথা ॥১০॥
আলম্ভসময়ে তস্মিন্ গৃহীতেষু পশুষ্বথ। মহর্ষয়ো মহারাজ বভূবুঃ কৃপয়ান্বিতাঃ ॥১১॥

ততো দীনান্ দৃষ্ট্বা ঋষয়স্তে তপোধনাঃ।
উচুঃ শক্রং সমাগম্য নায়ং যজ্ঞবিধিঃ শুভঃ ॥১২॥
অপরিজ্ঞানমেতৎ তে মহান্তং ধর্মমিচ্ছতঃ।
নহি যজ্ঞে পশুগণা বিধিদৃষ্টাঃ পুরন্দর ॥১৩॥
ধর্মোপঘাতকস্ত্বেষ সমারম্ভস্তব প্রভো।
নায়ং ধর্মকৃতো যজ্ঞো নহিংসা কম উচ্যতে ॥১৪॥

বৈশম্পায়না হায়:— নিংথৌ! ভরতনন্দন জনমেজয়! যজ্ঞগী বিধি অফুগা মহৈগী মরমদা চপ চানা, বিধি কায়দনা হায়গে তাও ।৭। নিংথৌ! অ-মমাঙৈগী রানি ইন্দ্রনা যজ্ঞ তৌবা মতমদা মহর্ষি-ব্রহ্মর্ষিশিংনা বেদমন্ত্রগী উচ্চারণ তৌই, ঋত্বিকশিংনা মাগী মাগী কম বিভাগ (মথৌ) পুক্নীং চঙনা তৌদুনা লৈ। যজ্ঞগী কার্যক্রম অদু য়ায়া নীংথিন মথ মথং চথদুনা লৈ। যজ্ঞাগ্নিদা হোম তৌদুনা, দেবতাশিংবু লোইনা কৌদুনা, আবাহন তৌদুনা অচৌ অচৌবা মহর্ষি সপ্তর্ষিশিংনা য়াম্না থরায় য়াওন, চাদ খক্তনা থবক চথদুনা লৈ। অদুম্না তৌবকপসি পশু আঃ ত্তনবগী (যজ্ঞগী পশু বলিদান) মতম পারা লাক্লে। পশুশিং (শা বাসি তৌননবগী পুক্নিল্লকপা, চিংশিল্লকপা মতমদা লৈরিবা মহর্ষিশিংদগী পুক্নীং থম্মোয়দা মুংশিবা (দয়া) মুংশিবিবা অমা খংহৌদনা পোকখি। ৮-১১। হাৎকনি হায়বা থঙজরবা শাশিংদুবু নমদুনা শ্রো শ্রো লাক্লা চিংশিল্লকপা শাশিংদগী দয়নায় দয়া তৌনিংলায় অবস্থাদু উবদা মহর্ষিশিংদুনা ইন্দ্রদা অদুম্না হায়রকই দেবরাজ! যজ্ঞগী রেস্তা পশুবলিদান তৌবগী বিধি অমা লৈরম্লিবা য়াম্না চুমদে। হিংসা তৌবগী চাউখ্রবা দোষ পাপ অমা লাকপা তারে। মাদু মঙ্গল ওইবগী থবক নত্তে ॥১২॥ পুরন্দর! ইন্দ্র! মাসি ইন্দ্র! নহাক্না পশুবধ (শা হাৎপা) গী থবক পারা অমা চথনীংলি। মাসি চুমদে। নিংথৌ নঙোন্দা— মহা অজ্ঞান (পঙথবা) অম লাকলে। ঐথোয়না অদুম যেংবা-থিবা হুদ্বদা যজ্ঞদা শা হাৎলু হায়বসি থেংনদে ॥১৩॥ প্রভু! পুরন্দর! যজ্ঞনা অফবা পীবদি লায়রকুনা পরম ধর্মদু মক্ক ফংনা থুদেকপা হায়না লাকদৌরি। অদুনা তৌবীগে নীংলিবা যজ্ঞ অসে, ধর্মগী মাম্মোক্তা লৈরে। ধর্মগী অনুকূল ওইদ্রে। হিংসাবু ধর্মকর্মগী থবক্তা য়াওজবা চুমদ্রে। হিংসা তৌববু ধর্মনি হায়বসে কম্বিগুম্না মকমদা বেদশাস্ত্রদা য়াওদে ॥১৪॥

আগমেনৈব তে. যজ্ঞংকুর্বন্তুযদি চেচ্ছসি ।।১৫।।

বিধিদৃষ্টেন যজ্ঞেন ধর্মস্তে সুমানভবেৎ । যজ্ঞ বীজৈঃ সহস্রাক্ষ ত্রিবর্ষপরমোষিতৈঃ ।।১৬।।

তদধর্মো মহান্ শক্র মহাগুনফলোদয়ঃ । শতক্রতুস্তু তৎ বাক্য মূর্ভিস্তত্ত্বদর্শিভিঃ ।।১৭।।

উক্তংমপ্রতিজগ্রাহ মনাৎ মোহবশংগত । তেষাং বিবাদঃ সুমহাঞ্জশক্রযজ্ঞে তপস্বিনাম্ ।।১৮।

জঙ্গমৈঃ স্থাবরৈর্বাপি যষ্টব্যমিতি ভারত । তে তু খিন্না বিবাদেন ঋষয়স্তত্ত্বদর্শিনঃ ।।১৯।।

তদা সংধায় শক্রেণ পপ্রচ্ছুর্নৃপতিংবসুম । ধর্মসংশয়মাপন্নন্ সত্যাংক্রুহি মহামতে ।।২০।।

মহাভাগ কথং যজ্ঞেষ্বাগমো নৃপসত্তম । যষ্টব্যং পশুভির্মুখ্যৈরথো বীজৈ রসৈরিতি ।।২১।।

তচ্ছ্রুত্বা তু বসুস্তেবামাবিচায্য বলাবলম্ । যথোপনীতৈর্যষ্টব্যমিতি প্রোবাচ পার্থিবঃ ।।২২।।

---

হিংসাগী থবক মরিক অমত য়াওহন্দনা যজ্ঞ তৌবীয় । শাস্ত্রগী বিধি কায়না অদুম তৌরবদি ধর্মগী প্রাপ্তি ওইগনি দেবতা পূয়মক্কী মঙ্গল ওইগনি ।।১৫।। নেত্র (মীৎ) লিশিং অম পানবা ! চহী অহুম শুরবা জীরবা মরু মরাং (ফৌ চেং-গেহুনচিংবা) না হোম তৌবিয়ু । অদুম তৌরবগদা ওস্থোক্লা গুণ চেল্লবা মহৈ ফংবিগান ।।১৬।। মহর্ষিশিংনা অসুম্না হায়রবদু ইন্দ্রনা অভিমাননা (খোয়বা-লৈম্না অহংকারনা ইন্দ্রনা স্বীকার তৌদ্রে । য়ানিংদে । মোহ (শুমহৎপা-অজ্ঞান) গী লাংদা থুদ্রে ।।১৭।। অদুগা ভারত ! জনমেজয় ! মহর্ষিশিংদুগী মরক্তু তর্ক বিতর্ক য়াম্না কন্না চাথরক্লে । মখোয়গী মরক্তা পক্ষ অমনা অসুম্না হায়রি :— অচৎ-চত্তা হায়না লৈরিবা জীব মথল অনিগী মথুংদা শা-উচেক্লাচিংবনা অচৎপা জীব হায়বদুনি ফৌ চেঙ-হবায় হৈপাল লৈপাল-উ বানা মশাদা জীব লৈরবসু চত্তবা জীব হায়বদুনি আত্মা-জীব অসিদি অচৎপনি । অদুনা অচৎপা জীবনা হায়বদি শা-চানা জীবনা আত্মা জীবাত্মাগগী পেন্নবা ওইগনি হায়না য়েংলি । পক্ষ অমনা রাফম তর্ক অসি য়ানিংদে কৎথৎলি । জীবনা লৈরিবা মহাক্কা পামজবা ওইনা চত্তবা অশিবা মৃত-মর্ত্তা হকচাংসিদা লৈরি । অদুনা চত্তবনা অচৎপা মাগী পেন্নবা তৌগদবনি । অসুম্না যেংলি ।।১৮।। ভরতনন্দন ! জনমেজয় ! পক্ষ-বিপক্ষ (বাদী-বিবাদী) পক্ষ অনীসি য়াম্না কন্না আ য়েীনা য়েংনথি । অসুম্না বাদ-বিবাদ তৌনরকপসিদা পক্ষ অনীমক কুইনা চাদ থজনা য়েংনরকপদা সিদ্ধান্ত লেপ্পা ঙমদদুনা মথা ওাফম থঙনদে মশা চোকথনরক্লে । অদুগী মথোয়না রাজা উপরিচর বসুগী নাক্তা ইন্দ্রমক য়াওনা চংখিদুনা অসুম্না হংখি ।।১৯-২০।। নিংথৌ ! উপরিচর বসু ! ধর্ম-অধর্মগী বিষয়দা মেন্দাফম থঙবা মতাং অমা লাক্লে । মসি নহাক্কী মত দা কম্নি লৈ ? যজ্ঞগী বলিদান অসি মহৈ মরোংনা তৌফম থোকপ্রা ? পশু (শা-ঙা) না তৌফম থোকপ্রা ? ।।২১।। মাহ তাবদা, রাজা উপরিচরবসু কৌবা চেদিরাজসিনা, তৌনরিবা তর্ক অসিগী মশাদা সার ওইবা কারবা অদুগা অসার ওইবা কারদবা করি করি য়াওরি হায়বদু বিচার মুন্না তৌদুনা ঈশম শম্না অসুম্না হায়-দোরকই :— অম থঙদে, অম থঙদে, ঐ ান হানবদা ফংবা পোৎ অদুনা যজ্ঞগী বলিদান হোমনচিংবা তৌগদবনি ।।২২।।

এবমুক্ত্বা স নৃপতিঃ প্রবিবেশ রসাতলম্। উক্ত্বাথ বিস্তরং প্রাহ চেদীনামীশ্বরঃ প্রভুঃ ।।২৩।।
তস্মান্ন বাচ্যং হ্যেকেন বহুজ্ঞেনাপি সংশয়ে। প্রজাপতিসমং হ্যাহ স্বয়ম্ভুবমৃতে প্রভুম্ ।।২৪।।
তেন দত্তানি দানানি পাপেনাশুদ্ধবুদ্ধিনা। তানি সর্বাণ্যনাদৃত্য নশ্যন্তি বিপুলান্যপি ।।২৫।।
তস্যাধর্মপ্রবৃত্তস্য হিংসকস্য দুরাত্মনঃ। দানেন কীর্তির্ভবতি ন প্রেত্যেহ চ দুর্মতেঃ ।।২৬।।
অন্যায়োপগতং দ্রব্যমভীক্ষ্ণং যোহ্যপণ্ডিতঃ। ধর্মাভিশংকী যজতে ন স ধর্মফলং লভেৎ ।।২৭।।
ধর্মবৈতংসিকো যস্তু পাপাত্মা পুরুষাধমঃ। দদাতি দানং বিপ্রেভ্যো লোকবিশ্বাসকারণম্ ।।২৮।।
পাপেন কর্মণা বিপ্রো ধনং প্রাপ্য নিরঙ্কুশঃ। রাগমোহান্বিতঃ সোঽন্তে কলুষাং গতিমশ্নুতে ।।২৯।।
অপি সংচয়বুদ্ধির্হি লোভমোহবশংগতঃ।
উদ্বেজয়তি ভূতানি পাপেনাশুদ্ধবুদ্ধিনা ।।৩০।।

---

অসুম্মা হায়রুবদগী চুমদনা বায়েল তৌরুবদগী চেদিরাজ উপরিচর বসু অসি আ রসাতলদা চংপা লাখি। আ লৈতনা হন্নবা থাকতা লৈখি চংখি ।।২৩।। চিংনবা অমতং লাকপদা ভগবান স্বয়ম্ভু প্রজাপতি ব্রহ্মা নত্তনা মহাজ্ঞানী, লোইনা তাইবং মীনগী লাইফাওবনস্তু নির্ণয় তৌবা-চিংনব কোকহনবা ঙম্মোই। অদুনা, ব্রহ্মাদগী মীমাংসাদু লৌরুকম থোকই ।।২৪।। শুদ্ধবুদ্ধি চেন্দবা, মবুকচেল মাংবা মী অমনা তৌবা যাগযজ্ঞ দানচিংবস্তু মপান্দা ফনা য়াম্না চাউহনস্ত উংতা মী হৈবনি ।।২৫।। অধর্মদা পুক্নিং চঙবা মবুদ্ধি ফত্তবা, পুকচেল শেংদবা, পাপচেনবা, হিংসা তৌবা মীনা তৌবা দান-যজ্ঞনচিংবা, মপান্দা য়েংবদদি ফজবা, লোক সমাজদা লেম্মনীংবনা তৌবা ধর্মগী থবক্না মীদুবু ইহললোকপর লোকমক্তা মিংচৎ থীহল্লি ।। ৬।। চুমদবা উপায়না হিংসানা তাল্লকপা-ফংলকপা পোৎ লল অদু তানশিল থোমজিন্নদুনা ধর্মগী বিষয়দা চিংনন। তৌবা যজ্ঞ-দান অদুগী মহৈ করিমতা লৈতে ।।২৭।। লোক সমাজদা ধর্মগী থবক তৌই, যজ্ঞ তৌই, দান হায়না উংনীংবা, পক্সেং কিরাল থেংনীংবা, ধর্মধ্বজী ওইবা, ময়ামদা খঙহনবা লাউথোকপা, মী মহাকতু পাপীনি, নরাধমনি, মিংচৎ ফংননবগীদমক মনা মথেল ফংননবগীদমক ধর্মগী নাম দা তৌরিবস্তু ধর্মগী য়েক্নবনি মহাঅধর্মীনি। মহাকনা তৌরিবা থবকস্তু মীনা নংশিনবা, মীনা থাগৎননবগী থবক্নি। অদুগুম্বা দানবু লৌরিবা মচান্দা মপান্তনা চারোল তৌদুনা মঙ্গল আশীর্বাদ ব্রহ্মণ অদুস্তু পাপকী শরুক অদু ফংবা য়াওগনি। মরমদি অধর্মীদুবু মহাক্না মপান্দাতা থাগৎশিনৈ ।।২৮।। পাপকর্মদগী ফংলকপা পোৎতু ফংলগা লৌরগা সুংঙাইজরবা ব্রাহ্মণ অদুসু লোভমোহগী লাংদা থুখিবনা দোষ লৈরবা মাংলবা মপোক্তা গতিদা চংখি ।।২৯।। অপাম্বনা থোরাংবনা মীহৌবনা লৌশিল্লগা লোইরে হায়দুনা অদুগুম্বা বুদ্ধিত তৌরিবা ব্রহ্মণ অদু কারদবা অনিত্য পোশকতা ফংননবগী রাখস্ত তৌবা মরমনা মশা মথন্তগী মাঙবত নত্তনা থাজহনবুসু পাপ ওইহল্লি। যশঃ কমাইস "বাগ বজ্রেন যজমানং হনস্তি" হায়বহনি। হায়বাদ, স্য ত নত্তনা অত্তোম্নবুসু পাপ চেলহল্লি মাঙহল্লি ।।৩০।।

এবং লব্ধ্বা ধনং মোহাদ্যোহি দদ্যাদ্ যজেত বা । ন তস্য স ফলং প্রেত্য ভুঙ্‌ক্তে পাপধনাগমাৎ ।।৩১।।
উঞ্ছং মূলং ফলং শাকমুদপাত্রং তপোধনাঃ । দানং বিভবতো দত্ত্বা নরাঃ স্বর্যান্তি ধার্মিকাঃ । ৩২।।
এষধর্মো মহাযোগো দানংভূতদয়া তথা। ব্রহ্মচর্য্যং তথা সত্যমনুক্রোশো ধৃতিঃক্ষমা ।।৩৩।।
সনাতনস্য ধর্মস্য মূলমেতৎ সনাতনম্ । শ্রূয়ন্তে হি পুরা বৃত্তা বিশ্বামিত্রাদয়ো নৃপাঃ ।।৩৪।।
বিশ্বামিত্রোঽসিতশ্চৈব জনকশ্চ মহীপতিঃ । কক্ষসেনার্ষ্টিষেণৌ চ সিন্ধুদ্বীপশ্চ পার্থিবঃ ।।৩৫।।
এতে চান্যে চ বহবঃ সিদ্ধিং পরমিকাং গতাঃ । নৃপাঃ সত্যৈশ্চ দানৈশ্চ ন্যায়লব্ধৈস্তপোধনাঃ ।।৩৬।।
ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যাঃ শূদ্রা যে চাশ্রিতাস্তপঃ । দানধর্মাগ্নিনা শুদ্ধাস্তে স্বর্গং যান্তি ভারত ।।৩৭।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বণি অনুগীতাপর্বণি হিংসামিশ্রধর্মনিন্দায়ামেকনবতিতমোঽধ্যায়ঃ । X ।। X ।

---

অসুয়া কাম লোভদগী অচুম-চুমদ য়েংদনা ফংলকপা লোশক ধর্ম অচুমা যাগয়জ্ঞদায় তৌরিবা মীশু ইহলোক পরলোক অনীমক্তা হায়বদি, পরলোকতা প্রেতলোকতা লৈরগা মপু কাওবা নরকতা চিংথে । ইহলোকতা লৈন্নিবা মচা মপু কাওবদু নরক তাহন্নি ।৩১।। তপস্যাতনা লৈরিবা মীবা উঞ্ছ-লোক-থুনবা তপোধন ওইবা মহাকনা হৈ-লৈ মনা অমতনা চেঙ হবাই অতা অতু মরীক অমতনা পুকচেল শেংনা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নননা তৌবা দান যজ্ঞতুনা কৈরাক থাদুনা স্বর্গ কায় ।।৩২।। অচুম্বা দান, অচুম্বা মহাধর্ম, মহাযোগ, জীব পানবা খুদিংমকপু থুংশিবা, সত্য, করুনা ধৃতি, ক্ষমা মথোয়-সিবুনি সনাতন ধর্ম হায়রিবসি । মামাংদা নিংথৌ ক্ষত্রিয় বিশ্বামিত্রনা হায়রিবসিগী থারনাদা তৌথিবা দান-তপস্যানা ব্রহ্মশিংমকুগীশু মকোক থোংবা ব্রহ্মর্ষি ওইথি ।৩৩-৩৪।। বিশ্বামিত্র, অসিত, নিংথৌ জনক কক্ষসেন, আষ্টিষেন নিংথৌ সিন্ধুদ্বীপ কৌবশিংনা ন্যায়বিধি কায়দনা পোশকতনা দান তৌথিবনা সিদ্ধিবু ফংথি ।।৩৫-৩৬।। ভরতনন্দন ! নিংথৌ ! জনমেজয় ! ব্রাহ্মণ থওদে, ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র থওদে, অচুম্বা দান যজ্ঞনা থাক অমতদা থেম্নবা লৈতনা স্বর্গ কায় ।।৩৭।।

মসুম অসিনা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংখ্রো সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্ব দা, অনুগীতা পর্বদা হিংসামিশ্রধর্ম নিন্দা দা (হিংসা য়াওবা ধর্মগী থবকপু নিন্দা তৌবা) গী মরিফুমামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ।। X ।। X ।।

---

# একনবতিতমোঽধ্যায়ঃ

## মরিক্তরামাথো ঽশুবা অধ্যায়

(হিংসা য়াওবা যজ্ঞ, হিংসা য়াওবা ধর্মগী নিন্দা)

—:( 0 ):—

**জনমেজয় উবাচ**

যজ্ঞৈ সক্তা নৃপতয়স্তপঃ সক্তা মহর্ষয়ঃ । শান্তিব্যবস্থিতা বিপ্রাঃ শমে দম ইতি প্রভো । ১।
তস্মাৎ যজ্ঞফলৈস্তুল্যং ন কিংচিদিহ দৃশ্যতে । ইতিমে বর্ত্ততে বুদ্ধিস্তথা চৈতদসংশয়ম ।।২।।
যজ্ঞৈরিষ্ট্বা তু বহবো রাজানো দ্বিজসত্তমাঃ ইহ কীর্ত্তিং পরাং প্রাপ্য প্রেত্যাস্বর্গমবাপ্নুয়ুঃ ।।৩।
দেবরাজঃ সহস্রাক্ষঃ ক্রতুভির্ভূরিদক্ষিণৈঃ । দেবরাজ্যং মহাতেজাঃ প্রাপ্তবানখিলং বিভুঃ ।।৪।
যদা যুধিষ্ঠিরো রাজা ভীমার্জুনপুরঃ সরঃ । সদৃশো দেবরাজেন সমৃদ্ধ্যা বিক্রমেণ চ ।।৫।।
অথ কস্মাৎ স নকুলো গর্হয়ামাস তং ক্রতুম ।
অশ্বমেধং মহাযজ্ঞং রাজেন্দ্রস্য মহাত্মনঃ ।।৬।।

---

জনমেজয়না হায় :— প্রভু ! জ্ঞানী ! বৈশম্পায়ন ! নিংথৌশিংনা অশ্বমেধ রাজসূয়নচিংবা যজ্ঞ তৌননবগী হোৎনৈ। মহর্ষি তপস্বীশিংনা তপস্যা তৌননবগীত হোৎনৈ। অদুগা ব্রাহ্মণশিংনা পুক্নীংবু কাজিন্দুনা ইন্দ্রিয় খুদুম চনবনা জগৎতা শান্তি পুরক্লবগীত হোৎনৈ। পুক্নীংবু ফাজিল্লবদি, মনোনিগ্রহ হায়বদু তৌরবদি ইন্দ্রিয়বু খুদুম চনবা হায়বদু মশানা অদুম লাকচৈ। ১। মরম অদুনা যজ্ঞ ফলগা মান্নবা মহৈ পীগদবা কর্ম অমত্ত সংসারদা লৈত্রমাত্তে থল্লি, যজ্ঞগী মরমদা (যজ্ঞ তৌবগী কান্নবগী মরমদা) অদুম খবদা মাসি ওইরমাল্লে হায়না চিংনবা লৈতনা থল্লি ।।২। যজ্ঞ কয়া কয়াগী অনুষ্ঠান তৌরমদুনা নিংথৌ কয়া কয়া, মহর্ষি কয়া কয়া স্বর্গ কানখ্রে । ৩।। মীৎ লিশিং অমা পানবা মহাতেজ লল্লবা দেবরাজ ইন্দ্রনা অশ্বমেধ চামরক তৌরমদুনা (শতক্রতু ওইদুনা) স্বর্গ কাখিবত নত্তনা স্বর্গগী (লাইবাক্কী) নিংথৌ ওইখ্রিবসিনি ।।৪।। ভীম অর্জুননা অনীনা সহায়-উপায় ওইদুনা তৌখিবা যজ্ঞ অদুনা ইন্দ্রগা চপ মান্ননা ইহলোকতা ভাংহোইখি ।।৫। অদুবু, অদুক চাউথ্রবা যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞঅদুবু নকুল (থৈরোঙ) দুনা কৈদৌনা অদুক শাথিনা নিন্দা তৌখ্রিবনো । ৬।

পরিপ্রষ্টিকা বৈষ্ণাসিকাঃ সংখ্যানাস্তথৈব চ। যতয়ো ভিক্ষবশ্চাত্র বভূবুঃ পর্য্যবস্থিতাঃ।।
সর্ব্বে প্রত্যক্ষধর্ম্মাণো জিতক্রোধা জিতেন্দ্রিয়াঃ। দমে স্থিতাশ্চ সর্ব্বে তে হিংসাদম্ভবিবর্জ্জিতাঃ।।৮।।
বৃত্তে শুদ্ধে স্থিতা নিত্যমিন্দ্রিয়ৈশ্চাপ্যবাধিতাঃ। উপাতিষ্ঠন্ত তং যজ্ঞং যজন্তস্তে মহর্ষয়ঃ।।৯।।
যথাশক্ত্যা ভগবতা তদন্নং সমুপার্জ্জিতম্। তস্মিন্ যজ্ঞে তু যৎ কৃত্যং যৎ যোগ্যং চ তদাভবৎ।।১০।।
তথা হ্যনেকৈ মুনিভির্মহান্তঃ ক্রতবো কৃতাঃ। এবং বিধে ত্বগস্ত্যস্য বর্ত্তমানে তথাধ্বরে।
ন ববর্ষ সহস্রাক্ষস্তদা ভরতসত্তম।।১১।।
ততঃ কর্ম্মান্তরে রাজন্নগস্ত্যস্য মহাত্মনঃ। কথেয়মভিনির্বৃত্তা মুনীনাং ভাবিতাত্মনাম্।।১২।।
অগস্ত্যো যজমানোঽসৌ দদাত্যন্নং বিমৎসরঃ। ন চ বর্ষতি পর্জ্জন্যঃ কথমন্নং ভবিষ্যতি।।১৩।।
এবং চেদং মহৎ বিপ্রা মুনের্দ্বাদশবার্ষিকম্।
ন বর্ষিষ্যতি দেবশ্চ বর্ষাণ্যেতানি দ্বাদশ।।১৪।।

---

মখোয় অদু প্রত্যক্ষ ওইবা ধর্ম্মতবু পালন তৌবা, ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চল্লবা, পুক্লীংবু কাজিল্লবা, হিংসা দম্ভ, অহংকারগী মমিফাওবা তাক্রবা অদুগুম্বা মহর্ষি মক্তনি। পুক্লীংনা বুদ্ধিনা থপ্নোয়-হকচাংবু করিমতা ফাবা তৌহল্লবা মীশক ওাক্তনি। অদুগুম্বা মীশকতনা কমদুনা তৌবা যজ্ঞনি।।৮-৯।। ভগবান অগস্ত্যনা যজ্ঞ অদুদা চত্তগদবা মচাকশিং অদু, ভন্নমখৈ হোংপ্রবা, হীরম পুম্নমক্কা দোষ মচেং অমত য়াওহবা অন্নতবু সংগ্রহ তৌখি। খিদুনা পুবকখি। যজ্ঞ অদু অগস্ত্য মুনি মশামক্কা তৌবদা মতীক চারবা যজ্ঞ হাম্নবদু ওইখি।।১০।। অদুগুম্বা যজ্ঞদু মমাংঙৈদগী মুনিশিংনা মতৌনধবা যজ্ঞনি। নিংথৌ! জনমেজয়! অগস্ত্য মুনিগী যজ্ঞ হেক হৌগৎলকপা মতমদা দেবরাজ ইন্দ্রনা নোং মরিক অম ফাওবা চুথহল্লকত্রে।।১১। নিংথৌ! জনমেজয়! যজ্ঞ তৌবগী ওহাক হাওবা মতমদা পোথাবা ওইনা যজ্ঞ ফম্লিবা জ্ঞানী মহর্ষিশিংতনা মহাত্মা অগস্ত্যনা তৌরিবা যজ্ঞগী মরমদা অসুম খন্নরকই রাতান্নরকই:—।।১২।। মহর্ষি পুম্নমক মমিং চৎলবা ঐখোয়দগী হেন্না জ্ঞান-তেজ লৈরবা অগস্ত্য কৌবসিনা ঐখোয়গী যজমান ওইরি। ঐখোয়বু মহাক্না মাগী পুরোহিত ওইহন্দুনা যজ্ঞ অসি তৌহল্লি। শেংলবা, দোষ কবিমত্ত য়াওদ্রবা পোশক অমগীমক্তা ঐখোয়দা পুশিন্নক্লি লাম্বিল্লকলি। অদুবু অমরোমদা, ইন্দ্রনা নোং মন্নীক থীকথরকত্রে। ইন্দ্রনা মশামক্কা কল্লক্তনা কমদৌগে য়েংত্ত হায়না তৌরিব্রা? নোংনা অসুম তান্নকত্রবদা মহৈ মরোং অম করম হায়না তৌগনি? জগৎকী উপকারগী দমক্ক তৌরিবনি মহা যাজ্ঞনবশী মশক ওইগদৌরি। যজ্ঞ কমল্লিবা ঐখোয়দা দোষ লৈরবনরা।।১৩।। ব্রাহ্মণ পুম্নমক! অগস্ত্যনা যজমান ওইদুনা তৌরিবা যজ্ঞসি চহী তরামাথোই চৎখগদৌরিবা যজ্ঞনি। [illegible] দেবরাজ ইন্দ্রনা নোং মন্নীক অম ফাওবা তাথিত্রে। ঈশিংগী শক্তক য়াওত্রবদি যজ্ঞসি করম হায়না চৎখনি?।।১৪।।

ধর্মদৃষ্টৈর্বিধিদ্বারৈরেবং তস্যামহে বয়ম্। ভবতঃ সমাগিষ্টা তুষ্টির্হিংসাবিবর্জিতাঃ ॥৩৩॥
এতামহিংসাং যজ্ঞেষু ব্রূয়াস্ত্বং সততং প্রভো। প্রীতাস্ততো ভবিষ্যামো বয়ং তু দ্বিজসত্তম ॥৩৪॥
বিসর্জিতাঃ সমাপ্তৌ চ সত্রাদস্মাৎ ব্রজামহে। তথা কথয়তাং তেষাং দেবরাজঃ পুরন্দরঃ ॥৩৫॥
ববর্ষ সুমহাতেজা দৃষ্ট্বা তস্য তপোবলম্। অসমাপ্তে চ যজ্ঞস্য তাস্যামিতপরাক্রমঃ ॥৩৬॥
নিকামবর্ষী পর্জন্যো বভূব জনমেজয়। প্রসাদয়ামাস চ তমগস্ত্যং ত্রিদশেশ্বরঃ ॥
স্বয়মভেত্য রাজর্ষে পুরস্কৃত্য বৃহস্পতিম্ ॥৩৭॥
ততো যজ্ঞসমাপ্তৌ তান বিসসর্জ মহামুনীন্। অগস্ত্যঃ পরমপ্রীতঃ পূজয়িত্বা যথাবিধি ॥৩৮।

জনমেজয় উবাচ

কোহসৌ নকুলরূপেণ শিরসা কাঞ্চনেনবৈ। প্রাহ মানুষবৎ বাচমেতৎ পৃষ্টোবদস্ব মে ॥৩৯॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

এতৎ পূর্বং ন পৃষ্টোহহং ন চাস্মিভিঃ প্রভাষিতম্। শ্রূয়তাংনকুলো যোহসৌ যথা বাগ্ তস্য মানুষী ॥৪০॥
শ্রাদ্ধং সংকল্পয়ামাস জমদগ্নিঃ পুরাকিল।
হোমধেনুস্তমাগাচ্চ স্বয়মেব দুদোহতাম্ ॥৪১॥

---

ধর্মশাস্ত্রদা তাক্লিবা বিধিতুগী মতুং ইন্না ঐখোয় তপস্যা তৌগনি। হিংসা-য়াওদবা বিধিনা যাগযজ্ঞ তৌবসে নহাক্না পায়ভবা কর্ম অমম্নুনি। অদুনা হিংসাগী শব্দক করিমত য়াওদনা যজ্ঞসি অনুষ্ঠান তৌগনি। ব্রাহ্মণ অথোইবা! অসুম তৌরবতদা নঙোন্দা ঐখোয়গী অপেনবা হায়বদু ওইগনি। যজ্ঞসি বিধি কায়দনা পূর্ণাহুতি তৌরমগা নঙোন্দা বিদায় লৌদুনা ঐগী ঐগী য়ুমদা হল্লখিগনি ॥৩৩-৩৪॥ জনমেজয়! ঋষিশিংনা অসুম্না য়ায়ী শায়রিঙৈ মতমসিমক্তদা মহাতেজ লৈবা ইন্দ্রনা অগস্ত্যগী তপোবল (তপস্যাগী শক্তি) অদু উবদা নোং মরী মরী চুশিল্লকই। যজ্ঞদু হেক লোইশিন্নিঙাওবা য়াত্তবা পায়দনা নোং থীকখ্রে ॥৩৫-৩৬॥ জনমেজয়! অদুদগী হেক্লোক্না দেবেশ্বরনা থাগৎখি ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা যজ্ঞদু লোইরবতুদা মহর্ষিশিংত যজ্ঞবু বিধি কায়দনা লোইশিন্নগা অগস্ত্যদগী বিদায় লৌদুনা চৎখি ॥৩৮॥ জনমেজয়না হায়ঃ মুনি! য়ুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞদা লাকখিবা মথোয় মনানা শাবা, হকচাং অংথাই অমা মনম ওনবা ভাইবংমীগী ত্থাবাদা য়া ংংলবা নকুল (খৈরোম) অদু কনানো? মাহ শেংনা অমুক্ত ফাকনীঙ্কি ॥৩৯॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— নিংথৌ! জনমেজয়! য়া অসি নংমা ঐঙোন্দা হংখিদে! অদুবু ঐনদু হায়খিদ্রি। হৌজিক নহাক্না হংলবনিনা হায়গে, তাও ॥৪০॥ অমাংঙৈগী য়াম্না চুপ্পা ময়াম! নোংমা ঋষি জমদগ্নিনা মমাগী লোয়রনবা শ্রাদ্ধকর্ম অমতং তৌগে হায়না সংকল্প তৌখি। অদুগা তৌরিঙেদা মাগী হোমধেনু কামধেনু অসি হেক লাকই। মুনিনা মাগী মথোয় তুখি ॥৪১॥

তং পয়ঃস্থাপয়ামাস নবে ভাণ্ডে দৃঢ়েশুচৌ। তচ্চ ক্রোধস্বরূপেন পিঠরং ধর্ম আবিশৎ ।।৪২।।
জিজ্ঞাসুস্তমৃষিশ্রেষ্ঠং কিং কুর্যাৎ বিপ্রিয়ে কৃতে। ইতি সংচিন্ত্য ধর্মঃ স ধর্ষয়ামাস তং পয়ঃ ।।৪৩।।
তমাজ্ঞায় মুনিঃ ক্রোধং নৈবাস্য স চুকোপ হ। স তু ক্রোধস্ততো রাজন্ ব্রাহ্মনীং মূর্তিমাস্থিতঃ।
জিতে তস্মিন্ ভৃগুশ্রেষ্ঠমভ্য ভাষদমর্ষনঃ ।।৪৪।।
জিতোহস্মীতি ভৃগুশ্রেষ্ঠ ভৃগবো হ্যতিরোষনাঃ। লোকে মিথ্যাপ্রবদোহয়ং যত্ত্বয়াস্মি বিনির্জিতঃ ।।৪৫।।
বশে স্থিতোহহং ত্বয়্যদ্য ক্ষমাবত্তি মহাত্মনি। বিভেমি তপসঃ সাধো প্রসাদং কুরু মে প্রভো ।।৪৬।।

জমদগ্নিরুবাচ

সাক্ষাৎদৃষ্টোঽসি মে ক্রোধগচ্ছ ত্বং বিগতজ্বরঃ। ন ত্বয়াপকৃতং মেঽদ্য ন চমে মন্যুরস্তি বৈ ।।৪৭।।
যান্ সমুদ্দিশ্য সংকল্পঃ পয়সোঽস্য কৃতো ময়া। পিতরস্তে মহাভাগাস্তেভ্যো বুধ্যস্ব গম্যতাম্ ।।৪৮।।
ইত্যুক্তো জাতসংত্রাসস্তত্রৈবান্তরধীয়ত। পিতৃণামভিষঙ্গাচ্চ নকুলত্বমুপাগতঃ ।।৪৯।।

---

শঙোম অদু জমদগ্নিনা যাম্না চেকশিন্না শেংলবা পাত্র অমদা মথুম থুমক্তিন্দুনা থম্মি। মতম অদুদা ধর্ম হায়বা মশামক্না ক্রোধ (অশাউবা) গী মূর্তি লৌদুনা চঙওকই ।।৪২।। ধর্মনা ক্রোধগী মূর্তি লৌদুনা লাকপদি জমদগ্নি কৌবা মুনিসিগী কদায়দাওবা শাউদবা ভগে হায়বদু পরীক্ষা তৌগে হায়দুনা লাকখিবনি। ধর্মনা খল্লি:— মাগী মাঙননবা ফত্তবা তৌর কাওবদা কদায় ফাওবা শাউদবগে য়েংগে। অদুনা, শ্রাদ্ধ কর্ম-যজ্ঞগীদমক শেংনা থম্মিবা শঙোম অদু শোক্তুনা মাংথোক্লরে ।।৪৩।। মাদু মুনিনা মাগী তপস্যা শক্তিনা উরে। অদুবু করিমত শাউদে। ধর্মনা ক্রোধগী মূর্তি নাইনা শঙোমবু মাংথোক্লবনি হায়বসি খঙদুনা করীমত্ত শাউখিদে। মায়থীবা ফংলবদুনা ক্রোধ মূর্তি লৌদুনা চোংথোরক্তুনা ভৃগুশ্রেষ্ঠ মুনি জমদগ্নিদা অসুম্না হায়রকই ।।৪৪।। ভৃগুশ্রেষ্ঠ! ঐ নঙোন্দা মায়থীবা ফংলে। নহাক্না ঙম্লে। ভৃগু অমদি ভৃগুবংশগী মুনিশিংসে য়াম্না শাউগল্লি হায়না খাইনা খঙনৈ। অদুবু ঙাঙনরিবসে অপনাম (বদনাম) অসে মিথ্যা ওইরে হায়বসি ঐ ঙসিত নংগী মতৌদা ভাব তারে। ঐ নংগী নকমদা মায়থীবা ফংলে ঈকাইবা ফংলে ।৪৫।। জমদগ্নিনা হায়:—ক্রোধ! অশাউবা কৌবা! অশাউবা হায়বা নংবু ঐনা ঙসি মূর্তি নাইনা উরে। ঐ নঙোন্দা করিমতা নঙোন্দা হায়দে। কিগনু, নীংঙাইবা লৈতনা চৎত্রো নহাক ঐঙোন্দা করিমত লান্দে। ঐ নঙোন্দা শাউদে। শাউরবদি নংনা ঐবু ঙমেদনা ।।৪৭।। অদুগা থমখিবা শঙোম পিতৃ মাতৃগী শ্রাদ্ধকর্মদা শীজিন্নগে হায়দুনা শেংনা থম্মনি। অদুবু, পিতৃলোকতগী ঈপা ঈপুদু চান্নু তমপ্রমাল্লে। চৎলো চৎলো। অসুম চান্না থম্বা শঙোম ওইরবোরে হায়বসিতদি খঙঙু ।৪৮।। মুনিনা অসুম্না হায়রকপতুদা কিম্নগদুনা, জমদগ্নিগী পিতৃলোকনা ঐঙোন্দা শাউবা তারে শাপ তৌরকপা তারে হায়দুনা তুমিন্না লোৎখি-মাঙখি। অদুবু পিতৃলোকনা তৌরকপা শাপতগী ক্রোধনি নকুলগী মশক লৌখি। নকুল ওইনা পোকখি ।।৪৯।।

স তান্ প্রসাদয়ামাস শাপস্যান্তো ভবেদিতি। তৈশ্চাপ্যুক্তঃ ক্ষিপন্ ধর্মং শাপস্যান্তমবাপ্স্যসি ॥৫০॥
তৈশ্চোক্তো যক্ষিরূপেণ ধর্মারণ্যং তথৈবচ। জুগুপ্সমানো ধাবন্ স যক্ষং সমুপাসদৎ ॥৫১॥
ধর্মপুত্র মথহাক্ষিপ্য সক্তুপ্রস্থান তেনসঃ। মুক্তঃ শাপাৎ ততঃ ক্রোধো ধর্মো হ্যাসীৎ যুধিষ্ঠির ॥৫২॥
সর্বমেতৎ তদা বৃত্তে যজ্ঞে তস্য মহাত্মনঃ। পশ্যতাং চাপি নস্তত্র নকুলোঽন্তর্হিতস্তদা ॥৫৩॥

---

শাপ অসিদগী কোক্কনবা নকুল অসিনা শাপ কোক্কনবা প্রেতলোককী পিতৃ মাতৃবর্গদা চঙজখি। শাপ কোকহনবিদু হায়জখি। পিতৃলোবতা লৈবশিংনা লাউথরকই:— চৎলু-নং, ধর্মরাজ যুধিষ্ঠীরগী নাক্ত চঙ্ঙুনা মাগী যজ্ঞতু নিন্দা তৌরু। মাহুতদা নং নকুলগী মুক্তিসিদগী নাম্তোকচৌ ॥৫০॥ মথোয়না যজ্ঞ ক্ষেত্র, ধর্মগা মরম লৈনবা মফম, অদুগা ধর্মারন্য হায়বদুগী মফম তাকপীরকই। অদুনা নকুলদুনা অসুম লাক্কুনা যুধিষ্ঠিরবু নিন্দা তৌরুগে হায়দুনা মাগী শাপ কোক্কনবগীদমক্তা লাকখিবনি ॥৫১। ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী মাঙদা লাক্কুনা নকুলদুনা লাক্কুনা যজ্ঞ তৌবগী মহাত্ম্য তাহল্লমবা ক্রোধগা মশক লৌবা ধর্ম অসি শাপ কোক্কুনা থুদক্তা মাঙথোকখিবনি ॥৫২॥ অদুনা নিংথৌ। যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞদা করি করি অঙকপা থোদোক থোকখিবগে হায়না হংখিবদো নঙোন্দা লোইনা তাহল্লবনি ॥৫৩॥

---

# ॥ বৈষ্ণব ধর্মপর্ব ॥

( যুধিষ্ঠিরনা বৈষ্ণব ধর্মগী তত্ত্ব হংবদা বৈষ্ণব ধর্মগী
তত্ত্ব তাকপা অহুগা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্কী তত্ত্ব তাক্সবা )

—:( 0 ):—

জনমেজয় উবাচ

অশ্বমেধে পুরাবৃত্তে কেশবং কেশিসূদনম্। ধর্মসংশয়মুদ্দিশ্য কিমপৃচ্ছৎ পিতামহঃ ॥১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

পশ্চিমেনাশ্বমেধেন যদা স্নাতো যুধিষ্ঠিরঃ। তদা রাজা নমস্কৃত্য কেশবং পুনরব্রবীৎ ॥২॥
বশিষ্ঠাদ্যাস্তপোযুক্তা মনয়স্তত্ত্বদর্শিনঃ। শ্রোতুকামাঃ পরং গুহ্যং বৈষ্ণবং ধর্মমুত্তমম্ ।
তথা ভগবতাশ্চৈব ততস্তং পর্য্যবারয়ন্ ॥৩॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

ত্বত্তস্তব ভাবেন পাদমূলমুপাগতম্। যদি জানাসি মাং ভক্তং স্নিগ্ধং বা ভক্তবৎসল ॥৪॥
ধর্মগুহ্যানি সর্বানি বেত্তুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ। ধর্মান্ কথয় মে দেব যদ্যনুগ্রাহ্য ভাগহম্ ॥৫॥

---

জনমেজয়না হায়:— ব্রাহ্মন! মমাংচৈংঙ্গা, ঐগী প্রপিতামহ ধর্মরাজগী যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞনা লোইথবা তুংদা, ধর্মগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণদা করি বরি হংখোবগে? মাহু তাজনীজিঙ ॥১॥
বৈশম্পায়ননা হায়:— রাজন জনমেজয়! অশ্বমেধ যজ্ঞমা লোইরবা তুংদা যুধিষ্ঠিরনা অবভৃথ স্নান তৌরগা শ্রীকৃষ্ণদা খুকমচুনা অসুম্না হংবা হৌরকই ॥২॥ ধর্মগী মরমদা হঙ্কেকপা মতম অমিদা তানিংবনা বসিষ্ঠমচিংবা তত্ত্বপুম্বা উরবা-তপস্বীমুনিশিং ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ইকোয় কোয়না কমখি ৩-৪ যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণদা অসুম্না হায়রকই:— ভক্তবৎসল! ভগবন! শ্রীকৃষ্ণ! ভক্তিগা লোয়মনা নংগী চরন অনীদা চঙ্করি। নহাক্না ঐবু নহাক্কী ভক্ত অমনি হায়না খনবিরবদি, থৌজানবিবগী অধিকার যংদে হায়না খনবিরবদি, ঐগোন্দা ওসি বৈষ্ণবধর্মগী মরমদা অমদি ধর্ম অসিগী তত্ত্ব, অথুপা পুম্নমকতু তাকপিরম্মু ॥৫॥

শ্রুতা মে মানবা ধর্মা বাশিষ্টাঃ কাশ্যপাস্তথা। । গার্গীয়া গৌতমীয়াশ্চ তথা গোপালকশ্চ চ ।।৬।
পরাশরকৃতাঃ পূর্বা মৈত্রেয়স্য চ ধীমতঃ । ঔমা মাহেশ্বরা শ্চৈব নন্দিধর্মাশ্চ পাবনাঃ ।।৭।।
ব্রহ্মণা কথিতা যেচ কৌমারাশ্চ শ্রুতা ময়া । ধূমায়নকৃতা ধর্মাঃ কাণ্ডবৈশ্বানরা অপি ।।৮।।
ভার্গবা যাজ্ঞবল্ক্যাশ্চ মার্কণ্ডেয়কৃতা অপি । ভারদ্বাজকৃতা যৈ চ বৃহস্পতিকৃতাশ্চ ।।৯।।
কুণেশ্চ কুণিবাহোশ্চ বিশ্বামিত্রকৃতাশ্চযে। সুমন্তুজৈমিনিকৃতাঃ শাকুনেয়াস্তথৈব চ । ১০।।
পুলস্ত্যপুলহোৎগীতাঃ পাবকীয়াংস্তথৈব চ । অগস্ত্যগীতা মৌংগল্যাঃ শাণ্ডিল্যাঃ শলভায়নঃ ।।১১।
বালখিল্যকৃতা যে চ যে চ সপ্তর্ষিভিস্তথা । আপস্তম্ব কৃতা ধর্মাঃ শংখস্য লিখিতস্য চ ।।১২।।
প্রাজাপত্যাস্তথা যাম্যা মাহেন্দ্রাশ্চশ্রুতাময়া । বৈয়াঘ্রব্যাস কীয়াশ্চ বিভাণ্ডকৃতাশ্চযে ।।১৩।।

নারদীয়াঃ শ্রুতা ধর্মাঃ কপোতাশ্চশ্রুতাময়া ।
তথা বিদুরবাক্যামি ভৃগোরঙ্গিরসস্তথা ।।১৪।
ক্রৌঞ্চা মৃদঙ্গগীতাশ্চ সৌর্য্যা হারীরতকাশ্চ যে ।
যে পিশঙ্গকৃতাশ্চাপি কপোতীয়াঃ সুবালকাঃ । ১৫।।
উদ্দালককৃতা ধর্মা ঔশনসাস্তথৈব চ ।
বৈশম্পায়নগীতাশ্চ যে চাপ্যেপ্যেবমদিতঃ । ১৬।।
এতেভ্যঃ সর্বধর্মেভ্যোঃ দেব ত্বন্মুখনিঃ সৃতাঃ ।
পাবনত্বাৎ পবিত্রত্বাৎ বিশিষ্টা ইতি মে মতিঃ ।।১৭।।

---

মনু, বসিষ্ঠ, কশ্যপ, গর্গ, গৌতম, গোপালক, পরাসর, বুদ্ধিমান মৈত্রেয়, উমদ মহেশ্বর অমুগা নন্দি মখোযসিনা শেংলবা ধর্মগী মরমদা হায়বা শকপা তাজরে ।৬-৭।। ব্রহ্মা, কার্তিকেয়, ধূমায়ন, কাণ্ড, বৈশ্বানর, ভার্গব, যাজ্ঞবল্ক্য, অমুগা মার্কণ্ডেয়, ভরদ্বাজ বৃহস্পতি, কুনি, কুনিবাহু, বিশ্বামিত্র সমন্তু, জৈমিনি, শকুনি, পুলস্ত্য পুলহ, অগ্নি, অগস্ত্য, মুদ্গল, শাণ্ডিল্য, শলভ, বালখিল্যশিং, সপ্তর্ষি আপস্তম্ব শঙ্খ, লিখিত, প্রজাপতি যম, মহেন্দ্র, ব্যাঘ্র, ব্যাস অমুগা বিভাণ্ডক মখোয়সিনা তাকখিবা ধর্মগীতত্ত্ব পুম্নমক অমু পণ্ডিতশিংগী মচীন্দগী তাজরে ।।৮-১৩।। নারদ, কপোত, বিদুর, ভৃগু, অঙ্গিরা, ক্রৌঞ্চ, মৃদঙ্গ, সূর্য্য, হারীত, পিশঙ্গ, কপোত, সুবালক, উদ্দালক, শুক্রাচার্য্য, বৈশম্পায়ন অমুগা অতোপ অতোপ্পা মহাত্মাশিংনা হায়রম্বা ধর্মগী তত্ত্বশিংদো পণ্ডিতশিংগী মচীন্দগী তাজরে ।।১৪-১৬।। অমুবু, ভগবান,! শ্রীকৃষ্ণ! মরমদু তাদি তাজরে হায়রবু ঐগী পুক্নীংদা চিংনবা খর খরদি মরৈরি। কৃষ্ণ! নহাকমক্তুদগী তাজরগা চিংনবসি কোকদরা হায়না খল্লৈ। নহাক্তি ধর্ম হায়বদুগী অউবা মূর্তিনিনা, নহাক্না তাকপিরগতদা চিংনবসি কোকনি ।।১৭।।

তস্মাদ্ধি ত্বাং প্রপন্নস্য ভক্তস্য চ কেশব। মুখ্যান্ বরান্ ধর্মান পুণ্যান কথয় মেঽচ্যুত ।।১৮।

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবং পৃষ্টস্তু ধর্মজ্ঞো ধর্মপুত্রেণ কেশবঃ উবাচ ধর্মান্ সূক্ষ্মার্থান ধর্মপুত্রস্য হর্ষিতঃ ।।১৯।।
এবং তে যস্য কৌন্তেয় মত্তো ধর্মেষু সুব্রত। তস্য তে দুর্লভো লোকেন কশ্চিদপি বিদ্যতে ।।২০।।

ধর্মঃ শ্রুতোবা দৃষ্টোবা কথিতোবা কৃতোঽপিবা।
অনুমোদিতো বা রাজেন্দ্র নয়তীন্দ্রপদং নরম ।।২১।।
ধর্মঃ পিতা চ মাতা চ ধর্মো নাথঃসুহৃৎ তথা।
ধর্মো ভ্রাতা সখা চৈব ধর্মঃ স্বামী পরন্তপ ।।২২।।

ধর্মাদর্থশ্চ কামশ্চ ধর্মাৎ ভোগাঃ সুখানি চ। ধর্মাদৈশ্বর্য্য মেবাপ্যাং ধর্মাৎ স্বর্গগতিঃ পরা ।২৩।।
ধর্মোঽয়ং সেবিতঃ শুদ্ধস্ত্রায়তে মহতো ভয়াৎ। ধর্মাৎ দ্বিজত্বং দেবত্বং ধর্মঃ পাবয়তে নরম্ ।২৪।।
যদা ক্ষীয়তে পাপং কালেন পুরুষস্য তু। তদা সংজায়তে বুদ্ধি ধর্মং কর্ত্তুং যুধিষ্ঠির ।।২৫।।

---

ময়ম অহনা, কেশব! অচ্যুত! নাহাক্কী চরনদা চঙজরক্লবা ঐঙোন্দা থাইদগী হেনবা ধর্মগী তত্ত্বশিং তাকপিয়ু।। ১৮ ।। বৈশম্পায়ননা হায়:— রাজন? জনমেজয়! ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হংলকপসিদা ধর্ম পুন্নমক্কী তত্ত্ব খঙলবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পেনগ্রভুনা কুপ্লবা ধর্মগী মরমদা ব্যাখ্যান তৌবা হৌরকই ।।১৯।। খোইদোক্লা নীংথিজরবা ব্রতব পালন তৌরিবা কুন্তীনন্দন। নহাক্লা তৌরিবা ধর্মগী যাগযজ্ঞগী কর্মত তৌগে হায়না হোংনরিবা, অদুগা ধর্মগী তত্ত্বু থিরকলিবা খঙনীংলকলিবা সিতনবু সংসারদা নহাক্লা ফংহৌদবা পোৎ অমত লৈত্রে ।।২০।। রাজেন্দ্র! তাপ্রবা, উপ্রবা, মচীন্না হায়প্রবা, পালন তৌপ্রবা, চুম্মি হায়না লৌপ্রবা, অদুগুম্বা ধর্মনা তাইবং মী অচম্বা অমবুসু ইন্দ্রগী পদবী ফংহল্লি ।।২১।। ধর্মতনা জীবগী মাতা পিতানি। ধর্মতনা জীবগী রক্ষক (ঙাকপি শেনবিবা) নি। ধর্মতনা জীবগী মরূপ, মচীন মনাও অদুগা স্বামীনি।২২।। অর্থ, কাম, ভোগ, সুখ, ঐশ্বর্য্য স্বর্গপ্রাপ্তি পুন্নমক অসি ধর্মতনা ফংহনবনি ।।২৩।। শেংলবা ধর্মবু সেবন হেক ধর্ম অদুনা খূদক্তা শিবয়াবা খুদোংথীবদগীসু অকিদগীসু কনবিবনি। ধর্মতনা ব্রাহ্মণ নত্তবদসু ব্রাহ্মণম, দেবম ফাওবা পীবনি। শাথিনা মাংলবা অপবিত্র-অশুদ্ধ ওইরবদুবুসু ধর্মনা শেংদোকপীরবনি ।।২৪।। ধর্মরাজ! যুধিষ্ঠির! মতমগী মতুং ইন্না পাপশিংদুনা মথং মথং কোক্লকপদা মী মহাক অহংগী বুদ্ধি অদু ধর্মনোমতজা ওনশিনবনি হায়বদি, ধর্মগী তত্ত্ব, তাইবংমীওইবা মপোক্কী থিনিংঙকপনি ।।২৫।।

যে চ মাং সর্বভূতস্থং পশ্যন্তি জ্ঞানচক্ষুষা। মৎভক্তাংস্তান্ সদাযুক্তান্ মৎসমীপানয়াম্যহম্ ॥২৬॥
মদ্ভক্তা ন বিনশ্যন্তি মদ্ভক্তা বীতকল্মষাঃ। মদ্ভক্তানাংতু মাম্যেযোসফলংজন্ম পাণ্ডব ॥২৭॥
অপিপাপেষ্বভিরতা মদ্ভক্তাঃ পাণ্ডুনন্দন মুচ্যন্তে পাতকৈ সর্বৈঃ পদ্মপত্রমিবাম্ভসা ॥২৮॥

জন্মান্তরসহস্রেষু তপসা ভাবিতাত্মনাম্।
ভক্তিরুৎপদ্যতে তাত মনুষ্যাণাংনসংশয়ঃ ॥২৯॥
যচ্চ রূপং পরংগুহ্যংকূটস্থমচলংধ্রুবম্ ।
ন দৃশ্যতে তথা দেবৈমদ্ভক্তৈর্দৃশ্যতে যথা ॥৩০॥
অপরং যচ্চ মেরূপংপ্রাদুর্ভাবেষুদৃশ্যতে।
তদর্চয়ন্তিসর্বার্থৈঃসর্বভূতানি পাণ্ডব ।৩১॥

কল্পকোটিসহস্রেষু ব্যতীতেষ্বাগতেষু চ। দর্শয়ামীহ তৎরূপং যচ্চ পশ্যন্তি মেস্বরাঃ ॥৩২॥

---

অদুগা মতমগী মতুংইন্না অচচ্চন্ত্রা জীব খুদিংমকতা লৈরিবা আত্মাবু ঐবু মশা অমত ওইনা জ্ঞানদৃষ্টিনা উরিবা অদুগুম্বা আত্মা ঐগী ভক্তদুবু আত্মা ঐনা ঈনা কৌশিল্লি।২৬। পাণ্ডুনন্দন! ধর্মরাজ! আত্মা ঐনা পোকপ শিবলৈত্তবদুগুম্বা ঐ (আত্ম) গী ভক্তশুগী মাঙবা-শিবা লৈতে। মতম পূম্বা নিষ্পাপ ওইনা লৈ। অদুগুম্বা ভক্তদু তাইবং মীওইনা পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি। অদুগুম্বা মহৈ খানবা (সফলতা) তুমক্কা মীওইনা পোকপগী উদ্দেশনি।২৭॥ পাণ্ডুনন্দন! পাপ কম তৌবতদা পূক্নীং চঙবা মী অদু ফাওবা আত্মা (ঐগীদমক্তনি) হায়না খঙং থম্নবতা আত্মা ঐগী ভক্ত হায়বদু ওইদুনা থম্বাল লৈনাবু ঈশিংনা চোংহনবা ঙমদবদুগুম্বা ঐগী ভক্তবু পাপনা তৈশিনবা চোংহনবা ঙমদে ॥২৮॥ মপোক লিশিং কম্বাগী মতুংদা তাইবংমীগী থম্মোয়সি শেংলকপানি। ধর্মগী তত্ত্ব খঙনিংলকপনি। মতম অদুদা ভক্তি হায়বদু মাগী থম্মোয়দা পোক্লকপনি।২৯॥ ঐ (আত্মা) গী খাইদগী তোমথিল ওইনা শেংদোক্লকপা চাংদোনগুম্বা লৈরবা লেঙদ্রবা ঐগী তত্ত্ব খজিক্তং হেক ফংবদা ভক্ত মী মহাক্কী থম্মোয়দা পূক্নীং চকচাংদা লাকপা অনুভব অদু দেবতাশিংনা মক্কী থম্মোয়দা লাক্তে ॥৩০॥ পাণ্ডব! ঐ (আত্মা) গী অতোপ্পা তোঙানবা রূপ (স্বরূপ) অমদা অবতার তৌরকপা মতমদা দৃষ্টিগোচর (সপানগী মীৎনা উবা) ওই। উবা মতমদুদা সংসারগী জীব খুদিংমক্কা মওং তোঙন তোঙানবা পোটচ্চ (সামগ্রী) শিংনা অতবা মূর্তিদুগী পূজা তৌই ॥৩১॥ কল্পমচুগুম্ব লিশিং লিশিং কোটি-কোটি চংখ্রবনি-হৌখ্রবনি। অদুগা, অদুগুম্বা ঐ (আত্মা) গী বৈষ্ণবশিংনাবু (মকম মতম পূম্বদ চঙ চঙহনা মূর্তিবু) দেবতাশিংনা উই। অদুগুম্বা রূপ অদু মুহনা ভক্তশিংনা দর্শন পী।৩২॥

নিবৃত্যংপত্ত্যা নায়করং যোমাং জ্ঞাত্বা প্রপদ্যতে। অনুগৃহ্ণাম্যহং তংবৈ সংসারান্মোচয়ামি চ ।।৩৩।।
অস্মাদিস্তি দেবানাং সৃষ্টাব্রহ্মাদয়ো ময়া। প্রকৃতিং স্বামবষ্টভ্য জগৎসর্বং সৃজাম্যহম্ ।।৩৪।।
তমোমূলোহহমব্যক্তোরজোমধ্যে প্রতিষ্ঠিতঃ। ঊর্ধ্বং সত্ত্বং বিনা লোভং ব্রহ্মাদিস্তম্বপর্যাতঃ ৩৫।
মূর্দ্ধানং মেবিদ্ধি দিবং চন্দ্রাদিত্যৌ চ লোচনে। গাবোহগ্নিব্রাহ্মণো বক্ত্রং মারুতঃ শ্বসনং চমে ।।৩৬।।
দিশো মে বাহবশ্চাষ্টৌ নক্ষত্রানি ভূষণম্। অন্তরিক্ষমুরোবিদ্ধি সর্বভূতাবকাশকম্।

মার্গো মেঘানিভ্যাং তু যন্মমোদরমব্যয়ম্ ।।৩৭।।

পৃথিবীমণ্ডলংযংবৈ দ্বীপার্ণবানৈর্যুতম্। সর্বসংধারণোপেতং পাদৌ মম যুধিষ্ঠির।।৩৮।।

স্থিতো হ্যেকগুণং খেহং দ্বিগুণশ্চাস্মিমারুতে।

ত্রিগুণাহগ্নৌ স্থিতোহহংবৈ সলিলে চ চতুর্গুণঃ ।।৩৯।।

শব্দাদ্যা যেগুণাঃ পঞ্চহমহাভূতেষু পঞ্চসু। তন্মাত্রাসংস্থিতঃ সোহহং পৃথিব্যাং পঞ্চধাস্থিতঃ ।।৪০।।

---

অদুগুম্বা বৈষ্ণবমূর্ত্তিবু পুবা ঐ (আত্মা) বু জগৎ পুম্বগী উৎপত্তি, স্থিতি, সংসারগী উপাদান কারণনি হায়না খঙ্ডুনা ঐভোন্দা চঙ্জবকপা ভক্ত (বৈষ্ণবভক্ত) অদুবু সংসারগী বন্ধনদগী মুক্ত ওইহল্লি ।।৩৩।। আত্মা (ঐ) তনা দেবতাশিংসু আসিনি। ব্রহ্মানচিংবা দেবতা পুম্মকসে ঐনা শেম্বনি। ঐ (আত্মা) তনা প্রকৃতিগী আশ্রয় লৌডুনা (খুৎলাই ওইনা) জগৎ সংসার পুম্মকসিবু শেম্মি ।।৩৪।। ঐ (আত্মা) না অব্যক্ত ওইবা ফোঙদোক্তবা পরমেশ্বর (পরমাত্মা) ওইদুনা তমোগুণগী আধার, রজোগুণগী মনুংদা লৈডুনা সত্বগুণদসু ব্যাপ্ত ওইদুনা শীন্থ্রংনা লৈ। অদুডুম্বা ঐ (আত্মা) সি ব্রহ্মাদগী হৌনা তুমাং কাপ্ত ফাওবদা ঐ (আত্মা) গী ঈশকসি ঈহোং হোংদনা ব্যাপ্ত ওইদুনা (শীন্থ্রংনা) লৈ ।।৩৫।। দ্যুলোকনা ঐগী কোকনি। সূর্য্যচন্দ্রনা অনীনা ঐ (আত্মা) গী মীৎনি। গৌ অগ্নি, ব্রাহ্মণ ঐগী অউবা মুখ (মাবথোং) নি। বায়ুনা ঐগী নুশাশোরনি ।।৩৬।। মায়কৈ নিপাল্লা ঐগী ঐগী ঐগী বাহুনি। নক্ষত্র ময়ামসিনা ঐগী অউবা অলংকারনি। অচচ্চত্ত পুম্মক্তা অবকাশ (অহাঙবা) পীরিবা অন্তরীক্ষসিনা ঐ আরা) গী পবাক্লি। মেঘ (ভাউরিবা নোং) অদুগা মুংশিংনা চুম্নিবা চংলিবা মার্গ অসিনা ঐগী পুকনি, হাম্বনা খঙ্ডু ।।৩৭।। যুধিষ্ঠির! দ্বীপ (ঈথৎ), সমুদ্র, অদুগা লৈপাক লৈপাক, বন উমংনা থল্লবা পৃথিবী অসিনা ঐগীখোঙ ময়ামগী থাকমনি ।৩৮।। আত্মা (ঐ) সি আকাশদনা গুণ অমতমক পুক্ত। বায়ুদনা অনী, অগ্নিদনা অহুম, ঈশিংদনা মরি, অদুগা পৃথিবী (লৈপাক) তনা গুণ মঙা পুই। অদুম পৃথিবা গুণশিংসি মাত্রা অমমমত ওনা পুই। অদুনা পঞ্চতন্মাত্র কৌবনি। হায়রিবা অউবা ভূতশিং (আকাশ বায়ুনচিংবশিং) দা শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ গুণ মঙাসিদা ব্যাপ্ত ওইদুনা লৈ ।৩৩-৪০।

সংহৃত্যৈবং জগৎ সর্বং কৃত্বা বৈ গর্ভমাত্মনঃ। শয়াম্যদিব্যযোগেন প্রলয়েষু যুধিষ্ঠির ॥৪৭॥
সহস্রযুগপর্যন্তাং ব্রাহ্মীং রাত্রিং মহার্ণবে।
স্থিত্বা সৃজামি ভূতানি জঙ্গমানি স্থিরাণি চ ॥৪৮॥
কল্পে কল্পে চ ভূতানি সংহরামি সৃজামি চ।
ন চ মাং তানি জানন্তি মায়য়া মোহিতানি চ ॥৪৯॥
মম চৈবান্তিকাবস্থা মার্গিতব্যা নিত্যশঃ।
প্রশান্তস্যেব দীপস্য গতির্নৈবোপলভ্যতে ॥৫০॥
ন তদস্তি ক্বচিৎ রাজন যত্রাহং ন প্রতিষ্ঠিতঃ।
ন চ তদস্তি ভূতং ময়ি যন্ন প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৫১॥
যাবন্মাত্রং ভবেৎ ভূতং স্থূলং সূক্ষ্মমিদং জগৎ।
জীবভূতো হ্যহং তস্মিংস্তাবন্মাত্রং প্রতিষ্ঠিতঃ ॥৫২॥
কিং চাত্র বহুনোক্তেন সত্যমেতং ব্রবীমি তে।
যৎ ভূতং যৎ ভবিষ্যচ্চ তৎ সর্বমহমেব তু ॥৫৩॥

---

নিংথৌ! যুধিষ্ঠীর! প্রলয় তৌরগে, অমুক খোমজিন্নগে, হায়না নোংলকপা মতমদু লাকপদা, হায়বদি প্রলয়গী মতমদা জগৎ পুম্নমক লোলইনা খোমজিন্নগা ঐগী পুক্লুংদা থমজিল্লগা ঐনা দিব্যযোগ সাধন তৌদুনা একার্ণবসমুদ্রদা কংফাল লৈবাক্কী শক্কথোরকত্রিঙৈ ঈশিংদা তাইবৈদ ঈশিংথকতা য়াতাম্ব্না লৈ ॥৪৭॥ যুগলিশিং অম শাংনা লৈবা ব্রহ্মাগী অহিং (ব্রহ্মরাত্রি) না হৌথ্রবদা নোংতাল্লকপদ ঐনা জঙ্গম প্রাণীমখৈ শেম্মি ॥৪৮॥ অসুম্না ঐনা কল্প খুদিংদা সৃষ্টি তৌই সংহার তৌ। অতুবু মায়ানা শুমহৎখিদুনা কনাগুম্বা জীব অমতনা অসুম হায়না সৃষ্টি-সংহারগী থবক অসি খঙদে ॥৪৯॥ প্রলয়গী মতমদা, থাউমৈনা মুৎথ্রবদা পুম্নমক মঙহৎশুমনা বা জগৎ অসি উদে। অদুনা হৌজিক ফাওবা অদৃশ্য জগৎ হায়বদু কদায়দা লৈবগে হায়বসি মহাবৈজ্ঞানিক ওইরবা মী লাই অমতনা খঙদে ॥৫০॥ রাজন! নিংথৌ! যুধিষ্ঠীর! ঐ (আত্মা) গী লৈফম (নিবাসস্থান) ওইদবা পোৎ অমত লৈতে। কুপ্পবা পীক্রবা পরমাণুগী মনুংদসু ঐ অদুম মরৈ। অদুগা ঐদোম্দা ঐ (আত্মা) গী মনুংদা লৈতবা পোৎ অমতসু লৈতে॥৫১॥ অচৌবা অপীকপা (স্থূল সূক্ষ্ম) হৌথ্রবা লৈখিত্রবা, হৌজিক হৌজিক লৈরিবা অদুগা তুংদা লৈরক্কদবা জগৎশিংদা ঐ (আত্মা) না পোৎশিং অদুদা জীবগী মশক লৌদুনা লৈ ॥৫২॥ য়াম্না শাংথনা তাঙবগী কান্নবা লৈতে। নিংথৌ! খজিক্তং হায়রবসিদা অদুম মথক্তু। ঐনা হায়রিবসিদা অরানবা ওইদবা অমত য়াওত্রবনি ॥৫৩।

মযা সৃষ্টানি ভুতানি মনুষ্যানি চ ভারত । মামেবম্ বিজানন্তি মায়য়া মোহিতানি ।।৫৩।।
এবং সর্বং জগদিদং সদেবাসুরমানুষম্ মত্তঃ প্রভবতে রাজন্ মষ্যেব প্রবিলীয়তে ।।৫৩।।

---

শম্না হায়রবদা, ভরতনন্দন! অচৌ-অপীক হেক লৈরিবা জীব খুদিংমক ঐগোন্দগী পোকখি থোকখিবনি। মখোয় খুদিংমক্তসু ঐ (আত্মা) লৈ। অদুবু হায়রিবা রাকম অসি অউবা অনিত্য পদার্থশিংদা তুমহৎখিবনা কনাদসু খল্লুদে-খত্তদে ।।৫৪।। নিংথৌ! ধর্মপুত্র যুধিষ্ঠির! কনাগী হেক লৈরিবা দেব-অসুর-তাইবংমী শা-উচেক তৈপাল-লৈপালদা লৈরিবা জীব (জীবাত্মা) পুম্না ঐগোন্দগী পোকখি। অমুক অমুক প্রলয় খুদিংদা ঐ (আত্মা) গোন্দা লূপখি।৫৫।।

---

# বর্ণ মরিগী কর্ম, কর্ম শিংদুগী মহৈ তাকপা।

(ধর্মগী বৃদ্ধি, পাপ কী ক্ষয়
ওইননবগী তাকপা মতাং)

—:( • ):—

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবমাশ্বাস্তবং সর্বং জগদুদ্দিশ্য কেশবঃ। ধর্মান্ ধর্মাত্মজস্যাথ পুন্যানকথয়ৎ প্রভুঃ ॥১॥
শৃণু পাণ্ডব তত্ত্বেন পবিত্রং পাপনাশনম্। কথ্যমানং ময়া পুণ্যং ধর্মশাস্ত্রকফলং মহৎ ॥২॥
যঃ শৃনোতি শুচির্ভূত্বা একচিত্তস্তু পোষতঃ। স্বর্গং যশস্তু মায়ুষ্যং ধর্মং জ্ঞেষং যুধিষ্ঠীর ॥৩॥
শ্রদ্দধানস্য তস্যেহ যৎপাপং পূর্বসঞ্চিতম্। বিনশত্যাশু তৎ সর্বং মৎভক্তস্য বিশেষতঃ ॥৪॥
এবংশ্রুত্বা বচঃ পুণ্যং সত্যং কেশবভাষিতম। প্রহৃষ্টমনসো ভূত্বা চিন্তয়ন্তোহ দ্ভুতং পরম্ ॥৫॥
দেবব্রহ্মর্ষয়ঃ সর্বে গন্ধর্বাপ্সরসস্তথা। ভূতা যক্ষগ্রহাশৈচব গুহ্যকা ভুজগাস্তথা ॥৬॥
বালখিল্যা মহাত্মানো যোগিনস্তত্ত্বদর্শিনঃ। তথা ভগবতাশচাপি পঞ্চকালমুপাসকাঃ ॥৭॥
কৌতুহলসমাবিষ্টাঃ প্রহৃষ্টেন্দ্রিয় মানসাঃ। শোতুকামাঃ পরং ধর্মং বৈষ্ণবং ধর্মশাসনম্।
হৃদিকর্ত্তুং চ তত্রাকাং প্রণেমুঃ শিরসা নতাঃ ॥৮।

---

বৈশম্পায়ননা হায় :— মহারাজ ! জনমেজয় ! মতৌ অদুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, জগৎ পুম্নমকসি কুপ্ত (আশ্বা) মপোক্তনগী পোকখিবা-থোকখিবমক্কনি হায়না তাহুনগা ধর্মনন্দন যুধিষ্ঠীরদা বর্নজাতি পুম্নমকী শেংলবা ধর্ম পুম্নমক্কা শমশিংসি মচা থায়না তাহনখি ১। পাণ্ডুনন্দন ! ঐ (আশ্বা) মক্কা হায়খ্রিবা তোঙান তোঙানবা ধর্ম (মথৌ) শিংগী শেংলবা পুণ্যফলশিংদু ঐ মথং হায়রককে তাও ॥২॥ যুধিষ্ঠীর মহারাজ ! অদুগুম্বা মী মহাক অহনা, পুক্নীং হকচাং শেংনা থম্মোয় পুক্নীং অনী লোঙদনা তপস্যাদা পুক্নীং চঙনা স্বর্গ, মিংচং, আয়ু পীনহৈবা, মওফম থোকপা ধর্মগী তত্ত্ববু শ্রবণ তৌরিবা অদুগুম্বা মী মহাক অহু ঐগী অশোইবা ভক্ত অমা ওইহনা, মহাক্কী মমাঙৈদা হেক পাপ পুম্নমক অদু শুদক্কা মাঙখি ॥২-৪॥
বৈশম্পায়ননা হায় :— নিংথৌ ! জনমেজয় ! শ্রীকৃষ্ণকগী অসিগুম্বা ওয়েক্কা শেংলবা, অচুম্বা বাশিংসি তাবদা মপুক্নীংদা পেনপ্রচুন ধর্মগী অকুপ্পা তত্ত্বদু মুম্না বাখল বিচার তৌহনা দেবর্ষি, ব্রহ্মর্ষি, গন্ধর্ব, অপ্সরাশিং, ভূত, যক্ষ, গ্রহ, গুহ্যক, সর্প (লিল), মহাত্মা বালখিল্যশিং, তত্ত্ব লোইনা খঙলবা যোগী-শিং, উপামনা মথল তৌরবা, ভগবানগী ভক্ত ওইবা, উত্তম ওইবা, বৈষ্ণব ধর্মগী উপদেশবু তানন-বগী ভগবান পাউতাকপু থম্মোয়দা থম্পা থম্মনবগীদমক উৎকুনঠা য়াম্না তৌনা মফম অদুদা লাকখি। লাক্লবা তুংদা, মকোক নোম্মুনা ভগবানগী শ্রীহরিদা খুরুমখি ॥৫-৮॥

ততস্তান বাসুদেবেন দৃষ্টান দিব্যেন চক্ষুসা। বিমুক্তপাপানালোক্য প্রণম্য শিরসা হরিম্।
পপ্রচ্ছ কেশবং ধর্মং ধর্মযুক্তঃ প্রতাপবান্ ॥৯॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

কীদৃশী ব্রাহ্মণস্যাপ ক্ষত্রিয়স্যাপি কীদৃশী। বৈশ্যস্য কীদৃশী দেবগতিঃ শূদ্রস্য কীদৃশী ॥১০॥

শ্রীভগবানুবাচ

শৃনু বর্ণক্রমেণৈব ধর্মং ধর্মভৃতাং বর। নাস্তি কিঞ্চিন্নবশ্রেষ্ঠ ব্রাহ্মণস্য তু দুস্কৃতম্ ॥১১॥
শিখাযজ্ঞোপবীতা যসংধ্যাং যে চাপ্যুপাসতে। যৈশ্চ পূর্ণাহুতিঃ প্রাপ্তা বিধিবজ্জুহ্বতে চ যে ॥১২॥

বৈশ্বদেবং চ যে চক্রুঃ পূজয়ন্ত্যা তিথীংশ্চ যে।
নিত্যং স্বাধ্যায়শীলাশ্চ জপযজ্ঞপরাশ্চযে ॥১৩॥
মাযং প্রাতর্হুতাগাশ্চ শূদ্র ভোজনবর্জিতাঃ।
দম্ভানৃতবিমুক্তাশ্চ স্বদারনিরতাশ্চ যে।
পঞ্চযজ্ঞপরা যে চ যেহগ্নিহোত্রমুপাসতে। ১৪।
দহন্তি দুস্কৃতং যেষাং হূয়মানাস্ত্রয়োহগ্নয়ঃ।
নষ্টদুস্কৃত কর্মানো ব্রহ্মলোকং ব্রজন্তি তে ॥১৫।

---

ভগবানগী দিব্যদৃষ্টিনা মথক্কা মহোল্লোমদা হেক তাক তাবদা পাপ পূন্য কোকথি। মহাক্কা লাকপহ টবদা মহাপ্রতাপ চাউরবা ধর্মপুত্র যুধিষ্ঠিরনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা ধর্ম মরম ওইবা বাহং থর জংথি ॥৯॥ যুধিষ্ঠিরনা দেবেশ্বর! মাগী মাগী ধর্ম (মথৌ) বু চুম্না নীংথিনা পাঙথোক্লবা, ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য শূদ্রশিংনা ফংগদৌরিবা গতি (মাম) অসি করিনো? গতি ধামহ মশা অমত্তরা? আত্মা অমত্তবা হৌনাব তোঙানবা হকচাংদা শৈহায়বহনা তোঙাল তোঙাবা গতিশিংদা ফংগদৌরিব্ল?
॥১০॥ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়:— মিপৈ অথোইবা! ধর্মরাজ! অহানবদা ব্রাহ্মণগী ধর্ম-কর্মগী মরমদা হায়গে তাবিয়ো। ব্রাহ্মণগী মথৌসে অহুক মায়া লুবগী বাহ নত্তে ॥১১॥ অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অহুমা শিখা থাকপা, যজ্ঞোপবীত (লুগুন) ধারণ তৌবা, ত্রিকাল সন্ধ্যা উপাসনা তৌরা, হোম তৌদুনা পূর্ণাহুতি তৌবা, বিধি কাম্বনা অগ্নিহোত্র তৌবা বলি বৈশ্বদেব অহুগা অতিথি সংকার তৌবা, মুমিং মুনিংগী স্বধ্যায় (বেদ পঠন) তৌবা জপযজ্ঞদা পুক্নিং চঙহনা লৈবা, প্রাতঃ কাল-সায়ং কালগী হোম তৌরবা তুংদা অন্ন ভক্ষণ তৌবা (চাব থকপা) শূদ্রগী অমদী শূদ্রগী যুমদা চাব থকপা তৌদবা, চাউথোকপা লেস্না পাদোকপা মিথ্যাভাষন তৌদবা মশাগী লোয়নবীদদা প্রেম প্রীতি থম্বা পঞ্চ যজ্ঞ তৌবা, পাপ পুন্যবু কোকহনবা অহনীয়, গার্হস্থ নচিংবা অগ্নি অহুমবু হোমনা পেলহনবা মায়বা থবক (কর্ম) শিংনিবু অমত বাংতনা তৌরবদি, মহাক ব্রহ্মলোকপু কংগি ॥১২-১৫॥

ক্ষত্রিয়োঽপি হি তাবাক্তা স্বধর্মপরিপালকঃ। সম্যগ্ প্রজাপালয়িতা ষড়্ভাগনিরতঃ ।।১৬।।

যজ্ঞদানরতো ধীরঃ স্বদারনিরতঃ সদা। শাস্ত্রানুসারী তত্ত্বজ্ঞ লোকাকার্যপরায়নঃ ।।১৭।।

নির্লোভঃ কামদো নিত্যং ভৃত্যানাং ভরণেরতঃ। সত্যসন্ধঃ শুচির্নিত্যং লোভদম্ভবিবর্জিতঃ।

ক্ষত্রিয়োঽপ্যনেমাং যাতি গতিং দেব নিষেবিতাং ।।১৮।।

কৃষিগোপালনিরতো ধর্মে যেষণতৎপরঃ। দানধর্মেঽপি নিরতো বিপ্রশুশ্রূষকস্তু থা ।।১৯।।

সত্যসংধ শুচির্নিত্যং লোভদম্ভ বিবর্জিতঃ। ঋজুঃ স্বদারনিরতো হিংসা দ্রোহবিবর্জিতঃ ।।২০।।

বণিক্কর্মনি যুঞ্জন বৈ দেবব্রাহ্মণপূজকঃ। বৈশ্যঃ স্বর্গতিমাপ্নোতি পূজ্যমানোঽপ্সরোগণৈঃ ।।২১।।

ত্রয়াণামপি বর্ণানাং শুশ্রূষানিরতঃসদা। বিশেষতস্তু বিপ্রাণাং দাসবৎ যস্তু তিষ্ঠতি ।।২২।।

অযাচিতপ্রদাতা চ সত্যশৌচপরায়ণঃ। গুরুদেবার্চনরত পরদারবিবর্জিতঃ ।।২৩।।

পরপীড়ামকৃত্বৈব ভৃত্যবর্গং বিভর্তি যঃ। শূদ্রোঽপি স্বর্গমাপ্নোতি জীবানামভয়প্রদঃ ।।২৪।।

---

অসিনা ব্রাহ্মণগী বানি। অদুগুম্না ক্ষত্রিয় (ক্ষত্রিনিংথৌ) না, রাজ সিংহাসন থম্না কাহুনা নিংথৌ ওইবনাতৃংদা, রাজনীতি ধর্ম কায়দনা, প্রজাশিংবু বাবক হাত্তেমদুনা লোক থাবক, প্রজাশিংগী, মথোয়না ফংজবিবা দাম অদুগী শরুক থোকপগী শরুক অমতং অরামন ওইনা লৌবা, অদুগা মাহুতদা পেনবিবা, দান যজ্ঞ মরক মরক তৌদুনা লৈবা তপথবা-পাখংতবা, মশাগী লোয়নবীতদা লেপ্পদুনা লৈবা, থবক পুম্বদা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা লৈবা, প্রজাশিংগী অফবা-মঙ্গল ওইনবগী খনবা হোৎনবা, ব্রাহ্মণশিংবু সেবা পূজানা পেলহনবা, মনাই মশলবু পীজপীথকনা মুংভাইহনবা করিগুম্না তৌগে হায়না, বাশকখিবত্ত তাকপা, পুরিং হকচাং ভানীমক্তা তক তরুনা শেংনা লৈবা লোভ (অপাংবা) দম্ভ নিংথৌ ওইরে হায়দুনা চাউথোকপা) থাদোকপা অসিনচিংবা থবক (মথৌ-ধর্ম) অসি থবক য়াম্না তৌরিবা মহাক অহু দেবতাশিংমকনা সেবন তৌবিবা গতি (ধর্ম) অহু ফংহি ।১৬-১৮।। মসিনা ক্ষত্রিয়শিংগী বানি। অদুগুম্না বৈশ্য অহনা, লৌউবা, শন ইবোংগী য়োক থাকপা, দান ধর্ম অমদি ব্রাহ্মণগী সেবাদা পুক্নিং চংবা, অচুম্বা থবক্কী তৌগে খনবা, শেংনা তক তরুনা লৈবা, লোভ-দম্ভ থাদোকপা, ঈচম চমনা লৈবা মশাগী লোয়নবীতদা প্রেম প্রীতিথম্না, হিংসা-দ্রোহ থাদোকপা বৈশ্যগী ধর্মগী লৈরিবা সীমাদগী হেন্দোক্তরবা, দেবতা ব্রাহ্মণগী পূজা থাদোকপা, মহাক বৈশ্য অহু গন্ধর্ব অপসরাশিংনা সেবন তৌবিবা স্বর্গলোক অহু ফংহি।।১৯-২১।। শূদ্রশিংগী মরক্তা অদুগা শূদ্র মহাক্না, ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অহুম অসিগী সেবাবু তহনা তৌরিবা, বিশেষ ওইনা (থোইদোক্না) ব্রাহ্মণগী দাস (মীনায়গী মপু (ব্রাহ্মণ) গী নাক্তা লেপ্লুনা কান হায়বকপগে হায়হুনা ভাইহনা লৈবা, মীপোন্দা নিরপ্রিতিগী মমাগুদা দান তৌবা অশোং অমাং য়াম্ন থাযবা, গুরু অমদি দেবতাগী পূজাবু মুংশিবা হৈনিংবগী লোয়ননা তৌরিবা, অতোপ্পগী মূপীশিংদগী য়াম্না লাপথোকনা লৈবা, মচা মশুশিংবু পুক্নিং চংনা য়োক থাক্রিবা, জীবশিংদা অভয়দান (ঐ নৈ কিগনু হায়বা) অদুগুম্না শূদ্রগী কায ।২২-২৪।।

এবং ধর্মাৎ পরং নস্তি মহৎসংসার মোক্ষণম্। ন ধর্মাৎ পরং কিংচিৎ পাপ কর্মব্যপোহনম্ ।।২৫।।
তস্মাৎ ধর্মঃ সদাকার্য্যঃ মানুষং প্রাপ্যদুর্লভম্। নহি ধর্মাম্বরক্তানাং লোকে কিংচন দুর্লভম্ ।।২ ।।
স্বয়ম্ভুবিহিতো ধর্মো যো যস্যেহ নরেশ্বর। স তেন ক্ষপয়েৎ পাপং সম্যগচিরিতেন চ ।।২৭।।
সহজং যৎ ভবেৎ কর্ম ন ত্যজ্যংহি কেনচিৎ। স এব তস্য ধর্মো হি তেনসিদ্ধিং স গচ্ছতি ।।২৮।।
বিগুনোহপি স্বধর্মস্তু পাপ কর্ম ব্যপোহতি এবমেব তু ধর্মোহপি ক্ষীযতে পাপবর্দ্ধনাৎ ।।২৯।

যুধিষ্টির উবাচ

ভগবান্ দেবদেবেশ শ্রোতুং কৌতুহলংহিমে। শুভস্যাপ্যশুভস্যাপি ক্ষয়বৃদ্ধী যথাক্রমম ।।৩০।।

শ্রীভগবানুবাচ

শৃনু পার্থিব তৎসর্বং ধর্মসূক্ষমং সনাতনম। দুর্বিজ্ঞেয়তমং নিত্যং যত্র মগ্না মহাজনাঃ ।।৩১।।

অসিগুবা ধর্মদগী তেনবা অতোপ্পা ধর্ম অমমুক লৈত্রে। অসিগুম্না ধর্মশিংসিবু নিস্কামভাবতা (ঐনা তৌরিবসি স্বর্গ কাননবগী তৌরিবনি হায়বা অসিনচিংববু অপাঙবু থাদোকপা) তৌরিবা অসিগুম্বা সাধনাগী তেনবা পাপ পুম্না কোক্কনবগী অতৈ সাধনা অমত লৈত্রে ।।২ ।। মরম অদুনা, ফজমদ্রবা তাইবং মীগী মপোকপু ফংলিঙৈ অসিদা হায়রিবা ধর্মশিং অসি পালন তৌগদৌবনি। ধর্মশিং অসিবু সেবন তৌবিবা মী মচাক অদুনা কংতোইদৌবা দুর্লভ (তাঙলবা) ওইবা পোশক অমত সংসাবসিদা লৈতে ।।২৬।। নিংথৌ ! যুধিষ্ঠীর ! ব্রাহ্মণা হায়রিবা তোঙান তোঙানবা বর্ণ মরিসিগী তোঙান তোঙানবা মথৌ (ধর্ম) শিংসে য়াক্তুনা বিধান তৌদুনা থনগ্রবনি মাগী মাগী ধর্মশিংবু ভাক্কা চৎলিবা মী ( ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয় বৈশ্য-শূদ্র অদু মানা মানা তৌথিবা পাপ পুম্নমকপু মশা মশানা প্রায়শ্চিত্ত তৌদুনা মুথংলি। মথোয়গী জীব (জীবাত্মমনা তম্না অফা অপুননা নাম্বোক্কুনা চৎথি। অদুংনি স্বর্গ কাবা হায়রিবসে। (স্বর্গ গচ্ছমনিত্যয়া চৎথিবা) ।২৭। মাগী মাগী শরক তম্মকপা ধর্মনি তাইবং মীনা চপ চানা চৎকদবনি। চৎলিবা অদুসু নিষ্কাম ভাবনাদা চৎকদবনি। অসিনি নিষ্কাম কর্ম হায়রিবসে ।।২৮।। মাগী মাগী মথৌ (ধর্ম) অদুনা অতোপ্পা অমগীদগী হন্নরবসু বিগুণ (গুণ য়াওদবা) নি হায়রনা থম্নবসু মাগীদুনা মফরে হায়না থনগদবনি। মসি চুমসু চুম্নবনি। পগুথন থনবা নত্তে। মসিবু ওন্না তৌননা থনবদা পাপকী বৃদ্ধি ধর্মগী ক্ষয় ওই ।।২৯।। যুধিষ্ঠীরনা হায়ঃ—ভগবান ! দেবদেবেশ্বর ! শুভ-অশুভ অনীসিগী বৃদ্ধি হ্রাস (চাওখৎপা মাঙখবা) হায়বসি করম হায়না ওইবগে। মাদু তাজনীংঙি ।।৩০।। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়ঃ— নিংথৌ ! হংলিবা ধর্মগী বিষয় অসে, য়াম্না ফুপপা, পাকথকবদা য়াবা তুম্নু অমনি। য়ায়া জ্ঞানী ওইরবা ফাওবনা চম্নবা বিষয় অমনি ।। মাদু ঐ হায়গে তাবিয়ু ।।৩১।।

যথৈবশীতমুদকমুষ্ণেন বহুনা বৃতম্ । শীতলং চ ভবেৎসর্বমুষ্ণত্বং চ বিনশ্যতি ॥৩২॥
যথোষ্ণং বা ভবেদল্পংশীতেন বহুনা বৃতম্ । শীতলং চ ভবেৎ সর্বমুষ্ণত্বং চ বিনশ্যতি ॥৩৩।
এবং চ যৎ ভবেৎ ভূরি সুকৃতং বাপি দুষ্কৃতম্ । তদল্পংক্ষপবেচ্ছীঘ্রং নাত্র কার্যা বিচারণা ॥৩৪॥
সমত্বে সতি রাজেন্দ্র তয়োঃ সকৃতপাপয়োঃ । গূহিতস্য ভবেৎ বৃদ্ধিঃ কীর্তিতস্য ভবেৎ ক্ষয়ঃ ॥৩৫॥
খ্যাপনেনানুতাপেন প্রায়ঃ পাপংবিনশ্যতি । তথা কৃতস্তুরাজেন্দ্র ধর্মো নশ্যতি মানদ । ৩৬ ।
তাবুভৌ গূহিতৌ সম্যগ্ বৃদ্ধি যাতো নসংশয়ঃ তস্মাৎ সর্বপ্রযত্নেন নপাপংগূহয়েৎ বুধঃ ॥৩৭।
তস্মাদেতৎ প্রযত্নেন কীর্তয়েৎ ক্ষয়কারণাৎ তস্মাৎ স কীর্তয়েৎ পাপংনিত্যংধর্মংচগূহয়েৎ ॥৩৮॥

---

য়াম্ন শাবরা ঈশিংদা না দগী মাত্রা যাম্ন হন্থবা অঈংবা ঈশিং হৌজিল্লবাদি হৈজিনখিবা অঈংবা ঈশিং অহু অশাবগী ধর্মহু অদুম লৌখি। ঈশিংগী অঈংবা হায়বা ধর্ম (গুণ) অহু মাঙখি।৩৩॥ অদুগা খিদুং লুপ্ন, লুপ্ন, শাবা ঈশিংদু, মঙোন্দগী মাত্রা হেনবা অঈংবা ঈশিংদা হৈজিল্লবদি মাসু অদুম অঈংবগী ধর্ম (গুণ) হু লৌখি। মাগী খর শারম্না ধর্মহু মাঙখি।৩৩॥ অদুগুম্না অদেনবা পাপতা হন্থবা পুণ্য, হন্থবা পাপ, অদেনবা পুন্যদতা য়ানখাইনবসি অদুগুম্বনি। অয়াম্বা পাপতাপুণ্যনা খজিন্দুং থাদবা, অয়াম্বা পুন্যদা পাপ খজিন্দুং য়ানখিবসি পুণ্যনা অদুম চুপশিননিংগনি মসিনা ঈরায় লায়বা প্রমাণ খুদমনি। অহুনা য়ারিবা মখৈ পুন্যনা য়ামনবা হোৎনগদবনি।৩৪ অদুগা, নিংথৌ! পাপ অদুগা পুণ্য অদুগা চপ মান্নরবদি হায়বদি অঈংবা অদুগা অশাদুগা চাং চপ মান্ননা য়ানশিন্নরবদি অনীগী ধর্মদো য়াম্ন থুপ্পু লৈহনবা তাই। খুদম ওইনা হায়রবদা মপুতাক্না হুবান্দুনা অচাংক পুরকলবা য়াম্ন লাম্নব অমদা দান তৌরবদি হুরাল্লকপনিশু হায়রবোই দান তৌখিবসু কোংদোক্লরোই। থুপ্পু ওইনা তুমিন্ন লৈবা তারে। অসিবুনি 'ধর্মস্য তত্ত্বং গুহায়াম্'' হায়নরিবসি অদুগা হুরানবদা অশেংবা পোৎ অদু দান তৌরব-হুফাওবা ঐ দান তৌখি হায়বসি হায়বোইদবনি মাসিনা খাইদগী চাউবা দানধর্মনি ॥ ৩৬ ॥ লোত্তুনা থম্নবদি, হায়দোকত্রবদি, অনামক হেনগৎলকই। মরমঅহুনা শম্না হায়রবদা, য়াম্না শিংবা মীনা পাপ কর্মবু মীক্লোন্দ থোক হায়দোক্লগা পুণ্যকর্মদি হায়দোক্লবা মসিনা মফরে। পাপ কর্মবু হায়দোক্লনা থুপ্নুনা থম্না অসি তৌরোইদবনি। পাপকর্মবু মীঙোন্দা তেংনা হায়দোকথ্রবদি পাপ অদু লৈহৌদ্রেদনা, পুন্যকর্মবু মাঙোন্দা হায়দোকথ্রবদি পুণ্য লৈহৌদ্রেদনা। অহুনা পাপপু হায়দোকথ্রগা পুণ্যবদি হায়দোকতবা অসিনা মশোয়দ্রে ॥৩৭-৩৮॥

মফম অসিদা দাক্ষিনাত্যারোমদা কংবা মহাভারতকী শরুক খর অদু মখাং অসিরাইদা লৌইরে ॥ × ॥ × ॥ × ॥

---

( কান্নদবা মপোক, কান্নদবা দান, কান্নদ্রবা পুন্‌শিগী বর্ণনা
সাত্ত্বিক দানগী লক্ষন, দানগী যোগ্যপাত্র, ব্রাহ্মণগী মহিমা )
লীবা মতাং ।। দাক্ষিণাত্যমহাভারতকী শরুক থর ।।

---

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবং শ্রুত্বা বচস্তস্য ধর্মপুত্রোঽচ্যুতস্য চ। প্রপচ্ছ পুনরব্যগ্রং ধর্মং ধর্মাত্মজোঽরিম্ ।।১।।
বৃথা চ কতি জন্মানি বৃথা দানানি কানি চ।
বৃথা চ জীবিতং কেষাং নরাণাং পুরুষোত্তম ।।২।।
কাদৃশাসু হ্যবস্থাসু দানং দত্তং জনার্দ্দন।
ইহলোকেঽনুভবতি পুরুষঃ পুরুষোত্তম ।।৩।।
গর্ভস্থঃ কিং সমশ্নাতি কিং বালো বাপি কেশব।
যৌবনস্থেঽপি কিং কৃষ্ণ বার্ধকো বাপি কিং ভবেৎ ।।৪।
সাত্ত্বিকং কীদৃশং দানং রাজসং কীদৃশং ভবেৎ।
তামসং কীদৃশং দেব তর্পয়িষ্যতি কিং প্রভো ।।৫।।

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— জনমেজয়! ধর্মপুত্র নিংথৌ যুধিষ্ঠীরনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অচ্যুতগী বচনশিং অসি তারগা অমুক অতোপ্পা ধর্মগী বা অমমুক হংখি ।।১।। পুরুষোত্তম! জনার্দন! তাইবং মীনা করম্বা অবস্থাদা লৈদুনা দান তৌরবদি, দান অদুগী মহেহ ইহলোক অসিদা (শিন্ন্রিভৈদা) ফংবা য়াবগে? করম করম্বা তাইবং মীগী মপোক অসি কয়িদু কান্নদ্রবনি হায়না লৌনবগে? করম করম্বা দাননা করিম কান্নদবা দাননি হায়না লৌনবগে? অদুগা করম্বা পুনশিনা ফিংদুনা লৈবনা কান্নদনা হিংদুনা লৈবনি হায়না লৌনবগে? কেশব! গর্ভদুংদা লৈবা মীনা করম্বা দানগী মহৈবু চাদুনা লৈবগে? শ্রীকৃষ্ণ! অদোং ওইবগী অবস্থাদা, পাথং ফারকপগী অবস্থাদা অদুগা অহল ওইরক্লবা অবস্থাদা তাইবং মীনা করম করম্বা দানগী মহে চাদুনা লৈবগে? ।।২৪।। ভগবন্! সাত্ত্বিকদান, রাজসিক দান, তামসিক দান হায়দুনা লৈরিবসি করম করম্বা দাননো? থাইদগী হেন্নাপেন্নকম ওইবা দানসি করম্বা দাননা ওইবগে? ।।৫।।

উত্তমং কীদৃশং দানং তেষাংবা ফলং লভেৎ।
কিং দানং নযতি হ্যূর্দ্ধং কিংগতিং মধ্যমাংনয়েৎ।
গতিংকষন্যামথবা দেব দেব বদস্ব মে।। ৬ ।।
এতদিচ্ছাতি বিজ্ঞাতুং পরং কৌতুহলংহিমে।
ত্বদীয়ং বচনং সত্যং পুণ্যং চ মধুসূদন ।।৭।।

শ্রীভগবানুবাচ

শৃণু রাজন্ যথাখ্যায়ং বচনং তথামুত্তমম্।
কথ্যমানং ময়াপুণ্যং সর্বপাপপ্রণাশনম্ ।।৮ ।।
বৃথা চ দশ জন্মানি চত্বারি চ নরাধিপ।
বৃথা দানানি পঞ্চাশৎপঞ্চৈব চ যথাক্রমম্ ।।৯।।
বৃথা চ জীবিতং তেষাংতে চ ষট্ পাবকীর্ত্তি তাঃ।
অনুক্রমেন বক্ষ্যামি তানি সর্বানি পার্থিব ।।১০।।

---

থাইদগী হেনবা দানগী মশক অসি করম তৌই? তাচগুম্না থাইদগী হেনবা দান অদু তৌবগা দাতা অদুনা ফংগদবা মহৈনা করিনো? কবি করম্না দাননা তাইবংমীগী আত্মাবু উর্দ্ধগতিদা পুখৎখিবগে? করম্না মধ্যগতিদা, করম্না অধোগতিদা থৌহনখিবগে? দেবাধিদেব! হায়রিবা, খঙনিংলিবশিংসে মথং মথং অমুক্তা তাকপিয়ু।।৬।। মধুসূদন! হায়রিবা বিষয়শিংগী মরমদা ঐ য়াম্না মুন্না খঙজনীংঙি। মসিবু শেংনা তাকপিগদবসে, জনার্দন! নহাক্কনা ওইগনি। মরমশিং অসি অমুক্তং হংগে হায়না উৎকণ্ঠা তৌদুনা লৈরক্কনি। ৭। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় — নিংথৌ! অংম্নবিধি কান্নদনা, হংলিবা মরমসে ঐ হায়গে। য়াম্না ধ্যান তৌনা, পুক্নীং চংনা তাবিয়ু। হংলিবা বিষয়শিংসে ওথোক্লা শেংলবা অদুগা হংবতদা পাপ পুম্না কোক্তনীংঙাম্নগী মশক্তি।৮।। নিংথৌ। কান্নদবা মপোক্কসি তরামরিনি। করিস্থ কান্নদবা দাননা য়াঙ্খমঙানি। অরেম্নদা হিংহনা লৈবনা মখন তরুক্তি। নিংথৌ! ঐ মথং মথং হায়রক্কে। ৯-১০ ।।

ধর্মঘ্নানাং বৃথা জন্ম লুব্ধানাং পাপিনাংতথা। বৃথা পাকং চ যেঽশ্নন্তি পরদাররতাশ্চ যে।
পাকভেদকরা যে চ যে চান্যাঃ সত্যবর্জিতাঃ ।।১১।।

মৃষ্টমশ্নাতি যশ্চকঃ ক্লিশ্যমানৈস্তু বান্ধবৈঃ। পিতরং মাতরং চৈব উপাধ্যায়ং গুরুং তথা।
মাতুলং মাতুলানীং চ যো নিহন্যাচ্ছপেত্‌বা ।।১২।।

ব্রাহ্মণাশ্চৈব যোভুক্ত্বা সংধোপাসন বর্জিতাঃ। নিঃস্বাহোনিঃ স্বধশ্চৈব শূদ্রানামন্নভুগ্‌ দ্বিজঃ। ১৩।।
মম বা শংকরস্যাথ ব্রহ্মণোবা যুধিষ্ঠির। অথবা ব্রাহ্মণানাং তু যেন ভক্তা নরাধমাঃ
বৃথা জন্মাস্তৈস্তেষাং পাপিনাং বিদ্ধি পাণ্ডব। ১৪।।

অশ্রদ্ধয়াপি যৎ দত্তমবমানেন বাপি যৎ। দম্ভার্থমপি যদ্দত্তং যৎ পাখণ্ডিহৃতংনপ ।।১৫।।
শূদ্রাচারবয় যৎ দত্তং বা দত্ত্বা চানুকীর্ত্তনম্। রোষযুক্তং চ দত্তং যৎদত্তমম্লশোষচিতম ।।১৬।।
দম্ভার্জিতং চ যৎদত্তংযচ্চ বাপানৃতার্জিতম্। ব্রাহ্মনস্য চ যৎদত্তংচৌর্য্যেনা পার্জিতংচযৎ। ১৭।।
অভিশপ্তাহৃতং যত্তু যং দত্তং পতিতে দ্বিজে। নির্বন্ধাভিহৃতং যৎদত্তং যর্বযাচকৈঃ। ১৮।
ব্রাতৈস্তু যদ্ধৃতং দানমারুঢ়পতিতৈশ্চ যৎ। যৎ দত্তং স্বৈরিণীভর্তুঃ শ্বশুরানম্ববর্ত্তিনে ।।১৯।।
যৎগ্রামযাচকহৃতং যৎ কৃতঘ্নহৃতং তথা উপপাতকিনে দত্তং বেদবিক্রয়িনে চতৎ ।।২০।।

---

ধর্মব্‌ মাঙহল্লিবা লোভী, পাপী, বলিবৈশ্বদেবগী শরুক হায়া তমদনা চাবা, পরস্ত্রী পূর্কোংচব্বা, অচাথকতা চীনহাও যাম্ন থিবা, মমা মপাবু, ওজা গুরুদ্‌ ফুবা হৈবা, মমাগা পোকমিন্নবা মামবু মনেব্‌ চৈথাংবা, ফুবা, ব্রাহ্মণদি ওইরগা সংধ্যা উপাসনা তৌদবা অগ্নিহোত্র (হোম) তৌদবা, শ্রাদ্ধতর্পণ তৌদবা, শূদ্রগী অন্ন অমদি শূদ্রগী যুমদা চাবা থকপা, ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বরগী ভক্ত ওইদবা, হায়রিবা তরামরিনি মীগী জাদ্র যাম্না হন্নবা থাকতা লৈরবনি। অসিগুম্বা পাপীশিংগী মানবজন্ম অসি করিমত কান্নদ্রবসি। ব্যর্থনি ।।১-১৪।। দান তৌরবস্তু ভক্তি শ্রদ্ধা যাওদবা, লৌরিবহুব্‌ ইকায়নবা চোপহনবা, ঐ দান তৌরি হায়না মীওন্দা উৎনিংবা শূদ্রগী মমচৎ চংলবা মীদা দান তৌরবা তুংদা মীওন্দা তমথোক্‌না মশাবু প্রশংসা তৌহনবা শাউরংলমংলনা দান তৌবা, দান তৌথোকপ্রবা পীথোকপ্রবা তুংদা নীংঙম্মক্তবা, চীং লেম্না-থোম্নন দান তৌবা, মীওন্নগী নমজা হাজানবা পুরকপা পোৎশ দান তৌবা, ব্রাহ্মণগী মবনবু লোম্না লৌরুরগা দান তৌবা, মশাদা কলঙ্ক লৈবা মীদগী পুরকপা পোৎপু দান তৌবা, পতিত ওইববা ব্রাহ্মণদা দান তৌবা বেদশাস্ত্র হৈতবা অহোয়নদ্রম নিন্দা তৌবা ব্রাহ্মণদা দান তৌবা, মশাব্‌ সংস্কার তৌজবা, শেংদোকত্রিবা মীদা দান তৌবা, বেশ্যাগামী-ওক্সনী মুগী সঙ্গ তৌবদা দান তৌবা, তৌবিমন খংদনা মীদা তৌবা দান লোক সমাজদা যাম্না ইৎ-পাত্র তৌবা মীদা তৌবা দান, বেদশাস্ত্রব্‌ লল্লোপোৎ ওইনা শীজিন্নবা ।।১৫-২০।

স্ত্রীজিতায় চ যৎ দত্তং যৎ বাদত্তং রাজসেবিনে। গণকায় চ যৎদত্তং যচ্চ কারুনি কাযচ ॥২১॥
বৃষলীপতয়ে দত্তংযৎ দত্তংশাস্ত্রজীবিনে। ভৃতকায় চ যৎদত্তং ন্যালগ্রাহিহৃতং চ যৎ ॥২২॥
পুরোহিতায় যৎ দত্তং চিকিৎসকহৃতং চ যৎ। যৎ বণিককর্মিণেদত্তং ক্ষুদ্রমন্ত্রোপজীবিনে ॥২৩॥
যচ্ছূদ্র জীবিনে দত্তং যচ্চ দেবলকায় চ। দেবদ্রব্যাশিনে দত্তং যৎ দত্তং চিত্রকর্মিণে ॥২৪॥
রঙ্গোপজীবিনে দত্তং যচ্চ মাংসোপজীবিনে। সেবকায় চ যৎ দত্তং যৎদত্তংব্রাহ্মণব্রুবে। ২৫॥

অগ্নিদিশিনে চ যৎ দত্তং বাধুষিকায় চ।
যদনাচারিণে দত্তং যত্নু দত্তমনগ্নয়ে ॥২৬॥
অসংধ্যোপাসনে দত্তং যচ্ছূদ্র গ্রামবাসিনে।
যন্মিথ্যালিঙ্গিনে দত্তং সর্বাশিনে চ যৎ ॥২৭॥

---

মুপীগী খুদোম্বাদা লৈবা, মুপীনা ভঙ্গাদা তৌবা দান, নিংথৌগী মানায়দা রাচৎপগী তৌবা দান, জ্যোতিষী (পাজা) দা তৌবা দান, তান্ত্রিক (তন্ত্রাংশবা-ঙৌকাপ য়াইকাপ পোৎশেম থোরাং হৈবা) তৌবা দান, শূদ্রগী মুপীগা সঙ্গ তৌবা মীদা তৌবা দান, অস্ত্র থাঙ তানচিংবা তম্বিবনা জীবিকা ওইবা মীদা তৌবা দান, নোকরীদা মীগী নোকর ওইবা মীদা তৌবাদান. লিল ফাবা লিল জগোই শাহনবা জীবিকা ওইবা মীদা তৌবা দান, মীগী য়ুমদা কোয়চং চত্তুনা পুরোহিত মী (ব্রাহ্মণ) না তৌবাদান, বৈদ্যদা (মাইবাশাবা) দা তৌবাদান, বনিয়াদা লল্লোনঈতীক তৌবদা তৌবাদান, মন্ত্র যন্ত্র মচা মচা লাইশোল তিনশোল তৌদুনা মাদুনা জীবিকা ওইবা মীদো তৌবা দান, শূদ্রগী য়ুমদা লৈদুনা থবকথনা তৌবনা জীবিকা ওইবা মীদা তৌবা দান, থাগী তলব (অরামল) লৌদুর মাগী মন্দির চত্তুনা লাইগী পূজা তৌবা মী (ব্রাহ্মণ) দা তৌবা দান, দেবোত্তর লাইদা কৎপ্রবা লৌরা ইংখোলদগী থোকপা পোৎপু চাদুনা জীবিকা ওইবা মীদা তৌবা দান, মীগী তস্বীর লৌদুনা য়েক্কুনা মদুনা জীবাকা ওইবা মীদা তৌবা দান, চোংফন্দুনা মীত্রং তৌদুনা মাদুনা জীবিকা ওইবা মীদা তৌবা দান, কোয়চৎ চত্তুনা মাগী হকচাং নম্বা খোঙ খুং নোয়বনা জীবিকা ওইবা মীদা তৌবা দান, ব্রাহ্মণনিদা হায়রগা ব্রাহ্মণগী হৌনবা আচার ব্যবহার তৌদবা মীগোন্দা তাকপি তমদ্বিবা অফবা পাউতাক পীবা হৈংবা ব্রাহ্মণদা তৌবা দান, শেন্দোয় চাদুনা শেল পুথোকপা মীদা তৌবা দান, অশেং অমাং মফম মরাং খঙদ্রবা ব্রাহ্মণদা তৌবা দান, মশামক্তা যাগযজ্ঞহোম তৌদবা ব্রাহ্মণদা তৌবা দান, শূদ্রগী খুলদা বাস তৌবা (লৈবা) মী (ব্রাহ্মণ) দা তৌবা দান, তৌশিন্নবা শাশিন্নবা ফীজোল শেৎপা মীদা তৌবা দানা. অমাংবা শেংবা খঙদবা অফং অফং পঙচাত চাবা মী (ব্রাহ্মণ) দা তৌবা দান,

নাস্তিকায় চ যদ্দত্তং দত্তং ধর্মবিক্রয়িনে চ যৎ। বরাকায় চ যদ্দত্তং যদ্দত্তং কূটসাক্ষিণে।।২৮।।

গ্রামকণ্টায় যৎ দত্তং দানং পার্থিবপুঙ্গব। বৃথা ভবতি তৎসর্বং নাত্র কার্য্যা বিচারণা।।২৯।।

হেতুশাস্ত্রেষু যে সক্তাঃ ক্ষুদ্রদৃষ্টি পথমাশ্রিতাঃ।দেবান্ নিন্দন্ত্যনাচরা বৃথা জীবন্তি তেনরাঃ।।৩০।

এতেভ্যো দত্তমাত্রাণি দানানি সুবহূনপি। বৃথা ভবন্তি রাজেন্দ্র ভস্মন্যাজ্যাহুতির্যথা।৩১।।

এতেষু যৎফলং কিংচিৎভবিষ্যতি কথংচন। রাক্ষসাশ্চ পিশাচাশ্চ তৎ বিলুম্পন্তি হর্ষিতাঃ।।৩২।

বৃথা হোতানি দানানি কথিতানি সমাসতঃ। জীবিতং তু তথা তেষাং তচ্ছৃণুষ্ব যুধিষ্ঠির।৩৩।

যে মাং ন প্রতিপদ্যন্তে শংকরংবা নরাধীমাঃ। ব্রাহ্মণান্বা মহীদেবান বৃথা জীবন্তি তেনরাঃ।।৩৪।।

হেতুশাস্ত্রেষু যেসক্তাঃ ক্ষুদ্রদৃষ্টিপথমাশ্রিতাঃ। দেবান নিন্দন্ত্যনাচারা বৃথা জীবন্তি তেনরাঃ।।৩৫।।

---

নাস্তিক ওইবা ঈশ্বরগী অস্তিত্ব থাজদবা মীদা তৌবা দান, ধর্ম য়োনবা (ধর্মবু লল্লোল পোৎ ওইনা কোয়চৎ চতুনা ভাংবা শকপা) মীদা তৌবা দান, মীনম্না সাক্ষী ওইবা মীদা তৌবা দান, কুটনীতি শীজিন্নদুনা অমগ মগা কনচৈনহনবা মীদা তৌবা দান, হায়রিবা দানশিংসে অরেম্নদা তৌবা দাননি। অরেম্না ওইবত নত্তনা পাপ পুগনি।। যুধিষ্ঠির! সংসারগী বিষয়দা লুপ্লবা, ব্রাহ্মণনি হায়বগী মীং তমভাবরবা, দান লৌবা ফাওবা মতিক চাদবা, মহাক অহুদি মশাবুযুউদ্ধার তৌরে। মীবুসু উদ্ধার তৌবিবা ঙমদে। মশাবু উদ্ধার তৌরবা মীতনা অতোপ্পবু উদ্ধার তৌগদবনি।।২১ ৩০।। রাজেন্দ্র! নিংথৌ অপোইবা! হায়খিবা, দোষ লৈরবা মীশকশিং ব্রাহ্মণশিংসিদা তৌবা দান অহু ফনা যাম্না তৌববসু উকাঘী হৈবনি। কবিগুম্না কান্নবা অমত লৈতে।৩১।। মখোয়দা পীখিবা তৌখিবা দান অহু হিংচা যাইতপা শরোয় ভারোইশিংনা যুয়দুনা লৌথি।।৩২।। * মহারাজ! যুধিষ্ঠির! ব্যর্থ ওইবা কাময়দবা দানশিংগী মরমদা শম্পাংনা হায়রে। অহুগা অমুক, কাময়দবা পুনশিমরেলশিংগী মরমদা হায়রে। যাম্নদবা হিংদুনা লৈরবদা শিজখিবনা হেন্না ফরবা মহিংনি, তাবিযু।৩৩। অহম্না জ্ঞান তাক্লিবা তাহল্লিবা ঐ (কৃষ্ণ) বু, জগৎকী সংহার কর্তা শঙ্করবু, যাগযজ্ঞগী তত্ত, বিধি তাকপিরিবা ব্রাহ্মণবু নিন্দা তৌরিবা মী মহাক্নুনা হিংবনা লৈরিবহু কান্নজবনি। শিখিবনা ফরবনি।৩৪।। তর্ক হৈরবনি হায়দুনা তর্কশাস্ত্র থর হৈরুতম্মুরগা, ঈশ্বর ককা হায়বা করিমত লৈতে হায়বা প্রমাণ পীদুনা, মপানগী ভাংশকপা মফরবা ঈশ্বরগী সেবা পূজা ফাওবা তৌদ্রবা, নস্তিক অহনা হিংলবহু কাম্নদ্রবনি। শিজখিবনা হেন্না ফরবনি।৩৫।।

---

* টীশ:— হায়রিবসিগী ভাব তি:— হুইগী লমচৎ চৎপা ব্রাহ্মণ অমদা তৌরিবা দান অহু ব্রাহ্মণহুদা তৌবা দান নত্তে। হুইদা তৌবনি, হুইদং পীজবনি। হিংচাবগী লমচৎ চৎপা ব্রাহ্মণা অমবু পীজরিবহু ব্রাহ্মণ অহুবু পীজবা নতে। হিংচাবদা পীজবনি। ( কালাচাঁদ )

কুশলৈঃ কৃতশাস্ত্রাণি পঠিত্বা যে নরাধমাঃ। বিপ্রাংস্তু নিন্দন্তি যজ্ঞাংশ্চ বৃথা জীবন্তি তেনরাঃ। ৩৬।
পিতরং মাতরং চৈব গুরুমিন্দ্রং নিশাকরম্ মূঢ়া নিন্দন্ত্যনাচারা বৃথা জীবন্তি তে তথাঃ ॥৩৭॥

বিদ্যমানে ধনে যস্তু দানধর্মবিবর্জিতঃ।
মৃষ্টমশ্নাতি সংশ্চকো বৃথাজবন্তি সোঽপি চ ।৩৮।
বৃথা জীবিতমাখ্যাতং দান কালং ব্রবীমিতে ॥৩৯॥
তমোনিবিষ্টচিত্তেন দত্তং দানং তু যৎজবেৎ।
তদস্য ফলমাপ্নোতি নরো গর্ভগতো নৃপ ॥৪০॥
ঈর্ষ্যাযংসবসংযুক্তো দম্ভার্থং চার্থকারণাৎ।
দদাতি দানং যো মর্ত্যো বাল্যভাবে তদশ্নুতে ॥৪১॥

---

নাস্তিকশিংগী গ্রন্থ মপাবা, অতৈদা করি করি চায়রিবগে চায়বচ্ছদি করিমত খণ্ডরবা, ব্রাহ্মণ্য, যজ্ঞপূজাবিধি মানদ্রবা মীহুনা শিংলিবত্ত কাম্নদ্রবনি। শিখিবনা হেন্না ফরবনি। অচ্ছুগুম্বা মীশিংহুনা শিখিবনা জগৎকী কান্নবা ওইগনি।৩৬॥ শক্তি অমমমগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা ওইনা লৈরিবা শক্তি (দুর্গা), লাইশিংমক্কী সেনাপতি ওইবা স্বামীকার্তিকেয়, মখোয়গী মপান্না জগৎপুম্বনা হিংহনা লৈরবা বায়ু, আগ্নি, জল, সূর্য, মাতাপিতা, গুরু, ইন্দ্র, চন্দ্রমা বু করিস্ত ওইদনা খনবা, চায়রিবা দেবতাশিং গ্রহশিংসিদা ঐখোয়না করি করি তৌফম থোকপা হায়বচ্ছদি খন্দনা, অহোয়নচুম করিস্ন নস্তবনি হান্নবা শিদা তৌবা মীওনা শিংলিবত্থ কান্নদ্রবনি, শিজখিবনা ফরবনি। শিখিবনচুম জগৎ মঙ্গল ওইগনি ॥৩৭॥ মশামক্না চাবা ভমখৈ পৈখত্তনা মরল মথুম লৈনা শৈনা মীভোন্দ করিমত পীজদনা, লারবা মীনা তত্তৌ তত্তৌ য়েংহুনা লৈহনবা মাহুনা হিংলিমহ্ম কান্নদ্রবনি। শিখিবনা হেন্না জগৎকী উপকর ওইগনি অসি ফাওবসিনা কান্নদনা হিংবগী মরম শম্পংদা হায়বনি। হৌজিক অমুক চায়গদৌরিবসি দান তৌবগী মহৈচাবগী মতমগী মরমদনি, তাবিয়ু ॥৩৮॥ নিংথৌ! তমোগুণদা লুপ্পুনা লৈবরা মীদা তৌবা দানগী মহৈহ্ন গর্ভস্থংদা লৈরিবৈদগী মতমদগী অহুম চাবা হৌরবনি ॥৩৯-৪০॥ শাউরং নরংননা পীনিংদনা পাম্ম পাম্মুনা পীখবা তৌখিবা হন্দকী মপোক্কী দানসিগী মহৈদি, অতোপ্পা মপোক অমদা বাল্যাবস্থাদা (অঙাং ওইরিবৈদা) ফংঙুগনি। মুন্দুন, চাবা ফংলুগান। অঙাং ওইরিবৈদা অমগমগ। নম্মুনচুনা, খর শোনবা মমাম্নবদগী মুম্মুনা চাবা ফংলিবসি, নাহলমুক্কা তৌখিবা দান মতৌহুগী মহৈনি। হায়বদি, তৌথিবা দান জাৎ জাৎকী মহৈহু হয়েংমুক্কী তোঙাল তোঙানবদা অবস্থাশিংদা বাল্যাবস্থাদা, যুবাবস্থাদা, বৃদ্ধাবস্থাদা ফংঙুই হায়বনি ॥৪১॥

যোঽল্পং ভোগমশক্তস্তু ব্যাধিভিঃ পীড়িতোভৃশম্ ।
দদাতি দানং যো মর্ত্ত্যো বৃদ্ধভাবে তদশ্নুতে । ৪২।।

শ্রদ্ধাযুক্তঃ শুচিঃ স্নাতঃ প্রসন্নেন্দ্রিয়মানসঃ । দদাতি দানং যোমর্ত্ত্যো যৌবনে স তদশ্নুতে ।।৪৩।।
স্বয়ংনীত্বা তু যং দানং তস্য পাত্রে প্রদীয়তে । তং সার্ব্বকালিকং বিদ্ধি দানমামরণাত্তিকম্ ।।৪৪।।
রাজসং সাত্ত্বিকং চাপি তামসং চ যুধিষ্ঠির । দানং দান ফলং চৈব পতিং চ ত্রিবিধাং শৃণু ।।৪৫।।
দানং দাতব্যমিত্যেব মতিং কৃত্বা দ্বিজাতয়ে । উপকারবিমুক্তায় যদ্দত্তং বিদ্ধ সাত্ত্বিকম্ ।।৪৬।।
শ্রোত্রিয়ায় দরিদ্রায় বহুভৃত্যায় পাণ্ডব । দীয়তে যৎপ্রহৃষ্টেন তৎ সাত্ত্বিকমুদাহৃতম্, ।। ৪৭ ।।
বেদাক্ষরবিহীনায় যত্ত পূর্ব্বোপকারিণে । সমৃদ্ধায় চ যৎ দত্তং তৎ দানং রাজসং স্মৃতম্ ।।৪৮।।
সম্বন্ধিন চ যৎ দত্তং প্রমত্তায় চ পাণ্ডব । ফলার্থিভিরপাহায় তৎ দানং রাজসং স্মৃতম্ ।।৪৯।।
বৈশ্বদেববিহীনায় দানমশ্রোত্রিযায়চ । দীয়তে তস্করায়াপি তৎদানং তামসং স্মৃতম্ ।৫০।।

---

পীজবা ফাওবদা, চানীং লৌনীংংকত্রবা, মশাদা অনাবা লৈজুনা পীরিদা দান অহু ফাওবা লৌনিংঙকত্রবা মীদা তৌবা দানগী মহৈদি, তয়েংমুক্কী বৃদ্ধাবাস্থাদা ফংঙ্গনি । চানীং দামিংদনা চাবা ফংঙ্গনি । চাদি চানীং চাবদি মাত্রবা অহল ওইববা ফংঙ্গনি । প্রত্যক্ষপ্রমণনি ।।৪২।। স্নান-ধ্যান তৌদুনা তরু তকনা শেংনা, হরাউ হরাউনা তৌবা দানহুগী মহৈদি হন্দক্কী মপোকসিদা যুবাস্থাদা-পাথং ওইরিঙেদা চাবা মহাও খঙলিঙেদা দান ফংহুনা চাবা ফমরিবসিনি । মাসিবু প্রত্যক্ষনি ।।৪৩। যোগ্য পাত্রদা, সংপাত্রদা ফদিগা লোয়ননা তৌবা দানগী মহৈহু হন্দক্কী মপোক্কা ফংবা নীংথিবা দান মহৈবু শিত্রিফাওবা চাবা ফংনরিবসিনি । অশুম্না চিংনবা তৌদমা খঙবু । চিনফম লৈতে প্রত্যক্ষনি ।।৪৪। নিংথৌ ! সাত্ত্বিক দান, রাজসিকদান, তামসিকদান হায়রিবা অহুমসিগী মহৈ অমদি গতীহুগী মরমদা হায়গে । তাবিয় ।।৪৫।। মমাইদা লেনা-দেনা করিমত তৌনখিদ্রিবা ঐগী কান্নবগী করিগুম্বা তৌখিদ্রিবা, মতিক চাবা মীশক্তন মহৈ পাম্মদনা, নিষ্কাম ওইনা তৌবা দানহু সত্ত্বিক দাননি । ৪৬।। পাণ্ডুনন্দন ! নিংথৌ মচামশূদি যায়া লৈরবা, লাযদি লায়রবা বেদবিদ্বান ওইবা ব্রাহ্মণদা সংশিনা হৈনিংনা তৌবা দান অহুম্বা সাত্ত্বিক দাননি ।।৪৭।। লাইবিক লাইশুদি কারিমত হৈতবা, অহুগা চাবা থকপহু বাত্তবা, অহুগা ঐগী কান্নবা থরদি তৌখিবা অহুগুম্বা ব্রহ্মণদা, তৌবা দান অহু রাজসিক দান নি ।।৪৮।। পাণ্ডব ! ভাইশেল মরি মতা থোক্কবদা তৌবা দান অঙাওবদা দানগী মহৈ ফংনিংদুনা, তৌবা দান অসি রাজসিক দান হায়বহুনি ।।৪৯। চাবদা মথন্ত চাথোকপা, বলিবৈশ্বদেবদা হাঃ পীজদবা, বেদশাস্ত্রগী জ্ঞান করিমত্ত মাওদবা, হুরান চীন্থাবদা তৌবা দানসি তামস—তামসিক হায়বহুবি । খাইদগী হন্তবা দাননি ।।৫০।।

দেবা পিতৃগণাশ্চৈব মুনয়শ্চাগ্নয়স্তথা । স্বাত্ত্বিকং দানমশ্নন্তি তুষ্যন্তি চ নরেশ্বর ।।৫১।।
দানবা দৈত্যসংঘাশ্চ গ্রহ, যক্ষাঃ সরাক্ষসাঃ । রাজসং দানমশ্নন্তি বর্জিতং পিতৃ দৈবতেঃ ।।৫২।।
পিশাচাঃ প্রেতসংঘাশ্চ কশ্মলা যে মলীমশাঃ । তামসং দানমশ্নন্তি গতিং চ ত্রিবিধাং শৃণু ।।৫৩।।
সাত্ত্বিকানাং তু দানানামুত্তমং ফলমশ্নুতে । মধ্যমং রাজসানাং তু তামসানাং তু পশ্চিমম্ ।।৫৪।
অভিগম্যোপণীবানাং দানানাং ফলমুত্তমম্ । মধ্যমং তু সমাহূয় জঘন্যাং যাচতেফলম্ ।।৫৫।

অযাচিতপ্রদাতা যঃ সযাতি পতিমুত্তমাম্ ।
সমাহূয় তু যো দত্তাম্মধমাং সগতিং ব্রজেৎ ।
যাচিত যশ্চ দেদত্তাজ্জঘন্যাং স গতিং ব্রজেৎ।। ।। ৫৬ ।।
উত্তমা দৈবকী জ্ঞেয়া মধ্যমা মানুষী গতিঃ ।
গতির্জঘন্যাতির্য্যক্ষু গতিরেষা ত্রিধাস্মৃতা ।। ৫৭ ।।
পাত্রভূতেষু প্রেয়ুসংস্থি তেষ্বাহিতাগ্নিষু ।
যত্নু নিক্ষিপ্যতে দান মক্ষয়া সম্প্রকীর্তিতম্ ।।৫৮।।

---

নিংথৌ। সাত্ত্বিকদানবু দেবতাশিং পিতৃলোকশিং (পিতর), মুনিশিং অমগা অগ্নিদেবনা লৌই। অদুগুম্বা সাত্ত্বিকদানবু ফংলগা মথোয়না য়ায়াপেল্লি-হরাও-ই ।।৫১।। রাজসিক দানবু দানব, দৈত্যগ্রহ, যক্ষ-রাক্ষসশিংনা লৌই। পিতর-দেবতাশিংনা লৌদে ।।৫২।। তামস দানগী মহৈবু পাপী, অমোংপা থবক্তা তৌবা প্রেত — পিশাচশিংনা লৌই। গতি অহুমী বা অদুক হায়রি ।৫৩।। সাত্ত্বিকদানগী গতি (ধাম) না থাইদনী অফবনি। রাজসিক দানগীনা ময়ায়নি। তামস দানগী গতিনা খাইদগী হৎসনি-অধমগতিনি ।।৫৪। দানফংগদৌবিবা দাতাদুগী মকমদা যমদা থোঙথোংমা চত্তুনা তৌরুবা দানগী মহৈনা উত্তমনি। খাইদগী ফেনবা গতি ফংঙি। দাতব্যব যমদা কৌরগা তৌবা দাননা মধ্যমনি ময়ায়নি। মীনা য়ায়া হায়দুনা থুংলোম্মদুনা নিয়রগা পীবা তৌবা দানগী গতি (ফল) খাইদগী হন্থরবনি।৫৫।। নিংজিংঙদা মমুমদা চত্তুনা তৌরবা দাননা খাইদগী হেনবা উত্তম ওইবা মহৈ (গতি) বু পী। যমদা কৌরগা তৌবা দাননা মধ্যমগতিনি। ময়ায়নি। য়ায়ু কৈ হায়বস্তু বাদে গায়ু ফক্কে হায়বস্তু যাদে। নিয়রবা কাল্ল তপ পীবনা অধমগতি পী ।।৫৬।। দৈবী গতিনা খাইদগী হেনবা গতিনি মানুষী গতিনা মধ্যম (ময়ায়) নি। তির্য্যগযোনি চঙঙ্গনবগী, শাগী মপোকতা পোক্নবগী গতিনা খাইদগী কত্রবনি। খাইদগী হন্থরবনি ।।৫৭।। অগ্নিহোত্রী জ্ঞানী ব্রাহ্মণনা খাইদগী হেন্না দানপাত্রনি। অদুগুম্বা সৎপাত্রদা তৌবা দানগী মহৈনি অমাং অতা লৈতে।৫৮।।

শ্রোত্রিয়াণাং দরিদ্রানাং ভরণং কুরু পাণ্ডব। সমৃদ্ধানাং দ্বিজাতীনাং কার্য্যাস্তেষাং তুরক্ষণম ॥৫৯।
দরিদ্রান বিত্তহীনাংশ্চ প্রদানৈঃ স্বর্ণ পূজয়। আতুরস্তৌষধৈঃ কার্য্যং নীরুজস্ত কিমৌষধৈঃ ॥৬০॥
পাপং প্রতিগৃহীতারং প্রদাতুরূপগচ্ছতি। প্রতিগ্রহীতুর্যৎ পুণ্যং প্রদাতারমুপৈতি তৎ
অস্মাৎ দানং সদা কার্য্যং সর্বত্র হিতামিচ্ছত ॥৬১॥
বেদবিদ্যা বদাতেস সদা শূদ্রান্নবর্জিষু। প্রযত্নে বিধাতব্যো মহাদানময়ো নিধিঃ ॥৬২॥
যেষাং দারাঃ প্রতীক্ষন্তে সর্তস্যসারবদস্তুনম। তৃষ্ণশেষস্য তক্ষস্য তান নিমন্ত্রয় পাণ্ডব। ৬৩।
আমন্ত্র্য তু নিরাশানি ন কর্ত্তব্যানি ভারত। কুলানি সুদরিদ্রাণি তেষামাশাঃ হতা ভবেৎ ॥৬৪॥
মদ্ভক্তা যে নরশ্রেষ্ঠ মদগতা মৎপরায়ণাঃ। মদ্যাজিনো মন্নিষমাস্তান প্রযত্নেন পূজয়েৎ ॥৬৫॥

---

মরমতুনা নিংথৌ! বেদবিদ্বান ওংবা জ্ঞানী ওইবা লাইরবা ব্রাহ্মণবু ভরণ পোষণ তৌ। লৈফম চাফম ফজনা শেল্পি শামিস। অদুগা সম্পত্তি লৈবা ব্রাহ্মণনা মরল মথুমগী মাঙদনবা ঙাকপি শেনবিয়ু ॥৫৯॥ লায়রবা ব্রাহ্মণদা দানা তৌদুনা পূজাসেবা তৌ। মরমদি মশাদা লায়না লৈরবা, হীদাক পীজে। নাদবা মীদা হীদাক পীবগী কান্নবা লৈতে ॥৬০॥ দাতানা তৌখিবা পাপ অদুগী দান (পীথোকখি) অদুগা লোয়ননা অতম পীথোকপ্রবনি। পাপ অদু, দান লৌরিবদুগী নাক চংখি। অদুগা দান লৌখিবদুনা তৌখিবা পুন্যদু, দাতাদুগী নাক লাকই। অদুনা অশিংবনা ঐগী পুন্যদু দাতা সিনা তৌখিবা তারে হায়না খঙদুনা মীগী দানবু পাক পাক লৌদে অদুন পরলোকতা কান্নবা ফংনিংবা মীনা য়ারিব মখে দান তৌগদোরিবনি অদুনা দান লৌরমদাইদা দান লৌগদবা মহাকসু দান অসি মশাদা পাপ লৈবা মীরা হায়বসি মুন্না কুপ্না হংহৌদবনি অদুনা য়ারিমখে দান তৌগদৌবনি। য়ারিমখে দান লৌরোইদবনি ॥৬১॥ বেদশাস্ত্র লৈনবতনা মশিঙাং ওইরবা, আচারবিচার য়াম্না তৌবা, শূদ্রগী অন্নদান করিগুম্বদা লৌদবা, অদুগুম্বা শেংলবা জ্ঞানীনা য়াম্না চেক্শিন্না দানগী ভাণ্ডর শাদুনা থমগদবনি ॥৬২॥ পাণ্ডুনন্দন! অদুগুম্বা মপুরোয়বা ব্রাহ্মণদুনা চাখিবদুগী লেমহৌবদু (লুখাক অদু) মগুণ লৈরবা, গুণশিং লিশিং লিশিংনা তিল্লবা অন্ননি হায়না খঙজরবী, মাদুবু চাগদবগী ভায়দুনা লৈবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদু ভোজনগীদমক নিমন্ত্রণ তৌ ॥৬৩॥ ভারত! নিংথৌ চানিংঙাই লৈরবা য়াম্না লায়রবা ব্রাহ্মণনা করিগুম্বা থরদং নিরুগে চারুগে হায়না য়াম্না আশা তৌনা লাকরবদি নীংবা কান্নবা থক হলহনখিসু। নত্তরবদি মাগী আশা অদু নংনা হাংলবনি হিংসাগী ফল ফংগম্ব ॥৬৪॥ নিপ অথৌবা! নিংথৌ! কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) গী ভক্ত ওইবা, মপূর্কীং ঐভোন্দা লুপগ্রবা, ঐগী আশ্রয়দা লৈরবা, ঐগী সেবা পূজাবু ভুত্তনা, ঐবু য়াম্না পীজনীংবা ঐ (আত্মা) গী ভক্ত অদুগী দান পূজানচিংবা তৌগদবনি। মাদো ঐগী সেবা পূজানি হায়না লৌগনি। হায়বদি, কৃষ্ণগী ভক্তদা তৌবা সেবা পূজা দাননি কৃষ্ণ মশামক্ত তৌবা সেবা পূজানি ॥৬৫॥

তেষাং তু পাবনাযাহং নিত্যমেব যুধিষ্ঠির। উভে সংধ্যেংধিতিষ্ঠামি হ্যস্কন্নং তৎব্রতং মম ।।৬৬।
তস্মাদষ্টাক্ষরং মন্ত্রং মদ্ভক্তৈর্নী তকল্মষৈঃ। সংধ্যাকালে তু জপ্তবাং সততং চাত্মশুদ্ধয়ে। ৬৭।।
অনেষ্বষামপি বিপ্রাণাং কিল্বিষ হি বিনশ্যতি। উভে সন্ধ্যেংপ্যুপাসীত তস্মাৎ বিপ্রো বিশুদ্ধয়ে ।৬৮
দৈবে শ্রাদ্ধেংপি বিপ্রঃ স নিযোক্ত্যো হ্যজুগুপ্সা।। জুগুপ্সিতস্তু য শ্রাদ্ধং দহত্যগ্নিরিবেন্ধনম ।।৬৯

ভারতং মানবো ধর্মো বেদাঃ সাঙ্গাশ্চিকিৎসিতম্।
আজ্ঞাসিদ্ধানি চত্বারি হেতুভির্ন ।।৭০।।
ন ব্রাহ্মণান্ পরীক্ষেত দৈবে কর্মনি ধর্মবিৎ।
মহান্ ভবেৎ পরীবাদো ব্রাহ্মণানাং পরীক্ষণে ।।৭১।।
শ্বত্বং প্রাপ্নোতি নিন্দর্ত্তৈ পরীবাদাৎ খরো ভবেৎ।
কৃমির্ভবত্যভিভবাৎ কীটো ভবতি মৎসরাৎ ।।৭২।।

---

নিংথৌ! যুধিষ্ঠীর! অদুগুম্না ভক্তবু শেংদোকপিগে হায়নবগীদমক মুমিং খুদিংগী সন্ধ্যা অনীমক্তা। প্রাতঃ সন্ধ্যা—সায়ং সন্ধ্যাদা কৃষ্ণ ঐ ব্যাপ্ত ওইদুনা লৈ। অদুগুম্বা সন্ধ্যা কাল অনীদুগা থানদনা তিন্নদুনা লৈ। হায়বিবা ঐগী নিয়মসে ঐদি খক থুগাইদে।।৬৬।। অদুনা কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) গী ভক্তশিংনা মশাগী আত্ম শুদ্ধিগীদমক সন্ধ্যাগী মতমদা "ওঁ নমো নারায়ণায়" হায়বা অষ্টাক্ষর মন্ত্রসি শোনগদবনি ।। ৬৭ ।। সন্ধ্যা তর্পন অদুগা অষ্টাক্ষর মন্ত্রজপ অনীসিবু তৌরবদি অতৈ অতোপ্পা ব্রাহ্মণ (ভক্ত) শিংগীসু পাপ কোকহল্লি। অদুনা চিত্তশুদ্ধিগীদমক ত্রিকালসন্ধ্যা (দ্বিকালসন্ধ্যা) অসি কুমিং খুদিংগী তৌগদবনি। ৬৮ ।। অসিগুম্বা সন্ধ্যোপাসন,— অষ্টাক্ষর মন্ত্রবু নিয়ম লায়দনা তৌরিবা ব্রাহ্মণ অদুবু শ্রাদ্ধনচিংবা দেব কার্য্যদা কর্মদু পাঙথোকপদা য়াওহনগদবনি। দেবকর্মদু পাংথোকহনগদবনি। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদুগী নিন্দা খক তৌবা হৌনদে। নিন্দা তৌরবদি দেবকার্য্য পুম্বদো উত্না মী হৈজিল্লবনি মৈনা অকংবা শীংবু চাকথোকখিবদুগুম্না চাকথেকখিগনি ।।৬৯।। মহাভারত, মনুস্মৃতি, অঙ্গ তরুক্তা লোয়নবা বেদ মরি, আয়ুর্বেদশাস্ত্র, মরি অসি সিদ্ধ উপদেশবু মীবনি। তর্ক বিতর্কনা মথোয়বু খণ্ডণ তৌরোইদবনি। তৌরবসু য়ারোই।। ৭০ ।। দেবকর্মদা দেবা দেবগী পূজানচিংবা কর্মদা, খণ্ডত্রা খণ্ডদত্রা, হৈত্রা হৈতবরা হায়না পূজকব্রাহ্মণদুগী পরীক্ষা খক তৌবা হৌনদে। মরমদি ব্রাহ্মণদুগী পরীক্ষা তৌদুনা ঈকাই-হল্লবদি যজমানদুগী মহানিন্দা-মহাদোষ অম ওই।।৭১।। ব্রাহ্মণবু নিন্দা তৌবা ব্রাহ্মণদা ঈকায়বা পীরবদি হুঈগী যোনিদা (মপোক্লা) পোকই। ব্রাহ্মণদা অরানবা শীরবদি গধা (লোক্লা) ওইনা পোকই। অদুগা ব্রাহ্মণবু চৈ থাংলবদি তীল কাও ওইনা পোকই।।৭২।।

দুর্বৃত্তা বা সুবৃত্তা বা প্রাকৃতা বা সুসংস্কৃতাঃ। ব্রাহ্মণা নাবমন্তব্যা ভস্মচ্ছন্না ইবাগ্নয়ঃ ॥৭৩॥
ক্ষত্রিয়ং চৈব সর্পং চ ব্রাহ্মণং চ বহুশ্রুতম। নাবমন্যেত মেধাবী কৃশানপি কদাচন ॥৭৪॥
এতৎ ত্রয়ং হি পুরুষং নির্দহেদবমানিতম্। তস্মাদেতৎ প্রযত্নেন নাবমন্যেত বুদ্ধিমান্ ॥৭৫॥
যথা সর্বাস্ববস্থাসু পাবকো দৈবতং মহৎ। তথা সর্বাস্ববস্থাসু ব্রাহ্মণো দৈবতং মহৎ ॥৭৬॥
বাহ্যাঃ কাণাশ্চ কুব্জাশ্চ বামনাঙ্গাস্তথৈব চ। সর্বে চৈবে নিষেদ্ধব্যা ব্যাধিতশ্চ বেদপারগাঃ ॥৭৭॥
মর্মাং নোপাদয়েৎ তেষাং ন চারিষ্টং সমাচরেৎ। মন্যুপ্রহরণা বিপ্রান বিপ্রাঃ শস্ত্রপাণয়ঃ ॥৭৮॥
মন্যুনা ঘ্নন্তি তে শত্রূন্ বজ্রেণেন্দ্র ইবাসুরান্। ব্রাহ্মণোহি মহৎ দৈবং জাতিমাত্রেণ জায়তে ॥৭৯॥

---

ব্রাহ্মণদুনা লমচৎ ফজরবসু ফজদবসু, দুরাচারী ওইরবসু সদাচারী ওইরবসু সংস্কার তৌরবসু, তৌদ্রবসু অপমান থক তৌবা হৌনদে। চোপহনবা চিকাইহনবা হৌনদে মরমদি ব্রাহ্মণ হায়বসি উৎনা খুমদুনা লৈবা মৈগুননি। মতিক চাদবা ব্রাহ্মণনা শাপ তৌরবদি, মতৌক চাদবা ব্রাহ্মণনা তৌবনি হায়দুনা শাপ অদুদি ফংদবা থক য়াদ্রোই। উৎপু ফু ভাংবা কাম্বদি উৎ মদুংদা লৈরম্বা মৈদুগী মৈরিক্কা মীৎতো তারবদি মীৎতোক্লিই ॥৭৩॥ ক্ষত্রিয়, রিল, মশা শোল্লবসু ব্রাহ্মণবু থক উশিৎ থোওইদবা তৌফদে। খুদঙ্গ অকিবা ফংবা মতৌ অমা কাক্কনি ॥৭৪॥ মরমদি হায়রিবা অহুমসিনা শাউরবাদ শাউহল্লিবা মী মতাক অহৎ খুদক্তা ভস্ম ওইনা উৎ-ওইনা মাংবা য়ানা লৈ। অদুনা বুদ্ধিমান ওইবশিংনা ব্রাহ্মণবু অপমান অবমান থক তৌরোই-দবনি।৭৫॥ অবস্থা পুম্নমক্তা লৈব মৈনা, হায়বদি অশেংবা অমাং মরমদা লৈববসু, মৈদা খুৎ থিংজিল্লবদি চাকতাবা থক য়াদ্রোই। মৈগী মশক ওইবা ব্রাহ্মণনি। উশিৎ থোওইদবা থক তৌযাদ। অদুনা বেদ ব্রাহ্মণবু মৈনি মৈগী মশকি হায়রিবদুনি ॥৭৬॥ * মখোঙ-মখুৎ শোয়বা, মনা পঙবা, মমীৎ শাংবা, মনম পোননা, মথৌক লেম্না, ব্রাহ্মণশিংদু দেববন্দা যাগযজ্ঞদা বিদ্বানপণ্ডিত ওইবা ব্রাহ্মণশিংগী মরমদা অদুম য়াওহনগনি করিগুম্বা কায়বা লৈতে।৭৭॥ ব্রাহ্মণগী মথক্ক, ব্রাহ্মণদা শাউরোইদবনি। অদুগা ব্রাহ্মণগী মাংনবা থক তৌরোইদবনি। ব্রাহ্মণগী খুৎলায় (শস্ত্র) দি ক্রোধনি। ক্রোধ কৌবা খুৎলায়সি খুৎলায়সি খুৎনা পায়দে। ক্ষত্রিয়গী খুৎলায় থাং-তা-লীরুং তেলদি খুৎনা পায়।৭৮॥ ইন্দ্রনা অসুরশিংবু দৈত্যশিংবু বজ্রনা হাংলি। ব্রাহ্মণনা ক্রোধনা যেকবু হাৎলি। ব্রাহ্মণ হায়বসি পোকপদগী দেবতা হায়বদুব (দেবতা ভাবপু) পুন্থনা অদুম পোকললকলবনি ॥৭৯॥

---

* টীকাঃ— ব্রাহ্মণসু মাৰ চাকথেক্কে হায়দুনা লৈরিবনি হায়দুনা মীতোনদগী অপমান ফংগদবনি হায়বা য়াদ্রে। অপমান ফংদনবা তৌগদবনি। (কালাচাঁন্দ)

ব্রাহ্মণাঃ সর্বভূতানাং ধর্মকোশস্য গুপ্তয়ে। কিং পুনর্যে চ কৌন্তেয় সন্ধ্যাংনিত্যমুপাসতে ।।৮০।।
যস্যাস্যেন সমশ্নন্তি হব্যানি ত্রিদিবৌকমঃ। কব্যানি চৈব পিতরঃ কিংভূতমধিকং ততঃ ।। ৮১ ।।
উৎপত্তিরেববিপ্রস্য মূর্তির্ধর্মস্য শাশ্বতী। সধর্মার্থমুৎপন্নো ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে। ৮২ ।।
স্বমেব ব্রাহ্মণো ভুংক্তেস্বয়ংবস্তে দদাতি চ। আনৃশংস্যাৎ ব্রাহ্মণস্য ভুঞ্জতে হীতরে জনাঃ।
তস্মাৎ তে নাবমন্তব্যা মদ্ভক্তাহি দ্বিজা সদা ।।৮৩।।
আরন্যকোপনিষদি যে তু পশ্যন্তি মাংদ্বিজাঃ। নিগূঢ়ং নিষ্কলাবস্থং তান্ প্রযত্নে পূজয় ।৮৪।
স্বগৃহেবা প্রবাসেবা দিবারাত্রমথাপিবা। শ্রদ্ধয়া ব্রাহ্মণ পূজ্যা মদ্ভক্ত্যা যেচ পাণ্ডব ।। ৮৫ ।।
নাস্তি বিপ্রসমং দৈবং নাস্তি বিপ্রসমোগুরুঃ।
নাস্তিবিপ্রাৎ পরোবন্ধুর্নাস্তি বিপ্রাৎ পরোনিধিঃ ।।৮৬।।

---

কুন্তীনন্দন! ব্রাহ্মণ হায়বসি অচম্বা অমা ওইরবস্থু প্রাণী পুম্নমক্কী ধর্মগীমশক ওইবা লনগৈবু চাশানবতু অদুম ওম্বনি অদুনদি অচম্ব অত্তুবা, মহাজ্ঞানী ব্রাহ্মণদি করি অমুক হায়রুরগনি ।।৮০।। অদুগুম্বা মহাক অদুগী চান্দগী থোকখিবা হবিষ্যবু কব্যবু দেবতশিংনা পিতরনা চাদুনা জীবিকা ওইরিবা অদুগুম্ব ব্রাহ্মণদগী হেননা পাক বাংনা লৈবা প্রানীসি কনানা ওইগদৌরিবনো? ব্রাহ্মণদগী হেনবা প্রানী অমত্তা জগত্তা লৈত্রবনি ।।৮১।। ব্রাহ্মণ হায়বসি হেক পোকপদগী ধর্ম হায়বদুগী সনাতন মূর্ত্তি ওইদুনা অ.ম পোক্লরবনি। ধর্মগী রক্ষাগীদমক্তা পোকপনি। খুদক্তা ব্রহ্মত্ব-ব্রহ্মভাব ফংবদা ঈরায় লাননা ওম্বান ।।৮২।। ব্রাহ্মণদি মশামকপু মশাগী চৌঙ্গাক ওইহনবা ওম্বনি। মশামক্তা মশাগী ফীজোল ওইনা অদুম শেৎপা ওম্বনি। মশামক্তা দাতা দাতব্য অনীমক অদুম ওইবা ওম্বনি। ব্রাহ্মণগী দয়াদগী অতৈ তাংবংমীনা অচাথক ফংজরিবান। অদুনা করিগুম্বদা ব্রাহ্মণগী অপমান অবমান থক তৌরোইদবনি। ওইরবসু ব্রাহ্মণদি কৃষ্ণ ঐ (অম্বা) গী মশানা ভক্ত ওইদুনা অদুমম্রৈবনি ।।৮৩।। বৃহৎ আরন্যক উপনিষদতা ব্রাহ্মণ হায়বসি কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) গী থুপথবা স্বরূপ মূর্ত্তিনি হায়না বর্ণন তৌদুনা লৈখ্রবনি। অদুগুম্বা মূর্ত্তিগী পূজা সেবাদু কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) গী সেবানি। তত্ব অসিবু খঙদুনা ব্রাহ্মণদা কৎলিবদো ঐতোন্দা কৎপনি ।।৮৪।। পাণ্ডুননদন! নিংথৌ! মরৈবাক্তা লৈরবস্থু বিদেশদা লৈরবস্থু, অহিংদা ওইরবস্থু নুংথিন্দা ওইরবস্থু ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ব্রাহ্মণ (ঐগী মূর্ত্তি) গী পূজা সেবা পূজা তৌগদবনি। অতৈ অতৈ কর্ম তৌবগীদি মথম-মতম ককই। ভক্তিগীদি মাদু লৈতে।৮৫।। ব্রাহ্মণগা মান্নবা দেবতা অমত লৈতে। ব্রাহ্মণগা মান্নবা গুরু অমত লৈতে। ব্রাহ্মণদগী হেনবা মরুপ (বন্ধু) অমতা লৈতে। ব্রাহ্মণদগী লন (ধন) অমত লৈতে ।।৮৬।।

নাস্তি বিপ্রাৎ পরং তীর্থং ন পুণ্যং ব্রাহ্মণাৎপরম্ । ন পবিত্রং পরং বিপ্রাম্ন দ্বিজাৎ পাবনংপরম্
নাস্তি বিপ্রাৎ পরো ধর্মো নাস্তি বিপ্রাৎ পরাগতিঃ ।। ৮৭ ।
পাপকর্মসমাক্ষিপ্তং পতন্তং নরকে নরম্ । ত্রায়তে পাপমপ্যেকং পাত্রভূতস্তুতং দ্বিজ ।৮৮।।
বাপাহিতাগ্নয়ো যে চ শান্তাঃ শূদ্রান্নবর্জিতাঃ । মামর্চয়ন্তি মদ্ভক্তাস্তেভ্যোদত্তমিহাক্ষয়ম্ ।।৮৯।
প্রদানৈঃ পূজিতোবিপ্রো বন্দিতো সংস্কৃতঃ । সম্ভাবিতো বা দৃষ্টোবা মদ্ভক্তোদিবি মুঃ রে ৎ ।।৯০।।
যে পঠন্তি নমস্যন্তি ধ্যায়ন্তি পুরুষাস্তু মাম্ ।
স তান্ দৃষ্ট্বা চ স্পৃষ্ট্বা চ নরঃ পাপৈঃ প্রমুচ্যতে ।।৯১।।
মদ্ভক্তা মৎগতপ্রাণা মৎগীতা মৎপরায়নাঃ ।
বীজযোনিবিশুদ্ধাযে শ্রোত্রিয়াঃ সংযতেন্দ্রিয়াঃ ।
শূদ্রান্নবিরতা নিত্যং তে পুনান্তীহ দর্শনাৎ ।।৯২।।
স্বয়ংনীত্বা বিশেষেণ দানং তেষাং গৃহেষ্বথ ।
নিবাপয়েৎ যৎ ভক্ত্যা তৎ দানং কোটিসম্মিতম্ ।। ৯৩ ।।

---

ব্রাহ্মণদগী হেনবা পুণ্যস্থান তীর্থ অমতা লৈতে ব্রাহ্মণদগী হেন্না শেংবা পোৎ অমত লৈতে। অমাংবনু শেংদোকপিনবস্তু ব্রাহ্মণ নত্তনা কনা অমত লৈতে। ব্রাহ্মণদগী হেনবা ধর্ম অমত লৈতে। ব্রাহ্মণদগী হেনবা উত্তমগতি অমতা লৈতে ।।৮৭।। পাপকর্ম তৌরুবদা নরক তারবনু উদ্ধার তৌবিনবসে ব্রাহ্মণ নত্তনা কনা অমতা লৈতে। অদুগ্‌ ওইরিবৈদগী হৌনা অগ্নিহোত্র ওইরবা, শূদ্রগী য়ুমদা খক চাকথক্রদ্রিবা, য়াম্ন তপপ, কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবদা তৌবিবা দান মহৈদ অমা অতা লৈত্রবনি অক্ষয় ওইবনি ।।৮৮-৮৯। কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) গী ভক্ত ওইবা ব্রাহ্মণদা তৌবা দান পূজা তৌবা, মকোক নোনবা সৎকার তৌবা, ওহাক লৈমিন্নহনা য়াবা শাবা হাম্নবশিংসিনা তাইবং মাবু দেবলোকতা অতুম য়ৌহনবনি ।।৯০।। কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) গী গুণ লালাবু শ্রবণকীর্তন তৌরিবা, ঐগী মরমতদা খল্লনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা. অদুগুম্বা ভক্ত অমদি মিভৎব্রাহ্মণদুগী দর্শন ফংডুবতদ পাপ পূম্বা কোকই ।।৯১।। কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) গী ভক্ত ওইবা, থবায় হকচাং পুক্নিংবু ঐহোন্দা লুপত্রবা, মুসিং চুপ্পা ঐগী মহিমা অমদি লালাবু শক শোন্দুনা লৈবা, অবাবা তারবদা ঐহোন্দা আশ্রয় লৌবা, মহাক্কী মপোক অদু শেংলবা শুক্রবজ অমদি বার্য্যদগী ওইখিবা (পোকখিবা) হাম্রম্ন পূম্বা খুদুম চনপ্রবা অদুগুম্বা ভক্তদুগী দর্শন ফংবতদা পাপ পূম্বা চামখোকখি ।।৯২।। অদুগুম্বা ভক্তশিংগী য়ুমদা খোঙ থোংনা চত্তুনা দান তৌকপদবনি। অসিগুম্বা দানদো অতৈ সাধারণ দানশিংগী মহৈদগী কোটী অম হেনবা মহৈ পীবনি ।।৯৩।।

জাগ্রতঃ স্বপতোবাপি প্রবাসেষু গৃহেষথ। হৃদয়েন প্রণশ্যামি যম্য বিপ্রস্যভারতঃ ॥ ৯৫ ॥

স পূজিতোদৃষ্টো বা স্পৃষ্টো বাপি দ্বিজোত্তমঃ।

সম্ভাবিতো বা রাজেন্দ্র পুনাত্যেব নরং সদা ॥ ৯৫ ॥

এবং সর্বাস্ববস্থাসু সর্বদানানি পাণ্ডব। মদুক্তে ভাঃ প্রদত্তানি স্বর্গমার্গপ্রদানি বৈ ॥ ৯৬ ॥

---

[ বাক্ত অনাদি যোনিগী শুদ্ধি। গায়ত্রী মন্ত্র জপকী,

অদুগা ব্রাহ্মণগী মহিমা-ব্রাহ্মণবু তিরস্কার তৌবগী মতৈ ]

---

নিংথৌ। হুম্বা হাপ্পা চাবা আহং সুংথিল মতম পুন্নদা স্বদেশদা-পরদেশদা কৃষ্ণ ঐগী মরমতদা, অতৈ বিষয় অমা লাম্মুদনা থননা অহুগুম্বা কৃষ্ণ ভক্তগী দর্শন স্পর্শন, ফম্মিত্নুনা ওহাক ওহাক রারা রাতাই শান্নবা অদুতনা তাইবংমাগী সুং-পান লোইনা শেংদোকপিবনি ॥ ৯৪-৯৫ ॥ পাণ্ডব! নিংথৌ! অবস্থা পুন্নদা ঐ কৃষ্ণ (আত্মা)গী ভক্তশিংদুতনা স্বর্গ কাননবগী কৈরাক থাবিবনি ॥ ৯৬ ॥

মকম অসদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকসশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পার্বদা অনুগীতা পর্বদা দাক্ষিনারোমদা ফংবা মহাভারতকা শরুক থরগী অধ্যায় মতাং অমা লোইরে। X। X।

---

(বীজ) (বীর্য্য) অমদি যোনিগী শুদ্ধি। গায়ত্রী জপকী মহিমা
ব্রাহ্মণবু তিরস্কার-তৌবগী অকিবা ফংবা মহৈগী বর্নন)
দাক্ষিণদা ফংবা মহাভারতকী শরুক খয়)

---

## বৈশম্পায়ন উবাচ

এতৈবং সাত্ত্বিকং দানং রাজসং তামসং তথা। পৃথক্ পৃথক্ ত্বেন গতিং ফলং চাপি পৃথক্ পৃথক্ ॥১॥
অবিতৃপ্তঃ প্রহৃষ্টাত্মা পুনাং ধর্মামৃতং পুনঃ। যুধিষ্ঠিরো ধর্মরতঃ কেশবং পুনরব্রবীৎ ॥২॥
বীজযোনিবিশুদ্ধানাং লক্ষণানি বদস্ব মে বীজদোষেণ লোকেশ জায়ন্তে চ কথংনরাঃ। ৩॥
আচারদোষং দেবেশ ব্রহ্মমর্ত্তসাশেষত। ব্রাহ্মণনাং বিশেষংচ শুনাদাষৌ চ কেশব ॥৪॥

## শ্রীভগবানুবাচ

শৃণু রাজন্ যথান্যস্ত বীজযোনিং শুভাশুভম্, যেন তিষ্ঠতি লোকোঽয়ং বিনশ্যতিচ পাণ্ডব ॥৫॥
অবিপ্লুতব্রহ্মচর্য্যো যস্তু বিপ্রো যথাবিধি। স বীজং নাম বিজ্ঞেয়ং তস্য বীজং শুভং ভবেৎ ॥৬।

---

বৈশম্পায়ননা হায়:— নিংথৌ! জনমেজয়! সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক দান, অমুগা মখোয়গী তোঙাল তোঙানবা গতি, তোঙাল তোঙানবা মহৈগী রা তাবরা মতুংদা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী থম্মোয়দা ওন্থোক্লা পেনখ্রে। ধর্মগী বিষয়গী মশক ওইবা অমৃতব খর থকপা হৌরুবদা প্রেম্রে অমুনা শ্রীকৃষ্ণদা যুধিষ্ঠিরনা অমুক্তা অমুক হায়রকই '— ।১ ২।। জগদীশ্বর! বীজ (বীর্য্য) অমুগা যোনি (রজঃ) অনীসিনা শুদ্ধপুরুষগী লক্ষণ করম হায়না খঙগদগে? শুদ্ধ পুরুষগী লক্ষণসি করিনো? বীজ অমদি যোনি অনীসিগী দোষদগী করম করম্না মীশক পোকপগে? ।৩। দেবেশ্বর! জনার্দন! ব্রাহ্মণশিংগী উত্তম, মধ্যম, অধম হায়বগী মওং-মপোক্কী ভেদশিং অমগা আচার বিচারদা লৈবা দোষগী মরমদা তানিংঙি। করি কারণদগী উত্তম মধ্যম-অধম থাক্কী মওংদা পোকখ্রিবনো? ।৪।। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়:— রাজন! বীজ (বীর্য্য) অমদি যোনি (রজ)গী শুদ্ধি-অশুদ্ধিদগী থেম্নখ্রিবাসিগী মরমতু হায়গে তাবীয়। পাণ্ডুনন্দন! মখোয়গী শুদ্ধিদগী সংসারনা হৌজিক ফাও লৈরবনি অমুগা অশুদ্ধিদগী মাঙন তারবগী মশক ওইবা থৌদোক থোক্লিবনি ।।৫।। ব্রহ্মাচর্য্যবু বিধি কায়দনা ঙাক্লিবা, মাবা ঙাক্লিবা নিয়ম অমুদা অকায়বা থক লৈখ্রিদবা, অমুগুম্না ব্রাহ্মণগী বীজ (বীর্য্য) তু শুভনি মঙ্গলগী মশক্নি ।।৬।।

কন্যা চাক্ষতযোনিঃ স্যাৎ কুলীনা পিতৃমাতৃতঃ। ব্রাহ্ম্যাদিষু বিবাহেষু পরিনীতা যথাবিধি ৭।
সা প্রশস্তা বরারোহা তস্যাঃ যোনিঃ প্রশাংসাতে। মনসা কর্মনা বাচা যা গচ্ছেৎ পরপুরুষম

যোনি স্তস্যানরশ্রেষ্ঠ গর্ভাধানং নচার্হতি ॥৮।
দৈবে পিত্রো তথা দানে ভোজনে সহভাষণে।
শয়নে সপ সম্বন্ধে ন যোগ্যা দুষ্ট যোনিজাঃ ॥৯॥
কানীনশ্চ সহোঢ়শ্চ তথোভৌ কুণ্ডগোলকৌ।
আরূঢ় পতিতাজ্জাতঃ পতিতস্যাপি যঃ সুতঃ।
ষড়েতে বিপ্রচাণ্ডালা নিকৃষ্টাঃ শ্বপচাদপি ॥১০॥
যো যত্র তত্র বাবেতঃ সিক্তা শূদ্রাসু বা চরেৎ।
কামচারী চ পাপাত্মা বীজং তস্যাশুভং ভবেৎ ॥১১॥
অশুচি তৎ ভবেৎ বীজং শুদ্ধা যোনিং ন চার্হতি।
দূষয়ত্যপি তাংযোনিং শুনা লীঢ় হবির্যথা ॥১২॥

---

মমা মপানা কুপ্ল য়েংবদা অফবা, সোইনাইদবা পরিবারদা পোকপী অদুমওইবী কন্যা, মহাক্কী যোনিদা (চাবোকফম লিঙ্গ শরীরদা) দোষ করিমত পোকখিদ্রিবী, কনাগুম্বা অমগা লোম্না থুপ্না শম্নখিদ্রিবী, ব্রাহ্মবিবাহনচিংবদা বিধি কাবদনা তৌথিবদগী পোকপী মহাক্কী যোনি অদু অফোইবনি। নিংথৌ! পূর্কীনা বাক্তাওবা থবকনা অতোপ্পা নিপা অমগা শম্না থোংনথবী মহাক্কী যোনি অদু গর্ভাধানগী মতীক চাদ্রবনি। মুম্না কপা য়ে চনা অদুগুম্বী কন্যাকনা বিবাহ থক তৌরোইদবনি ॥৭-৮। অদুগুম্বী দোষ লৈরবী যোনিদগী পোকপা ব্রাহ্মণ য়াম্না অধম ওইরা মহাক অদু যাগ, যজ্ঞ, শ্রাদ্ধ, দান, ভোজন, (চামিন থকমিন্নবা) দা ফম্নিন্নহনা বান্না বাতাম শাবা ফাওবদা মতীক চাদ্রবনি ॥৯॥ লুহোংখিদবী কন্যাদগী পোকপা, লুহোংবা মমিং অদুদা কনাগুম্বা অমগী ঈদবা গর্ভপুবী কন্যাদুদগী পোকপা মহা, মপরোয়বা লৈরবী মপানা পর পুরুষ অমগা তিন্নকুবদগী পোকপা, মপুরোয়বা লৈত্রবা শিরিবা তুংদা বিধবা ওইরবীনা পোকপা সন্ন্যাসীদগী বীর্যাদগী পোকপা, পতিত ওইরবা শুমং তারবা অমগী বীর্যাদগী পোকপা ব্রাহ্মণ মথল তরুক অসি চাণ্ডাল ব্রাহ্মণ হায়বনি। পাপী চাণ্ডালদগীসু হেন্না হন্তরবা ব্রাহ্মণনি ॥১০॥ অমা অমদগী অফংবা মপাগা সম্ভোগ তৌবা, শূদ্রজাতিগী মপীগা সম্ভোগ তৌবা অদুগুম্বা পাপনা মহাক অদু স্বেচ্ছাচারী ব্যভিচারী হায়না কৌই। অদুগুম্বা স্বেচ্ছারীগী বীজ (বীর্য্য) অদু অশুভনি, মাংডি। অদুগুম্বা অশুভ অমাংবা বীর্যাদু শুদ্ধ যোনি ওইবা কন্যাগী গর্ভদা চংহনখিবা ফত্তে। অমাংবা বীর্য্যদগী পোকপা মচাদু হুইনা লেকথবা, যজ্ঞগী থম্বা খাগুম্বনি ॥১১-১২॥

তস্মাৎ তু সর্ববেদানাং সাবিত্রী প্রাণ উচ্যতে। নির্জীবা হীতরে বেদা বিনা সাবিত্রিয়া নৃপ ॥২৮॥
নায়ন্ত্রিত শ্চতুর্বেদা শীলভ্রষ্টঃ স কুৎসিতঃ শীলবৃত্তসমাযুক্তঃ সাবিত্রীপাঠকো বরঃ ॥২৯॥
সহস্রপরমাং দেবীং শতমধ্যাং শতবরাম্। সাবিত্রীং জপ কৌন্তেয় সর্বপাপপ্রণাশিনীম্ ॥৩০॥

শ্রীভগবান্ উবাচ

যদি ভারসহস্রং তু গুগ্গুল্বাদি প্রধূপয়েৎ। করোতি চেন্নমস্কারমুপহারং চ কারয়েৎ ॥৩১॥
স্তৌতি যঃ স্তুতিভি র্মাং চ ঋগ্‌যজুঃ সামভিঃ সদা। ন তোষয়তি চেৎ বিপ্রান্ নাহং তুষ্যামি ভারত ॥৩২॥

ব্রাহ্মণে পূজিতে নিত্যং পূজিতোঽহমস্মি ন সংশয়ঃ।
আক্রুষ্টে চাহমাক্রুষ্টো ভবামি ভরতর্ষভ ॥৩৩॥
পরা মযি গতিস্তেষাং পূজয়ন্তি দ্বিজং হি যে।
যদহং দ্বিজরূপেণ বসামি বসুধাতলে ॥৩৪॥
যস্তান্ পূজয়তি প্রাজ্ঞো মদগতেনান্তরাত্মনা।
তমহং স্বেন রূপেণ পশ্যামি নরপুঙ্গব ॥৩৫॥

---

নিয়ম অমদি সদাচারদগী ভ্রষ্ট ওইরবা ব্রাহ্মণ অদু বেদ বিদ্বান ওইরবসু নিন্দা চাননবগী মীশক ওই। অদুগা শীলস্ব ভাবত ফজবা ওইনা ওইনা গায়ত্রী মন্ত্রবু নিয়ম কায়দনা শোল্লবা ব্রাহ্মণ অদু শ্রেষ্ঠ ব্রাহ্মণ হেনবা ব্রাহ্মণ) নি লৌইনৈ ॥২৮॥ খুমিৎ (খ্বাইদগী খুদিংগী গায়ত্রী মন্ত্রবু লিশিংলক জপ তৌবনা উত্তম নি। চামরক শোনবদনা মধ্যমনি। তরাবকতং শোনবদা অধমান, খ্বাইদগী হন্থবনি। কুন্তীনন্দন! পাপ পুন্না কোকহনবী গায়ত্রীবু নিয়ম নাইনা শোল্লু ॥২৯। যুধিষ্ঠীরনা হংই:— জনর্দন! নহাক নশা- মক অচচ্চত্তু পূজগী অমত ওইবা অাত্মা মক্তি। যোগ সাধনতনা ফংগদবা নহাক্কি তাকপিদ্মু কৃষ্ণ! করি কর্মতনা নংবু লেঙদনা ফংবা হায়বত্তু ওইগদগে? ॥৩০॥ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়:— ভারত কর্পূর মেক্রুক্রচিংবা হাপ্তুনা য়াম্না মনম লুংশিবা পোশক হাপ্তুনা ধূপ থাউমৈ থান্দুনা পূজা তৌরবসু, তত্তুনা মকোক নোম্দুনা খুরুমবসু অহাও অথুম য়াম্না হাপ্তুনা নৈবদ্যে কৎলবসু, ঋগ্ যজুং সামগী মন্ত্রনা স্তুতিগান তৌরবসু ঐগী স্তুতিগানত, ব্রাহ্মণবু হাম্ব হেক পেলহন্দ্রমথৈ কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) না পেন্দে ॥৩১-৩২॥ ভারত শ্রেষ্ঠ! নিংথৌ! ব্রাহ্মণগী পূজা সেবা তৌরিবদো কৃষ্ণ ঐগী সেবা পূজানি। মসিদা চিংনমু। ব্রাহ্মণদা থীনা চৈরিবদো কৃষ্ণ ঐভোন্দা চৈরবনি ॥৩৩॥ ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নননা ব্রাহ্মণগী পূজা তৌরিবা মীতুগী পরমগতিদো ঐভোন্দা অদুম লৈরে। মরমদি মর্ত্ত্যলোক পৃথিবীসিদা ব্রাহ্মণগী মশক লৌহনা কৃষ্ণ ঐনা লৈরিবনি ॥৩৪॥ নিপা অথোইবা! নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! কৃষ্ণ ঐভোন্দা পুক্নাং লুপ্না ব্রাহ্মণগী তৌরিবদু ব্রাহ্মণ অদু ঐমক্না অশেংবা মূর্ত্তিনি ॥৩৫॥

কুব্জা কানা ব্যামনাশ্চ দরিদ্রা বধিতস্তথা। নাবমন্যা দ্বিজাঃ প্রাজ্ঞৈর্মম রূপাহিতে দ্বিজাঃ। ৩৬।।
যে কেচিৎ সাগারন্তায়াং পৃথিব্যাং দ্বিজসত্তমাঃ। মম রূপং হি তেষেবমর্চিতেষ্বর্চিতোঽস্ম্যহম্। ।৩৭।।
বহবস্তু ন জানন্তি নরা জ্ঞানবহিষ্কৃতাঃ। যদহং দ্বিজরূপেণ বসামি বসুধাতলে। ।৩৮।।
আক্রোশ পরিবাদাভ্যাং যে রমন্তে দ্বিজাতিষু। অনমৃতান্ যমলোকস্থান নিপাতা পৃথিবতী সে ।৩৯।।
আক্রম্যোরসি পাদেন ক্রূবঃ সংরক্তলোচনঃ। তাগ্নিবর্ণৈস্তু সংদংশৈর্মো জিহ্বাং সমুদ্ধরেৎ ।।৪০।।
যে চ বিপ্রান্ নিরীক্ষন্তে পাপাঃ পাপেন চক্ষুষা। অব্রহ্মণ্যাঃ শ্রুতের্বহ্যা নিত্যং ব্রহ্মদ্বিষো নরাঃ ।৪১।
তেষাং ঘোরা মহাকায়া বক্রতুণ্ডা মহাবলাঃ। উদ্ধরন্তি মুহূর্ত্তেন স্রগাশ্চক্ষুর্যমাজ্ঞয়া ।৪২।।
যঃ প্রহারং দ্বিজেন্দ্রায় দত্যাৎ কুর্য্যাচ্চ শোনিতম্। অস্থিভঙ্গং চযঃ কর্যাৎ প্রানৈর্বা বিপ্রবোজয়েৎ।
মোহম্পূর্ব্বোণ যাতীমান্ নরকা নেকবিংশতিম্। ৪৩।।

---

মরম পোৎবা, মীত্তাঙবা, মধাক নেশা, মবোল থোক্কবা, মনা পঙবা, শায়ববা রোগী ওইর-বন লিম্বান জ্ঞান তাবা মীনা বাহমণবু হন্নবা মীংয়েংনা থক য়েংবা হৌনদে। চোপহনবা ঈকায়হনবা হৌনদে। মরমদি মখোয়দো কৃষ্ণ ঐগী তোঙান তোঙানবা শকলোন মক্কনি।।৩৬। সমুদ্রনা পাক্কশাং ওইনা কোযশিল্লিবা পৃথিবী থক অসিদা ব্রাহ্মণ (ব্রহ্মণবাদী) পুম্মক ঐগী তোঙান তোঙানবা মীশকমক্কনি! মখোয়দা তৌবা পূজাদো ঐ (আত্মা) গোন্দা তৌবা পূজানি ।।৩৭।। জ্ঞান তাদবা খঙদবশিংনা কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) না ব্রাহমণগী মশক লৌদুনা লৈরিবনি হায়বসি খঙদে। থো থোংপদু কৃষ্ণ ওইহনা চিংশিন্দুনা লৈবা অমনা ওইবা ঐ (আত্মা) নি হায়বদু খঙদে। ৩৮।। ব্রাহ্মণবু চৈ থাংলিবা মাতুদা শ্নগ্লাইজবিবহ যমপুরদা নরকতা চংননবগী লম্বী ফাচ্চবনি। মমায় ঈমুক ভাঙবা শাঙরবা যমরাজনা, মখোয়গী লৈমায়থক্তা থাদরক্কুনা মৈসুদা লৈক্রুকতা পাইশিনবা তুমাং কাঙগী মপোকতা (হকচাংদা) পোকহল্লিবসিনি। প্রত্যক্ষনি। মরৈ পান্দবা, ব্রাভাংথোকপা জীবশিংসি যমরাজনা মরৈ থদংখিবনি। প্রত্যক্ষনি ।।৩৯-৪০।। ব্রাহ্মণদা থারবা অথাউবা মীৎয়েংনা য়েংলিবা, ব্রাহ্মণদা লাক্লে হায়না ভক্তি তৌত্রিবা, বৈদিক মর্যাদাবু মানাকোংদা হাপুবা, ব্রাহ্মণদা নিন্দা-কল্লবা য়েংখিবগী থবক তৌরিবা মখোয়শিংদু শিংডম নাঙমদনা কৈরং য়ুরেং চিংনবা, শিরমদাইদা মঙৌ ময়া কানা শিরবসি যমরাজগী মখোয় দণ্ডি (দণ্ড) নি। প্রত্যক্ষনি। মমীত্তা তিংখং য়ুখিজনা মমীৎ তাঙলিবা, মমীৎ কোকথোকথিবসি অদুনা দণ্ডি (দণ্ড) নি। প্রত্যক্ষনি। মমীত্তা তিংখং য়ুখিজনা মমীৎ তাঙলিবা, মমীৎ কোকথোকথিবসি অদুনা কৈনা তান্নহুনা চাখিবা পুম্মকসি অদুগুম্বা মীশক্না ফংবা দণ্ডি মক্কনি। প্রাণদণ্ডনি যমরাজনা পীবনি। প্রত্যক্ষ প্রামাননি ।।৪১-৪২।। ব্রাহ্মণবু কুরিবা, মশাদা ঈ থোকহল্লিবা. মখোঙ মথুং থুদেকপিরিবা মখোয়দু নরক কুনমাথোইদা থাদহুনা, পাপশিংদুগী মহৈ চাহল্লিবনি স্বর্গ নরক অনীমক মর্ত্যলোক অসিদা অদুম মরৈরবনি।।৪৩।।

শূলমারোপ্যতে পশ্চাজ্জ্বলনে পরিপচ্যতে। বহুবর্ষসহস্রাণি পচ্যমানস্ত্বধাক্ শিরাঃ।
নাসমুচ্যেত দুর্মেধা ন তস্যক্ষীয়তে গতিঃ ॥৪৪॥

ব্রাহ্মণান্ বিচা ত্রা বৈষ্ণবব্রজন বৈ বধকাঙ্ক্ষয়া। শতবর্ষসহস্রাণি তামিস্রে পরিপচ্যতে॥৪৫॥

তস্মান্নাক্রশনং ক্রুয়াৎ শুষকাং গতিমীরয়েৎ। নক্রুযাৎ পরুষাং বানীং নচৈবেনানতি ক্রমেৎ॥৪৬।

যে বিপ্রাণ্‌ক্লক্ষয়া বাচা পূজয়ন্তি নরোত্তমাঃ অর্চিন্তুতস্চতৈশ্চেব তৈ র্ভবামি ন সংশয়॥৪৭॥

তর্জয়ন্তি চ যে বিপ্রান ক্রোশয়ন্তি চ ভারত। আক্রুষ্টস্তর্জিতশ্চাহং তৈর্ভবামি ন সংশয়ঃ ৪৮।

---

অজ্ঞানবা পাপী অদু তাজ্জিনথক্তা ফমহল্লি। অদুদগী মমৈ মকাক ওইনা মৈথক্লা ওন্থহল্লি। অমুম্মা চহি লিশিং চূপ্পা মপোক লিশিং অবাবা খাওহল্লি। অসুম্মা লৈবসি, মহাক মহাক্লা তৌখিবা পাপ কর্ম-শিংদুনা হেক লোইত্রিমখৈ, লোইবা লৈরোই ॥৪৪॥ ব্রাহ্মণদা অপমান তৌবা, চৈবা থাংবা, হাংপা তুপ্পা তৌরিবশিংদু চহী লখা অমা চূপ্পা তাবিপ্র নরকতা তাহল্লুনা মৈচাক খাওহল্লিবসিনি। হায়রিবা খুদোংথীবশিংসিবু ফংবা মী কয়া লৈরিবসি মাতুগী মীংনা শংশংনা উবা প্রত্যক্ষ প্রামাননি ॥৭৫। অদুনা নিংথৌ! ব্রাহ্মণদা অবানবা কুকর্মশিংসি খক তৌরোইদবনি। যারিবমখৈ ব্রাহ্মণগী সেবা পূজা তৌগদবনি। ঐ আত্মা) গী সেবা পূজাদো অদুম মওইবে॥৪৭। ভারত! ব্রাহ্মণদা চৈরিবা, খানা যেংলবদো কৃষ্ণ (ঐভোন্দা আত্মা) দা চৈবনি খাৱবা মীংয়েংনা য়েংবনি। হায়বিবসে অমম বিজ্ঞানগী দৃষ্টিদা মুপ্পা যেংশিন্নগা অচুম্বমক্তি হায়না খঙগনি। অদুদগীদি হায়রিবা বাফম অসিদা চিংনফম করিমতা লৈররোই ॥৪৮।

ম ফম অসিদা দাক্ষিন্যাদা ফংবা মহাভাবতদা য়াওবা অধ্যায় অম (মতাং অমা) লোইরে। × । ×।

---

( যমরাজগী দণ্ডশিং অসি কোক্লনবা উপায় তাকপা )

---

## যুধিষ্ঠির উবাচ

দেবদেবেশ দৈত্যঘ্ন পরং কৌতূহলং হি মে। এতৎ কথয় সর্বজ্ঞ ত্বৎভক্তস্য চ কেশব।
মানুষস্য চ লোকস্য ধর্মলোকস্য চান্তরম্ ॥ ১ ॥
ত্বগস্থিমাংসনির্মুক্তে পঞ্চভূতবিবর্জিতে। কথয়স্ব মহাদেব সুখ দুঃখমশেষতঃ ॥ ২ ॥
জীবস্য কর্ম লোকে যু কর্মভিস্তু শুভাশুভৈঃ
অসুবদ্ধস্য তৈঃ পাশৈর্নীয়মানস্য দারুণৈঃ ॥ ৩ ॥
মৃত্যুদূতৈস্তু রাখৈর্ঘোরৈর্ঘোরপরাক্রমৈঃ।
বদ্ধস্যাক্ষিপ্য মানস্য বিক্রুতস্য যমাজ্ঞয়া।
পুণ্যপাপ কৃতভিস্তৈং সুখদুঃ খমশেষতঃ।
যমদূতৈস্তু রাখৈর্নীয়তেবা কথংপুনঃ ॥৪॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংজি :— দৈত্যদানব পূম্নমকপু হাংওস্বা! দেবদেবেশ্বর! শ্রীকৃষ্ণ! য়াম্না তাজনীংবা বিষয় অমা ঐগী পুক্কীংসিদা লরে। ঐসে, কেশব! নংগী ভক্ত অমনি খঙবিয়ু। মনুষ্য লোক অসিগা যমলোক হায়রিবদুগা করম য়াম্না লাপ্পবগে? দেবতা পূম্নমক্তগী অথোইবা! দেব! পঞ্চভূতনা শাবা ভৌতিকশরীরসিদগী। ১॥ চংথ্রবা তোঙাম্না তাথ্রবা জীব (জীবাত্মা অদুনা অরা-মুত্তাইবদু অনুভব তৌনা তৌনা চংখিবরা! চংথ্রবদি করম্না মওংদনো? করম তৌনা খঙলিবনো? খঙনবা থুংলায় মচাকতি মহাক্না হুকোক্নম্লিবা হকচাংসিদা লৈহৌরে। ২॥ ঐখোয়না অসুম তাববু জীবসিনা মানুষ লোকসিদা লৈরিঙৈদা অফ ফত্ত কর্ম কম্না তৌরি। শিরবা মতমদা হকচাং অসি থাদোক্লম্লবা তুংদা যমরাজগী য়াথংনা অকিবগী মশক ওইরবা, লাকত্থম ফাঙমদবা, মপাঙ্গল কল্লবা যমদূতনা কল্লবা থৌরাংনা পুন্দুন ফু ফুদুনা পুখি হায়নৈ। জীবসিনা চেনগদবগী কম্না হোংনজেন্দু হায়রি। ৩॥ পুথ্রিবা মফমদুদা, পাপ কর্ম পুণ্য-কর্ম তৌরম্বদুগী অফ ফত্ত মহৈ ফংডুইদু হায়রি। শিথ্রবা, হকচাং থাদোক্লম্বা জীবদুবু যমদূতশিংনা পুখি হায়বসি য়াম্ন চিংননিঙাইনি। মনিন মহাওম লৈবা জীবসিবু করি মওংদা পুরিবনো, ফু চৈরিবনো? ॥৪॥

কিং রূপং কিং প্রমাণংবা বর্ণঃ কো বাস্য কেশব ।
জীবস্য গচ্ছতো নিত্যং যমলোকংবদস্ব মে ।।৫।।

শ্রীভগবানুবাচ

শৃণু রাজন্ যথাবৃত্তং যন্মাংত্বংপরিপৃচ্ছসি ।
তং তেহহংকথয়িষ্যামি মত্তকস্য নরেশ্বর ।।৬।।

ষড়শীতি সহস্রাণি যোজনানাং যুধিষ্ঠীর ।
মানুষস্য চ লোকস্য যমলোকস্য চান্তরম্ ।।৭।।

ন তত্র বৃক্ষচ্ছায়া বা ন তটাকং সরোহ পিবা ।
ন বাপ্যো দীর্ঘিকা বাপি ন কূপোবাযুধিষ্ঠির ।।৮।।

ন মণ্ডপং সভা বাপি ন প্রপা ন নিকেতনম্ ।
ন পর্বতো নদী বাপি ন ভূসে বিবরং কচিৎ ।।৯।

ন গ্রামো নাশ্রমো বাপি নোদ্যানংবা বনানি চ ।
ন কিংচিদাশ্রয়স্থানং পথি তস্মিন যুধিষ্ঠির ।।১০।।

---

কেশব! জীব (জীবাত্মা) চংখিবা মতমদা মহাক করম্বা মও রাং চাউবা অমদি মচুনা করিনো? মখোঙ মখুৎ পুল্লিগ্ন হায়রি। মতম অহুদা মাগী মংংনা করি করিনা ওইরি? খোঙ খুংনচিংবদি মহাক্কা তুন্দোক্রবা হকচাংহুদা লোইনা লৈহৌরে। জীবতু কয়া রাং চাউ-ই। অমুক রাং চাউই হায়বা খঙননবা হকচাংহুদি লৈত্রে। হংজখিবা পুম্নসে অমুক্ত তাকপিয়ু।।৫।। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়ঃ— রাজন্! নিংথৌ! নহাক্কি ঐ (আত্মা) গী ভক্ত অমনি। আত্মাসিগী মরমদা খঙনিংহুনা হংলিবদো ঐগী ভক্তনি। ঐ চপ চানা হায়গে তারীয়ু।।৬।। মনুষ্য লোকসিগা যমলোকতাযবহুগা লাপ্নবসি যুথক মরিকু তঙকনি।।৭।। যুধিষ্ঠির! হায়রিবা লাপ্নরিবা লম্বীসিগী মরক্তা উ অহুগা উগী মরুম (ছায়া), করিমতা লৈতে। পুখ্রী-সাংথোং করিমত লৈতে। ঈশিং তুংবা গুহানচিবা করিমত লৈতে।।৮-৯। যুধিষ্ঠির! হায়রিবা লম্বীসিদা মরক্তা যুম কৈ, মাণ্ডবনচিংবা পোথাফম চৌঙ, মান তুরেলনচিংবা করিমতা লৈতে। উহাক্তং পোথাফম করিমত লৈতে।।১০।।

জন্তোর্হি প্রাপ্তকালস্য বেদনার্তস্য বৈ ভৃশম্। কারনৈস্তাক্তদেহস্য প্রাণৈঃ কণ্ঠগতৈঃ পুনঃ ।।১১।।

শরীরাচ্চাল্যতে জীবো হ্যবশো মাতরিশ্বনা।
নির্গতো বায়ুভূতস্তু ষট্‌কোশাত্তু কলেবরাৎ ।।১২।।
শরীরমনাৎ তদ্রূপং তৎবর্ণং তৎপ্রমাণতঃ।
অদৃশ্যং তাপ্রবিষ্টস্তু সোঽপ্যাদৃষ্টোথ কেনচিৎ ।।১৩।।
সোঽন্তরাত্মা দেহবত্তামষ্টাঙ্গো যস্তু সংচরেৎ।
ছেদনাৎ ভেদনাৎ দাহাৎ তাড়নাৎবান নশ্যতি ।।১৪।।
নানাক্লপধরৈর্ঘোরৈঃ প্রচূর্ণেশ্চণ্ডসাধনৈঃ।
নীয়মানো দুরাধর্ষৈর্যমদূতৈর্যমাজ্ঞয়া ।।১৫।।

---

জীবসিগী আন্তকাল-মৃত্যুকাল হকচাংসি-থাদোক্লমদাই য়ৌরক্লবদা চৈনাখোল অমা কন্না লাকই। থাওবা ওমদহুনা থরোমাল্লোওল্লি। ময়া ক্রক ক্রক চীক্তনা থাডিও। লুমাং অনপ্পা কায়। প্রাণ বায়ুসু কণ্ঠ (খৌরিচরম) ফাওবা হাইগৎলকই। অহুসু অমুক হন্তরকপা ওস্বা ওমদে অকা অকুম লোইনা থিংলে। খৌরি মথুনসিস্ন মেনসিনলে কণ্ঠরুদ্ধ ওইলে। অদুবু প্রাণ বায়ু অসি অমদগী অমদা মনিন মহাক্তম থোকখিফম কোয়থি থি। প্রাণবায়ুগী মথা পোন্দুনা জীব অসি প্রানবায়ুদুনা লুমখিবা থোকখিবহুগী মতুং ইন্না মহাকসু অহুম থোকখি। হেক থোকখিবগা জীব মহাক মশামক বায়ু দুগী মশক লৌহুনা মনিন মহাক্তম মহাক্লা উবা ফংদবা উত্রিবা হকচাং (দেহ) অমদা চংখি। লৈরম্লিবা হকচাং অহুগী কুচু কুমেন মওং রাংবা-নেম্বা অদু, মহাক্লা (জীবদুনা) হান্না লৈরম্বা হকচাংদুগী মওং মতৌ কুচু কুমেনগা চপ মান্নে। জীব (জীবাত্মা) অসি দেহ অসিদা লৈরিবৈদা হৌনা উবা য়াদবা অদৃশ্য ওইবা পোশক ওইবন মহাক্লা চঙ্‌ঙ্‌রিবা হকচাং মুং অদুদা লৈরুবগসু অদৃশ্য ওইদুনা অহুম মরৈগনি। মপানগী শকলগী হকচাংদা চঙ্‌ঙুরবসু মপানগী মৃত্তিহু মউগনি জীব মাবুদি উরোই ।।১১-১৩।। দেহধারী (দেহী) ওইদুনা লৈরিবা অন্তরাত্মা—জীব অসি খোঙ থুংনাচিংবা অঙ্গ নিপালনা তিনবা হকচাংমুংদা চঙহুনা চংখিবনি। হৌজিক লৈরিঙৈসিদসু মপান হকচাংদা পাল্লিবা খোঙ থুংজিনত্তবা মাগী লনাইগী হকচাং খোঙ-থুংনচিংবা দেহ অম লৈজে। চংখিবা মতমদা মাগী লনাইগী হকচাংদুগী মতুংদা চঙহুনা দেহহু পুদুনা চংখি। মপান হকচাংগী খোঙ-থুংতি ককপা তুপ্পা য়াদ্দবা জীব মাগী লনাইগী হকচাং অহদি ককপা তুপ্পা করিমতা য়ারোই ।।১৪।। জীবহুনা পুথ্রিবা ককপা তুপ্পা য়াদবা খোঙ অদু যমদূতশিংদুনসু ককপা থুদেকপা ওমদে। পুনবা কাজিনবা ঈন্দুনা পুথিবমথৈদি ওখি। অহুম হায়না পুথিবনি। অদুনা যুধিষ্ঠির! নহাক্লা চিংনখিবহু ঐনা হায়ম্লিবসিনা অহুম কোক্লগনি ।।১৫।। হকচাংসিবু হেক থাদোকক্লিমথৈ মচামশূ-দুগী অঙাংগী স্নেহগী বন্ধন অহুনা

পুত্রদারময়ৈঃ পাশৈঃ পাশৈঃ সংনিরুদ্ধোঽবশোবলাৎ ।
স্বকর্মভিশ্চানুগতং কৃতৈঃ সুকৃতদুষ্কৃতৈঃ ।।১৬।।
আক্রন্দমানঃ করুণং নক্রভির্দুঃখপীড়িতৈঃ । ত্যক্ত্বা বন্ধুজনং সর্বং নিরপেক্ষস্তু গচ্ছতি ।।১৭।।
মাতৃভিশ্চ ভ্রাতৃভির্মাতুলৈস্তথা । দারৈঃ পুত্রৈর্বয়স্যৈশ্চ রুদদ্ভিস্তজ্যতে পুনঃ ।।১৮।।
অদৃশ্যমানস্তৈর্দীনৈরশ্রুপূর্ণমুখৈঃ । স্বশরীরং পরিত্যজ্য বায়ুভূতস্তু গচ্ছতি ।।১৯।।
অন্ধকারমপারং তং মহাঘোরং তমোবৃতম্ । দুঃখান্তং দুষ্প্রতারং চ দুর্গমং পাপকর্মণাম্ ।।২০।।
দেবাসুরৈর্মনুষ্যা চৈঃ স্বতরশানুগৈঃ । স্ত্রীপুংনপুংসকৈশ্চাপি পৃথিব্যাং জীবসংজ্ঞিতৈঃ ।।২১।।
মধ্যমৈর্যুবভির্বাপি বালৈর্বৃদ্ধৈস্তথৈব চ । জীবমাত্রৈশ্চ গর্ভস্থৈর্গন্তব্যঃ স মহাপথঃ ।।২২।।
পূর্বাহ্নে বা পরাহ্নে বা সন্ধ্যাকালেঽথবা পুনঃ । প্রদোষে বার্ধরাত্রে বা প্রত্যুষে বাপ্যুপস্থিতে ।।২৩।

---

আবদ্ধ ওইহনা ফাজিন্দুনা অহম লেখিগনি । অহবু মুংশিনবগী প্রেমগী থোরী অহু থদংলমদবা য়াদবনা, থদং থদংনীংদনা থংদলমহনা চংখি । লৈহৌরিবশিং অহুস্থ উপায় লৈতবনিনা কপলাউহুনা, মথবাক নৈংনা লৈহৌই । অহুগা জীব অহুদি মখোয়দা হন্নমক্তা য়েংঙমনা চংখি ।।১৭।। মমা মপা, মচীন মনাও, মুপী অচাং পুন্নমক্তুনা কপ লাউহুনা লৈহৌবহু জীব মহাক্না উবিন্নমদে তাবীরমদে ।।১৮।। লৈহৌরিবাশিংহুনা মশাহু শিস্তরকপা পিরাং ঈপোম্না পুমচোৎ চোত্তুনা লৈহৌই । নখোয়গী মতৌহ্ উরগা অতোপ্পা মম্বন্ধ লৈতবা অমগী থম্মোয়দম্ম মুংঙোনবা পোকই । কপমিন্নবম্ন য়াওনরি । অহুগা, অমরোমদনা চংখিবা জীবহুবু যমদূতশিংনা ফু চৈরিনিকো, যম দূতনা অৱাবা পীরিনিকো হায়না উংনা কপ্পি হৌনবদি কনা অমতা য়াওদে । তৌনরিবসি য়েংঙু নিংথৌ । ।।১৯।। পাপ কম তৌরম্না জীবহুনা চংখিবা লম্বীদি পুম্নমক্মি । অমম্বহু কদায়রাইদা লোইদগী হাম্নবা খঙদে । অকিবা থুদোংথীবতনা থল্লবা অা লম্বীহুনা লোইত্রিফাওবা অৱাবগী মশকত ওই ।২০।। যমরাজগী অধানতাদা লৈবা (যমরাজগী মখা পোনবা) দেবতাশিং, তাইবং মীশিংনচিংবা পৃথিবীথক্তা হেক লৈরিবা, নুপী ওইরবম্ন, নপুংমকপু ওইরবম্ন, অঙাং ওইরবম্ন, অহল ওইরবম্ন, পাখং ওইরবম্ন, ফত্তবা মানা পোকহল্লম্বা ওইরবম্ন অহুগা গর্ভদা লৈরিবা পোকখিবা ওইরবম্ন হায়রিবা পুম্নমকসে হায়রিবা অকিবগী মনাক ওইরবা স্থক্লা মম্বা লম্বীদা চংখিগনি, চংপা তাই । অঙাংনি নুপীনি হম্বনি হায়হুনা থাদোকপিরোই ।২১-২২।। পূর্বাহ্নদা ওইরবম্ন অমুক্তা সন্ধ্যাগী মতমদা ওইরবম্ন, নুমিদাংদা অহিং নোংয়াইদা ওইরবম্ন অমুক্তা ওইরবম্ন হায়রিবা জীবনা হকচাংবু থাদোক্নমহুনা চংখিবা যাত্রাগী মতম পুংফম অসি ঈম্না হেক য়াই । যাত্রা তৌহে-তৌহৈদি হায়বগী নিয়ম লৈতে ।।২৩।।

অগ্নিশক্রপিতৃনাং চ তেষাং পীত্যানবাপ্নিপ। সংবৎসরকৃতং পাপং তস্য সদ্যো বিনশ্যতি ॥১৫॥
যঃ প্রযচ্ছতি বিপ্রায় আসনং মাল্যভূষিতম্। স যাতি মণিচিত্রেণ রথেনেন্দ্রনিকেতনম্ ॥১৬॥
পুরন্দরাসনে তত্র দিব্যনারীবিভূষিতঃ। ষষ্টিং বর্ষসহস্রাণি ক্রীড়ত্যপ্সরসাং গণৈঃ ॥১৭॥
বাহনং যঃ প্রযচ্ছেত ব্রাহ্মণায় যুধিষ্ঠির। স যাতি রত্নচিত্রেণ বাহনেন সুরালয়ম্ ॥১৮॥

স তত্র কামং ক্রীড়িত্বা সেব্যমানোপ্সরোগণৈঃ।
ইহ বাঞ্ছা ভবেৎ রাজন্ নাত্র কার্য্যা বিচারণা। ॥১৯॥

পাদপং পল্লবাকীর্ণং পুষ্পিতং ফলিতং তথা। গন্ধমাল্যোরথাভার্চ্য বস্ত্রাভরণ ভূষিতম্ ॥২০॥
যঃ প্রযচ্ছতি বিপ্রায় শ্রোত্রিয়ায় সদক্ষিণম্। ভোজয়িত্বা যথাকামং তস্য পুণ্যফলং শৃণু ॥২১॥

জাম্বুনদবিচিত্রেণ বিমানেন বিরাজিতা।
পুরন্দরপুরং যাতি জয়শব্দরবৈর্যুতঃ ॥২২॥
তত্র শক্রপুরে রম্যে তস্য কল্পকপাদপঃ।
দদাতি চেপ্সিতং সর্বং মনসা যত্তদিচ্ছতি ॥২৩॥

---

মত্তৌ অসুম্বা অগ্নি. পিতৃলোককী মপা মপুনা পেল্লবদা চহী তরাগী মসুংদা হেক তৌখিবা পাপ মখৈ খুদক্কদা লোইনা কোকই ॥১৫॥ অতিথি ব্রাহ্মণদা চুম্নগী অচম্বা আসন নত্তুনা থোংলবা মনম মুংশিবা লৈশু চাইশিন্দুনা. ফজতম্লবা আসন কংলবদি য়েক খোংলবা ফংরবা রথ থক্কা তোংদুনা ইন্দ্রলোকতা চংলি ।১৬॥ মফমদুদা চংলবা ইন্দ্রাসন থক্তা যন্তুনা দিব্যস্ত্রীশিংদুনা তৌবা সেবা লাংবদু ফংদুনা চহী লিশিং কুক্ক চুপ্পা অপ্সরাশিংগী শান্নমিন্নদুনা লৈ ॥১৭॥ যুধিষ্ঠির! ব্রাহ্মণদা সগোল-রথনচিংবা শাদোং দান তৌববদি, মণিরত্না রত্ন পুম্নমক্না থাম্লবা ফজরবা বিমান থক্কা তোংদুনা স্বর্গ লোকতা চংলি। ॥১৮॥ নিংথৌ! ইন্দ্রলোক — স্বর্গ লোক অদুদা অপ্সরাশিংনা তৌবা সেবা ফংদুনা লৈরবা তুংদা মর্ত্তালোকতা অচৌবা নিংথৌ ওইনা পোকলৈ। মাসিদা চিংনফম করিমতা লৈত্রবনি ॥১৯॥ উচে রাহৈ মহৈ মরোং চুম্লবা উ পাম্বীবু ফজরবা মমল য়াম্লবা ফিনা লৈতেংদুনা য়েক্চিন্ কোয়শিন্দুনা কংলবদি অদুগা মহুদা মনম মুংশিরবা চন্দন থীক্তুনা চাইদুনা উপাম্বী অদুবু বেদজ্ঞ ব্রাহ্মণদা কথোক্লবদি অদুগা কংলবা তুংদা দক্ষিণাগা লোয়ননা অন্নদান তৌরবদি মাহুগী মহৈ অদু হায়গে ॥২০-২১॥ সনানা পূমহৈ ওইনা শাররা বিমান থক্কা ফমদুনা মায়গৈ পুন্নদগী লাউরকপা জয় কার ধ্বনিশিংদু তা তাদুনা ইন্দ্র লোকতা অনীগুবা ইন্দ্র অমগুম ভাম্লোইরুই ॥২২॥ অদুগুম্বা নীংথিজরবা ইন্দ্রপুরদা পুক্লীংদ লাকপা অপাম অপাম্বদু দান তৌখিবা কল্পবৃক্ষ কল্পাতরুদুনা পী ॥২৩॥

যাবন্তি তস্য পত্রাণি পুষ্পানিচ ফলানি চ। তাবৎ বর্ষসহস্রানি শক্রলোকে মহীয়তে ।।২৪।।
শক্রলোকাবতীর্নস্য মানুষ লোকমাগতঃ। রথাশ্বগজসম্পূর্নং পুরংরাজ্যং চ লভতি ।।২৫।।
স্থাপয়িত্ব তু মদ্ভক্ত্যা যো মং প্রতিকৃতিংনরঃ। আয়তনং বিধিবৎ কৃত্বা পূজাকর্মচ কারয়েৎ।
স্বয়ম্বা পূজয়েৎ ভক্ত্যা তস্যাপুণ্য ফলংশৃণু ।।২৬।।
অশ্বমেধসহস্রস্য যৎ প্রোক্তং সমুদাহৃতম্। তৎ ফলংসমবাপ্নোতি মৎসালোক্যং প্রপদ্যতে।
ন জানে নির্গমং তস্য মমলোকাৎ যুধিষ্ঠির ।।২৭।।
দেবালয়ে বিপ্রগৃহে গোবাটে চত্বরেহপিবা।
প্রজ্বালয়তি যো দীপং তস্য পুণ্যফলং শৃণু ।।২৮।।
আরুহ্য কাঞ্চনং যানং দ্যোতয়ন সর্বতো দিশম্।
গচ্ছেদাদিত্যলোকংস সেব্যমান সুরোত্তমৈঃ ।।২৯।
তত্র প্রকামং ক্রীড়িত্বা বর্ষকোটিং মহাতপাঃ।
ইহলোকে ভবেৎ বিপ্রো বেদবেদাঙ্গ পারগঃ ।।৩০।।
করকাং কর্নিকাংবাপি মহৎ বা জলভাজনম্।
যঃ প্রযচ্ছতি বিপ্রায়তস্য পুণ্যফলংশৃণু ।।৩১।

---

দান তৌখিবা উপাপ্নী অদুদা পানবা মনাগী মশীং অদুক চহী কয়া চুপ্পা, চহী লিশিং চুপ্পা, ইন্দ্র লোকতা সম্মান ফংদুনা লৈ ।।২৪।। ইন্দ্রলোকতগী কুমথরক্তগা মনুষ্যালোকপা মতমদা শগোল শামু রথ খুংগু-খুংলায়না থনা লৈবা রাজ্যদা রাজা ওইনা পাল্লি ।।২৫।। ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা কৃষ্ণ ঐ-(আম্বা) গী মৃত্তি শাদুনা মন্দির লিংখৎদুনা ঐগী মূর্তিসিব স্থাপন তৌদুনা সেবাপূজা তৌরবদি অদুগা অতোপ্পবগে তৌহল্লবদি মাদুগী মহৈদু অমুক তাবো ।২৬। অশ্বমেধ লিশিং অমা তৌরগী মহৈদু ফংদুনা পরম ধামদা চংখি। পরম ধামদুব্ অমুক্তা য়ৌরবদি জন্মমৃত্যুগী লোক অসিদা অমুক লাকপ্র ।।২৭। অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা দেবমন্দিরদা, ব্রাহ্মণগী য়ুমদা, গোশালাদা, লৈপুংদা দীপদান তৌবগী মহৈ অদু তাও ।।২৮।। দাতা মহাক অদু সনাতনা পুমহৈ ওইনা শাবা বিমানগুক্তা তোংদুনা মায়গৈ তরাদা মশেক মঙাল্লা পুমথল্ল থনবা মীশক অম ওইদুনা সূর্য্য লোকতা কাখিদুনা দেবতা পূম্বনা সেবা তৌবা লাইগুম্বা মওং অম পুই ।।২৯।। অদুগুম্বা মহাত্মা ওইবা মহাক মত মর্ত্য লোকতা বেদ বেদাঙ্গ থাম্বা হৈবা ব্রাহ্মণ, অম ওইনা পোকলে ।।৩০।। ব্রাহ্মণদা কমণ্ডলু (যুবী খুজাই), কর্নিকা (গিলাস) নত্রগা জলপান তৌনবা পাত্র কপুপা মীদুনা ফংবা ফল অদু অমুক তারো ।।৩১।।

ব্রহ্মকূর্চে তু যৎ পীতে কলংপ্রোক্তংনরাধিপ। তৎ তুণ্যফলমাপ্নোতি জলভাজনদো নরঃ।
সুতৃপ্তঃ সর্বসৌগন্ধঃ প্রহৃষ্টেন্দ্রিয়মানসঃ।৩২।।
হংসসারসযুক্তেন বিমানেন বিরাজতা। স বারুণং লোকং দিব্যগন্ধর্ব সেবিতম্।।৩৩।।
পানীয়ং যঃ প্রযচ্ছেৎ বৈ জীবানাং জীবনং পরম্।
গ্রীষ্মে চ ত্রিষু মাসেষু তস্য পুন্যফলং শৃণু।৩৪।
পূর্ণচন্দ্রপ্রকাশেন বিমানেন বিরাজতা। গচ্ছেদিন্দ্রভবনং সেব্যমানোঽপ্সরোগণৈঃ।।৩৫।।
শিরোঽভ্যঙ্গপ্রদানেন তেজস্বী প্রিয়দর্শনঃ।
সুভগো রূপবাংশ্চৈব পণ্ডিতশ্চ ভবেদ্দ্বিজঃ।। ৩৬ ।।
বস্ত্রদায়ী চ তেজস্বী সর্বত্র প্রিয়দর্শনঃ
শুভ গোত্রবতি শ্রীমান্ স্ত্রীণাংনিত্যংমণোরমঃ।৩৭।।
উপানহৌ চ ছত্রং চ যে দদাতিনরোত্তমঃ।
সযাতি রথমখোন কাঞ্চনেন বিরাজতা।
শক্রলোকং মহাতেজাঃ সেব্যমানোঽপ্সরোগণৈঃ।৩৮।।
কাষ্ঠপাদুকদা যান্তি বিমানৈর্বরনির্মিতৈঃ।
ধর্মরাজপুরং রম্যং সেব্যমানাঃ সুরোত্তমৈঃ।৩৯।।

---

নিংথৌ পঞ্চগব্য (পঞ্চামৃত) ত থকপা মীনা ফংগদবা মহৈক—জলপাত্র দান তৌরিবা মহাকশুনা ফংই। মাশাদা অরাম খোবাংবা করিমত লাররোইএ ইন্দ্রিয় পূর্ণ পুমপেল পেহনি।।৩২।। অদুগা নত্তে। ভাম্ভু কাঙ্গনা থোবা চিংবা ফজরবাবিমানগা গোংদুনা গন্ধর্ব লোকতা অপ্সরাশিংনা তৌবা সেবা ফংদুনা বরুণ লোকতা কাখি।।৩৩।। ওলাঙথাদা থা অহুম চুপ্পা জলদান তৌবা মীদুনা ফংগদবা মহৈদু তাও।।৩৪। মথং কাববা থা (পূর্নিমা) গী মঙাল মশেক পুরবা বিমানথক্তা তোংদুনা অপসরা সেবা তৌবা ইন্দ্রভবন লোমদা চংখি।।৩৫। কোকত তেননবা থাউ, তেল দান তৌবা মহাক অদু মশক মতৌ ফজরবা ঈচগু থোববা জ্ঞানী ব্রাহ্মণ অমা ওইদুনা পোকই।।৩৬।। বস্ত্রদান তৌবা মীদুসু তেজবীর্য লৈরবা, মশক মতৌ ফজরবা, শ্রীসম্পত্তি পুন্নগী মপু ওইনা, নুপীনগাশিংনা মিহৌফম ওইবা শকসোল পুন্দুনা মর্ত্য লোকতা পোকই।।৩৭।। খোঙুপ, খুরুম ছাতা (ছাতিন) কংপা মীদু, মশাদা ওল্লাঙ ওনশাউবা লৈতনা ইন্দ্রলোকতা লৈখি।।৩৮।। উনা শাবা খুরুম কংপা মহাক অদু উনা খেত্তুনা শাবা বিমান থক্তা তোংদুনা ধর্মরাজ (যমরাজ) ফজরবা নগরদা লৈখি।।৩৯।।

দন্তকাষ্ঠপ্রদানেন প্রিয়বাক্যো ভবেন্নর। সুগন্ধবদনঃ শ্রীমান্ মেধাসৌভাগ্যসংযুতঃ ॥৪০॥
অনন্তবাশী যশ্চাপি বর্ত্ততে ব্রত সদা। সত্যবাক ক্রোধরহিত শুচিস্নানরতঃ সদা।
সবিমানেন দিব্যেন যাতি শক্রপুরংনরঃ ॥৪১॥
একভুক্তেন যশ্চাপি সর্ষমেকং তু বর্ত্ততে। ব্রহ্মচারী জিতক্রোধ সত্যশৌচ সমন্বিতঃ।
সবিমানেন দিব্যেন যাতি শক্রপুরংনরঃ ॥৪২॥
চতুর্থকালে যোহভুঙক্তে ব্রহ্মচারী জিতেন্দ্রিয়ঃ। বর্ত্ততে চৈক বর্ষংতু তস্য পুণ্যফলং শৃণু ॥৪৩॥
চিত্রবর্ণিযুক্তেন বিচিত্রধ্বজশোভিনা। যাতিযানেন দিব্যেনসমাহেন্দ্রপুরংনরঃ ॥৪৪॥
নিবেশয়তি যস্তু গ্রামাস্থানং মদগত শুচিঃ। রুদ্রদক্ষিনমূর্ত্যাশ্চ চতুর্দশ্যাংবিশেষতঃ ॥৪৫॥
সিদ্ধৈর্ব্রহ্মর্ষিভিশ্চৈবদেবলোকৈশ্চপূজিতঃ। গন্ধর্বভূতসংঘৈশ্চগীয়মানো মহাতপাঃ ॥৪৬॥
প্রবিশেৎ স মহাতেজা মাংবা শঙ্করমেববা। নস্যাৎ পুনর্ভবো রাজন নাত্রকার্য্যাবিচারণা ॥৪৭॥
গোকুতে স্ত্রীকৃতে চৈবগুরুবিপ্রকৃতেহপিবা। হতাস্তে যে তু রাজেন্দ্র শক্রলোকং ব্রজন্তিতে ॥৪৮॥

---

দন্তধাবন (যা শেংদোকপা দন্তকাষ্ঠ) কংপা মতাক অতু করিস ঈচাচাজেবস মনম সুংশিরবা সুংশাংলোব তোনবা, যক্তিশৈনবা ঈনাক শনবা নিপদসম ওইনা মর্ত্ত্য লোকতা পোকই ॥৪০॥ ইমুং-মসুং পরিবারগী মপুম খুদিংব অতগা অজিথিব পেল্লাপিজবনা তংদা চাবা, লৈত্রগা তুমিন্না তোকপনা ব্রতউপাসনা তৌবা, অশাংইবা কবিমক তৌদনা অথুন্না অমেঞবা বাইংতা নীজিন্নবা, স্নানধ্যান তৌনা তৌবা মীদ শ্রীসম্পান্নিবা তিন্নবা ইন্দ্রপরদা যাত্রা তৌথি ॥৪১॥ চহী অম চপ্পা নোংমদা অমুক্তগী চেন্না চাদনা, ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌহনা, অশাউবা সুংশাইতবব নমহত্নুনা, অশেং অমাং যান্না খাবনা মপুনশি লেনখিবা মীদ ইন্দ্রলোকতা লৈখি ॥৪২॥ চহী অমা চপ্পা মখি মখিনি শুবা সুমিংতেদা অমক্কং চাবা ইন্দ্রিয় খুতম চনবা মীহনা ফংগদবা মহৈক তাও ॥৪৩॥ য়েক খোংলবা, তগুপতবেংবা মশাপাল্লবা রাংহোংনা থৌবা-চিংবা বাহনগক্কা তোংহনা মহেন্দ্র লোকতা চংগি ॥৪৪॥ নিংথৌ! মসু মপান পমশেং শেংনা কৃষ্ণ ঐ (আম্মা) গী মূর্ত্তিদা সেবাপূজা কংপা, বিশেষ ওইনা চতুর্দশীদা রুদ্র অমদি দক্ষিণামূর্ত্তিদা, পুক্নীং চঙনা সেবা পূজা তৌবা মী অহু ব্রহ্মর্ষিদেবতাশিংনা পূজা তৌবা অহগা গন্দর্বশিংনা শকপা শোনবস্তু তাতাহুনা লৈবা মীশক অমা ওইনা কৃষ্ণ ঐগোম্মা নত্রগা শঙ্করদা লুপখিবা মীশক ভক্ত অম ওইখিহুনা জন্মমৃত্যুগী সংসারদা অমুক লাকতে। মাসিদা করিমক চীংননীঙায় লৈত্রবনি ॥৪৫-৪৭॥ নিংথৌ! অহুগুম্না মী মহাক অহনা শন ব্রাহ্মণ, স্ত্রীবু অদুগা গুরুগী ব্রাহ্মণগীদমক্তা মথ্যায় খাঙন্না প্রাণদান তৌবা মহাক অতৈ দান অমত তৌবমত্রবস্তু ইন্দ্র লোকতা ইন্দ্রগা চপ মান্ননা লৈমিন্নরুই ॥৪৮॥

তত্রক্রাস্যানন্দময়ে বিমানে কামগামিনি। মন্বন্তরং প্রমোদন্তে দিব্যনারী নিষেবিতাঃ ।।৪৯।।
আক্রম্য প্রদানেন দত্তস্য হরণেন চ। জন্মপ্রভৃতিযদ্দত্তং তাসর্বং তু নশ্যতি ।।৫০।।
যং যদিষ্ট দ্রব্যং ন্যায়েনোপার্জিতং চ যৎ। তৎ তৎ গুণবতে দেয়ং তদেবাক্ষয়ামিচ্ছতা ।।৫১।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধপর্বনি ভক্তগীতা পর্বনি দাক্ষিণাত্যলব্ধমহাভারতে অধ্যায়ৈকঃ সমাপ্যতে ।। X ।। X ।।

---

মক্কম অক্তদা, মুনিং খুদিংগী সনাগী বিমান-রথথক্তা তোংদুনা মৌনিংচংনিংবা মক্কমদা কোয়চং চন্দুনা দিব্যস্ত্রী শিনা সেবা তৌদুনা চহী মন্বন্তর অমা চুপ্পা কুংতাইবা মথল মংকল যংদুনা লৈ।৪৯।। পোং অসি পীগনি দান তৌগনি হায়রয়গা পীরবদি অদুগা দান তৌথোকপ্রবা পোং অদুব অমুক মুন্দুনা লৌরবদি, মমাইদা মহাক্তা হেক তৌখিবা পুণ্য কর্মদানশিং অদু অমুক্তদা পুম্মাং মাংগনি ৫০। অদুনা অমাং অতা লৈত্রবা আনন্দবু ফংনিংবা মীনা তৌগদবা হায়বদু ন্যায়বিধি কায়দনা, হিংসাগী করিশুম্না মরীক অমতা য়াওদনা ফংলকপা মহাক্তা পামজরে হায়না থমজবা পোং অদু ফাওবা গুণ লৈবা, বেদজ্ঞ ওইবা ব্রাহ্মণদা দান তৌথোকখিবা অসিনি ।।৫১।।

মক্কম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধপর্বদা বৈষ্ণবধর্মপর্বদ দাক্ষিনাত্যরোমদা ফংবা মহাভারতদা অধ্যায় (ভাংকক) অমা লোইরে। X X X।

---

युधिष्ठिर উবাচ

পঞ্চ যজ্ঞাঃ কথং দেবাক্রিয়ন্তেহত্র দ্বিজাতিভিঃ। তেষাং নাম চ দেবেশ বক্তুমর্হস্যশেষতঃ ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ

শৃণু পঞ্চ মহাযজ্ঞান কীর্ত্ত্যমানান যুধিষ্ঠির। যৈরেব ব্রহ্মসালোক্যং লভ্যতে গৃহমেধিনা ॥২॥

ঋভুযজ্ঞ ব্রহ্মযজ্ঞং ভূতযজ্ঞং চ পাণ্ডব। নৃযজ্ঞং পিতৃযজ্ঞং চ পঞ্চ যজ্ঞান্ প্রচক্ষতে ॥৩॥

তর্পণং ঋভুযজ্ঞঃ স্যাৎ স্বাধ্যায়ো ব্রহ্মযজ্ঞকঃ। ভূতযজ্ঞো বলি র্যজ্ঞো নৃযজ্ঞোঽতিথি পূজনম্

পিতৃমুদ্দিশ্য যৎ কর্ম পিতৃযজ্ঞঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥৪॥

হুতং চাপ্যহুতং চৈব তথা প্রহুতমেব চ। প্রাশিতং বলিদানং চ পাকযজ্ঞান্ প্রচক্ষতে ॥৫॥

বৈশ্বদেবাদয়ো হোমা হুতমিত্যচ্যতে বুধৈঃ।

অহুতং চ ভবেৎ দত্তং প্রহুতং ব্রাহ্মণাশিতম্ ॥৬॥

প্রাণাগ্নিহোত্রং চ প্রাশিতং বিধিবৎ বিদুঃ।

বলিকর্ম চ রাজেন্দ্র পাকযজ্ঞাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥৭॥

---

যুধিষ্ঠীরনা হাঃ—ভগবন! শ্রীকৃষ্ণ! দ্বিজাতিশিংনা পঞ্চ মহাযজ্ঞ (মহা যজ্ঞ মঙা) অনুষ্ঠান তৌগদবনি হায়রিবসি করম করম্না যজ্ঞনো? মমিং করি কৌবগে? মপুং ফানা অমুক্ত তাকপিয়ু ॥১॥ শ্রীভগবাননা হায়ঃ— নিংথৌ! যুধিষ্ঠীর! মহা যজ্ঞ মঙা আস তৌরগা ব্রহ্ম লোকপু ফংবা, মখোয়বু হায়রক্লে তাবিয়ু ॥২॥ পাণ্ডুনন্দন! ঋতু যজ্ঞ, ব্রহ্ম যজ্ঞ, ভূতযজ্ঞ, মনুষ্যযজ্ঞ, অমগা পিতৃ যজ্ঞ মখোয় মঙাসিনি পঞ্চ মহা যজ্ঞ হায়রিবসি ॥৩॥ তর্পন তৌরিবসিনা ঋভূযজ্ঞ হায়বগনি। স্বাধ্যায় তৌরিবসিনা ব্রহ্ম যজ্ঞ হায়বগনি। জীব পানবশিংদা অন্ন দান তৌরিবসিনা ভূত যজ্ঞ হায়বগনি। অতিথি পূজা, অতিথিদা কৎলিবসিনা মনুষ্য যজ্ঞ হায়বগনি। পিতৃ বর্গদা পিতৃলোক্তা কৎলিবা শ্রাদ্ধ কর্মচিংবসিনা পিতৃ যজ্ঞ হায়বগনি ॥৪॥ হুত, অহুত, প্রহুত, প্রাশিত অমগা বলিদান মঙাসিবু পাকযজ্ঞ হায়না কৌই ॥৫॥ বৈশ্ব দেবনচিংবা কর্মশিংদা দেবতাশিংগী উদ্দেশ্যদা হোম তৌরিবসিনা হুতযজ্ঞ কৌই হায়না যজ্ঞ হুতযজ্ঞ তত্ত্ববিৎ বিদ্বানশিংনা হায়। দান তৌরিবা বস্তু অহুবুনা অহুত হায়বগনি। ব্রাহ্মণদা ভোজন কৎলিবসিনা প্রহুত হায়বগনি ॥৬॥ রাজেন্দ্র! প্রানাগ্নিহোত্রগী বিধি কায়দনা প্রাণ অপাননচিংবা প্রা পঞ্চ প্রাণদা চখোম মঙা কৎপসিনা প্রাশিত হায়বগনি। শম্বীনচিংবা প্রানীশিংগী পেন্নবগীদমক্তা অন্ন (চাক) গী বলিহুনা বলিদান কৌই। হায়রিবা কর্ম মঙা অসি পাক যজ্ঞ হায়বগনি ॥৭॥

কেচিৎ পঞ্চ মহাযজ্ঞান্ পাকযজ্ঞান্ প্রচক্ষতে। অপরে ব্রাহ্মযজ্ঞাদীন্ মহাযজ্ঞবিদো বিদুঃ ।৮।।
সর্বএতে মহাযজ্ঞাঃ সর্বথা পরিকীর্তিতাঃ। বুভুক্ষিতান্ ব্রাহ্মণাস্তু যথাশক্তি নহাপয়েৎ ।।৯।।

তস্মাৎ স্নাত্বা দ্বিজো বিদ্বান্ কুর্যাদেতান দিনে দিনে।
অতোঽন্যথা তু ভুঞ্জন্ বৈ প্রায়শ্চিত্তী ভবেৎ দ্বিজঃ।। ১০ ।।

যুধিষ্ঠির উবাচ

দেবদেবেশ দৈত্যঘ্ন মধুকৈটভনাশন জনার্দন। বক্তুমর্হসি দেবেশ স্নানস্য চ বিধিংমম।।১১।

শ্রীভগবানুবাচ

শৃণু পাণ্ডব তৎসর্বং পবিত্রং পাপনাশনম্। স্নাত্বা যেন বিধানেন মুচ্যন্তে কিল্বিষাদ্দ্বিজাঃ ।১২।।
মৃদং চ গোময়ং চৈব তিলং দর্ভান্ তথৈব চ। পুষ্পান্যপি যথান্যায়মাদায় তু জলং ব্রজেৎ ।১৩।।

নদ্যাংস্নাত্বান স্নান্যাদন্যত্র দ্বিজসত্তমঃ।
সতি প্রভূতে পয়সি নাল্পে স্নায়াৎ কদাচন ।।১৪।।

---

বিদ্বান অয়াম্বনা পাকযজ্ঞশিংসিবু পঞ্চমহাযজ্ঞ হায়বচুনি হায়রি ।।৮।। মখোয়শিংসে মহাযজ্ঞ মকুনি। য়ুমদা লাকপা লাম্না অতিথি অমম্বা থর পীজ পীথক্কনা নীংবা কায়হন্দুনা হলহনখিবা হৌনদে ।।৯।। অদুনা বিদ্বান দ্বিজাতি (ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য) না তৌগদবা হায়ববু হায়রিবা যজ্ঞশিংসি অমম্বা শক্তিনা নুমিৎ খুদিংগী অদুম তৌবা আসনি। হায়রিবশিংসি তৌত্রিইদনা চাবা থকপা তৌরিবদু প্রায়শ্চিত্ত তৌবা তাবনি ।।১০।। যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— দৈত্যাদানব পাপীশিংবু হাৎপম্বা! নহাক্তি দেবতাশিংগীসু দেবতানি। হায়রিবযজ্ঞদান মথামসি স্নান তৌরগা তৌগদবা ফাওনি হায়না খঞ্জে। অদুনা, স্নান তৌবগী বিধিদু মথং মথং অমুক্তা তাকপিয়ু ।।১১।। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়ঃ— পাণ্ডুনন্দন! বিধিনিয়ম কায়দনা তৌবা স্নাননা পাপপুন্দব স্নান তৌখোকপা (শেংদোকপা অদুগুম্বা স্নান তৌবগী। ঈকক্কবগী) বিধি অদু হায়রগে তাবিয়ু ।।১২।। লৈপাক, শম্বি, থোইদিং, কুশমনা, লৈশং, অতৈ শাস্ত্রনা তাকপা মচাকশিংদু পুথুনা স্নান তৌগদৌরিবা পুখ্রী, তুরেলদুগী মনাক তাদা চৎকদবনি ।।১৩।। অথোইবা দ্বিজাতি (ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য) না তৌগদবা হায়ববু তুরেল অদুদা স্নান তৌরুরবা তুংদা, অতোপ্পা ঈশিং পুখ্রীনচিংবদা অমুক ঈরুক্করোইদবনি ঈশিং মরুক চোয়া লৈবা জলাশয় (পুখ্রী) অদু লৈরবদি ঈশিং খজিক্কনা. ঈশিং খজিক জায়বা পুখ্রী) তুরেলদা স্নান তৌরোইদবনি ।।১৪।।

গন্ধোদকসমীপং তু শুচৌ দেশে মনোরমে। ততো মৃদোগময়াদীন তত্র বিপ্রোবিনিক্ষিপেৎ ॥১৫॥
বহিঃ প্রক্ষাল্য পাদৌ চ দ্বিরাচম্য প্রযত্নতঃ। প্রদক্ষিণং সমাবৃত্য নমস্কুর্য্যাৎ তু তজ্জলম্ ॥১৬॥
সর্বদেবময়া হ্যাপো মন্ময়াঃ পাণ্ডুনন্দন। তস্মাৎ তাস্তু ন হস্তব্যাস্তুদ্ধি প্রক্ষালয়ে জ্জলম্ ॥১৭॥
কেবলং প্রথমং মজ্জেন্নাঙ্গানি বিমৃশেৎ বুধঃ। তৎ তীর্থং সমামাদ্য কুর্য্যদাচমনং পুনঃ ॥১৮॥
গোকর্নাকৃতিবৎ কৃত্বা করং ত্রিঃ প্রপিবেজ্জলম্। দ্বিস্তৎপরিমৃজেৎ বক্তুং পাদাবভ্যক্ষ্য চা স্থনঃ।

শীর্ষন্যং তু ততঃ প্রণান্ সকৃদেব তুসংসপৃশেৎ ॥১৯।

বাহু দ্বৌ চ ততঃ সপৃষ্ট্বা হৃদয়ং নাভিমেব চ।

প্রত্য ঙ্গমুদকং স্পৃষ্ট্বা মূর্দ্ধানংতুপুনঃ স্পৃশেৎ ॥২০॥

আপঃ পুনাস্তুত্যুক্ত্বা চ পুনরাচমনং চরেৎ। সোঙ্কারব্যাহৃতীর্বাপি সদসস্পতিমিত্যৃচম ॥২১॥
আচম্য মৃত্তিকাঃ পশ্চাৎ ত্রিধা কৃত্বা সমালভেৎ। ঋচেদং বিষ্ণুরিত্যঙ্গমুত্তমা ধমমব্যয়ম্।

আলভ্য বারুণৈঃ সুক্তেন মস্কৃত্য জলংততঃ ॥২২॥

---

স্নান তৌরুগদৌরিবা ঈশিং ( তুরেল পুখ্রী ) তুগী মপান্দা হায়রিবা পোচ্চেশিংতু অশেংবা তনান্ তনানবা মফমদা থমগদবনি ॥১৫॥ ঈশিংতুগী মনাক্তা ফমথরগা খোঙ অনীতু হায়দোক্লগা আচমন অনীরক তৌগদবনি। অতুগী তুংদা জলাশয়তুবু য়েৎলোইননা কোয়রগা খুরুমগদবনি ॥১৬॥ পাণ্ডনন্দন। তুংলিবা ঈশিং পুম্নমক্তু দেবতাপুম্নমক্তা অতুগী কৃষ্ণ ঐ ( আম্না ) গী ঈশিং মশক ওইবা মূর্ত্তিনি। অতুনা ঈশিংতুদা চৈনা খুবাক্লা থক থাম্নোইদৌবান। জলাশয়তুগী মপান অতু হাম্ন শেং দোক্‌দৌবানি ॥১৭॥ বুদ্ধিমান ওইবা মীনা পুখ্রী তুরেল অতুদা কুমথরগা অমুক্তং লুপকদৌবনি অতুগা খুরা চাগা তকথোকশিল্লোইদবনি। অতুগা আচমন অমুক তৌগদবান ॥১৮॥ খুং-খুংশা অতু শম্না নাকোং মওং মাম্না শেম্লগা আচমন অহুমুক তৌগদবনি। অতুগা তুংদা খোঙ অনামক্তা ঈশিংনা থাকত্তোক্লগা চান্দা ঈশিংতু স্পর্শ তৌরগা (শোক্লগা) খোরীদগী মখক থংবা শরুকশিং হায়রবদি মীৎ অনী, নাকোং অনী, নাতোন মখুল অনীতু স্পর্শ তৌরগা অতে অতে ইন্দ্রিয়শিংবুস্‌ শোক্‌দবনি ॥১৯॥ অতুগী তুংদা পাম্বোম মরু অনীবু শোক্‌না খোয়দৌবু নাতোল মখুল অনীবু শোক্‌দবনি। অতুম্না অঙ্গ খুদিংমক মথং মনাও নাইনা শোক্লগা কোক্তা ঈশিংনা চাইথৎকদবনি ॥২০॥ অতুগী তুংদা "আপঃ পুনন্তু . . . " মন্ত্র শোন্দুনা আচমন অমুক তৌগদবান। নত্রগা আচমন তৌবা মতমদা ওঁ কার অতুগা ব্যাহৃতিশিংগা লোয়ননা "সদসস্পতি" নহৌবা ঋচাম্ পাঠ তৌগদবনি ॥২১॥ আচমন তৌরবা তুংদা লৈপাক খর লৌখৎলগা মাহুবু শরুক অহুম থোক্না থাইদোক্লগা "ইদং বিষ্ণু" না হৌবা মন্ত্রতু কোম্লগা, মথং মনাও নাইনা মথকলোমদা, মরক্তা, অতুগা মখা থংবা অঙ্গশিংদা তৈগদবান। অতুগী তুংদা বারুণ সুক্ত মন্ত্রনা ঈশিংদা খুরুম্লগা স্নান তৌগদবনি ॥২২॥

স্রবন্তী চেৎ প্রতিস্রোতে প্রত্যর্কং চান্যবারিষু। মজ্জেদোমিত্যুদাহৃত্য ন চবিক্ষোভয়েজ্জলম্ ॥২৩॥

গোময়ং চ ত্রিধা কৃত্বা জলে পূর্বং সমালভেৎ।

সব্যাহৃতীকাং সপ্রণবাং গায়ত্রীং চ জপেৎ পুন ॥২৪॥

পুনরাচমনং কৃত্বা মৎগতেনান্তরাত্মনা। আপো হিষ্ঠেতি তিসৃভিশ্চ গ্ভিঃ পূতেন বারিণা।

তথা তরৎসমন্দীভিঃ সিঞ্চেচ্চতসৃভিঃ ক্রমাৎ। ২৫॥

গোসূক্তেনাশ্বসূক্তেন শুদ্ধবর্গেণ চানঘঃ। বৈষ্ণবৈর্বারুণৈঃ সূক্তৈঃ সাবিত্রৈরিন্দ্রদেবতৈঃ ॥২৬॥

বামদেব্যেন চাগ্নিনমন্যো মন্ত্রম সামভিঃ। স্থিতান্তঃ সলিলে সূক্তং জপেৎবা চাঘমর্ষনম্ ।২৭॥

সব্যাহৃতীকাং সপ্রণবাং গায়ত্রীংবা ততো জপেৎ।

আশ্বাসমোক্ষাৎ প্রণবং জপেৎবা মামনুস্মরন্ ।২৮।

উৎপ্লুত্য তীর্থমাসাদ্য ধৌতে শুক্লে চ বাসসী। শুদ্ধে চাচ্ছাদয়েৎ কক্ষে নকুর্যাৎ পরিপাশকে ॥২৯॥

পাশেন বদ্ধা কক্ষে যঃ কুরুতে কর্ম বৈদিকম্। রাক্ষসা দানবা দৈত্যাস্তৎ বিলুম্পান্তি হর্ষিতাঃ।

তস্মাৎ সর্বপ্রযত্নেন কক্ষ্যাশং ন ধারযেৎ ।৩০।

---

তুরেল লৈত্রবস্ত ঈশিংনা চেন্থবকপা মায়গৈদোমদা মায় ওনশিন্দুনা অতু নত্রগা স্নান তৌগদৌরিবা পুখ্রা নান্দা মুমিংলোমদা মায় ওনশিন্দুনা স্নান তৌগদবান। ওঁ কারগী উচ্চারণ তৌডুনা তম্বা কোক যাওনা ঈশিংডুদা লুপকদবনি লুপ্পা মতমদা ঈশিংদা ইপোম হৌহন্দনা তম্বা লুপবদবানি।২৩। অদুগী তুংদা শম্বাবু খুত্তা লৌবগী ঈশিংনা পেৎহল্লগা-চোৎহল্লগা মাডুবুস্ত শরুক অহুম থোক্না থাইদোরগা মায়গুম্বা হকচাংগী মথক থংবা ময়াম থংবা অহু মথা থংবা অক্সদা তৌগানি। মতম অদুদা প্রণব অমদি সপ্তব্যাহৃতিগা লোয়ননা গায়ত্রী মন্ত্রবু শোনগদবান ॥২৪॥ অদুদগী অমুক এ কৃষ্ণবু থম্মোয়দা থমগা নাংশিংলগা আচমন তৌরবা তুংদা "আপো হিষ্ঠাময়" আহানবা মন্ত্রনা ঋচ অহুমনা "তরৎসমন্দীভি অহানবা মন্ত্রনা" গোসূক্ত, অশ্বসূক্ত, বৈষ্ণবসূক্ত বারুণসূক্ত, সাবিত্রসূক্ত, ঐন্দ্রসূক্ত, বামদেবসূক্ত অহুগা কৃষ্ণ ঐগা মরম লৈনবা অতৈ তোপ্পা সাম বেদগী মন্ত্রশিংনা ঈশিংনা মার্জন তৌগদবনি। অদুদগী ঈশিংদা লৈনা লৈনা অঘমর্ষণ সূক্তবু জপ তৌগদবনি।২৫-২৭॥ নত্রগা প্রণব অমদি ব্যাহৃতিশিংগা লোয়ননা জপ তৌগনি। পুংশা শোরনা লৈরিবমখৈ কৃষ্ণ ঐবু নীংশিং নাংশিংনা প্রণব মন্ত্রবু জপ তৌগদবনি।২৮॥ মতৌ অসুম্না স্নান তৌরগা জলাশয়দুগী ময়াদা থম্না অশেংবা ফীজোলহু হোংগদবনি। ইম্নফিজুবু নাকলদা অমুক য়েংশিন্দুনা ইল্লোইদবনি ॥২৯। ইম্নফিজুবু নাকন্দা থৌরী দৌনা য়েচ্ছিনবদি অদুগা য়েচ্ছিন্দুনা বৈদিক কর্মগী অনুষ্ঠান তৌরবদি মানা তৌরিবা কর্মভু রাক্ষস, দৈত্য দানবশিংনা হরাউনা মুংডাইরেদা হায়দুনা ভস্ম ওইনা মাঙ্ক্রি-মাংথোকই। অদুনা বৈদিক কর্মগী অনুষ্ঠান তৌবা মতমদা খাডদা, নাকলদা ইম্নাদ (চাদর) বু থৌরীদোনা হক য়েংশিল ফাজিল্লোইদবনি ॥৩০॥

ততঃ প্রক্ষাল্য পাদৌ চ হস্তৌ চৈবমৃদা থানৈ আচম্য পুণরাচামেৎ পুনঃ সাবিত্রিয়া দ্বিজঃ ।৩১।।
প্রাঙমুদোদঙমুখোবাপি ধ্যায়ন বেদান, সমাহিতঃ । উভয়ত্র স্থিতস্তাদাচ মেদাশুশুবয়ে ।

তলে জলগতঃ শুদ্ধঃ স্থল এবস্থ লস্থিতঃ ।।৩২।।

দর্ভেষু দর্ভপানিঃ সন প্রাঙ্মুখঃ সুসমাহিতঃ ।

প্রানায়ামাংস্ততঃ কূর্য্যা মৎগতেনান্তরাত্মনা ।।৩৩।।

সহস্রকৃত্বঃ সাবিত্রীং শতকৃত্বস্তবা জপেৎ ।।৩৪।।

সমাহিতো জপেৎ তস্মাৎ সাবিত্র্যা চাস্তিমন্ত্র। চ ।

মন্দেহানাংবিনাশায় রক্ষসাং বিক্ষিপেজ্জলম্ ।।৩৫।

উদ্বর্গেংসীত্যথাচান্তঃ প্রায়শ্চিত্তজলং ক্ষিপেৎ ।।৩৬।

অথাদায় সুপুষ্পানি তোয়মঞ্জলিনা দ্বিজঃ ।

প্রক্ষিপ্য প্রতিসূর্য্যং চ ব্যোমমুদ্রাং প্রকল্পয়েৎ ।।৩৭।

ততোদ্বাদশকৃত্বস্তু সূর্য্যাস্যৈকাক্ষরং জপেৎ ।

ততঃ ষচক্ষরাদীনি ষট্কৃত্বঃ পরিবর্ত্তয়েৎ ।।৩৮।

---

ব্রাহ্মণনা তৌগদবা হাযবব্ঃ— বস্ত্রধারণ তৌরবা তুংদা ফৈক্তোম শেৎলবা তুংদা ফিরোল পায়কনা খোৎ খুৎ অদ্ নৈপাক শোন্দ্রনা শেংদোক্কদবনি । অতগী তুংদা গায়ত্রী মন্ত্র জপ তৌগদবনি, আচমন তৌগদবনি ।।৩১।। অদগী নোংপোক নত্তগা অবাংলোমদা মায় ওন্দনা পূক্নীং অনী লোন্দনা বেদ পাঠ শৌগদবনি । ঈশিংদা খেপ্না নৈরিবৈদা আচমন তৌরগা হকচাং পুস্না শুদ্ধ ওই । অতগী কর্যান্দা নৈবগনা অশেংবা পাত্রদা হাপ্না ঈগিংনা আচমন তৌরবস্থ অদম শেংহি । অদুনা ঈশিংদব ওইববস্থ কংক্ষান্দব ওইরবস্থ আত্ম শুদ্ধিগীদমক আচমন তৌগদবনি ।৩২।। অদুগী তুংদা সন্ধ্যা উপাসনা তৌননবগীদমক্তা থত্তা কুশ মনা লৌরগা-পায়রগা, নোংপোক ওন্দনা কুশাসন মথক্তা ফমন্তনা কুম্ভ নৈথোন্দা পূক্নীং থম্থোয় পমক্তনা প্রাণায়াম তৌগদবনি ।৩৩।। অদুদগী তমূক পূক্নীং অনী লোন্দনা, গায়ত্রী মন্ত্রব্ লিশিং অমা নত্তগা চামরক জপ তৌগদবনি । মন্দেহ তৌবা হিচাবশিংব মাঙতন্নবগীদমক্তা গায়ত্রী মন্ত্রনা সূর্য্যদেববোমদা ওনথক্নুনা অর্ঘ্য দান তৌগদবনি ।।৩৪-৩৫। অদুগী তুংদা আচমন তৌরগা উদ্বর্গেংসি অসিনা হৌবা মন্ত্রনা পায়শিত্ত তৌননবগীদমক্তা ঈশিংবু নৈমায়থক্তা থাদোক্কদবনি-থাদগদবনি । ৩৬।। অদুগা দ্বিজ (ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য) না তৌগদবা হায়বব্ মনম লৈশিংবা হৈ নৈবু থত্তা লৌরগা অর্ঘ্যদান তৌগদবনি । সূর্য্যমিংলোমদা ওনথক্নুনা দর্শন তৌগদবনি ।।৩৭।। অদুগী তুংদা সূর্য্যগী একাক্ষর মন্ত্রব তরুকলক শোনগদবনি ।।৩৮।।

প্রদক্ষিণং পরাবৃত্য মুদ্রয়া স্বমু খান্তরে । উর্দ্ধবাহুস্ততোভূত্বা সূর্য্যমাক্ষেৎ সমাহিতঃ ।।৩৯।
তস্যমণ্ডলস্থং মাং ধ্যায়েৎ তেজোমূর্ত্তিং চতুর্ভুজম্ । উদুত্যং চ জপো মন্ত্রং চিত্রং তচ্চক্ষুরিত্যপি ।।৪০।।
সাবিত্রীংচ যথাশক্তি জপ্তাসূক্তং চ মামকম । মন্মযানি চ সামানি পুরুষব্রতমেব চ ।।৪১।।
ততশ্চালোকয়েদর্কং হংসঃ শুচিষাদিত্যপি । প্রদক্ষিণংসমাবৃত্য নমস্কৃত্য দিবাকরম্ ।।৪২।।
ততস্তু সর্পয়েদদ্ভি ব্রহ্মাণং মাং চ শঙ্করম্ । প্রজাপতিং চ দেবাংশ্চ তথা দেবমুণীনপি ।।৪৩।
সাঙ্গানপিতথা বেদানিতিহাসান্ ক্রতুনপি । পুরাণানি চ সর্বানি কুলান্যপ্সরসাং তথা ।।৪৪।
ঋতুন্ সংবৎসরং চৈব কলাকাষ্ঠাত্মকং তথা । ভূতগ্রামাংশ্চ ভূতানি সরিতঃ সাগরাংস্তথা।
তর্পয়েদুপবীতী চ প্রত্যেকং তৃপ্যতামিতি । শৈলাগ্রংছৈলস্থিতান্ দেবানৌষধীঃ সবনস্পতী ।।৪৫।
অন্বারভ্য চ সব্যেন পাণিনা দক্ষিণেনতু ।।৪৬।।
নিবীতীতর্পয়েৎ বিদ্বানৃষীন্ মন্ত্রকৃতস্তথা । মরীচ্যাদানৃষীংশ্চৈব নারদাদ্যান্ সমাহিতঃ ।৪৭।।

---

আকাশ মুদ্রাবু তৌনা তৌনা য়েৎ লোইননা লৈছুনা পুরক্লগা চীস্ন্'দা পুশিল্লগা হৈজিনগদবনি। মহৃদগী পাম্বোম অনীহু বাংনা খাঙ্গংলগা, পুক্লীং অনী লোত্তদনা, মুমিংলোমদা ওনশিনহুনা, মুমিংকী অকোয়বহুদা লৈবা পাম্বোম মরি পানবা তেজতগী মশক ওইবা নরায়নগী ধ্যান তৌগদবনি। ধ্যান তৌরিবৈ মতমহুদা "উদুত্যম", "পিত্রংদেবানাম", "তচ্চক্ষুঃ" মখোয়সিনা হৌবা মন্ত্রশিংবু অমগা গায়ত্রী মন্ত্রবু অতম্বা শক্তিনা অহুগা ঐ·কৃষ্ণগা মরী লৈনবা সূক্তশিংহু জপ তৌরগা পুরুষ সূক্তি মন্ত্রশিংবু পাঠতৌগদবনি ।।৩৯ ৪১।। অমগী তুংদা "হংসঃ শুচির্ষৎ" অসিনাচিংবা মন্ত্রবু পাঠ তৌরগা নুমিংলোমদা য়েংগনি। য়েৎ লোয়ননা কোয়বগী মওংদা কোয়রগা নমস্কার তৌগনি ।।৪২।। মতৌ অসুম্না সন্ধ্যা উপাসনা লোইরবা তুংদা মথং শীংনা ক্রম কায়দনা ব্রহ্মাগী, ঐ(কৃষ্ণ-বিষ্ণু) গী মহেশ্বর (শঙ্কর) গী, প্রজাপতি, দেবতাশিং, দেবর্ষিশিং, অঙ্গ তরুক্কা লোয়ননা বেদ মরি, ইতিহাস-পূরাণশিং, লাইরৈবাকী লাইরেম্বী অপ্সরাশিং, ভূতশিং, তুরেল-সমুদ্রশিং, চীং ময়াম, চীংদা লৈরিবা দেবতাশিং, হীদাক লাংথক মনা মশীংশিংগী তর্পন জলাঞ্জলিনা তৌগদবনি। মশিং অমুমুক কংপদা "তৃপ্যতাম্" (পেনবিয়ু) হায়বা য়াহৈসি অমুমুক হায়রমগদবনি। পেলহনগদৌরিবা দেবতাশিং অহুনা অমত্ত ওইরবদি "তৃপ্যতাম্" অনীত ওইরগনা "তৃপ্যেতাম্" অনীদগী হেল্লগা ওইরগা "তৃপ্যন্তাম্" হায়না হায়গনি।। ৩-৪৬।। বিদ্বান্ ওইবা (অহৈবা অথওবা) মীনা তৌগদবদি মন্ত্র শেম্বা, মন্ত্রগী তত্ত্ব খঙবা মরীচিনচিংবা, অহুগ। হারদনচিংবা, ঋষিশিংগী তর্পণ তৌবা মতমদা নিবীতী ওইনা হায়বদি, লুগুণবু মাঙ্গাগী মতৌগুম্বা ওকশমদা শিহুনা (থাংহুনা), পুক্লীং অনী লোত্তদনা তর্পণ অহু তৌগদবনি ।।৪৭।।

প্রাচীনাবীতিনৈতাংস্তু তর্পয়েৎ দেবতাঃ পিতৄন্। ততস্তু কব্যবাড়গ্নিং সোমং বৈবস্বতং তথা ॥৪৮॥
ততশ্চার্য্যমনং চাপি হ্যগ্নিষ্বাত্তাংস্তথৈব চ। সোমপাংশ্চৈব দর্ভেষু সতিলৈরেব বারিভিঃ।
তৃপ্য ত্বামিতি পশ্চাৎ তু স পিতৄংস্তর্পয়েত্ততঃ ॥৪৯॥
পিতৄন্ পিতামহাংশ্চৈব তথৈব প্রপিতামহান্। পিতামহীংস্তথা চাপি তথৈব প্রপিতামহীঃ ॥৫০॥
মাতরং চাত্মনশ্চৈব গুরুমাচার্য্যমেব চ। পিতৃমাতৃস্বসারৌ চ তথা মাতামহীমপি ॥৫১॥
উপাধ্যায়ানসখীন বন্ধূন্ শিষ্যর্ত্বিগ জ্ঞাতিবান্ধবান্
প্রমীতাননৃশংস্যার্থং তর্পয়েৎ তানমৎসরঃ ॥৫২॥
তর্পয়িত্বা তথাচম্য স্নানবস্ত্রং প্রপীড়য়েৎ। বৃত্তিং ভৃত্যজনস্যাহুঃ স্নানং পানং চ তদ্বিদঃ।
অতর্পয়িত্বা তান্ পূর্বং স্নানবস্ত্রং ন পীড়য়েৎ। পীড়য়েচ্চ দুবা মোহাৎ দেবাঃ সর্ষিগণাস্তথা ॥৫৩॥

---

অদুগী তুংদা পিতৃলোককা তর্পণ তৌরকপদা মুগুণবু য়েংথংবা লৈংবান লোমদগী শিগদবনি। পিতৃলোক হায়রিবসিগী মখুংদা কব্য বাট, অগ্নি, সোম (চন্দ্রমা), বৈবস্বত, অর্যমা, অগ্নিস্বাত্ত সোমপ, হায়রিবা, পিতৃলোকক্তা সম্বন্ধ লৈবাশিংসি অদুম য়াওবনি। মখোয়সিগী তর্পণ তৌবদা পেল্হ নবদা কংকদৌরিবা থাংগৎলক্লিবা ঈশিংদা থোয়দিংগা লোয়ননা তৌগদবান। তৃপ্যতাম্ হায়বা বাহৈ অসি অমমমগা মখোয় থুদিংমক্তা কংকদবনি। পিতৃবর্গগা সম্বন্ধ থবা মখোয়সিগী তর্পণ লোইরগা পিতৃ মাতৃ তর্পণ তৌগদবনি ॥৪৮-৯॥ পিতৃ মাতৃ তর্পণ গী ক্রমদি:— পিতা (লৈখিদ্রবা), পিতামহ (ঈপা পোকপা ঈপু), প্রপিতামহ (ঈপুবু পোকপা), মাতা (ঈম লৈখিদ্রবা) পিতামহী (ঈপা পোকপী-লৈখিদ্রবা), প্রপিতামহী (ঈপাবু পোকপা ঈবুধৌগী লোয়নবী-ঈবেন্দৌ) তদুদগী গুরু, আচার্য্য, পিতৃ ষ্বসা (ঈশার্গী-মচে-মচন্) মাতৃষ্বসা (ঈমাগী মচে-মনাও) মাতামহী (ঈমাপোকপী ঈবেন) উপাধ্যায় (ওঝা) মিত্র (লৈখিদবা মরূপ) বন্ধু, শিষ্য, ঋত্বিজ, জ্ঞাতি-গোত্র মায়ব-ঈচিন-থোবপা, শিকবা মখোয়দুগা মুংঙাইনখিদবা, থংনা চৈনবগী অশাউবনচিংবা থাদোক্লনা মখোয়শিংসিগীসু তর্পণ তৌগদবনি ॥৫০-৫২॥ হায়রিবা তর্পণশিং অদু লোয়রগা আচমন তৌদুনা স্নান তৌদুনা চোংলিবা ফৈজোম ঈনফিনচিবঅদু শুম দোকদবনি। চোংলিবা-মচুম ত্তারিবা ঈশিংদুদা অতৈ অতোপ্পা শাগৈশিংদুগী অদুগা মচা মশু, লৈজদবাশিংদুগী শরুক য়াওরি। ত্যাবক্রিবা-শিন্তরক্রিবা ঈশিংদু মখোয়গী ঈরুজবা থকনবা থবত্তা পীজিয়ে। অদুনা চোংলিবা ফিরোন্দগী শিন্তরক্রিবা ঈশিংদু য়ারগা মাদুনা হায়রিবশিংদুগী তর্পণ তৌগদবনি হায়বদি তর্পণগী তত্ত্ব খঙবা বিদ্বানশিংনা হায়রে। মথক্তা হায়খ্রিবা দেবতাশিংগী অদুগা পিতৃ মাতৃগী তর্পণ অদু তৌদ্রিঙৈদা শেংলিবা চোংলিবা ফিরোন্দু চামথোকপা শুদোকপা হৌনদে। কাউথিবদগী, তর্পণ লোইদ্রিঙৈদা শুদোক চামথোক্লবদি ঋষিশিং, দেবতাশিংদুদা অবাবা-অশাউবা মুংঙাইতবা পোকই ॥৫৩॥

তর্পয়িত্বা তথাঽঽচম্য স্নানবস্ত্রং নিপীড়য়েৎ। পিতরস্তু নিরাশাস্তে শপ্ত্বা যান্তি যথাগতম্ ॥৫৪॥
প্রক্ষাল্য তুম্দা পাদা বাচম্য প্রবতঃ পুনঃ। দর্ভেষু দর্ভপানিঃ সন্ স্বাধ্যায়ং সমাচরেৎ ॥৫৫॥
বেদমাদৌ সমারভ্যতত্তো পর্যুপরিক্রমাৎ। যদধীতেঽহ্বহঃশক্ত্যা তৎ স্বাধ্যায়ং প্রচক্ষতে ॥৫৬॥
ঋচো বাপি যজুর্বাপি সামগাথমথাপি চ। ইতিহাসপুরাণানি যথাশক্তি ন হাপয়েৎ ॥৫৭॥

উত্থায় তু নমস্কৃত্য দিশো দিগ্দেবতা অপি।
ব্রাহ্মণং চ ততশ্চাগ্নিং পৃথিবীমোষধীস্তথা। ৫৮॥
বাচং বাচস্পতিং চৈব মাং চৈব সরিতস্তথা।
নমস্কৃত্য তথাপ্তিস্তু প্রণবাদি চ পূর্ববৎ ॥ ৫৯ ॥
ততোঽহ সমোঽদ্ভ্যা হুতাঞ্জ্যা নমস্কুর্যাৎত্তু তজ্জলম।
ঘৃণিঃ সূর্যাস্তথাঽঽদিত্যাস্তং সমূর্দ্ধনি ॥৬০॥
ততস্ত্বালোকয়ন্নর্কং প্রণয়েন সমাহিতঃ।
ততো মামর্চয়েৎ পুষ্পৈর্মৎপ্রিয়ৈরেবনিত্যশঃ ॥৬১।

---

অদুগুম্দা অবস্থাতদা পিতৃলোক (প্রেতলোককী) মীশিংশু নিরাশ ওইদুনা নীংবা কায়দুনা চন্নখি। অদুনা, তর্পণ পূমলোই লোইরবা তুংদা আচমন তৌবগা, শেংজিবা-চোংলিবা-মচুম তাখিজবা ফি-শিংদু শুমদোকপা য়াই ॥৫৪॥ তর্পণগী থবকশিংসি বিধি নিয়ম কায়দনা তৌরবা তুংদা খোঙ অনীমক্তা তৈত্তুনা হামদোক্কদবনি। অদুদগী আচমন তৌরগা, হকচাং শেংদোক্রবা তুংদা কুশাসন থক্তা ফমদুনা খুত্তা কুশমনা পায়দুনা স্বাধ্যায় বেদ পাঠ মন্ত্র পাঠনচিংবা তৌগদবনি ॥৫৫॥ ঋগ্‌-বেদ, যজুর্বেদ, সামদেবগী স্বাধ্যায় তৌগদবনি। ইতিহাসপুরণনচিংবগী তন্নীবা নৈনবদু অতন্না শক্তিনা তৌগনি। মসিবুনি স্বাধ্যায় তৌবা হায়রিবসি ॥৫৬॥ ঋগ্‌ বেদ, যজুর্বেদ অদুগা সামবেদগী স্বাধ্যায় তৌগদবনি। ইতিহাসপুরণনচিংবগীসু যথা শক্তি অধ্যয়ন তৌরবু থাদোকলোইদবনি ॥৫৭॥ স্বাধ্যায়সি লোইরব তুংদা হৌগত্তুনা, মায়কৈ শপ্লাই পুম্বা অদুগা মায়কৈশিংবু পুরিবা-ভাকপিবা দেবতাশিং, ব্রহ্মা, অগ্নি, পৃথিবী, ওষধী (মনামশাং হীদাক লাংথক), বাণী (ভাঙবা শকপগী দেবতা), বাচস্পতি, ঈশিং তুরেলশিংবু অদুগা ঐ কৃষ্ণ (খুইব নিংশিংবা) বুস্ত প্রণব তৌগদবনি। অদুদগী খুত্তা ঈশিং লৌবগা প্রণব (ওঁকার) শোম্বুনা—"নমোঽদ্ভ্যঃ" নহৌবা মন্ত্রসি শোল্লগা জলদেবতাবু খুরুমগদবনি ॥৫৮-৫৯। অদুগী তুংদা, ঘৃণি, সূর্য্য, আদিত্য, অসিনচিংবা নামশিংসি উচ্চারণ তৌরগা কোকথক্তা থৎ অনী লোম্নদুনা সূর্য্য দেববু খুরুম গদবনি। প্রণব জপ তৌরগা, পুক্নীং অনী লোঙদনা হার্কয়িবা দেবতাশিংসি দর্শন তৌগদবনি। অদুদগী খুাইগী তুংদা কৃষ্ণ ঐ (আত্মা) অপাগ্না-পামজবা লৈশিংদুনা ঐগী (কৃষ্ণগী) পূজা তৌগদবনি ॥৬০-৬১॥

ত্বৎপ্রিয়াণি প্রসূনানি ত্বদধিষ্ঠানি মাধব। সর্বস্যাচক্ষ্ব দেবেশ ভক্তস্য মমাচ্যুত ।।৬২।।

শ্রীভগবানুবাচ

শৃণুষ্বাবহিতো রাজন্ পুষ্পানি প্রিয়কৃন্তিমে। কুমুদং করবীরং চ চনকং চম্পকং তথা ।।৬৩।।

মল্লিকা জাতিপুষ্পং চ নন্দ্যাবর্ত্তং চ নন্দিকম। পলাশপুষ্পপত্রাণি দূর্বাভৃঙ্গকমেব চ ।।৬৪।।

বনমালা চ রাজেন্দ্র মৎপ্রিয়াণি বিশেষতঃ। সর্বেষামপি পুষ্পাণাং সহস্রগুণমুৎপলম ।।৬৫।।

তস্মাৎ পদ্মং তথা রাজন্ পদ্মাৎতুশতকম। তস্মাৎ সহস্র পত্রং পণ্ডরীকং ততঃ পরম্ ।।

পুণ্ডরীকসহস্রাৎতু তুলসী গুণতোঽধিকা : ।।৬৬।।

বকপুষ্পং ততস্তস্মাৎ সৌবর্ণং তু ততোঽধিকম্।

সৌবর্ণাৎ তু প্রসূনাচ্চ মৎপ্রিয়ং নাস্তি পাণ্ডব ।।৬৭।।

পুষ্পাভাবে তুলস্যাস্ত পত্রৈর্মামর্চয়েৎ পুনঃ।

পত্রালাভে শাখাভিঃ শাখালাভেশিফালবৈঃ ।।৬৮।

---

যুধিষ্ঠীরনা হায় —নশাগী মহিমা খুবৈ অমত লাম্নোকহন্দবা। মাধব! নহাক্না পামজবা লৈশিংছদি করি করিনো? অমত্তা তাকপিয়! যুধিষ্ঠিরনা হায় :—নশাগী মহিমা, তৌবা ঙম্বা শক্তিদগী খুবৈ নামতা নান্নোকতবা! মাধব! নহাক্না লৈশিংছদি করি করিনো? মমিং করি করি কৌবগে? নংব্ব ভক্তনা পূজা তৌজনীংবা ভক্ত ঐঙোন্দা হায়বিয় ।।৬২।। শ্রীভগবান্না হায়ঃ— নিংথৌ! ঐনা য়াম্না পামজবা লৈশিং হায়গে. তাও। নিংথৌ! কুমুদ, করবীর, চণক, চম্পা, মালতী, জাতিপুষ্প, নন্দ্যাবর্ত, নন্দিক, পলাশগী মপান, (কুরাউ মপাল)-অতুগা মনা, দূর্বা, ভৃঙ্গক, অতুগা বন মালা— মখোয়সি ঐনা বিশেষ ওইনা পামজে। ৬৩-৬৪।। হায়রিবা লৈশিংসিদগী মগুণ লিশিং অম হেনবদি উৎপলনি। উৎপলদগী হেনবনা পদ্মনি। পদ্মদগী হেনবদগী শতদলনি শতদলদগী হেনবনা সহস্রদলনি হেনবনা পুণ্ডরীকনি। (হায়রিবসি থম্বালমকনি)। লৈনা মশাং মথং হেনগৎনরকপগী মমিং তোঙাল সহস্রদলদগী তোঙালখিবনি)। হায়রিবশিংসিদগী গুণদা খাংদগী হেনবদি তুলসানি।।৬৫-৬৬।। পাণ্ডুনন্দন! তুলসীসিদগী হেনবনা বকপুষ্পনি। মাসিদগী অমুক হেনবা সৌবর্ণ পুষ্পনি। সৌবর্ণদগী অমুক হেনবা অতৈ অমনা লৈখিদে ।।৬৭।। হায়রিবশিংসি ফংদ্রেগা তুলসী মনা, অদুমক ফংদ্রেগা মশা (তুলসী মশা-তুলসীকাষ্ঠ) নি। মাদুমক ফংদ্রেগা তুলসী মখোঙগী মরা, মাদুমকসু ফংদ্রেগা তুলসীচুনা হৌবা মখোঙগী লৈপাকতনা ঐগী পূজা তৌবা য়াই ।।৬৮।।

শিক্ষালাভে মুদা তত্র ভক্তিমানর্চয়েত মাম। বর্জনীয়ানি পুষ্পানি শৃণু রাজন্ সমাহিত ।।৬৯।।

কিংকিণীঃ মুনিপুষ্পং চ ধুর্ধুরং পাটলং তথা। তথাতি মুক্তকংচৈব পুন্নাগং নক্তমালিকম্ ।।৭০।।

যৌথিকং ক্ষীরিকাপু ষপনির্গুণ্ডী লাংগুলী জপঃ। কর্নিকারং তথাশোকং শাল্মলী জপাঃ ।।৭১।।

অঙ্কোলং গিরিকর্ণীং চ নীলশ্চেব চমর্থশঃ। একপর্নানি চান্যানি সর্বাণ্যেব বিবর্জয়েৎ ।।৭২।

অর্কপুষ্পানি বস্থানি অর্কপত্রস্থিতানি চ। ব্যাধুতাং পিচুমন্দানি সর্বান্যেব বিবর্জয়েৎ ।৭৩।।

অন্যৈস্তু শুক্লপত্রৈস্তু গন্ধবদ্ভি নরাধিপ। অবর্জ্যৈস্তৈর্থালাভেং মদ্ভক্তো মাং সমর্চয়েৎ ।।৭৪।।

যুধিষ্ঠীর উবাচ

কথংত্বমর্চনীয়োঽসি মূর্ত্তয় কীদৃশাস্তুতে। বৈখানসাঃ কথং ব্রুয়ুঃ কথংবা পাঞ্চরাত্রিকাঃ ।।৭৫।।

শ্রীভগবান্ উবাচ

শৃণু পাণ্ডব তৎসর্বমর্চনাক্রমমাত্মনঃ। স্থণ্ডিলে পদ্মকং কৃত্বা চাষ্টপত্রং সকর্নিকম্ ।।৭৬।।

অষ্টাক্ষরবিধানেন হ্যথবা দ্বাদশাক্ষরৈঃ। বৈদিকৈরথ মন্ত্রৈ শ্চমম সূক্তেনবা পুনঃ ।।৭৭।।

স্থাপিতং মাং ততস্তু স্মিন্নর্চয়িত্বা বিচক্ষণঃ।
পুরুষং চ ততঃ সত্যমচ্যুতং চ যুধিষ্ঠির ।।৭৮।।

---

নিংথৌ! ঐনা নামদবা, ঐগী সেবা পূজা য়াওহল্লোইদৌবা লৈ খরগী মমিং হায়গে। কিঙ্কিনী, মুনী পুষ্প, ধুধুর, পাটল, অতিমুক্তক, পুন্নাগ, নক্তমালিক, যৌথিক, ক্ষীরিকা পুষ্প, নির্গুণ্ডী, লাঙ্গুলী, জপা, কর্নিকার, কুরণ্টক, কল্হক, কালক অংকোল, গিরিকর্নি লৈ অমুবা, মনা অমত্তা পানবা লৈ, (লৈনা অমতনা লৈ মপূম অচুম ওইথবা) হায়রিবা লৈশিং অসি ঐগী পুযপাঞ্জলিদা য়াওহনবা য়াদে ।।৬৯-৭২।। অঙ্গোৎ মপাল, অঙ্গোৎ মনাদা হাপ্লা লৈস্ন য়াওহনবা য়াদে। নীমগী মনা মপালস্থ য়াওবা য়াদে ।।৭৩।। নিংথৌ! য়াওবা যাদে হায়রিবশিংসি নত্তবা, অতৈ অতোপ্পা লৈশিংগী মমুংদা অঙৌবা, মনম মুংশিবা অফংবশিং অদুনা কৃষ্ণ ঐগী পূজাদা য়াওহনগদবনি ।।৭৪।। যুধিষ্ঠীরনা হায়ঃ—ভগবন! কৃষ্ণ! নহাক্কী পূজাগী নিয়মসি করিনো? নহাক্কী মূর্ত্তিনা করি করিনো? হৌজিক উরিবা লৈরিবা মূর্ত্তিসিনা লোইরব্রা? বিষয় অসিদা বানপ্রস্থদা লৈবা করি হায়রি? পঞ্চরাত্র তৌবা মীশিংনা করি করি নিয়ম হায়রি ।।৭৫।। শ্রীভগবান্না হায়ঃ পাণ্ডুনন্দন! নিংথৌ! কৃষ্ণ ঐগী পূজনগী মরমদা হায়গে। বেদীগী মথক্তা লৈরিক য়াওবা মনা নিপাল পানবা থম্বাল য়েক্কদবনি। মহুগী মথক্তা অষ্টাক্ষর নত্রগা দ্বাদশাক্ষর মন্ত্রনা নত্রগা বৈদি মন্ত্রনা নত্রগা পুরুষসূক্তি মন্ত্রনা ঐগী মূর্ত্তিবু স্থাপন তৌগদবনি। অদুদগী, সত্যস্বরূপ অচ্যুত পুরুষগী পূজা তৌগদবনি ।।৭৫-৭৮।

অনিরুদ্ধং চ মাং প্রাহু বৈখানস বিদোজনাঃ ।
অন্যে ত্বেবং বিজানন্তি মাং রাজন্ পাঞ্চরাত্রিকাঃ ।।৭৯।।

বাসুদেবং চ রাজেন্দ্র সঙ্কর্ষণমথাপিবা । প্রদ্যুম্নং চানিরুদ্ধং চ চতুর্মূর্ত্তিং প্রচক্ষ্যতে ।।৮০।।

এতাশ্চান্যাশ্চ রাজেন্দ্র সংজ্ঞাভেদেন মূর্ত্তয়ঃ । বিদ্ধ্যনর্থান্তরা এবমামেবং চার্চযেৎ বুধঃ ।।৮১।।

যুধিষ্ঠির উবাচ

ত্বদ্ভাক্তাঃ কাদৃশা দেব কানি তেষাং ব্রতানিচ । এতৎ কথয় দেবেশ ত্বদ্ভক্তস্য মমাচ্যুত ।।৮২।।

শ্রীভগবানুবাচ

অনন্যদেবতাভক্তা যে মদ্ভক্তজনাপ্রয়াঃ । মামেবশরণং প্রাপ্তা মদ্ভক্তাস্তে প্রকীর্ত্তিতাঃ ।৮ ।।

স্বর্গ্যাণ্যপি যশস্যানি মৎপ্রিয়ানি বিশেষতঃ । মদ্ভক্তঃ পাণ্ডবশ্রেষ্ঠ ব্রতানামানি ধারয়েৎ ঃ ।৮৪।।

নানাদাচ্ছাদয়েৎ বস্ত্রং মদ্ভক্তো জলতারণে ।
স্বস্থস্ত ন দিবা স্বপেন্মধুমাংসানি বর্জয়েৎ ।।৮৫।।

---

নিংথৌ অথোইবা ! বানপ্রস্থধর্মগী জ্ঞাতা ওইবনা (তত্ত্ব খঙবনা) ঐবু অনিরুদ্ধগী মশকনি হায়। পাঞ্চরাত্রিক ওইবাশিংনা ঐবু বাসুদেব, সংকর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অমসুং হায়না চতুর্ব্যূহ স্বরূপনি হায়নৈ ।।৭৯-৮০।। নিংথৌ ! হায়রিবা মিংশিংসি নত্তবা, খোল্লিবা নামশিংসু অতুগা চপ চাদ্রবা মূর্তিশীংচু ঐগী মরুনি অতুগা খোল্লিবা মিংশিং অতুগী অর্থতু অমতনি. চপ মান্নবনি হায়না খঙগদবনি অতুগী মিংশিং অতুগী মতুং ইন্না পবক পুরা তৌরা শাযবসিসু খঙগদবনি। নামশিং অতুগী অর্থগী মতুং ইন্না করি করম্না পূজা অমদি পূজাগী সামগ্রী যাওকম খোরকপগে হায়বসু খনগদবনি ।।৮১।। যুধিষ্ঠিরনা হংখি :– অচ্যুত ! ভগবান ! মহাক (কৃষ্ণ) কা ভক্ত ওইবশিংসিগী মওং চাকচা ফিজেং কমদৌই ? মখোয়না ভাকপা, নহাক পাত্র নিয়মসি করি করিনো ? ঐ নঙোন্দা ভক্তি তৌজরি । ঐনা হংজরিবসি অমুক্তা হায়বিয়ু ।৮২।। শ্রীভগবাননা হায় — নিংথৌ । ঐ (কৃষ্ণ) নত্তনা অতোপ্পা দেবতা অমগী ভক্ত ওইদ্রিবা, ঐগী ভক্তশিংদা প্রেম থম্বা, মুংশিনবা, মখোয়সু ঐগী ভক্ত কাওনি ।।৮৩।। পাণ্ডব অথোইবা ! স্বর্গ অমদি মিংচৎ ফংবগী কর্মশিং অসু তৌনা তৌনা ঐনা পাম্বা ব্রত নিয়মবু ঐগী ভক্তশিংতনা পালন তৌই ।৮৪।। ঈশিংদা শুপ্পা-তাউবা-মতম্ মতম ফিজোল অমদগী, হেন্না শেংলোইদবনি। মশান্নদা করিমত ঈতৌ তৌদনা, না যেক্কনা শক ফজনা লৈরিদ্রেদা অযুক-মুংথিল তুমোইদবনি। খোংহী মাংস (শা মা) চারোইদবনি ।।৮৫ ।

প্রদক্ষিণং ব্রজে বিপ্রান গামশ্বত্থং হুতাশনম্। ন ধাবেৎ পতিতে বর্ষে নাগ্নিভিক্ষাং নলোপয়েৎ।৮৬।
প্রত্যক্ষলবণং নাগ্নাৎ সৌভাঞ্জনকরঞ্জনৌ। গ্রাসমুষ্টিং গবে দত্বাৎ ধান্যান্নং চৈব বর্জয়েৎ।৮৭।
তথা পর্য্যুষিতং চাপি পক্বং পরগৃহাগতম্। অনি বেদি তং চ দেবাংতাপ্রযত্নেন বর্জয়েৎ ।৮৮।
বিভীতককরঞ্জানাং ছায়াং দূরে বিবর্জয়েৎ। বিপ্রাদেবপরীবাদান্ নবদেৎ পীড়িতোঽপিসন্ ।।৮৯।।
উদিতে সবিতর্যাপ্য ক্রিয়াযজ্ঞস্য ধীমতঃ। চতুর্বেদবিদশ্চাপি দেহে ষড় বৃষলাঃ স্মৃতা ।।৯০।।

ক্ষত্রিয়াঃ সপ্ত বিজ্ঞেয়া বৈশ্যাস্ত্বষ্টৌ প্রকীর্তিতা।
নিয়তাঃ পাণ্ডবশ্রেষ্ঠ শূদ্রাণামেকবিংশতিঃ ।।১ ।।

কামঃ ক্রোধশ্চ লোভশ্চ মোহশ্চ মদ এব চ। মহামোহশ্চ হ্যেতেতে দেহেষড় বৃষলাঃ স্মৃতাঃ ।।৯২।।

গর্ভগর্বঃ স্তম্ভো হ্যহংকার ঈর্ষ্যা চদ্রোহ এবচ।
পারুষ্যং ক্রুরতা চৈব সপ্তেতে ক্ষত্রিয়াঃ স্মৃতাঃ ।।৯৩।

তীক্ষ্ণতা নিষ্ক্রিয়তামায়া শাঠ্যং দম্ভো হ্যনার্জবম্। পৈশুন্যমনৃতং চৈব বৈশ্যাস্ত্বষ্টৌ প্রকীর্তিতাঃ ।৯৪।।

---

লম্বী চৎপা মতমদা ব্রাহ্মণ, শম্বা, সনাথোংনাং মৈ, থেংনরবদি উনরবদি মখোয়বু য়েৎ লোইননা থনম্মগা শুরুম্নমগা চৎবিগদবনি। থবক অথুবা চৎপনি হায়ত্থনস্থ নোং তারিবৈদা খক চেল্লোই-দবনি। ঈহান হাম্না থেংনবা উনবা ভিক্ষা নিবা মীৎ খক থাদোকলোইদবনি। কবিগুম্বা থরদি পীরমগদবনি ।৮৬। কবিস্থ ঈম্নাও যাওদনা থুম ভাক্ত খক চারোইদবনি। তিলহৌ-চনম চারোইদবনি। মুমিং থুদিং শম্বীদা নাপী থুদাপ অমত ওইরবস্থ ইনবিরমগদবনি। চাকতা হাম্না অশীনব য়ানশিন তোংশিল্লগা চারোইদবনি ।।৮৭।। অতোপ্পা য়ুম-মক্ষম অমদি পুরকপা চঙ্গীক, অছুগা ভগবান নারায়ণদা কত্রিবা অচা পোংতু খক চারোইদবনি ৮৮।। তিলহৌ চনম তৌবা, বহেড়ানা তৌবা ময়া মরুমদা খক চংলোইদবনি। নার য়েক্রবা খুদোংশীবদা তার ফাওবদা ব্রাহ্মণ দেবতাদা খক নিন্দা তৌরোইদবনি। ।।৮৯।। মুমিং থোক্লবা মতুংদা, তৌরবা থবকতু চেপ্তুনা অতুম তৌথরিবা, বুদ্ধিমান ওইরবা বেদ মরি লোইনা খঙলহৈরবা ব্রাহ্মণগী মশাদস্থ বৃষল (দোষ) তরুকতি লৈ হায়নৈ ।।৯০।। পাণ্ডব অথোইবা! ক্ষত্রিয়গী মশাদনা বৃষল তরেৎ, বৈশ্যগী মশাদনা নিপাল অদুগী শূদ্রগী মশাদনা বৃষল কুনমাথোই লৈ হায়নৈ ।।৯১।। কাম, ক্রোধ, লোভ, মদ (ময়াই কাবা), শুমহৎপা, আযৌনা শুমহৎপা হায়বা বৃষল তরুক অসি ব্রাহ্মণগী মশাদা লৈ। ৯২।। গর্ব, স্তম্ভ (পণ্ডথবা), অহংকার, ঈর্ষ্যা (কল্লকপা), দ্রোহ (শীংনবা-য়েক্লবা তৌবা, পারুষ্য (অকল অরিং শীংবা ক্রুরতা (তমথিনা শাথিনা মুংশি হৈতবা) বৃষল তরেৎ অসি ক্ষত্রিয়গী মশাদা লৈ ।।৯৩।। য়াম্না থাবা, লৌনম তৌবা, মায়া তৌবা (নত্তবব্ ওইরবোই ইউহমবা), মরৈ মরা চাউবা, থোয়বা, পুক্নীং ঈচম চম্না লৈতবা, চীরোল থারোল তৌবা, অয়ানবা-চুমদবা ভাওবা-বৃষল নিপাল অসিনা বৈশ্যগী মশাদা লৈ। ৯৪।।

তন্দ্রা বৃভক্ষা নিদ্রা চ ক্রোনস্তা চাযুবাদয় । আধিক্ষ্যাপি বিষাদশ্চ প্রমাদো হীনসত্ত্বতা । ৯৫।।

ভযং বিক্রবতা জাড্যং পাপ কঃ মন্যুরেবচ ।

আশা চাশ্রদ্দধান ত্বমনবস্থাপ্যমন্ত্রণম্ ।।৯৬।।

অশৌচং মলিনত্বং চ শূদ্রা হেতে প্রকীর্তিতাঃ ।

যস্মিন্নেতে ন দৃশ্যন্তে স বৈ ব্রাহ্মণ উচ্যতে।।৯৭।।

তস্মাৎ তু সাত্ত্বিকো ভূত্বা শুচিঃ ক্রোধবিবর্জিতঃ

মার্ময়েৎ তু সত্ততং মৎপ্রিয়ত্বং যদাচ্ছসি ।।৯৮।

অলোলজিহ্বঃ সমুপস্থিতো ধৃতিং

নিধায় চক্ষুর্যুগ মাত্রসেব তৎ মনশ্চবাচং চ নিগৃহ্যচঞ্চলম ।

ভয়ান্নিবৃত্তো মম ভক্ত উচ্যতে ।।৯৯।

উচ্ছশাধ্যায়িনো যেতুব্রাহ্মণা নিসতেন্দ্রিয়াঃ ।

তেষাং শ্রাদ্ধেষু তৃপ্যান্তি তেন তৃপ্তাঃ পিতামহাঃ ।।১০০।।

---

গোরাংবা, চাগদবগীত হোংবা, নিদ্রা, আলস্য (তনবা), থোজাল হৈতবা, তমখিবা, পুক্কৗংদা চিন্তা য়ান্না তৌবা, গস্নোয শোক্রা বাবা, কাউবা ভুল তৌবা, তপথবা হৈতবা, কিবা, মিপাইবা পঙথবা, পাপ কর্ম, শাউগনবা, আশা য়ান্না তৌবা, থাজদবা, অরেপ্পা-পাপ্তেফম লৈতবা, থৌওই উশিংতবা, তশেং তশেংনা লৈতবা, মোত্তাই শুদাইবা বৃষল কুনমাথোই অসি শূদ্রগী মশাদা লৈ । হায়রিবা বৃষল ময়াম অসি মাগী মশাদা করিমত, য়াওদবা ব্রাহ্মণ মহাক অদু ব্রাহ্মণত ব্রাহ্মণ অশেংবনি । হায়বদি, হায়রিবা বৃষল ময়াম আসিগী অমত য়াওহবা ক্ষত্রিয় বৈশ্য অদুম্ অশেংবা ব্রাহ্মণগী কিবনা, অদুম কারকলে ।।৯৫-৯৭।। অদুনা কৃষ্ণ ঐগী থাঙ্গৈংশংবা প্রিয়ভক্ত ওইবা পাম্নবদি, হায়রিবা বৃষলশিং য়ারিবমথৈ অমত য়াওহনদনা সাত্ত্বিক অবস্থাদা লৈবা ব্রাহ্মণনা কৃষ্ণ ঐগী পুজা তৌগদবনি ।।৯৮।। চৌল পাল্লি হায়হনা পঙক্কাংত ভাঙবা, লৈতোন্দা শক পান্দে হায়তুনা জিহবা চঞ্চল ওইবা (লৈয়েংবু ফাজনবা ওমদবা) অদু তৌদবা, তপথনা চনাংতানা লৈবা চংপা মতমদা মাঙক্তৌননা খুদুপ মরীগী সম চোকলিয়া খোঙ থাংবা, পুক্কৗংদং মথুম মবাঙ হৌহন্দবা, পাপ কর্মদা অকিবা হঙ্গোইবা পোকপা অতুগুম্বা মহাক অদু অম খঙদে অম খঙদে, কৃষ্ণ ঐগী ভক্তনি ।।৯৯।। অসিত্তবা অধ্যাত্ম জ্ঞাননা তিনবা, ইন্দ্রিয় খুদুম ব্রাহ্মণ অমতংতনা শ্রাদ্ধ ফমদুনা মপূক্কৗং পেন্না ভোজন তৌবিপ্রবদি মপা মপুক লোইনা পেগ্নি ।।১০০।।

ধর্মো জয়তি নাধর্মঃ সত্যং জয়তি নানৃতম।
ক্ষমা জয়তি ন ক্রোধঃ ক্ষমাবান্ ব্রাহ্মণো ভবেৎ ॥১০১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে সতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতা পর্বনি দাক্ষিণাত্য মহাভারতে সপ্তম অধ্যায়ৈকঃ সমাপ্যতে।

---

জয় ওইবা হায়বসে ধর্মতনা ওইগদবনি। অধর্মনা নত্তে। সত্য তনা জয় ফংবনি অাকপি হৈবতনা ভূবনি। অশাউবনা পরা জয় ফংবনি। অমুনা ব্রাহ্মণনা মতম পুম্বদা ক্ষমাশীল (অাকাপ হৈবা) ওইগদবনি। অমুতদা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা প্রিয়ভক্ত ওই ॥১০১॥

মফম অসিদা দাক্ষিণাত্যদা ফংবা মহাভারতকী অধ্যায় অমা লোইরে। × । × ×।

(শগী য়োংমানবী দান তৌবগী মহিমা-মহাত্ম্য
শগী য়োংমানবীগী ভেদ (মখল) তরা তরা মতাং)

### বৈশম্পায়ন উবাচ

দানপুন্যফলংশ্রুত্বা তপঃ পুন্যফলানি চ। ধর্মপুত্রঃ প্রহৃষ্টাত্মা কেশবং পুনরব্রবীৎ ॥১॥
যা চৈষা কপিলা দেব পূর্বমুৎপাদিতা বিভো। হোমধেনুঃ সদা পুন্যা চতুর্বক্ত্রেন মাধব ॥২॥
সা কথং ব্রাহ্মণেভ্যোহি দেয়া কস্মিন্ দিনেঽপিবা। কীদৃশায় চ বিপ্রায় দাতব্যা পুন্যলক্ষণা ॥৩॥
কতিবা কপিলা প্রোক্তা স্বয়মেব স্বয়ম্ভুবা। কৈর্বা দেয়াশ্চ তা দেব শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥৪॥
এবমুক্তো হৃষীকেশো ধর্মপুত্রেণ সংসাদ। অব্রবীৎ কপিলাসংখ্যাং তাসাং মাহাত্ম্যমেবচ ॥৫॥
শৃণু পাণ্ডব তত্ত্বেন পবিত্রং পাবনং পরম্। যচ্ছ্রুত্বা পাপকর্মাপি নরঃ পাপাৎপ্রমুচ্যতে ॥ ৬ ॥
কপিলা হ্যগ্নিহোত্রার্থং বিপ্রার্থং স্বায়ম্ভুবা। সর্বং তেজঃ সমুদ্ধৃত্য নির্মিতা ব্রাহ্মণা পুরা ॥৭॥
পবিত্রং চ পবিত্রাণাং মঙ্গলানাং চ মঙ্গলম্। পুণ্যানাং পরমং পুণ্যং কপিলা পাণ্ডুনন্দন ॥৮॥
তপসাং তপ এবাগ্র্যং ব্রতানামুত্তমং ব্রতম্। দানানাং পরমং দানং নিদানং হ্যেতদক্ষয়ম্ ॥৯॥

---

বৈশম্পায়ননা হায় — নিংথৌ! জনমেজয়! দান অমদি তপস্যাগী পুণ্য ফলশিংসিবু তারবা তুংদা ধর্মপুত্র নিংথৌ যুধিষ্ঠীরনা মথা অমমুক শ্রীকৃষ্ণদা অহুম্মা হায়রকই :— ॥১॥ ভগবন্! শ্রীকৃষ্ণ! মমাংঙৈগী ব্রহ্মাজীনা অগ্নিহোত্রগী সিদ্ধিগীদমক্তা ঈশান হানবদা পুথোকখিবা মতম পুম্বদা পুমশেংত শেংহনা লৈরবী শম্বী স্নোংমানবীগী দান অমদি দানগী পদ্ধতিগী মতৌ মওং অসি কমদৌবগে? করম্বা ব্রাহ্মণদা কপিলাগৌ হায়বসি দান তৌগদগে? শুগাইনা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥২-৩॥ ব্রহ্মানা কপিলাগৌ অসি মথল কয়া থোক্লা থাযরম্বগে? করম করম্বা মতৌ মতৌ মওংগী শম্বা স্নোংমানবা করম্বা মওংদা দান তৌগদগে? মাসি ঐ তাজনাংজি ॥৪॥ ধর্মপুত্র যুধিষ্ঠিরনা অহুম্মা রাজ সভাদা শ্রীকৃষ্ণদা হংলরবদা শ্রীকৃষ্ণনা কপিলাগোগী মথল মশীং মওং মতৌগী মরমদা বর্ণন তৌই ॥৫॥
পণ্ডুনন্দন! ভারতদা পাপপুম্বা কোক্লনবগী মশক ওইবা কাপিলাগৌ (শম্বী স্নোংমানবী) গী মরমদা হায়গে, পক্লীং চঙনা তাবিয়ু ॥৬॥ মমাংঙৈগী প্রজাপতি ব্রহ্মানা অগ্নিহোত্রগীদমক্তা তেজ পুম্মক খোমজিন্নগা শেমখিবা কাপিলাগৌনি ॥৭॥ পাণ্ডুনন্দন, কপিলাধেনু অসি অশেংবা ওইনা হেক লৈরিবা শাউচেক পুম্মক্কগী ঈহেন হেন্না পবিত্র ওইরবা মঙ্গল পুম্বগী মশক ওইনা শেমথিবনি ॥৮॥ তপস্যা পুম্বগী অথোইবা তপস্যা, ব্রতপু পুম্বদগী অথোইবা ব্রত, দান, পুম্বদগী অথোইবা দানগী পুণ্য ফল পুম্মকী মশক ওইরবা কপিলাগোগী দান নি। দান অসিগী পুণ্য ফলদি অক্ষয়নি। অমাঙ-অতা লৈত্রবনি ॥৯॥

ক্ষীরেণ কপিলায়াস্তু দধ্না বা অঘৃতেন বা। হোতব্যান্যগ্নিহোত্রাণি সায়ং প্রাতর্দ্বিজাতিভিঃ ।।১০।।
কপিলায়া ঘৃতেনাপি দধ্না ক্ষীরেণবা পুনঃ। জুহবতে যেঽগ্নিহোত্রাণি ব্রাহ্মণা বিধিবৎ প্রভো ।।১১।।
পূজয়ন্ত্যতিথীংশ্চৈব পরাংভক্তিমুপাগতাঃ। শূদ্রান্নাৎবিরতা নিত্যং দম্ভানৃতাববর্জিতাঃ ।১২।।
তে যান্ত্যাদিত্য সংকাশৈর্বিমানৈর্দ্বিজসত্তমাঃ। সূর্য্যমণ্ডলমধ্যেন ব্রহ্মলোকমনুত্তমম্ ।১৩।।
শৃঙ্গাগ্রে কপিলায়াস্তু সর্বতীর্থানি পাণ্ডব। ব্রহ্মণোহি নিযোগেন নিবসন্তি দিনে দিনে ।।১৪।।
প্রাতরুত্থায় যো মর্ত্ত্যঃ কপিলাশৃঙ্গমস্তকাৎ। যশ্চ্যুতামম্বুধারাংবৈ শিরসা প্রযতঃ শুচিঃ ।।১৫।।

স তেন পুণ্যতীর্থেন সহসা হতকিল্বিষঃ।
জন্মত্রয় কৃতং পাপং প্রদহত্যগ্নিবৎ তৃণম ।।১৬।
মূত্রেণ কপিলায়াস্তু যস্তু প্রাণাননুসংস্পৃশেৎ।
স্নানেন তেন পুণ্যেন নষ্টপাপঃ স মানবঃ।
ত্রিংশৎবর্ষকৃতাৎ পাপান্মুচ্যতে নাত্র সংশয়ঃ।।১৭।।
প্রাতরুত্থায় যো ভক্ত্যা প্রযচ্ছেৎ তৃণমুষ্টিকম্।
তস্য নশ্যতি তৎপাপং ত্রিংশদ্রাত্রকৃতং নৃপ ।১৮।।

---

দ্বিজাতি (ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য) না প্রাতঃকাল, সায়ংকাল অনীমক্তা কপিলাগোগী শঙ্গোম, নত্রগা ঘীনা অগ্নিহোত্র (হোম) তৌগদবনি অটৈ অতে শঙ্গীশিংগী শঙ্গোম-ঘী অমদি পঞ্চগব্যদগী কপিলাগোগী শঙ্গোম ঘীনা থাইদগী হোম মগুণ চেন্নি ।।১০।। নিংথৌ! কপিলাগোগী ঘী, দধি, শঙ্গোম মনা, বিধি কায়দনা হোম তৌরিবা, ভক্তি গা লোয়ননা ব্রাহ্মণ অতিথিদা দান তৌরিবা অদুগা, শূদ্রগী অন্নদগী লাপথোক্না লৈবা, দম্ভ অহংকার পুম্বা থাদোকরবা অদুগুম্বা দ্বিজাতি মহাক অদু, তেজ কল্লবা বিমানথক্তা তোংদুনা সূর্য্য মণ্ডল সৌরজগৎ অসিদগীসু কাওগৎখিদুনা হেনগৎখিহনা ব্রহ্ম লোক য়ৌখি ।।১১-১৩।। যুধিষ্ঠির! প্রজাপতি ব্রহ্মাগী য়াথংদগী কপিলাগোগী মচী অনীগী চিদোঙ্কা তীর্থ পুম্নমক লৈখি। পুমিং খুদিংগী কপিলাগোগী মচাদা ঈশিনা থাকনা মাচুদগী শিন্নরবা ঈশিং মচুম অদু য়াদুনা কোকতা থীরবদি তীর্থ পুম্নমক্কী পুক্নবা, স্নান তৌরকবদুগা চপ মান্নখিদুনা পাপ পুম্বা চামথোকখি। মৈনা ফংলিবা নাপী শিংক চাকথোকখিবদু গুম্না, থীরিবা ঈশিং মরীকশিংদুনা মপোক অহুমদা তৌখিবা পাপ পুম্নমক চামথোকই ।।১৪।। কপিলাগোগী মূত্র (মথুং) বু লৌদুনা মাহুনা মীৎতা সাক্কোংদা চাইশিল্লরবদি মপোক কুম্থাদা তৌরকপা পাপ পুম্বা চামথোকখি। মসিদা চিংননীংঙাই করিমত লৈত্রবনি ।।১৭।। নিংথৌ! অমুক ভক্তা হৌগতুনা কপিলাগো (শঙ্গী যোংমানবী) দা শক্লাক-নাপী খুদাপ পায়দুদা ইনবিরবদি পীজরবদি থা অমগী মনুংদা তৌখিবা পাপ মথৈ লোইনা কোকই ।।১৮।।

কপিলাং পার্থ বিক্রীয় তেষাং যস্তু যোগাধিপ । তেন পাপেন পাপাত্মা নরকং যাত্যসংশয়ম্ ।।৩৪।।

নরকেষু চ সর্বেষু সমাঃ স্থিত্বা শতংশতম্ । ইহ মানুষ্যে লোকে বলীবর্দো ভবিষ্যতি ।।৩৫।।

তস্মাৎ তু মুক্তিমন্বিচ্ছন্ দদ্যাৎ তু কপিলাং নরঃ । কপিলা সর্বযজ্ঞেষু দক্ষিণার্থং বিধীয়তে ।

তস্মাৎ তদ্দক্ষিণা দেয়া যজ্ঞেষ্বেব দ্বিজাতিভিঃ ।।৩৬।।

হোমার্থং চাগ্নিহোত্রস্য যাং প্রযচ্ছেৎ তু যত্নতঃ । শ্রোত্রিয়ায় দরিদ্রায় শ্রান্তায়ামিততেজসে ।

তেন দানেন পূতাত্মা মম লোকে মহীয়তে ।।৩৭।।

সুবর্ণখুরশৃঙ্গীং চ কপিলাং যঃ প্রযচ্ছতি । বিষুবে চায়নে চাপি সোঽশ্বমেধফলং লভেৎ ।

তেনাশ্বমেধতুল্যেন মম লোকং স গচ্ছতি ।।৩৮।

অগ্নিষ্টোমসহস্রস্য বাজপেয়ং চ তৎসমম্ । বাজপেয়সহস্রস্য অশ্বমেধং চ তৎসমম্ ।

অশ্বমেধসহস্রস্য রাজসূয়ং চ তৎসমম্ ।।৩৯।

কপিলানাং সহস্রেণ বিধিদত্তেন পাণ্ডব । রাজসূয়ফলং প্রাপ্য মমলোকে মহীয়তে ।

ন তস্য পুনরাবৃত্তির্বিদ্যতে কুরুপুঙ্গব ।৪০।

---

নিংথৌ ! শাউবদগী কাউবদগী ওইরগা শলদা চৈনা ফুহুনা যশাদা ঈথোকহনবা পাপী অদু নরকতা তাব শোয়দ্রবনি ।।৩৪। নরকতা চহী চাম চুপ্প অবাবা খাঙলুরবা তুংদা পাপীডুগী জীব (জীবাত্মা) অদু শলগী হকচাংদা চংহনবা শম পোক্কে হৌজিক হৌজিক উরিবা শলশিংসিগী জীবসি অদুম হায়না তৌরকপা পাপ কর্মগী মহৈনি । প্রত্যক্ষ ওইনা উরিবা সিনি ।।৩৫। অদুনা মপোক অসিদা সংসারগী মায়া লাংদগী মুক্ত ওইগে লাগোক্কে হায়রবদি কপিলগো (শঙ্গী য়োংমানবী উককপী) গী দান তৌগদবনি ।।৩৬।। অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা অগ্নিহোত্রগীদমক্তা, য়াম্না তেজ লৈবা, কায়দি লায়রবা শ্রোত্রিয় ব্রাহ্মণদা, ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা কপিলাগোব দান তৌরবদি, দাতা মী মহাক অদু পরম ধামদা প্রতিষ্ঠা ফংডুনা লৈখি ।।৩৭।। অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা কপিলাগোগী মচীন্দা, খুজীন্দা, সনা য়োমহনা বিষুবসংক্রান্তি যোগদা নত্রগা উত্তরায়ণ দক্ষিনায়নগী আরম্ভদা (হৌরকপদা) দান তৌরবাদ অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবগী ফল ফংডুনা কৃষ্ণ ঐগী লোক বৈকুণ্ঠ গোলোক ধামদা চংলি-কাখি ।।৩৮।। অগ্নিষ্টোম যাগ লিশিং অমগা বাজপেয় যজ্ঞ অমগা মান্নে । বাজপেয় যজ্ঞ লিশিং অমগা অশ্বমেধ যজ্ঞ অমগা মান্নে । অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমগা রাজসূয় যজ্ঞ অমগা মান্নে । ।।৩৯।। কুরুশ্রেষ্ঠ পাণ্ডব ! শাস্ত্রগী বিধি কায়দমা কপিলাগো লিশিং অমবু দান তৌরবদি দাতা মহাক অদু রাজসূয় যজ্ঞগী মহৈ ফংডুনা পরম ধামদা অদুমক লৈগে । পোকপা শিবগী মর্ত্য লোকতা অমুক হল্লক্তে ।।৪০।।

তেৈস্তে গুণৈঃ কামদুঘা চ ভূত্বা নরং প্রদাতারমুপৈতি সা গৌঃ।
স্বকর্মভিশ্চাপ্যনুবধ্যমানং তীব্রান্ধকারে নরকে পতন্তম্।
মহার্ণবে নৌরিব বায়ুনীতা দত্তা হি গৌস্তারয়তে মনুষ্যম্ ॥৪১॥
যথৌষধং মন্ত্রকৃতং নরস্য প্রযুক্তমাত্রং বিনিহন্তি রোগান্।
তথৈব দত্তা কপিলা সুপাত্রে পাপং নরস্যাশু নিহন্তি সর্বম্ ॥৪২॥
যথা ত্বচং বৈ ভুজগো বিহায় পুনর্নবং রূপমুপৈতি পুণ্যম্
তথৈব মুক্তঃ পুরুষঃ স্বপাপৈর্বিরাজতে বৈ কপিলাপ্রদানাৎ ॥৪৩॥
যথান্ধকারং ভবনে বিলগ্নং দীপো নিহন্যাজ্জ্বলিতঃ প্রদীপঃ।
তথা নরঃ পাপমপি প্রলীনং নিষ্কাময়েদ্বৈ কপিলাপ্রদানাৎ ॥৪৪॥
যস্যাহিতাগ্নের্যতিথিপ্রিয়স্য শূদ্রান্নদূরস্য জিতেন্দ্রিয়স্য।
সত্যব্রতস্যাধ্যয়নান্বিতস্য দত্তা হি গৌস্তারয়তে পরত্র ॥৪৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকে পর্বণি অনুগীতা পর্বণি কপিলাগোমাহাত্ম্যবর্ণনে দাক্ষিণাত্যো মহাভারতস্য অধ্যায়ৈকঃ পরিসমাপ্যতে॥ ✕ ॥ ✕ ॥

---

দানদা কংথিবা শন্না অমুনা মঙ্গাক্কা তোঙাল তোঙানবা গুণ ময়াম অচুনা কামধেনু ওইদুনা পরলোক য়ৌরবা দাতাদুগী নাক্তা য়োথি। ফত্তবা পাপ কর্ম তৌবা নরকতা তাদুনা মাবু উদ্ধার তৌদুনা নরকতগী পাংগংপরকপা অদুদি সুংশিংকা পান্দনা সমুদ্রদা তাদুনা চৎপা হিনা, তোংলিবা মীদুবু সমুদ্র লপ্রগদবগী কনবা ঙম্মি ॥৪১॥ মন্ত্র শোল্লবা হাদাক্কা রোগাবু রোগবু কহনবদুগুম্না সৎ পাত্রদা দান তৌরবী কপিলাগোনা দাতাদুবু খুদক্তা মহাক্কা পাপ পুম্নমকপু কোকহল্লি ॥৪২॥ খাংগৎকনপা খাঙবৈনা ঈম্মগী অমগুল মাঙহন্দুনা পুমডাল ঙালহনবদুগুম্না কপিলাগোদাম্না পাপ পুম্নবু খুদক্তা মাঙহল্লি। মিলনা মকু ঙুকপা অনৌবা হকচাং অমা ফংবদুগুম্না কপিলা গোদাম্না ঈনৌ নৌবা পুনসি অমপি "৪৩-৪৪। খুমিং খুদিংগী নিয়ম কায়দনা অগ্নিহোত্র তৌরিবা, অতিথিদা প্রেমগালোয়ন্না দান তৌরিবা শূদ্রগী অন্নদগী লাপ্না লৈথরবা, ইন্দ্রিয় খুদুমচনবা, সত্যবাদী ওইবা, স্বাধ্যায়দা পরায়ণ ওইবা, ব্রাহ্মণদা দান তৌরবা কপিলাগোনা দাতাবু ফজরবা হীরম পুম্বদগী উদ্ধার তৌই ॥৪৫॥

মফম অসিদা দাক্ষিণাত্যদা ফংবা মহাভারতকী অধ্যায় অমা লোইরে।

(কপিলাগোগী মথাদা (হকচাংদা) দেবতাশিংগী লৈফম অমত্তা মতাক চাদবদা কপিলাগোবু দান তৌবগী দোষপাপ। নারককী পাপ কর্মগী বর্নন। স্বর্গদা লৈবগী পুণ্যগী মহে তাহনবা)

---

( কপিলাগোগী মশাদা ( হকচাংদা ) দেবতাশিংগী লৈফম তাকপ ।
মতীকচাদবদা কপিলাগোব দান তৌবগী দোষ পাপ ।
নরকতা পাপকর্মগীবর্ণন । স্বর্গদা লৈবগী পুণ্যগী মহৈ তাহনবা )

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবং শ্রুত্বা পরং পুণ্যং কপিলাদানমুত্তমম । ধর্মপুত্রঃ প্রহৃষ্টাত্মা কেশবং পুনরব্রবীৎ ।।১।।
দেবদেবেশ কপিলা, যদা বিপ্রায় দীয়তে । কথং সর্বেষু, চাঙ্গেষু, তস্যাস্তিষ্ঠন্তি দেবতাঃ ।।২।।
যাশ্চৈতাঃ কপিলা প্রোক্তা দশ চৈব ময়ানঘ । অসাং কতি সুরশ্রেষ্ঠ কপিলাঃ পুণ্যলক্ষণাঃ ।।৩।।
যুধিষ্ঠিরেণৈবমুক্তঃ কেশবঃ সত্যবাক্ তদা । গুহ্যানাং পরমং গুহ্যং প্রবক্তুমুপচক্রমে ।
শৃণু রাজন্ পবিত্রং বৈ রহস্যং ধর্মমুত্তমম্ ।।৪।।
ইদং পঠতি যঃ পুণ্যং কপিলাদানমুত্তমম্ । প্রাতরুত্থায় মদ্ভক্ত্যা তস্য পুণ্য ফলং শৃণু ।।৫।।
মনসা কর্মণা বাচা মতিপূর্বং যুধিষ্ঠির । পাপং রাত্রিকৃতং হন্যাদস্যা ধ্যায়স্য পাঠক ঃ ।।৬।।
ইদমাবর্তমানস্তু শ্রাদ্ধে যস্তর্পয়েৎ দ্বিজান্ ।
তস্যাপ্যমৃতমশ্নন্তি পিতরোহত্যন্ত হর্ষিতাঃ ।।৭।।

---

বৈশম্পায়ননা হায় :— নিংথৌ জনমেজয় ! থোইদোক্না পুণ্য চেন্নবা কপিলাগোদানগী মহিমাছু তাবদা ধর্মপুত্র যুধিষ্ঠিরসি ওন্থোক্না নোনখি । ভগবান, শ্রীকৃষ্ণদা অমুম্না অমুক হংঙকই ।।১।। দেব দেবেশ্বর ! ব্রাহ্মণদা দান তৌনরিবা কপিলাগোগী মশাদা দেবতাশিংনা করম হায়না করম কয়ম্না হকচাং কয়াৎশিংদা লৈবগে ? ।।২।। সুরশ্রেষ্ঠ ! কৃষ্ণ ! কপিলাগোসি মথল তরা খায় হায়বিরি ! করম্বীনা মখোয়গী মমুংদা খাইদগী পুণ্য চেনবী ওইবগে ? ।৩। যুধিষ্ঠীরনা অমুম্না হংঙকপসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অথুপ্পশিংদগী খ্বাইদগী থুপ্পবা তত্ত্বছু হায়রকই । নিংথৌ ! য়াম্না থুপ্পবা কপিলাগোগী তত্ত্বছু হায়গে তাও ।।৪। অয়ুক অঙম্বদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ভক্তি থমদুনা, (থাজবা অকিবা, মুংশিবা থমদুনা) কপিলা-গোগী মাহাত্ম্য তাবগী অমদি পাঠ তৌবগী পুণ্য ফল অছু হায়গে ।।৫।। যুধিষ্ঠির ! অধ্যায় অসিবু অতিংদা থরায় হকচাং পুক্কিং অমত ওইনা তারবদি খুদক্তা তারিভৈ মক্তদা পাপ পুম্বা মথং মথং কোকপা অহুম হৌরে ।।৬।। শ্রাদ্ধদা শায়বদি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তৌবা কর্মদা অধ্যায় অসিবু পাঠ তৌরগা ধ্যান তৌরগা ব্রাহ্মণদা ভোজন (ব্রহ্মভোজন) কৎলবদী প্রেত লোকতা মপা মপু পুম্বা অমৃত ভোজন তৌই ।।৭।।

যশ্চেদং শৃণুয়াং ভক্ত্যা মদ্‌গতেনান্তরাত্মনা। তস্য রাত্রিকৃতং সর্বং পাপথাশু প্রণশ্যতি ।।৮।
অতঃ পরং বিশেষং তু কপিলানাং ব্রবীমিতে। যাশ্চতাঃ কপিলাঃ প্রোক্তাদশ রাজন্ময়াতব।
তাসাং চতস্রঃ প্রবরাঃ পুণ্যাঃ পাপবিনাশনাঃ ।।৯।।
সুবর্ণকপিলা পুন্যাস্তথা রক্তাক্ষপিঙ্গলা। পিঙ্গলাক্ষী চ যাগৌশ্চ স্যাৎ পিঙ্গলাপিঙ্গলা ।।১০।।
এতাশ্চতস্রঃ প্রবরা পবিত্রাঃ পাপনাশনাঃ। নমস্কৃতা বা দৃষ্টাবা ঘ্নন্তি পাপংনরস্য তু ।।১১।
যস্যৈ তঃ কপিলাঃ সন্তি গৃহে পাপপ্রণাশনাঃ। তত্র শ্রীবিজয়ঃ কীর্তিঃ স্ফাতা নিত্যং যুধিষ্ঠির ।।১২
এতাষাং প্রীতিমাযাতি ক্ষীরেণ তু বৃষধ্বজঃ। দধ্না চ ত্রিদশাঃ সর্বে ঘৃতেণতু হুতাশনঃ ।।১৩।।
কপিলায়াঃ ঘৃতংক্ষীরংদধি পায়সমেব বা। শ্রোত্রিয়েভ্যঃ সকৃৎদত্বা নরঃ পাপৈঃ প্রমুচ্যতে ।।১৪।
উপবাসং তুযঃ কৃত্বাপ্য হোরাত্রংজিতেন্দ্রিয়ঃ। কপিলাপঞ্চগব্যং তু পীত্বা চান্দ্রায়ণাৎ পরম্‌ ।।১৫।।
সৌম্যে মুহূর্তে তৎপ্রাশ্য শুদ্ধাত্মাশুদ্ধমানসঃ। ক্রোধানৃতবিনির্মুক্তো মদ্‌গতেনান্তরাত্মনা ।।১৬।
কপিলাপঞ্চগব্যেন সমন্ত্রেণ পৃথক্‌ পৃথক্‌। যো মং প্রতিকৃতিং বাপি শঙ্করাকৃতিমেবৰা।
স্নাপয়েৎ বিষ্ণবে যস্তু সোঽশ্বমেধফলংলভেৎ ।১৭।।
স মুক্তপাপঃ শুদ্ধাত্মা যানেনাম্বরশোভিনা। মম লোকংব্রজেন্মুক্তো রুদ্রলোকমথাপিবা ।।১৮।।

---

কৃষ্ণ ঐচোন্দা থরায় হকচাং পুক্নীং পুম্বা থমচুনা ভক্তিগা লোয়ননা অহিংদা তারবদি, অহিং অদুদা তৌবা পাপ মথৈ লোইনা কোকই ।৮।। কপিলাগী মাতাগী বিশেষ ওইবা বা থরা হায়গে তাও। নিংথৌ! অহানবদা কপিলাগৌ অসি মথল তরা থোকই হায়বসি হায়খ্রে। মথোয়দগী মমুংদা মরিনি খাইদগী হেন্না পুণ্য ফল পী। ৯।। সুবর্ণ কপিলা, রক্তাঙ্গপিঙ্গলা, পিঙ্গলাক্ষী, পিঙ্গল পিঙ্গলী হায়রিবা মরিসিদি শেংশ্রবা, খুদক্ত পাপ পুম্বা কোক্ত হৈবীনি। মথোয়সিবু উবদা খুরমতদা পাপ পুম্বা অতুম কোকলে ।।১০ ১১।। যুধিষ্ঠির! অহুগুম্বা মীহুগী য়ুমদা শংগোলদা কপিলাগৌশিংসি লৈরবদি য়ুহাক অদু থবক পুম্বদা মায় পাকপা, জয় ওইবা, মীংচৎ ফংভি ।।১২।। মথোয়দগী থোকপা শঙ্গোমনা ভগবান্‌ শঙ্কর, দধি (শঙ্গোম মপাল) না দেবতা পুম্বা অদুগা ঘীনা অগ্নিদেববু পেলহল্লি ।১৩।। কপিলাগৌগী ঘী, শঙ্গোম, শোঙ্গম মপান্না হৌবা ক্ষীরবু ব্রাহ্মণদা কংলবদি, পাপ পুম্বা কোকই ।।১৪।। ইন্দ্রিয় খুহুম চনবগা লোয়ননা নোংমা পুরা চরা য়েন্দুনা ব্রত তৌরগা কপিলাগৌদগী থোকপা পর্থাগব্য পান তৌরবদি হকচাং, পুক্নীং থম্মোয়গী অমকপা লোয়না কোকই ।।১৫।। অশাউবা, মীনম্বা পুম্বা থাদোক্তুনা কপিলাগৌগী মহিমা খঙবা কৃষ্ণ নত্রগা ভগবান্‌ শঙ্করগী মূর্তিদা অভিষেক স্নান কপিলাগৌগী পঞ্চ পব্যনা কংলবদি থম্মোয় হকচাং পুমশেং শেংনা তৌবা অশ্বমেধ যজ্ঞগী ফল ফংভি ।।১৬-১৭।। অতুগুম্বা থম্মোয় শেংলবা মী মহাক অদু অকাশ মণ্ডলমক্তা ফজনীংডাই ওইবা বিমানথক্তা তোংদুনা কৃষ্ণ ঐগী নত্রগা শঙ্করগী ধামদা য়ৌই ।।১৮।।

তস্মাৎ তু কপিলা দেয়া পরত্র হিতমিচ্ছতা। যদা চ দীয়তে রাজন্ কপিলা হ্যগ্নিহোত্রিণে।
তদা চ শৃঙ্গয়োস্তস্যাঃ বিষ্ণুরিন্দ্রশ্চ তিষ্ঠতঃ। ১৯।।

চন্দ্রবজ্রধরৌ চাপি তিষ্ঠতঃ শৃঙ্গমূলয়োঃ। শৃঙ্গমধ্যে তথা ব্রহ্মা ললাটে গোবৃষধ্বজঃ।। ২০।।

কর্ণয়োরশ্বিনৌ দেবৌ চক্ষুষী শশিভাস্করৌ। দন্তেষু মরুতো দেবা জিহ্বায়াং বাক্ সরস্বতী।।২১।

রোমকূপেষু মুনয়শ্চর্মণৈব প্রজাপতিঃ। নিশ্বাসেষু স্থিতাঃ বেদাঃ সষড়ঙ্গপদক্রমাঃ।। ২২ ।।

নাসাপুটে স্থিতা গন্ধাঃ পুষ্পাণি সুরভীনি চ। অধরে বসবঃ সর্বে মুখে চাগ্নিঃ প্রতিষ্ঠিতঃ।।২৩।।

সাধ্যা দেবাঃ স্থিতাঃ কক্ষে গ্রীবায়াং পার্বতী স্থিতা।
পৃষ্ঠে চ নক্ষত্রগণাঃ ককুদ্দেশে নভঃ স্থলম্। ২৪ ।।

অপানে সর্বতীর্থানি গোমূত্রে জাহ্নবী স্বয়ম্। অষ্টৈশ্বর্যময়ী লক্ষ্মীর্গোময়ে বসতে সদা।।২৫।

নাসিকায়াং সদা দেবী জ্যেষ্ঠা বসতি ভামিনী।
শ্রোণীতটস্থাঃ পিতরো রমা লাঙ্গুলমাশ্রিতা।।২৬।।

পার্শ্বয়োরুভয়োঃ সর্বে বিশ্বেদেবাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ।
তিষ্ঠত্যুরসি তাসাং তু প্রীতঃ শক্তিধরো গুহঃ। ২৭।।

জানু জঙ্ঘোরুদেশেষু পঞ্চ তিষ্ঠন্তি বায়বঃ। খুরমধ্যেষু গন্ধর্বা খুরাগ্রেষু চ পন্নগাঃ।। ২৮ ।।

---

মরম অদুনা, নিংথৌ! ইহলোক পরলোক অনীগী মঙ্গল ফংনিংবনা কপিলাগোবু তত্ত্ব খুদবা ব্রাহ্মণদা দান তৌগদবনি। অগ্নি হোত্রী ব্রাহ্মণদা দান তৌবা মতমদুদা মচী অনীদা বিষ্ণু অমসুং ইন্দ্র অনীমক লৈ ।।১৯।। চাথোং অনীদা চন্দ্রমা বজ্রধারী অনী লৈ। মচি অনীগী কারক্তা ব্রহ্মা, লাইবক্তা মহাদেব-শঙ্কর, লৈ ।।২০।। নাকোং অনীমক্তা অশ্বিনী কুমার অনী, মমীৎ অনীমক্তা চন্দ্রমা-সূর্য্য অনী, ময়াদা মরুৎ দেবতাশিং লৈ মরৈদা সরস্বতী, তুখোং পুম্বদা দেবতা মমাম মহর্ষি ময়াম, মউন্দা-উনশাদা প্রজাপতি, নুংশা শোবদা অঙ্গ তরুক্তা লোয়নবা বেদমশিং লৈ ।।২১-২২।। নাতোল মখুল অনীদা গন্ধ (মনম) অমসুং মনম থৌশিলবা লে ময়াম, চীনবান থক থাদা বসু দেবতাশিং, মচীন্দা অগ্নিদেবতা লৈ ।।২৩। নাকথংদা সাধ্যদেবতাশিং, খৌরীদা পার্বতী, মনংগন্দা নক্ষত্র ময়াম, মরুমদা আকাশ অপান বায়ুদা তীর্থময়াম, মসুংদা গঙ্গা, শক্তাদা ঐশ্বর্য্য মিপায়বা তিনবী লক্ষ্মী দেবী লৈ ।।২৪ ২৫।। নাসিকাদা মজুরবী জ্যোষ্ঠা দেবী, মীংথু অনীদা পিতৃলোকশিং, মমৈ মৈ-তোন্দা ভগবতী রমা দেবী ।।২৬।। খুজেংশিংদা বিশ্বদেব ময়াম, মথাখক্তা শক্তি ধারী কার্তিকেয়া লৈ ।।২৭।। খুকউ অমসুং নৈথংলশিংদা প্রাণ অপাননাচিংবা পঞ্চপ্রাণ বায়ু লৈ। খুজিলশিংদা ময়ায়দা গন্ধর্বশিং খুজিল মতোন্দা লিল মমাম লৈ ।।২৮।।

চত্বারঃ সাগরাঃ পূর্ণাস্তথা এব পয়োধরাঃ। রতি মেধা ক্ষমা স্বাহা শ্রদ্ধা শান্তির্ধৃতিঃ স্মৃতিঃ ॥২৯॥

কীর্ত্তির্দীপ্তিঃ ক্রিয়া কান্তি স্তুষ্টিঃ পুষ্টি শ্চ সংতৃতিঃ।
দিশশ্চ প্রদিশশ্চৈব সেবন্তে কপিলাং সদা ॥৩০॥
দেবাঃ পিতৃতাগণাশ্চাপিন্দর্বাগন্সরসাং গণাঃ।
লোকা দ্বীপার্নবাশ্চৈব গঙ্গাদ্যাঃ সরিতস্তথা ॥৩১॥
দেবাঃ পিতৃগণাশ্চাপি বেদাঃ সাঙ্গাঃ সহাধ্বরৈঃ।
বেদোক্তৈর্বিবিধৈর্মন্ত্রৈঃ স্তুবন্তি হৃষিতাস্তথা ॥৩২॥
বিদ্যাধরাশ্চ যেসিদ্ধা ভূতাস্তারাগণা স্তথা।
পুষ্পবৃষ্টিং চ বর্ষন্তি চ প্রনৃত্যন্তি হর্ষিতাঃ ॥৩৩॥
ব্রহ্মণোৎপাদিতা দেবী বহ্নিকুণ্ডান্মহাপ্রভা।
নমস্তে কপিলে পুণ্যে সর্বদৈবৈর্নমস্কৃতে।৩৪।

কপিলেহথ মহাসত্ত্বে সর্বতীর্থময়েশুভে। অহো রত্নমিদংপুণ্যং সর্বদুঃখঘ্নমুত্তমম্ ॥
অহোধর্মার্জ্জিতং শুদ্ধমিদমগ্র্যং মহাধনম্। ইত্যাকাশস্থিতাস্তে তু সর্বদেবা জপন্তি।৩৫॥

---

মখোম খোমজিল মরিদা ঈশিংদা চোল্লবা সমুদ্র মরি। রতি, মেধা, ক্ষমা, স্বাহা, শ্রদ্ধা, শান্তি, ধৃতি, স্মৃতি, কীর্ত্তি দীপ্তি ক্রিয়া, কান্তি, তুষ্টি, পুষ্টি, সন্তুতি, দিশ, প্রদিশ কৌবী দেবীশিংসিনা কপিলা'গৌগী সেববু তকুনা তৌত্নুনা লৈরিবনি।২৯ ৩০। দেবতা ময়াম, পিতর (পিতৃ লোকতা লৈবা ময়াম), গন্ধর্বশিং অপ্সরা (লাইরৈবাক্কী লাইরেম্বী) শিং গঙ্গানচিংবা নদী (তুরেল) ময়াম, অঙ্গ (ব্যাকরণ-জ্যোতিষনচিংবা কায়াৎ) শিং অহুগা যগযজ্ঞনাচিংবাশিংগা লোয়নবা বেদ ময়াম অহুগা মন্ত্রশিং মখল মখয়া মূর্ত্তি নাইনা কপিলাগোমাতাগী স্তুতিগান তৌত্নুনা লৈরিবনি। বিদ্যা সিদ্ধসাধ্য, মৈ ঈশিংনচিংবা ভূতশিং, তারা (থবানমিচাক) শিংসিনা কপিলাগৌব উদদা ১৫ক্তা লৈ ১৫ক মৎকগী ৎজোক চাইশিনকুনা হরাও নুংঙাইনা জগোই শাই ৩১ ৩৩॥ মখোয়না হায়রকই:— দেবতাশিং পুন্নমক্না নোল্লক্না থুরুমজবী কপিলা দেবী ঐখোয়না থুরুমজরি। ব্রহ্মাজীনা মহাকপু অগ্নিকুণ্ডদগী পুথোকখিবনি। নহাক্কী নতীক নগুণ শক্তিদি ঙমথৈ লৈতবনি। কপিলা দেবী; তীর্থ পুন্নমকসে নহাক নথক্তগী স্বরূপনি। মহাক্কি জীব পুন্নমকক্কী মঙ্গল ওইননবগী থবকত তৌবীনি ॥৩৪॥ নোংমদোম্বক্তা দেবতা পুন্নমক্না লেপখৎনদুনা অসুম্না হেক হেক হায়নৈ:— ওন্তোকপনি! রত্ন পুন্নমক্কী অমত ওইবা মশক ওইবাসি কয়াদা শেংঙবী, জীব জগৎকী অরাবা কোকহনবী দেবীনি! ইস ওন্তোকপনি! কপিলাগৌ কৌবী ধর্মদগী ফংবা, খ্বাইদগী শেংল জগৎকী ললনি ॥৩৫॥

### যুধিষ্ঠির উবাচ

দেবদেবেশ দৈত্যঘ্ন কালঃ কো হব্যকব্যয়োঃ। কে তত্র পূজামর্হন্তি বর্জনীয়াশ্চ কেদ্বিজাঃ ॥ ৩৬ ।

### শ্রীভগবানুবাচ

দৈবং পূর্বাহ্লিকং জ্ঞেয়ং পৈতৃকং চাপরাহ্লিকম। কালহানং চ যৎদানং তৎদানং রাজসং বিদুঃ ॥৩৭॥
অবঘুষ্টং চ যৎ ভুক্তমনৃতেন চ ভারত। পরামৃষ্টং শুনা বাপিতৎ ভাগং রাক্ষসংবিদুঃ ॥৩৮॥

যাবন্তঃ পতিতা বিপ্রাজড়োন্মত্তাদয়োহপি চ।
দৈব চ পিত্রো তে বিপ্রা রাজন নার্হন্তি সংক্রিয়াম্ ॥৩৯॥

ক্লীবঃ প্লীহী চ কুষ্ঠী চ রাজযক্ষমান্বিতশ্চ যঃ। অপস্মারী চ যশ্চাপি পিত্রোনার্হতি সংকতিম্ ॥৪০॥
চিকিৎসকা দেবলকা মিথ্যানিয়মধারিণঃ। সোমবিক্রয়িণশ্চাপি শ্রাদ্ধে নার্হন্তিসংকৃতিম ॥৪১॥
গায়কা নর্তকাশ্চৈব প্লবকা বাদকাস্তথা। কথকা যৌধিকাশ্চৈব শ্রাদ্ধে নার্হন্তি সংকৃতিম্ ॥৪২॥

অনগ্নয়শ্চ যেবিপ্রাঃ শবনির্যাতকাশ্চ যে।
স্তেনাশ্চাপি বিকর্মস্থা রাজন্ নার্হন্তি সংকৃতিম্। ৪৩।

---

যুধিষ্ঠির হংডি :— দৈত্যদানবশিংবু তুম্না মাঙহনবা! দেবতাশিংগী দেবতা! কৃষ্ণ! হব্য (যজ্ঞ) কব্য (শ্রাদ্ধ) অনীসগী উত্তম ওইবা খ্বাইদগী ফবা কাল (মতম) অসি করিনো? হায়রিবা কর্ম অনীসিদা পূজা তৌননীংঙাই ওইবা ব্রাহ্মণনা করম করব্গনো? অদুগা করম করব্গনা য়াওহল্লোইদগে? ॥৩৬॥ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায় :— মহারাজ! যুধিষ্ঠীর! যজ্ঞনচিংবা দেবা কর্মদি পূর্বাহ্নদা থুমিং মুংত্রিদৈদা) তৌবনা ফৈ। তৌগদবমক্নি। অদুগা পিতৃকর্ম শ্রাদ্ধনচিংবনা অপরাহ্ন (থুমিংয়ুংবা মতুং) দা তৌগদবনি। মতম চাদবদা তৌবা দান অদু রাজসিক দাননি, সাত্বিকদান নত্তে ॥৩৭॥ চাররো লাকও! চাবা য়াম্ননি হায়না পুংজাও থীম্মুনা তাকপা অদুগুম্বা ভোজন, অমর্ত্যবাদী ওইবা মীনম শোরিবগী থবক তৌবা মীথরনা চাবা তৌথবা অদুগুম্বা উৎসব-ভোজন, অদুগা হুইনা শোকথ্রবা নমথ্রবা অদুগুম্বা অদু রাক্ষসগী ভিংচা ভাগ (শককনি-লূথাক) নি হায়না খঙগদবনি ॥৩৮॥ নিংথৌ! পতিত ওইরবা, মাংলবা-তৌহৈদবা কর্ম তৌরুবদগী লৈখা তারবা, অঙাও মফৈ ওইরবা, মহী মম্মাই থক্র, চারুবদগী হাইরং তুরং তৌবা অদুওংবা ব্রাহ্মণচু, ব্রাহ্মণনি হায়দুনসু দেব যজ্ঞ-দেব কর্মদা অদুগা পিতৃ কর্ম শ্রাদ্ধনচিংবদা স্বাগত সংকার তৌফম থোক্তে ॥৩৯॥ নপুংসক ওইবা, ফুগাম থুংবা, কুষ্ঠি (কুষ্ঠিথুংবা) যক্ষমা রোগ লৈবা (যুক্ষার থুংবা), মশা মৃগীরোগ লৈবা ঙাওব্রং যৈদংবা, ভাব চোইরবা, ব্রাহ্মণচু তরাম তরাম্না কৌশিনফম থোক্তে ॥৪০॥

অপরিজ্ঞাতপূর্বাশ্চ গণপুত্রাশ্চযেদ্বিজাঃ। পুত্রিকাপুত্রকাশ্চাপি শ্রাদ্ধে নার্হন্তি সংকৃতিম্ ।।৪৪।।
রণকর্ত্তা চ যোবিপ্রো যশ্চ বাণিজ্যকো দ্বিজঃ। প্রাণিবিক্রয়বৃত্তিশ্চ শ্রাদ্ধে নার্হন্তি সংকৃতিম্ ।।৪৫।।
চীর্ণব্রতগুণৈর্যুক্তা নিত্যং স্বাধ্যায়তৎপরাঃ। সবিত্রজ্ঞাঃ ক্রিয়াবন্তস্তেশ্রাদ্ধে সংকৃতিক্ষমাঃ ।।৪৬।।

শ্রাদ্ধস্য ব্রাহ্মণঃ কালঃ প্রাপ্তংদধি ঘৃতংতথা।
দর্ভাঃ সুমনসঃ ক্ষেত্রং তৎকালেশ্রাদ্ধদো ভবেৎ ।।৪৭।।

চারিত্রনিয়তা রাজন্ কৃশা যে কৃশবৃত্তয়। তপস্বিনশ্চ যেবিপ্রাস্তথা ভৈক্ষ চরাশ্চ যে।

অর্থিনঃ কেচিদিচ্ছন্তি তেষাং দত্তং মহৎফলম্ ।।৪৮।।
এবং ধর্মভৃতাং শ্রেষ্ঠ জ্ঞাত্বাসর্বাত্মনাতদা।
শ্রোত্রিয়ায় দরিদ্রায় প্রযচ্ছানুকারিণে ।।৪৯।

---

বৈদ্য মাইবা শাবা) মীগী চাক খোংবা সেবা তৌবা পুজারী, অরানবা তুকচফম ওইবা তুবুক্তফম ওইবা কর্ম তৌবা, সোমরনচিংবা, মযায় কাবা অচাথক য়োনবা ব্রাহ্মণ অদু স্বাগত তৌদুনা সংকার তৌফম থোক্কে ।।৪১। ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা ঈশৈ শকপনা ব্যবহার ওইরবা জাবিকা ওইবা, চোং ফম্দুনা মাদুনা জাবিকা ওইবা, পেরেশিঙ্গা খোংবা, বাজাই খোংবা, রারেম থোরেং ডাণ্ডবা, লাম্মী ওইবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদু শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবদা সংকার তৌফম থোক্কে ।।৪২। নিংথৌ ! অগ্নিহোত্র ওইদবা, অশিবা হকচাংব চামথোক খোতোক তৌবা, চুরানবনা জীবিকা ওইবা, শাস্ত্রগী বিধিগী রাংমদা লৈবা ব্রাহ্মণ শ্রাদ্ধগী ভোজন ভক্তিদা চামিন থকমিন্নবদা মতীক চাদ্রে ।৪৩।। অমুক্ত শক খঙনখিদ্রিবা, করম্বা সমুদায় সম্প্রদায়) গোত্রগী ব্রাহ্মণনো হায়বদু খংদবা, মমা মপা হৌরকফম খঙদবা, কম্বা অকম্বাদা মপা মশক খঙদনা পোকাখিবদগী মমাপোকপা মপুগী য়ুমদা নাউয়োক্তুনা চাওখিবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদু শ্রাদ্ধকর্মদা য়াওবগী অধিকার লৈতে ।।৪৫। ব্রত উপসনা তৌবা, মগুণ লৈবা, স্বাধ্যায়দা পরায়ন ওইবা (বেদ শাস্ত্র তম্বা তম্বিবদা নৈনবদা পুক্নীংচঙবা) গায়ত্রী মন্ত্রগী জপ তৌবা তত্ত্ব খঙবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদু হায়জ খোচ্চদুনা শ্রাদ্ধ কর্মদা য়াওহনগদবনি ।।৪৬।। মতীক চাবা, পাক শংজোইদোবা, শ্রাদ্ধগী তত্ত্বু মুন্ন খঙবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণবু হেক ফংবা মতমদু শ্রাদ্ধগী উত্তম ওইবা অকক্বা কালনি। মতীক চাবা বাহ্মণ, শঙ্গোম, দধি. ঘী, কুশ, হৈ লৈ অদুগা মতাক চাবা ক্ষেত্র-তীর্থ অসিনচিংবা মচাকশিংসি বাক্তুনা লৈরবতুংদা শ্রাদ্ধগী দান ধর্ম অদু হৌফম থোকই ।৪৭।। নিংথৌ । য়াম্না সদাচারী ওবা অচার বিচার য়াম্না কুপ্না তৌবা, নোংমগী থজিক্তং কংবদুনা জীবকা ওইবা মপাক্তল শোল্লবা তপস্যা তৌবা, থজিক্তং নিরুবদা ফংবদুনা নোংমগী অদুম কোম্ন হনথবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদুনা থোঙ্গান্দা লেপ্লরবদা মাঙোন্দা থজিক্তং দান তৌবদুগী ফল (মহৈ) দি ওঙ্গোক্না চাউখ্রবনি ।।৪৮। ধর্মাত্মা ওইবশিংগী মমুংদা অথোইবা নিংথৌ ! ।।৪৯।।

দানং যৎতে প্রিয়ং কিংচিদ্দত্তং দ্বিজেভ্যো চপ্রিয়ম্।
তৎ প্রযচ্ছস্ব ধর্মজ্ঞ যদীচ্ছাসি তদক্ষয়ম্ ॥৫০॥

নিরয়ং যে চ গচ্ছন্তি তচ্ছৃণু স্ব যুধিষ্ঠির ॥ পরদারাপহর্তারঃ পরদারাভিমর্শকাঃ।
পরদারপ্রযোক্তাস্তে বৈ নিরয়গামিনঃ ॥৫১॥

সূচকাঃ সন্ধিভেত্তারঃ পরদ্রব্যোপজীবিনঃ। বর্ণাশ্রামানাং যে বাহ্যাঃ পাখণ্ডাশ্চৈব পাপিনঃ।
উপাসতে চ তানেবতে সর্বে নরকালয়াঃ।৫২॥
ক্ষান্তান্ দান্তান্ কৃশান্ প্রাজ্ঞান্ দীর্ঘকালংসহোষিতান্।
ত্যজন্তি কৃতকৃত্যাযে তেবৈ নিরয়গামিনঃ।৫৩॥

বালানামপি বৃদ্ধানাং শ্রান্তানাং চাপি যে নরাঃ। অদত্বা শ্নন্তি মৃষ্টান্নং তেবৈ নিরয় গামিনঃ।৫৪॥
এতে পূর্বর্ষিভিঃ প্রোক্তা নরা নিরয় গামিনঃ। যে স্বর্গংসমনুপ্রাপ্তাস্তাঞ্চশৃণু যুধিষ্ঠিরঃ ॥৫৫॥
দানেন তপসা চৈব সত্যেন চ দমেন চ। যে ধর্মমনুবর্তন্তে তে নরাঃ স্বর্গগামিনঃ ॥৫৬॥
শুশ্রূষয়া প্যুপাধ্যায়াচ্ছ্রুতমাদায় পাণ্ডব। যেপ্রতিগ্রহনিস্নেহাস্তে নরাঃ স্বর্গগামিনঃ ॥৫৭॥

---

নিংথৌ! হায়রিব পুন্নসি মুন্না খল্লগা থীরবা অদুগা নত্তোন্দা মমাইদা নংগী করিগুম্বা উপকার মরাইবক্কী অমত লৌখিন্নবা অদু ব্রাহ্মণদা দান তৌগদবনি ॥৫০॥ নিংথৌ! নরকতা শোয়দনা তারগদবা মীশকশিং অদুসু হায়গে তাও। অতোপ্পগী মুপী লোয়নবীবু নমদুনা চংগুবা, অতোপ্পগী মুপীদা ব্যভিচার তৌরুবা, অতোপ্পগী মুপীবু অতোপ্পা অমগা শেল লৌদুনা শন্না খোৎনহনবা, অদুগুম্বা মীশকতু নরকতা শোয়দনা তারগদবনি ॥৫১॥ চারোল খারোল তৌবা হায়খিবা য়ানখিবনু থুগাইবা তৌবিমল খণ্ডদবা, বর্ণাশ্রম ধর্মগী য়াংমদগী চৈথ্রবা, মানা থোবপদা তৌবা মী মহাক অদু, অদুগা মহাক্কী সেবা তৌরিবা মী মহাক অদুসু নরকতা তাই ॥৫২॥ মতম কুইনা লৈমিন্নরকনবা, খাঙবা কনবা, মাগী কান্নরমদাইদা মতেং য়ান্না পাংজন্না মীদু থাদোক্লিবদু তাদোগ্রবদি মীদু নরকতা শোয়দনা তাই।৫৩॥ অঙাং মচা মশুবু অহল্লমনবু অদুগা লাম্লবা মীবু হান্ন পীজদনা তত্তৌ তত্তৌ য়েংহল্লগা মথন্তা অহাউ অথুমদু চাবা অদুগুম্বা পাপী (মশাদা পাপ লৈবা) অদু শোয়দনা নরক তাই ॥৫৪॥ মমাইদগী মহৈশিংনা অসুম্না নরক তারগদবা মীশকশিংসি হায়দুনা লৈথ্রবনি। যুধিষ্ঠীর! নরক তারগদবা মীশকশিংগী মরমদা শন্না খর হান্নরে। হৌজিক অমুক স্বর্গ কাখিগদবশিং অদুগী মরমদা হায়গে ॥৫৫॥ দান, তপস্যা তৌবা অদুন্না ঙাঙবা, ইন্দ্রিয় থুদুম চনবা, তৌরিবসি ধর্ম কায়ব্রা কায়দবরা হান্নবা মুন্না চেকশিন্না চৎলিবা মীদু, যোগ সাধন তৌরুব্রবসু স্বর্গ কায়।৫৬॥ পাণ্ডুনন্দন! নিংথৌ! ওঝাগী গুরুগী সেবা তৌরিবা, পীথোকপা নত্তনা লৌশিনদা পুক্নীং চঙদবা মী মহাক অদু স্বর্গ কায় ॥৫৭॥

মধুমাংসাসবেভ্যস্তু নিবৃত্তা ব্রতিনস্তু যে। পরাদারনিবৃত্তা যে তে নরাঃ স্বর্গগামিনঃ ।৫৮।।
মাতরং পিতরং চৈব শুশ্রূষন্তি চ নরাঃ। ভ্রাতৃণামপিসস্নেহাস্তে নরাঃ স্বর্গগামিন ।।৫৯।।
যেতুভোজনকালে তুনির্যাতাশ্চাতিথিপ্রিয়াঃ। দ্বাররোধং ন কুর্বন্তি তেনরাঃ স্বর্গগামিনঃ ।।৬০।।
বৈবাহিকং তু কন্যানাংদরিদ্রাণাং চ নরাঃ। কারয়ন্তি কুর্বন্তি তেনরা স্বর্গগগামিনঃ ।।৬১।।
বসানামথ বীজানামোষধীনাং তথৈব চ। দাতারঃ শ্রদ্ধয়োপেতাস্তে নরাঃ স্বর্গগামিনঃ।৬২।
ক্ষেমাক্ষেমং চ মার্গেষু সমানি বিষমানি চ অর্থিনাং যে চ বক্ষ্যন্তিতেনরাঃ স্বর্গগামিন।৬৩।।
পর্বদ্বয়ে চতুর্দশ্যামষ্টম্যাংসংধ্যযোর্দ্বয়োঃ। আর্দ্রায়াং জন্মনক্ষত্রে বিষুবে শ্রবণেবথবা।
যে গ্রাম্যধর্মবিরতাস্তেনরাঃ স্বর্গগামিনঃ ।।৬৪।।
হব্যকব্যবিধানং চ নরকস্বর্গগামিণৌ। ধর্মাধর্মৌ চ কথিতৌ কিংভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি।৬৫।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামদশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতা পর্বনি দাক্ষিণাত্যভারতে অধ্যায়ৈকঃ সমাপ্যতে ।।

---

অথুম্বা খোইহৌ মাংস (শা ঙা চাদবা পরস্ত্রীনা হৌরবস্থ হন্দোকপা মীহু স্বর্গ কায় ।।৫৭।। মাতা পিতাগী সেবা পূজাং চঙবা, মচিন মনাওশিংদা স্নেহ ভাব থম্বা মুংশিননা লৈমিন্নবা মহাক অদু স্বর্গ কায় ।।৫৮।। চারমদাইনা হান্না থোঙ্গাম্নোমদা থোক্তুনা কনা কনা অতিথি য়েংলগা, লাকত্রবমু অতিথিগী শরুক হান্না থাইদোক্তগা চাবা, অদুগা চারমদাইদা থোঙ লোনশিন্দুনা থমদবা, ঈহাং হাংদোক্তুনা থম্বা মীহু স্বর্গ কায় ।।৫৯।। লায়রবা মীগী কন্যাবু অতোপ্পা ঈনাক কৈরাক থুনবা অমগা লুহোংহন্দুনা অচৌনপোৎ তমহুনা কন্যা দানগী মহু ফংলবা মীহু স্বর্গ কায় ।।৬০।। ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা রস য়াওবা, পোৎ, হবায় চেঙরাম্নগী মরু (বীজ বু ঈদাক লাংথক মনা মশীংবু দান তৌবা মীহু স্বর্গ কায় ।।৬১।। লম্বী অম্মুক্তরবা, থিরকলিবা মীওগী ময়ুম চঙকম খঙঙ্গবা, মীহুদা মহাক্লা থিরক্লিবাহগী থোঙ্গাল অদুগা ময়ুমবু মখুং শমহুনা থিন্দনা তাকপিহুনা মীহুবু চঙহনথিবা মীহু স্বর্গ কায় ।।৬২।। অমাবাস্য পূর্ণিমা, চতুর্দশী, অষ্টমী তিথিশিংসিদা, সন্ধ্যা অনীদা, আর্দ্রানাক্ষত্রদা জন্মনক্ষত্রদা বিষ্ণু বসং ক্রান্তি যোগদা অহুগা শ্রবণ নক্ষত্রদা স্ত্রীস সাগম (লোয়নবীগা শম্ম খোংনদবা) তৌদবা মীহু স্বর্গ কায়।৬৩।। নিংথৌ ! হব্যকব্যগী (দেবতা যজ্ঞ-পিতৃ যজ্ঞ) বিধি অহু হায়রে। স্বর্গ কাননবগী লম্বী অহুগা নরক তাবগী লম্বী অনীগী মরমদসু হায়রে। ধর্ম অধর্মগী মরম দানগী মতম মফম অসি নচিংবসি শম্মা লোইনা হায়রে ! হৌজিক করি অমমুক তানাংলি ? ।।৬৪।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা দাক্ষিনাত্যরোমদা ফংবা মহাভারতকী শরুক অমা লোইরে। K X X ।

---

( ব্রহ্মহত্যামক্কা মান্নবা পাপকর্ম। অন্নদানগী মাহাত্ম্য। পাপীশিংদা তৌবা দান ধর্ম থোকপা থবক তৌবগী প্রশংসা )

---

যুধিষ্ঠীর উবাচ

ইদং মে তত্ত্বতো দেব বক্তুমর্হস্যশেষতঃ। হিংসামকৃত্বা যো মর্ত্ত্যোব্রহ্মহত্যামবাপ্নুয়াৎ ।।১।।

শ্রীভগবানুবাচ

ব্রাহ্মণং স্বয়মাহূয় ভিক্ষার্থং বৃত্তিকর্শিতম্। ব্রূয়ান্নাস্তীতি যঃ পশ্চাৎ তমাহুর্ব্রহ্মঘাতকম্ ।।২।।
মধ্যস্থসোহ বিপ্রস্য যোহনুচানস্য ভারত। বৃত্তিং হরতিদুর্বুদ্ধিস্তমাহুর্ব্রহ্মঘাতকম্ ।।৩।
আশ্রমে বাহলযে বাপি গ্রামেবা নগরেহপিবা। অগ্নিং যঃ প্রক্ষিপেৎ ক্রুদ্ধস্তমাহুর্ব্রহ্মঘাতকম্ ।৪।
গোকুলস্য তৃষার্ত্তস্য জলান্তে বসুধাধিপ। উৎপাদয়তি যোবিঘ্নং তমাহুর্ব্রহ্মঘাতকম্ ।৫।।
যঃ প্রবৃত্তাং শ্রুতিং সম্যক্শাস্ত্রংবামুনিভিঃ কৃতম্। দূষয়ত্যানভিজ্ঞায় তমাহুর্ব্রহ্মঘাতকম্ ।৬।।

---

যুধিষ্ঠিরনা হংজি :— হাংপ তুপ্পানচিংবা হিংসাগী ঈতৌদনা তাইবং মীনা ব্রহ্মহত্যা (ব্রাহ্মণ হাংপ) গী পাপ পুই হায়রবসি করম করম্না ফত্তবা থবক (কুকর্ম) তৌরুবদগীনো। মাসিগী মরমদা মুশা তাকপীংজি ।।১। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায় :— নিংথৌ ! জীবিকা লৈতদ্রবা লায়রথবা ব্রাহ্মণবু ভিক্ষা হাপচগে দান তৌজগে হায়না কৌরগা, ঐ হাপ্পরোই দান তৌররোই হায়দুনা ঈকায় ঈকায় হন্দ্রবদি মীনম্না মীদু ব্রহ্মহত্যা তৌরবনি। ব্রহ্মহত্যাগী প্রায়শ্চিত্ত লৈত্রবা পাপ অদু পুগনি।২।। ভরত নন্দন ! মবুদ্ধি ফত্তবা পাপী অদুনা অমগী অমগী মীচঙ চঙদুনা বাদীশিংগী মরক্তা মধ্যস্থ ওইনা জ্ঞান ত্যাকলীবা অদুগুম্না ব্রাহ্মণগী জীবিকাবু মুপ্লিবা মহাকদু ব্রাহ্মহত্যা তৌবা মীনি ।।৩।। শাউখিবদগী ব্রাহ্মণগী আশ্রমবু য়ুমবু-খুল অমবু মৈ চুদুনা তুম্না থাদোকপা মীদু ব্রহ্মাহত্যাকারী ব্রহ্ম ঘাতকনি ।।৪।। নিংথৌ ! খৌরাংবনা লৈবা ভমদ্রবা শন-শলশিংনা ঈশিং লৈবা মফমদুদা চেনশিল্লরকপদা থিংলিবা. হোই-দোকপিথিবা পাপী অদু ব্রাহ্মঘাতকনি ব্রহ্মহত্যাকারীনি ব্রাহ্মণ হাংপা মীনি ।।৪।। অ্য-পরম পরাদগী চৎনরক্লবা বৈদিক পণ্ডিতশিংগী, ঋষিশিংনা লেংভম্না শাস্ত্রশিংদা খঙগুম-খঙদবগুম দোষ পীরিবা মীদু ব্রাহ্মণ ঘাতকনি। ব্রাহ্মণ হাংপগী প্রায়শ্চিত অমনা কোকপা য়াঙবা পাপ অদু পুগনি ।।৬।।

চক্ষুষা বাপি হীনস্য পঙ্গোর্বাপি জড়স্য চ।
হরেৎ বৈত্তং মূঢ়াত্মা তমাহুর্ব্রহ্ম ঘাতকম্ ॥৭॥
গুরুং কৃত্য হুংকৃত্য অতিক্রম্য চ শাসনম্।
বর্ত্তে যস্তু মূঢ়াত্মা তমাহুর্ব্রহ্মঘাত কম্ ॥৮॥
যাবৎসাল্লোভবেৎ দীনস্তমাশে যস্যতুঃ স্মৃতি।
তৎ সর্বস্বং হরেৎ যোবৈ তমাহুর্ব্রহ্ম ঘাতকম্ ॥৯॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

সর্বেষামপি দানানাং যৎতু দানং বিশিষ্যতে।
অভোজ্যান্নাশ্চ যে বিপ্রাস্তান বদস্ব সুরোত্তম ॥১০॥

শ্রীভগবান্ উবাচ

অন্নমেব প্রশংসন্তি দেবা ব্রহ্মপুরস্সরাঃ।
অন্নেন সদৃশং দানংন ভূতং ন ভবিষ্যতি॥১১॥
অন্নমূতস্করং লোকে হ্যন্নাৎ প্রানণাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ।
অভোজ্যান্নান্ ময়া রাজন্ বক্ষ্যমাণান্ নিধোধমে ॥১২॥

---

মমীৎ ভাওবা, মখোক্ত তেকপা, মরোল থোক্‌বা মীগী মরলবু মুনবিরিবা-হনবা মীদু ব্রাহ্মহত্যাগী পাপ পুই ॥৭॥ মহামূর্খ অম ওইখিবদগী ওঝা গুরুদা "নত্ত-মা" হায়না থোওই উশিত্তবা অথীবা বাহৈনা চৈন্নিবা মীদু ব্রহ্মহত্যাকারীনি। ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ পুই ॥৮॥ মপাদল শোল্লবা-লায়রবা মী খজিক্তং যংজরকপদু মঙ্গুনা লৌবিহনা অরাবা তাংগল্লিবা মীদু ব্রহ্ম ঘাতক-ব্রাহ্মণ হাৎপা মীনি ॥৯॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়:— ভগবন্! কৃষ্ণ! দান পুম্বদগী খাইদগী হেনব অন্ন দানদুবু লৌবদা মতাক চাদবা ব্রাহ্মণশিংদুগী পরিচয় অসি হায়বিয়ু) ॥১০॥ শ্রীভগবান্‌না হায়:— ব্রহ্মাণচিংবা দেবতা পুম্নমক্না অন্ন দানগী মহিমা মাহাত্ম্য অসি শক্না শোন্নরিবনি। অদুনা অন্ন দানগা মান্নবা দানসি অতৈ অমা লৈতে ॥১১॥ অচঞ্চিত্ত জগৎজীব পুম্নমক্কী জীবিকা অমদি থবায় অসি অন্নত্তনা ওইবিবনি। প্রাণ বায়ুনা লৈন্নিবসে অন্নগী (চাঙ্গাক্কী) মথক্নি। নিংথৌ! অদুগুম্বা অন্নদানবু লৌবদা মতীক চাদবা ব্রাহ্মণশিংগী পরিচয় ঐ হায়গে। য়াম্না পুক্নীং চঙনা তাবিয়ু॥১২॥

দীক্ষিতস্য কদর্যস্য ক্রদ্ধস্য নিকৃতস্য চ। অভিশপ্তস্য বানঢ়স্য পাকভেদকরস্য চ ।।১৩।।
চিকিৎসকস্য দুতস্য তথা চোচ্ছিষ্ট ভোজিনঃ। উগ্রান্নং সূতকান্নং চ শূদ্রোচ্ছোষণমেবচ ।১৪।।
দ্বিষদন্নংন ভোক্তব্যং পতিতান্নং চ যচ্ছ্রুতম। তথাচ পিশুনস্যান্নং যজ্ঞবিক্রয়িণস্তথা ।।১৫।।

শৈলুষং তন্তু বায়ান্নং কৃতঘ্নস্যান্নমেব চ।
অম্বষ্ঠকনিষাদানাং রঙ্গাবতরকস্য চ ।।১৬।।
সুবর্ণকর্ত্তৃবৈণস্য শস্ত্রবিক্রয়িণস্তথা।
সূতানাং শৌণ্ডিকানাং চ বৈদ্যস্য রজকস্য চ। ১৭।।
স্ত্রীজিতস্য নৃশংসস্য তথা মাহিষিকস্য চ।
অনির্দ্দশানাং প্রেতানাং গণিকানাং তথৈব চ ।।১৮।।
রাজান্নং তেজ আদত্তে শূদ্রান্নং ব্রহ্মবর্চষম্।
আয়ুঃ সুবর্ণকারান্নং যশশ্চর্ম বিকৃন্তিনঃ ।।১৯।।

---

যজ্ঞদা দীক্ষা ফংগ্রবা মতুংদা, শাথিবা-তুকচবা কর্ম তৌবা, শাউগনবা মরৈ মরা চাউবা, কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমদগী শাপ ফংগ্রবা, লাইগুরুনা ঈস্লোকগ্রবা, নপুংসক ওইবা, ভোজনদা ভেদ থম্বা (অসিনা লায়রবগী অসিনা ঈনাক থুনবগী অসুম হায়না অচা থক্তা থেম্নবা থমগ্রবা) মাইব শাবা, মীগী মবা মপাউ পুদুনা পাউখোল্লোয় ওইবা, মীগী লুখাক চাবা মপা মমানা শেরান্নবা পোকপা বর্ণ সংকর ওইবা (মুকশল ওইবা) মশা শেংদ্রিবৈদা মাংডুনা লৈরিবৈদা লৈবা মীনা পীবা পোৎ চাবা, অদুগুম্বা দ্বিজাতিদা অন্ন দান তৌরোইদবনি। অসিগুম্বা দোষশিং অমত লৈত্রবা ব্রাহ্মণনা হায়বসি য়েংগদবনি ।।১৩-১৪।। অদুগা চৌরোল থারোল যায় তৌবা, যজ্ঞদা ফংলকপা অশেংবা পোৎ অদুবু মমল লৌদুনা অমদা য়োল্লোকপা, জগোই শাবনা জীবিকা ওইবা, ফি শাবা, তৌবিমন থংদবা, শা উচেক হাৎপা শাদানবা, রঙ্গমঞ্চদা নাটক ওইদুনা পৈশা তানবা, সনা শাবা, বীনানচিংবা থোংবনা জীবিকা ওইবা, পাও তানচিংবা খুংলায় য়োনবা য়ুনচিংবা মহী মনায়, ময়াই কাবা পোৎ য়োনবা, থোবী ওইদুনা মীগী ফিরোল শ্র চাম্বনা জীবিকা ওইবা মুপীগী থুদোনবীদা লৈবা, মীগী মীনায়গুম শল ইরোই শেনবা হায়রিবশিং অসিদগী অন্ন দান লৌবা, মখোয়দা অন্ন দান তৌবা হৌনদে। থরনা শৌচগী শিবগী মুম মাওবা তরানি গুজ্রিবা মীগী (ব্রাহ্মণগী) অন্নগী লৌথোক লৌশিন থক তৌরোইদৌবনি। ওঙ্কবী, ব্যভিচারনা পৈশা তানবী বেশ্যাশিংগী অন্ন অদুদা মখোয়দা অন্ন, পীবা-লৌবা থক তৌরোইদবনি ।।১৫-১৮।। নিংথৌগী অন্ন, শূদ্রগী অন্ননা ব্রাহ্মণবু, সনা শাবগী অন্ননা আয়ু (পুনশি) বু, শউনগী থবক তৌবা মীগী অন্ননা মীংচৎপু মাঙহল্লি ।।১৯।।

গনানাং গণিকানাং চ লোকেস্তঃ । পুংশ্চ চিকিৎসকস্যান্নং শুক্রং চ বষলীপতেঃ ।২০।
বিষ্ঠাবাধুষিকস্যান্নং তস্মাৎ তৎপরিবর্জয়েৎ । অমত্যান্নমথৈতেষাং ভুক্ত্বাত্রিাহং চং ক্ষিপেণ ।
সত্যা ভুক্ত্বাবকুৎরাপি প্রাজ্ঞপত্যং চরেৎদ্বিজঃ ।।২ ।।
দানানাং চ ফলং যৎবৈ শৃণ্ পাণ্ডবতত্ত্বতঃ । জলদস্তৃপ্তিমাপ্নোতিসুখমক্ষয্যমন্নদঃ ।।২২।।
দদশ্চ প্রজামৃষ্টাং প্রজাশ্চক্ষুরুত্তমম্ । ভূমিদো ভূমিমাপ্নোতি দীর্ঘমায়ুর্হিরণ্যদঃ ।। ৩ ।
গৃহদোহগ্র্যাণি বেশ্মানি রূপ দো রূপমুত্তমম্ । বাসোদশ্চন্দ্রসালোক্যমশ্বিসালোক্যমশ্বদঃ ।২৪।।
অনড্বুহঃ শ্রিয়ং জুষ্টাংগোদোগোলোমমুতে । যানশয্যাপ্রদাভার্য্যামৈশ্বর্য্যমভয়প্রদঃ ।।২৫।।
ধান্যদঃ শাশ্বতং শৌচ্যং ব্রহ্মদোব্রহ্মসাম্যতাম । সর্বেষামেব দানানাংব্রহ্মদানং বিশিষ্যতে ।।২৬।।

---

করিশুন্না সমূহ (ধর্মদা রাথল, চাকচা কিজেং মাঙ্গনদগী কাংলপ-সম্প্রদায) দা য়াওবা মীগী অন্ন অচগা বেশ্যাগী অন্ন (মখোয়না পীবা চাক য়েক্খা) অসি লোক সমাজনা নিন্দা তৌননীঙ্গায়নি। বৈদ্যগী অন্না ঈনাইগা ওক্রবী বৃষলীগী পতি (মবা) না পীবা অন্ননা বীর্য্যগা চপ মান্নে। শেন্দোই চা চাহুনা শেল থুম লগোনবা মীনা পীবা অন্নগা পী য্ংগা চপ মান্নে। অদুনা মখোয়দা অন্নদান মখোযগী অন্নদান পীথোক পীশিন তৌরোইদবনি ।২০।। অদুগা হৌজিক হায়রিবা মীশকশিংসিদগী অন্নদানবু অদুগা মখোয়দ অন্ন দানবু খংহৌদহুনা তৌগ্রবদি মুমিং হুমনি চপ্পা উপবাস তৌহুনা চরাহেন্দুনা প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি। অচগা দোষশিংসি লৈ হায়না খঙনা-খঙনা তৌরবদি প্রজাপত্য কৌবা ব্রত অদু তৌবা তাই ।।২১।। পাণ্ডুনন্দন! হৌজিক ঐনা অমুক হাবগদৌরিবসি তৌফম থোকপা, যম্ম দাননচিংবগী তোঙান তোঙানবা মহৈশিং অদুগী মরমদনি। জলদান তৌবগীনা তৃপ্তি (ঈপেন্থ পেনবা), অন্নদান তৌবগীনা অমাং অতা লৈতবা সুখ (নুংঙাইবা) ফংজি ।।২২।। তিলদান (থোয়দিংগী দাম) গীনা পুক্লৌং তাবা মচা মশু, দীপদানগীনা মমং মনা ফজবা, দোষ লৈবা, ভূমিদানগীনা ভূমি ফংবা (লৌরী কংথোঙ ফংবা) অদুগা সুবর্ণদানগীনা পুন্নশি শাংবা মহৈশিংসি ফংজি ।২৩।। যুম দান তৌবা গৃহদানগীনা মহৈশা, ফজবা যুম কৈ লেম্না ফংবা, চাঁদীদান (লুপাদান গী তৌবা) য়াঙদা ফজবা শক চু-পূংয়াম ফজবা অসি মহৈ ওইনা ফংজি। বস্ত্রদানগীনা চন্দ্রলোক, অশ্বদান (শগোল দান) গী মহৈনা অশ্বিনী কুমার অনীগী লোক ফংভি ।২৪।। গাড়ীচিংবা য়াবা শন্নাবগী দাননী পুক্লীংনা পামজবা লক্ষ্মী (ধনসম্পত্তি), গোদানগী মহৈনা গোলোক ধামগী নুংঙাইবা, ফমুং কাহুং ফজবা কংপনা ফজবী লোয়নবী নুপী, অভয়দান তৌবগীনা ঐশ্বর্য্য ফংবা মহৈশিং ওই ।২৫।। ধান্য দান তৌবনা লেংদনা লৈরগদবা সুখ, বেদ-বেদ জ্ঞান দান তৌসনা ব্রহ্মদান তৌবগা চপ মান্নবা মহৈহু ফংজি। অহুনা দান পুম্নমকগী অথোইবা দান নি ।।২৬।।

হিরণ্যভূগবাশ্বাজবস্ত্রশয্যাসনাদিষু । যোঽর্চিতঃ প্রতিগৃহ্ণাতি দত্ত্বাপ্যর্চিতমেব চ ।
তাবুভৌ গচ্ছতঃ স্বর্গং নরকং চ বিপর্য্যয়ে ॥২৭॥
অনৃতং ন বদেৎ বিদ্বাংস্তপস্তপ্ত্বা ন বিস্ময়েৎ । নার্ত্তোঽপ্যভিভবেৎ বিপ্রান্নদত্ত্বা পরিকীর্ত্তয়েৎ ॥২৮॥
যজ্ঞোঽনৃতেন ক্ষরতি তপঃ ক্ষরতি বিস্ময়াৎ । আয়ুর্বিপ্রাবমানেন দানং তু পরিকীর্ত্তনাৎ ॥২৯॥
একঃ প্রজায়তে জন্তুরেক এব প্রমীয়তে । একোঽনুভুঙ্‌ক্তে সুকৃতমেকশ্চাপ্নোতি দুষ্কৃতম্ ॥৩০॥
মৃতং শরীরমুৎসৃজ্য কাষ্ঠলোষ্ট্রসমং ক্ষিতৌ । বিমুখা বান্ধবা যান্তি ধর্ম্মস্তমনুবর্ত্ততে ॥৩১॥
অনাগতানি কার্য্যাণি কর্ত্তুং গণয়তে মনঃ । শরীরকং সমুদ্দিশ্য স্মরতে নূনমন্তকঃ ॥ ৩২ ॥
তস্মাৎ ধর্ম্মসহায়স্তু ধর্ম্মং সঞ্চিনুয়াৎ সদা । ধর্ম্মেণ হি সহায়েন তমস্তরতি দুস্তরম্ ॥৩৩॥

---

সনা, লৈপাক (ভূমি) গো (শনী শন্নাও), শগোন, য়াও সামেং, ফিরোল, ফমুং ফাম্নু, ফম্ফম আসন ফম্ফম আসন কজবা, হায়রিবশি মিপী দানবু ঈকায খুমননা হাবাওনা লৌরিবা, অহগা দাতা অহনসু হবাইন, কবিমত পাম্মুদনা পীথোকপা হায়রিবা মীশক অনীমক দাতা-দাতব্য অনীরক) স্বর্গদা অহগা হায়রিবাশিংসিগী ওস ঐতেননা, রাখন ঐফবেংননা তৌরগনা নরকী অরাবা মুংথাইতবহু ফংজি ॥২৭॥ বিদ্বান ওইবা মীশু মীনন্বা ভাউভোইদবনি । তপস্যা তৌহুনা তপস্বী ওইরে নাপল তৌবোইদবনি । অরা অনা তাবরদা ফাওবদা ব্রাহ্মণদা ঐচ থাংবা নিন্দা থক তৌবোইদবনি । দান তৌবা মীহুনা ঐদি দান অহু তৌইদো হায়হনা মশানা মশাবু থাগংচরকপদা তৌরিবা দান ধর্ম ময়ামন্ত উংতা মী হরে । কনিমতা শাস্ত্রে ॥২৮॥ মীনন্বা ভাইনন যজ্ঞগী নাশ, নাপলনা তপস্যাগী নাশ. ব্রাহ্মণদা অপমান তৌরনা আয়ুগী (পুনশিংগী) নাশ, মশানা তৌরা দানবু মশান, নাপল তৌরগনা দান ফলগী নাশ হায়রহু ওই ।২৯। জীব হায়বসি পোক্রকপদা মথন্তা, হকচাং চংখিবদা শিখিবদা মথন্তা. পুণ্য ফংলবসু মথন্তনা, পাপ ফল ফংলবসু মথন্তনা, কনা অমত্ত য়াওরোই ॥৩০॥ মচা মশু শাইগ নাইত মরূপ মপাংশিং জীবনা থাদোক্লগা অশিবা উতুপ তারুম তাররা. হকচাংহবু. হলা য়েংঙমদনা কপশিনন্ত্রা হনখি । জীবহুগী মতুং ইনবিরকপা হায়রবু ধর্মতনি ধর্মতনা জীবহবু. দেহ দেহদা লমজিংবিরকই ॥৩১॥ তাইবং মীওইবগী মন (পুকী) কৌব ইন্দ্রিয়সিনা, মতুংগী তৌরুরদবা থবকশিংহগী হিসাব-কিতাব শই । তৌবা হৌগংলি । অহুবু নহাক্না তৌরিবা শ্রেমলিবা কার্য্যক্রম অহ কাল (মতম) কৌবা মহাক্না লোয় গুনা য়ুনা য়েংহনা খিক খিক নোক্লি । অহুনা আসম্বা কাল কৌবা মাগী মথৌ ধর্মবু মুম্ন রাখল, বিচার তৌহুনা কাল ধর্ম মুঙকা সহায়তা (মতেং) লৌহুনা ক্লান তানা লোথো শৌশিন, পীশোক পীশিন তৌগদবনি । অদুগুম্বা ধর্মবুনা নরককী-সংসারগী অরাবা ইপাকপু লান্থোকপা ঙম্মি ॥৩২-৩৩॥

যেষাংতড়াগানিবহূদকানি সভাশ্চকূপাশ্চশুভাঃ প্রপাশ্চ।
অন্নপ্রদানংমধুরা চ বানী যমস্য নির্বিষয়া ভবন্তি ।।৩৪।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকপর্বনি অনুগীতা পর্বনি দাক্ষিণাত্যসঙ্কমহাভারতে অধ্যায়ৈকঃ সমাপ্যতে।। × ।। × ।।

---

ঈশিং য়ান্না তুংবা, পুখ্রীবু কহাবু অহুগা অকোয়নবা পুখ্রী হৈকোল লৈকোয়া থন্ন লৈব ধর্মশালাবু শাহনা যাত্রিকশিংদা সদাব্রত-অন্নদান তৌরিবা, অথোংপা বাহৈ বাঙ্গাঙনা পেনহল্লিবা অহুগা ধর্মদাতা মতোপদা যমরাজনা যমদূতশিংনা খুং থিংজিনবা ঙমদে।৩৪।।

মফম অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চাননা শ্রীব্যাসনা লেৎবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা দাক্ষিণাত্যরোমদা ফংবা মহাভারতকী মতাং লোইরে। × । × । × ।

---

( ধর্ম অমদি শৌচগী লক্ষণ, সন্ন্যাসী অতিথিবু সংকার তৌবগী পাউতাক মওং।
শিষ্টাচার দানপাত্র ব্রাহ্মণগীপ্রশংসা, অন্নদানগী প্রশংসা )

—:( 0 ):—

যুধিষ্ঠির উবাচ

অনেকান্তং বহুদ্বারং ধর্মমাহুর্মনীষিণঃ। কিংলক্ষণোঽসৌ ভবতি তন্মেব্রূহি জনার্দন ।।১।

শ্রীভগবানুবাচ

শৃণু রাজন্ সমাসেন ধর্মশৌচবিধিক্রমম্। অহিংসা শৌচমক্রোধমানৃশংস্যং দমঃ শমঃ।
আর্জবং চৈব রাজেন্দ্র নিশ্চিতং ধর্মলক্ষণম্ ।।২।।
ব্রহ্মচর্যং তপঃ ক্ষান্তির্মধুমাংসস্য বর্জনম্। মার্য্যাদায়াং স্থিতিশ্চৈবশমঃ শৌচস্যলক্ষণম্ ।।৩
বাল্যে বিদ্যাং নিষেবেত যৌবনে দারসংগ্রহম্। বার্ধকে মৌনমাতিষ্ঠেৎ সর্বদা ধর্মমাচরেৎ ।৪।

---

যুধিষ্ঠীরনা হংঙি :— জনার্দন। জ্ঞানী মহর্ষিশিংনা ধর্মগী থোঙশিং অসি মওং তোঙান তোঙাক্না কৎলি হায়। অদুনা থাক্লশেংনা ধর্ম হায়বসিগী লক্ষণ অসি করি করিনো? মাং হায়বিয়ু ।১।।
শ্রীভগবান্‌না হায় :— নিংথৌ। ধর্ম অদুগা শৌচ (অশেংবা) হায়বদুগা অনীগী সম্বন্ধ অসি মুন্না তাও। নিংথৌ! অহিংসা শৌচ অক্রোধ (শাওদবা) তমথিবা-ফুংশিহৈতবা থাদোকপা, ঈংথবা তপথবা. ঈচম চম্না সৌথুপ লৌকোই লৈতবা হায়রিবশিং ধর্মগী থোংশিংগী মমিং মকুনি। ধর্মগী লক্ষণ মও' মতৌ হায়বদু মথোয়সিনি ।।২।। ব্রহ্মচর্য্য, তপস্যা, ক্ষমা (ভাকপি চৈব) মধু মাংস থাদোকপা, ধর্মগী মানমর্য্যাদাবু ঙাকপা, পৃথীংবু ফত্তবা রাথনদগী ফাজিনবা, মথোয়সিনা শৌবা (পবিত্রতা) গী থোঙ লক্ষণমক ওই ।।৩।। ভাইনং মীনা তৌগদবা হায়রবু :— অঙাং ওইরিঙৈগী অবস্থাদা বিদ্যাভ্যাস, পাথং ফারবপা মতমদা বিবাহ তৌবা, অহল ওইরকলবদা মুনিগী বুত্তিদা লৈবা অসিনি। হায়রিবা অবস্থাশিং অসিদা মথক্তা হায়খ্রিবা অহিংসানচিংবা ধর্মগী আচরণ মন্নামন্নদি অমত্তু বাংতনা তৌদনা লৈগদবনি। অদনা ধর্মগী আচরণ তৌবদা অঙাংগী অবস্থা পাথংগী অবস্থা, বৃদ্ধাবস্থা (অহল ওইবগী অবস্থা) হায়বা লৈতে। অবস্থা খুদিংমক্তা ধর্মবুদ্ধি থাদোকপা ঈয়া য়াদে।৪।।

ব্রাহ্মণান্ নাবমন্যেত গুরূন্ পরিবদেন্ন চ। যতীনামক্কুলঃ স্যাদেষ ধর্মঃ সনাতন ॥৫॥

যতিগুরুর্দ্বিজাতীনাং বর্ণানাং ব্রাহ্মণোগুরুঃ। পতিরেবগুরুঃ স্ত্রীণাং সর্বেষাং পার্থিবোগুরুঃ ॥৬॥

একদণ্ডী ত্রিদণ্ডীবা শিখীবা মুণ্ডিতোপিবা। কাষায়দণ্ডধারোহপি যতি পূজ্যোনন শয়ঃ ॥৭॥

তস্মাত্তু যত্নতঃ পূজ্যা মদ্ভক্তা মৎপরায়নাঃ। ময়িসন্যস্তকর্মাণঃ পরব্রহ্মৈককাঙ্ক্ষিভিঃ ॥৮॥

প্রহরেন্ন দ্বিজান বিপ্রো গাং ন হন্যাৎ কদাচন। ভ্রূণহত্যাসমং চৈব উভয়ং যো নিষেবতে ॥৯॥

নাগ্নিং মুখেনোপধমেন্ন চ পাদৌ প্রতাপয়েৎ নাধঃ কুর্যাৎ কদাচিৎ তুন পৃষ্ঠং পরিতাপয়েৎ ॥১০॥

শ্বচণ্ডালাদিভিঃ স্পৃষ্টো নাঙ্গমগ্নৌ প্রতাপয়েৎ সর্বদেবময়ো বহ্নিস্তস্মাৎ স্নাসংস্পর্শেৎ ॥১১॥

প্রোপ্তমূত্র পুরীষস্তুন স্পৃশেৎ বহ্নিমাত্মবান। যবং তু ধারয়েৎ বেগং তাবদপ্রযতো ভবেৎ ॥১২॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

কীদৃশা সাধবো বিপ্রাস্তেভ্যো দত্ত মহাফলম্। কীদৃশেভ্যো হিদাতব্যং তন্মে ব্রূহি জনার্দন ॥১৩॥

---

ব্রাহ্মণশিংগী অপমান তৌদবা, গুরুজনগী নিন্দা তৌদবা, মুনিসাধু মহাত্মাশিংগা লোয়নহনা বাবী বাতাই শাহনা অহুম লৈগদবনি ॥৫॥ ব্রাহ্মণশিংগী গুরুনা সন্ন্যাসীনি। বর্ণ পুম্নমক্কী গুরুনা ব্রাহ্মণনি। নুপী মচা পাম্নবীশিংগী গুরুনা পতি (মপুরোয়বা) নি। হায়রিবশিংদি বাবক বাতেম তৌবা গুরুনা নিংথৌনি ॥৬॥ সন্ন্যাসীদি দণ্ড অমত পাযবা, ওইরবসু, ত্রিদণ্ডী ওইরবস, জটাধারী ওইরবসু মরু কোক্রবসু, লেক্করা ফীবোন শেংলবসু, অণাগুবা, নাপু মচু মানবা শেংলবসু লুনা কিনা স্বাগত সংকার অহুম তৌগদবনি হায়রবদি, ধর্মগী আচরণ তৌবা শেংলি চারিবক্তগা কবিমত মরম লৈনদে ॥৭॥ মরম অদুনা, ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মঙ্গল ওইবা পাম্বনা কৃষ্ণ ঐগোন্দা (আম্মাদা) কর্ম পুম্নমক থাজোকনা সন্ন্যাস তৌদুনা শিন্নহনা ঐগোন্তদা (আধ্যাত্মিক জ্ঞানতদা) আশ্রয় লৌদুনা লৈগদবনি। কৃষ্ণ ঐগোন্দা থাজবা, ভক্তিশ্রদ্ধা থম্না ভক্তশিংবু স্বাগত সংকার তৌগদবনি ॥৮॥ ব্রাহ্মণদা শন্দা যুবা কৈবক্ক থক তৌরোইদবনি। ব্রাহ্মণদা শন্দা হিংসা তৌরবদি ভ্রূণহত্যাগী পাপ পুগনি। অদুনা ধর্মগী মতম পুম্নমক্তা অহিংসা হায়রবসিনা খাইদগী মকোক্তা থম্মি ॥৯। মৈবু চুংশাশোরনা কামহনা মুথৎকদবা নত্তে। থোঙবু মৈরোমদা ওনশিনদুনা তীকলোইদবনি। মৈবু থোঙহনা থক মুথৎহন্দে। মৈ (অগ্নিদেব) হায়বসি। দেবতা পুম্নমক্কী অমত ওইবা মশক্নি। অদুনা, হকচাং পুম্বা শোদোক্লগা মৈবু শোকদবনি, তীকদবনি ॥১০॥ হুইনা থেংথবা, চাণ্ডালনা শনুক্লনা শোকখবদি শেংবদি শেং-লোকক্লি ফাওবা মৈদা পাম্বা হৌনদে ॥১১॥ মপাল ঈপাল থোক্লবগী, থোঙ হান্নবগী মপুং ফানা লোংলোকক্লি মৈগী অগ্নিদা শোকলোইদবনি ॥১২॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় :— জনার্দন। মওোন্দা দান তৌবদা খাইদগী ফেনবা মহৈ ফংকসি কয়ম করম্বা ব্রাহ্মণনো? অদুগা করম্বা মওংদা বাখন্দা দান তৌগদগে? মাহু তাকপিয়ু ॥১৩॥

শ্রীভগবানুবাচ

অক্রোধনাঃ সত্যপরা ধর্মনিত্যা জিতেন্দ্রিয়াঃ ।
তাদৃশাঃ সাধবো বিপ্রাস্তেভ্যো দত্তং মহাফলম্ ॥১৪॥
অমানিনঃ সর্বসহা দৃষ্টার্থা বিজিতেন্দ্রিয়াঃ ।
সর্বভূতহিতা মৈত্রাস্তেভ্যো দত্তং মহাফলম্ ॥১৫॥
অলুব্ধাঃ শুচয়ো বৈদ্যা হ্রীমন্তঃ সত্যবাদিনঃ । স্বকর্মনিরতা যে তু তেভ্যো দত্তং মহাফলম্ ॥১৬॥
সাঙ্গাংশ্চ চতুরো বেদান্ যোঽধীয়েত দিনে দিনে । শূদ্রান্নং যস্য নো দেহে তৎপাত্রমৃষয়ো বিদুঃ ॥১৭॥
প্রজ্ঞাশ্রুতাভ্যাং বৃত্তেন শীলেন চ সমন্বিতঃ । তারয়েৎ তৎকুলং সর্বমেকোঽপীহ যুধিষ্ঠির ॥১৮॥
গামশ্বমন্নং বিত্তং বা তদ্বিধে প্রতিপাদয়েৎ । নিশম্য তু গুণোপেতং ব্রাহ্মণং সাধুসম্মতম্ ।
দূরাদাহৃত্য সংকৃত্য তং প্রযত্নেন পূজয়েৎ ॥১৯॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

ধর্মাধর্মবিধিস্ত্বেবং ভীষ্মেণ সম্প্রভাষিতম্ । ভীষ্মবাক্যাৎ সারভূতং বদ ধর্মং সুরেশ্বর ॥২০॥

---

শ্রীভগবাননা হায়ঃ— নিংথৌ ! শাউবা হৈত্তবা, অচুম্বা ঙাংবা, ধর্ম কর্মগী অনুষ্ঠানদা পুক্নীং চঙবা, ইন্দ্রিয় থুংহম চনবা, মখোয়তু শ্রেষ্ঠ ব্রাহ্মণনি। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তৌগদবনি ।১৪॥ মশাদা থোয়বা নাপঙ্গ য়াওদবা, অরাব পুম্বা খাংহৈবা, শাস্ত্রগী মন্ত্র যন্ত্রগী অর্থম্ তম্বগা লোয়নবা খঙবা, জীব পুন্দিংমকপু শুংশিবা মী পুম্বা জাতি বিজাতি থাম্বদনা মৈত্রীভাব থম্বা, মস্তপ ওইনা লোয়নবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তৌবগী মহৈদো ওম্বোক্লা চাউখ্রে ॥১৫॥ মশাদা অপাম্বা মীহৌবা লৈতবা, থম্মোয় চকচাং পুমশেং শেংবা, বিদ্বান জ্ঞানী ওইবা, অশেং অমাং য়াম্না খায়বা অচুম্বা ঙাওবা, সত্যবাদী ওইবা, মশাগী ব্রাহ্মণগী মথৌদা পুক্নীং চঙবা, অদুগুম্বা দান তৌবগী মহৈসি ওম্বোক্লা চাউখ্রে ॥১৬॥ মুমিং খুদিংগী বেদ অধ্যয়ন তৌবা নৈনবা, বেদগী অঙ্গ তরুকী জ্ঞান লৈবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তৌবগী মহৈসি ওম্বোক্লা চাউখ্রে ॥১৭॥ যুধিষ্ঠির ! লমচৎ ব্যবহার কব্বা, শকশি থাশি নাইবা, পুক্নীং তম্না ব্রাহ্মণদা তৌবা দানগী মহৈসি ওম্বোক্লা চাউখ্রে । ১৮॥ অসিগুম্বা গুণশিংসি লৈবা ব্রাহ্মণদা শল, ইরোই, শগোল, অন্ন (অচাথক) লম্বম দান তৌগদবনি। সৎপুরুষশিংনা সম্মান তৌবা, মগুণ লৈবা ব্রাহ্মণ তারবদি অরাপ্পদগী ওইরবসু মাবু কৌকহুনা, হায়জকহুনা পূজা তৌগদবনি । ১৯ । যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— দেবেশ্বর ! ধর্ম-অধর্মগী মরমদা ঈবুংগো ভীষ্মনা শন্দোক্লা তাকপিরম্মি। তাকপিখ্রিবাশিংদুগী মচি ওইবা থরদং শম্না তাকপিয়ু ॥২০॥

শ্রীভগবানুবাচ

অন্নেন ধার্যতে সর্বং জগদেতচ্চরাচরম্ । অন্নাৎপ্রভবতি প্রাণঃ প্রত্যক্ষং নাস্তি সংশয়ঃ ।।২১।।
কলত্রং পীড়য়িত্বা তু দেশে কালে চ শক্তিতঃ । দাতব্যং ভিক্ষবে চান্নং আত্মনো ভূতিমিচ্ছতা ।।২২।
বিপ্রমধ্বপরিশ্রান্তং বালং বৃদ্ধমথাপি বা । অর্চয়েদতিথিং প্রীতঃ পরতঃ হিতভূতয়ে ।।২৩।।
অতিথিং নাবমন্যেত নানৃতাং গিরমীরয়েৎ । ন পৃচ্ছেৎ গোত্রচরণং নাধীতং বা কদাচন ।২৫।
চণ্ডালো বা শ্বপাকো বা কালে যঃ কশ্চিদাগতঃ অন্নেন পূজনীয়ঃ স্যাৎ পরত্র হিতমিচ্ছতা । ২৬।
পিধায় তু গৃহদ্বারং ভুঙক্তে যোহন্নং প্রহৃষ্টবান । স্বর্গদ্বারাপিধানং বৈ কৃতং তেন যুধিষ্ঠির ২৭।
পিতৄন দেবানৃষীন্ বিপ্রানতিথীংশ্চ নিরাশ্রয়ান্ । যো নরঃ প্রীণয়ত্যন্নৈস্তস্য পুণ্যফলং মহৎ । ২৮ ।

কৃত্বা তু পাপং বাহুশো যোদদ্যাদন্নমর্থিনে ।
ব্রাহ্মণায় বিশেষেণ সর্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ।।২৯।।

---

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায় :— নিংথৌ অচচ্চত জীব পুম্নমকসে অন্নগী মথক্তা, অন্ননা আধার (তুংনফম) ওইদুনা লৈরিবনি। প্রাণগী উংপত্তি (পোকপা) সে অন্নদগীনি। হায়রিবসে প্রত্যক্ষনি করিমত চিংনফম লৈত্রবনি ।।১ ।। মরম অদুনা চন্দকী অদুগা হয়েংমক্কী মপোক্তা মঙ্গল ওইনা য়াইফনা লৈনিংবনা, মুপীদা অত্তাংদা বাস্থ বানা, মবুক থন্দনা তোকহল্লবদ্ম মথোয়গী শক্তগী থর থরদং থাকহৌ লৌহৌরগা অতিথি, চাকনীবদা পীজগদবনি ।।২২।। অত্তাংবু-ওইরবস্থ, অহনবু ওইরবস্থ লন্থী চংপদা বারবা চোকথরবা মীনা থোঙ্গালদা লেপ্লববদি গৃহস্থগী ধর্ম তত্ত্ব মুং থওবা মীনা লাক্লিবশিংগুবু শুকমক্লি হায়না খল্লুনা সংকার তৌগদবনি। মশামক চাদনা পীজথোক্কদবনি ।।২৩।। পরলোকতা হয়েংমক্কী মপোক্তা মঙ্গল ওইনা লৈরুননবগীদমক্তা অশাউবা পুম্বা থাদোক্নুনা হুবাউ হরাউনা মায়থোং মপা য়াম্বা অতিথিশিংবু সেবা পূজা তৌগদবনি ।।২৪।। মতম চাব চাদবা য়েংদনা হেক লাকপা অতিথিব থৌওই-উংশিন্তুবা তৌদনা, করি লমদগীনো, করি গোত্রনো করি জাংনো অসিনচিংবা হিহং হংবিক্কদনা দান তৌগদবনি ।।২৫।। চায়মদাই মতমদা চাগে তৌরকপদা চাণ্ডাল থওদে, মহা চাণ্ডাল শূদ্র থওদে, যুম অদুদা লাকপা উবদা পরলোকতা মঙ্গ ওইবা পাম্বশিংনা ফুক হৌগদুনা অন্ন দান তৌগদবনি ।২৬।
যুধিষ্ঠির ! কনাগুম্বা নিবা লাকপ তারে হায়দুনা কিবদগী থোঙ ক্রোক লোঙ্খিন্দুনা, নীংথাইদনা মথস্ত ফমদুনা চাম্বদি মুহাকনা থিংলিবা থোঙ অদু স্বর্গ কাননবগী স্বর্গগী থোঙ মশানা থিংজিল্লবনি ।।২৭।। দেবতাশিং, পিতৃশিং, ঋষিশিং, ব্রাহ্মণশিংবু অদুগা অতিথি হায়রবা চাকনিবব অন্নদান্নমী মহাক অদুনা ফংবা দানগী মহৈ অদু ওন্থোক্লা চাউত্রে। মহাপুণ্য ফল ফংগনি ।।২৮।। অদুগুম্বা মী অদুনা মহাকী মপুনশিদা তৌখিবা পাপ কর্মশিং ব্রাহ্মণ অতিথিদা হয়াউনা অন্নদান হেক তৌবদা পুমকোক হেক কোকই ।।২৯।।

অন্নদ প্রাণদো লোকে প্রাণদ সর্বদো ভবেৎ। তস্মাদন্নং বিশেষেণ দাতব্যংভূতিমিচ্ছতা। ৩০ ॥
অন্নং হ্যমৃতমিত্যাহুরন্নং প্রজননংস্মৃতম্। অন্নপ্রণাশে সীদন্তি শরীরে পুরুষাভবঃ। ৩১॥
বলংবলবতোনশ্যেদন্নহীনস্য দেহিনঃ। অস্মাদন্নং বিশেষেণ শ্রদ্ধয়া শ্রদ্ধয়াপি। ৩২॥
আদাত্তহ্রিরস সর্বমাদিত্যঃ স্বগভস্তিভিঃ। বায়ুস্তস্মাৎসমাদায় রসং মেঘেষু ধারয়েৎ। ৩৩॥

তৎ তু মেঘগ তংভূমৌ শক্রো বর্ষতি তাদৃশম্।
তেনাদিগ্ধা ভবেৎ দেবী মহী প্রীতা চ ভারত ॥৩৪।
তস্যাং সস্যানি রোহন্তি যৈর্জীবন্ত্যখিলাঃ প্রজাঃ।
মাংসমেদোহস্থিমজ্জানাংসম্ভবস্তেভ্য এব চ ॥৩৫।

ইতি শ্রীমহাভরতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমোধকপর্বনি অনুগীতাপর্বনি দাক্ষিণাত্যে মহাভারতে একাধ্যায়ঃ পরিসমাপ্যতে ॥ × ॥ × ॥ × ॥

---

অন্নদান তৌরিবদো, চুমগী দান নাত্তে, প্রাণদাননি। অহগুম্বা প্রানদাতা অদু মহাক্রা তৌথিদবা দান অমত লৈত্রে হায়বা য়াই। অদুনা, অতৈদানদগী হেনবা অন্ন দানবু বিশেষ ওইনা তৌগদবনি। অন্নবু অমৃত নি হায়রৈ। মচা মশাবু পোকহল্লিবা অসি অন্নতননি। অন্ন হায়বসি লৈত্রবদি হকচাংদা লৈবা ধাতু মঙা অসি লৈবা যাদে ॥৩০ ৩১॥ বলবান ওইবা, মপাঙ্গল কনবা মীবু অন্ন হেক য়াওদবদা চাদবদা বলহীন ওই মপাঙ্গল শোন্থরকই। অতৈ দাননা প্রাণ পীবা ঙমদে। অন্নদানতনা প্রাণদান হায়বহ ওই। মরম অদুনা অতৈ দান তৌবা ঙমত্রবস্থ অন্নদানতদি মতৌরগদবনি। ৩২॥ নুমিৎনা মাগী মঙাগ্না পৃথিবীদগী রস পুম্নমক চিংখৎলগা নোংদা (মেঘদা) হাপচিল্লি ॥৩৩॥ পাণ্ডুনন্দন! হাপচিল্লিবা রসশিংদু ইন্দ্রনা অমুক পৃথীথক্তা থাদরকই। শিন্থহল্লকই মাতুদা পৃথ্বীমাতাসি ঈপেজ পেল্লি ॥৩৪॥ বর্ষণ তৌরকপা শিন্থ থাদরকপা (বর্ষা) অদুনা অন্নগী পাম্বীশিংগী মরুশিংদু পোথাযুদুনা মযোল চোংঙি। চোংলক্লিবা মরোলশিংদুনা শান্দোং ফারক্কনা জীব পুম্নগী জীবন-জীবিকা ওং। হকচাংদা লৈরিবা ঈ-নাই লুতোং শরু ভাক্তশিংসি অন্ন কৌবা মহাক্রা থোকহনবনি, পোকপিবনি ॥৩৫।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পার্বদা অনুগীতা পর্বদা দাক্ষিণাত্যরোমদা ফংবা মহাভারতকী অধ্যায় অমা লোইরে। × । × । × ।

গাবো মে মাতরঃ সর্বাঃ পিতরশ্চৈব গোবৃষাঃ ।
গ্রাসমুষ্টিং ময়া দত্তং প্রতিগৃহ্ণন্তু মাতরঃ ॥২৬॥
ইত্যুচ্চারণেন মন্ত্রেণ গায়ত্র্যা বা সমাহিতঃ ।
অভিমন্ত্র্য গ্রাসমুষ্টিং তস্য পুণ্যফলং শৃণু ॥২৭॥
যৎ কৃতং দুষ্কৃতং তেন জ্ঞানতোঽজ্ঞানতোঽপি বা ।
তস্য নশ্যতি তৎসর্বং দুঃস্বপ্নং চ বিনশ্যতি ॥২৮॥
তিলাঃ পবিত্রা পাপঘ্না নারায়ণ সমুদ্ভবাঃ ।
তিলাঃ শ্রাদ্ধে প্রশংসন্তি দানং চৈদমনুত্তমম্ ॥২৯॥
তিলান্ দদ্যাৎ তিলান্ ভক্ষ্যাৎ তিলান্ প্রাতরুপস্পৃশেৎ ।
তিলাঃ তিলমিতি ব্রূয়াৎ তিলাঃ পাপহরা হি তে ।৩০।
তিলান্ ন পীড়য়েৎ বিপ্রো যন্ত্রচক্রেণ যত্নতঃ ।
পীড়য়ন্ হি দ্বিজো মোহান্নরকং যাতি রৌরবম্ ॥৩১॥

---

শক্তিক খুদাপ অমত্তং ঙনাবিরমদা দা অহুম্না হায়গদবনি :— "ঈমা ! ধেনু ! নহাক্কি সংসারগী মাতা পুন্নমকাগু মমানি ! লৌবিয়ুকো ঈমা ! নচাবু চানাবিয়ুকো !" অসুমনা হায়গদবনি ।২৬॥ হায়রিবা মন্ত্রার্থ অসি নঙ্গগা গায়ত্রী মন্ত্র শোন্দুনা পুক্নাং অনী লোঙদনা গোমাতাগী সেবা পূজা তৌগদবান । ঐনা ব্রজ বৃন্দাবনদা লোরৈগে শম্বাবু শেন্নজখিবহু মসিগী সরানসে কায়থিদে। সেবা অসিগী মহৈহু তাও ॥২৭॥ মশানা খঙনা খঙনা তৌখবা পাপ কর্ম অহুগা খঙহৌদনা তৌখবা পাপ পুন্নমক শক্তীক খুদাপ অমতনা অহুম কোকখ্রে । মঙ হা চাইবা, দুঃস্বপ্নগী দোষ পুম্বা কোকই ॥২৮॥ তিল (থোয়দিং) হায়বসি সাক্ষৎ শ্রীনারায়নদগী পোকাখবনি । অঙ্গ-ময়াম পোকর্ত্রিভৈগী মমাঙদা নারায়নদগী পোকখিবসি তিল (থোয়দিং) নি । অহুনা শ্রাদ্ধ কর্ম নচিংবদা থোয়দিং য়াওদবা য়াদে । মসিগী তত্ত্বশু লৈখ্রি ॥২৯॥ তিল দান তৌরগা তিল ভক্ষণ চাবা তৌগদবনি প্রাতঃ কালদা ঈশিংদা থোইদিং মক্ল অমনী চাইরগা স্নান তৌগদবনি। তিল দাননি। অহুনা তিল দানগী মহৈদি য়াম্না চাউবনি। তত্ত্বদি বিজ্ঞানগী দৃষ্টিদা হায়রবদু লৈপাক্কুগী হৌরকপা পাম্বীশংগী মখুংদা মহৈদা মরেক মহাও (অনপ্পা-স্নেহ) পুহুনা পোক্লকপসি তিল (থোয়দিং) তনি তিলদগী তৈল (থাউ) হায়বহু ওইবনি। সংসারগী পিতৃ স্নেহ মাতৃ স্নেহচিংবদা স্নেহ অমা পোকখিবসি তিলদগীনি ॥৩০॥ নিংথৌ ! ব্রাহ্মণ মশানা থাউ শুম্না চাকা (চক্রী-কোল্হু) দা থাউ শুবা হৌনদে। মাহ্ন তৌরবদি নরক তাই ॥৩১॥

ইক্ষুবংশোদ্ভবঃ সোমঃ সোমবংশোদ্ভবা দ্বিজাঃ। তস্মান্ন পীড়য়েদিক্ষুং যজ্ঞচক্রে দ্বিজোত্তমঃ ।।৩২।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতাপর্বণি দাক্ষিণাত্যলব্ধমহাভারতে অধ্যায়ৈকঃ সমাপ্যতে।। × ।। × ।।

---

যুধিষ্ঠীর। চন্দ্রমা হায়বসি ইক্ষু (চু) গী বংশদা পোকপনি। অদুনা ব্রাহ্মণ হায়বসি চন্দ্রবংশনি। সূর্য্যবংশদগী নত্তে। অদুনা ব্রাহ্মণনা থাক্তিশুম্না য়াদে। হায়রিবসি মশাগী বংশবু নৈহৎপগী দোষ লৈ হায়বনি।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক চিদিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা দাক্ষিনাত্যরোমদা ফংবা মহাভারতকী অধ্যায় অমা লোইরে। × । × । × ।

---

( আপদ্ধর্ম, থাগৎনিংঙাই ওইবা নিন্দা তৌনিংঙাই ওইবা ব্রাহ্মণগী বিবরণ। শ্রাদ্ধগী খুাইদগী ফবা মতম্। মানবধর্মগী মচি ওইবা অসিনচিংবা তাকপা )

---

যুধিষ্ঠীর উবাচ

সমুচ্চয়ং চ ধর্মাণাং ভোজ্যাভোজ্যং তথৈব চ। শ্রুতং ময়া ত্বৎপ্রসাদাদাপদ্ধর্মং বদস্ব মে ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচ

দুর্ভিক্ষে রাষ্ট্রসম্বাধে হ্যাশৌচে মৃতসূতকে। ধর্মকালেষু ধবনি তথা নিয়মো যেনলুপ্যতে ॥২॥
দূরাধ্বগমনাৎখিন্নো দ্বিজালাভেঽথশূদ্রতঃ। অকৃতান্নংতুযৎকিঞ্চিৎ গৃহ্ণীয়াদাত্মবৃত্তয়ে ॥৩।
আতুরো দুঃখিতো বাপি তথার্তোঽথবা বুভুক্ষিতঃ। ভুঞ্জন্নবিধিনা বিপ্রঃ প্রায়শ্চিত্তীয়তে ন চ ॥৪।
অষ্টৌ তান্যব্রতঘ্নানি আপোমূলংঘৃতং পয়ঃ। হবির্ব্রাহ্মণকাম্যা চ গুরোর্বচনমৌষধম্ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ ভগবন ! বাসুদেব ! নহাকী কৃপাদগী ধর্ম পুম্নমক্কী তত্ত্ব, ভোজন (চাবা) গী তত্ত্ব, চাবা য়াবা য়াদবা, অন্ন (চীঞাক) কী, অকুপ্পা অথুপ্পা পুম্নমক তাজরে। হৌজিক ঐনা অমুক তাক্কনীংবদি আপদ্ধর্মগী মরমদনি ॥১॥ শ্রীভগবাননা হায় :— নিংথৌ ! লৈপাক্তা দুর্ভিক্ষ (চাক তাবা) তাররুবা, লৈপাক্তা করিগুম্বা দুর্ঘটনা অরাবা লৈপাক কায়বনচিংবা থোদোক অমা থোরকনবা, পোকপা শিবগী অশৌচ অবস্থা অমা তাররুবা, মুংশা য়াম্না শাবদা চংপা তাররুবা, অসিগুম্বা মতমদা ধর্মগী নিয়ম ব্রতনচিংবদা বিধি কায়দনা, তৌরকত্রবা, লম্বী লাম্না চংলকপগী হকচাংদা অরাবা চৈনা-চোকথবনচিংবা লাকপা মতমদা, ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্যগী য়ুম চঙজক্ষম ফাও ফংঙকত্রবা অদুগুম্বা মতমদা শূদ্রগীদগী করিগুম্বা অচাপোৎ অমনচিংবদু চারুবদা দোষ থোইনা লৈতে ॥২-৩॥ মশাদা অায়না লৈরবা, অরাবা দশা অমা তাররুবা, থোঙ খুৎ হাক্লনবগী ঈশিং ফংঙকত্রবদা, স্নাননচিংবা ঈতৌ তৌদনা চাক থক্রবগী প্রায়শ্চিত্ত থোইদোকপা লৈতে। দোষনি হায়না লৌররোই ॥৪॥ ব্রতগী নিয়ম অমা তৌরিঙৈ মতমদা, ঈশিং, উরু, বারু, ঘী, শঙ্গোম, হবি, ব্রাহ্মণগী অনীংবা অমা থুংহনখিবা, গুরুগী য়াথং তাকপদা তৌদবা য়ারবা, চাদবা য়াদবা অদুগা হীদাক চাবা হায়রবা নিপাল আস সেবন তৌদা ব্রতকায়রবা থুগায়রবা ব্রত ভঙ্গ হায়বদু ওইদ্রে হায়রবা য়াদে ॥৫॥

অশক্তো বিধিবৎ কর্ত্তুংপ্রায়শ্চিত্তানি যোনরঃ। বিদুষাং বচনেনাপি দানেনাপি বিশুধ্যতি ।৬।।
ব্রতুতো বৃত্তুকালেবা দিবারাত্রৌ তথাপিবা। কোবিতস্তু স্ত্রিয়ং গচ্ছেৎ প্রায়শ্চিত্তী যথে নচ ।৭।।

যুধিষ্ঠির উবাচ

প্রশস্তাঃ কীদৃশা বিপ্রা নিন্দ্যাশ্চাপিসুরেশ্বর। অষ্টকাশ্রাদ্ধকঃ কালস্তস্মে কথয়সুব্রত ।।৮।।

শ্রীভগবানুবাচ

কুলীনঃ কর্ম্মকৃৎবৈদ্যস্তথাচাপ্যানৃশংস্যবান। হ্রীমানৃজুঃ সত্যবাদী পাত্রাঃ সর্ব্ব হ্যমীদ্বিজাঃ ।।৯।
এতে চাগ্রাসনস্থাস্তে ভুঞ্জানাঃ প্রথম দ্বিজাঃ। তস্মাং পংক্ত্যা তু যেচান্যে তান্‌পুনস্ত্যেবদর্শনাৎ ।১০।
মদ্ভক্তা যে দ্বিজশ্রেষ্ঠা মদ্গতা মৎপরায়নাঃ। তান্‌ পঙক্তিপাবনান্‌বিদ্ধি পূজ্যাংশ্চৈবিশেষতঃ ।১১।।
নিন্দ্যাশ্চশৃণু দ্বিজান রাজন্নপিবা বেদপারগান্‌। ব্রাহ্মণ চ্ছদ্মনা লোকে চরন্তঃ পাপকারিণঃ ।১২।।

---

বিধি কাযদনা প্রায়শ্চিত্ত তৌননবগী শক্তি সমাপ্রী ফাও লৈত্রবদি ব্রাহ্মণ লৈকবা খজিত্তনা কনাগুম্বা অমনা ফরে-অহু মতাম্মরে হায়না য়াবিরবদি দান তৌরগা অতুম শেংলে। প্রায়শ্চিত্ত তৌদ্রবস্থ য়াবে ।।৬।। পরদেশ-বিদেশদা লৈরুবা নিপানা, মতম, খরগীদমক য়ুমদা লাকপদা ঋতুগী মতমদা নত্রগা ঋতু পালনগী মতম নত্রবস্থু অহিংদা ওইরবস্থ মুংথিন্দা ওইরবস্থ মহাক্কী মুপীগা তিম্ন থোংনবদা প্রায়শ্চিত্ত তৌরবস্থ য়াই ।।৭।। যুধিষ্ঠীরনা হায়ঃ—নাংথিবা ব্রতবু তাকচৈবা কৃষ্ণ! করম্বা ব্রাহ্মণবু থাগংকম থোকপগে? করম্বা ব্রাহ্মণবু নিন্দা তৌকম থোকপগে? অষ্টকা হায়বা শ্রাদ্ধতুগী মতম্না কদিনো? তাকপিয়ু ।।৮।। শ্রীভগবাননা হায়ঃ— নিংথৌ! শোইনাইদবা অশেংবা শাগৈ য়ুম্নাক্তা পোকপা, শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মবু অনুষ্ঠান তৌতুনতা লৈবা, বিদ্বান (জানী) ওইবা, থৌজাল টৈবা, শ্রী(সম্পত্তি-লক্ষ্মী) না তিনবা, ঔচম-চম্বা (পুকচেল তিংবা-থোম্নদবা) সত্যবাদী (অচুম্বভ ওঙবা) অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদো মতীক চাবা, থাগংনীতায় ওইবা, ব্রাহ্মণত ব্রাহ্মণ অশেংবা ।।৯।। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুতনা ভোজন (চাবা গী পঙক্তিগী শুাইগী মকোক্তা ফম্বগী অধিকার লৈ)। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণনা মকোক ফমদুনা লৈবস্থ উবতদা অতৈশিংদুগীসু পূমশেংবা হায়বস্থ ওই ।।১০।। কৃষ্ণ ঐমা হাযরিবসিদা পুক্কীং চঙবস্থ কৃষ্ণগী মহাভক্তনি। অদুগুম্বা কৃষ্ণত ক্তু কৃষ্ণ ঐমাক্তি হায়না থনগদবনি। বিশেষ ওইনা মাগী পূজা তৌগদবনি। মাহুনস্থ ঐনক্কী সেবা পূজা, হায়বস্থ অদুমমওইরে ।।১১।। নিংথৌ নিন্দা তৌনিংতাই ওইবা নিন্দনায় ওইবা ব্রাহ্মণগী মরমদা অমুক হায়রগে। নমথাকতৌবা মদুকচেল শোদবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদু বেদবেদান্ত পুম্নমক লৈদুনস্থ পাপীনি-পাপাচারীনহায়না লৌগদবনি ।।১২।।

(ভোজনগী বিধি, শরুং-শরীদা শাক্তীকপীজরবী বিধি, ভিজানগী
মাহাত্ম্য ব্রাহ্মণনা থোক্নদিং ভুম্বাখাই-ভবা চু-ভবা য়াদবা
অদিনচিংবগী পাউতাক পীবা।)

---

যুধিষ্ঠির উবাচ

অন্নদানফলং শ্রুত্বা প্রীতোঽস্মি মধুসূদন। ভোজনস্য বিধিং বক্তুং দেবদেব ত্বমর্হসি ॥১॥

শ্রীভগবান উবাচ

ভোজনস্য দ্বিজাতীনাং বিধানং শৃণু পাণ্ডব। স্নাতঃ শুচিঃ শুচৌ দেশে নির্জনে হুতপাবকঃ ॥২॥
মণ্ডলং কারয়িত্বা চ চতুরস্রং দ্বিজোত্তমঃ। ক্ষত্রিয়শ্চেৎ ততো বৃত্তং বৈশ্যোঽর্ধেন্দুসমাকৃতম্ ॥৩॥
আর্দ্রপাদস্তু ভুঞ্জীয়াৎ প্রাঙ্মুখশ্চাসনে শুচৌ। পাদাভ্যাং ধরণীং স্পৃষ্ট্বা পাদে নৈকেন বা পুনঃ ॥৪॥
নৈকবাসাস্তু ভুঞ্জীয়ান্ন চান্তর্ধায় বা দ্বিজঃ।
ন ভিন্নপাত্রে ভুঞ্জীত পর্ণপৃষ্ঠে তথৈব চ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়:— দেবধিদেব! মধুসূদন! অন্ন দানগী মহাত্ম্য তাবদা ঐ ওন্থোক্লা পেজরে। ঐনা অমুক ভাজনীংবদি চাব থকপগী নিয়ম বিধি অসিনি। থোজানবিদুনা অমুক্তা তাকপিয়ু॥১॥
ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়:— পাণ্ডুনন্দন! দ্বিজাতি (ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য) না তৌবা ভোজনগী বিধিচু হায়রগে তাবিয়ু। শ্রেষ্ঠা ওইবা জ্ঞানী ব্রাহ্মণনা তৌগদবদি স্নান নীংথিনা তৌদুনা অগ্নিহোত্র তৌবা তুংদা, অচীকপা মফমদা কমদুনা ভ্রাহ্মণগীনা চিথেক মরি নাইবা, ক্ষত্রিয়গীনা গোলাকার ঈকোম কোয়শিনবা অদুগা বৈশ্যগীনা থা মচেং শানা মণ্ডল শাগদবনি হায়বদি চাকম অদুদা চৈনা ওইরবসু লৈপাক্লা ওইরবসু থাজিন্দুনা মুকথাক্তম শেমগদবনি।২-৩॥ অদুগী তুংদা খোঙ খুং হামদোক্লবা মণ্ডলীদুনা থাম্বিবা আসনথক্তুদা মায় নোংপোক ওন্দুনা ফমগনি। অদুগা খোঙ অনীনা নঙগা অমনা লৈমায়বদা শোক্লা ফমগদবনি।৪॥ প্রাহমগনা শেংদনিবা ফি (কৈজোম) মচুদগী হেন্না ইরফি অচিংবা পঙ্কি অমত্তা মকচাংদা শুক্লা ইনবা য়াদে। মপান কায়রগা-হোরবা পাত্রদা অদুগা-দা-থমান্নচিংবা উনা অপাকপদা অমত্তু হাপ্লা তারবসু মথক মথা ওননা মনমদা হাপজোইদবনি।৫॥

অন্নং পূর্বং নমস্কুর্য্যাৎ প্রহৃষ্টেনান্তরাত্মনা । নান্যদালোকয়েদন্নান্ জুগুপ্সেত তৎপরঃ ।।৬।।

জুগুপ্সং চ যদন্নং রাক্ষসা এব ভুঞ্জতে ।। পানীয়া জলমুদ্ধৃত্য কুর্য্যাদন্নং প্রদক্ষিণম ।।৭।।

পঞ্চপ্রাণাহুতী কুর্য্যাৎ সমন্ত্রং তু পৃথক্ পৃথক্ । যথারসং ন জানাতি জিহ্বা প্রাণাহুতৌ নৃপ।

তথা সমাহিতঃ কুর্য্যাৎ প্রাণাহুতিমতন্দ্রিতঃ ।।৮।।

বিদিত্বান্নমথাদিং পঞ্চপ্রাণাংশ্চ পাণ্ডব । যঃ কুর্য্যাহুতীঃ পঞ্চ তেনেষ্টাঃ পঞ্চবায়বঃ ।।৯।।

অতোঽন্যথা তু ভুঞ্জানো ব্রাহ্মণো জ্ঞানদুর্বলঃ ।

তেনান্নেনাসুরান্ প্রেতান্ রাক্ষসাংস্তর্পয়িষ্যতি ।।১০।।

পঞ্চপ্রাণান্ পিণ্ডা শনৈঃ সেদৈবৈকশঃ পুনঃ । বক্ত্রাধিকং তু যৎপিণ্ডমাস্যোচ্ছিষ্টং তদুচ্যতে ।।১১।।

পিণ্ডাবশিষ্টমন্যচ্চ বক্ত্রান্নিঃসৃতমেব চ । অভোজ্যং তৎ বিজানীয়াৎ ভুক্ত্বা চান্দ্রায়ণং চরেৎ ।

স্বমুচ্ছিষ্টং তু যো ভুঙ্‌ক্তে মুক্তভোজনম ।।১২।

---

চাক্রিত্তৈদা অন্ন (চাক) তুদা কোক নোনগদবনি খুরুমগদবনি । অমত্তু নত্তনা অতৈ অমদা পোশক অচাথক অমদা থক য়েংবা হৌনদে । থম্লিবা-হাপলিবা অন্ন (চাক য়েঙ্গা ) অত্তুবু হাওনি হাউরোই হায়তুনা নিন্দা প্রশংসা তৌফদে ।৬।। নিন্দা তৌগ্রবা, হাওবোই হায়না খনগ্রবা অমত্তু রাক্ষসগী শরুক ওইগ্রবনি । মাত্তু চারবদি হিংচাবগী পুথাক চাবাগুমবনি । চাক্রিত্তৈদা লা-পাত্রতুগী অকোয়বদা শুংতা ঈশিং পায়তুনা য়েংলোইননা পারিক্রমা তৌগদবান কৌগস্তুনা তৌগদবা নত্তে । খুত্তনা তৌগদবনি ।।৭।। অমত্তুনা আজ্যগী মশক ওইনা প্রাণ-অপাননাচংবা পঞ্চ প্রাণ বায়ু মত্তাগী তোত্তান তোত্তানবা মন্ত্রনা (প্রাণায় স্বাহা, অপানায় স্বাহা আমনাচংবা মন্ত্রনা) অমম থর থরদং লৌরগা মুখাগ্নিদা হোম তৌগদবনি । নিংথৌ । প্রাণ অপানাচংবগী হোম তৌরিত্তৈদা মায়া চেকশিন্না লৈত্তোনাসনা অথুম্ব-অখায়নচিংবা রস অমতা ফংত্রিত্তৈদা চদুম মচা অমমম লৌরগা মত্তারক বক্তাগ্নিদা মশক ওইরা মুখাগ্নিদা আহুতি পীগদবনি । অসুম্মা তত্ত্ব খঙনা প্রাণাহুতি (অন্নাহুতি) হোম তৌগদবা ব্রাহ্মণতদা শ্রাদ্ধ কমনচিংবদা অন্ন লানশিনগদবনি ।।৮।। পাণ্ডুনন্দন ! অন, অন্নদা (অন্নচাবা) অদুগা প্রাণ অপাননাচং পঞ্চ প্রাণবায়ুগী তত্ত্ব খঙনা প্রাণাগ্নি হোত্র তৌনাররবনি । মসিনা প্রাণযজ্ঞ-প্রাণাহুতি হায়বত্তু ওইরিবনি ।।৯।। তত্ত্ব অসিমু খঙদনা ভোজন তৌরবা ব্রাহ্মণ অতুনা চারবত্তু রাক্ষস ভোজননি । হিংচাবগী পুথাক চাবনি । ।১০।। অসুম্মা প্রাণ-অপান-সমান ব্যান উদান মত্তাসিগী আহুতি তৌরবা-হুক্রবা তুংদা, চথোম অমমম লৌথখিরবা ভোজন তৌগদবনি । অসুম্মা হুকপা মতমদা চথোম অত্তু চাউনা লৌথংখিবদগী চীন্দা হামদা চন্দহুনা থর থাদরক্রবদি থাদরক্লিবা শরুক অদুদি উচ্ছিষ্ট (পুথাক) হায়রিবসি ।।১১।। চীন্দা হাম্বা-হুকপা চন্দহুনা মুখমদা (পাত্রদা) থাদরকপা শরুকতু অমুক চাবা হৌনদে । চারবদি চান্দ্রায়ন বক্ত তৌহুনা প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি ।।১২।

ন তেষামশুভং কিঞ্চিৎ পাপং বা শুভকর্মণাম্ । জলাবগাহনাদেব সদ্যঃ শৌচং বিধীয়তে ।।২২।।

বিপ্রাণাং ভোক্তুকামানামভাবং চাল্পকাঙ্ক্ষিণাম্ ।
যোবিঘ্নঃ কুরুতেমর্ত্যস্ততো নাস্ত্যোস্তিপাপকৃৎ ।।২৩।।

সর্বে চ বেদাঃ সহষড়ভিরঙ্গৈঃ সাংখ্যং পুরাণং চ কুলে চ জন্ম ।
নৈতানি সর্বাণি গতির্ভবন্তি শীলব্যপেতস্য নৃপ দ্বিজস্য ।।২৪।

গ্রহোপরাগে বিষুবেহ্যয়নাস্তে পিত্রোর্মঘাসু স্বসুতে চ জাতে ।
গয়েষু পিণ্ডেষু চ পাণ্ডুপুত্র দত্তং ত্বয়েরিক্ত সহস্রতুল্যম্ ।।২৫।।

বৈশাখমাসস্য তু যা তৃতীয়ানবম্যসৌ কার্ত্তিকশুক্লপক্ষে ।
ত্রয়োদশী পঞ্চদশী চ মাঘে নভস্য নাসস্য কৃষ্ণপক্ষে ।।২৬।।

উপপ্লবে চন্দ্রমসোরবেশ্চ শ্রাদ্ধসাকাঙ্ক্ষোহাবন দ্বয়েচ ।
পানীয়মপ্যত্র তিলৈর্বিমিশ্রং দদ্যাৎ পিতৃভ্যঃ প্রযতো মনুষ্যঃ ।
শ্রাদ্ধং কৃতং তেন সমাঃসহস্রং রহস্যমেতৎ পিতরো বদন্তি ।।২৭।

---

অদুগা নিরুক্তিমার্গদা লৈবা-চংপা ব্রাহ্মণদি শূদ্রগী য়ুমদা শংলোম দহীনচিংবা করিমত চাক্লরো ইবনি। চাক্লরবদি মাতু. শূদ্রগী অম চাক্লবদুগা চপ মাইয় ।।২২।। লামব কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা চাক্তগে হায়না হরাউ হরাউ চংজরকপদা থিংবা চক্রহন্দবা মীহৌনা তৌরিবা পাপ অংদগী হেন্না চাউবা পাপ অমতা সংসারদা লৈত্রে ।।২৩।। নিংথৌ ! অঙ্গ তরককা লোয়নবা বেদ পুম্বা অদুগা বেদান্তদার্শনিক সাংখ্য শাস্ত্রনচিংবা লোইনা লৈরবসু মশাদা সদাবার-আচারবিচার লৈত্রবদি ব্রাহ্মণ অদুনা পরমগতি পরমধামদু ফংবা থক য়ারোই ।২৪।। পাণ্ডুনন্দন ! গ্রহণ তৌরিবৈ মতমদা, বিষুবসংক্রান্তিযোগদা, উত্তরায়ন দক্ষিণায়ন অয়ন অনীনা হেক লোইশিন্নকপা মতমদা, শ্রাদ্ধনচিংবা পিতৃ-মাতৃ কর্মদা, মঘানক্ষত্রনা পানবদা (লাকপদা মাঘদা) মচানিপা পোকপদা গয়াদা পিণ্ডদান তৌবা মতমদা, অঙম্বা শক্তিনা থিজং তৌজবা দানগী মহৈ অদু, অতৈ মমিংতা সনা টাঙ্গ লিশিং অম দান তৌবগী মহৈংপা চপ মান্নৈ ।।২৫।। বৈশাখমাস (শজিবু) গী শুক্ল তৃতীয়া, কার্তিকমাস (মেরা) গী শুক্ল তৃতীয়াভাজ (ভজানকাত্রনা পানবা) থৌবানগী কৃষ্ণ ত্রয়োদশী মাঘগী অমাবাস্য চন্দ্রগ্রহণ নত্রগা সূর্য্য গ্রহন অদুগা উত্তরায়ন অমদি দক্ষিণায়নগা হৌরকপা মতমশিংদি শ্রাদ্ধ কর্ম তৌবগী অকনবা মতমনি। হায়ব্রিবা মুঙ্খিৎ-তিথিশিংসিদা থম্মোয় হকচাং শেংনা পিতৃলোকতা লোকতা লৈবশিংগী উদ্দেশ্যদা থোঙ্গিদিংগা লোয়নবা জলাঞ্জলি দান তৌবগী মহৈদু শ্রাদ্ধকর্ম (ভক্তি শ্রদ্ধা লোয়ননা তৌবা কর্ম) গী অতৈবু চহী লিশিংঅমা চুপ্পা তৌবগী মহৈগা চপ মান্নৈ ।।২৬-২৭।।

যস্ত্বেকপঙ্ক্ত্যাং বিষমং দদাতি স্নেহাদ্ ভয়াদ্বা যদি বার্থহেতোঃ।
ক্রূরং দুরাচারমনাত্মবন্তং ব্রহ্মঘ্নমেনং কবয়ো বদন্তি ।২৮।।
ধনানি তেষাং বিপুলানি সন্তি নিত্যং রমন্তে পরলোকমূঢ়াঃ।
তেষাময়ং শত্রুবরঘ্ন লোকো নান্যং সুখং দেহসুখে রতানাম্ ।। ২৯।।
যে নৈব বিদ্যাং ন তপো ন দানং ন চাপি মূঢ়াঃ প্রজনে যতন্তে।
ন চাপি গচ্ছন্তি সুখানি ভোগাংস্তেষাময়ং চাপি পরশ্চ নাস্তি ।।৩০।।
যে নৈব যুক্তাস্তপসি প্রযুক্তাঃ স্বাধ্যায়শীলা জরয়ন্তি দেহম্।
জিতেন্দ্রিয়া ভূতহিতে নিবিষ্টাস্তেষামসৌ চাপি পরশ্চ লোকঃ ।।৩১।

যুধিষ্ঠির উবাচ

নারায়ণ পুরাণেশ লোকাবাস নমোঽস্তু তে।
শ্রোতুমিচ্ছামি কাৎস্ন্যেন ধর্মসারসমুচ্চয়ম্ ।।৩২।।

---

হেন্না সুংশিবদগী ওইরবস, কিবদগী ওইরবা, পংতি অমদা ফম্মিন্নরিবশিংদুনা দান, দক্ষিণা তৌবদা অপোই অহেন নাইবা মীচঙ মীখা নাইনা ভেদভাব থম্লবদি চাং মাইহৌব্রবদি অদুগা অচাথক স্নেহকপা মতমদা ভেদভাব অজিত মায়কপ্রবদি অদুগুম্বা মীচঙ মীখা নাইবা মী অদু দুরাচারী, থম্লবদিম্ব, (মশাবু খুদুম চনবা ঙমদবা) ব্রহ্মহত্যা তৌবা মীনি হায়না জ্ঞানী বিদ্বানশিংনা হায়নৈ।।২৮।। হে শত্রুবা ওন্না শত্রুম্ব নিংথৌ! মরম মথুম পৈদুনা লৈরবা পরলোকক্কী রাথান্দ করিমত্ত তৌদবা, মী শীজনীংদবা মথন্তনা ফম ফমদুনা চাদুনা থক্কুনা লৈ ঙম্বা সংঙাইহৌরগা লোইরে হায়না থনবা অদুগুম্বা মপোক মপোঙ্গা অরীবপা ওইনা পোক্কুনা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা উত্তমগতি থক ফংলোই ।।২৯।। সংসারগী বিষয় ভোগতা আসক্তি থমদবা, আধ্যাত্মিক বিচার ধ্যানতদা পুক্নিং চঙদুনা লৈবা, ইন্দ্রিয় মিৎত খুদিংগী স্বাধ্যায় তৌবদা মথাক্ত কংশিল্লকবা, জীব খুদিংমক্কী কান্নবগী থনবা অদুগুম্বা মহাপুরুষ অদু ইহলোক পরলোক অনীমক্তা সুংভাবগী ব্রহ্মানন্দগী অনুভব তৌই, ফংবা ঙম্মি ।।৩০।। মশানা বিদ্যা-জ্ঞাননচিংবা তানশিনবা তৌদবা শাস্ত্রগী জ্ঞান খিক্তিনবগী মহৈত্তা মচা মশং রাম পোকনবগী বাথক্ত থনবা অদুগুম্বা মূর্খ ওইবা মীদু পরলোক ইহলোক অনীমক্তা মুথশান্তি থক ফংদে ফংলোই ।।৩১।। যুধিষ্ঠিরনা হায়:— ভগবান! শ্রীকৃষ্ণ! নহাক্কি সাক্ষাৎ নারায়ণ, পুরাতন কবি, পরমেশ্বর, জগৎ পুম্বগী লৈফম তুংনক্কম জগন্নিবাস মহাক্কনি। হন্না হন্না খুরুমজরি। ধর্মগী পুম্নমক্কী অমত্ত মচি ওইবা (সারাংশ) অদু তাজনীংঙি ।।৩২।।

শ্রীভগবানুবাচ

ধর্মসারং মহাপ্রাজ্ঞ মনুনা প্রোক্তমাদিতঃ। প্রবক্ষ্যামি মনুপ্রোক্তং পৌরাণং শ্রুতিসংহিতম্ ।।৩৩।

অগ্নিচিৎ কপিলা সত্রী রাজা ভিক্ষুর্মহোদধিঃ।

দৃষ্টমাত্রাৎ পুনন্ত্যেতে তস্মাৎ পশ্যেত তান্ সদা ।।৩৪।

বহুমানেন দাতব্যাগৌর্ব্রহ্ম শয়নং স্ত্রিয়ঃ। তাদৃক্কৃতং তু তাদানং দাতারং নোপতিষ্ঠতি ।।৩৫।।

যা দদাতিহি যো ব্রহ্মাৎ ব্রাহ্মণেষু চ গোষু চ। তির্য্যগ্যোনিশতং গত্বা চণ্ডালেষু প্রজায়তে ।।৩৬।।

ব্রাহ্মণস্বং চ দৈবং দরিদ্রস্যৈব যদ্ধনম্।

গুরোশ্চাপি হৃতং রাজন্ স্বর্গস্থানপি পাতয়েৎ ।।৩৭।

ধর্মং জিজ্ঞাসমানানাং প্রমাণং পরমং শ্রুতিঃ।

দ্বিতীয়ং ধর্মশাস্ত্রাণি তৃতীয়ং লোকসংগ্রহঃ ।।৩৮।।

আসমুদ্রাচ্চ যৎ পূর্ব্বাদাসমুদ্রাচ্চ পশ্চিমাৎ।

হিমোদ্রিবিন্ধ্যয়োর্মধ্যমাধ্যাবর্তং প্রচক্ষতে ।।৩৯।।

---

শ্রীভগবাননা হায়ঃ— মহাপ্রাজ্ঞ! মহারাজ! মনুজীনা আদিসৃষ্টি জগৎ থুংলেম অহানবা) দা ধর্ম পুম্নমক্কী সারাংশ (মচি) ওইবগী তত্ত্ব অদুগা বেদাপুরাণ পুম্নমক্না সমর্থন তৌবা তত্ত্ব হায়গদবনি। মাক ঐনা অমুক হায়গে তাও ।।৩৩।। অগ্নিহোত্রী ওইবা ব্রাহ্মণ কপিলা ধেনু সত্রী মোংমামবী-ডক্লকপী যাগ যজ্ঞ তৌহনা লৈবা মী নিংথৌ, সন্ন্যাসী, পাকচাউরবা ঈপাক (সমুদ্র) মী দর্শন মাত্রগুনা (দর্শন তৌবগুনা) চেট্টা (শুদ্ধ বা মী) ওইবা মী মহাক্ পুমনমক শেংহল্লে। মরম অদুনা হায়রিবশিংসি দর্শন তৌরম থোক্কই ।।৩৪।। সত্রী অমতবু, শি অমতবু, শমু (শয্যা) অমতবু, সুপী (কত্থা) অমতবু, মী অমগুমীত নত্তুনা নথাম অমী অত্তুমগী অধিকার লৈননবা দান তৌথা পীবা হৌমদে। অদুগুম্বা অমত্তবু অয়ামপী শুইনগবা তৌরিবা দানদু কনমক মমল থাম্বা পোৎ ওইরবসু দানগী ফল কল্লিমত থবলোই ।।৩৫।। ব্রাহ্মণদা, গোমাতাদা। শীঞ্জ পীথকপা মতমদা শীজগে তৌবদা তৌরুসু হায়না খিংলিবা থামিবশা উচেকী কায়ারক হুয়া পোক্লরগা মথৈথভগা মহা চাঁণ্ডাল অমা ওইনা পোকই ।।৩৬।। নিংথৌ! ব্রাহ্মণগী, দেবতাগী, লায়রবগী, অদুগা গুরুগী লনবু হুরাগবা মী মপা মপু স্বর্গ কায়ীশিংবু লৈথা তাহন্নি ।।৩৭।। ধর্ম পুম্নমক্কী তত্ত্ববু খঙনোংবা মীশিংদি বেদভুমা মরু ওইবা (বেদ প্রমাণম) প্রমাণ ধর্মশাস্ত্রনা অনীমিগুবা প্রমাণ, অদুগা লোকাচারনা অহুম শুবা প্রমাণনি হায়রুনা লৌগদবনি ।।৩৮।। নোংপোক সমুদ্রদগী নোংচুপ সমুদ্র কাওবা, হিমালয়দগী বিন্ধ্যাচল কাওবদা যাকোম্বিবা লৈপাক অসি আর্য্যাবর্ত্ত কৌই ।।৩৯।।

ধর্মার্থৌ যত্র ন স্যাতাং শুশ্রূষা বাপি তদ্বিধা । বিদ্যা তস্মিন্ ন বপ্তব্যা শুভং বীজমিবোষরে ।।৫০।।
লৌকিকং বৈদিকঞ্চাপি তথাধ্যাত্মিকমেব বা । যস্মাজ্জ্ঞানমিদং প্রাপ্নুয়াত্তং পূর্বমভিবাদয়েৎ ।।৫১।।
সব্যেন সব্যং সংগৃহ্য দক্ষিণেন তু দক্ষিণম্ । ন কুর্যাদেকহস্তেন গুরোঃ পাদাভিবাদনম্ ।।৫২।।
নিষেকাদীনি কর্মাণি যঃ করোতি যথাবিধি । অধ্যাপয়তি চৈবৈনং স বিপ্রো গুরুরুচ্যতে ।।৫৩।
ক ষোপনয়নং বেদান যোঽধ্যাপয়তি নিত্যশঃ । সংকল্পান্ সরহস্যাংশ্চ সচোপধ্যায় উচ্যতে ।।৫৪।।

সাঙ্গাংশ্চ বেদানধ্যাপ্য শিক্ষয়িত্বা ব্রতানি চ ।
বিবৃণোতি চ মন্ত্রার্থানাচার্য্যঃ সোঽভিধীয়তে ।।৫৫।।
উপাধ্যায়াৎ দশাচার্য্যং আচার্য্যানাং শতপিতা ।
পিতুঃ শতগুণং মাতা গৌরবেণাতিরিচ্যতে ।।৫৬।।
এতেষামপি সর্বেষাং গরীয়ান্ জ্ঞানদো গুরুঃ ।
গুরো পরতরং কিংচিন্ন ভূতং ন ভবিষ্যতি ।।৫৭।।
তস্মাৎ তেষাং বশে তিষ্ঠেচ্ছুশ্রূষাপরমো ভবেৎ ।
অবমানাদ্ধি তেষাংতু নরকং স্যান্ন সংশয়ঃ ।।৫৮।।

---

মতোন্দগী ধর্মগী ফল অমত ফংলোইদৌবা, অর্থগী অমদি বিদ্যা দাননচিংবগী কবিমতা কাঃরোই, লোইরোইদবা অদুগুম্বা শিষ্যদা বিদ্যাদান বিদ্যা তম্মিকম থোক্কে মরুভূমিদা লৈকংলাদা হুনবা মরুনা মরোপ চোংথনবা থক য়াদবগুম্বনি ।৫০।। লৌকিক, বৈদিক, অদুগা আধ্যাত্মিক জ্ঞান অসিগী তত্ত্ব খঙন্নবব্ গুরু ইহান হান্না প্রণাম তৌগদবনি ।৫১। গুরুগী য়েৎথংবা খোঙবু য়েৎখংবা খুৎনা, ওয় থংবা খোঙবু ওয় থংবা কারক চম্না শোক্লুনা (কোম্লুনা) নোম্লক্না থুরুমগদবনি । গুরুবু খুৎ মাম তনা থক কুরুম্মোইদৌবনি ।।৫২।। গর্ভাধাননচিংবা সংস্কার পুম্নমক অদু শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা পাঙথোকহনবা তাকপিবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণবু গুরু কৌই ।।৫৩।। দুগুণ থাংহন্দুনা, রহস্যগা লোয়ননা বেদবিদ্যারক্ত তৌহনবিরিবা ব্রাহ্মণহবুনা উপাধ্যায় কৌই ।।৫৪।। জ্যোতিষ, ব্যাকরণনচিংবা অঙ্গ তরুকা কোম্না বেদ মরিগী মন্ত্রশিংবু ব্যাখ্যা তৌহনা ব্যাখ্যা তৌহনা তম্বিরিবা ব্রাহ্মণহবু আচার্য্য কৌই । গুরু, উপাধ্যায়, আচার্য্য অহুম অসি ভোঙাস তোঙানবা থাক্কী মতুং ইন্না কৌবনি ।।৫৫।। মহিমা-মাহাত্ম্যদা উপাধ্যায় তরাদগী আচার্য্য অমনা হেল্লি । অদুগুম্বা আচার্য্য চামদগী পিতানা হেল্লি । পিতা চামদগী ঈমা (মাতা) অমতনা হেল্লি ।।৫৬।। অদুবু, জ্ঞানদাতা গুরুনা হায়রিবা পুম্নমকসিদগী পূমহেল হেল্লি । জ্ঞানদাতা গুরুদগী হেনবসি অমতা য়াওরিদ্রি । অদুগা য়াওহ্ য়াওরক্লোই ।।৫৭।। মথক্তা হায়রিবা গুরু, উপাধ্যায়, আচার্য্য আচার্য্য পিতা, মাতা, জ্ঞানদাতাশিংগী য়াথংগী মথা পোক্না মখোয়গী সেবা পুজা তৌগদবনি । গুরুজনসিংদা খিত্তং অপমান তৌরবদা উশিং থোঙইদবা তৌরবদা, নরকতা তাবা শোয়দ্রবনি ।।৫৮।।

হীনাঙ্গানতিরিক্তাঙ্গান্ বিদ্যাহীনান্ বয়োহধিকান্ ।
রূপদ্রবিণহীনাংশ্চ জাতিহীনাংশ্চ নাক্ষিপেৎ ।।৫৯।।

শপন্তো যৎকৃতং পুণ্যং শপ্যমানং তু গচ্ছতি । শপ্যমানস্য যাপাপং শপন্তমনুগচ্ছতি ।।৬০।।

নাস্তিক্যং বেদনিন্দাং চ দেবতানাং চ কুৎসনম্ । দ্বেষং দম্ভং চ মানং চ ক্রোধং তৈক্ষ্ণ্যং বিবর্জয়েৎ ।৬১।

ইতি শ্রীমহাভরতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিকপর্বনি অনুগীতাপর্বনি দাক্ষিণাত্য লক্ষমহাভারতে অধ্যায়ৈকঃ সমাপ্যতে ।। X ।। X ।। X ।।

---

হকচাং কয়াৎ বাংলবা, অতুগা মশীং হেন্দোয়রবা, অঙ্গভঙ্গ ওইরবা, মশাদা বিদ্যা য়াওদ্রবা, চহী মতাংদা অহল ওইবা, হেনগ্রবা, মশক মতৌ, ধর্মনচিংবা লৈত্রবা, জাতিদা হন্থরবশিংহন্বু থোঙই নিন্দা উশিংতবা তৌবা হোনদে ।৫৯।। মরমদি মথোয়বু নিন্দা তৌরবদি নিন্দা তৌরিবহুনা তৌখিবা পুণ্যশিং অদু লৌইন। মহাক্না নিন্দা তৌরিবশিংহুগী নাক্তা চংখি । অদুগা, অশোয়বশিংহুনা তৌখিবা পাপ অতুনা নিন্দা তৌরিবা মাগী মফমদা চঙ্ঙকই ।।৬০।। নাস্তিকতা (ঈশ্বরগী অস্তিত্ব থাজদবা), বেদবু নিন্দা তৌবা, দেবতাশিংগী দোষখিবা, থোয়বা নাপল, অশাউবা, পুন্নমক থাদোকদবা ডাক্তনি ।।৬১।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা দাক্ষিণাত্যরোমদা ফংবা মহাভারতকী অধ্যায় অমা লোইরে । X । X । X ।

---

## ( অগ্নিগী স্বরূপতা অগ্নিহোত্রগী বিধি । অগ্নিহোত্রগী মাহাত্ম্য )

—( 0 )—

### যুধিষ্ঠির উবাচ

কথং তৎ ব্রাহ্মণৈর্দেব হোতব্যং ক্ষত্রিয়ৈঃ কথম্ । বৈশ্যৈর্বা দেবদেবেশ কথং বা সুহুতং ভবেৎ ।।১।।
কত্যগ্নয়ঃ কিমাত্মনঃ স্থানং কিং কস্য বা বিভো । কতরস্মিন্ হুতে স্থানং কং ব্রজেদাগ্নিহোত্রিকঃ ।।২।।
অগ্নিহোত্রনিমিত্তং চ কিমুৎপন্নং পুরানঘ । কথমেবাথ হূয়ন্তে প্রীয়ন্তে চ সুরা কথম্ ।।৩।।
বিধিবন্মন্ত্রবৎকৃত্বা পূজিতাস্তু গ্রহাঃ কথম । কাং গতিং বদতাং শ্রেষ্ঠ নয়ন্তি হ্যগ্নিহোত্রিণঃ ।৪।
দুর্হুতাশ্চাপি ভগবন্নবিজ্ঞাতাস্ত্র যোহঃ গ্নয় । কিমাহিতাগ্নেঃ কুর্বন্তি দুশ্চীর্ণা বাপিকেশব ।৫।
উৎসন্নাগ্নিস্তু পাপাত্মা কাং যোনিং দেবগচ্ছতি । এতৎসর্বং সমাসেন ভক্ত্যা হ্যপগতস্য মে ।
বক্তুমর্হসি সর্বজ্ঞ সর্বার্থিক নমোঽস্তু তে ।। ৬ ।

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— দেবদেবেশ্বর ! কৃষ্ণ ! ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় বৈশ্য তোঙান তোঙানবা জাতি বর্ণ শিংসিগী তৌননবা যজ্ঞগী মওংশিংসি করি করিনো ? করম করম্না রাখন্দা তৌনরিবনো ? করম মওংদা তৌনবগা মখোয় থুদিংমক্কী মঙ্গল ওইবা য়াগদগে ।।১।। প্রভু ! যজ্ঞদা হোমনি হায়বনা তৌনরিবসি অগ্নিদা ডাকনি ব্রাহ্মণগী অগ্নিনা করিনো, ক্ষত্রিয়গী অগ্নিনা করি, বৈশ্যগী অগ্নিনা করিনো ? অগ্নিদি অমত্তনি । করম হায়না খেন্নথ্রিবনো ? ব্রাহ্মণগা অগ্নিনা কদায়দা লৈ ? ক্ষত্রিয়-বৈশ্যগীনা কদায়দা ? মখোয়না ফংনরুগদৌরিবা লোক (ধাম) দা করি করিনো ? ।।২।। পাপকী শরুক য়াওদ্রবা ! অসি পুন্নমক্তি লায়রদনা অগ্নি হোত্র হায়না লৈরিবসিনা করিগীদমক্কো ? দেবতাশিংদি অমত নত্তবনিনা, য়াম্বনিনা, ব্রাহ্মণনা করি করি সামগ্রীনা, ক্ষত্রিয়গীনা করি করিনা অদুগা বৈশ্যগীনা করি করিনা দেবতাশিংগী পেন্নবগী ওইবগে ? ।।৩।। বক্তা ওইবশিংগী মখুৎদা থাইদগী অথোইবা ! যজ্ঞবিধিগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মন্ত্রশিংনা অগ্নি অহুমসিগী হোম তৌবগা ব্রাহ্মণনচিংবশিংসিনা ফংঙ্গদৌরিবা লোকনা করি করিনো ? ।।৪।। ভগবন ! অগ্নি অহুমসিগী তত্ত্ব বু স্বরূপপু খঙদনা তৌরবদি বিধি কায়ব হায়বদুনিদো । বিধি কায়রবদি অগ্নিহোত্রদুদা দোষ লৈরোইদ্রা ? দোষ লৈরবদি অগ্নিহোত্র (যজ্ঞ) অহুমক্তা যজমানদা করি ফত্তবা পী ? ।।৫।। দেবেশ্বর ! অগ্নিহোত্রনি হায়রিবকসি পুমতোক তোক্কনা করিমত্ত তৌথ্রিবা দোষহনা করম করম্না যোনিদা চঙহনা পোকথি ? হায়রিবা হংজরিবশিংসে য়াম্নদি য়ামম্রে । অদুবু শম্না অমুক্তদা ভাকপিয়ু । ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা হংজবনি । ভগবন ! নহাক্তি সর্বজ্ঞনি পবিত্রদগীসু হেন্না পবিত্রনি । হন্না হন্না খুরুমজরি ।।৬।।

শৃণু রাজন্ মহাপুণ্যমিদং ধর্মকৃতং পরম্। যৎ তু আরহতে যুক্তান, ব্রাহ্মণানগ্নিহোত্রিণঃ ।।৭।।
ব্রহ্মস্তেনাসৃজং লোকানহমাদৌ মহাদ্যুতে। সৃষ্টোগ্নির্মখতঃ পূর্বং লোকানাং হিতকাময়া ।।৮।।
যস্মাদগ্রে স ভূতানাং সর্বেষাং নির্মিতো ময়া। তস্মাদগ্নী ত্যভিহিতঃ পুরাণজ্ঞে মনীষিভিঃ ।।৯।।
যস্মাৎ তু সর্বকৃত্যেষু পূর্বমস্মৈ প্রদীয়তে। আহুতির্দীপ্যমানায় তস্মাদগ্নীতি কথ্যতে ।।১০।
যস্মাচ্চ তু নয়ত্যগ্রাং গতিং বিপ্রান্ সুপূজিতঃ। তস্মাচ্চ নয়নাৎ রাজন্ দেবেষ্বগ্নীতি কথ্যতে ।।১১।।
যস্মাচ্চ দুর্হুতঃ সোঽয়মলং ভক্ষয়িতুং ক্ষণাৎ। যজমানং নরশ্রেষ্ঠ ক্রব্যাদোঽগ্নিস্ততঃ স্মৃতঃ ।।১২।

সর্বভূতাত্মকো রাজন্ দেবানামেষ বৈ মুখম্।
তেন সপ্তর্ষয়ঃ সিদ্ধাঃ সংযতেন্দ্রিয়বুদ্ধয়ঃ।
গতা হ্যমরসাযুজ্যং তে হ্যগ্ন্যর্চনতৎপরাঃ ।।১৩

---

শ্রীভগবাননা হায়ঃ— মহারাজ! যুধিষ্ঠির! হায়নিংঙায় লৈতনা পুণ্য ফল পীবা ধর্মগী মশক ওইবা, অমৃত অসিগী মরম হায়গে তাবিয়ু। ধর্ম পরায়ণ ওইবা অগ্নি হোত্রী ব্রাহ্মণ (ব্রহ্ম জ্ঞানী) তনা নায়া মোংগী ঊপাক অসিবু লাংহোকই। অতৈনা লানবা ঙম্মোই ।।৭।। মহাতেজ কল্লবা নিংথৌ! কৃষ্ণ ঐ-আত্মা না করিগুম্ব অনত শান্তিডৈদা, খুৎশেমগী ঈহান হানবদা জীব খুদিংমক্কী উপকার (কান্নদবা) গীদমক্তা ঐ (আত্মা) গী চৌন্দগী অগ্নি অগ+নি) বু পুথোকখি। (মুখাদগ্নিরজায়ত ইত্যাদি বেদ) ।।৮।। পঞ্চতত্ত্বগী মমাংদা অগ্নি তত্ত্ব ঈহান হান্না পুথোকখি-শেমখি। অদুম ওইনা বৈজ্ঞানিক মনীষীশিংনা ঈহান হান্না পুথোকখিবনি করি মিংথোনশিগে হায়না থমহুনা (অগ্র। নী—ঈহান পুথোরকপা অগ্নি) হায়না খোমখিবনি ৯।। অদুনা থনক পুম্নদা ধর্ম কর্মগী থবক আগ্নিদা আহুতি (হোম, পেনমবা পীথোকপা) তৌগনবনি। ১০।। নিংথৌ! ঈহান হান্না মঙ্গলাচরণ ওইনা অগ্নিবু পূজা তৌরগা (পেলহল্লগা) মৈনা খাইদগী হেন্না পাম্না গুণ কর্ম অসি চাকপা-চাকথেকপা হায়বহুনা ওইবনিনা চাক পিয়ু-চাবিয়ু হায়না হোম তৌবনি। অদুনা, ঈহান হানবা পূজাদি, অগ্নিপূজা (যজ্ঞ) হায়বসিনা ওই, ওইগনবমবনুনি। অদুনা দেবতাশিংগী মথুংদা অগ্নিদেবনা খাইগী মকোকনি, (দেব—ডাবনা—জ্যোতি ।।১১।। নিংথৌ অথোইবা! নিংথৌ! হায়গ্নিবা হুত অসিগী মতুং ইন্না অগ্নিহোত্রবু থৌওইদহুনা সংথোমকদি মীকুপ অমগী মমুংদা যজমানবু চাথোকপকবগী চাকথেকনবগী শক্তি অদু অগ্নি দেবদা লৈ। অদুনা অগনিবু ক্রব্যাদ (ক্রব্য+অদ—চাবা) হায়না কৌই। নিংথৌ! লৈরিবা ভূত পুম্নমক্কী স্বরূপতি অগ্নিদেবনা ওই। (অগ্নি হায়বসি অগ্নিতদা লৈ) দেবতা পুম্নমক্কী মুখ (চীন) নি ।।১২।। অদুনা, ইন্দ্রিয়শিংবু অদুমক পুন্নাংবু খুহুম চনবা সপ্তর্ষিশিংনা অগনিগী ভক্তিবু মুম্ন থগুহুনা দেবতাশিংগী স্বরূপ কংহুনা লৈরিবসিনি ।।১৩।।

অগ্নিহোত্রপ্রকারং চ শৃণুষ্বাজন্ সমাহতঃ। ত্রয়াণাং গুণনামানি বক্ষ্যাম্যনুচ্যতেঽমুনা ॥১৪॥

গৃহপত্যং তু যস্যাসীৎ তং তস্মাৎ গার্হপত্যকম্।

গৃহানাংহি পতিত্বং হি গৃহপত্য মিতি স্মৃতম্ ॥১৫॥

যজমানং তু যস্মাৎ তু দক্ষিনাং তু পতিং নয়েৎ। দক্ষিনাগ্নিং তমাহুস্তে দক্ষিণায়তনং দ্বিজাঃ ॥১৬॥

আহুতিঃ সর্বমাখ্যাতি হব্যং বৈ বহনং স্মৃতম্। সর্বহব্যবহো বহ্নির্যস্মাচ্চাহবনীয়তাম্ ॥১৭॥

ব্রহ্মা চ গার্হপত্যোঽগ্নিস্তস্মিন্নেবর্হ সোঽভবৎ দক্ষিনাগ্নিস্ত্র্যম্বক রুদ্রঃ ক্রোধাত্মা চণ্ড এবসঃ ॥১৮॥

অহমাবনীয়োঽগ্নির্হোমাৎযস্য বৈকথে।

পৃথিব্যন্তরিক্ষং চ দিবমৃষিগনৈঃ সহ।

জয়ত্যাহবনীয়ে যো জুহুয়াৎ ভক্তিমান্নরঃ ॥১৯॥

আভিমুখ্যেন হোমস্তু যস্য যজ্ঞেষু বর্ততে। তেনাপ্যাহবনস্বিষংগতো বহ্নির্হাদ্যুতি ॥২০॥

আহোমাদগ্নিহোত্রেষু যজ্ঞেষু যত্র সর্বশঃ। যস্মাৎ তস্মাৎ প্রবর্তন্তে ততো হ্যাহবনীয়তা ॥২১॥

---

নিংথৌ! হৌজিক অমুক অগ্নি হোত্রগী মথলশিংসি তাবো। অগ্নি অহুমগী মগুণগী মতুং ইন্না মমিংশিংসি হায়গে ॥১৪॥ য়ুমশিংগী অধিপতি (য়ুমু-স্বামী) ওইনা গৃহপতিত্ব অসি অগ্নিদা প্রতিষ্ঠা তৌহনা লৈবনা অগনিবু গার্হপত্যাগনি হায়নম্ভু কৌই ॥১৫। যজমানবু দক্ষিণ মার্গদা পুহনা চংসি। অদুমনা দাক্ষিনদা লৈবা অগ্নিবু জ্ঞানী ব্রাহ্মণশিংনা দক্ষিনাগনি হায়না মিংথোক্লি ॥১৬॥ আহুতি হায়বা ৱাহৈ অসি সর্ব (পুম্নমক) হায়বগী বাচকনি। বাচ্য হায়বনা শব্দগী অর্থবু হায়বনি। অহুনা বাচ্য বাচক সম্বন্ধদা অগনিবু আহবনা থাগিনি হায়নম্ভু কৌই ॥১৭॥ গার্হপত্য অগ্নিনা ব্রাহ্মণগী স্বরূপনি। মরমদি ব্রহ্মাজীমক্তদগী পোকথিবনি গার্হপত্য হায়বা অগ্নি (মৈ) অসিনি। অদুগা দক্ষিণাগ্নি রুদ্র (মহেশ্বর-রুদ্র) গী অশান্তবগী (ক্রোধ) মশক্নি ॥১৮॥ হোমনা হৌগৎলকপদগী লোইক্লি-কাওবা অগ্নিদা আহুত অহুম তৌই। অদুগুম্বা আহবনীয় অগনি অহু কৃষ্ণ (ঐ— আত্মা) গী বিষ্ণুগী স্বরূপনি। অহুনা বহ্মা বিষ্ণু, রুদ্র অহুমগী মুখসি অগনি অহুম অসিনা ওই। অদুগুম্বা মী অহুনা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা অগ্নি অহুম অসিদা হোম তৌরিবা মহাকচু পৃথিবী অন্তরিক্ষ (আকাশ) অদুগা ঋষিশিংগা লোয়ননা স্বর্গলোকক আধিপত্য ফাওবা ঙমগনি ॥১৯॥ ব্রাহ্মণগী থওদে, ক্ষত্রিগী থওদে, বৈশ্যগী থওদে হেক লৈরিবা হবন পুম্নমক অগনিদেবগীমচান্দা ওাক্তনি। অদুগুম্বা আহবনীয় (হোম তৌরিবা) অগনিনা থ্বাইদগী (অগনি পুম্নমক্তগী) শান্তমান কান্তিমান ওইবা হেল্লি। অদুমক্তনা আহবনীয়াগ্নি হায়বা নাম (মিং) অসি থোন্নখিবনি ॥২০॥ হোম মথল পুম্নমক্কা মওোজ্ঞদা শিশিল্লি হায়বগীমক্তহ আহবনীয় কৌথিবনি ॥২১॥

আধ্যাত্মিকং চাধিদৈব আধি ভৌতিক মেব চ। এতত্ তাপত্রয়ং প্রোক্তমাধ্যবর্হিন বাধিপ ।।২২।।

যস্মাৎ বৈত্রায়তে দুঃ খাৎ যজমানং হুতোহনলঃ।

তস্মাত্ বিধিবৎ প্রোক্তমগ্নিহোত্রসিতিশ্রুতৌ ।।২৩।

তদগ্নিহোত্রংস্থইবৈ ব্রহ্মণালোককর্তৃ না। সেদাশ্চাপ্যাগ্নিহোত্রংতু জজ্ঞিরে স্বয়মেবতু ।।২ ।

অগ্নিথে ব্রহ্মণা বেদাঃ শীলবৃত্তফলংশ্রুতম। রতিপুত্রফলা দারা দত্ত ভুক্ত ফলং ধনম্ ।।২৫।।

ত্রিবেদমন্ত্র সং যোগাদগ্নিহোত্রং প্রবর্ত্ততে। ঋগ যজুঃ সামভিঃ পুন্যৈঃ স্থাপ্যতে সূত্রসংযুতৈঃ ।।২৬।।

বসন্তে ব্রাহ্মণস্য স্যাদাধেয়োহগ্নির্নরাধিপ।

বসন্তো ব্রাহ্মণো জ্ঞেয়ো বেদ যোনিং স উচ্যতে ।।২৭।।

অগ্ন্যাধেয়ং তু যেনাথ বসন্তে ক্রিয়তেহনঘ।

তস্য শ্রী ব্রহ্ম বৃদ্ধিশ্চ ব্রাহ্মণস্যাবিবর্ধতে ।।২৮।

---

নিংথৌ। তদু থওবাশিংনা জীবগী অরাবসি আধ্যাত্মিকদুঃখ, আধিদৈবিকদুঃখ, আধিভৌতিকদুঃখ (শারীরিকদুঃখ অহুম হায়না অহুম থোকনা লৈ হায় ।।২২।। বিধি কায়দনা অগ্নি অহুম অসিদা হোম তৌরিবা অরাবা অহুম (ত্রিতাপ-মৈশা আহুম) অসিদগী অগ্নি দেবনা কল্লি। অদুনা কর্ম্ম বেদদা অগ্নিহোত্র হায়না নাম থোল্লি ।।২৩।। শিস্ববিধাতা ব্রাহ্ম জানা ইহান হানবদা অগনিহোত্রবু পুথোকখিবনি। অদুনা বেদগা অগনিহোত্র অমা অনাসি মশা থোকচরকপনি ।।২৪। বেদাধ্যয়নগী ফলদি অগনি হোত্র না ওই। অদুনা বেদবু অধ্যয়ন তৌবগা অগ্নিহোত্র তৌদ্রবদি বেদাধ্যয়ন অদু ফল লৈত্রে-নিষ্ফল ওইরে মহৈ যাম্ব্রে অরেম্বদা তারে। শাস্ত্রজ্ঞানগী ফল না শীল সদাচার না ওই। শাস্ত্র জ্ঞানদি লৈরগা শীল সদাচার লৈত্রবদি শাস্ত্র জ্ঞানদু নিষ্ফলনি। মহৈ যাম্ব্রবনি। স্ত্রী (মুপী) ফলনা রতিগা পুত্র অনানা ওই। স্ত্রী ওইরবা নিষ্পুত্র ওইরবদি স্ত্রাদু লৈতে। অদুনা নিষ্পুত্র ওইবা ওইবাশিংনা পুত্রলাভগীদমক্তা অগ্নিহোত্র তৌনৈ। যজ্ঞ তৌনৈ। অদুগুম্বা যজ্ঞদা দানদক্ষিনা তৌরগা পুত্রনাত ফংদুনা সফলতা মহৈ যানবা হায়বদু ফংই ।।২৫।। ঋগ, যজুঃ, সাম বেদ অহুমগী মন্ত্রশিংনা অগ্নিহোত্র (যজ্ঞ) গী প্রবৃত্তি ওই। হায়রিবা বেদ অহুম অসিগী অদুগা মীমাংসাগী সূত্রশিংনা মন্ত্রশিংনা অগনি হোত্রবু পাংথোক্কে। ২৬।। নিংথৌ! ঋতু অরোমদা হায়রগা বসন্ত ঋতুবু ব্রাহ্মণগী স্বরূপনি হায়না খঙগদবনি। মহাকাস বেদগী যোনিনি। অদুন ব্রাহ্মণশিংগী হোম তৌননবগী মতমদা বসন্তনা ওই। ব্রাহ্মণনা যজ্ঞ তৌগে হায়রবদি বসন্তদা তৌগদি ।।২৭।। পাপ যাওদ্রবা নিংথৌ! বসন্তদা অগ্ন্যাধান তৌনৈ। অদু তদা ব্রাহ্মণগী শ্রীসম্পত্তিগী বৃদ্ধি ওই। বৈদিক জ্ঞানগী চাওখৎপা (বৃদ্ধি) হায়বদুসু ওই। ২৮।।

ক্ষত্রিয়স্যাগ্নিরাধেয়োগ্রীষ্মে শ্রেষ্ঠঃ সবৈরূপ। যেনাধানং তু বৈ গ্রীষ্মেক্রিয়তেতস্য বর্দ্ধতে।
শ্রীঃ প্রজাঃ পশবশ্চৈবহবিত্তং তেজোবলংযশাঃ ।২৯॥
শরদৃতৌ তু বৈশ্যস্য হ্যাধানীয়ো হুতাশনঃ। শরত্রাত্রং স্বয়ং বৈশ্যো বৈশ্যযোনিঃ স উচ্যতে ॥৩০॥
শরদ্যাধানমেনং বৈ ক্রিয়তে যেন পাণ্ডব। তস্যাপি শ্রীঃ প্রজায়ুশ্চাপ্যশোহর্থশ্চ বর্ধতে ॥৩১॥
রসাঃ স্নেহাস্তথা গন্ধারত্নানি মনয়স্তথা। কাঞ্চনানি চ লৌহানি হ্যগ্নিহোত্রকৃতেহভবন্ ॥৩২॥
আয়ুর্বেদো ধনুর্বেদো মীমাংসা ন্যায়বিস্তরঃ। ধর্মশাস্ত্রং চ তৎসর্বমগ্নিহোত্রকৃতে কৃতম্।৩৩।
ছন্দঃ শিক্ষা চ কল্পশ্চ তথা ব্যাকরণানি চ। শাস্ত্রং জ্যোতির্নিরুক্তংচাপ্যগ্নিহোত্রকৃতো কৃতম্ ॥৩৪॥
ইতিহাসপুরাণং চ গাথাশ্চোপনিষৎ তথা। আথর্বণানি কর্মাণি চাগ্নিহোত্রকৃতে কৃতম্ ॥৩৫॥
তিথিনক্ষত্রযোগানাং মুহূর্তকরণাত্মকম্। কালস্য বেদনার্থং তু জ্যোতিবজ্ঞানং পুরানধ ॥৩৬॥
ঋগ্‌যজু সামমন্ত্রানাংশ্লোকতত্ত্বার্থচিন্তনাৎ। প্রত্যাপত্তি বিশস্থানাং ছন্দো জ্ঞানং প্রকল্পিতম্ ॥৩৭॥

---

নিংথৌ! ক্ষত্রিয়শিংগীদমক্তদি গ্রীষমাঋতুদা (কালেন্দা) যোমগীদমক্তা অগ্ন্যাধান তৌবা, অগনিবু (মৈবু) হৌগৎপা যৈ হায়না শাস্ত্রনা লেপপ্পবনি। গ্রীষ্ম ঋতুদা অগনি দেববু স্থাপনা তৌদুনা হোম তৌবা ক্ষত্রিয় অদুগী সম্পত্তি, প্রজা (মচা মচু), শগোল শামু, লন্থুম হুকচাংগী পাঙ্গল তেজ (মতীক মঙাল) মিংচৎকী বৃদ্ধি ওই ॥২৯॥ শরৎ ঋতুগী রাত্রিকাল অসি বৈশাগী স্বরূপনি। মরম অদুনা বৈশ্যনা শরৎ ঋতু অগ্ন্যাধান তৌগদবনি। অদুগুম্বা মতমদা আধান তৌখিবা স্থাপন তৌখিবা অগ্নিবু বৈশ্য যোনি হায়নয় কৌই ॥৩০। পাণ্ডুনন্দন! শরৎ ঋতুদা অগ্ন্যাধান তৌদুনা হোম তৌবা বৈশ্যদুগী সম্পত্তি, প্রজা, আয়ু (পূর্নাংশ) পশু (শল শগোলনচিংবা) অদুগা লন্থুমগী বৃদ্ধি (চাওখৎপা) ওই।৩ ॥ অস্থুম তৌদুনা, রস, ঘীনচিংবা অনপ্পা পোৎ, মনম মুংশিব পোচৈ মনিমুক্তা, সনা, য়োংনচিংবা ধাতু লৈখিবা ময়াম অসি অগনিহোত্রগীদমক্নি ॥৩২॥ রত্ন, অসিগুম্বা অগনিহোত্রগী তত্ত্ববু খঙনবগীদমক্তা আয়ুর্বেদ, মীমাংসা, ন্যায়শাস্ত্রনচিংবা ধর্মশাস্ত্রশিং অসি শেমখিবনি ॥৩৩॥ ছন্দ, শিক্ষা, কল্প, ব্যাকরণ জ্যোতিষ শাস্ত্রশিং নিরুক্ত অসিনচিংবা বেদাঙ্গশিং অসি অগ্নিহোত্রগীদমক্তা রচনা তৌখিবনি শেমখিবনি ।৩৪॥ ইতিহাস, পুরান, গাথা, (বারো) উপনিষদ, অথর্ব বেদ অসিনচিংবসি অগনি হোত্র (যজ্ঞ) গীদমক্তা শেমখি লেংখিবনি ॥৩৫॥ পাপকী শত্রুক য়াওদ্রবা! নিংথৌ! তিথি, নক্ষত্র, যোগ মুহূর্ত, পুরমক্কী করণগী মশাক ওইদুনা লৈরিবা কাল হায়রিমক অদুগা কালগী জ্ঞান অসিবু ফংনমবগীদমক্তা আ-মমাংঙৈগী ঋষিশিংনা জ্যোতিষ শাস্ত্র হায়বা বেদাঙ্গসি শেমখিবনি-ইখিবনি ॥৩৬॥ ঋগবেদ, যজুর্বেদ, সামবেদগী মন্ত্রশিংসি শক শোয়নবগীদমক্তা অদুগা মন্ত্রগীজ্ঞান ফংননবগী অদুগা চিংনবা পুম্বা কোক্লনবগী ছন্দ শাস্ত্র হায়বসি শেমখি ইখিবনি ॥৩৭॥

বর্ণাক্ষরপদর্থানাং যচ্চলিঙ্গং প্রকীর্তিতম্। নামধাতুবিবেবার্থং পুরা ব্যাকরণং স্মৃতম ।।৩৮।।
যূপবেদ্যাধ্বর্থং তু প্রোক্ষণশ্রপণায় তু । যজ্ঞদেবতসংযোগার্থং শিক্ষাজ্ঞানংপ্রকল্পিতম্ ।।৩৯।।
যজ্ঞপাত্র পবিত্রার্থংদ্রব্যসম্ভারণায় চ। সর্বযজ্ঞবিকল্পায় পুরা কল্পং প্রকীর্তিতম ।।৪০।।
নামধাতু বিকল্পানাং তত্ত্বার্থ নিয়মায় চ। সর্ববেদনিরুক্তানাং নিরুক্তমৃষিভিঃ কৃতম্ ।৪১।

বেদ্যর্থং পৃথিবী সৃষ্টা সম্ভারার্থং তথৈব চ।
ইধ্মার্থমথ যূপার্থং ব্রহ্মা চক্রে বনস্পতিম্ ।। ২।।
গাবো যজ্ঞার্থমুৎপন্না দক্ষিণার্থং তথৈব চ।
সুবর্ণং রজতং চৈব পাত্রকুম্ভার্থ মেব চ ।।৪৩।
দর্ভাঃ সংস্তরণার্থং তু রক্ষসাং রক্ষণায় চ।
পূজনার্থং দ্বিজাঃ সৃষ্টাস্তারকাদিবিদেবতা ।।৪৮।।

---

বর্ন, অক্ষর, পদ, পদার্থ (পদগী অর্থ) সন্ধি, সমাস লিঙ্গ (লিঙ্গা নুশাসন), নাম, ধাতু, প্রাতিপদিক, অসিনচিংবগী তত্ত্ব জ্ঞান অতু ফংননবথদমক্তা ব্যাকবন শাস্ত্র হায়বা, বেদগী মুখ ওইবা বেদাঙ্গ অসি ইখিবনি লেংখিবনি ।।৩৮।। যূপ (যজ্ঞগী যুম্বা,), বেদী, অতুগা যজ্ঞ হায়বসিনকী স্বরূপ অসি খঙননবগীদমক্তা প্রোক্ষণ, শ্রপণ (চরু থোংবা) অসিগী তত্ত্বমকসু খঙননবগীদমক্তা যজ্ঞগী দেবতাশিংগা লৈনরিবা সম্বন্ধ, (মরী) অসি খঙননবগীদমক্তা। শিক্ষা কৌবা বেদগী ঘ্রানেন্দ্রিয় ওইবা বেদঙ্গা অসিগী রচনা তৌখিবনি ।৩৯।। যজ্ঞদা চৎবা পাত্রশিংগী শেংদোক চামথোকপা, যজ্ঞ (অগ্নিহোত্র) দা চঙগদবা সামগ্রী (মচাক) শিংবু লৌশিন থোমজিন্নুননবগীদমক্তা, অতুগা যজ্ঞগী বিধিদা অমুম্মা তৌবসু য়াউ নত্রগা অশুম্মসু য়াগনি হায়ননবগীদমক্তা বৈকল্পিক বিধানগীদমক্তা, মমাঙৈগী ঋচিশিংনা কলপশাস্ত্র হায়বসি লেপখিবনি ।।৪০।। বেদ মরিমক্তা য়াওরিবা শীজিন্নরিবা নাম, ধাতু, অতুগা বিকলপশিংসিগী তাত্ত্বিক অর্থতুবু খঙননবগীদমক্তা নিরুক্ত হায়বা শাস্ত্র অসি লেংখিবনি ।।৪১।। যজ্ঞগী বেদীবু শেম শাননবগী অতুগা অতোপ্পা চঙগদব মচাক মথৌগী ফংফম ওইননবা পৃথিবী অসি শেমখিবনি। যূপ (যজ্ঞগী য়ুম্বা), মগিধা (শীং-যজ্ঞী কাষ্ঠ) শাননবগীদমক্তা চাউর চাউরবা কদম্ব, অশ্বথ, পীপলনচিংবা বনস্পতিশিং অসি শেমথি শাখিবনি ।।৪২।। শগ্নীশিংসিনা যজ্ঞগী অমদি দক্ষিনাগীদমক্তা পুথোকখিবনি-শেমখিবনি। যজ্ঞদা গোদুগ্ধ, গোঘৃত, গোদধি, গোমুত্র অসিনচিংবসি অগ্নিদেবদা পঞ্চামৃত পান তৌহনগদৌরিবনি। সুবর্ন-চাঁদীনচিংবা ধাতুশিংবু যজ্ঞগী কলশ (চরু) নচিংবা যজ্ঞগী মচাকশিং অসি শেম শাননবগীদমক্তা পুথোকখিবনি ।।৪৩।। কুশ-কাশশিংগী উৎপত্তিসি হোমগী কুণ্ডগী মায়গৈ মরিমক্ত চাইথোকনা থম্ননবগী, হিংচা য়াইতম্বশিংদগী কন্ননবগীদমক্তা শেমখিবনি। যজ্ঞ তৌননবা পূজা তৌননবা ব্রাহ্মণশিংবু, নক্ষত্রশিংবু অতুবু দেবতাশিংবু শেমখিবনি ।।৪৪।।

ক্ষত্রিয়াঃ রক্ষণার্থং তু বৈশ্যাঃ বার্ত্তানিমিত্ততঃ।
শুশ্রূষার্থং ত্রয়াণাংবৈ শূদ্রাঃ সৃষ্টাঃ স্বয়ম্ভুবা।।৪৫।।
যথো ক্রমগ্নি হোত্রানাং শুশ্রূষন্তি চ বৈ দ্বিজাঃ।
তৈর্দত্তং সুহুতং চেষ্টং দত্তমধ্যাপিতং ভবেৎ।।৪৬।।
এবামিষ্টং চ পূতং চ যৎ বিপ্রৈঃ ক্রিয়তে নৃপ।
তৎ সর্বং সম্যগাহৃত্য চাদিত্যে স্থাপয়াম্যহম্ ।।৪৭।।
ময়া স্থাপিতমাদিত্যে লোকস্য সুকৃতংহিতং।
ধার য়েৎ সং সহস্রাংশুঃ সুকৃতং অগ্নিহোত্রিনাম্ ।।৪৮।।
তস্মাদপ্রো যিতৈর্নিত্যমগ্নিহোত্রং দ্বিজাতিভিঃ।
হোতব্যং বিধিবৎ রাজন্নুর্ধ্ব মিচ্ছন্তি যেগতিম, ।।৪৯।।
আত্মবন্নামন্তব্যমগ্নিহোত্রং যুধিষ্ঠির।
ন ত্যাজ্যং ক্ষণ মপ্যে তদগ্নিহোত্রং যুধিষ্ঠির ।।৫০।

---

পুন্নমকসিবু ভাকশেননবগীদনক্তা ক্ষত্রিয় জতিসি শেমখিবনি। কৃষি, গোরক্ষা, বানিজ্য অদুগ। জীবিকাগা মচাক চুননবা বৈশ্য জাতিসিবু শেমখিবনি। বর্ণ অহুমসিগী সেবা লাংবা তৌননবগী দমক্তা শূদ্রজাতিবু শেমখিবনি।।৪৫।। হায়খ্রিবা পুন্নমকসি, বিধি কায়দনা, মচাক অমতা বাহনা অগ্নিহোত্রবু পাঙথোক্লনবগীদমক্তা শেমখিবনি। মখোয়সিনা দান, হোম, যজ্ঞ, অধ্যাপন হায়বা পুন্নমকসিগী বাত্তপাদনা অগ্নিহোম হায়ব কর্ম তসি মপূংফানা তৌরিবনি।।৪৬।। নিংথৌ! মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞ তৌবা, ইংখোল শম্বল কোইবা, পুজা কুহা তৌবা অসিনাচিংবা কম ময়াম অসিগী পুণ্যশ ঐ আত্মা) কৃষ্ণনা (খাইবু চিংশিনবনা কৃষ ধাতুনা) যূর্য্যমঙ্গলদা স্থাপন তৌই তৌরি।।৪৭।। অসিগুম্বা ঐ (আত্মা) না সংসারগুম্বগী পুঙ পুম্বা মশেকমঙালগ লোয়ননা মঙাল মপুম ওইবা সূর্য্যসি পুদুনা লেঙহন্দা পুরি।।৪৮।। মরম অদুনা, নিংথৌ! যজ্ঞ তৌদবা, যজ্ঞগী মচাক শুনা লৈতবা পরদেশদা লৈবদি নত্তবা আর্য্যাবর্ত-ব্রহ্মাবর্তদা লৈবা ব্রাহ্মণনা লৈরিবা মপোক অসিদগী হেনবা মপোক অমদা অমুক চংদুননবগীদমক্তা মুমিৎ খুদিংগী নিয়ম নাইনা অগ্নিহোত্র তৌগদবনি।।৪৯।। মহারাজ! যুধিষ্ঠীর! অগ্নিহোত্র (যজ্ঞ) হায়বসিমকপু যুধিষ্ঠির কৌবা হকচাং মুংনা লৈরিবা আত্মাসিগা মশা অমতনি হায়না খন্থনা থওহনা, যজ্ঞবু অপমান থকতৌকম থোক্কে। নত্রবদি নশানা নশাবু অপমান তৌবগী হিংসাতৌবগী আত্মহত্যাগীপাপ পুগনি।।৫০।।

বাল্যাৎ প্রভৃতি যে চ শুশ্রূষন্তি নিরতাঃ সদা। ক্রোধলোভবিনির্মুক্তাঃ প্রাতঃ স্নান পরায়নাঃ।
যথোক্তমগ্নিহোত্রংবৈ জুহ্বতে বিজিতেন্দ্রিয়াঃ ।৫১।।
জাতিশ্রেয়াঃ সদা সৌম্যা ত্রিকালং মৎপরায়নাঃ।
তেযান্ত্যু পুনরাবৃত্তিং ভিত্ত্বা চাদিত্য মণ্ডলম্ ।।৫২।।
শ্রুতিং কেচিন্নিমানাঃ শ্রুতিং দুষ্যন্ত্যবুদ্ধয়ঃ। প্রমাণং ন চ কুর্বন্তি যে যান্তীহাপি দুর্গতিম্ ।।৫৩।।
প্রমানমিতিহাসং চ বেদান্ কুর্বন্তিযেদ্বিজাঃ। তে যান্ত্যমরসাযুজ্যং নিত্যমাস্তিক্যবুদ্ধয়ঃ ।।৫৪।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাশ্বমেধিক পর্বনি অনুগীতাপর্বণি দাক্ষিণাত্যলব্ধমহাভারতে অধ্যাযৈকঃ সমাপ্যতে।। X ।। X ।।

---

বাল্যকালদগী হৌনা অগ্নিহোত্রব্ সেবন তৌরক্লিবা, শুদ্রগী অন্নব্ করিগুম্বা চারক্লিবা, অশাইবা-অপাম্বা-কল্লক মীহৌবা স্নাওদবা, ভুমিৎ খুদিংগী প্রাতঃ কালদা অগ্নিহোত্র তৌবা, অতিথি সেবা তরুনা তৌরিবা, শান্ত ভাবতা লৈজুনা অসিগুম্বা তাকপা খঙবা ঐ (আম্মা) ভোন্দা ঐব্ নীংশিংদুনা লৈবা ভক্ত অদুদি উরিবা সূর্য্য মণ্ডল সিমন্ দগী কাওদংখিদুনা পরমধাম বৈকুণ্ঠ ধামব ফংভি। অদুগুম্বা মহাক অদু পোকপা শিবগী সংসারদা অমুক লাকত্রে ।।৫১-৫২।। সংসারসিদা মূর্খ ওইবা পঙলবা, শ্রুতিশাস্ত্র, স্মৃতিশাস্ত্র, বেদ বেদাঙ্গদা দোষপীবা, নিন্দা তৌবা, অর্থতত্ত্ব নৈনবদি হৈতহনা নিন্দা তৌবা নত্তনা তৌনিংডাই লৈত্রবা, অদুগুম্বা নাস্তিক ওইবা মীশকসি সংসারদা অরাবা খুদোংথীব ত ফংহনা লৈনরিবসিনি ।।৫৩।। আস্তিক্যবুদ্ধিদা ইতিহাস বেদপুরান শাস্ত্রশিংব্ প্রত্যক্ষপ্রমাণনি হায়না খঙবা মীনা দেবলোকতা (মঙাল-—জ্ঞান জ্যোতিংগী লোকতা) সাযুজ্য ফংভি। অমত ওইনা তিন্নে ।।৫৪।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আশ্বমেধিক পর্বদা অনুগীতা পর্বদা দাক্ষিনাত্যরোমদা ফংবা মহাভারতকী অধ্যায় তাংফম অমা লোইরে। X । X । X ।

---